# লাই হরাউবা

ইথোকচবা :
শ্রীব্রাহেংবম লুখোই সিংহ
পণ্ডিৎ য়াইমা,
মণিপুর পণ্ডিৎ লোয়শঙ

*Printed and published with the help of financial assistance from the National Archives of India, Government of Manipur Vide Sanction letter No F No 31-1(104)2007-Grants, dated 18/03/2008*



ফোংজবা ঃ
ইখোকচবা মশামক

অনীশুবা খুৎনম ২০০৮ ইং,
কপী মশিং - ১০০০

লাইরিক ফংফম ঃ
মণিপুর ষ্টেট আর্কাইভস, ইম্ফাল

মমল : লুপা ১৮০/-



নম্ফম ঃ
আর বি প্রিন্টিং হাউস
নাগামপাল, ইম্ফাল

# অইবগী ৱারোল



লাই হবাউবা হাযবসি সৈশেমণ্ডেদনী লাইশিংনা তৌবম্বা থৌবম্মু মৈনা ৱাই তাংনা শম্মা লৈহৌদুনা ঐখোযগী ইপা ইপুশিংনা শাণ্ডথোক্লম্বা থৌবম্মু ঙাস ফাওবা কায়দনা খুলগী ওইবা লাই শাগেগী ওইবা লাই বযাবু থৌনিজদুনা হবাউনবি। লৈপাক অসিদা লৈবিবা তোঙান তোঙানবা লম লমগী লাই হবাউবা মখল কযামকম অসিগী ওইবা অপুনবা লাইবিক অমা ওইনা পুথোক্নে হাযনা হোৎনজবকপসি মতম কুইনদগীনি। অদুবু মঙাং লুৱাং খুমন গুরু অহুম অমসুং উমংলাই ৩৬৪ গী থৌজান্দগী লাই হবাউবা কৌবা লাইবিক অসি পুথোকপা ফাওবদি ওমজবে। লাইবিক অসি পুথোকপদা অচৌবা তেঙবাং পীবিখিবা ঐবু তাকপী তম্বীবকপা ওঝা গুরুশিংনা পুকচেল শেংনা তাকপা তম্বীবকপা কযা অদুবু মতম চঙনা হোৎনদুনা পুথোকচবিবা লাইবিক অসনা লৈপাক মীযামগী কান্নবা খবদ ওইববসু পীবা ঙম্লবদি হোৎনজমন অসিমক মহৈ যাম্লবান খনজৈ।

লাইবিক অসিদা মপুং ওইনা যাওবিবা কংলৈ হবাউবা ককচীঙ হবাউবা মোইবাং হবাউবা চকপা ফযেং সেকমাই অন্দ্রো হবাউবা অসিনচিংবা তোঙান তোঙানবা লম লমগী ওইবা চৎনবী মতুং ইন্না পাংথোকপা লাই হবাউবগী থৌবমশিং অসিবু লাইবিক অমা ওইনা পুথোকচবিবা অসিদা মপং ফানা থৌদাং লৌবীখিবা ঐবু তাকপী তম্বীবা ওঝা শ্রীনাওবেম অমযাইমা সিংহ পাণ্ডৎ অচৌবা ককচীঙ, শ্রীমাইৱম সেখো সিংহ পণ্ডিত মোইবাং, শ্রীঙাবিযাম্বম কুলচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবা সনা কোনুং, শ্রীনিংথৌজম জুগোল সিংহ ফাযেং পাণ্ডত, শ্রীলৈশুংবম উপ্রো সিংহ মাইবা সেকমাই, শ্রীলৈশুংবম চৈতৈন্য সিংহ অন্দ্রো হাযবিবা ওঝাশিং অসিগী মতেংদগী লাইবিক অসি লাযনা পুথোকপা ঙমজবান। মক ওইবা কংলৈগী লাই হবাউবগী শকক অমা লাইবিক অসিদা যাওবিবা অসমক ঐগীদি ওঝা

শ্রীঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবা ওঝামক্না মমাংদসু ফোংবীগ্নবা লাইরিক অদুমক ঐহাকপু অমুক ফোংজরো হায়না তাকপীবিদুনা লাইরিক অসিদা হান্নগী মওং অদুবু করিমত্তা শেমদোক শেমজিন তৌদনা হাপচরি। মসিগীদমক ঐহাক্না ওঝাগী মফমদা পুন্সিগী শিংবা গুন্নরোইদবা লমন তোনশিনজরবনি।

লাইরিক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা ফয়েং, মোইরাং, সেকমাই, অন্দ্রো অমসুং ককচীঙ হরাউবদা য়াওরিবা শরুকশিং অসি ঐগী ৱাখলনা থাগৎলগা ইজবা নত্তে লম লম অদুগী অখণ্ড-অহে ওঝা গুরুশিংগী মফমদগী খোমজিনজরুবা অমসুং তমজরুবা শরুক অদুবু পুথোকচবনি। লাইরিক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা অসিনা মরোইরে হায়বগী ৱাখলদা পুথোকচবা নৎচদে, মসিদা চিৎথ নাম্বুবা অশোই অঙাম ৱাংহৌবা অৱান অহুই য়াওরম্বা কয়ামরুম অদুবু চুমথোকপীরকপদা হরাউনা য়াজগনি। অদুগা মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচনবা হোৎনজগনি।

শ্রীব্রাহেংবম লুখোই সিংহ
পণ্ডিৎ য়াইমা,
মণিপুর পণ্ডিৎ লোয়শঙ

# হিরম লমাই

*হিরম* | *লমাই*

*হিরম* *লমাই*

| *হিরম* | *লমাই* |
|---|---|

# লাই হরাউবা

**লাই হবাও হাযবসি মৈতৈগী থানবা যাদ্রবা চাওববা থৌবম অমনি।**

মৈতৈনা উমং লাইশিং অসি চহি খুদিংগী অফবা নুমিৎ অমসুং লাইচা তীনচা যেংলগা হবাউ ওযাম পাঙথোকই, মদুবু লাই হবাউবা হায়না খঙনৈ। লাই হবাউবা অসি মক ওইনা ফাউবেং লমদা, শজিবু, কালেন অদুগা খবা থেংথববদা ইঙা থা যাওবা পাঙথোক্লবা যাওই। লাই হবাউবগা মওং অসি মহৌশা ইপা ইপুশিংগী মতমদা হবাউবম্বা মওং মদুদগী যাম্মা হোংদোক হোংজিন তৌবক্লে, মসিমক্তু মতমনা পুবকপা অচৌবা অওনবা মওং অমনি। মমাংঙৈগী মতমদা হবাউনবম্নদি লাইগী মপুং ওইরগা কুম্মৈ হবাউদি খবতমক তৌনবমই, অদুবু হৌজিক্কী মতমদাদ লাইগী থৌবম্বু যাম্না লাইথোক্লা তৌনবকপা অদুগা হবাউ কুম্মৈনা মপুং ওইনা চৎথনবকপা মওং অমা কন্না চৎনবক্লে, মসিনা মৈতৈগী লাই হবাউবগী যাম্না রাংনা লৈজবিবা রাখললোনবু হল্লুবা থাক্তা অসুম অসুম পুবক্তুনা মৈতৈগী লাই হবাউবগী মশক অসি শাজনহল্লে। মপুং ওইনা লৈবাক অসিদা লাই হবাউবগী মখল অসি কংলৈ হবাউবা, চকপা হবাউবা, ককচীঙ হবাউবা মোইবাং হবাউবা, হাযদুনা মখল মরি থোক্লা খাইদোকই। চকপা হবাউবদা চকপা ওইনা লৌববা খুলাশিং অন্দ্রো, সৈমবাম, ফয়েং, কৌদ্রুক, খুবখুল, সেকমাই তাইবেনপোকপী হাযবিবা চকপা কাংলুপাশিং অসিগী লাই হবাউবদা খব খব খেন্নবা মওং লৈ অদুগা লাই হবাউবগী থৌবমদা মপুং ওইনা মান্নাদ্রবদি কংলৈ, চকপা, মোইবাং অমসুং ককচীঙ হবাউবা আসনি। হাযবিবা মখলগী হবাউবশিং অসিদ লাই হবাউবগী হৌবদগী লোইবা ফাওবগী থৌবম পরেংদা মান্নৈ। হৈথা লৈথা, শৈশক শৈদা পুম্নমক খেন্নৈ। হৈথা লৈথা, শৈশক শৈদাগী থৌবম খং শববসু লাই হবাউবগী নুংগী ওইবা রাখললোন্ অদুদ অমত্তা ওইনা চপ মাং

লাই হরাউবা হায়বসি মৈতৈশিংগী তৎন থানবা য়াদ্রবা মৈহৌরোন্দগী লোয়নরক্লবা য়াম্না মরু ওইখ্রবা থৌরম অমনি। লাই হরাউবদা মীওইবনা পোকপদগী শিবা ফাওবগী মনুংদা পাঙথোক্লিবা থবক থৌরম কয়াবু অমত্তা চিখদনা মচা খায়না শৈথাদুনা ফোঙদোকই। লাই ঈকৌবদা য়াওরিবা স্না লুপা, খৈয়োমদা য়াওরিবা পোৎলমশিং, লৈয়োমদা য়াওরিবা লৈশিং, তিংলিবা হিরিগী লংলা মশীং, চফু মচা অনি, য়াওরিবা কয়া অসিগী য়াম্না কুপখ্রবা মনুংগী মচাক কয়ামরুম লৈরি। মীওইবনা হিংবদা চঙদবা য়াদ্রবা পোৎলমশিং, মরুওইবা য়ুম শারগা লৈরিবা, ফি শারগা শেৎলিবা, মৈ পুথোক্তুনা শিজিন্নরিবা, চানবগীদমক মহৈ মরোং মখল মথেল থাদুনা চারিবা অসিনচিংবা ময়াম অসিবু অমত্তা চিখদনা মচা খায়না লাই হরাউবদা জগোই খুৎথেক্কা কোন্ননা পুথোক্তুনা উৎলি। মৈতৈগী লাই হরাউবদা শক শোল্লিবা লাইরোন তীনলোন্ অমসুং ইরাৎ থৌনিগী থৌরমশিং অসি মরুওইনা মীওইবগী পুন্সিদা নুংঙাই য়াইফনা লৈনবা, চাদা নাওদা মরাং কায়দববু মরাং কায়নবা, চাহোং ঙাহোংনবা, লৈবাক মরা তপ্না ইংনা পান্নবা, অশি অনা থোক্তনবা কয়া অসিবু তেংবানবা অসিদা চাদা নাওদা শন্দোকপীখিবা পী অমসুং পা ওইরীবা লাইনিংথৌ অমসুং লাইরেম্মা অনিদগী শন্দোকখিবনি হায়বসি নীংশিংদুনা মখোয়গী মতীক ময়াইবু শৈথাদুনা হবাউ তয়াম পাঙথোকপগা লোয়ননা পুম্নমক অসিগী নুংঙাই য়াইফনবা নিজবনি।

## লাই হরাউবগী হৌরকফম

লাই হরাউবগী হৌরকফম অসি মুন্না কুপ্না থিজিল্লুবা তারবদি কৌব্রু চীংদা লৈরিবা লাইফম অসিনা অরেপ্পনি। মৈতৈ লৈবাক্কী লাইয়াম্না অহানবা হরাউবা হৌখিবা মফম অসি কৌব্রু চীংগী চীংদোন্দা ইহান হান্না লাইয়াম তিন্নদুনা হয়েং তুংদা খঙহৌনবা লাইয়াম ঐখোয়না থুপখ্রবসু কাউদনবা য়েলহৌঙৈগী মানা মানা তৌরকপা থৌরমশিংবু নীংশিংনদুনা মথং মনাউ কায়দনা মখোয় মশেল অমগা অমগা পুথোক্লদুনা মেরা থাদা উৎনখি। অসুম্না মানা মানা তৌরকপশিং অদুবু অমুক নৌহৌনা নীংশিংনদুনা হরাউ তয়াম ফোঙদোক্লখি। অওইবা ওইনা তৌরকপা থবকপু চিন্ন মথং

মথং হায়রগা খুৎ শানা মওং তাক্কুনা নীংশিঙনবা অদুদা চীঙু লাইয়াম্না নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা লৌই। হৈ অমসুং লৈ মানা মানা পান্না মওংদা লাই লাই অদুগী লৈচিল অদুবুনা লৈহুন হায়না কৌই। হৌজিক ফাওবদা মাইবীশিংনা লাইনিংথৌগী লৈহুল, লাইরেম্মগী লৈহুল, লাইবুংথৌ ৯ লাইলুবা ৭ কী লৈহুল, গুরুগী লৈহুল, লৈমরেনগী লৈহুল হায়দুনা মথং মনাও কায়দনা চৎনরি অমসুং হুন্নরি। লৈহুল অসি লৈ মশিং ৱাৎপসু য়াদে, হেনবসু য়াদে, লৈ মতোন অমসুং লৈ মকোক ওন্নবা য়াদে, লৈদি লাংথেতনা হুনগনি। অসুম্না হুল্লিবা লৈহুন অসিবু ওন্ননা হুল্লবদি খুলগী, লৈপাক্কী ৱানি।

লাই হরাউবা হেক হৌবদগী লাইরোই ফাওবা লৈহুন অসি নোংমা নোংমগীঅনৌবা লৈহুন তমই অমসুং হুল্লি। লাইরোই নুমিত্তা নহাল মখৈ হুল্লকপা লৈ ময়াম অদু খোমদোক্লগা লাই তেথরগা লাইশং মনুংদা পুল্লপ থমই। নুমিৎ ৩ / ৫ নত্রগা ৭ নি ১১ / ১৩ / ১৫ নি শুরগা লৈখোম্না হায়দুনা অসুম্না লৈমন ময়াম অদু কোম তৌদুনা ফুমই। মসিবু লৈ খোম্না কৌই। অদুগা লাই ফমদেংলম্না মফম অদুদা ফি ১ থারগা লাইয়িংথৌ অমসুং লাইরেম্মগী ফৈজোম ফনেক থারগা অনৌবা লৈহুন অমুক হুল্লমই অদুগা ফি অমনা অমুক কুপ্লুনা থমই অদুগা কোনয়াই থারমই, মসি লাইরোই নুমিত্তা তৌদবা য়াদ্রবা থৌরমনি। অদুগা মতম খরগী মমাঙদদি পানা হায়দুনা অহল্লুপ / নহারুপ / খাবম লাইফম হায়না পানা মরি লৈরমই। অদুগী মতুংইন্না মাইবীশিং অসিগীসু শঙলেন / নোংমাই / ফুরা হায়না মরি থোক্লা লৈরমই। শঙলেননা থৌগল চৎকদবা লাই। নোংমাই মাইবীনা থৌগৎ চৎকদবা লাই। ফুরাগী মাইবীনা থৌগল হায়বদি লাই হরাওবা কুমচনবা চাক্লোং কৎপনচিংবা থৌরমশিংদা মাগী মাগী পানাগী মাইবীনা চৎনরম্মি। করিগুম্না শঙলেনগী লাইগী থৌরমদা নোংমাইগী মাইবীনা তঙাইফদনা চৎপা তারবদি শঙলেনগী মাইবীদগী অয়াবা চৎন-পথাপ হংলগা চৎনরমই। অদুবু হৌজিক্তি হায়রিবা পানা অদু লৈখিদ্রে।

কংলাগী থোঙ হায়বদি ইম্ফাল তুরেলগী নোংচুপ নম্বুল তুবেলগী অৱাং থংবা কাংচুপ চীংখোঙ ফাওবা মখৈবু শঙলেননি।

নোংমাইগী লম ইম্ফাল তুরেলগী নোংপোক মখৈবু উমং লাইগী থৌবম লাই হরাওবনচিংবদা নোংমাইগী মাইবীনা চৎনরমই।

ফুবাগী মাইবীশিংনা লাই থৌবম চৎকদবা লমশিং ইম্ফাল তুবেলগী নোংচুপ, নম্বুল তুবেলগী মখা থংবা মথৈবু ফুবা হায়না খঙনৈ।

অদুনা হায়বিবা শঙলেনগী মায়কৈসোমদগী মাইবী চঙলকপনা মমা গুরু নোংমাইগী মাইবীদা ওইকুববাদ লমনা শঙলেন ওইনগসু নোংমাইগী মাইবী মচাদা অদুম লৈ হোংদোক্লদে।

কৌব্রু চিংদা লাইযাম্না হরাউবা অসিদা লাইযামশিং অসি মশীং শুনা অমুক্তা হরাউবা ঙমখিদে মবমদি পান্থোইবীগা নোংপোক নিংথৌগা অনি যাওদবনা মপুং ফাদে, অদুনা কৌব্রু হরাউবোন অসি লাই হরাউবগী থৌরমশিং অসি ইশু শুদে। ফয়েং হরাউবদা, সেকমাই হরাউবদা, লৈশ্রাম হরাউবদা নোংপোক পান্থোইবী অনিদি মবক্তা যাওই। মসিগী খুদম কৌব্রুনা হরাউবা মতমদা নোংপোক পান্থোইবীদি লাইরোইগী থৌরম অদু যাওখিদে, মবক্তা য়াওখিবনিনা চকপা ফয়েংনা কৌব্রু লাইবু হরাউবদা লাইবোইদা নোংপোক্কা পান্থোইবীগা যাওদবদি মরম অসিননি। কৌব্রু চিংদা লাইযাম্না হরাউবা মতমদা শিংলোই লাবোই লৈবোই। পাখংলাকপা নিংথৌল লাকপা ওইখিবদি চান্দেবা, থোংদেবা, মোবিযাবা, য়েনবিকংবা, যেনবি কাপ্পা লাই মশা অসিনা থৌরম পুদনা শিনখি। মতাং অসিদা নুপীনা মাইবেন খাইবা যাদবগী থৌদোকশু থোকলে। মাইবেন্ খাইগে তৌবদা মাইবেন্দদি খাযদনা মচাদু খাযবগী রাবী অদু লাইনিক অসিদদি ইজদ্রে। মতম অদুদা যাওবা যৈ নবা খোংনব থৌজিক্কী মতমদনা মম্লু হৃযবগা হংনবিবা —তৌদ্রী, খুং, পেনা তবেৎ শেনফাং, হরাউ পুঙ, উনং, উতাং, পুঙলেন্, লাংথৈ, চাবিক, নোংথ্রৈ, কোন্দে, কোনজৈ, কোবি হরাউচ হাওই মদুগা থোর্নদি যউদে।

লাই হরাউবগী ফমলোন্ খাযবসি নোংমাইচিং দা লাইযাম্না হরাউবা মতম অসিদা কুপ্পা খায়দোকখি। অনোইবোন্ যাওবে, হরাউবগী মওং শুবে। উযানলোন শক্লে, লাই নোঙ্গাবোল শক্লে। মতাং অসিবু কৌব্রুনা হরাউবা লোইবদুনা হনখিবগী মওংদা শকপা ইশৈ অসিবু নোঙ্গাবা হায়না খংনৈ। লাইনা তুমা শুদবা হাযবদি নুপী থিদ্রিবশিংনা লাবোই ওইনা লৈবা খোংকণবা অসি অচম্বা লাইগী মচাশু নত্তে মতাং অসিদি শিংলোইদা চম্লগা শলোইগী থৌ অসিদা পুবসি মার্জিংনা অপাম্বা ফোঙদোকই, মদুদা লাইযাম্নসু মানবে। অদুদগী কৌব্রুগী মচা ইবেম্মা থৌদু নুংথেল লৈমবু খোংবি ফংনা খোংদাই হাযবসি লাই অযাম্বনা খংনৈ। থবক পুম্নমক শিল্লিবা

মার্জিংনা মওং অমা ওইনা লাইয়ামদা হৌদোকই হন্দক খোবিফাবগী তালোই অসিদি মবাইবক্লা তম্বা যেংলসি নত্রবদি থৌদোক কুম্মে ওইরবোই হাযববদা লাইযাম্না যানদুনা মার্জিংনা পারি খোবিফাবা চবৈ ফি খুন্নগা ইচাগী কাংহুনা কোৎপা ঙম্না ১বু তালোই ওইজবো হাযনা য়াথং পিববদা চীঙম্ভু নোংথৌ সবাবেন অরাং পাখং য়োইবেনবা কোবৌ থংবা লাইনিংথৌগী মপাবি শিঙখোঙ যাইমবা নোংথৌ খোবি হাযবা নারা খোইদাং শিৎপা শিংঙেল লৈশং খেকরাইবনা পাউথেমনবকপা পছৌনা লনকুবিবকপা কাংহু হুইথাদবনা নারা খুৎশু ওইনবা লাইনা শমু মায়থোং চবৈ ফিখুম্ন না শেলোই লাইয়াম হবাউফমগী ইমুং খাংপোক ইযাইশং খোইযুম লাইযামগী যাকা পুংলেন্ যাইদা হাও মুক্লা লেংফাইচল মোংবা তাজিন খুবৌনববু শমু মাইপাক লৌববগীবু হনত্রে পানজন্ লৌনবসু কোলোই হকপা তোংলোং খোম্বগা ওন্না ওন্না শমু মাই খুঙমদবগীবু শিংগাই লৈনা হুন্না শিং তবেৎ থিনা মশানৌবু ইনতান্ননা তুথি তম্ববু নুংবর্থি। খোইমোম মবৌ লৌবু হৈনা থৌদু নুংথেল লৈমদি ইনুং খাংপোক রাংমদা লৈখিযে হাযদববা। অদু নোংগীবু নুবা খ্বাঙশেৎ লাংবিবু শমু মখুৎশুনা তালোয তুইন তম্না তেংনা যিমকাখিবে হাযদববা। মদু নোংগীবু চীঙম্ভু কংলৈ থোকপাও তৌনা কৌযে। অসুম্না নুপী কোৎলবা মতুংদা খোবি ফাবগা লাইবেম্মগা অনিমক পুন্না নোংপোক নিংথৌগা পাছোইবীগা অনিগী মমাংদা জগোই খুৎথেক শাদুনা লাইযামদা লৌনবে অমসুং লৈনবে খঙহল্লবদা হৈ লৈ চামিন্নবে, নুপী নুপা অনিগী ফিবোই ফিঙাম হাপ্তুনা নোংপোক নিংথৌ পাছোইবী অনিনা পিবিদুনা কুজবা যাবগী থৌবম অসি তৌখি। মবম অদুনা হৌজিকসু কাইদনা লাই নুপী থিবগা ফিবোই অসবা ২ অসি পিনর্বিবা অসিনি। মসিবু লাই নুপী থিবা হায়না লাইফম খুদিংগী কংলৈগী হবাউবদা চৎনবি। অতৈগী লাই হবাউবদদি কংলৈ থোকতে, লাই নুপী থিদে। নুপী থিরিবা লাই অসি হবাউবিবা লাইশঙদা ফমদেংলিবা লাই অদু নতে। খোবি ফাবা লাইনা থিবগী মবমনি, মসিনা লাই কংলৈ থোকপগী মবমদি অসিনি। মসি কংলৈগী লাই হবাউবদদা থোকই চকপা হবাউবা মোইবাং হবাউবদদি থোক্তে।

মবম অসিনা লাই হবাউবদা কাংজৈ, মুক্লা, লমজেন্নচিংবা যাওবিবা অসিনি অসিদসু নঙনা লুহোংবদা কুজবা যাবা হাযবা থৌবম অসিদা যাওবিবা পোৎলম তৌবিবা থৌবমশিং অসি হৌজিক ফাউবা কাযদনা মীওইবা ঐখোইগী তোকপা

অমসুং থাদোকপা য়াদ্রবা লাই হাকতক্তগী চৎনরমলবা থৌরমশিং অসি নিংশিংদুনা তৌনরিবা অসিনি। অদুগা লমজেল অমসুং মুক্লা হায়বসি খুন্ খুন্ অদুগী চৎনবী হায়বদি লাই লাই অদুগী লিচৎকী মতুং ইন্না হোয়েন নুমিদাং লাই হরাউবা লোইগনি হায়বা অদুগী অয়ুক্তা তৌবা লাইফমসু য়াওই অদুগা মোইরাংগী থাংজিং হরাউবগী মুক্লা লমজেনদি লাই লোইগদবা নোংমা লৈরিঙৈদা তৌই। অদুগা নুমিদাং লাই লোইরগা নোংঙাললগা অয়ুক্তা লমজেন্ মুক্লা তৌবা লাইফমসু লৈ।

মরম অসিনা লাই হরাউবা হায়বা অসিদা মীওইবা ঐখোয়গী চৎনরোল হৌরকপগী পুকোক লমচৎ শাজৎ য়াহিপ চাকচা ইপা ইমাদা থকশি খাশি নাইনা চৎপা চাকহোং ঙাহোংবা পুন্সি নুংশাংবা পুম্নমক লোইনা শুনা লাই হরাউবদা য়াওরি হায়বদা হায়মনবা থোকলোইদ্রা হায়না নিংজে।

উমং লাই হরাউবগী থৌরমদা অহানবদা লাইচা য়েংবা হায়দুনা কোনুংদা চৎলগা পণ্ডিত লোয়শংদা য়েংনৈ। অদুবু খুঙ্গঙদসু লাইচা ফবা ফত্তবা য়েংবা হৈবসু লৈনৈ। খুললক্তা য়েংবসু লোয়শংদা য়েংবসু লাইচাদি চপ মান্নে অদুবু চৎনবীগী মতুং ইন্না পণ্ডিত লোয়শংদা অয়াম্বা য়েংনৈ। হায়রিবা অসি লাইনা মী চায়, ষন্ চায়, ইরোই চায়, শামু চায়, শগোল চায়, ওক চায়, হুই চায়, লাইনা লাই চায় হায়বা থৌরম অমা লৈ। মসি কনানা চাবনো হায়রবদি তাওরোইনাইনা চাবা হায়বনি নুমিৎ ৩০ নিনা থা অমা শাই। ১০ নি ২০ নি ৩০ নি পানবা লাইনা মী চায়, উমং লাইগী থৌরম তৌবা ফৎতে হায়দুনা তৌনদে। ফুঙ্গা অপোকপা খুরুম্বা তারবদি থাশি নুমিৎতা খুরুমনৈ। ১৫ নি পুর্ণিমা নুমিত্তা চেঙ খুৎনা খোকপা মরু ৯ থোয়দিং মরু ৯ তিংথৌ মতোল ৯ মনা ৫ খাকপা ময়োন শৎকনু হৈরুক ১। কা সুংদায় অমা খোইরু থাংমৈ অমা পৈশা ১ মনা মখোক পৎতবা ৫ কা মপুম অমা চফু অহনবা অমদা হাপলগা ফুঙ্গা লাইরুদা মথক্তা পনম্লিবা নুমিৎ অসিদা ফুমলগা থাশি নুমিত্তা খুরুম্মী। অদুগা উমংলাইগী থৌরমদদি লাইনা য়েল চাবা ঙানু চাবা ওক চাবা নুমিৎ অসিনা ফৈ ঈ শেংই হায়দুনা উমংলাইগী থৌরম তৌনৈ। লাইচা হায়বা অসি নুমিৎপু নত্তে, থাবাল অদুবুনি। লাইচা হায়বা অসি থা অমগী মনুংদা অফবা অমসুং ফত্তবা অহুম থোক্লা খায়দোকলি।

নোংমা ১ পানবা ১১ নি ২১ নি পানবা লাইনা লাই চায়। ঈদি শেংই ফৈ অদুবু নোংমা পানবদা থৌরম তৌবসি কনাগুম্বনা য়ানিংদবসু য়াওই।

২ নি ১২ নি ২২ নি পানবা লাইনা য়েল চায়। ঈ শেংই ফৈ।

৩ নি ১৩ ।২৩ নি পানবা লাইনা ঙানু চায়। ফৈ।

৪ নি ১৪ ।২৪ নি পানবা লাইনা হুই চায়। ফত্তে।

৫ নি ১৫ ।২৫ নি পানবা লাইনা ওক চায়। ফৈ।

৬ নি ১৬ ।২৬ নি পানবা লাইনা ষল চায়। ফত্তে।

৭ নি ১৭ ।২৭ নি পানবা লাইনা ইরোই চায়।

অদুবু কনাগুম্বনা হায়রিবা থাবাল অসিদি থাবালগী য়েংলগা লাইগী থৌরম তৌই।

৮ নি ১৮ ।২৮ নি পানবা লাইনা শগোল চায়। ফত্তে।

৯ নি ১৯ ।২৯ নি পানবা লাইনা শামু চায়। ফত্তে।

১০ নি ২০ ।৩০ নি পানবা লাইনা মী চায়। ফত্তে।

অদুগা শগোল শামু চাবা হায়বসি নিংথৌগী য়াইশা খোঙনেৎ শানি হায়দুনসু ঙাকনৈ। অদুগা লাইচা হায়বা অসিদসু লাইরিক কয়া মান্নদবা লৈরি। মসি করিদগী মান্নদবনো হায়রবদা তখেল মাকমৈ কমে কবো মাকমৈ ঙাইরোং মাকমৈ খুনুং মাকমৈ হায়বা লাইরিক খরা লৈ। মসিসু করিগীনো হায়রবদি মাকমৈ মরি অসিদা খাংঙেন হাপহৈদবা সনা যুম্বী হাপহৈদবা খাঙঙবু হাপহৈদবা লৈ মরম অসিনা মাকমৈ মরি অসি লৈবনা লাইচা অসি মান্নদবনি। তখেল মাকমৈনা নোংচুপলোমগীনি হায়দুনা খায়দোকই। কবো মাকমৈসু নোংপোক লোমগীনি হায়দুনা খায়দোকই। ঙাইরোং মাকমৈসু খায়জন তিনবনি হায়দুনা খায়দোকই।

মসিগী মনুংদা খুনুং মাকমৈ হায়বা অসিনা খ্বাই তরাগী ওইবা মৈতৈ লৈবাক অসিগী চৎনবদা কায়ররোই হায়দুনা পণ্ডিত লোয়শঙ হায়বদি মাইবা লোয়শঙনা লৌখৎতুনা ঙসি ফাওবা কায়দনা চৎনরিবা অসিনি। অদুগা লাইচা য়েংলোইদবদি কোনুংদা লৈরিবা যুমজাও লাইরেম্মা গুরু নোংশাবা। পাখংবা শাগৈনা থৌগল তৌরিবা লাইশিং অসিদি লাইচা ফবা ফত্তবা হায়বা থোইনা য়েংনদে মরমদি চয়োলগী লাইথোঙ হাংলগা চাকলেল কৎপা ওইবদগী লাইনা মী চারবসু ষণ চারবসু কত্তবা য়াদবনা। যুমজাও লাইরেম্মগীনা লৈপাকপোকপদা থাওরোইজম শাগৈগী পিবানা লৈপাকপোকপা নুমিত্তা লাইথোঙ হাংলগা নিংথৌ লাই ওইরবসু চাকলেল কত্তবা য়াদে। অদুগা কুলু নোংশাবগীনা যুমশকৈশা নুমিত্তা লাইথংবম শাগৈগী পিবানা

চাকলেল কত্তবা য়াদে। অদুগা পাখংবগীনা ইরাই নুমিত্তা লাইশোম শাগেনা লাইগী থোঙ হাংলগা চাকলেল কৎলি। হায়রিবা থৌরমশিং অসি চহিগী নত্তে থা অমদা অমুক্তা তৌনবা নত্তে চয়োল খুদিংগী ওইনা তৌই। মসিদসু নত্তবা মোইরাংগী থাংজিংসু নোংমাইজিং খুদিংগী লাইথোঙ হাংলগা হৈ লৈ চাকলেলনচিংবা কৎলগা লাইমাঙ থৌগল তৌই। নিংথৌখোংগী ওকনরেনসু থাংজা নুমিত্তগী নোংমাইজিং ফাওবা লাইথোঙ হাংদুনা থৌগল তৌই। নম্বোল খোরিফাবসু নোংমাইজিং খুদিংগী লাইথোঙ হাংলগা লাইমাঙ থৌগল তৌই। মসিগুম্বা লাইফম কয়ামুকসু লৈরি। মরম অসিনা হায়রিবা লাইশিং অসিদি লাইচা ফবা ফত্তবা থোইনা খায়দে। অদুগা লাই নোংগাবা হায়বা অদুসু তৌদে। মরম অসিনা নিংথৌ লৈপাক পুবা লাই নিংথৌবু পুবা লাই হায়না খংনৈ। অদুগা খুললক্তা লৈবা লাই ওইববদি পাখংবা ওইরবসু থাংজিং ওইরবসু য়ুমজাউ লাইরেম্মা ওইরবসু লাইচা য়েংদবা য়াদে। অদুগা কোনুংদা লৌববা লাই অসিদনা নিংথৌগী লাই ওইরবরা হায়বদি নত্তে খুঙ্গংদা লৈরিবা লাইসু নিংথৌগী লাই হায়বসু থোইনা কায়দে মরমদি মাঙলমচত্তগী নিংথৌনা শিন্নরমই। মরম অদুনা লাই লৈরিবা মফম অদু লৌরাক ওইরবসু পরি অমা ওইরবসু খাজনা খিনদে মরমদি লাইনা সেম্বা লৈপাক ওইবনা মাগী লমনি কনাদসু খাজনা থিরুবা হৌনদে হায়দুনা। মতম অদুদদি লৈপাক অসিগী মপু নিংথৌনা ওইরম্বনা নিংথৌ লাই হায়না য়াম্না কল্লবা চৎনবী অমা ওইরম্বদগী লাই হরাউরি হায়বা খুঙ্গং অদু নিংথৌশিংগী থৌ কয়া ঙাক শেনবা থৌগল কয়া লৈরবসু থৌ কাইথোকনৈ হায়। অদুনা হৌজিক ফাওবা নিংথৌ লাই হায়না থৌগল তৌনরি। অদুগা শাগৈনা কোন্নবা মরননাই ওইনা খাজনা থিবগা লৈবা লাই কয়ামুকসু লৈরি। শাগেনা কোন্নরবসু মফম অদু খাজনা থিদবা লাইশু লৈরি মরমদি নিংথৌনা মিৎয়েং চংদবা য়াদবনা। ব্রাহেংলৈকায় য়ুমজাউ লাইরেম্মা, লাইরেনজম লাইরেম্মা, পাওনম ঈশিং চাইবা, হৈস্নাম লাইরেম্মা অসিনচিংবা কয়ামুকসু লৈরি। হায়রিবা লাইশিং অসি হরাউবা মতমদা নিংথৌনা শগোল শামু চুং তানচিংবা কোনুংদগী পিরগা হরাউই। মরম অসিনা নিংথৌগী লাইনি হায়বনি। মরম অসিদা মীওইবনা য়াম্না হংনিংবা খঙনিংবা অসিগী মরমদা শেংদোকচরি।

অদুগা উমংলাইগী অহানবা তৌগদবা থৌরম-মাইবনা অনম অথৌ কোকপা হায়দুনা য়ুম হায়বদি লাইশং অদুবু য়ুমদায় নাকশেং হায়বা লাইরোল অসি শোন্দবা য়াদে।

## লাইশোন

মাংশোক মদাংমদা ফমলেল মদাংমদা য়াতাংদা কোনদাংদা
তাক্লু ঈদায়মদা সেন খোঙ নাবিল মাবু পরৈ হাওভাম্মবু
থুনাম্বা নাঙৈবা চাশোংবম নাওশোংফম মাঙ্গোললাং মনুংলাং
নশোযমাং থুনাম্বা নাঙৈবাবু থাবৈ লেমমৈদা তাবগুনো।

হায়বিবা লাইশোন অসি কবিগীনো হায়রবদি। লাইশং অদু চহি অমা লৈবকলবনিনা মিরাং লৈবম্বা মোৎলম্বা অদুবু লাই অদু শের্গদ্রৈঙৈগী মমাংদা লাইশং অদুবু হান্না শনথি কাংলেন নান্না তৈবগা মনিংদা ময়াদা যেন্নখাদা কাংখদা লৈবম্বা পুম্বা শেংতোকই অদুবু য়ুমদৈ নাকশেং হায়না কৌই। হায়বিবা লাইরোল অসি তৌদনা লাইগী থৌরম তৌবা য়াদে। মবম অদুনা তৌজিক্তা শাবা যুম অহনবা ওইববসু লাই হবাউবদা মী ফমনবা খাংপোক শং ওইববসু লাইরোল অসিনা মাইবনা তাইবেন পোংফাই পায়রগা ঈশিং চাইদুনা শেংদোকতবা য়াদে। শাগেগী অপোকপা খুকম্বা ওইববদি শলাইগী পোৎলমনা নাহৈগনি। শলাই শলাই অদুগী নাহৈবগী পোৎলম তাইবেন্না নাহৈবা, নাপুনা নাখায়না নাপিনি শিংবীনি উকর্গন খোকনি হায়না খায়রিবা অদুনা তৌগনি লাইবোন্দ অসিগী লাইবোল অসিনা অদুম যাই। লাইশং নত্রবসু মীনা লৈনবা য়ুমদসু থৌবম অসি তৌগদবনি। অদুগা লাই ঈকৌকবা কাবকলগা লাইগী থব্রাথ হাপ্পা লোইবগা হৈ লৈনচিংবা থাবা লোইরগা মাইবনা অনম অথৌ কোকপা হায়বা থৌবম অমা তৌথি। মাসসু কনাগুম্বনা কনানা নমলম্বনো হাযনা য়াম্না খর্গনিংবগী মওং অমসু উবা ফংই। অদুগা মাইবা পেনা মাইবীনসু কবিগীনো হাযবা খংদবা যাদে। লাইশোল অসিনা তাকলিবাদ -

উংহৈ উংহৈ উংহৈ গেযোয মেগযাইগা থৌবি থৌয়াল লাংগা থৌবি
থৌদিল লাংগা থৌবি থবা পোংথৌ তমলি থবা মাবু লানংদে নুমিং পোংথৌ
তমলি নুমিৎ মাবু লানংদে যাব্রা কোনখাংশাগী পোংথৌ মথর্গপজগে কুমজা
পাল্লোথৌগে নোংজা পাল্লো থৌগে ঙাল্লবে তেনবে হাউং হাযেং
হায়বিবা অসিনা তাকলিবাদ মখাদা অমুকশু হাযাব।

নাহলনোং তেকপী মওকচা কাযবে মযেলচা পোং খুকায শাগাইবনা
নমলম্ব লাকলম্ব ফিজিনা ফিনা।.তাঃ। হুমলম্বা লাকলম্বা নমলম্বব্

থৌরি থবা পোংথৌ তমলি নুমিৎ মাবু লাংনদে থবা মাবু লানংদে য়াবা
কোংখাঙ শাগী পোংথৌ মথর্গপিজগে কুমজা পালোথৌগে নোংজা
পালোথৌগে ঙাল্লরে তেনরে হাউং হায়েং।

শোল্লিবা লাইরোল অসিনা তাকলিবদি নুমিৎসু গ্রহণ তৌই, থাসু গ্রহণ তৌই, মালেম অসিসু হেক নীকলকই ভুমিকম্প তৌবা য়ুহারহাবা হায়নসু মীগী মরোল্দসু হায়নবনচিংবা কয়ামুক নর্ংখিবা; পোং খুকায় শাগাইবা হায়বনা মীহায়বা অসিনা চাবোক নাওশোনফম চংলুবা য়ুমমাংবা মী অদুনা ঈরু মাইথবা নংহৌদনা লাইশং অদুদা শল চংম্রে রাইখায়বা তারে হায়দুনা শল অদু তানবা হেক চংলুবা; অসিদসু নত্তনা অঙাও অফেনা চংলগা খুৎনা শানা শোকলুবা থেংলুবা মিৎনা য়েংলম্বা চাহৈদবা চারুবা য়েংহৈদবা য়েংলুবা, হূয় চংলম্বা ওক চংলম্বা য়েন চংলম্বা অসি লাইগীর্দদি য়াম্না তৌহৈদে মীনম্বা থানম্বা হায়বা অদুনি। মসিগী মতাং অসিদা মীয়াম্না য়াম্না চিংনিনিংঙায় ওইবনা হূয়সু লাইদা শরেন কৎলি ওকশু শরেন কৎলি য়েলশু লাইদা শরেন কৎলি অদুগা হূই য়েল চংলমলগা মাংই হায়বা অসি করিগীনো হায়না চিংনবা য়াই। অদুবু করিসু নত্তে, মতম চাদনা চংলুবা য়েংলুবা শোকলুবা থেংলুবা অমসুং তৌরবা থৌরম অদুবু অমাঙবা হায়নৈ অদুবু অমাংবা হায়নসু খংনৈ, খ্বাইদগী লুবনা মফম মতম হায়বা অসিনা মরুওইবা থৌরমনি। মরম অদুনা হায়দবা য়াদদুনা হায়বা শোনবনি শোইখিবা ঙার্মখিবা পুম্নমকতো কোর্কপিয় মীপুং খুদিং হায়বদি য়ুমথোংগী কৎচরিবা হৈ লৈশিংবু লৌবিয়ু হায়না লাইরোন অসি শোনবনি। উমংলাই পুম্নমকসে চীংঙু মাগী নোংদমনি খোইয়ুম মাগী থৌজান্ খুৎশেমনি।

## পুরৈরোম্বা নাহৈরোন

পুরৈরোম্বা নাহৈরোন হায়বা অসি উমংলাই হায়দুনা লৈরিবা অসিদদি শোং দবা য়াদে। উমংলাই হায়বসি তুমা শুদবা লাইনিংথৌদা লৈবা লাইরেম্বীদা লৈবা লাইশু ময়াওরি। তুমা শুবনদি য়ামই অদুনা পুরৈরোম্বা নাহৈরোন অসিনা কোক্তবা য়াদে। চীঙনাং লক্কী পুরৈরোম্বা হায়বসি য়াম্না লিরবা লাইনি, লাই অসিগী রারী রাখোঙ হৌরকফমগী রারী য়াম্না পাক চাউনা লৈ। শমলপ্পা খরদং ইজরি।

কবিগী অঙক অঙাও হৌরিবনো হায়রবদি নোংমাইচীংদা শঙ্গায় য়ুম্ফম হায়বা খললোং হায়না খংনরিবা লাইফম অসিদা মচিন মনাও অনিখক অঙাং ওইনা লৈ; খ্বাই নুংজেংবম পিবানা নুমিৎ কাপখিবা মতম অদুদা লোলাং পাখংবা অসি মোইরাংদা শহ্লোংলোক চীঙবুলোক হাযবা অসিদা লোৎতুনা লৈম্রে। অঙোম নিংথৌগী মচা ইবুঙো অনিখক পোকই অমনা তম্পাক য়ুমদা পোকই অমনা চীঙদা পোকই। অঙাং অতোম্বা ৫সি পিক৯ মমা অঙোম লৈমা অসি লাইজাও থোকপদগী শিখবে; অঙাং অনি অসি নোংমাই নিংথৌগী নুপী অসিনা যোকই। খ্বাইনুংজেংব পিবানা নুমিৎ কাপ্লদা অঙোম নিংথৌসু শিম্রে। তেন তেকতুনা তাখিবা লমলেন অদুবু তেন্দা থোনখি। পোইবে তাবনা তেনথা হাযনা খংনবে। চীংশোম্বগী নুপীনা অঙাং অনি অসি য়োকপদগী চীংঙু মাগী নোংদমদগী নোংমাদ নুপী অসিনা শাউবদুনা অকনবা ধাহে খব ঙাংবদগী মযাম্বা অসিদি চাউবে মফম অসিদা কুইনা লৈববদি ইনাও অসি মাণখিবা তাবে হাযদুনা অহিংদা মনাওবু পুবগা লোন্না লাকলে। উহৈ হৈবিং কাংগ্রী চা চান্দুনা লাকপদগী মযাম্বনা ইশানৌ মফম অসিদা লৈবমমো ইযাম্বা উবক্তা চংলগা উহৈ থিকগে ঈশিং খৌবাংলগা উতোং অসিদগী ঈশিং অসি থক্লম্মু হায়দুনা ফকনুংগী চাঙগোল অসিদা মযাম্বনা উহৈ থিপ্পিঙৈদা কংলৈগী নিংথৌ ওইবীনবা লৈত্রে শামু থাদোক্লগা থিহল্লসি, শামুনা পুবকপা অমা নিংথৌ ওইহল্লসি হায়দুনা পুম্রে। ময়াম্বনা হসলকলবদা মনাও লৈবমদ্রবদা কদাযদা চংম্রবনো হাযদুনা শামুগী খোঙগুল লীরগা লাকপদা লমলাইদা লৈবিবা পুবৈরোম্বগী লাইফম লাই শরুবী হাযবিয়া ইবেম্মগী লাইফম অসিদা মমান্নবা মযাম শান্নদুনা লৈবমই হৌজিক্তসু অঙাং অমা শামুনা পুদুনা চৎখি অমুকসু অঙাং অমা লাকলে হংঙু হাযদুনা অঙাং নহাক কনানো কদায়দা চৎলিবনো হংবদা মাবু হাৎকদৌবে হায়না কীদুনা হংবদা খুমদ্রে। অঙাং অসি অঙাওবা ওইরমাল্লে ফুরো হায়দুনা উবৈবোম মশানা ফুববদা ঐবু ফুবিগনু ইনাও অমা মাংম্রে অদু থিবা চৎলিবনি হাযরবদা নন্যাও অদুদি শামুনা পুদুনা চৎম্রে হায়না তাকপিবে। পুবৈরোম্বনা অঙক অঙাও হৌবসু মতাং অদুদনি। মবোন থোকখিদবসু মতাং অদুদনি। হৌজিক ফাওবা মবৈ লোম্বা মীদা উবৈবোম মশানা ফুরগা মরৈ লোম্বা ফৈ হাযনরিবা অসিনি। হাযরিবা লাইবোল অসি উমংলাইগী থৌবম তৌবদা শোন্দবা যাদে। চাকলোংদা কৎলগা তোকলবসু হবাউবা ওইববসু

অমাইবনা তাইরেন মরোংমা পায়না লাইজ খিকফেং চাইরবদা পুরৈরোম্বা মরোল মরি থোকলে তিললৈরগনো লাইরৈগনো হায়বসি তীলবু লৈরগনো লাইবু লৈরগনো হায়বা নত্তে তীন্‌য়েৎ লাইয়েৎপবু য়েৎপিরগনো হায়বনি। মনাওনা নিংথৌজাগী নিংথৌ ওইখি। ময়াম্বনা অঙোমগী নিংথৌ ওইখি। মণিপুরগী ইতিহাসতা কুপ্লেঙনা অঙোম ওই, শেন্দ্রেঙনা নিংথেম ওই হায়দুনা হেক হেক ইরিবা অসি মরম অসিননি। মসিবু পুরৈরোম্বা নাহৈরোল হায়না খংনৈ।

মসিদসু নত্তনা লাইরোল কয়ামুকসু শোল্লি। হেবুরোল হায়বা লাইরোল অসিশু শোন্দবা য়াদ্রবা মরু ওইবা লাইরোলনি।

হেবুবা খুমাবা লৈমাবা অতোংবা অরেংবা ঙন্দুতু কুপথন থন ৱাওদুতু শরৈনেম কুমজাগা ওইরিবা থাজগা ওইরিবা মৈবী শললাংগা থৱাল নোংলৈগা উরিৎ চারগা ওইরিবা ঙাঙোইবা য়োইমোংবা য়োইচমলেন তমহৈবা তমপাক লেংগোই লাংগোই শেম্বা শরোং পুংমাই তোংবা লৈকাই খোমদিন লাংদিলগা অথুপ পামাংগা পুমাংগা পরৈ থাথোংগা তাওখংবা মোংবা য়ুমলাই কৈরাই শাগা তমহৈবা নংবু হান্নতাইবনে। কুমম্না কুমলিক লাইনা অৱাং কৌব্রু চীংথংলাংদা কুননৈতেক কুম্বী পোকপীনা কুম্বীহন তরংনা তরংহন কেগে য়াংখুজম নিংঙোনবীনা খোয়ম নারোল নুংদা লাংলেন কোংয়াং মচৈশুনা ফৈনা লামনা নেমবী মকাশা খোয়নাইজম নিংঙোনবীনা খোয়ম নারোল নুংদা লাংলেন তোংনা ফাকনা কাওরেল শল খোঙ্গুল মিৎয়েংবীনা মিৎয়েং হৌবা কুম্বু খোইনৌ মতা মঙাইরোইনা পাওনোকনা মকুম খাম্বী লৈনা কোনুচা হাওকু লৈমা তোনবীনা চাদনা তমবুমহৌ থক্তুনা য়ুচাওগা চাদা কুম্মৌ হৌবা কুমদা চেকলা তোন্দৌ য়ুমমোইবা য়ুবা মৈরোম্বনা লৈতাং শেংনতা পালেম উহৈ চানা ঙাওনবা কুমদা হুপলেন্না পুমথাঙ লোল থরামনা নুংগাংশা হৈকক্লা নারেংথাং থাংজিংনা কেপাক হৌবা কুমদা কুমম্না কুর্মলিকলাইনা কুম্বী মনুং ওইবা কুম্বু কুম নোংদমলিয়ে। শিনোংমৈনে পাইনোংমৈনে করি হেন্নে করা হেন্নো হাওকুও কশাও ৱাল্লো কশা খোংঙা ৱাল্লো। কশা খোংময়োল্লো কশা তিললিয়ো খোমলিয়ো শেমলিয়ো শারিও কশা মাংদা চৎপা য়াব্রা লাইবু তান্না ফমওন য়ারা কুঙখাং লাই তিকথৌ থাদৌলাই অওং অচৎলাই লোকলাং তিললাং লাইবু কশা খোংনা তান্না ফেল্লো কশা খোংদা ইনবী কশা লনতেকমবি থুমতেকমবি করুক মপা কহায়মবি

শমলাং মাইঙৌবি থিকলাং থরাংমবি শুককুম শোইগুম্বী ললগুম থুমগুম্বী ফৌগুম চেংগুম্বী কশা নংদি ললগুবীও। লোক লেনবিও কোল্লো পোকলেন্না কশা নপাউ চাউবিগনো। থিংলৌনপি তোনগনু য়াইবী ননুং নোংহৌগনু।

ইপুও থোংনাংনিংথৌ থোংনাং হিমালৈশিচিং খতু য়াংতেকচীং মেন্দে নিংথৌ শোরাবা কৈরৌখা মেন্দাং নুংগাইচীং নিংনা কৈশিচিং লৈমা শমদোং পোকপু তানা খলবও হাওনু লাঙৌবী খাংদম লোকচাওবীবু তানা খনবও নফৌ নঙা পান্ নহৈ নরোংপানবু তাইনা শেম্বীরকও শাবীরকও।

ইপুও হনগোই নিংথৌ কাম্বা শলাম্বা শলাম মঙাম নমু তিংনা পোংনুচা লৈমচা নিংথৌ শমবুম মাহারাবও। নমু পোংদি থা ১০। শামু থা১০, শগোল থা১০, ইরোই থা ১০, শল থা ১০। শন্দং থা ১০। হামেং থা ৫। ওক থা ৫। য়েল থা ২, ঙানু থা ২, খুনু নুমিৎ ১৫ নি। মীরম পোংলম শল্লম ওকলম মাবু তাইনা খলবও শেম্বীরকও শাবীও।

নপুও লৌথোংজাও থোংজাও লাইন্নক লেনবও লাইতোংখু কুনারম লাইরাংলেন তান্নরম খুরোই হাওরা লমমাংদোংবু তাইনা খলবও নশোই পানবু নফৌ নঙা পানবু তাইনা শেম্বীরমও। ইপুও কৌবরোনও কৌবা লৈমাচা কৌনু লাইমচা ককয়েল ফমফম্মা সংলৌ কাম্বা তেকপী চীং তেকপিচীংনে তেকপি খবুংচীংনে খবুং তাংলৈ চীংনে মনাইতাবা ইয়া পনগনচীং শেকরা তাংদল পুংবু তানা খলবও নফৌ নঙা পানবু তাইনা শেম্বীরকও।

ইপুও শম্ভোং নিংথৌ উফুপ লেননে উরাম লেননে চেংজা ঙারোই তোনবু তাইনা খলবও নফৌ নঙা পানবু তাইনা শেম্বীরকও।

ইপুও থাংজিং নিংথৌও থাংজিং কোইরেন নিংথৌ চাউবা কোইরেল নিংথৌ সাংবা কোইরেল নিংথৌ কোইরেল অহুম লোইবা রাতেমও, পোৎপিনে পোৎথাংনে, শিংজানে রাখাইনে নিংথৌ মঙাম্বনা পামমরু চেগাই ওইনমচীং ম্না পুনথোংচিংবা লৈময়ায় থম্বাল নোংশালৌ চীংয়াই শান্দেংলৌ কেগে শিংজা ফাইবু খলবও থাংঙা তোনবা নিংথৌ মোইরাং লাইতোংলৈমা খাংনৌবী খাংনৌপুং কেগে শিংশাপুন্দা তাইরবনে হা উং হা য়েং।

মথক্তা শোল্লিবা লাইরোল অসিনা তাকলিবদি য়াম্না কুপ্না লৈ। শল্লপ্পা মতেক

খরদং ইজরি। হেবুরোল হায়বসি মীওইবনা পোকপা অসি পলেম ইমাগী পীপুক্নুংদা থা ১০ নাউপুরগা পোকই। শলসু থা ১০ শুরগা পোকই ওক, ঙানু, খুনু, য়েলনচিংবা থা নুমিৎ লাইরোল অসিদা হায়রি। লাইগী মরমদা শেমলকপদা অশোই অঙাম খর য়াওই অদুবু করি কৌই কশা কৌই। তাইরিবা অসি শোইখিবা কশা অদুবুনি। ''তিলয়েৎপা লাইয়েৎনবা অকাই অতোই কয়া লৈরম্বা অদুবু খুল অদুগী ফনবা লাই হরাউবদা শোন্দবা য়াদে। খুল অমা হায়বসি য়ুমনাক কয়ানা পুল্লগা খুল ওইবনি। মীশি চাদনা শিখিবা পোকলকপদসু মীওই চাদনা পোকলকপা য়াওই। মদুবু কশা কৌই। য়েৎখিবা কায়খিবা শোইখিবা পুম্নমকপু তাইবনি কেগে য়াংখুজম নিংঙোলবীনা লাংলেন তোন্না ফাক্লা কাওরেল শল খোঙ্গুন্দা মিৎয়েংবীনা মিৎয়েংবা কুম্বু খোয়নৌ মতা মঙাইরোইনা পাওনোকনবগুম খাম্বী লৈমা কোনুচা হাওকু লৈমা তোম্বীনা।'' হায়রিবা লাইশোল অসিনা তাকলিবদি করিগুম্বা মী অসিনা য়ামলকলবদি শাজৎ লিচৎ কায়রকপা মিৎয়েং নত্তবা য়েংলুবা চাকচা নত্তবা চারুবা মতম নাইদনা তৌরুবা পুম্নমক্তো নদাইরেম খুল অসিবু কোকপীয়ু শেম্বীয়ু হায়জর্বনি। মীপুং খুদিং য়ুমথোং খুদিং কোক্লুদ্রবসু লাইগীদা পুন্না শুপ্না তাইনা কোকপনি।

লাইশোন অসিমা শোলহৌদ্রবদি খুল অদুদা লফুথরোলোংবা খাংতপ্তা শাংপা মহৈ চাদনা মাংখিবা ষণ মপি শিরগা শন্নাও লৈহৌবা অৱা অনা কয়ামরুম থোকই। মরম অসিনা হেবুরোল শোন্দবা য়াদে হায়বসি অসিনর্নি।

## খুম্হোক্লোন

খুম্হোক্লোন হায়বসি করিগীনো হায়রবদি লাই হাক্তক্তগী অহানবা তারম্বা খুলশিংবু কাউদনবা মাইবনা লাইরোল অসি শোল্লি। মতম অদুদদি খুল য়াম্না কুণ্ডনা তারমদে। হৌজিক্তি মী য়ামলকলবনিনা চোংথোক্তুনা য়াম্না কুণ্ডনা তারে। কনাগুম্বনা লম্মিৎলোন হায়। লম্মিৎলোন্দি নত্তে, লম্মিৎলোন হায়বা অদুদি কায়না কৌখিবা, লিলোং কৌখিবা, থৌবাল কৌখিবা, নম্বোল কৌখিবা, অদু তৌবদগী কৌখিবনি হায়বা লাইরিক কয়াদা কুপ্না লৈরি। লাইগী থৌরমদা শোন্দবসু য়াই।

খুম্বোকলোল হায়বা লাইশোল অসিদি লাইগী থৌরমদা শোন্দবা য়াদে। খুনুংনা লৈনুংনা পোকপীনা পাম্বীনা খানুনা ঙানুনা নহানা নুবিনা য়াবাঙৈ ফুদোঙৈ বানথোংঙৈ হায়রিবা লাইশোল অসিনা তাকলিবদি নুপী অঙাংশিং অসিনা ঈশিং শোকপা হৌরকপা ফুদোংবানথোঙঙৈ হায়বদি চফু উয়ান শাবা হৌরকপা, নুরা খুং দাংলৈগী মহে য়েংলগা চফু শাবা হৌখি। তেংনৌ মকুনা চফু য়ৈনবা ফুয়ে ওইরগা শাই। উতোংচাক চাবা তোকলে চফুদা চাক থোংলে। হৌজিক্কী চফু মওং অসিগা খর খেন্নরবসু নুরা খুন্দোং লৈগী মহে য়েংলগা শাখি হায়বনি।

ফৌচুম ফৌরাথোক হায়বনা ফৌশুবা হৌরকলে - হয়িচক্তা চাক ওইনা পাল্লমবদগী ফৌ ওইনা পাল্লকলে হায়বা তাকলি।

পুলাং লুরোইথোংনা লাইজ ইপাললাং ইমু ময়োল শত্তনা লৈরাই হুয়চোনগা মচন মনিংতাও হৈগোয় মশিংসু লাকয়েল ফিবম ফাঙৈগী হায়বা অসিনা তাকলিবদি ঈশিং অদু মথক্তগী ফত্তবা থুনাম্বা ইরিক কোঙ্গোলনচিংবা হাইদোক্লগা শোকই। লৈরাই হুইচোনকা হায়বনা কোক্তা পুন পুরগা লৈরাই কারকলে ঈশিং শোকলকলে। কানক খাংদৈ লাকঙৈ হৈগোয় মশিংশু লাইয়েক ফিবম ফাঙৈ হায়বদি খ্বাঙদা কানক ফনেক শেংলে ফনেক্কী ফিবান্দা হৈগোই লাইয়েক হায়বা ময়েক্নচিংবা য়েকপা হৈরে হাযবা লাইশোল অসিনা তাকলি। শরোই লাললোই মতিন্নঙৈ পানরে সেংনরে। শবোই হায়বসি হৌজিক্কীদা হায়রগা মশাগা কোন্নবা লোইনবা হায়বনি। লাললোই হায়বনা মতম অদুগী তিলয়েং লাইয়েংপা অসি লাইশিংগী মতমদগী লৈরকলে হায়বা তাকলি।

কংলৈনা ইম্ফালবু হায়বনি। পোইরৈনা কংলেন্না হায়বনা লৈপাক অসিনা হায়বনি। উবা লাইচীংনা খোয়নাইনা থাওদৈশু হাওজেংয়াং লম্বুশু কোংলৈ উনুংতা হেমজেং খাবৈপুং লংজা লৌপুফৈ খোমমিতোক উঙামপৈ চাকবাইবী বাইরি বাইতোন থাংঙা য়ুচেং কৈখু কৈরেন লিংবী বায়জলিবাথা লীবাপোক। হায়রিবা অসি খুল ওইনা লৈরিয়ে। পাম্বোইবীনা লীতোন বাইরে হায়বগী বাইতোল কৌখি।

শরোই লাললোই মতিন্নঙৈ পান্নরে শেংনরে হায়রিবসি উমংলাইদি মফম অমদা পুন্না লৈতবনা তোঙান তোঙান্না লৈখিবনা অমাইবনা শুপ্ন লাইশোন্না তাইবনি।

তিললৈরগনো লাইরৈরগনো হায়বদি লৈপাক্কী খুল অদুগী তিলয়েং লাইয়েংপবু ফনবা তাইনবনি।

হূয়াশোইনা লালশোয়না ওকতুঙৈ ঙান্দুঙৈ মিনাইঙৈ নাইঙাইনঙৈ মীন মীনায় নাইথাং চৎলকঙৈ মীওইবনা লৈকায় থাঙ্গাঙৈ ঙারা শললম পালম মককঙৈ মতেঙৈ শবোই লাললোই মতিলনঙৈ। লৈচেং হাওদমপান চাকনেম য়ুনেমপান থোংগ্রায় মেন্দাং লাকপনা লেম্ব কোংবা চীঙনাংখু চীঙঙমলেন শজিক লোন্নম থুম্বী লৈহৌ ব্রাখা লৈতোই। ব্রাখ খুলসু য়াওরকলি চীঙগোই নারল চীঙগোই তুরেলসু য়াওরকলি শিখোঙ কারল থৌবাল লীখোং কায় কারোং লাইখোং মতানঙৈ শরোই লালোই মতিনঙৈ কানক খাঙদৈ লাকঙৈগী পান্নরে শেংনরে তিললৈরগনো লাইবৈরগনো।

লাইশোল অসিনা তাকলি - তিনথুং লাইথুং মীশি মীনা ব্রাথোক লানথোক লৈববু পুন্না কোকপীয়ু খুল অসিগী হায়দুনা লাইগী থৌরম তৌবদা কোকপা তাইবনি। মসিগী মনুংদা খুরাই খুফমলেন চেংলৈ উনুংতা লালোই অহোঙ্গৈ হায়রিবা মফম অসি কবিগীনো হায়রবদি লাইফমনে। খুরাই অঙৌবা য়ুমখু য়ুমলেম্বা খুরাইদা অঙোম্মা হান্না খুল তারকলে হায়বনি। অঙৌবা কৌবদি অঙোমবুদি অঙৌবচনু হায়বগা অঙোমগী নিঙোলনি হায়না খংনৈ। খুরাই অঙৌবা কৌবদি অঙোমবুনি। অঙোম নিংথৌবু ইঙু অঙৌ পানবা হায়রগা খংনৈ। মথংদা য়ুমখু য়ুমলেম্বা হায়বা য়ুমনাক অসিনা লাকলে হায়বা লাইরোল অসিনা তাকলি।

চকপা লমবু চকপ্রম কোংখাঙ লাইজাওবা কংলাথেন ঙারেনঙান শকৎলম নুংখোং নুংনাওবী ফুরোই চীঙঙা লাংয়ান্না থোংগ্রাইবী নাকতং উবান কৈরাও পোইরৌ হামলৌ শিখোঙ লেংখু লোইমোমতাঙৈদা। হায়রিবা লাইশোল অসিনা অমুকশু তাকলি লেং লেংখু লোইমোম ফৌওইবী লাইরেম্মনা মতা ৬ মক্তা মশাগা ৭ না লেংদুনা চৎলময়ে হায়বগী লেংলেংখু কৌই। অদুবু পোইরৈতাবনা নিংঙেনসু কৌনৈ। মোরেদা লৈরিবা কোন্দোং লাইরেম্মা হায়রগা খংনরিবা অসি কোলখাং লাইজাও হায়বা লাই অদুনি মীয়াম্না কবোলাই শেম্বীলাইনি হায়নসু হাযনৈ; মদু নত্তে কংলৈদগী থোকখিবা লাইনি। লাইরোল শোনবদা খুম্ছোক লোন্দা য়াওরি। শিখোঙ য়াওরি নিংঙেন য়াওরি পোইরৌ য়াউরিবা উরান কৈবাউনচিংবা লাইবোন শোনবদা য়াউরিবা অসিনি খুরাইগী হান্না তাইরগা. ব্রাংখৈগী অমুক তাইগনি।

ব্রাংখৈ অপোকপা ফৌরালয়াল লাইকোকসু লৌরেমবম তুনেমবনা পোকপা পনম য়াংকোকপা ফৌরায়াল লাইকোকশু হায়বসি কদায়দা লৈবগে হাযবদি

লাইফম অসি চীঙখৈগী চীঙ ফকনুংগী অসিদা লৈরে। ৱাংখৈগী লম ওইরবসু পনদবা য়াদে, লাইরোল অসিদা য়াওরি। ফৌরায়াল লাইকোকসু হায়বা অসিসু চীঙখৈগী চীংদা লাইফম ওইনা লৈরি। লৌরেম্বম তুনেম্বনা পোকপা অসিনা ৱাংখৈদা লৌরেম্বম পনথক হায়না লৈরিবা অসিনি। ৱাংখৈগী তাইরগা চীঙখৈশু ফকনুংশু য়াওরিবা অসি করিগীনো হায়রবদি মফম অদুদা নত্তনা লাইফম পুম্বা শুনা য়াওরি হায়বসি লাইশোল অসিনা তাকলি।

লৌরেম্বম শাগৈদা পনম য়াংকোকপা হায়বসি অমাইবগী থৌরম তৌরমই হায়বা লাইশোল অসিনা তাকলি। শনজেনলম কোংবা হিখু হিবাল কোংবা তুরেলশু য়াওরে। খাখোং লাইখোং পরা তাক্লা লিলচিক মুংলৌ ঙাঙলৌ চীঙখম চাওপোক, চাওপোক খোঙনু ৱায়থৌগী লম অসিসু য়াউরে। কোইজিং কোয়মহৌ কদোম করাংচীঙ তোকপা য়েলফৈচীঙ হিদাম মচিন খুজা ঙানু হায় চকপা য়াৱা তাঙৈদা। চকপগী লম লোইজিং লোয়য়া য়ৌরে হায়বা তাকলি। চীঙলেল মাইকোইরেন লারাক খাঙদৈ থোংনা তিললৈবগনো লাইরৈরগনো অয়েৎ অকায় শরোই লাললোইশিংবু লৈরগনো হায়বনি।

খংশু অতানবা লালনা শিংনাবা নারল ফাইরোং চীঙখোং চুম্বা কেক্রুপাৎ, কশান শাংকৎলম মৈদিংঙু উরা কোম্ভৌবা লুরোইচীঙ চীঙমৈরোং য়াঙমথেন অশৈ ৱাংবী চিরিক চীঙদম হংগেল পৌশিং চীঙঙম উঙম মখমঙৈগী চীঙলেল মাইকোয়রেন লারাক খাঙদৈ থোংনা ৱায়রং খোইনিংমেন্না শরোই লাললোই মতিন্নঙৈ পান্নরে শেংনরে লৈরগনো হায়না অয়েং অকায় হোইতোকলকপনি।

উমু খুপুঙৈ থেংগ্রাঙৈ খুমলচা মাইবনা থোংগল লমবালচা খোয়দোকপাৎ লৈনুংচাকৌপাৎ খোইজু লৈমোমপাৎ পোয়দিংঙু লমমিংচা তলা উয়োক কোন নিংথৌ শোকপাইবা উলিংকোন। শোকপাইবা হায়বা নিংথৌ অসি মৈতৈ লৈপাক্তা পাল্লম্বগী নিথৌরোন্দদি য়াওদে লাইরোল অসিদদি য়াওরি মসি লৈশেমলোল অরিবদা শোকপাইবা হায়বা অদুনি। শরোই লাললোই পান্নরে শেংনরে। অয়েৎ অকাই অদুম তাহোকলি। মথং মনাও কায়বা য়াদে।

লেমলৈ ইতা খুমিৎ খুদাং য়ায়খুবা নাহামাং উরিপোক খোঙশাংয়াল তাকয়েল নোংখুম ইখুম তাকয়েল লাংজিং য়াওরে। পেরে শারে লাকচম ফিফৌ নারা

খোয়মোম য়াংলৌ হৈতুপপোক শজিরোক উংলৌ কাংঙবুং চিংবা ফুবা খাবী নম্বোল মতানঙৈ পান্নরে শেংনরে তিললৈরগনো লাইরৈরগনো। উংলৌদসু হৈতুপপোক হায়বা মফম লৈ। নম্বোলদসু নম্বোল কৌবা লাইফম লৈরি হান্না তাখিবা লমবু চোং চোংদুনা লাইশোন্দা য়াওরি।

খ্বায় খোঙ মরিল লাইতোন হিমশা থুমশা নম্বুল বায়নৌ চীঙঙা পিশুম হৈপোপ নারল তৌরিংবা লমলাই শরেল য়াঙগোই লৌতাক হৌতাক তাক্লথেল লৌতাক য়াংগোই তুরেন্নচিংবা য়াওরি। থাংঙা করাং কুমাইতেক চকপী লৈথোং তাঙৈদা শুগুনু চকপী য়ৌরি। শরোই লাললোই মতাঙৈদা পান্নরে শেংনরে তিললৈরগনো লাইরৈরগনো।

## য়াইস্কুল পানাগী অমুক লাকলে।

য়াইস্কুল থোংলেল য়াইচনবা মতুবা হৈরাংখোয় হৈন্নাম মাং হামজৌবা লিলোং থারোং তম্বুবা চেগায়কৈ কৈমাংশাং শওমপন নাহায় ফিবৌ লৌকু অচনবা নোংয়াই লৈকোয়পুং উচিরা খোইদোম পান ওকলেলশোই ফৌকাকচাউ পুমলেল হাপশা ইথায় পুনমচীঙ শুগুনু ইবাইতা থারে লেমলৈ মতানঙৈ তিললৈরগনো লাইরৈগনো। মথক্তা য়াইস্কুল থোংলেল য়ায়চনবা হায়বসি য়াইস্কুলদা থোংলেল লাকপা অসিনা হান্না তাই হায়বা লাইশোন অসিনা তাকলি। লাই অসি ককবাগী নোংপোক থংবদা থোংবমনা থৌগল তৌদুনা লৈরি। কংলৈনা তাইবদা ইথাই শুগুনু য়াওরগা মোইরাংগীদি অমা তোপ্পা লৈবনা য়াওরোই। হেপুরোন্দা কেগেশিংজা পুংদা তাইরবনে হায়বা অদুদা য়াওব্রে।

উমং লোন ৯ হায়বা লাইরোল অসি উমং লাইগীদা ইশোন শোন্নদ্রে য়াম্না শাংনা লৈখিবনা। মকোক ওইবা ৯ খক শোল্লগা তোকলে।

অরোইবদা তাইবনা অতিয়া শিদববু হে গুরু কনাগুম্বনা মীগী মরোননি হায়নৈ ঐখোয়গী লোন্দা হায়রগা হে কুরূ হায় বাহে খরা খেন্নে অকাইবদি লৈতে পোংতি অমতনি। হে কুরূ নোংথৌরেনবু তাইগে সোরারেনবু তাইগে পাখংববু

তাইগে য়ুরোনববু তাইগে খোঙমারোক্কী ওন্দেবা খোঙমারোক্কী হলম্বাইবা নংবু তাইগে মরিকপি মরিকপা নংবু তাইগে পিণ্ড্রাইবী অসেম্বী খোংদ্রায়বী অশাবী নংবু তাইগে অসুম্না তাইবসিনা কোনুংদা লৈপাক্কী ওইনা তাইবনা মনি নংগী স্না লৈময়োল হা নিংথৌ ফম্বীরেন ময়ায় শুমদোংপান য়াংগোই শরোইপুঙ নশু ইবুঙো ফরা য়াইদি য়াইমাবা মনি য়াইদি য়াইথোম্বা য়াইনিংথৌ মনি নংগী স্না লৈময়োল অসিগী তিলয়েং লাইয়েং তিলথুং লাইথুং য়েক্ল কললক শাপাও লালপাও পুম্নমক্তি থারৈ লেমলৈমদা খানা চাউবা কংলৈ মশু মাংদা পাম্বা কৈরেন মপি মচানা ফংতবা লাকপা হোইথরকপা ঙাইদুনা লৈরিবা অদুদা মথিক মথা থন্না ব্রাইথুংহনবীয়ো। নুংঙাইবা য়াইফবা চাকহোং ঙাহোংবা পারি ইমোম পুন্সিববু ললকুবিয়ো। খুলগী লৈকাইগী য়ুম অমগী ওইবা থৌদোক্কী মতুংইন্না ব্রাহে কয়া লৈরি।

তিলয়েং লাইয়েংপা শরোই লাললোই হোইরকপনা ব্রাংব্রেনগী শুমাংদা তেবাল ব্রা অমা য়ুংলিবা অদুদা অথুপ্পা ওইনা কৈ মপি মচা লৈ মদুদা মাইবা মাইবীনা নুংগী ওইবা মরোন খংনা হোইথগনি।

---

# কংলৈ হরাউবা

## লাই হৌবা

### মৈতৈনা লাই হরাউরিবা করিগীনো ?

অশীবনা পৃথিবী শেম্লা লোইরগা তাইবঙ্পান্ অসিদা থবায় পাম্বা শেম্বগী মরম্দা নুংবঙ্‌না লৈরিঙৈদা গুরুনা ময়া কাথোক্তুনা গুরুগী পীপুক্নুন্দা তাইবঙ্পান্দা পান্‌গদবা থবায় পানবা পুম্নমক্ উংপিবা অদু উবদা অশীবনা নুংঙাইবগা লোয়ননা লাউদুনা হৌদোক্লকপা অদুবু 'লাই হোই লাউবা' কৌই। মদুগী মতৌ অমদুনা মীওইবনা লাইনা পেন্নবা শান্নববু লাই হরাউবা কৌই।

লাই হরাউবদা থবায়না মমাগী পীপুক্নুন্দা ঈ মতুমদগী ওইনা লৈরিঙৈদগী পোকপা, পোক্লগা য়ুম কয় শাদুনা লৈবা, লৌ উবা, ফি শাবা অমসুং লৈশেম্বদা করম্না চংতুনা শেমখিবা হায়বা অদু অক্পা লাইরেল্ মথেক্ চংপনচিংবা উংতুনা শান্নরিবনি। মসিনা মীওইববু নুংঙাইবা খুন্‌জাউ-লৈচউবা পী। মরম্ অসিনা মৈতৈনো পুন্সি নুঙশাংনবা লল্ অপাম্বা অমসুং য়াইফবা ফংবা ঙম্নবা লাই হরাউবা অসি শান্নবনি।

লাই হরাউবদদি মথককি অসি শোয়্দনা ফংবগুম হরাউবগী থৌরম কয়ানা মী হরাউবা তারবদি মহয় লৈতে। মদুনা লৈবাক বা থোকপা, অশি অনা নংবা ফংই।

## লাই ফি শেৎপা

লাই হৌগদবা নোংমা বাংলিঙৈদা হরাউগদৌরিবা লাই অদু ফিজেৎ লৈতেংবা লোইগদবনি। পোলাং নত্রগা উনা শাবা ফিভম্দা কোন্‌মায় হাপ্তুনা ফিজেৎ লৈতেংববু লাই ফি শেৎপা কৌই। অদুগা ফি শেৎপা লোয়রগা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনীবু ফম্বাল্ মথক্তা থম্ববু ফমদেংবা (লৈতেংদুনা ফম্বা) কৌই। লাইফি শেৎতনা লাই হৌবা য়াদে।

# লাই ঈকৌবা

হরাউগদবা লাইগী মথক্কায় ঈশিংদগী লৌখৎপবু লাই ঈকৌবা কৌই।

লাই ঈকৌবা অসি পুখ্রি নত্রগা তুরেলদগী মাইবা-মাইবী পেনা খোংবা, থৌগল মশিঙ্ শুনা য়াওদুনা ঈকৌগনি। অহান্বদা লাই হরাউবা অদু কায়্দনবা লৈবাক-খুনগী য়াইফবা পীবিনবা (১) লৈরাই য়ু খাঙ্গনি, (২) খয়োম্ লাক্কনি। মসি তৌরমদাইদা তৌগদৌরিবা ঈশিং অদুদা (৩) কোনয়াই হুনগনি। খয়োম লাকপদা হৈরম্, লৈরম্, কবোক নাচল্ ৭, য়াম, হৈবী মনা শিংজুনচিংবা য়াওই।

লাই ঈকৌবদা খ্বাইদগী মাঙ্দা নীপা ২ না (১) থাঙ্ ফান্গনি, মথংদা (২) শেনখা পুবী লৈশবী অনী চংকনি। অদুগী মথংদা, কাউশেল্ হুমাই পুবী অনী চংকনি। অদুদগী লাই পুবা নীপা অনীনা (৩) লৈয়োম্ থেৎপা ঈহাইফু পুগনি। ঈহাইফু অদু ফি অশেংবা অমনা কিরগা ইন্নফিগী ওয়্ থংবা ফিজিনা কোনগনি। লাই পুবা মী অদু চেঙ্ থৌগল্ তৌগনি। ফিদা পুবী নুপী ২ মরেংবাল ওয়্দা ফিদা য়াল্লগা মখুৎ য়েৎনা উগী লেশুম পায়দুনা চংকনি। অদুগা নহা অহল নাইনা লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী থৌগল্ তৌদুনা মী অয়াম্বা চংকনি।

---

১। লৈরাই য়ু খাঙ্বা = লাইবঙ্থৌ লাইরুরাগীদমক্ খাঙ্দোকপা থবক্নি। উতোং ৯+৭ য়ুংলগা পুকয়ু ব্রাইয়ু চাইবা কবোক্নচিংবা খাঙ্দোক্পনি।

২। লারোন ৭ তা চেঙ্ হাপ্লগা কোন্য়াই চন্বা য়েরুম খিল্লগা লাংথ্রে ৩ না লৈহুন্ তমদুনা য়োল্লগা পয়ানা পুন্বা ময়োম্বু খয়োম্ কৌই। লাইবঙ্থৌগীনা লা উপ্‌কনি। লাইরুরাগীনা লা লোংগনি।

৩। সনা মচেৎ অমা, লুপা মচেৎ অমা, অনিবু কোন্য়াই কৌই।

৪। থাঙ্ ফান্বা হায়বদি থাঙ্ থৌগল্ তৌবনি। অদুবু থাঙ্ ফান্বা হায়দনা, থাঙ্ খন্বা হায়রবদি থাঙ্না য়ান্বগী অর্থ অমা লৈ। য়েৎ থাঙ্, ওয়্ থাঙ্ খন্বা হায়বদি য়াই।

৫। **শেন্খা** - পানা হাপ্লবা শেন্না শাবা মনা পান্বা শেন্গী পোৎ অমা মঙোন্দা লাইগী, অচৈ অশাংগী ক্লকোক্ হাপ্লবগী শেন্খা (মখা থাবা শেল্ ) হায়না খঙ্নৈ।

৬। **লৈয়োম্** - লাইগী মথক্কাই কৌবদা ঈহাইফুদা থেৎনবা লাইম্নিংথৌগী উপ্না থাবা লারোন্ ৩ দা লাংথ্রে মতোল্ ১৪ হাপ্লগা অদুগা লাইরেম্মগী লোংনা থাবা লারোল ৩ দা লাংথ্রে মতোল্ ৭ হাপ্লগা য়োম্‌ববু লৈয়োম্ কৌই।

ঈহাইফুগী মপাল্ অকোইবদা মনুংগী লা মচেংনা লৈনা শানা থেক্থগনি। অদুগী মগুক্তা লাইয়িংথৌগীনা লং অহিংবা লংজা মাপলনা ফাইবা লম অনী শাংবা লংনা পুন্গনি। লংগী মতোন্দা লাইয়িংথৌগী লৈয়োম্ পুন্গনি। অদুগা লাইরেম্মগী ঈহাইফুনা লংজা ৭ না ফাইবা লংনা পুন্গনি। মতোন্দা লাইরেম্মগী লৈয়োম্ পুন্গনি। লাইয়িংথৌগী লৈয়োম্না লৈপোপ ৭ হাপকনি।

লাইগী থৌগল্ তৌগদৌরিবা মী পুম্নমক থৌগল্ পোংলোই অসুবা শেংকনি। নীপানা কোয়েৎ, ইন্নফি, ফৈজোম্ ফুরিৎ ফিত্তৌ গুক্তা শেংকনি। নুপীনা ফনেক্, ইন্নফি, নিঙ্ কুপ্পা খ্বাংজেং অমা শেংকনি।

য়েংগদবা : কোয়েৎ হায়বনা চংগ্রুঙ্ তবীনি। ফুরিৎনা পুম্‌য়াৎ, থাজিন পান্বীগুমবা, ফৈজোম মপাল্ চন্দবনি। ফনেক্না ময়েক্ নাইবনি। পুমুত্তৌ ফনেক্তি মাইবীনা শেংকন্দবনি।

লাইপুবা : শাগেনা হরাউবা লাইদি পিবানা লাইয়িংথৌ, পু য়ায়মনা লাইরেম্মা পুগনি। পিবা নুপীনা ঈরাং পুল্, য়ায়মগী নুপীনা নাহেফু পুগনি। মসিনা ঈকৌবগীনি, অদুগা লাইবৌদনা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী ফিদা পুগনি। লাই পুবদি চারৌ মৌরৌ শেংগদবদি, করিগুম্বা শাগে অদুনা পিবা অনী পান্বা, অদুগা লাইফম্দি অমতদা পুন্না হরাউবা শাগে ওইরবদি পিবারেন্না লাইনিংথৌ, নাউদা পিবানা লাইরেম্মা পুগনি। ঈকৌবদা পু য়াইমগি নুপীনা পুবা পোৎ অদু নাউবা পিবা নুপীনা পুগনি।

অদুগা খুন্না, লৈকাইনা হরাউবা লাইগি মরম্দি খুল্ অমদি লৈকাই অদু মাঙ্শোক্ ফম্লেন্ খায়াদাক্লগা ফম্লেল লোম্গি মীনা লাইয়িংথৌ, মাঙশোক ফমলেন্ খায়দেক্লগা ফম্লেল্ লোমগী মীনা লাইয়িংথৌ, মাঙশোক লোমগী মীনা লাইরেম্মা পুগনি। য়েক্ মুংনবা লৌবা, তুমল্-লুখ্রা লৌবা মী অমসুং মখোয় অসিগী মচা মগুনা লাই পুবা য়াদে।

লাই পুবা নীপানা ইনবা ইন্নফিদি য়েংলোমদগী ওয়দা হাইগৎলকপা ফিজিননা য়েংকী লেংবানদগী পুথরগা ওয়গী ফিজিন্না থবাক্তা পুনগনি। লাই পুখ্রবদি ফি শেমবা য়াদবনা ফিইন্ অসি তৌবনি। লাই থৌগল য়াওবা নুপী মচা লৈশাবীশিংসু ফনেক ময়েক্ নাইবা (মপাল্ নাইবা) শেংকনি। খ্বাংজেং অমমম্ কিগনি। ইন্নফি ইন্গনি। ফনেক পুম্নমক খাউ তুগদবনি।

ঈকৌবা চংলম্দাইদা লাইমাঙদা লাই পুগদবা নুপীনা লা মচেং অমমম্ মখোঙনা

---

৪। ঈকৌবদ, হিরি ফাল্লগা ঈশিংদা হাইদুনা লাই কৌবা অদুবু ঈকৌবা কৌই।

নেৎলগা লাইশঙ লোমদা ওনশিন্না লেপকনি। অদুগা মাইবীনা (১) হিগাউ ফিনা লওথোক্ লওশিন্ য়ানবা য়োম্বা, লাংগোম্দা য়েৎপা হিরী লং হাপ্পা চফু অদু লাই পুবা মীগী মঙক্শমদা পুনগনি। মখোয়না তাদনবা মখুৎনা কোনদুনা পায়গনি। অসুম তৌরগা মাইবীনা লাইদা জগোই ওক্কনি। জগোই ওকপা লোইবগা মথক্তা হায়খিবা থৌগল অদুগী মতুং ইন্না পয়েং লেপলিবা অদোমদা লাই পুবা নীপা অনি অদু মফম মফমদা চঙদুনা লেপ্লবা মমায় হেক ওথ্োকপদা পেনা খোংদুনা মাইবীনা লাইহৌ জগোইনা লাই হৌগনি। মসি লোইরগা মাইবা, মাইবী, পেনা খোংবনা মাঙ থাদুনা ঈশিং মপাল তাননা চৎকনি। খয়োমগী পোৎলমগা (২) তুরেল হৈরুক্কদি নুপী অমমমনা পুগনি। ঈশিং মপাল য়ৌরগা পয়েং অনী থোক্লা ঈশিংদা ওনশিন্দুনা লেপকনি। মাইবনা কোনয়াই থাগনি।

**কোম্থারোল :** "হৌ লো ঈ মদোমবু ঈস্মহল-ও, ঈমুরোল ৬ মক ঈভৌরোল ৫ মক ঈথারী ঈরামবী ঈখা ঈনমন তাইরবনে। চিঙভু ঈবুংঙো (লাই মমিং) খোয়ুম ঈবেস্মা (মমিং) অনীমক্কী হরাউ শকশেম তমগে থৌথোক কুম্মেনগে হায়বগী নদাইরেম নখুন খুনবুকলেন অচঙবনা লাইজা ঈরোননুংদা সনা কোনগা কোনজললে, লুপা কোনগা কোম্থারকলে। লাইজা ঈরোননুংদগী সনা শঙগাই নুংঙাইবদা হিরী তোংদম ফাননা চিঙভু নকাফবিরো হায়বগী কোয়ৌ নোং লুপা অঙৌবনা কোয়ৌ নোংবু তাই, মালেম লৈ সনা অঙাঙবনা সনা য়াইগা চললবনে। হৌ ঈ ফৌ।"

থাহে অসি শোল্লগা ঈশিংদা থাদগনি। ঈশিংদা থাদবা অসিদা সনা লুপা তাওবা ফত্তে। মরম অদুনা কোনয়াইগী সনা লুপা অপাবনা তৌবা ফত্তে। হায়রিবা কোম্থারোল অসিসু লম লমগী ওইবা খরা খায়দোক্লি। শল্লগ্না খরদং ঈজরি। ইম্ফাল মখৈবু কংলৈ হায়না কৌয়ে। কংলাগী মমাঙ নোংপোকপু থাইবং হায়না কৌই। থাখ্রে থাকম পছোংদগী মমাঙ মখৈবু থাইরং কৌই। হৌ লো থাইরংবু লমহল্লো হায়গনি। নোংমাই চীং থাংমা মখৈবু শেল্লোই হৌ শেল্লোইবু হায়গনি।

কংলাদগী অথাং মখৈবু থাংথাই হায়না খঙনৈ। হৌ থাংথাইবু লমহল্লো হায়না হুনগনি।

---

১। হিগাউ ফি হায়বদি ঈকৌফু (ঈহাইফু) য়োমদুনা লাইপুবা মীগি মঙক্তা পুললিবা ফি অদুবু হিগাউফি কৌই।

২। **তুরেল হয়রুক** = লফোই লফাং চঙ থোকপা অমা, হৈ লৈ, কবোক অথুম অহাউ।

মখাবু থারে কৌই হৌ লো থারৈবু লম্ম হল্লো হায়গনি। থারে হায়বদি অরোং ফৌগাকচাওদগী শুগু ফাওবা থারে কৌই।

নোংচুপ মনীংবু খুরোই হায়রগা খওনৈ।

শুগু মখা মখৈদি লেমলৈ হায়গনি। হৌ লো লেমলৈবু লম্মহল্লো।

লমদেং, কমেং, লোইদাং, খুরখুল, চিরাং, কৌদ্রুক, কন্দাংবন পনখা, লম্বাল ময়াংলাংজিং, ঙারিয়াম্বম, অখাম অৱাং সেকমাই, কংলাতোম্বী, অসি মখৈদি হৌ লো লোইবু লম্মহল্লো হায়গনি।

নিংঙোম্বম হিয়াংথাংদগী হৈয়েন কৈরক, ৱাবগাই অসি মখৈবু লাংলোই কৌই। হৌ লো লাংলোইবু লম্মহল্লো হায়গনি।

চঙাঙ্গৈদগী নম্বোল, লৈমরাম, মোইদাংপোক, পাটশোই, তাউবুংখোক, লমশাং অসিমখৈবু লনলোই কৌই। হৌ লো লনলোইবু লম্মহল্লো হায়গনি।

খুরোই ওইনামদগী মাইবমলোকপাচিং, লমস্কাংদোং ফাওবা লম মখৈদি খুরোই কৌই। হৌ লো খুরোইবু লম্মহল্লো হায়গনি।

ঙাংঙোই নিংথৌখোংদগী মোইরাং ফাওববু ঙাংঙোই কৌই। হৌ লো ঙাংঙোইবু লম্মহল্লো হায়গনি।

কেগে মথক্তা হায়রিবা লম অসিগী তুরেল ৱাংমা মখৈদি কেগে কৌই। হৌ লো কেগেবু লম্মহল্লো হায়গনি।

লাল্লোই লিলোংদগী থৌবাল ফাওবদি লাল্লোই কৌই। হৌ লো লাল্লোইবু লম্মহল্লো হায়গনি।

লাইগী লাইশঙ অমসুং শঙলেন মনুংদা হুনবদি চীংঙুবা লাইকোন্নুং মোংবা যুমদাংশঙ হৌ মোংবা যুমদাংবু লম্মহল্লো হায়গনি। কবোদনা হৌশেনবীবু লম্মহল্লো হায়গনি। ময়াংদা হুনবনা হৌ খোঙনাংবু লম্মহল্লো হায়গনি। মসি লোইরগা মাইবনা নত্রগা মাইবীনা খয়োম লাক্কনি। লাইনিংথৌগী খয়োমনা খুৎ য়েৎনা পায়গনি পয়া ৯ না পুনগনি, লাইরেম্মগী খয়োমনা খুৎ ওয়না পায়গনি, পয়া ৭ না পুনগনি। লাইনিংথৌগী খয়োমনা নোংথককি, লাইরেম্মগী খয়োমনা লৈখাগী খয়োম কৌই। মসিবু লৈথক-লৈখা লাকপা কৌই। খয়োম অনী অসি লাইশোন অমতনা লাৎকনি। শোনবা হেক লোইবদা চপ মান্ননা ঈশিংদা থাদগনি।

খয়োম লাকপা লোইরবদা মাইবীনা লাই পুবা মীগী হিগাউ ফি মনুংদগী ঈকৌফু অনী অদু লওদুনা লাইনিংথৌগীনা য়েৎনা, লাইরেম্মগীনা ওয়না পায়রগা থাংজিং, মারজিং, ৱাংব্রেন, কৌব্রু মায়কৈ মরিমক্তা ওন্ন ওন্ন থাংজিংদগী হৌদুনা খোঙগী জগোই শাগনি। অদুগী মতুংদা চফু অদু হিগাউ মনুংদা অমুক হাপচিল্লগা মাইবীনা লাই থেমগৎকনি।

---

## লাইথেমগৎপা

লাই থেমগৎলমদাইদা মাইবীনা লাই পুবা অনীনা পায়রিবা ঈহাইফু অনীদগী হিরী লং অদু তিংথোক্লগা হিরী চয় অনী অদুগা লৈয়োম অনীগা লং অদুনা অহুমলক য়েৎলগা পুল্লপ্লা পায়গনি। লং মরী অনী অদুনা লৈপাক তাদনবা মাইবীগী লেংবানদা তাহনগনি। মতুংদা লাই পুবা অনীগী ওয় ওইরপনা খুৎ য়েৎনা লৈয়োম পায়রগা ঈশিং মপানদা নীঙ্গাংনা ফমদুনা মখুৎ ওয়না শরিক খিংলগা লৈয়োম অদু ঈশিংদা চুপ চুপ লুপকনি। মাইবীগী ইন্নফি অদু মচি অমনা মমায় খর কুপনা কোকশেৎ শেৎকনি। মকোক খুমলিবা ফিজিনা শরিক পায়গনি। লৈয়োম ঈশিংদা লুপ্লা মতমদা "লৈহৌরোল" শোনগনি। মসিদা মাইবী লাইপাউ চেনগনি। অসুম্না লাই পাউ চেনবা লোইরগা মাইবীনা, শরিক অদু লৈপাক তাহনদনা মফম চানা করিগুম্বা লানচিংবা অমগী মথক্তা থমলগা লৈয়োম অনী অদু তোঙান তোঙান লৌথোক্লগা য়েৎ ওয় কায়দনা ঈকৌফুদগী লং (হিরী) অদুনা লৈয়োম অদু য়োমশিল্লগা ঈকৌফু মনুংদা হাপচিনগনি। মসি মাইবনা লাইয়িংথৌগী মাইবীনা লাইরেম্মগী লৈয়োমগী থবক তৌগনি। লৈয়োম ওন্নবা য়াদে। মাইবী মাইবসু ওন্নবা য়াদে।

অদুগা মাইবীনা শরিক খিঙদুনা লাই হৌগৎপগা পেনা খোংগনি। পুঙ য়াওরবদি পুঙসু য়ৈগনি। মাইবীনা লাইরোল তাদুনা লাইপাউ চেনবা হেক হৌবগা পেনাসু পুঙসু লেপকনি।

ঈশিংদা লাই ঈকৌবা অসি লোইরগা ঈকৌফুদা লৈয়োম হাপ্লা অসিবু লাই লৌখৎপা (ঈকৌবা) কৌই অদুগা লাই লৌখৎপা লোইরগা লাইশঙ য়ৌনবা লাকপা অবিসু হিগাব কৌই। লাইনা হিগারকপা মতম অসিদা থেংখাঙ অহুমলক লেপ্তুনা লাইবুংথৌনা অমুক, লাইরুরানা অমুক অমসুং লৈকংলাইনা অমুক জগোই অহুমলক ওক্কনি। মসিবু খুঞ্জাউ-লৈচাউ জগোই কৌই।

ঈকৌরগা হল্লকপা অসি লাই পুবা মী অনী অদু মমায় ওনশিন্নদুনা লয়বক্লবা (লাইরেম্মা পুবা মীনা য়েৎলোমদা লাইনিংথৌ পুবা মীনা ওয়বোমদা লয়রগা) হান্নগী পরেং অদু কাযদনা লাক্কনি। জগোয ওকপা লোইরবা মতুংদা লাই শুমাঙ চঙলকপদা ঈকৌফমদগী শোক্লকপা ঈশাই চফু ওইনবা পুল মকোক্তা পুবকপী নুপী অদুনা মাঙদা চৎখৎলকলগা ঈকৌফুদগী হিরী অদু তিংথোকলগা লৈয়োম অনী অদু ঈশাইফু মনুংদা তপ্লা হাপকনি। লং অদুদি মখুৎ অনীনা পুল মপালগা লোয়নননা পায়গনি। লং অদু লৈপাক্তা তাবা অমদি তৎপা য়াদে। করিগুম্বা মসি তৌবা থোক্লবদি অমুক হন্না ঈকৌগনি, মাইবনা অনম অথৌ কোক্কনি। ঈশাইফু পুবসু মশাদা শৈনাইদবী নুপীনা পুগনি।

## লাইমাঙ য়ৌবদগী তৌগদবা থবক

লাইমাঙদা (লাই শুমাঙদা) ঙা পরেং হাপ্লা, থুম কাগুপ, শেল কাগুপ হাপ্লা ফৌদাং থুম্মুক ১, য়োৎ খুনেৎ, শেল খুনেৎ, ঙানু খোঙগাল ৯, খুনু খোঙগাল ১ থমগনি। ঈশাইফু পুবী নুপীনা মাঙ থাদুনা লাকপা অদুনা লাই শুমাঙদা থারমলিবা পোৎ পুম্নমক অসি ঈশাইফু পুবীনচিংবনা মখোঙনা কাল্লগা লাইশঙলোমদা চুম্না চঙশিনগনি। নুপী অদু নত্তবা অতৌদি লাইনিংথৌগী কাঙবুনা য়েৎ থংবা খোঙনা, লাইরেম্মগী কাঙবুনা ওই থংবা খোঙনা কানগনি। মী পুম্নমক্লা পোৎশিং অদু কানবা লোইদ্রিফাওবা শরিক খিঙগনি, পেনা খোঙগনি। হিগাবদা খোংবা পেনা মরোনদি হিগারোন খোঙগনি।

পোৎ কানবা লোইরবদা ঈশাইফু মনুংদগী মাইবনা লাইয়িংথৌগী লৈয়োম হিরী লৌথোক্লগা লং অদু তিংথোক্তুনা পায়গনি। মাইবীনা লাইরেম্মগী লৈয়োন

হিরী লৌথোক্কুনা পায়গনি। মাইবনা পায়বা লাইয়িংথৌ হিরীদা নীপা ৩, মাইবীনা পায়বা লৈয়োম হিরীদা নুপী ৩ না কোকশেৎ শেৎলগা খ্বাংজেৎ শেৎতুনা নীপানা মাইবী মথংদা নুপীনা মাইবীগী মথংদা মথং মথং পায়রগা ফমদেংলিবা লাই অদু য়ৌনবা খোঙথাং মান্ননা চঙশিনগনি। মদুদা মাইবনা (১) হিরী লাউগনি। মাইবীনচিংবা ময়াম্না খুমগনি। মসিবু হিরী ফানবা কৌই। ঈশাইফু অদুদি লা থারগা কায়দনবা থমগনি।

হিরী ফান্দুনা চঙলকপা অদুনা লাই য়ৌরবদা লৈয়োমনা ফমদেংলিবা লাই অদুগী খোয়দৌগী মপাদা মাইবনা লাইয়িংথৌদা, মাইবীনা লাইরেম্মদা শোক্কনি। মসিদা ফমদেংলিবা লাই অদুগী মথক্সাই হাপলে। মাইবনা হায়রগা মাইবীনা খুমগনি। অসিগী মতুংদা ঈকৌফু অনী অদু হিগাউফিনা য়োম্লগা লাইনিংথৌগী চফুনা লাইয়িংথৌগী যেৎতা, লাইরেম্মগী চফুনা লাইরেম্মগী ওয়দা থমগনি। লৈযোম য়েৎপা লং অদুনা কোনশিল্লগা ঈকৌফুদা হাপ্তুনা থমগনি।

অহানবদা, মাইবীনা লাইয়িংথৌগী লৈয়োম থোকপদা গুরুগী লৈ লাংথ্রে মপোপ মঙা অদু লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনীগী মবক্তা থমগনি। মসিবু নমঙা লৈ কৌই। অদুগা লেমহৌবা মতোন ৯ না লাইনিংথৌগী হকচাং শোক্লা মাঙলোমদা থমগনি। লাইরেম্মগী লৈয়োমগী লাংথ্রে মতোন তরেৎনা লাইরেম্মগী হকচাং শোক্লা মাঙলোমদা থমগনি। মসিবু লৈ হুনবা কৌই। মসিগী মতুংদা মরক্তা থমলিবা লাংথ্রে মপোপ ৫ অদুগী অহুমনা লাইয়িংথৌদা, মপোপ ২ না লাইরেম্মদা থমগনি। মথংদা লাইয়িংথৌদা থমবা লাংথ্রে মতোল ৯ অদুনা য়েৎতা খুভম য়ারিবা লাইবুঙথৌ ৯ দা থমগনি। লাইরেম্মগীদা থমবা লৈ মপোপ ৮ অদুনা লাইরেম্মগী ওয়দা খুভম য়ারিবা লাইরুবা ৭ তা থমগনি। মসিসু লৈ হুনবা কৌই।

ফমদেংলিবা লাইগী ফানখোং মরিমককি মনাক্তা লা অমমম লোংনা থাগনি। লাই অনীগী মরককি মপাদা ফাল মখাদা লা লাতোননা উপনা থাগনি। মসি চনিঙ থাবা কৌই। অদুগা লাইগী মমাঙদা লা লাতোল অহুম তাইশিন্নদুনা পাকপা থাগনি, মসিবু লুকমাঙ থাবা কৌই। লুকলেনসু কৌই।

---

১। হিবী লাউবদি মাইবনা "ও: ও: ও: লে ও:"। ময়ামনা "হি হি"। মাইবনা "এ: এ: এ, ওলে ও"। ময়ামনা "হি হিহি"।

লূকলেনগী মনাক য়েৎলোমদা লা ৯ উপনা থাগনি। মসিবু লাইবুঙথৌ ৯ গী লাথা কৌই। অদুগা লূকলেনগী ওয়দা লা ৭ লোংনা থাগনি। মসিবু লাইরুবা তবেৎকী লাথা কৌই। লাইবুঙথৌ লাইরুবাগী লা অসিদি মায় ওনশিন্নবগী মওঙদা থাগদবনি। থারিবা লা পূম্নমক অসিদা লফোই লফাং, চু-হয় কবোক অথুম অহাউনচিংবা হাপকনি। অদুগা লোংনা থাবা লাগী লফোইদি লোংনা হাপকনি। উপনা থাবা লাগী লফোইসু উপনা থাগনি।

**য়েংগদবা :** উমং লাইগী মনুংদা পুরেবোমবা, খোরিফাবনচিংবা মৈ চঙবা কবোকনচিংবা কৎপা য়াদবা লাই য়াওরি। লাইনিংথৌ খোরিফাবদি ঙা কৎপা য়াদে। মসি য়েংনা লাইগী থবক তৌগদবদি।

লূক থাবা লোইরবদা মাইবনা অনম অথৌ কোক্কনি। অনম অথৌ কোকপদা ফি মরাক তাইবা অমনা অহুম থোক্না থূপ্লগা লা লাতোন অমগী মথক্তা থাগনি। ফি মথক্তা চেঙ হৈগনি, লফোই চঙ থোকপা ১, হয-লৈ, কবোক অথুম অহাও হাপকনি। খূনেৎ শেল মরি হাপকনি। কোনয়াই হুনগনি।

**শোনগদবা লাইশোল :** ঈশিং হাপ্পা নাহৈফু অমদা নাগী, শিঙবী, তাইরেন, পুংফাই, নাপু, নাশেল, লৌদ্রে, চাদ্রে মনা মযাম অসি লূপ্লগা লাইশোলগা লোয়ননা খিককনি। অহানবা ঈরু লাইশোল, মথংদা য়ুমদাই নাকশেং, মথংদা নাহৈরোল শোনদুনা কোকথোক শেংদোক্কনি। অদুগী মথংদা খুনথোকলোন লমমিংলোন শোল্লগা অতাই লাইশোননা লোইশিনগনি।

অসিগী মতুংদা পেনা শকপনা ঈকারকপগী ফম্মাং থৌগল তৌগনি। লাই অদুগী মতিক ময়াই থাদুনা পেনাগা কোন্ননা শক্কদবনি। মসিদ য়াকাইরোল শকপা য়াদ্রি। পেনা থৌগলগী ফিদাদি চন্দ্র, ঈন শাবা লফুৎকী ফিদাদা ফমদুনা শক্কনি। অতৈদা ফমদুনা শকপা য়াদে। অসিগী মতুংদা মাইবীনা লাইপাউ চেনগনি মসিগী মতুংদা মাইবীনা শরোয় খাঙহৌগনি।

---

## অনীশুবা তাঙ্কক
## নুমিৎ খুদিংগী তৌগদবা থৌরম

**অয়ুক্তা পেনানা লাই য়াকৈগনি ।**

**পেনাগী মরম :** তাইপং পানপকী মপু কুরুপু খুলুমনা ঈরক্নে। তাইপং পানপনা পোক্লরকপা মলমপু হায়লককে। চাকৃকপা খুংখোইপতি নুংসিৎনে। তাংকৃপতি ঈশিংনে। সিংলিকী খিচিকতা হোপা লাকলেনতা হায়নরে। হৌচিকসুং তৎত্রিপা মখৈ। পোকসুং পোককতনে। সিসুং সিকতনে অনীমা হায়ননা নুংশি নুংওনবা অখুপা মফমতা লোননা খাইনরে। অতুকিপু অনী তকওনে তকও। তোকতুও কৌয়ে। নুংপু মিৎনা খাইনপা মখুরোন কৌএ। খোইনৌ কৌপতি পানথোইপীনে। পেমমাতি সনা মহিনে। পেমমানা নৌফমনে। খোইনৌনা খোইরিনে চাকৃকপা খুংহ্খাংপতি সনা মহিনে। তাংকৃপিতি পানথোইপীহন থোংঙারেননে। ঝাপা কৌপতি রিতুনে। তোকপতি কামহন। সাপিতি পিচনে সাপিনা থোংঙারেনকী য়ুমপি পাইতনা পাওকৌপতি। মী উনে পৌনেপিতি চাননাপনে। পোইরৈতোন কৌপতি অঙাংনে। চাকৃকপা খুখোংপতি তাকুপ তায়াংপা চানিংহেনপা মোইফেংপা। মরি লিসপা মরাং লাংসাপা অমতাওরিপা সাকারিপা হাইপতি ইমু ইরাইথিপিকপু হাইপনে। হিংনা চাপা মরম চামমা মুননা চাপা মরম চামমা হাইপতি খোইরিনে নৌফমতি থানে। খোইরিতি নুমিৎনে। অসাইকী হায়খিপা পুমনমক অসিনা মপান ফাওনা হায়রপতা নুমিৎ কৌবা লাইনা মরুওইরে। মনুংতকী হৈপোং অতুনা তেংখল ওইরে মখুল অখুপা হাইপা অতুনা পুংকোইকী মনুং ফাওরতুনা অয়ামপা হায়খিরিপাকী উংকারা অতুনা সিংলিমৈ লেমপা ওইরক্তুনা। পুংকোই মনুং অতুনা উয়েক ওইখিএ। সিংলি সিবোমপকী

মতোল অতুনা তাবগুপানপকী পেননরিপা মখুল অতুনা উতোং ওইতুনা উয়েক ওইরিপা সিংলিতা হুকলে। য়েৎ ওইপা অসাই হাইখিবা খোইরি অতুনা চৈচিং ওইরে। হায়খিপা মরি লিসপা মরাং লংসপা পুমনমকনা সারিক ওইরে। অতুকী অউপপা লাইফম অতুতা হৌরিপা সিংন অতুনা মরি অনিমক ওইরে। সিংলি খাংনপ অতুনা ফারতনা মপানথোকনা তাইপংপাননা পেননরে হায়পকী পেনা কৌএ। অসিপু মপানথোকনা খোংপতি তাইপং পানপকী পোক্লকপকীদমক অসিপনা খোংএ। অসি মতুংতা কাখংপনা মোইরাং লোইরেন সনা পুংতা চহি চামা পাললুইএ। চুক মতম সুরে হাইতুনা খুল কারকপতা থাংচিংনা খোংকৎলকএ। অসিগী মতুংদা তাইপং পানপা নিংথি নুংঙাইনপা হাইপকীতমক খাপি পেননপা নাহাপা মোইরেং চাসপা হৌনা খোংএ। নাহাকা মোইরেং চামপনা নমু তাইপং পাননা খোংনপা হায়পকী খোম তুমপানা মরুওইরে। মুকসু হাইমৈ চোনকী উননা চিংএ। উয়েক উতোং তোকপএ। চৈচিংতি নোং সলিকনা ওইএ। মরি অনীমকতি সামতোন অয়াংপা ফাঙেকী সমথরকপা সকোন মমৈনা ওইরে। সনা খোংনাংলৈমকী সামতোম ফাপকী খোইলি মসুংতমনা লংনা চুমপুল ওইরে। অসি মতুংতা খোইতোম মানতোম অনীনা কেকে লমথোক সকঙেতা খেংলমএ। অসি মতুংতা অসৈপনা সকএ। নিংঙোল য়াইমা পনা খুৎলৈ অয়ামপপু থোকতুনা খোংএ। অসি মতুংদা খোইমোমলাইয়িংথৌ খানা চাওপনা সনথোংমরিপনা। নোংচুপময়াং কাললপুরতা। তখেল খোমাকেনি পোকলুঙেতা। লাইয়িংথৌ খাকেমপাকী হাকতকতা খোমামা য়ুপি পুরকতুনা খোমতকী য়ুপিনা সিললে। পেনা অচৌপা অপিসা খাইএ। চৈচিংয়োৎনা ওইরে। সরিক সেননা হৈএ। অসি মতুংদা পামহৈপা হাকতকতা পেনাকী সংলিংতুনা সংলাকপা হনচপা হিংতংহাপএ।

হায়না ইরমলিপা অসি পেনাগী হৌরকফম মৈহৌরোন কৌবা পুয়াদা অরিবগী ৱাহৈ ৱাতা ওইনা ইরমই। ওজাশিংদগী চিনথাং ওইনা মথং মথং তমহৌবা তাকপিরম্বগা ইরমলিবা ৱাহৈশিং অসি য়েংলুরগদি। পেনা হায়বসি য়াম্না মরুওইবা কুরু লৈমরেন অনিমকনি হায়বয়াই। অদুনা খোংনা শোকহৈদে থম্বা মতমদা ফিদা অমা থাদনা লৈপাকতা হেক্তা থম্বা য়াদে। খোংবা মতমদসু কুরু লৈমরেন অনিবু হৌখলজরগে হায়না সেখিলদৌ হায়না তাকপীরমলিবা য়াম্না চুমলবা অমনি। য়েৎনা পায়রিবা

চৈচিংনা পঙ্খৌ ইপানি। থাদা পমলিবা পেনানা পলেম ইমানি হায়না শৈথারিবা অসি নুংগী ওইবা ব্রাহছোক লৈরি।

অদুনা পেনা হায়বসি করম্বা মতমদগী কয়া য়াম্না লিরবগে হায়বসি চপ চানা হায়দ্রগসু কুরু লৈমরেম অনিমকনি হায়রিবা অসিনদি অনি অসিদগী হনবা লাইদি লৈতবনা য়াম্না লিরবা মতমদগী লৈরকলে হায়বয়াই। খরনৌরগসু পাখংবা হায়রিবা লাই অসিসু উমংলাই ওইনা খুল কয়ানা খুভম য়াদুন হরাউনরি। অদুনদি পাখংবনা মোইরাংদগী খুলকারকপদা পেনা খোংলগা কারকই হায়রিবা অসিসু য়াম্নামক নৌবদি নৎতে। পেনা হার্যরিবা অসিগী য়াওদবা য়াদবা থৌরম মফম মতম অসি য়াম্না য়ামশ্রে। লাই হরাউবা কুমচনবা চাকলোং কৎপা সনা মহিগী থৌরম তৌবা উমং লাইগী থৌরমনিবু হায়রবদি পেনা য়াওদবা য়াদে। লাইহরাউবা মতমদনা মাইবনা ঈশিংদা কোম্থারোন শোন্দুনা কোনয়াই থাবদগীনা মাইবীনা চফু অনি পায়রগা খোঙলি খোঙথাং তুথুপ জগোই শাবা লোইরদুনা লাইগী মপাও চেনবা হৌবা ফাওবা পেনা খোংদবা য়াদে। হিগারকপা মতমদসু পেনা খোংগনি। ইকৌরিবা মফমদগী লাইগী শংলেন য়ৌবা ফাওবা লাকপা মতমদা থেংখাং অহুমলক নত্রগা মঙারক জগোই ওকপদশু পেনা খোংদবা য়াদে। লাইনাওশুম্বা মতমদশু পেনা খোংদুনা লাইরোল শকলগা শুমগনি। নোংঙাল্লগা য়াকায়রোন লাইরোল শক্লুনা পেনা খোংদুনা লাইহৌদোক্কনি। নুংথিন্দশু মাইবীনা চিংদুনা জগোই ওকপা হায়না নুপি ময়াম চিংদুনা জগোই শবা মতমদশু পেনা খোংদবা য়াদে। নোংমগী লাইহরাউবা হৌবদগী লোইবফাওবা পেনা য়াওদবা শুকয়া মক য়াদে। মফম মতমদি লাইবৌ শান্নবা হৌবগী লাইচিং জগোই। অনোইরোল। পাম্ছোইবী জগোই। চোং খোং শান্নবা হায়বদি থাজিং। মারজিং। ব্রাংব্রেন। কৌব্রু চুক মরিদা পাওরৌ শান্নবা মতমদা পেনা য়াওদবা য়াদে লোইদুনা লাইনা ফম্বাল কারকপা মতমদশু পেনা খোংলগা কাগনি। মসিনা লাইহরাউবগী মরমনি লৈবাক্কী ওইবা মেরাথাগী তরানি পানবদা ক্বাক তানবগী অসিদশু পেনা য়াওদবা খোংদবা য়াদে। মতম খরগী মমাং হায়বদি নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদদি অয়ুক নুমিদাং হায়বদি তুমলমদাই অয়ুক্কী য়াহৌরমদাইদা ফমমাং থৌগল হায়দুনা পেনা শংলাকপনা য়াকায়রোন শকলমই। অমনা চকপশিংগী শিবা মতমদা পেনানা শিংকুমলোন নোংগারোন্নচিংবা মী অদুগী মথৌ মঙম পুম্নমক পেনাদনা তৌই। পেনা হায়বসি মীওইবা ঐখোয়গীদি থাদোক্লবা য়াদ্রবা য়াম্না মরুওইবা অমনি।

**পেনাগী য়াকায়রোন শন্নপ্পা খরা :** উম হুম হয়ি হয়া। হয়ি হয়া হয়ুম ১ হয়া হে হে শু হয়ি চাঞ্জুম হয়াচা। হয়াচাজুম হয়িচা হয়ি ময়েক তরুকমক ইয়া ময়েক অহুম মক হয়ি হয়া হয়ুম হায়না ব্রাকমনা ইনুংশিখোংয়াগা হৌরক্লগে। নাহাননোং ব্রাকমনা মালেম লৈশেমলকপবু লৈরোই ইশে য়াবালেনবু কাউদশি খুংগি ইবা ইখোলজেনবু নিল্লবদা নিন্দশৈ তাম্না হৌরৌ লৌখোং নিংথিববু ফুল্লবদা ফুন্দইশৈ শাজংনিংথৌ শজাং লাইমৈলেম্বনা পামু পামফোই লৌ শিংকা শিংতমলৌ ঔগ্রী নংনা কোলোঙ খেনচু নংনা পাওদোইয়ো খেনচু পাওদোনানম শকঙৈগী ঔগ্রী কোলোয় লৈহৌরকপবু ইব্রাক মাবু চৈনমফদে। থৌকাউদনা শৈহৌজরক্কে।

হে ইবুংঙো মোইরাং থাংজিংগী মখুৎশুবু পাইরদুনা মরিলিশিবা মরাং লংশবনা অহয়বা চোমজাও য়াল্লদুনা থাংমাই মারহনবগী লাংগোই মোইশা অয়াংবগী শামৈ অনি কারননা নদাইরেম্না পেনা থাদা কোন চৈচিং য়েৎলোম পায়না লফুৎ ফমজিং লাংদা ফম থৌকাউদনা শৈহৌজরক্কে হে ইবুংঙো। মসিনা অহানবগী শৈথা শৈহৌনি। শৈথা শৈহৌ হায়বসিশু পেনা খোংবা ওজাশিং অসিশু অমগা অমগা খেন্নবশু অদুম থেংনৈ মসি করিগী খেন্নরিবনো হায়রবদি মতম খরগী মমাংদদি পানা মরি হায়দুনা লোইশংগী থৌপুবদা লালুপুবা হায়না তৌনরমই। নাহারুপ। অহললুপ। খাবম। লাইফম। খুরাই। ব্রাংখৈ। খ্বাই য়াইস্কুল। মাইবীগীশু শংলেন। ফুরা। নোংমাই। হায়না লৈরমই। অদুনা মাগী মাগী পানা অদুগী ওইনা য়াম্না খেন্নববুদি নংতে শৈথা শৈহৌদা খরদনি অতৈ মাইকৈ মরিগী শৈথাবদি খেন্নবা লৈতে। চপ মান্নে। মথক্তা পঞ্জরিবা শৈথা শৈহৌ অসি লোইরবা মাইকৈ মরিদা কৈবা চেকলাবু শৈথাগনি। মসিশু উচেকশিং অসিশু মানা মানা পুবা থা লৈরি। উচেকশিং অদুদি চরোইনা পুবা থা। লংখুনুনা পুবা। ব্রাপ্রেকনা পুবা। উচিনাউনা পুবা। চোংচ্রোইবীনা পুবা। চোংখুনা পুবা। অশুমতৌনা উচেকশিংসি মাগী মাগী থা মতম খায়দোক্লগা পুই। অমনা য়েল হায়বা অসিদি থা মতম নাইদে নুমিৎ খুদিংগী অহিং নুংথিন নুমিদাং মতম অহুম অসিদা য়েল খোং অহুমলক হায়দুনা খোংই। উমংলাইগী হরাউবদা য়াকৈবদি উচেকশিং অসি মশিং শুনা থাদবয়াদে। অদুনা পেনাগী মখোল অসি হেকতাবদা পুকনিংদা ইনৌ নৌবা অমা পোকলিবসি পুম্নমকপু শেম্নীরকলিবা কুরু লৈমরেন ওইবননি।

**য়াকাইরোলগী :** 'হয়ি হয়া হয়ুম' নচিংবা 'মালেম্ লৈশেম্ লৈরোইশৈ' নচিংবনা হৌদুনা তেংথাদুনা য়াকাইগনি। য়াকাইবা লোইরবদা মাইবীনা লাইমাঙ ফমদুনা লাইপাউ চেনগনি। অদুগা লাই লূক চনগনি।

নুংথিনদা মাইবীনা, মীয়াম তিল্লবা মতমদা লাইগী জগোই ওকপগী জগোয় শাগনি। মাইবীনা জগোয় ওক্তনা অতোপ্পা মী অমনা জগোয় শাবা য়াদে। মথংদা লৈরোই হঞ্জবা হিদংনা ফিরোয় শুনা শেৎলগা লৈ লাংগনি।

**লৈ লাংবগী মওঙদি :** অহানবদা নীপারোমদা চোঙথোঙদা লৈ কৎকনি। মথংদা লাইগী পুঙদা লৈ কৎকনি। অদুদগী মাইবা, পেনা খোংবদা পীরগা লাইবুং অদুগী ফমদৌশিং অদু অহনদগী হৌনা মথং মথং লাইয়িংথৌগী লৈমলনা য়েনগনি। অদুগা লাইরেম্মগী নাকল হায়বদি নুপী রোমগীসু লাইরেম্মগী চোঙখোঙদা লৈ অমা কৎলগা মাইবীদগী হৌনা নুপী ফমশাং অদু অহন্দগী মথং মথং লাইরেম্মগী লৈমলনা য়েনগনি। অসিগী মতুংদা মাইবনা ফিরোয় শুনা শেৎপা মী খরগা লোয়ননা পুঙগা কোন্ননা লাইবুঙগী সম্বোঙ পাংবা মায়কৈদা মখাগী ব্রাহয়শিং অসিনা হোই লাউগনি।

**হোইগী মরোল :** হৌ- হো-হোই-হাহা-হা, হেরিলো হেরিলা, হায়ুতে খুলাই তে হে হয়াহে। সিবু থোইনা হরাউবা লৈবরা লৈবনে। শে শে নসে শয়া নসে দা। নোংথৌরেনগী শগোলনে মমৈদা গে গে লাউবনে অঙৌবা আ : শগোননবরা। তূম্বী তূম্বী নাতুম্বী শিংজু শুরম্মু। নওগী শিংজু যাইনম্বী কনানা চাবীগনি। খোঙনাং চম্প্রা য়ুবী খূদোপ, পাম্মুবা খূত্তা পানা পীবা নুংশিদবরা? অৱাংলোমদা কাখিবা থাঙজৌ লেঙথোং নাখিবা, কায়রংবু য়ানগে চৎখিবা, কায়রংবুদি য়াল্লক্তে পাথৌ মচল্ তোম্বীদো, শমু ওইরম থংবদা তাল্লোয়নি হায়না পাচুনরেদা।

ঙাপ্রুমনা উকাবা উতোল লোমমিদা। থরোইনা মীচিকপা চীকথোক্তনা চীকপোইদা শরু ফংইদা। উদা কাবা কক্চেং ও কক্চেং নিঙকাঙবী। নিংথৌ য়েংবী চাগনু খূনিংথৌ কাঙনি। শা কোমপ্রেক চাগনু নশম শাংগনি। লফু মরুনা মংগ্রা ওই, মংগ্রানা অঙাং ওললি। অঙাংগী মমা মাঙদা থাৱো জগোই শাসি লাউ। শে শে লাউবসু লাউমিন্নসি।

লৈসু নিঙথিরে, কোঙয়াঙসু নিংথিরে। শাবন্না লৈরি লৈখোঙশং কোঙয়াঙ লৈনুংশি। লমফেল নাউৱা কোম্বীরৈ তাকয়েন্দা শাংপী কোনদোল লৈ লৈবাং চুনৈদা।

পোঙনরে পোঙনরে পোঙনা হৌনরে। য়েংউ য়েংউ শাৎলিবা লৈসে শাইগী মতেং পাংনবা লৈনি নুরা তখেললে। পেম্মা লৈহাউনু, পেম্মা লৈহাউনু লৈহাউ য়োনগে চৎখিবা লৈহাউবুদি য়োললমদ্রে মানা পাম্বা নীপাদা খূদোল খোল্লমলে। নোংনা নোং চুবনে শাবিনা লৈরাং হেক্‌খিবা করমনা লাক্‌কবা। লৌরীদ উপথু শাবনদা লোংখাক অসুম্না মরাকই চিঙগী পালেম উ থম্নল অমদা শাৎচরো। মোদোল্ লৈ, মোদোল লৈ পুম্না চিনসি চাউমলনি, তংখাই চিনসি শীকমললি। শাবিনা লৈপান্নরিঙে ননাউনা কেজগে। ৱারক হয়জাং নম্বোনবী হয়জাং উম্বাবী। ঐনা থাগে থাবরা লাইনা থাবনে। ইংখোননু শম্বননু নম্বুল ৱাইশেননু।

অদুম তৌনা হোই লাউগনি।

হোই লাউরগা লাইবৌ লা থাদুনা লাইবৌ চোংগনি, অনোয়রোল শককনি। মতুংদা লাইরেল মথেক চৎলগা, ৱাকোল শক্তুনা লাইবুংদা শান্নরিবা লাইবু শঙগাই মনুংদা পুনশিল্লগনি। অদুগা পেনানা ফম্মাঙ চঙদুনা নাউশুমগনি।

মতম শাংনা ৫ নি তরানি হরাউরবদি হুমনি চনবা, মঙানি, তরেৎনি, মাপলনি চনবদা মাইবীনা শরোয় খাঙগনি। অদুগা মাপলনি চনবা নত্রগা তরামাথোইনি চনবদা কংলৈ থোক্তুনা লাই নূপী থিগনি।

লাই লোইবা নুমিত্তা লাইবৌগী থবক লোইরগা ৱাকোল থাবগী ঈশৈ শক্কনি। তাংখুল শাবা, পাম য়ানবা শান্নগনি। অদুদগী ঔগ্রি হংগেল শক্তুনা খেনচো, পাওশা শক্লগা উয়াল লোল শক্তুনা লাই লোইশিনগনি। লাই নোংগাবদা কোনয়াই থাগনি। ল্যাইগী থবকনা মতোল লোমবদা মাইবীনা শরোয় খাঙগনি।

লাই লোইবা মতুং নোংঙাল্লগা থৌরী চিংনৈ অমসুং লমজেল মুক্রা শান্নে।

য়েংগদবা : চয়োনগী লুক কৎপা লাইদি নোংগাবা য়াদে। শান্নরম্বা অদুদগী লাইশঙদা চল্লগা কোমাই চনদুনা লোইগনি।

লাইরোই নুমিৎ অসিদা ফুঙ্গারোল জগোই শাই। শাগৈগী লাই ওইরগা পিবাগা পিবা নুপীগনা পূন্না শামিন্নগনি। অদুগা খুনগী লৈকাইগী লাই ওইরগা লাই পাননবা নত্রগা লাই শেলুংবা মতৈ মনাওনা শাগনি। মসিবু ফুঙ্গারোল জগোই কৌই। জগোই অসি লাইরোই নুমিত্তদা শাগনি, অতৈ নুমিত্তা শাবা য়াদে, জগোই অসি শাগৈ চাউনবা, খুঞ্জাউ লৈচাউনবা শাবা জগোইনি। মরম অদুনা মখোয়না জগোই

শারমদাইদা মাইবা, মাইবী, পেনা খোংবনচিংবা হোই লাউবগী মীয়াম অদু চণ্ডদুনা খূবাক খূদুনা ''সনরেম্বী থোরকলো, নহুম পোমদেল শাবিগে লাই খূবাক খূবিগে।'' ঈশৈ অসি শক্তুনা নীপা নূপী অনীবু কৌথোক্লগা জগোই শাহনগনি।

লাইরোই নুমিৎ অসিদা লাই নাককা থেংবা হায়বা অমগা লৈরি। ফুঙ্গারেলদা নীপা নূপী কৌথোকপা কাণ্ডবু অদুনা লাইবুঙ অদুদা ফমলিবা নীপা নূপী ফমশাঙ অনীদা মাইবনা ঈশৈ শক্লগা পেনা খোঙদুনা মাইবী অমনা শরিক খিংলগা অমনা শেনখা পায়দুনা শেলনি। মদুবু লাই নাককা থেংবা কৌই।

**ঈশৈ :** য়াম্না ময়ুম চৎলুসি নাককা থেংলুসি লৈতে-নুংদে হায়গনু, তরেৎ শেল্খাউ নুংদগী শে শে লান্থোকউ। পারি শাৎতবা শাৎহনগে। ঈমোম পোমদবসু পোমহনগে।

ঈশৈ অসি শক্তুনা নীপারোমদগী হৌরগা নূপীরোমদা চত্তুনা শেলনি। মানা মানা ঙমবা হয় লৈ, শেলনচিংবা কৎকনি। মাদু লোইরবদা লাইদা পূন্না কৎলি।

হায়রিবা ফুঙ্গারোল্ শাবা, নাককা থেংবা অনী অসি লাইবৌগী মমাঙদা তৌগদবনি।

---

## অহুমশুবা তাঙ্কক
## লাইবৌ খুৎথেক

লাইবৌ শারমদাইদা মাইবীনা লা লাতোল অহুম লোল্লগা মথক্তা অহুম থোক্লা থুপ্লা ফি অঙৌবা অমা থারগা মথক্তা লাংপ্লে মতোননা মখাগী লৈহুল অসি হুনগনি। অদুগা লাই শুমাঙদা পুথোক্লগা অহানবদা থাংজিং লোমদা ওন্দুনা লেপ্লা লাগা কোননবা ফিদা হুললিবা লৈ অদু কৎকনি। মথংদা মারজিংদা, চিঙখৈ ওন্দুনা কৎকনি। অদুদগী মৈরম ওন্দুনা বাংব্রেনদা, কৌব্রু ওন্দুনা কৌব্রুদা কৎলগা অরোইবদা লাইনুংদা ওনশিন্দুনা কৎলগা লাইবুঙ ময়ায়দা (শুমাঙ) বাই তৈদুনা শেমলিবা মফম অদুদা থমগনি। মসিবু লাইবৌ লা থাবা কৌই। লাইবৌ লা থারবদি লাইগা লাইগা মরক্তা শম্‌দুনা চৎহৈদে। লাই লমলানবা কৌই। শম্‌লিবা মীগী ফত্তে।

## ( লাইবৌ লাগী ঈশ্বল )
## লাইশঙ

লাইবৌ লা থাবা লোইরবদি ঈকৌবদা তৌখিবা থৌগল পরেং অনী অদু মথং মনাও কায়দনা লেপনি। লাই পুবা নীপা অনীনা মখোঙ অনীনা লা মচেৎ অমমম থারগা নেৎতুনা লাইদা মায় ওনশিন্দুনা লেপকনি। মাইবীনা লাইদা অহানবদা হুনখিবা লৈশিং অদুদগী লৈকা মনা অমমম লৌথোক্লগা খুদৈ মচা অনীদা লৈকা অমমম য়োম্লগা কিশিন্দুনা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী লৈশক কায়দনা লাই পুবা অনীগী মঙক্তা পুনদুনা য়েৎ ওয় কায়দনা পুহনগনি। মসিবু লাই হাপ্পা কৌই।

## লাই হৌবা

মাইবীনা খুরক লৈ হাপ্লবদা লাই হৌনবা তৌরগনি। মাইবীনা লাইমাঙদা ওনশিন্দুনা লেপকনি। মকোকনা লাইনিংথৌগী মমাঙদা লেপকনি। অদুগা লাইহৌ জগোই শাগনি। জগোই অসি শাবা মতমদা লাইবৌ লা থাবগী লৈ হুনবদা ইকোন কোননা হুনবা লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী লৈপোপ নিপাল অদু লৌদুনা মাইবী অনীনা মখুৎ নাম নামদা লৈ অনী অনীনা খুদোমবী খুৎয়ায় অদুগা খুৎয়ায় খুৎনিংথৌ অনী অনীগী মরক্তা লৈপোপ অমমম য়েপকনি। মতোননা খুৎনম লোমদা থিনদোকহনগনি। মসিবু খুরকলৈ য়েপ্পা কৌই। মতাং অসিদগী পেনা খোংবা হৌরগনি। মসিদগী লাইচিং জগোই শারগনি।

অহানবদা খুরকলৈ য়েপ্লবগা লাইদা মায় ওনশিন্দুনা খুদোন ফাকনা খুনিঙ অনী শম্লনা লেপকনি। অদুদগী খুৎ অনী ফনদোক্লগা নিঙগাংননা ফমথগনি। মদুগা লোয়নননা খুৎ অনীমক তিংনা মাঙদা পুশিললক্তুনা লৈবাক্তগী খুবাক অমরোম ৱাংনা খুবাম মরু অনী শম্নহল্লগা খুবাক অনীনা খয়োম শানা (থম্বাল শাৎকাইবগী মওঙ) পুখৎতুনা হান্নগী মওঙ তানবা লেপকনি। খুৎনা মিৎকী মপা য়ৌনা পুখৎলগা হকচাংলোমদা খুবাক ওনশিল্লগা খুদোননা থবাক মপাদা লৈশিল্লক্তুনা হান্নগী ফিভম তানবা খুজেং লৈথদুনা নাকনদা থাদগনি। মসিবু 'লৈপাক জগোই' কৌই। অসুম্না লৈপাক জগোই অহুমলক শারগা য়েৎকী খুদোননা মাঙদা লৈপাক্তা নেৎকনি। অদুগা লোয়নননা য়েৎলোমদা হকচাং লৈথোক্লগা খুবাক অমুক খুগনি। অদুদগী য়েৎকী খোঙনা হাননগী মফমদা হনজিন্দুনা লেপ্লগা হকচাংসু হনজিনগনি, অদুগা খুবাক অমুক খুগনি। মথংদা ওয়গী খোঙনা য়েৎনা তৌখিবগুম মাঙদা লৈপাক্তা হেক নেৎপগা হকচাংসু ওয়দা লৈথোক্লগা খুবাক অমুক খুগনি। মসিবু 'খুবাকজগোই' কৌই। খুবাক জগোইসু অহুমলক শাগনি। খুবাক জগোইগী মথংদা লাইচিংগনি।

য়েৎকী খোঙদোননা মাঙদা নেৎপগা লোয়নননা য়েৎকী খুৎসু ওয়গী খুৎ মপাদা খ্বাঙ মপা চুমনা মাঙলোমদা তিংথোকলগা খুৎয়ায় খুৎনিংথৌ অনীবু খুৎপী মতোননা শোক্লগা খুদোনবী খুনাউবী অনীনা তিংথোক্কনি। খোঙনা পুশিল্লক্তুনা লৈপাক্তা নেৎপগা খুৎসু চিংশিল্লক্তুনা খোয়দৌগী য়েৎ থংবদা খুৎওঙ অদুদা অদুমক



থমগনি। য়েৎকী খোঙনা তুংলোমদা পুশিল্লকপগা লোয়ননা য়েৎকী খুৎনা তৌখিবা অদু ওয়গী খুৎনা তৌগনি। হল্লকপা য়েৎকী খোঙনা লৈতাবগা ওয়গী খুৎসু তিংথোকপা লোয়গনি। ওয়গী খোঙনা হনজিল্লকপগা ওয়গী খুৎসু খোয়দৌগী ওয়দা থমগনি। অসুম্না শিন্না শিন্না তৌবা অসিদা ওয়না অনীরক হললগা য়েৎনা অহুমলক শুরকপদা খোঙফম অহুম মাঙদা থাঙজিনবগা লোয়ননা খুবাক অহুমলক খুগনি। অদুগী মথংদা লাই অমুক্তা চিংগনি। অসুম তৌনা লাই অহুমলক চিংগনি, খুবাক খুবসু অহুমলক খুগনি। অদুগা লাই চিংবগী খুৎ শিননবা অসি খুৎ য়েৎনা মথক থংনা থংনা শিন্নগনি। খুৎ য়েৎকী জগোই লাইয়িংথৌগীনি, ওয়গী জগোইনা লাইরেম্মগীনি। অদুনা মথক মখা ওন্নবা য়াদে। মসি পেনা মরোলদি লাইরৌরোল খোংগনি।

লাই চিংবা লোইরগা নোংদাই জগোই শাগনি, য়েৎলোমদা হকচাং লৈথোক্লুনা য়েৎকী খোঙনা ওয়গী খোঙ মমাঙদা চপ তিংনা লৈতারগা ওয়গী খোঙনা কপলাক কোম্বুদুনা মাঙলোমদা হকচাং কোম্বুদুনা য়েৎকী খোঙদোল মপাদা কোক নোম্বুরগা খোঙ মথক্তা খুবাক অমুক খুগনি। অদুদগী হকচাং খর খর তিংখৎলকপদা ময়ায় য়ৌরকপদা হান্নগী মায়ওন্দা খুবাক অমুক খুগনি। মথংদা হকচাং তিংখৎপা লোইরবদা লাইরোমদা মায় ওনশিন্দুনা লেপ্লগা কোকতোন্দা খুবাক অমুক খুগনি। অসুম্না ওয়রোমদা হকচাং লৈথোক্লুনা ওয়গী খোঙনা চপ তিংলগা য়েৎকী কপলাক কোম্বুদুনা ওয়রোমদা হকচাং অমুক কোম্বাগনি। কোক নোম্বুবা হেক হৌবদা খুবাক অমুক, খোঙ মপা য়ৌনা কোম্বুরকপদা খোঙ মথক্তা খুবাক অমা সুমনা য়েৎ ওয় অনীমক্তা খুবাক মঙারক খুগনি।

পেনা নোংদাই-লৈতাইরোল খোংগনি।

মথংদা হাননা তৌপ্লিবা অসিগা চপ মান্ননা খুবাক খুনা খুনা অমুক হাইগৎলক্লগা লাইদা ওনশিন্দুনা লেপকনি। কোকতোন্দা খুবাক খুগনি। য়েৎলোমদা অমুক নোম্বুগনি, হান্নগা চপ মান্ননা খুবাক খুগনি। মসি লোইরগা লেপখৎতুনা হান্নগী তাল (খোঙথাং) অদু অদুম্মক য়েৎলোমদা হকচাং তংখাই অমা লৈথোক্লুনা খোঙ

থাংলগা ওয়রোমদা হকচাং পুমলৈ লৈগনি। অসুম তৌনা য়েৎলোমদসু অমুক লৈথোক্কনি। মসুম্না হকচাং পুমলৈ লৈবা অনি অহুমলক তৌগনি। খোঙ খুৎ তাল চাহনগনি। খোঙথাং খুদিংগী খুবাক খুগনি, মসিদা পেনা খোঙগনি, পুঙ য়ৈগনি।

খুবাক খুদুনা লৈবা অসিগী মওঙদা য়েৎ ওয়না ওন্না ওন্ননা হান্নগী তাল অদুদা খুৎচা জগোই শাগনি। খুদোনবীগা খুৎয়াইগা পুনশিন্নরগা খুপীনা মতোনদা শোক্লগা খুৎনিংথৌ অমসুং খুৎনাউবীদি তোপ্পা মচা তানা তিংথোক্কুনা থমগনি। মসি খুৎচা জগোই কৌই। য়েৎথংবা হকচাং নাকন্দগী লওরগা ওয় থংবা নাকন্দা থাগনি। অহানবা লওবদা য়েৎ থংবা খুৎনা মাঙ থংগনি, খুৎ লোংগনি। ওয থংবা খুৎনা য়েৎকি খুজেং মপাদা কাপমরুম লাপনা উপ্পা থমগনি। থাবা মতমদা ওয়রোমদা ওয়গী খুৎনা লোংনা মাঙ থংগনি, য়েৎকী খুৎনা ওয়গী খুজেং মপাদা কাপ অমরোম লাপ্পা লৈগনি। অদুগা ওয়গী খোঙদোননা লৈপাক নেৎপদা য়েৎলোমদগী লওগনি। য়েৎকি খোঙনা লৈপাক্তা থাবা মতমদা ওয়রোমদা থাগনি। মসি অহুমলক থাগনি। মথংদা খুবাক জগোই অমুক শাগনি।

অদুগী মতুংদা নাপ্পা জগোই শাগনি। খুৎ হাইগৎতুনা নাকোঙ ময়াদা খুৎনাউবীদগী হৌদুনা খুৎচা পুন্নমক মথং মথং কোনশিনবনা খুৎপীগা শন্নরবা মতমদা খুদোল পুন্নমক মখা ওন্থদুনা লৈথোকখিগনি। মসিবু নাপ্পা জগোয় কৌই। য়েৎকি খোঙদোননা মাঙদা লৈপাক শোক্লগা হকচাংলোমদা চিংশিল্লপ তৌগনি। অদুগা য়েৎকি খুৎনা মথক্তা হায়রিবা জগোই অসি শাগনি। য়েৎকী খোঙনা হেক থাংদোকপগা কোনশিললবিা খুৎচা পুন্নমক তিংথোক্কুনা য়েৎথংবা নাকনদা কেনা ফজনা শাথগনি। য়েৎকী খুৎনা হাইথরকপগা লোয়ননা ওয়গী খোঙসু মাঙদা য়েৎনা তৌখিবগুম তৌগনি। অদুগা ওয়গী খুৎসু ওয়গী নাকোং মপাদা জগোই শাগনি। ওয়গী খোঙনা হেক থাংদোকপগা খুৎচা তিংথোক্কুনা খুৎথাদগনি। অসুম্না য়েৎনা হৌরগা ওয়না লোইবদা ওয়রোমদা হকচাং লৈগনি। মথংদসু হান্নগুমনা য়েৎনা হৌরগা ওয়না লোইদুনা জগোই শাগনি। অদুগা য়েৎলোমদা হকচাং অমুক লৈগনি। হকচাং পুমলৈ লৈবা অসি অহুমলক হঞ্জিননা তৌগনি মসি লোইরগা হাননগী মওঙ অদুদা খুবাক জগোই অমুক শাগনি।

মসিগী মথংদা খুৎ য়েৎনা মাঙদা তিংথোক্লগা খুৎচা পুন্নমক লোংনা উমশিননা

ওয়রোমদা লৈগনি। অদুদগী ওয়গী খুৎনা তিংথোক্লগা খুৎচা কোনশিনদুনা য়েৎলোমদা লৈগনি। মফম লেঙদনা লৈগদবনি। মসিবু ফিবুল জগোই কৌই।

মথংদা নাপ্লা জগোইগী খোঙচৎতা য়েৎকী খোঙদোননা লৈতাবা মতমদা য়েৎকী খুৎনা মাঙদা শাঙনা তিংথোক্লগা খুদোনবীদগী খুৎনাউবী ফাওবা খুবাক কোনশিল্লগা খুবীনা মথক্তা চপতিংনা থমগনি। ওয়গী খুৎসু মসিগা মান্ননা শাগনি। মসিবু খুতুম জগোই কৌই। মসি অহুমলক শাগনি। ফিবুল জগোইগা খুৎকি মওঙ মান্নদ্রবসু খোঙদি অমতনি। মসি লোয়রগা হান্নগী খুবাক জগোই অদু অমুক শাগনি। অদুদগী অমুক হন্না হান্নগা মান্ননা খুৎচা জগোই শাগনি।

মসিগী মথংদা খুজেং লৈবী জগোই শাগনি। হুকচাং থেক্লা ফমথরগা খোঙদোন্না লৈপাক্তা নেৎলগা ঝাংখৎলিবা খুনিঙ অনিদা ফল্লগা মাঙদা কোক্লা লৈবাক শোক্লা খুৎ অনীসু কোক্কী ঝাংমদা লৈপাক্তা খুজেং ওয়গী মথক্তা য়েৎনা ননদুনা খুরুমগনি।

য়েৎকী খোঙনা মাঙদা খুদোননা লৈপাক্তা নেৎথবা মতমদা য়েৎকি খুৎনা মথক থংনা খ্বাঙ মপাদা মাঙলোমদা খুৎচা পুম্নমক তিংথোক্লগা ওয়গী খুৎজেঙদা খুবাক ওনশিন্ননা ননগনি। য়েৎকি খোঙনা তুংদা হুছখিবগা মান্ননা ওয়গী খুজেঙনা য়েৎকী খুজেঙগী মথক অমুক থংগনি। ওয়গী খোঙনা য়েৎকী খুনিঙ মপাদা খুদোননা নেৎপগা লোয়ননা ওয়গী খুজেঙনা য়েৎকী খুজেঙগী মথক্তা লৈথগনি। অসুম্না লৈথোক লৈশিন তৌরগা খুকউ অনীনা লৈপাক তাদুনা ফমথরগা কোক নোছদুনা কোককি ঝাংমদা খুৎ অনীমক্লা লৈপাক শোক্লা লাই খুরুমগনি। মসিগী মথংদা লাইবৌ শারগগনি। মতাং অসিদা লৈরোইরোল খোংগনি। তাল অনীদা চৎকনি।

## লাইবৌ

মাইবীনা লাইচিং জগোই শাবা লোইরবদা লাইমাঙদা লেপলিবা লাই পুবা নীপা অনী অদু মথক্তা হায়খিবা থৌগল লেপ্লিবা পরেং অনী অদুগী মরক্তা চোং পুরিবা নীপা অনীদুগী মমাঙদা লেপকনি। মাইবীনা মাঙ থানা পরেং অনী থোক্লা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা, য়েৎ-ওয় কায়দনা চৎলগনি। পরেংগী মথং মনাউদি

ঈকৌবদা চংখিবা অদু কায়দনা চংকনি। পরেংদি লাইয়িংথৌগীনা নীপানা, লাইরেম্মগীনা নুপীনা চংকদবনি। অসুম্না মাইবীনা মাঙ থারগা মাইবা, য়াওদনা পেনা খোংবনা ওইরোমদা চংলগা লাইবৌ লা থারিবা অদুবু ওয়ওইননা ৩লক খুবাক মখোল থোক্তনা খুদুনা কোয়রগা লাইগী মপা য়ৌরকপদা মাইবীনা মখোঙ খুনিঙ অনী শম্লনা খুদোল ফাকলপ্লা লেপকনি। ময়ামসু লেপ্লগনি। অদুগা পেনা শকপা অদুনা লাইবৌ লা থারিবা অদুগী মপাদা লাইরোমদা ওনশিন্দুনা খুদোল ফাকনা খুনিঙ শম্লনা লেপ্লগা হোইরৌ হয়া লাউনবা তৌরগনি। মদুদা মাইবীনা ময়ামদা "হো লাইয়িংথৌ মদাইরেমশা, লাইরেম্মগী মদাইরেমশা," হায়না কৌগনি। ময়ামনা 'হাউ' হায়না খুমগনি। "হোইরৌ হয়া লাউগদৌবি, নখোঙ নখুৎ লেঙগনুকো" হায়না লাউগনি। মদুদা ময়াম্না 'হোয় হোয়' হায়না খূন্নগা মাইবীনচিংবা মী পূম্নমক লেঙদনা চুমনা লেপ্তুনা লৈগনি।

মসি লোইরগা পেনা খোঙবনা হোইরৌ হয়া শকপা হৌগনি। হোইরৌ লাউবা লোইরগা অনোয়রোল শক্কনি।

## হোইরৌ হয়া

ও হোইরৌ ও নাগে। হোইরৌ হোইরৌ নাগে। হোইরৌ হোইরৌযে নাগেদা, লাইয়িংথৌ ও হোইরৌ নে সে শুম। (মতম অসি য়াওরিবা মী পূম্নমক থোঙ খুৎনচিংব লেঙবা য়াদে) হা হয়া আ, হয়া হয়া না হয়া হয়া হে নগেদা য়োয়বুগী হয়ানে সে শুম।

মতাং অসি য়ৌরকপদা মাইবীনচিংবা মী পূম্নমক মখুৎ অনীনা খয়োম জগোই শাগনি। মসি খোঙ খুৎতি লেঙবা য়াদ্রি খয়োম জগোই ৩ শাগদবনি। লাইগী থৌগল তৌরিবা মী ময়াম অদুদি খয়োম জগোই শাবা য়াওরোই। মসি থবাক মপাদা হকচাংদগী কাপ অমরোম লাপ্পা থমগনি। "খুবাক অনী ওনশিন্নরগা খুবাক মরু থেংনগনি, খুৎপী অনী, খুৎনাউবী অনী থেংনরগা খুৎচা অতৈনা মচা তানা লন্না লৈগনি" মসিবু খয়োম জগোই কৌই। মসি শাবদা মাইবীগী খুবক লৈদি তাহনবা অমদি থাদোকপা য়াদে।



মসিগী মথংদা পেনা শকপনা "হয়িঙৈদা নোয়বদি মৈনা ৱায়না নোইয়ে। হে তাংনা শমঙৈগী নোইয়ে।" মসি শক্লকপা মতমদা হকচাং ফৈ নমলপনা খোঙ য়েৎনা হান্না, মথংদা ওয়না চৎতি চৎতনা মফম অদুদা হকচাং য়েৎ-ওয়দা হাইদোক হাইজিন তৌদুনা লয়রমলগা কেনা খোঙ থাংগনি। খোঙথাং খুদিংগী খোঙনা লৈপাক্তা থাবগা লৈরপ লৈরপনা হকচাং ঈপোম ফজনা পীদুনা শাগনি। লাইপোৎ পুরিবা মীশিংদি জগোই শাবদি য়াওদনা খোঙথাং চানা লৈবনচিংবদি য়াওগনি। অসুম্না চৎপনা শুমাঙ চিথেক য়ৌবদা খোঙথাং কায়দনা ওয়রোমদগী হান্নগী মওঙ তানবা হকচাং পুমলৈ লৈগনি। মসি চিথেক মরিমক্তা তৌগনি। লাইগী মমাঙ য়ৌবদা ঙক নোননা খুরুম্লমগনি। অসুম্না কোয়বা অসি অহুমলক কোয়গনি। মসিনা অহুমলক শুবগী অদুদা লাইদা মাই ওনশিন্দুনা কোক নোলনা খুরুমলগা থাগনি।

মসি লোইরগা পেনা শকপনা অনোয়রোল শক্লগনি। অদুগা মাইবীনচিংবা য়াওরিবা মী পুম্নমকনা হকচাং শাবগী লাইবৌ খুৎথেককী জগোই শাগনি। হকচাং শাবগী জগোই হৌরকপদা অহানবদা লৈশি জগোই শাগনি। শুমাঙ চিথেক মরি হেক হেক য়ৌবদা উপলৈ লৈদুনা হকচাং শাবগী হৌনবী তৌগনি। হকচাং কায়াৎ খুদিঙমক শাবা হেক হেক লোইবদা লৈশী জগোই অমুক অমুক শারমগনি। লৈশী জগোই মওঙদি - য়েৎকী খুৎনা হৌরগা খুজেঙ অনী শম্নহনদনা লৈরক্তুনা খুৎপী খুদোমবী শম্নরগা খুৎচা অতৈন মচা তানা তিংনা থমলগা ওয়গী খূনা মখা থংনা খুৎ অনী কাপ অমরোম লাপ্পনা থবাক মপাদা য়েৎতগী লওরগা ওয়রোমদা খোঙথাং অমদা থাগনি হায়বদি খুৎচা পুম্ন মক তিংথোক্কনি।

মতাং অসিদা অনোয়রোনগা হকচাং শাবগা অনী অসি মতম অমতদা থোকপনা হকচাং শাবগী জগোইনা হান্না ইরগা অনোয়রোননা কোননা ইজরি।

## হকচাং শাবা (লাইবৌ খুৎথেক)



লৈশী জগোই শাগ্রবা মতুংদা খোঙ অমনা খোঙফম অনী অনীরক মাঙদা হাইফেৎ চঙশিননা থারগা অমুক পুথোকপা অসি হঙ্গিননা তৌগনি। অহানবা খোঙথাং অসিগী মতুংদা জগোই অমসুং লাইরোনগী মতু ইননা খোঙথাং হোংগনি। মাইবীনা 'হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা' ময়ামনা 'হাউ' হায়না খুমবগা 'হকচাং শারসে' হায়না লাউগনি। ময়ামনা 'শারসে' হায়রগা লৈশী জগোই শাগনি। অদুগা চিথেক মরিমক্তা মথক্তা হায়খিবা হকচাং পুমলৈ লৈবা অদু তৌগনি। হকচাং শাবা মতমদা হকচাং কয়াৎ খুদিংগী শারমদাইদা মাইবীনা ময়ামদা অক্কনি। ময়ামসু মাইবীনা হায়রকপা অদুগী পাউখুম খুমগনি। জগোই শানা শানা লাউগনি। জগোই শানা শানা খুমগনি। হকচাংগী মফম অমা শাবা লোইবদা মাইবীনা ময়ামদা "জগোই লওরো" হায়গনি। ময়াম্না লৈশী জগোই শাগনি। মতৌ অসুম্না হকচাং শাবগী মথং মথং লাকপদা শরক অমগা অমগা অইনবগী মরক্তা লৈশী জগোই অমুক শাগনি।

১। ইহান হানবদা খুৎপী অনীগা খুদোন অতৈগা মতোল মতোল শম্নহললগা ফনদোক্তুনা খোয়দৌদা থমগনি।

২। খুৎ অনীমক্কা উপনা লবাইদা থাংগৎলগা খুৎপী অনীগা খুৎদোনবী অনীগা মতোল মতোল শম্নহল্লগা ফাক্তোক্তুনা খুৎচা অতৈনা শম্নরগা থম্বাল শানা হোহনগনি। অসুম্না লবাই শাগনি।

৩। **চিন্না শাবা** - খুৎ অনীমক্কা লোয়না লৈখৎলগা খুদোনবী অনীনা তিংথোক্তুনা চিন্না অনীদা শোক্কনি। খুৎচা অতৈদি কোনশিনগনি। খুৎপীনা খুদোনবীগী মখোঙদা তিংনা থমগনি।

৪। **কোর্কচি শাবা** - চিন্না শাবগী ফিভমদা খুৎপী খুদোনবী পুললম্বদগী খুদোনবীনা কোনশিনখিবদা খুৎশা অতৈসু কোনশিল্লগা খুৎপী অনীনা লোংনা লোংনা কোকচি শোক্কনি।

৫। **লাইবক শাবা** - খুৎ অনীমকনা খুৎ লোংনা থাংগৎলক্তুনা খুৎপী কোনশিল্লগা খুদোন মরীনা উপ্না লয়খৎলক্তুনা খুবাক লোংলগা খুৎ মতোন অনীনা লাইবক্তা শোক্কনি। খোঙথাং ৩ থম্লগা মথং লাওগনি।

৬। **পিশুম শাবা** - খূৎপী অনী তিংথোকলগা খুৎচা অতৈ কোনশিনদুনা পিশুমদগী মিৎমৈ রোমদা অনীরক চিংথোক্কনি। খোঙথাং ৩ থমগনি।

৭। **মিৎচি শাবা** - খূৎপী খুদোনবী অনী চপশিল্লগা খূৎচা অতৈনা তিংনা মরক ললনা থল্লগা খূৎ অনীমক্তা মিৎ অনীদা মিৎলুদগী মিৎমৈরোমদা চিংথোক্কনি। খোঙথাং অহুমলক্তা অহুমলক চিংথোকলগা থাগনি।

৮। **মিৎ শাবা** - খুবী খুদোনবী অনীনা মরক্তা খুবী অমগী মফম মরুম ফাক্লগা তিংথোক্লগা ফনদোক্তুনা মিৎকী মপাদা মিৎলুদগী মিৎমৈরোমদা খোঙথাং অহুমলক্তা অহুমলক চিংগনি। মিৎমৈ মপাদা লেপকনি।

৯। **নাখাঙ শাবা** - য়েৎকী খূৎনা খুবী তিংথোক্তুনা খূৎচা মরিনা কোনশিল্লগা খুবীনা লইবক্কী ময়াদা পিশুম অনীগী মরক্তা খুবাকনা হকচাং লোমদা উপথদুনা খোঙথাং অহুমলক চিংথগনি। ওয়গী খূৎ য়াওরোই।

১০। **নাতোন শাবা** - য়েৎকী খূবীগা খূয়ায়গা চপ্লগা খূদোনবীনা তিংনা নাতোন মতোনদা শোক্কনি। খূবী খূয়ায় অনীনা শোর হোনফম শোক্কনি। খোঙথাং অহুমলক থমগনি। খূৎ ওযদি তিংনা থাদগনি।

১১। **নাকচি অনী শাবা** - খূৎ অনীগী খূবী খূয়ায় চপ্লগা খূৎচা অতৈনা তিংনা নাতোন নাকচিদা শোকনা মখারোমদা অহুমলক লৈরপনা শাগনি।

১২। **খজাই লেংগুল অনী শাবা** - খূৎ অনীমক্তা খূবী কোনশিল্লগা খূদোল মরি মরিনা তিংথোক্তুনা খজাই অনীদা অহুমলক খুবাকনা হকচাংলোমদা উপনা খুজেং লৈরপনা নানথবগুম তৌগনি। খোঙথাং অহুমলক থাংগনি।

১৩। **নাতোল শুম্মাং শাবা** - খুবী খুনাউবী কোনশিল্লগা খুদোনবী খূয়ায় খূনিংথৌ অহুম তিংথোক্তুনা নাতোল শুম্মাঙদা শোক্কনি। খোঙথাং অহুমলক থাংগনি। খূৎ ওয়দি তিংনা লৈগনি।

১৪। **চিল্লাল থক-খা শাবা** - খূৎ অনীগী খূবী অনীগা খূদোনবী অনীগা মতোন মতোন শোক্লরগা চিল্লালগী মপাদা শোক্কনি। খূৎচা অতৈদি খূদোনবী মপাদা তিংনা থমগনি। খোঙথাং ৩ নি।

১৫। **য়া-শাবা** - খূদোল তরানা তিংথোক্তুনা য়া মপাদা উপ্লা থমগনি। খোঙথাং ৩ লকনি।

১৬। **খদাঙ শাবা** - খূৎ য়েৎকী খূয়ায়গী মখোঙদা খূবী কোন্না থন্নগা খুদোল মরিনা তিংথোক্তুনা খদাং মপাদা অহুমলক ফৈনা হাইগনি। ওয়দি থাদদুনা থমগনি। খোঙথাং অহুমলকনি।

১৭। **নাকোঙ শাবা** - খূবীনা খুদোনবীগী অরোইবা তাংদা শোক্লগা খূৎচা অহুমনা ফনদোক্তুনা নাকোঙ মপা মপাদা খূৎ অনীমক য়েৎ ওয়দা অহুমলক খুজেঙ লৈরপ্লা তৌগনি। খোঙথাং ৩ লকনি।

১৮। **নাকোঙ চক্র শাবা** - খূৎপীনা খূৎয়ায়গী তাং মতোন্দা শোক্লগা খূৎ মতোননা নাকোঙদা ওনশিনদুনা অহুমলক লয়গনি। খূৎ অনীনা নাকোঙ অনীদা অমমম তৌগনি। খোঙথাং ৩ লকনি।

১৯। **লুখম শাবা** - খূৎ অনীমকনা খূবাক উপ্লা খূবী ফন্দোক্তুনা খৌবি মপাদা হঙ্গৎ হন্দা অহুমলক চিংথগনি। খোঙথাংদি অহুমলক থাংগনি।

২১। **লেংজুম শাবা** - খূৎ অনীমক্লা উপ্লা, হাইগৎলক্তুনা খূৎয়ায়গী খূদোন্না খূবাক তিংনা লেংজুম শোক্কনি।

২২। **লেংদোন শাবা** - খূৎ অনীমক্লা মাংলোমদগী উপ্লা হাইগৎলক্তুনা খূৎয়ায়গী খূদোননা খূবাককা কোন্ননা লেংদোন্দা শোক্কনি। খোঙথাং অহুম্লক থাংগনি। খূৎতি অদুম্মক থাদগনি।

২৩। **লেংপাক শাবা** - খূৎ অনীমক য়েৎকী খূৎনা মথক থংনা কারন্ননা লেংপাকতা খূদোল মরিনা শোক্কনি। খূবীদি কোনশিনগনি। খোঙথাংদি অহুমলক থাংগনি। খূৎতি অদুমক থমগনি।

২৪। **পামবোম শাবা** - য়েৎকী খূৎনা খূবীগা খূদোনবীগা ফাক্লগা খূৎচা অতৈদি তিংনা ওয়গী পামবোম মকুদগী খূনিঙলোমদা হনথনা অহুমলক নাম্বুগনি। ওয়গী খূৎনা অমুক য়েৎনা তৌবগুমনা য়েৎকী



পাম্বোম মরুদগী খূনিঙ ফাওবা অহুমলক চপ্লা নাম্বুগনি। খোঙথাং ৬ লক থাংগনি।

২৫। **খুৎনিঙ শাবা** - ওয়গী খুৎনা মাঙদা খুৎনিঙ থেককৎতুনা খুজেঙ হাইগৎলগা য়েৎকী খুৎনা লোংনা খুবীনা খুয়ায়গী মখোঙদা শোক্লগা খুৎনিংথৌনা ওয়গী খুৎনিঙদা শোক্কনি। খুৎনাউবীদি হাইথনা থমগনি। য়েৎকী খুৎনিঙদসু ওয়গী খুৎনা শোক্কনি। খোঙথাংদি অহুম অহুমলক ৬ লক থাংগনি।

২৬। **খুৎকী খুবোম শাবা** - খুৎপীগা খুদোমবীগা ফনদোকতুনা খুৎচা অহুম তিংনা অহুম অহুমলক খুজেঙলোমদা চিংথগনি। য়েৎনা হান্না ওয়গী খুৎতা তৌরগা ওয়না কোননা য়েৎতা তৌগনি। খোঙথাঙদি অহুম অনী তরুকলক থাংগনি।

২৭। **খুজেঙ শাবা** - খুদোনবী, খুৎয়ায়, খুৎনিংথৌ, খুবীনা খুজেভদা চপ্লগা খুৎনাউবীনা ফনদোক্তুনা অহুমলক হননা চিংথগনি। খুৎ য়েৎ ওয় অনীমক্লা অহুমলক শাগনি। খোঙথাংদি তরুকলক থাংগনি।

২৮। **খুৎনম শাবা** - য়েৎকী খুবীনা খুৎয়ায়গী মখোঙদা শোক্লগা খুদোন মরীনা ওয়গী খুৎনমদা নপ্পনা ৩ লক নাম্বগনি। অদুগা ওয়গী খুৎনসু মওঙ অসিদা য়েৎপা ৩ লক নানথগনি। য়েৎ ওয়দা অহুম অহুমলক নাম্বগনি। খোঙথাংসু ৬ লক থাংগনি।



২৯। **খুবাক শাবা** - খুৎপীনা খুৎয়ায়গী তাং ময়ায় শোক্লগা খুৎ মতোননা খুজেঙ লোমদগী খুৎতোললোমদা অহুমলক নানথগনি। অসুম্না য়েৎ ওয় অনীমক তৌগনি। খোঙথাং ৬ লক থাংগনি।



৩০। **খুৎপী খুৎনাও শাবা** - ওয়গী খুৎনা নাকন্দা খ্বাঙ মপাদা উপলপ্না থম্লগা খুৎ য়েৎনা খুবীগা খুদোনবীগা নপলপনা খুদোনবীগী মপাদা হনথনা

চিংথগনি। খূৎপীনা খূৎয়ায়গী তাং অরোইবদা শোক্লগা খূৎয়ায়গী মপাদা চিংথগনি, খূৎবীনা খূৎনিংথৌগী অরোইবা



তাং শোক্লগা খূৎনিংথৌগী মপাদা চিংথগনি। খূৎনাউবীগী অরোইবা তাংদা খূবীনা শোক্লগা খূৎনাউবীগী মপাদা চিংথগনি। অসুম্না য়েৎকীখূৎনা উপলপ থল্লগা ওয়গী খূৎনা শাগনি। খোঙথাং তরারক থাংগনি।

৩১। **খূজিল শাবা** - খূৎপী খূৎনাউ শাবগী খূৎথেকনা খূদোনগী অরোইবা কোইরপ কোইবপনা লৈখৎকনি। খোঙথাঙসু মান্ননা থাংগনি।



৩২। **খূৎপাক ময়ি হাপ্পা** - খূৎপীনা খূৎয়ায়গী অবোইবা তাংদা শোক্লগা খূৎনা লোংনা থল্লগা খূজেঙদগী হৌনা খূদোল লোমদা অনীরক চিংগনি। অরোংবা খূৎ অদুগী খূৎপী খূদোনবী ফনদোক্লগা খূৎচেকলোমদগী অনীরক চিংথগনি। মথংদা খূৎপী খূদোনবী তিংথোক্লগা খূদোনবী খূৎয়ায় ফাক্লগা খূৎচা অতৈনা নপ্পরগা মরক অদুদগী খূৎচেকলোমদা অমুক চিংথগনি। অসুম্না য়েৎনা ওয়দা হান্না তৌরগা য়েৎ-ওয় অনীদা ময়ি হাপকনি।

৩৩। **খূদোনগী ময়ি (চক্র) হাপ্পা** - খূৎপী খূৎনাউ শাবগী খূথেক্লা খূদোন পূম্ন মককী মতোনদা অমুক অমুক উপ্পা লৈগনি। মসি য়েৎ-ওয অনীমক তৌগনি। খূৎ ওয়দা হান্না তৌগনি। খোঙথাং তরারক থাংগনি।

৩৪। **য়াঙ শাবা** - খূৎ অনীনা তুংদা খ্বাংগী মপাদা খূদোল ১০ মক শোক্লগা খূনম অনীমক থেংননা খূদোননা মথক্তা ওনখৎকনি। খোঙথাংদি অহুমলক থাংগনি।

৩৫। **থবাক মিছলফম শাবা** - খূৎ অনীমক্তা থবাক সিহূল থমগনি খোঙথাং ৩ থাংগনি।

৩৬। থবাক শাবা - খূৎ য়েৎনা মথক থংলগা খূৎ অনী কারল কারন্ননা থবাক্তা উপ্লা নমগনি। খোঙথাং ৩ লকনি।

৩৭। **ঙানফম শাবা** - ওয়গী খূৎনা নাকন্দা থাদরম্বদগী হাইগৎলকপা খূৎ য়েৎকী খূৎয়ায় খূৎনিংথৌ অনীনা ঙানফমদা শোক্কনি। অদুগা য়েৎকী খুজেংদা ওয়গী খূৎয়ায়না শোক্কনি। খোঙথাং ৩ থাংগনি।

৩৮। **থজিল শাবা** - খূৎ অনীনা খূৎনম খূৎনম ওনশিন্নদুনা খুদোন শোক্লনা থজিনদা শোক্কনি। খোঙথাং অহূমলক থাংগনি।

৩৯। **লকা শাবা** - খূবী মতোল অনীনা উপ্লা লকা মপাদা শোক্লরগা খূৎচা অতৈনা উপ্লা কোললপ তৌগনি। মতম অসিদা খোঙথাং অহূমলক থাংগনি।

৪০। **চনিং য়াফম শাবা** - ওয়গী খূৎনা লোংনা তিংথোক্লগা য়েৎকী খূৎনা মথক্তা উপ্লা তিংথোক্লনা কুপ্লগা চনিঙ মপাদা থমগনি। খোঙথাংদি ৩ লক থাংগনি।

৪১। **খ্বাঙ শাবা** - খূবী খূদোনবীনা ফাকনা, খূৎচা অতৈনা তিংলগা খূৎ অনীমক খ্বাঙগী নাকন্দা শোক্কনি। খোঙথাং অহূমলক থাংগনি।

৪২। **নিঙজোল শাবা** - খূৎ অনীমকনা কোললপ তৌনা তুংদা খুনমনা নিঙজোল শোক্কনি।

৪৩। **লৈনুং খোঙলোন শাবা** - খূৎ অনীমক্কী খূবী খুদোনবী অনীনা মতোল মতোল শোক্লরগা ময়ায় অহোবনা তুংলোমদা খোঙ মপাদা থমগনি। খোঙথাং অহূমলক থাংগনি।

৪৪। **মীপোক লম্বী শাবা** - খূবাক অনীমক থেংনরগা য়েৎকী খূবী হাইগৎলগা ওয়গী খূৎপীনা য়েৎকী খূৎপী মরুদা নমনা কোনশিনদুনা মতোল লোংলগা খূদোল পূম্নমক্তি মতোন মতোন থেংনহনগনি। খ্বাঙ মখাদা খোঙ অনীগী মরক মপাদা থমগনি। খোঙথাং অহূমলক থাংগনি।

৪৫। **কময়া শাবা** - খূৎ অনীমক্তা খূদোন খূদোন ওনশিন্নদুনা কময়াদা শোক্কনি। খোঙথাংদি অহূমলক থাংগনি।

৪৬। **ফৈগল শাবা** - খূৎ অনীমক মতোল মতোল শম্নরগা খূৎচা, অতৈনা লেঙনা লেঙনা য়েৎ ওয় অনীমক্কী ফৈগনদা ইহ্নগনি। খোঙথাং ৩ লক থাংগনি।

৪৭। **ফৈরু শাবা** - খূবাক অনীনা ফৈরু মপাদা উপ্না থমগনি। খোঙথাং অহুমলক থাংগনি।

৪৮। ফৈবোম শাবা - খূৎপী ফনদোক্লগা খূৎচা অতৈনা তিংলগা উপ্না লয়না লয়না ইহ্নগনি। খোঙথাং অহুমলক থাংগনি।

৪৯। **খূকউ শাবা** - খূৎপী খূনাউবী অনীনা কাঙলগা খূৎচা অহুম্না খূকউ মপাদা লৈরপ লৈরপ তৌনা শাগনি। খোঙথাং অহুমলক থাংগনি।

৫০। **খূরাই শাবা** - খূৎ উপ্না খূৎচা মঙামক তিংনা খূকউদগী খূরাই মপাদা অহুম অহুমলক ইহ্নগনি। য়েৎকী শাবদা য়েৎনা মাঙ থারগা খূৎ য়েৎনা অদুগা ওয় শাবদা ওয়না মাঙ থারগা খূৎ ওইনা শাগনি। খোঙথাং তরুকলক থাংগনি।

৫১। **খূবোম শাবা** - খুবী খূদোনবী হাইগৎলগা খূৎচা অহুমনা খূবোমদা অহুমলক নাহ্নগনি। খোঙ ফৈরপ ফৈরপ থাংলগা য়েৎকী খোঙদা য়েৎকী খূৎনা শাগনি। খোঙথাং অনীদা শাগনি।

৫২। **খূজেং শাবা** - খূবী ফনদোক্লগা খূৎচা মরিনা তিংলগা খূজেংগী মপাদা খূৎ লৈরপ লৈরপনা হকচাং খরা নোম্বরগা শাগনি। খোঙথাং ৩ নি।

৫৩। **খূমিৎ শাবা** - খূবী খূদোনবী অনী মতোল শোক্লনা খূমিৎ মপাদা লৈরপ শাগনি। য়েৎকী খূৎনা ওয়গী অদুগা ওয়গী খূৎনা নুমিৎ শাগনি। শাবা মতমদা মাঙলোমদা খোঙ থাংদোককনি। অহুম অহুম্লক শাগনি। খোঙথাং ৬ লক থাংগনি।

৫৪। **খূনিঙ শাবা** - ওয়গী খোঙনা মাঙ থারগা য়েৎকী খূবীনা খূৎনাউবীগী মখোঙদা শোক্লগা উপলপ্না খোঙগী খূনিঙ মপাদা লৈরপ লৈরপ শাগনি। য়েৎকী খূনিঙসু ওয়গী খূৎনা অসুম্না শাগনি। খোঙসু লৈবপ্না থাংদোককনি। খোঙথাংদি ৬ লক থাংগনি।

৫৫। **খোঙনম শাবা** - খূবী কোনশিল্লগা খূদোল মরিনা তিংনা খূদোললোমদা ফৈনা হাইগনি। খোঙথাং অহুমলক থাংগনি।

৫৬। **খোঙপাক শাবা** - খূবাক লোংনা খূৎচা পূম্নমক তিংনা খূদোনদগী খূনিঙলোমদা চিংখৎকনি। খোঙথাং অহুমলক থাংগনি।

৫৭। **খূদোন শাবা** - খূৎপীনা খূৎয়ায়গী মতোন শম্নরগা খোঙবীগী মপাদগী কোললপনা খূৎ উপ্না নাকললোমদা লৈথোককনি। অসুম্না খোঙ য়েৎনা মাঙ থাবদা খূৎ ওয়না, অদুগা খোঙ ওয়না মাঙ থাবদা খূৎ য়েৎনা তৌগনি। খোঙথাংদি তরুকলক থাংগনি।

৫৮। **খোঙশা শাবা** - খূৎশা শাবগী খূৎথেকনা খোঙশাসু শাগনি। খোঙথাং ৬ লক থাংগনি।

৫৯। **খূজিল শাবা** - খূৎ শাবগী খূৎথেকনা খোঙদোনদা লৈরপ লৈরপ শাগনি। খোঙথাং ৬ লকনি।

৬০। **খোঙশা মতোনগী মগ্নি হাপ্না** - মথক্কী খূৎথেক অসিনা খূজিল শাবগুম শাগনি। খোঙথাং তরুকলক থাংগনি।

৬১। **খূয়া থম্বাল** - খূবীনা খূৎয়ায়গী তাং অরোইবদা শোক্লরগা খোঙয়াদা লৈরপ লৈরপ্না শাগনি। য়েৎকী খূৎনা ওয়গী খোঙদা, অদুগা ওয়গী খূৎনা য়েৎকী খোঙদা শাগনি।

৬২। **হকচাং লাংবুমবা** - য়েৎকী খূৎনা মথক থংলগা খূৎ অনীমক থবাক্তা কোনশিন্দুনা খূদোননা পামবোম মরুদা শোককনি। খোঙথাং ৩ লক থাংগনি।

মতাং অসিদা হকচাং শাবা লোইরে। লোয়দাম থাবুম ১০ নি, নুমিৎ শিঙবুম ৩০০ নি শুরে। অঙাং কুম থা শুরে। তাইবঙ পানবদা ফাওগে হায়রকলে।

৬৩। **অতিয়া শিদবদা থবায় নিবা** - হকচাংদগী কাপ অমরোম লাপনা খয়োম জগোই শাদুনা য়াগনি, খোঙথাং হোংদে।

৬৪। **থবায় হাপ্না** - খোয়দৌ মপাদা খূৎ অনীমক ওয়না মখা থংলগা কাগুপ্পনা খূৎ অমগী খূদোনগা খূৎ অমগী খূবাক মরুগা থেংননা থমগনি। খোঙথাংসু হান্নগুম হোংদে।

মতাং অসিদা লাইবৌ খূৎথেক ৬৪ লোইরে। মসিবু লাইবৌ খূৎথেক ৬৪ কৌই।

হকচাং শাবা, থব্রায় হাপ্পা লোইরবদা মাইবীনা "হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মা মনাইশা," ময়ামনা "হাউ" হায়না খুল্লবদা "হৌজিকতি থব্রায় ইহুন তমবা (থব্রায় হাপ্পা) লোইরে। কুমশিং থাশিঙ শুরকলে। তাইবঙ পানবদা ফাওগে হায়রকলে। ব্রাংগোনশঙ শারো। ময়াম্মা "শারে" হায়না খুমগনি। (লৈশী জগোই শাগনি)

মাইবী - ব্রাংগোল শঙ চঙলো।

ময়াম - চঙলে।

মাইবী - চাউওল নাউ ওল্লকলে। সনালিফক পুশিললো।

ময়াম - পুশিললে, পুশিললে। ( লৈশী জগোই শাগনি )।

মাইবী - মায়োক্লবী চঙলো।

ময়াম - চঙলে, চঙলে।

মাইবী - লাইজা তরঙ ঈহৌরে। ঈশিং য়াব্রা তারে।

ময়াম - ( লৈশী-জগোই শানা শানা ) তারে, তারে।

মাইবী - নাউব্রা লূ থোংলে। মকোক উরে। (মতাং অসি তুংগী ফিবাল খৃৎ অনীনা পায়বগী মওঙ উহনগনি। অদুগা খুবাক অনীনা নিঙজোল পায়গনি)।

মাইবী - হো অঙাং পোকলে।

ময়াম - পোকলে।

মতাং অসিদা মাইবীনা " খোয়বী ককলে হায়না মখূৎ য়েৎনা ব্রাকথৌ পায়বগী মওঙ উৎলগা মখূৎ ওয়না খোয়রী পায়বগী মওঙ উৎকনি। মসিগী মথংদা মাইবীনা "ব্রাংখুদেং পুশিললো" হায়গনি। ময়ামনা লৈশী জগোই শানা শানা "পুশিললে, পুশিললে" হায়গনি।

মাইবী - ঈশিং হৈরো।

ময়াম - হৈরে, হৈরে।

মাইবী - অঙাং ঈরুজরসে।

ময়াম - লুরসে, লুরসে।

মতাং অসিদা খূবাক অনী শম্নরগা লেংজুম মপাদা ঈশিং চাইখৎপগী মওঙদা জগোই শাগনি।

মাইবী - অঙাং মচুম তৈথোক্লসে।

ময়াম - হো তৈথোক্লসে।

খূৎ নাম্মা নাম্মনা য়েৎ ওয়গী লেংবান্দা ওয়না য়েৎকী লেংবান্দা হাইনা হাইনা তৈথোকপগী মওঙগুম্না তৌগনি।

মাইবী - অঙাং ফি কোনশিললো।

ময়াম - হো কোনশিল্লে।

থবাক মপাদা খূবাক অনীনা অঙাং পম্বগী মওঙদা লৈগনি।

মাইবী - পম্ভৌ মপাবু নাকোঙ থোঙলেল অনীমক্তা মিংখৈ পীহললো।

ময়াম - হো মিংলেল পীরে।

মাইবী - অঙাংবু খোমলাং মায়োক্লুরসে।

ময়াম - হো খোমলাং ঈনৌ হুললে।

(অঙাং পমদুনা খোম পীথক্লবগী মওঙ তৌগনি।)

মাইবী - অঙাং অসি নোংমা নোংমগী চাউবক্লে। মখূৎ মশা হাইরক্লে।

(পামবোম অনী হাইদোককনি)

ময়াম - হাইদোকলে, হাইদোকলে।

মাইবী - অঙাংবু চোংগনি। লাইরোলদি "সোরারেনগী মপাবি থবিনা কাবিঙৈ কাহৌরো, নুমিৎনা ঝাংলিঙৈ ঝাংহৌরো তিং তিং চাউরো" অসি হায়না খূৎ অনীমক লেংবান মপা য়ৌনা মাঙলোমদা থাংগৎলগা খূৎপী অনী ফনদোক্লগা খূদোল তিংনা ইনখৎ ইনথা তৌদুনা অঙাং চোংবগী মওঙ উৎকনি। (লাইয়িংথৌগীনি)

ময়াম - সোরারেনগী মমোমলোয় থবিনা কারিঙৈ কাহৌরো নুমিৎনা ঝাংলিঙৈ ঝাংহৌরো, তিং তিং চাউরো। (লাইরেম্মগীনি)

অসি খুমদুনা অঙাং চোংবগী মতৌ তৌগনি।

মাইবী - নাউৱা লেপতম ফারে। পাগী শারেপ ফারকলে। পুগী পুরেপ তাললকলে। চাউরে, শাংলে। নোংমাই তেংনা য়ুমগাগে হায়রে। চরৈ ফি শেৎনিঙলকলে।

ময়াম - হো শেৎলসে, শেৎলসে।

( অসি হায়রগা খ্বাঙদা ফি শেৎপগুম তৌগনি।)

মাইবী - ফৈরা য়ৈনা য়া য়া চোংলসে। হো য়া য়া হো য়া।

ময়াম - হো য়া য়া য়ায়া।

মসি খোঙ অনীমক ফৈনা ফৈনা খোঙফম অনী অনীরক চোংদুনা লাউগনি। অসিগী মতুংদা মাইবীনা জগোই লৌরগা য়ুম শাবগী জগোই শারগনি।

লাইবৌ খুৎথেক হায়বা অসি অঙাং পোকপদগী চাউবা ফাওবদা জগোই ওইনা মথং মনাও কায়দনা লাইবৌ খুৎথেক ৩৬৪ শুই। মসিদা মোইরাং, চকপা, ককচিঙনচিংবা অকোয়বদা লৈবা খুনগী খুৎথেক কয়া অমা য়াওদ্রি। মথক্তা হায়রিবা অসিদি কংলৈতগীনি। মদু পুম্নমক ইগদবদা লাইরিক চাউবা কিবদগী ইজদ্রে।

---

## য়ুমশারোল খুৎথেক

মতাং অসিদা য়ুম্ফম য়েংবা পরিং থাবা, লাংশঙ হুনবা য়ুম্ফম থোনবদগী হৌনা য়ুম শাদুনা লাইদা কৎপা ফাওবা জগোই ওইনা শাববু য়ুমশারোল খুৎথেক কৌই। পুক্রিঙদা নিঙবা, চিন্দা হায়বা পোৎশকপু খুৎনা শাদুনা তাকপবু খুৎথেক কৌই। মতাং অসিসু খোঙদি খোঙথাং কায়দনা থাংগনি। পেনা খোংগনি, পূঙ য়ৈগনি। মসিসু মাইবীনা লাউদুনা তাকপা, ময়াম্না জগোই শানা শানা অদুম খুমগনি।

মাইবী - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা শারসে।

ময়াম - হাউ

মাইবী - নবুংঙোগী সনা শঙগাই শারসে।

ময়াম - হো শারসে।

মাইবী - হৌজিক্তি সনা শঙগাই শানবা য়ুম্ফম অফবা য়েংলসি। পরিং লাংশঙ হুললসি।

ময়াম - হুললসি।

খুৎ অনীমক্না খ্বাঙগী মপাদা কারন কারন য়েৎ ওয়গী খুদোননা হাইদোক্লগা মপা চুমনা মাঙলোমদা ইনগনি। মসিনা পরিং থাবনে। খুৎ ওয়ন চুক পায়রগা য়েৎনা থেঙ্গ্ পায়বগী মওঙ উৎকনি।

মাইবী - নুমিৎ থা অফবা য়েংদুনা যুম্ফম থোললসি।

ময়াম - হো থোললসি।

১। মাইবীনা মখূৎনা য়োৎ পায়দুনা লৈপাক তৌবগী মওঙ উৎকনি। য়েৎকী খূৎনা মাঙ থাগনি। খোঙথাং খূদিংগী মাঙলোমদা থাঙ্গৎপা থাদবগী মওঙ উৎকনি। মসিবু লৈতৌ জগোই কৌই।

য়েৎথংবা হকচাংগী নাকন্দগী লৈপাক লৌবগী মওঙদা খূৎচা পূম্নমক মচা তানা কোললপ পুরগা ওয়রোমদা লৈপাক হুনবগী মওঙদা খূৎচা তিংনা থাববু লৈহুন জগোই কৌই। মসুমনা যুম্ফম থোনগনি।

মাইবী - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা মনাইশা লৈয়ে খূত্তা পায়দুনা মালেম লৈমায় তেমদুনা লৈয়ে থারসি।

ময়াম - থারসি।

২। অসি হায়রগা মাইবীনা চিংদুনা খূৎ য়েৎনা মাঙ থারগা ওয়না মনুং চননা খূৎচা পূম্নমক কোনশিনদুনা মাঙলোমদা থাংগৎলগা থাদগনি। মসিবু লৈতেম (লৈমায়) জগোই কৌই।

মাইবী - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা মনাইশা।

ময়াম - হাউ।

মাইবী - শঙগাই শানবা লাংশঙ হুললসি।

ময়াম - হুললসি।

৩। অদুদগী খূৎ অনীমক য়েৎনা মাঙ থাদুনা খুদোন তিংনা তিংনা কা য়াৎপগী মওঙদা জগোই শাগনি।

মাইবী - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা মনাইশা।

ময়াম - হাউ।

মাইবী - পরিং হুললসে।

ময়াম - হুললসে।

৪। মসিগী মতুংদা খূৎ অনীমক খ্বাঙ মপাদা মাঙলোমদা হঙ্গৎ হন্দা কারল কারল হাইগনি। মসিনা পরিং থাবগী জগোইনি।

মাইবী - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা।

ময়াম - হাউ

মাইবী - পরিং কোনশিললসে।

ময়াম - কোনশিললসে।

৫। খূৎ য়েৎনা খূজেঙ লৈরপনা খুবী খুদোনবী নপ্পরগা খূৎচা ফনদোকলগা খূৎচা অতৈনা তিংলগা খূনিঙদগী খুদোন ফাওবদা য়েৎকী খূৎনা হঙ্গৎ-হন্দা তৌগনি। পরিং কোনবগী জগোইনি।

মাইবী - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা মনাইশা।

ময়াম - হাউ।

মাইবী - চুপ যুংলসে।

ময়াম - য়ুংলসে।

৬। ওয়গী খূৎচা পূম্নমক কোনশিল্লগা য়েৎকী খূৎসু খূৎচা পূম্নমক কোনশিনদুনা ওয়গী খূৎতুম মথক্তা থাংগৎপা অমসুং থাদবা অসি ৩ লক তৌগনি।

মাইবী - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা মনাইশা।

ময়াম - হাউ।

মাইবী - উহৌ উরেপ য়ুংলসে। লাইয়িংথৌগী শারসি।

ময়াম - য়ুংলসে, য়ুংলসে।

৭। খূৎ য়েৎনা মথক থংনা খুবী খুদোনবী মতোল শোক্লবগা খূৎচা অতৈ কোললপ তৌগনি। অদুগা ওয়গীখূৎসু খূৎথেক অসিদা য়েৎকী খূৎ মখাদা থম্লগা হঙ্গৎ হন্দা অহুমলক লৈপাকলোমদা থাগনি অদুগা য়েৎকী খুদোনবী থিনগৎলগা খুচা পূম্নমক কোনশিনগনি। খুদোনবীনা মথকলোমদা থিনগৎকনি। খোঙকাপ মান্নগনি।

মাইবী - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা মনাইশা!

ময়াম - হাউ

মাইবী - উহৌ উরেপকি মপা হাপ্লসে।

ময়াম - হাপ্লসে।

৮। ওয়গী খূৎচা মরি কোনশিল্লগা খুদোনবী তিংখৎতুনা মথকলোমদা ওনখৎকনি।

মাইবী - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা।

ময়াম - হাউ।

মাইবী - খাঙেল হাপ্পসে। ময়াম - হাপ্পসে।

৯। খূৎ অনীমক্কী খূৎয়ায় নত্তবা খূৎচা পূম্নমক কোনশিল্লগা নাতোন মপাদা খুবাক অমরোম লাপ্পা খূৎয়ায় অনীগী মতোল অনী থেংনগনি।

মাইবী - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা মনাইশা।

ময়াম - হাউ।

মাইবী - য়ুম্বীরেল ৬ হাপ্পসে। লোয়সু হাপ্পসে।

ময়াম - হাপ্পসে।

১০। খূৎপী খূৎনাউবী অনী কোনশিল্লগা খূৎয়ায়, খূৎনিংথৌ খুদোনবীনা য়ুংখৎতুনা খূৎ অনীমকনা খূদোননা মথক্তা ওনখৎতুনা মাঙলোমদা কাপ অমরোম লাপনা লেংবান মপাদা থমগনি। খোঙথাংদি কায়রোই।

অসিগী মথংদা খূৎচা ১০ মক তিংথোক্তুনা খোঙথাং কায়দনা চৎকনি।

মসিগী মথংদা মাইবীনা লাউরগা ময়াম্না খূমদুনা ফক্লাং খারগনি।

১১। খুবাক অনীমক চপ তিংনা অমগা অমগা শম্নদনা মমায় ওনশিন্নদুনা খুদোননা থক্তা ওনখৎনা থমগনি।

মথংদা খাঙঙবু হাপকনি। মসিবু মাইবীনা লাউগনি।

১২। খূৎ অনীমক লেংজুম মপা মপাদা মাঙলোমদা নাইতোম নাইতোম তিংথোক্কনি। মাইবীনা লাউদুনা হুমদাং য়াললসে হায়রগা ময়ামনা খুমদুনা হুমদাং খূৎথেক শাগনি।

১৩। খূৎ অনীমক খদাঙ মপাদা উপ্পগা খুদোল খুদোল থেংনগনি। খূৎপাক মরুদি থেংনরোই মাইবীনা উরা থারসি' লাউবদা ময়ামনা 'হো থারসে, থারসে' খুমগনি।

১৪। খূৎ অনীমক থবাক মপাদা উপ্পা খূদোন ওনথোককনি। খূৎপী অনী নক্ন গনি। খূৎপী অনীনা ব্রাংখৎলগা খূৎচেপলোমদা নেমথগনি। খূৎচা পূম্নমক অমগা নপ্পহললোই।

মাইবীনা কৌবদা ময়ামনা খূমলগা উরা থাবা লোইরে। ই কুপ্পসে হায়না হায়রগা কূপকনি।

১৫। ওয়গী খূৎ মথক্তা য়েৎকী খূৎনা নমদুনা মাঙলোমদা মতোল তাহনদুনা ই কুপ্পা মাননা ওয়না মতোল খরা হেলহনগনি।

মাইবীনা শাই ককপগী ৱা লাউগনি ময়াম্না খুমগনি।

১৬। খূৎ য়েৎনা খদাং মপাদা খূৎচা পূন্নমক কোনশিল্লগা হকচাংদগী কাপ অমরোম লাপনা মাঙদা উপ্পা থমলগা খূৎ ওয়না খূৎ য়েৎকী মখাদা খূবাক অমবোম লাপ্পনা খূৎচা পূন্নমক কোনশিননা খূবীনা নমদুনা থমগনি।

মথংদা চিবোঙ (চিরোং লাইয়েঙ) হাপ্পবা তৌগনি।

১৭। খূৎ য়েৎ ওয় অনীমক খূৎবাকতিংনা লাইবক মপাদা য়েৎকী খূৎনা মাঙ থানা খুজেং অনী থেংনরগা কারল চনগনি। মিৎকী মপাদা তৌগনি।

মথংদা মাইবীনা ৱাই তৈবগী ৱা হাইগনি। ময়াম্না খুমগনি।

১৮। খূবাক অনীমক মাঙলোমদা ওহ্োক্তুনা খুদোননা মথকলোমদা ওনখৎলগা খুবাক অনীমক থা মচেৎ শানা শম্নহললগা অরাও অখু মান্ননা য়েৎ ওয়দা হঙ্গৎ হন্দা হাইগনি।

মাইবীনা - লৈমায় ৱাই তৈরসে।

ময়াম - তৈরসে।

১৯। খুবাক অনীমক মাঙলোমদা য়েৎকী খূৎনা মাঙ থানা খ্বাঙ মপাদা ফৈনা ফৈনা হাইগনি।

য়ুম শাবা লোইরবদা মাইবীনা চিরেল লাইয়েঙ শাদুনা মখুৎ অনী মিৎকী মপাদা ওয়গী খুদাংবু য়েৎকী খুদাংনা ননদুনা কারল চল্লগা খুদোন অনী হাইদোক্তুনা হকচাংদগী কাপ অমরোম লাপ্পা থমলগা "হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা, চিরেল লাইরঙ হাপ্পসে" হায়না লাউদুনা পেনা শকপগা লোয়ননা পরেংদগী থোরক্তুনা লাইমাঙলোমদা খোঙথাং কায়দনা চঙশিল্লগা খূৎ লোন্নদুনা লাইদা খুরুমদুনা শঙ কৎকনি। মতুংদা লাইবৌলা থারিবা অদুদা খুরক লৈ লাংথ্রে অদু হাপকনি। পেনা খোংবসু মাইবীনা খুরুমদুনা লোইশিনবদা লোইশিনগনি। ময়ামদি মাইবী পেনা খোংবনা চঙশিনখিবগা জগোই শাগনি। মসিদা য়ুম শাবা লোইবে।

---

# পানথোইবী জগোই

নোংপোক পানথোইবী অনী পাউশানদুনা ঈশৈগা লোয়ননা শাবা জগোই অদু পানথোইবী জগোই কৌই। লাই হরাউবগী লাইরিক্তা পানথোইবী জগোইগী মখল য়ামনা ইরি। অদুবু লাই হরাউবদা মরু ওইনা চৎনরিবা অসিতা ইজরে।

**জগোই :** খোঙ নাম্মা নাম্মনা খোঙথাঙ অনীরক থাংলগা মতুং থংবা খোঙনা তুংদা কারল চনদুনা লেপকনি। ওয়না খোঙ য়েত্তা কারল চনবা মতমদা ওয়গী লেংজুম মপাদা, ৱাংতকপা ওয়গী খুদোল তাহনগনি। য়েৎকী খূৎনা থাবাক মপাদা খরা নেম্না খুবাক অনীমক্তা মপানদা ওনথোকনা থমগনি। মিৎনা ৱাংখৎলিবা খূৎকী মতোল য়েংগনি।

অসুম তৌনা নাক য়েৎ অনীমক্তা ওন্না ওন্না তপ্পা শাগনি। জগোই শাবা মতমদা মাঙলোমদা খরা খরা চৎখৎকনি। মসি শুমাঙ অদু অমুক কোয়বা থুংনা চৎকনি। শুমাঙগী চিথেক মরিদা জগোই অতৈনা পুমলৈ লৈবা অদু লৈরোই। পুঙ য়ৈরোই পেনাতা খোংগনি।

অহানবদা মাইবীনা লাইদা শঙ কৎপা লোইরবদা ময়ামবু কৌরগা জগোই শানবা লাউগনি।

মাইবী - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা।

ময়াম - হাউ।

মাইবী - ঈবুংঙোগী সনা শঙগাই শাবা অসি লোইরে। অদুনা হৌজিক্তি শঙগাইসু কৎলুরবনিনা খুঞ্জাউনবা লৈচাউনবা ঈবুংঙো ঈবেম্মা অনীমক পাচুননবা পানথোইবী জগোই শারসে।

ময়াম - শারাসে।

অসুম্না লাউরগা মাইবীগা পেনা খোংবগা ঈশৈ অৱায় অখুম শরুদুনা জগোই শাগনি। মসিবু নোংপোক পানথোইবীগী ঈশৈ কৌই।

**( অহানবা জগোই শাবা হৌবদা শকপা ঈশৈ)**

লাইমাঙদা - আ... নুমিদাংৱাইগী মতমদা আ :

নুমিৎনা চিঙয়া থাংলকলে এ।

চিঙগীনা মৈনা তময়া থেং।
তমগীনা মৈনবু খোঙমৈনেম।
চিঙগীনা পামেনন নিঙথিবিই।
তমগীনা পামেননা নাপুঙবী।
শাবিনা মাঞ্জনা পাম্মুবা আ:
থংলেনগী চেংলৌনা উবরা ?
মাঞ্জগী কায়দোংফমবু তাকপিয়ুদা

থাংজিঙদা - আ-হা- কেগেনিদিনা কসারেল।
মোইরাংগী লাংবুমনা অরিবা আ:
লোকতাকপা ঈশা মাপননা।
চেংলৌ শকয়েংনবা, লাইয়িংথৌ।
ঈশাবি মাঞ্জা পাম্মুবা,
নোংপোক মালংনা হুমমোইবা।
কাওরেননা শনবোই থিববু।
কেগেনা মায়গৈদা পাংলকপরা ?

ৱাংব্রেনদা - আ-হা খানবু চাউবনা ৱাংবুরেল।
লমলেননা শুগুনা ঈৱাইতা আ:।
খমনুংনা শৱানা য়াংদৌরম।
থোংনাং মোংবিনা চিঙনুংহুৎ।
লাইজা ঈথোঙনা লোললিবা।
লেভলৈ ঙাথোঙ থিলিবা।
ঙাচিকনা কোনগুমনা কোনথাবা।
ঙারেননা কোনবু কোললিংবা।
পাম্মুগী লমদমবু তাকপিয়ু।

নোংপোক্তা - আ-হা নোংপোক মালংনা হুমমোইবা,
হাওরৈ নোংপোকনা পাংবদা,
কাওরেল শনবোই থিবগুম,

চরৈনা মচু নাইববু শেত্তুনা,
কোয়েৎ তোলোকনা নাইদুনা,
কাওহ্‌না লেংদা থোংদুনা,
ময়ুমনবু শেল্লোয় তুং ওইনা,
য়াংদৌনবু খোঙদোয়না হুললকলে।
ঈকাইনবু চরৈনা লমখুমনৌ।

ঈশৈ অসি শকপা লোইরবসু জগোই খুৎথেক অদু কায়দনা অদুম শাগনি। চিঙখৈ পাংবা মায়কৈদা খুৎ খনদুনা য়েংলগা।

মাইবী - হো লাইয়িংথৌ লাইবেম্মা মনাইশা।

ময়াম - হাউ।

মাইবী - নোংপোক চিঙখৈ পাংবরোমদা চবৈ চোন্না শেত্তুনা কাওহ্‌লেংদা থোংদুনা কোয়েৎ তোলোক নাইনা লাকলিবা অসি নবুংঙো মানব্রা য়েংউ। (খুৎ খননা খননা)

মাইবী - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা মনাইশা।

ময়াম - হাউ।

মাইবী - নবুংঙো লেঙলকলে। হৌজিক্তি ঈকাই খুমনবা ওইনা চিনবাল খুমমো। ময়ামনা 'খুমলে' হায়দুনা ফিজিনা চিনবাল খুমগনি। (মসি নোংপোক অপানবা লেঙলকপগীদমক পানথোইবীনা ঈকাইখুমনবা উৎপনি)।

মাইবী - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা মনাইশা।

ময়াম - হাউ।

মাইবী - নবুংঙো লেঙলকপগী হুমাই থৌগল তৌরো।
ময়ামনা 'তৌরে' হায়না খুমলগা য়েৎকী ফিজি পায়দুনা হুমাই হুমগনি।

ময়াম - হাউ

মাইবী - নোংপোক চাকমিংশেল চেংলৌ শকয়েং পানবু শমু মাঙদা থারো। ময়ামনা 'থারে' হায়রগা খুৎ ওয়না মাঙদা তিংথোক্তুনা খুদোননা মথকলোমদা ওনখৎলগা খুবাক্তা য়েংগনি।

মাইবী - খুগা শম্জেৎ তোনানবী হাৎলো।

ময়াম - 'হো হাংলে হাংলে' হায়না খুমলগা ওয়গী খূৎনা হাননগুম থমলগা খূৎ য়েৎনা কোক্তা শমজেৎ হাংপগী মওঙ উৎকনি।

মাইবী - হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা মনাইশা।

ময়াম - হাউ।

মাইবী - নবুংঙোদা হয়রাং নৈরাং লানশিললো।

ময়ামনা 'লানশিললে' হায়না খুমলগা খুবাক অনীমক শমনদুনা খুবাক তিংনা লোংথোক্কনি।

লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনীমক্তা নুংঙাইমিন্নবা অসিবু পাউশানবা কৌই। পাউশানবদা পাউরৌ তৌনবা মরোনবু পাউশা কৌই। জগোইদি হাননগুমনা অদুম শাগনি। অদুগা পাউশাসু হৌরগনি।

মাইবী - হো লাইয়িংথৌ, লাইরেম্মা মনাইশা।

ময়াম - হাউ।

মাইবী - নপা নপা খূবাককা খূবাককা মালহৌনরে।

ময়াম - 'মালহৌরে' হায়না খুমলগা মী অনী অনী মায় ওনশিন্নরগা অমগী খূৎ য়েৎকী খুবাককা অমগী ওয়গী খুবাককা খূবাক খূবাক উৎনগনি। মদুগী মতুংদা লৈহৌরিবা খুবাক অনী অদু অমুক উৎনগনি। মসিগী মথংদা মাইবীনা ময়ামবু কৌগনি। অদুগা ময়ামনা খুমগনি। অদুদগী -

মাইবী - নপা নপা খুদোল পায়নদুনা (তোরেরে) য়া য়া তৌরো।

ময়াম - হো য়ায়া য়ায়া য়া।

মসি তৌরগা মী অনীনা ওনশিননরগা অমগী য়েৎকী খূৎকা অমগী ওয়গী খূৎকা পায়নরগা অনীমককী হকচাং পুমলৈ লৈথোক্কনি।

মাইবী - হো লাইয়িংথৌ মনাই লাইরেম্মা মনাইশা, লেংবাল লেংবাল পায়না নৈরসে।

ময়াম - 'নৈরসে' হায়না খুমলগা অমগা অমগা মায় ওনশিনদুনা অনীমক খূৎ ওয়না অমগী য়েৎ থংবা লেংবাল পায়নরগা হাননগুমনা ওয় ওইননা হকচাং পুমলৈ নৈগনি। লয়রবা মতমদা ' হো য়ায়া য়ায়া য়া' লাউগনি।

মাইবী - হো লাইয়িংথৌ মনাই, লাইরেম্মা মনাইশা, নপা নপা খ্বাঙ খ্বাঙ পায়নদুনা য়া য়া চেললো।

ময়াম - 'হো য়ায়া য়ায়া য়া' হায়না লাউরবগা হাননগুম্না ওনশিন্নরগা ওয়গী খুৎনা অমগী য়েংকী খাঙ্গা কোললগা লৈনগনি। জগোই অসিবু পাউশা জগোই কৌই।

(মসি নীপা অমগা নূপী অমগা শান্নরমই। লাইবৌদা য়াওবা মী পুম্নমক অসুমনা শান্নে। হৌজিক্তি জগোই অসি শান্নবদা য়াওদ্রে।)

মসিগী মথংদা পাউশা ঈশৈ হৌরগনি।

অহানবদা খোঙ নামমনা অনীরক অনীরক কাঙললগা চেংবগী মওঙ্গা নামমগী খোঙবীনা লৈপাক শোক্লগা খুবাক অনীরক নত্রগা অহুমলক খুবগী খোঙথাংদা মাঙদা খুবাক অনীমক লোংথোক্কনি। অসুম্না য়া য়া অহুমলক শুরগা মখাগী অসি মাইবীনা লাউরবগা ময়ামনা খুমগনি। মসি অরাই-অখুমগী মওঙনি। মতাং অসিদা মাইবীনা পরেংগী ময়ায়দা চঙদুনা লাউগনি।

১। শনম খোকসে মখোকসে।
শনম হনসে মহনসে।
পাখং শমৈ রাইনসে।
নুরা শম্মৈ চুনসে।
চুনরে, চুনরে।
হো য়ায়া হোয়া।

## পাউশা ঈশৈ।

২। হা পেম্মা নিঙথিবী, খিংখিং লাওজসে।
পায়না খুদাপ পীনসে, নুরা তাউজিঙ হয়রানসে।

৩। হে নহাবা অপিশক, লৈকু মরুম খোইচোপপা,
লৈরাই মরুম খো হাইবা, লৈতুম হুননা পাউশাবা,
ঈপল পুললাং কায়রেদা, শিংবিরোইবু হায়বরা?
শিংবিয়ু শিংবিয়ু মশিংবিয়ুদা, হো য়ায়া হো য়া।

৪। পেম্মা নঙবু হুনদেদা, লৈপাক শঙদা লৈবীদো,
মনম নোংশা য়াইবীদো, লৈতুম হুননা পাউশায়ে।
নপলগী পুললাং কায়বদি কুমশি মপাল শারগা য়া
নোংমৈ মহয় য়াললগা শিংবিগে, মশিংবিগেদা।

৫। হে নহাবা অপিশক
য়াওরৌদগী শংঙাইনা, মচি কেক্রু থোনদ্রিয়ে।
ললহাল পুঙগী কাকফৈনা, মনা হুমাই শাদ্রিদো।
কোকফমদদি ঙমুনা, খোইজু তোলোং চিন্দ্রিদো।
কোংবদগী ঙাখানা, পোলাং কানক নাকত্রিদো।

৬। ওকথবী মৈকামও, ঈচিল তুমই কামফদে।
থেংগুও অঙাংপো, উনম পোললি পোকফদে।
আরে আরে লাইকম্বা শগোল তোংবা কাইরমবা।
নঙবু তোংবা য়াঙদেদা। চিঙয়া চৎপা লাইকমবা,
তময়া কোইবা খোঙশাংবা, হা কৈদা তাগবা,
ঈতৈমা ফুঙ্গা শঙবীদা তাররে তাররে দে।

৭। লৌরীদা চৎপী ফিঙাঙ ইনবী
তাদগী মতু ঈতৈমা,
ইংখোলনু শম্বননু নম্বুল ৱাইশেননু,
ৱারক হয়জাং নমবোনবী, হয়জাং উন্থবী,
শাবিনা করি হয়নোদা,
শানৌ হয়রাঙখোয়।

৮। য়োয়ময়ায়দা পোল্লগা, তাউদনবদা শৎনলৈ
থবিরেংদা হেকলগা, শেনগোইরেংদা চিন্নরৈ,
শাবি শানৌ লৈচিল-লৈ, পারি ইমোম শুকতালৈ,
পল্লৌগী পুনশি ইৱাললৈ, পলেমগী পুনশি ইখোমলৈ,

য়েংউ য়েংউ শাৎলিবা লৈসে, শাইগী মতেং পাংবা লৈনি, শানৌ কুসুমলৈ। মথককি ঈশৈ ৮ অসি নত্তবা অতোপ্পা ঈশৈ কয়াসু হাপচিন্দুনা শকনৈ। অদুবু লাই হরাউবা লাইরিক্তা য়াওদবনা মফম অসিদা ইজদ্রে।

## অনোয়রোন্

পেনা শকপা অশৈবশিংনা হোইরৌ লাউরগা অনোয়রোন হায়বা লাইরোন অমা শকই মসি করিগীনো হায়বদি। লাইশিংনা অহানবা হৌখিবা মতমদা তৌখিবা থৌরমশিংবু অনোয়রোন্না ফোংদোকই। অনোয়রোন হায়বসি অৱাবা নত্তে। চিন্না মথং মথং লাউরগা খূৎনা, খোঙথাঙনা, জগোইনা, মিৎয়েংনা, ফোঙদোকপা থৌরমনি। তাইবংপানবা অসি কমদৌনা শেমখিবনো কদাইদগী লাকপনো কনানা করিগীদমক শেমখিবনো হায়বদু অনোয়রোন্দা শেংনা য়াওরি। মরম অসিনা থৌরম অসিবু পাঙথোকপদা শোইবা য়াদে তৌহৈদে হায়দুনা য়াম্না লুপা শৈশকনৈ। অনোয়বোন হায়বসি য়াম্না চারগা নোয়বা অদুবু নত্তে। তৌখিবা থৌরম্বু নুংঙাইবা ওইনা ফোংদোক্নুনা তাকপনি। লৈশেম্না হায়বসি য়াম্না ৱারমগনি অদুবু শেমলিবা থৌরম অদুবু মপুং ফাবা ওইখিবদগী নুংঙাইবনি। লাই হবাউবদা অনোয়রোন হাযবা শৈশক অসি হয়িঙৈদগী হৌই। কংলৈনা হরাউবসু, চকপনা হরাউবসু, মোইরাংনা হরাউবসু, ককচিংনা হরাউবসু হয়িঙৈদগী হৌদবা য়াদে। চকপা হরাউবগী অনোয়রোন্দা চকপনা হান্না নোয়য়ে, মৈনা ৱায়না তাংনা শম্না নোয়য়ে, হায়না শৈথানরি। মসিনা তাকলিবদি চকপনা হান্না নোয়বা অসি মমৈ ফাওবা শমথহৌরি, উমিৎ উতাংগুম লৈহৌই হায়বনি।

লমলেন মদাইমদা নোয়য়ে হায়বসিনা লৈমাইথক্তা নোয়য়ে হায়বনি।

লমলেন মহৌচীঙদা নোয়য়ে। মহৌচীঙ হায়বসি শুগ্নু চীঙ অসিবুনি। মহৌচীঙদগী ফাইবোক চীঙদা নোয়য়ে নোয়বী নোয়দমচীঙদা নোয়য়ে। কোনতে খূৎচুম মাইবনা নোয়য়ে, মীনা নোয়রকপদা খূৎচুম মাইবা অসিনা মহাক্লে। মহাক্কী মমাংদা নোয়খিবশিং অসি মী ওইরবসু লাইমকনি।

খূৎচুম মাইবা হায়বসে কনানো হায়রবদি নোংদা লাইরেন পাখংবগী অমাইবা কোন্দে নাকথং মাইবা হায়বা অদুনি।

মহাক অসি মীতারকপগী অহানবনি। মহাক্না নোয়বদি হে লাইকল চীঙদা নোয়য়ে পুয়দিংঙা তংকা চনুনা নোয়য়ে হে শায়োন চীঙদা নোয়য়ে। য়োইবু তোইবীবু নোয়য়ে, তোইবী তংকা চনুনবু নোয়য়ে। তোইবী তংকা চনুনবু হায়বদি তুবী লৈমা ইবেম্মানা নোয়য়ে হায়বনি।

তোইবী তাংকা চনুনা মপল লাইবু য়ুকৌয়ে তম্ফা ব্রাংঙমলোন ইবেম্মা পাম্ছোইবীনা মপা মপুবু য়ুকৌয়ে মদুদা তাউরোইনাইবু য়ুকৌবদা হনবা লুকথুংবদা হনুলুকথেকতবগী নহা নুপী নুংদা লিনগাম লাইকাম লাইদুবু পাকনা তাইনা লাইথুংলে। মদুদগী তাংকা চনু কোরৌ নোংতংলেংবীনা খাবী মথিবু নাইরে অমাই মরাংবু হৌরে। হায়বদি করিগী লাইথুং থুংলকলিবনো হায়না মপুক্তা খল্লুদুনা থিরকলে হায়বনি।

হয়রেন ফুনিঙশিংবীগা খুনজান ব্রাননিঙ শিংবীনা চামলৌ লাপোৎ পুনা লাপোৎ ৫ শুনা শিংপোৎ মঙা য়াওনা হে চেনগে চেনশিনখিযে হে পাংগে পাংশিনখিয়ে। মানবী নিঙতেক অমাই মরাং হৌনা খাবী মথি নাইরে হায়বদি লাপোৎ মঙা শিংপোৎ মঙা য়াওনা কৎতুনা খাবী মাইবীনা লাইতোংদুনা লাইপাও চেল্লে হায়বনে।

মানবী নিংতেক অদুগা কোরৌ লাংমাই হনবীগা নৈগী মরিথি নোংগী মরী পাইনা। খিকমরোক্লা খিকপদি শায়াই লায়াইবু খিকৎলে। খিকমরোক্লা খিকপদি হনবা হনু মক্তুনা হে খিক্কী খিকথরে।

হায়বদি নোংথৌবু, মালেমবু তাইদুনা কুবীরে হায়বনি।

শয়াই লায়াই খিকথবে হায়বদি লল থুমবু খিকথরে পীবীরে হায়বনি। হনবা হনুমক্লা পোকমরক্লা পোকপদি হে পোক্কী পোকয়ে মহৌ পোকযে মহৌ ফাইবোক চীঙদা খাবী লেংনাউ মোম্বীনা তোইবী তংকা চনুনা থিংলৌ নিংনা তেনা মপল লাইবু য়ুকৌয়ে, লাইরেন লাইবু য়ুকৌয়ে, তাউরোই নাইবু য়ুকৌয়ে। হনবা হনুমক্লা হে পোক্কী পোকয়ে মহৌ ফাইবোক চীঙদা পোকয়ে হায়বদি। মপোক অমুক লাংওল্লে হায়বনি।

হনু নুক্লা থুংলে হনু লুকথেক্তববু হনু লুক্লা তেকলে। নহা নুপী নুংদগী লিনগাম লাইকাম লাইদুবু হে পাক্লা তাইনা লাইকোকলে। হায়বা অসিনা তাকলিবদি মপা মপুবু তিনখোং লাইখোং থিজবদগী লাইথুং লাইনা পুম্বা তিনকোক লাইকোক্লে হায়বনি।

তুবী ঙাংয়েক চনু খাবী লেংনাউ মোম্বীনা অমাই ঙাংয়েক চনু খাবী লেংনাউ মোম্বীনা অমাই মরাংহৌনা হে নৈয়োন চীঙদা কোন্দো খূৎচুম মাইবনা হে লাইকল চীঙদা নোয়বী নোয়তম চীঙদা য়োংমু শলম চীঙদা তাংকা নুপী ইবেম্মা পাম্ছোইবীনা পুয়তিং ব্রাক্লা খুয়োন পুইদিং লৌবী তৌলা নোংদম লেংবীগা মপল লাইবু নোয়য়ে। লাইরেন লাইগা নোয়য়ে তাউরোইনাইগা নোয়য়ে।

হায়রিবা অসিনা ইবেম্মা পাছোইবীনা নোয়ববু মপা মপুবু পেন্নবা নোয়য়ে হায়বনি।

খোঙশিং মাপল হৌনানোয়খুৎথেৎনা নোয়বু নোয়তময়ে। নোয়মলাংবু নোয়তময়ে। নোয়না ঙমদম হৌঙেদা শাবী লৈরাং মশেন্না নুংওক পাইরং মশেন্না খুবীং খুবাই মশেন্না খৈরোইয়ুচেং মশেন্না হুইরি ৱারাইখোৎ চাদুনা লাইখোৎ লাইহি চাদুনা শিংজং ৱাখায় য়াওনা পিথৎ পিথাং য়াওনা তোইবী তাংকা চনুকা মপল লাইগা নোয়তময়ে।

শাবী লৈরাং মশেন হায়রিবা অসিনা তাকলিবদি শামান লেংমান্নবা নিপা নুপী তুমা শুনা নোয়মিন্নে হায়বনি।

পিথেৎ পিথাং হায়রিবা অসিনা ইপাগা ইমাগা অনীনা তুমা শুনা নোয় হায়বনি।

লাইরেন লাইগা নোয়তময়ে তুবী চাগা নোয়তময়ে খোংশিং মরক্তা মহৌ ফাইবোক চীঙদুবু হে নোয়গী নোয়খায়য়ে, তুবী চানা নোয়বদি চারেম্বনা নোয়বদি, নোয়চুনসে নোয়চুনসে লাইনিংথৌও, নোয়চুনসে হায়রিবা লাইরোল ৱাহৈশিং অসিনা তাকলিবদি শামান্নবা চুনসে হায়বনি তাইবঙ মীওইবগী নুংগী ওইবা ৱানে হায়দোকপদা ইকাইনবা ৱানে। অথুপ্পনে।

মরম অসিনা অদুগা নোয়য়ে হায়রিবা অসি নিপা অমসুং নুপী অনীগী ৱানে।

তুবী চানা নোয়বদি লাইরেম্মনা নোয়বদি চারেম্বনা নোয়ববু শাবীরেন্না নোয়তময়ে। শাবী য়াম্বা মঙাই তোমবা নোংদা চীঙখল য়াংনা লাইরেল লাইগা নোয়তময়ে। তাউরোইনাইগা নোয়তমঙে মথৎলেনগা নোয়ঙেদি মরুপ্পীনা ঙাইনোকনৈ ইপল পলেম ইমাও চানোয়বদি নিংথিরে শারেল ঙানা চাউইদা হে ঙৈনোকনৈয়ে শাবী চীঙদা নোয়বা ঙৈনোং চীঙদা নোয় নোয়বদি নোয়চুনসে লাইনিংথৌও।

নোয়বা হায়বসি করিগীনো হায়রবদি পারি পোক্লবা ইমোম পোক্লবা নোয়বনে। শাবী চীঙদা নোয়বা হায়বসি নিপা অমগা নুপী অমগা নোয়বসি ইপল পলেম ইমাও চানিংবদি নিংথিরে শারেন ঙানা চাউইদা হায়দুনা তৌখিবা থবকপু খুনজাও লৈচাউনবা নিংশিংই। অসুম্মা নোয়বা অদুগী পাওবু হরাউরিবা লাই অদুদা শৈথাবসি লাইমশিং ৱাৎপা য়াদে মশিং শুদরবদি শক্লিবা মী অদুগী য়াম্মা ফত্তে মীগী পাউদম্বদি খরা চিথৎরবসু য়াই। লাইগী শৈথাবা অসিদি চিংথবা য়াদে। অসি অফবগী পাউতম্বনি শোইরগা লাইথুং লাইনা পাল্লি মরম অসিনা অদুগা নোয় হায়দুনা ইরিবা অসিনি।

## অনীশুবা অনোয়রোন

হয়িঙৈদা নোয়ববু মৈনা ৱাইনা নোয়য়ে তাংনা শম্না নোয়য়ে হায়রিবা অসি করিগীনো হায়রবদি হয়িঙৈদা মালেমদা লাইনা অহানবা তৌখিববু হায়বনি। মৈনা ৱায়না তাংনা শম্না হায়বদি মীওইবনা তমহৌবা অদুবু হায়বনি।

কোরৌ তোন্দা নোয়য়ে নোংমদোন্দা নোয়য়ে হায়রিবা অসিনা অৱাংবদা তৌখিববু হায়বনি। খোয়মোম পাক্তা নোয়য়ে লাইরৈ পাক্তা নোয়য়ে নুংনাং কোন্দা নোয়য়ে, কৌখংকোন্দা নোয়য়ে খোয়মোম লাইগী লৈপাক্তা কৌরৌ তাশিল লৈদা ৱাংবল তাংদা তৈদা চিংঙু নোংখল লেন্দা কোরৌ ঙান্না নোয়য়ে নোংদোন ঙান্না নোয়য়ে। হায়না শৈথারিবা অসি অৱাংবথক্তা নোয়ববুনি থক্তা নোয়বসি মথং মথং লৈ মরমদি কোরৌ মরোন ৭ শুই মালেমগীসু ৭ শুই মালেমদা নোয়য়ে লৈমায় থক্তা নোয়য়ে। হায়বসিনা মালেমদা নোয়ববুনি। লাইরৈপাক্তা কৌখংকোন্দা খোয়মোম লাইগী লৈপাক্তা হায়বনা কোরৌথক্তা নোয়বা, অঙানবদা শক্কা শক্কা উনদুনা নোয়বা হায়বনি।

নোংথৌরেননা নোয়য়ে সোরারেননা নোয়য়ে খাকপা নিংথৌ তেলহৈবা ৱাংবা নিংথৌ পানচুমবা চীংঙু নোংথৌ য়োইরেনবা তলবু ফমশিংপা মংলং লৌতমহুনবা লাইপক খেলাই ইনবা কোরৌ নোংখোয়ফমবা নুঙ য়াইবীরেন শিদবা য়াইবী মখোয় লেপ্পা খাকপা পুরৈরোম্বা চীংঙু পুরাং নাগবা খোকমারোক্কী ওন্দেবা খোকমারোকী হলৱাইবা চীংঙু নোংথৌ সোরারেন কোরৌ নোংথৌ নোংশা ৱাংবা নিংথৌ লৈহৈবা খোযয়ুম পাখং য়োয়রেনবা লাংগোই মখুৎনেৎ লাংগোই ঙৌবা হেনবা শামরী পানববু লাংগোই খুনেৎনবা কোরৌ চৈখাঙবা ৱাংবা তেহ্বা চুমবা চীংঙু লাইনিংথৌনা নোয়য়ে। অসুম্না সোরারেন্না নোয়বা অসি ৱা-হনদোক্রবদি মরোল নিংথিবা ঙাক্তনি।

অনোয়রোন্দা য়াওরিবা খোকমারোক্কী ওন্দেবা খোকমারোক্কী হলৱাইবা হায়বা অসি অহল ওইদুনা শিখিবা তাররবসু অমুক পোকলকনবা হায়বনি।

সোরারেন নোংশাবা নুংয়াইবী শিদবা য়াইবী মখোয় লেপ্পা হায়বনা শোইদনা পোকলক্কনি হায়বনি। চীংঙু নোংথৌ সোরারেন তলমু ফমশিংপা মালং লৌতম্বা হুমবা লাইপক খেলাই ইনবা হায়বনা মীওইবা অসি শিরবসু নুংশিৎ অদুদি অদুম মাংদনা শিৎতুনা লৈ অদুনা নুংয়াইবী শিদবা হায়বনি।

অতেংবনা নোয়য়ে হে খোইমোম লাইরেম্মা মশানৌগা নোয়য়ে নোংদোন লৈমগা নোয়য়ে। কোরৌ নোংদোন লৈমগা নোংথাং নোংখাই ফম্বী কোরৌ লৈমনা নোয়য়ে। নোংদোল লৈমগা নোংথৌরেনগা নোয়য়ে। সোরারেন নোয়বদি মপারিগা নোযয়ে। সনাহনগা নোয়য়ে। মপারীহনগা নোয়বদি হে খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংঙু হৈনা চাউবা হৈনা নউ চাওবা পালেম উচল হকপা খোইমোম কোরৌ হনবা কোরৌ নোংদোল হনবা নোংথৌ খোয়রী হায়বা নাব্রা খোয়দাং শিংপা চীংঙু হৈনা চাউবা হৈ নউ চাওবা পামেল উচল হকপা কোরৌ হনবা কোরৌ নোংদোল হনবা নোংথৌ খোয়রী হাযবা নাব্রা খোয়দাং শিংপা চীংঙু লৈশং খেকব্রাইবা লৈরাং খয়োম লৈনৌবা লাংগোই তুখায তোংবনা মপারিনা নোয়য়ে। খোইমোম লাইনুরাগা নোয়য়ে। সনা লৈমাগা নোয়যে থম্বাল লৈমগা নোয়যে। চীংঙুরেনগা নোয়য়ে। সোরারেন্না নোয়ববু চরৈফিঙৌ শেংপা তবা চাক মাংদনা চরৈফিঙৌ খন্না ফিজং খছুনা ব্রাংলেন থিন্না নোয়য়ে। তরেৎ য়ৈনা নোয়য়ে। শেলফাং য়ৈনা নোয়য়ে। মোইবুংথিংগামন্না নোয়য়ে। শরিক নোংদম খিঙনা নোয়য়ে। সনা চোংলেন খান্না থাঙলেন য়াথৌ ফান্না চীংঙু তমনা নোয়য়ে। মঙাল তমনা নোয়য়ে। খোইমোম মালেম তমনা নোয়য়ে কোরৌ কুপ্না নোযযে। কুপতুম কুপ্না নোয়য়ে। লংদুম লংনা নোয়য়ে। কোরৌ লাইবুংথৌশিংগা চীংঙু মাইকৈ ঙাকপা মাইকৈ শুদাং ঙাকপগা লৈথিংনোংথিংবগা চীংঙু শেমদমশেম্বা হুপলেন য়াইবী মশেন মৈবী হাওজানতোং য়াওনা নোংলৈ লৈশুক কোরৌ নোংলিচিংবগা ঈরৈ মশেল মালেম লৈশুবা কোরৌ নোংলিচিংবগা কাপ্তুবনা নোয়য়ে। লৈখৈবনা নোয়য়ে। চীংয়োম লোয়হৈনি অপোকচাদা য়াওনা চাদা লাইহুই য়াওনা অশং অমান য়াওনা। অতোং অরেংবা কোরৌলেন্দা নোয়য়ে। নোংখোংলেন্দা নোয়য়ে। নুংনাং য়াকোননুংদা খোইয়ুম লাইরুপ তিন্না খোইমোম তিন্না নোয়য়ে। ঙাইরোইননা নোয়য়ে। খোইমোম কুপ্তুম কুপ্না চীংঙু ঙান্দুনা ঙান্না কোরৌ থৌনা নোয়য়ে।

নোংথৌরেন্না নোয়য়ে। কোনখৈবনা নোয়য়ে। অতাম্বনা নোয়য়ে। শঙলেম্বনা নোয়য়ে। অথাপ্না নোয়যে। অথাপ্না নোয়বদি নুমিৎ চাওনবা নোয়য়ে নুমিৎ চাওনবা নোয়বদি মালেম পাক্লবা নোয়য়ে। মরা পাক্লবা নোয়য়ে। কোরৌ কুপ্না নোয়বনা নোয়য়ে। নোংলি কুপ্না নোয়য়ে। খোইমোম থৌনা নোয়য়ে। লাইয়িংথৌনা নোয়য়ে। য়োইরেনবনা নোয়বদি নোয়চুনসে নোয়চুনসে লাইয়িংথৌও।

মথক্তা পনম্লিবা লাইশিং অসি মশিং অমতা ব্রাৎতনা নোয়খি। খোরিফাবগা মশানৌ থম্লাল লাইরেম্মগশু নোয়খি। সোরারেনগা মপারি খোরিফাবগশু নোয়খি। কোরৌহনবগসু নোয়খি।

মালেম য়েংনা নোয়য়ে মালেমদা অমুক য়েংঙে। কোরৌ কুপ্পা নোয়য়ে হায়বদি লাইয়াম্না লাউখোংদুনা নুংঙাইবা অদুদা নুমিৎকী মঙাল ফাওবা খলখিবা অদুবু হায়বনি। চীংঙু মহিশাং খোইয়ুম মঙাইরোইগা নোয়য়ে হায়বদি মাগী মাগী লাইরেম্বীগা মপা কায়দনা নোয় হায়বনি।

## অহুমশুবা অনোয়রোন
## ( সোরারেন্দা নোয়ববু চকপরেন্না উরকয়ে )

হৈয়িঙৈদা নোয়বদি সোরারেন্না নোয়ববু চকপরেন্না উরকয়ে চকপা সব্রাংবনা কোরৌ নিংখমতোন্না লাইশা য়ারৌ শজি লাবা খুমন পুবনা য়াংদৌ শারম লীবনা কোরৌ লমবু তানখৎলক্লে। নোঙ্গা লমদা তানখৎঙে খোয়মোম থৌনা নোয়য়ে। লাইনিংথৌনা নোয়য়ে। সোরারেন্না নোয়ঙময়ে। অহোংপুংবু নোয়ঙময়ে। পুংফা পুংবু নোয়ঙময়ে। পুল্লাং নোয়বু নোয়ঙময়ে। য়াইফা নোয়বু কোরৌ চীংদগী পুরকএ। কোরৌ মথোংচীঙদগী ব্রাংবল মব্রাক চীঙদগী মেললাং মীৎনা উরকয়ে। চীঙথাং নোংনিংথৌ পাখংবনা নোয়য়ে। য়োয়বেনবনা নোয়য়ে। নোংথৌরেন্না নোয়বদি সোরারেন্না নোয়ববু চকপরেন্না নোয়তময়ে। সব্রাংবনা নোয়তময়ে। ময়ুম হেমচেংনাক্তা চকপা মশাইকোন্দা চরৈ ফিঙৌ থকখন্ননা চকপরেন্না নোয়য়ে। সব্রাংবনা নোয়য়ে। মেলাং হমেং মীৎনা হয়ি হয়া তাংনা হেমচেং চীংদা নোয়য়ে। শুপ্পা চিংনা নোয়য়ে। চকপা চাপাখংনা হেমচেং চনুরাগা চকপা য়ুমলোই হৌনা কোরৌ নোয়বু নোয়য়ে। নুংনা নোয়বু নোয়তময়ে। হেমচেং নোয়বু নোয়তময়ে। হয়িঙৈদা নোয়ববু কোরৌ শম্না নোয়য়ে। ব্রাংবল ব্রায়না নোয়য়ে। মৈনা ব্রায়না নোয়য়ে। তাংনা শম্না নোয়য়ে। নোয়না হৌনা নোয়য়ে ঙমদম হৌনা নোয়য়ে। খোইমোমথৌগী নোয়দম্না লাইনিংথৌগী নোয়তম্বদি নোয়চুনসে নোয়চুনসে লাইনিংথৌও।

নোয়বা হায়দুনা হৌজিক লাইহরাউবদা পেনা খোংবা অশৈবশিংনা শকলিবা লাইরোল অসি লাইয়াম্না কৌব্রু চীঙদা নোয়দুনা হরাউরিঙৈদা চকপা চা শব্রাংচানা য়ারৌ শজি অদুনা কৌব্রু চীঙদা চেনখৎখিবদা শজি অদু তান্নরুবদা থেংনদুনা উরকপনি। মদুদগী চকপশিং য়াম্না নুংঙাইবা থৌরমনি হায়দুনা চকপগী মশাইকোন্দা লাইশিংনা তৌরম্না থৌরম্বু চরে ফিঙৌ খন্না তৌখিবনি। মরম অসিনা অশৈবশিংনা অদুদগী তৌরক্লবা থৌরমনি হায়বা খংননবা আ হোইরৌ হায়না শৈহৌরগা শৈশকনরিবা অসিনি।

চকপগীদি মেনোংমীৎ হায়বসি য়াম্না লিরবা পুকোকনি। অদুনা নোয়বা হায়বসে অমত্তা ব্রাৎতনা নোয়যে। অহোং পুংদা নোয়য়ে পুংফা পুংবু নোয়য়ে পুলাং নোয়বু নোয়তময়ে। নোয়বদা অহোং অচাউ পুম্নমক শুনা য়াওরি। চকপা অনোযরোন হায়বসি চকপদনা নোয়য়ে।

মথংদা কোন্দে খুৎচুম মাইবনা মালেম তমপাক লৈমাই থক্তা নোয়য়ে অহানবা নোয়বনা কোরৌ তোন্দা হায়বদি কোরৌ থক্তা নোয়য়ে। নোয়বা হায়বদি অহুম শুই।

কোরৌ তোন্দা নোয়বা অমা, কৌব্রু চীঙদা নোয়বা অমা, মালেমদা কোন্দ খুৎচুম মাইবনা নোয়বা অমা। কৌব্রু চীঙদা নোয়বদগী চকপনা উরকপদগী ঙসি ফাওবা লাইহরাউবদা শৈথানরিবা অসিনি।

হয়াহে খোইমোন লাইরেম্মা তমপা ব্রাঙমলোন পাম্ভোইবী নপল তাংশৎতা নদুমীথাদবী লংমাই খুরাই মীতৈ লৈমা অঙৌবা য়ুমলেন লৈমা কংলৈপুংফা নীকপী য়োয়বু তোইবী কৌবী তোইবী তাংকা চনুতাংকানুপী পোইতিংব্রাক তমপা খাবী মপাউশাবু তম্বী নশাবী কোরৌ খোংজোম্বগা কোরৌ নোংদোল ফাও মালেম লৈখাতুনা তমপা পাউতোয়ননা সনা য়োয়বু থেংলাং নহৌশানা মালেম লৈপাক ঙাকলিবী তমফা ব্রাংঙমলেন। য়োইবু নোইনু থুলৈমা য়োয়বু তোন্দৌ তুংইনবী তমফা শকতোং ঙাকলিবী লানফম মায়োক ঙাকলিবী তাংকা নশাবী অঙৌবা কোরৌ খোংজোম্বগা মালং য়াইবী ফেনজিন হুমওইননা নয়ুম শেলোই লৌরেবন্না চাইজি লৌরাংচান্দা খালৈ লৌকুময়ে তমফা কোরৌ অব্রাংবীদি তাংখুল শারম নুবাবীবু ওইনা শাইওনখিয়ে।

হৈয়াহে তমফা ব্রাঙমলোন হায়বদি ইবেম্মা পাম্ভোইবীবু হায়বনি। লংমাই খুরাই মৈতৈ লৈমা। হায়বদি নোংমাই লৈমা ওইরকয়ে হায়বনি মদুদগী অঙোমগী লৈমা মবেম্মসু ওইরকই হায়বনি।

কংলৈ পুংফা নিকপী খাবী মনাওশাবু তম্বী। হায়বদি মাইবী ওইখিবগী পাওজেলসু মণ্ডোপ্দগী হৌখি থোকখি হায়বনি। কোরৌ নোংদোল ফাও মালেম লৈখা তুনা পাউতোয়নন মালেম লৈপাক ঙাকলিবী হায়বদি লৈথক লৈখা তুনা ঙাকলি হায়বনি।

নোইনু থুমলৈমা তুইনবী শকতোং ঙাকলিবী লানফম মাইয়োক লেপলিবী হায়বদি থুমখোং লাইরেম্বীসু ওই শা-লানগী লাইরেম্বীসু ওই মতম মতমগী লাংওল্লী হায়বনি।

ফেনজিন হু্ম ওইননা হায়বদি লৌ য়ানবদা হুমাং শৌরদুনা ইবেম্মনা ফিজিন্না হুমাই ওইনা হুমমে হায়বনি।

ময়ুম শেলোই লৌরেন চান্দা চাইজি লৌরাং চান্দা খালৈ লৌকুময়ে লাংমাই চীঙদা লৌউবনা পাম য়ানখিবা অসি মতম অদুদা লাংমাই চীঙ কৌদে। নোংপোক ব্রাইরং কৌই হায়নসু লৈ। মশাবী নোংপোক নিংথৌ হায়বসি লাইনিংথৌ সনা মহীনি মার্জীংসু মহাকনি কোরৌ খোংজোম্বা কৌবদি কোরৌ থক্তসু য়ৌবা ঙমমে মালেম খাদসু ফাওবা ঙমমে অণ্ডৌবসু কৌএ হায়বনি।

অদুক লুরবা মতিক ময়াই লৈরবা ইবেম্মনা লৌকুমএ হে য়াল্লো হে য়াল্লো হাযদুনা পাম য়াল্লি হায়বসি চিংননিংঙাই ওইবসু য়াই। অদুবু লৈপাক্কী মবেম্মা ওইবনা মীওইবনা তৌরগদবা থৌরমবু শিনশুনা পায়রি হায়বা খংনবা হৌদোকপীরম্বনি। চীঙু লাইগী লমচৎপু তাকপী তম্বীরম্বনি।

খাচাইরেন্দা লৈরিবা ইবেম্মা পাম্ভোইবীনা লাংওল্লকপনি। অব্রাংবা সোরারেনসু য়ৌবা ঙমই হায়দুনা তমফা কোরৌ অব্রাংবী হায়না পাম্ভোইবীবু শৈথাই। অদুগা ইবেম্মনা খুনবু লৈমা খুনমাবীগী য়ুমদা য়ুমথুং ওইখিবসু লৈ। অদুবু খুনবু লৈমা খুনমবীনা পোকপদি নংতে লাংওল ওইনা লাকখিবনি। তাংখুল শরম নুরাবীবু ওইনা শাইওনখিয়ে। চিনৎফ খানিকনা লাইফি খোইদোমননা চিক্লা য়াওরুমখোং ককচা শমখোমননা কোনঙৌ পনচিশি লিক্লাই নাথুংনা খোতাক ঙময়িনম হাওশম তুংথাংননা লাংমাই চীঙনুংচাদা লৈববু চুবা লৈথোন তৈনা নুরা খুনদোং লৈচিন্না খালৈ লৌতাখিয়ে।

হায়বদি লৈশাবীগী শকওংদা ফনেক খ্বাংদা শেৎতুনা শম শোমগৎতুনা নাদা উতোংলৈ চিন্দুনা য়োৎ খুৎতা পাইনা হাওশম তুংদা য়ান্দুনা খোংদা খোংদা লৈখোমতৈনা খালৈ লৌয়ার্নাখিয়ে হায়বনি।

নশাবী অঙৌবা কোরৌ খোংজোম্বদি তাংখুল হুইতোক পাখংববু ওইনা শায়ওনখিয়ে চরৈ শেৎকুমনা মালৌ য়ুচিংননা শরু কৈথেৎনা ৱাকতং নাশিনা চুমবুল লললৈ থেম হুইবাং লুংখানচন কুরাউফাল চন কুরাউ ফাল লংথাংনা য়াইবী থাংখোমননা নাংখুল লোইরোই খোম্না থাং মচিন হাইনু কৌবী মিন কৌথাং থাংলেন চিনি লোংববু তুংশেৎ নামৈ য়েপনা তাংখুল য়াইরোং নামিববু চরৈলেংদোন য়ান্না চেংজা খোকনিংনু থৌদু খুৎৱাই থাংশাবনা কেথৌহল থৌদুনুঙদা পকলে। তমফা ৱাঙমলোন্না থৌদু ঈপক পুংবু লংমাই পোমবা শেল্লোয় থাংশাবা নিংথৌ সনা অশিখোইগুম্বা চীঙ শেৎলম খোইমোম লাইথুপফমদা থৌদুনুংবু থমলময়ে পানবা খোংদম খোং লৈরেন লাউদম লাউরে হাযবগী তাৱা থেওল তৌনা কৌএ।

নশাবী কোরৌ খোংজোমবদি তাংখুল হুইতোপ পাখংববু ওইনা শাওনখিযে হায়বিবসি। লৈনুংদা চৎপা পাখংবদি নৎতে। মথক্তা চৎপনি পাখংবগুম্না কোইনা চৎপা থুংবা ঙমই হায়বনি। মতম মতমগী ওইনা লাংওনবনি মথক্তসু ইজম্রে। ইবুংঙো অসি সনা মইানি। মার্জিংনি। নোংপোকনিংথৌনি। অদুবু মতাং অসিদদি অতোপ্পা মমিং হায়বা য়াদ্রে হুইতোপ পাখংবা হায়বসি মিংথোনদনি থৌনিবদা হাযদবা যাদদুনা হায়বনি।

চরৈ শেৎকুমনা মাকলৌ য়ুচিননা। হাযবদি মহাক্না শেৎলিবা ফি অদ চাউনা শেৎতে। শেৎপগুম্না খ্বাংদ ফৈজিননা য়েৎলে অদুনা শেৎকুম্না হাযবনি শরু কৈথেৎনা ৱাকতং নাশিনা চুম্বুল লাললৈ থেম কুরাউ ফালং থাংনা। হাযবদি মকোক্তা শরুগী চিরোং থেৎলে মনাদা উতোংগী হুই য়ৈশিল্লি লৈ ওনা চিল্লি হায়বনি। তাংখুল য়াইরোং নামিববু চরৈ লেংদো য়ান্না হায়বদি লৈরুম ফিবু মরেংবান্দা য়াল্লে হায়বনি।

য়াইরি খাংথোম্না হায়বদি খ্বাংদা য়াইরি য়েৎলি হায়বনি। তাংখুল লোইবোই খোম্না থাঙ হায়বদি উৱা নাপী শিংবী য়ান্নবা য়াবা য়েকনবা শা-কৈনচিংবা মাংহলবা থাং হায়বনি। থাংলেন চিনি লোংবা হায়সি থাং মতোন অনী লোংবা মতোন্দা খায়দোকপা মখোকতি অমতা ওইবা হায়বনি। চেংজা অদুগুম্বা খেকনিঙনুং থাংখোকতা খুৎৱাই থাং খুৎতা পায়দুনা শাবনা কেথৌহন থৌদুনুংদা পকলে। হায়বদি নুংদা থাং ফেংই হাযবনি অদুবু তুং শেৎ নামৈ য়েপ্পা হায়বদি তাংখুলনা নামৈদা থাংয়েপলে হায়বনি।

শেলোই থাংশাবনা নিংথৌ সনা অসিনা থাংশাবা মতমদদি। অদুক কনবা থাং অদুবু খোইরুমগুম থোৎনা শাই হায়বনি। থাং অদু ফেংবদা ঈশিং য়াওনা ফেংই ঈশিংগা নুংগা থাংগা পুনবগী থৌদু ইপাকপুং লংমাই পোমবা লংমাই পুংও তৌনা কৌয়ে। থৌদুনুংবু থমলময়ে। পানবা খোংদুমখোং কৈরেন লাউদুম লাউরকএ। নোংপোক নিংথৌনি তৌরকলিবা অসি করিগী লাউরকলীবনো হায়বগী তাওৱা থেলও তৌনা কৌয়ে। অনোয়রোন হায়বা অসি করিগী নোয়রিবনো হায়বদি নুংঙাইবা মখল অমনি চাদা নাওদানবা পারি ইমোম পোকনবা নোয়বনি অদুনা হোইরৌ ৬ হয়া ৬ অইংবা থা ৬ অশাবা থা ৬ হায়দুনা লৈরিবা অসিনি। শম্না হায়রবদা অমরোমদা চাবোক লোন হায়বসু য়াই মরম অসিনা লাইশিংনা তৌরম্বা থৌরম্বু মৈনাৱায় তাংনা শম্না লাইহরাউবদা তৌরিবা অসিনি।

অদুনা হোইরৌ লাউরিঙৈদা খোঙ খুৎনচিংবা লেংবা য়াদে। হায়রিবসি অসিননি। কুম্ফে য়েংলিবা মীসু অনোয়রোন শকপা হকচাং শাবা লোইদ্রিঙৈদা চৎপা তৌহেদে। নচা পোকলকপদা অশোয় অঙাম য়াওরক্কনি হায়বসি মরম অসি লৈবননি। অনোয়রোনগী শমলপ্পা মতাং লোইজরে।

## মরিশুবা তাঙ্কক

### পাম য়ানবা (লৌ উবা)

হন্দককি পাম য়ানবা অসি মীওইবনা ইহান হাননা লৌ উবা হৌখিবগী ৱানি। মীওইবনা তাইবঙ পানবা অসিদা লৈকু লৈরাইদা, উমং ৱামংদা, উহয় চাদুনা পাল্লম্বদগী চাউখৎলকপা মতুং ইন্না যুম শাদুনা লৈবা খঙলকই মশাবু নিংথমবদগী কন্ননবা লশিং থাবা, ফি শাবা হৌখিবগী ৱানি। মসিনা তাকপনা মীওইবনা চাঙখৎপা হৌবা অসি লৈনবা শঙ খনবা, অদুগা পাম য়ানবা এসিনা হৌবগী ৱা অদু লাই হরাউবনা উৎলে।

মতাং অসি, পাম যাল্লগা লশিং মরু থাবদগী লশিং হেকপা, লং নাইবা, ফি শাবগা লাইদা কৎপা ফাওবগী ব্রা জগোই খুৎথেকনা উৎতুনা ইবি। মতাং অসিদা পেনা খোংবসু পেনা খোংদুনা পামযাল ঈশৈ শক্কনি, অদুগা তৌবিবা থবক অদুগী মওঙ মতুং ইন্না ঈশৈ শক্কনি। অদুগা মাইবীনা মখুৎনা জগোই শাবগা মচিননা মতাং মতাং চানা লাউগনি। জগোই হৈববদি মযামসু শাগদবনি। অদুবু হৌজিক্তী অযাম্বনা জগোই শাবা হৈতবদগী মাইবীতনা শানবকলে।

**পমহাই জগোই :** খোঙ নাম্মনা মগী মাগী মাঙদা কাবল চলদুনা চোংনা চোংনা মাঙওইননা চংকনি। কাবল চললুবিবা খোঙবী মতোল অদুনা কাবল চনবা মতমদা লৈপাক শোক্কনি। লৈতাবিবা খোঙগী খুনিং অদুনা লেঙদুনা হকচাং ঈপোম অনী অনীবক পীগনি ( হকচাং খবা খবা ইনখৎকনি)।

১। যেৎকী খোঙনা কাবল চনবদা যেৎকী খুৎনা খোঙগী মতুং ইন্না মাঙদা ওই থংবা নাকল ফাওবা চনদুনা পুমতিং তিংথোক্কনি । ওইগী খোঙনা কাবল চনবদা ওইগী খুৎনা খোঙগী মতুং ইন্না যেৎ থংবা নাকল ফাওবা খুদুম চননা পুমতিং তিংথোক্কনি। মসি মথক্তা হাযখ্রিবা খোঙথাংগী মতুংইন্না যেৎতা অহুমলক যানবগী মওঙদা চলক তৌগনি। খুৎ যেৎনা ওযদা হইবা মতমদা ওযনা যেৎতা হাইনা মতমদা যেৎনা মাঙ থাগনি । কাবল চললবা খোঙগী মতোননা লৈপাক তাবা অসি খুনঙ কাওগদবনি। মবর্মদি খুনিঙনা লৈপাক শোক্লবা, অদুগা খোঙদোল কাওলবদি লৈবাককি ফওবা ওই

মথককী জগোই অসি লওবমদাইদা মাইবীনা মযামদা "হো লাইনিংথৌ লাইবেম্মা মনাইশা" হাযবগা - মযাম্না হাউ হাযনা খুমলগা থিংবাই পামদি পাম হাইবসে থাংলেল খুৎতা পাযবো হাযনা লাউগনি। মযাম্না পাযবে হাইবসে হাযবগা জগোই লওদুনা শাগনি।

মথংদা মাইবীনা মথককী অসুমনা কৌবগা 'পাম হাইবসে' হাযবগা ময়ামনা 'হাইসে, হাইবসে'হাযনা খুমলগা জগোই শাগনি।

২। হান্নগী খোঙথাং অদুদা চোংলগা খুৎ অনীনা অমগা অমগা অমুক অমুক কাবল চংনগনি। খুৎ যেৎনা মাঙ থাদুনা খুৎ ওযনা ইল্লগা যেৎলোমদা খুবাক উপ্না খুৎচা পুন্নমক লৈদুনা ওযবোমদা পুবকলগা হকচাংগী মপা যৌবকপদা খুজেং লৈখৎতুনা খুৎ যেৎনা মথক থংনা উপ্না অদুগা ওযনা লোংনা থাদোক্কনি।

৮। হান্নগী খোঙথাং অদুদা থাংলগা খুৎ য়েৎনা মাঙ থারগা ওয়না তুং ইনদুনা মাঙলোমদা খুৎ অনীমক খুদুম পায়শিন্দুনা থাংগৎলগা তপ্লপ তপ্লপ থাদগনি। অসুমনা খোঙথাং অহুমলক তৌগনি।

মসিগী মথংদা মাইবীনা ''মরু ওমবা লোইরে। লৈরাং খুমু হুললে; মরু পোখাইরে মতোল চোংলে'' হায়রগা।

৯। য়েৎকী খুৎনা মাঙ থারগা খুৎচা পুম্নমক কোনশিন্দুনা খুদোনবী থিনগৎকনি। খুৎ ওয়না থাদদুনা থমগনি। মসিনা খোঙথাং অহুমলক ফাওবা থমগনি।

মথংদা মাইবীনা লৈরাং হওবে হাযরগা।

১০। হান্নগী খোঙথাংদা মাঙলোমদা থবাক মপাদা খুৎ অনীমক খুপীনা মখা ওল্হদুনা খুৎ উপ্পা খুৎতা তিংনা থমলগা লৈখৎলক্তুনা খুবী খুদোমবী অনী তিংনা থাঙ্গৎকনি।

মসিগী মথংদা লৈনা অনী শুরে হায়রগা।

১১। হান্নগী খোঙথাংদা খুৎচা অতৈনা কোনাল্লিগা খুদোমবীগা খুৎয়াযগা তিংথোক্তুনা খুদোননা মথক্তা হায়গৎকনি। থবাক মপাদা হকচাংদগী কাপ অনীরোম লাপনা শাগনি। খুৎ অনীমক নাকল অনীদা থম্লগা খুবাক ওনশিনগনি।

মথংদা মাইবীনা লৈপাল ফারে, লৈরাং লৈখোঙ শেংনবা লাউবগা।

১২। হান্নগী খোঙথাংদা ওয়গী খুৎনা ওয়দা খুৎপীনা খুদোনবী খুৎয়ায়গী মতোল শোক্লনা, খুৎচা অতৈনা কোললপ থম্লগা য়েৎকী খুৎনা খুৎ ওয়গী মপাদা খুৎচা পুম্নমক কোনশিন্দুনা নাকলদা চিংথোকলক্লগা খুৎচা পুম্নমক থাদোক্কনি খোঙথাং অহুমলক তৌগনি।

১৩। হান্নগী খোঙথাংদা য়েৎকী খুৎনা মাঙদা লেংবাল মপাদা খুৎচা পুম্নমক শম্লনা মথকলোমদা ওলখৎকনি। ওয়গী খুৎতি নাকন্দা থাদদুনা থমগনি। খোঙথাং অহুম থমগনি।

মথংদা মথংদা মাইবীনা 'লৈরাং শাৎলে' লাউগনি। ময়ামসু শাৎলে খুমগনি।

১৪। মথক্কী খুৎ অসি কায়দনা থমলগা খুদোল উপশিললিবা অদু খরা ফন্দোক্কনি। খোঙথাং অহুমলক ফাওবা থমগনি।

মথংদা মাইবীনা 'শিনৌ লৈরাং শাৎলে, হেক্লসে' হায়না লাউগনি। ময়ামসু 'হেক্লসে' হায়গনি।

১৫। হান্নগী খোঙথাংদা ওয়গী খুৎনা নাকন্দা খুৎচা ফনদোক্তুনা লৈগনি। য়েৎকি খুৎনা মিৎ মপাদা মাঙদা শাংনা তিংথোকলগা খুৎপীগা খুৎয়ায় খুদোনবীগা খুদোন শম্নুনা খুজেং লয়না ওয়গী খুৎতা পুশিল্লক্তুনা খুৎচা শম্নবা অদু থাগনি। ওয়গী খুৎনা খুজেং লয়না উপ্না থাদগনি। য়েৎকী খুৎনা অমুক লৈখৎলক্তুনা হান্নগী অদুম্না খুৎ অনীমক অমুক শাগনি। অসুম্না অহুম্নক তৌগনি।

মথংদা মাইবীনা ' লৈরাং হেকপা লোইরে, লৈরাং পোনদা নম্লসি' হায়গনি। ময়াম্না 'নম্লসি' হায়গনি।

১৬। খুৎ অনী অনীমকনা য়েৎকী নাকন্দগী খুবাক অনী ওনশিন্নদুনা খুৎপী অনী কাঙনা খুনাউবী অনী শম্নুনা মাঙদা য়েৎকী মপাদা খুজেং অনী লয়রগা খুবী অনী নপ্ন না মখাদা কাপ অমবোম নমথগনি। অসুম্না অহুমলক শাগনি।

মথংদা মাইবীনা লশিং কাইরসি হায়না লাউরগা ময়ামনা খুমগনি।

১৭। হান্নগী খোঙথাংদা খুৎ ওয়না উপ্ন ওয়গী নাকন্দ খুৎপী খুদোনবী,খুৎয়ায় মতোল শোক্লনা খ্বাঙগী মপাদা থমলগা খুৎ য়েৎনা খুৎ ওয়গী মনাক্তা হাইথরক্তুনা খুৎ উপ্না খুদোন পুম্নমক শোক্লবগা অমুক উপ্না চিংথোক্তুনা যেৎকী নাকন্দা থাগনি। অসুম্না অহুমলক তৌগনি। মথংদা মাইবীনা 'লশিং ফৌরসি , কহ্থোক্লসি, মললসি'হায়রগা ময়াম্না খুমলগা।

১৮। খুবাক অনী মাঙদা লোংথোক্লা চপ চপ মান্ননা হঙ্গৎ-হন্দা অহুমলক তৌগনি। অদুগা ওয়গী খুৎনা থবাক মপাদা লোংনা খুবী খুদোনবী খুৎয়ায় অহুমগী মতোন পুনশিল্লগা য়েৎকী খুৎনা খুজেং লওদুনা লোংথোক্কনি।

১৯। ওয়গী খুৎনা থবাক মপাদা খুবী খুদোনবী মতোল শোক্লরগা অহুমলক মাঙলোমদা লোংনা ইনগনি। অদুগা খুৎ য়েৎনা খুদুম পায়শিন্দুনা লৈরগা ওয়গী খুৎনা চিংশিললকপদা য়েৎকী খুৎনা মাঙলোমদা ইপ্থোক্কনি। মসি অহুমলক তৌগনি। জগোই শারিঙৈদা চিন্না 'কেরে কেরে কেরে' হায়গনি।

মথংদা মাইবীনা লশিং কাপ্লবা লাউগনি।

২০। ওয়গী খুৎনা লেঙজুম মপাদা খুৎচা পুম্নমক লোংনা কোনশিল্লগা খুদোনবী তিংথোক্কনি। তিংলিবী খুদোনবীগী ময়ায় তাংনা খুৎপী মতোন্না শোক্কনি। খুৎ য়েৎনা খুপী খুদোনবী শম্নুনা খুৎচা অতৈনা কোল্লপনা মচা তানা তিংথোক্লগা ওয়গী মনাক

যৌনবা লোংনা পুখৎক্নি। মথং অমুক হান্নগী মফম তানা নাকনদা হাযথবগা লোযননা খুৎবী খুদোনবী থাদোকলগনি। মসি ৪ বক তৌগনি। খোঙথাং হাননগী কাযদনা লৈগনি চিন্দা ‘ ফদ্রৎ ফদ্রৎ’ হাযগনি।

মথংদা মাইবীনা মোইথাপ তাদুনা পুন্নবা লাউগনি। মযামসু খুমগনি।

২১। খুৎ অনীমক মাঙদা উপনা থমগনি। অদুগা খুপীগা খুৎযাযগা মতোনদা শম্নহলগা খুৎ ওযনা উপ্না উপ্না পাযশিললগা খুৎ যেৎনা খুবাক তিংনা খুৎ অনীমক চপ মান্ননা মাঙলোমদা অহুমলক ইনগনি।

মথংদা মোইথাপ শৎকনি।

২২। ওযগী খুৎনা খুদুম পাযশিন্দুনা খবা থাঙ্গৎলগা খৎ যেৎনা খবা নেমনা খুত্রম পাযদুনা যেৎলোমদা ৩ লক চিংথোক্নি।

মথংদা মোইথাপ শংগনি।

২৩। ওযগী খৎনা খুবীগা খুদোনবীগা শাকতোক্রবগা খুৎচা অতোংনা তিংনা মাঙলোমদা থবাককী মপাদা থম্লগা যেৎকী খুৎনা ফংগোই শাদুনা খুবী, খুদোমবী, খৎযাযগী মতোন শম্নবগা অহুমলক ওযগী খুৎতা হাইদাক হাইজল তৌগনি। অদুগা ওযগী খুৎপীগা খুযাযগা মতোন শম্নবগা (খুজি শাবগা) থমগনি। যেৎকী খুবীগা খুদোনবীগনা মতোন শম্নবগা ওযগী খুদং শর্বিবা মফমদা উপ্না লযবমগনি।

২৪। খুৎ যেৎনা খুৎচা পম্নমক কোনশিল্লগা খুদোনবীনা খজিকতং রাংখৎনা তিংথোক্লগা খু [illegible] উপ্না যেৎকী থবাক মপাদা মাঙলোমদা অহুমলক লমদা খুৎ ওযসু খুবী, খুদোনবী, খুৎযায মতোন [illegible]পলগা খৎচা অতোংনা হাইফেং ফনদোক্না মাঙলোমদগী ওযগী শেগা যৌনা [illegible]। অদুগা [illegible] লযবা ৪ বক শুন্দা ওযগী খুৎনা মাঙদা হাইথবক্নি। হান্নগী খুথম [illegible] থমগনি। মসি ৪বক তৌগনি। অদুগা চিন্দনা ‘নেং নেং কোৎ হাযগনি। [illegible] হাংগী [illegible] লৈগনি।

মথংদা [illegible] শংগনি।

২৫। ওযগী [illegible] খুবীগা খুদোনবীগা মতোন শম্নবা মাঙলোমদা থমগনি। যেৎকী খুৎ[illegible] খুবী, খুদোনবী, খুৎযায মতোন শম্নবা খুৎ লোংনা, [illegible] লোমদা চিং[illegible]।

[illegible] হান্নগা খৎথম অদুদা থমগনি। খোঙথাং [illegible]।

২৬। ওয়গী খুৎনা লোংনা খুবীগা খুদোনবীগা মতোল শোক্লনা মাঙলোমদা মাঙ থানা থমগনি। খুৎ য়েৎনা মনুং থংনা খুবীগা, খুদোনবীগা খুৎয়াযগা মতোন মান্ননা খুৎ লোংনা হকচাং লোমদা চির্গাল্লক্কনি। অসুমনা অহূমলক চিংশিল্লগা হান্নগী খুৎথম অদুদা হনজিল্লক্কনি। খোঙথাংদি হোংদে।

অসিগী মথংদা লং লংগনি।

২৭। খুৎ ওযনা খুদুম পাযশিললগা খুৎপী ব্রাংখৎকনি। খুৎ যেৎনা খুৎপীনা খুদোনবিগী নাকন্দা চপ্তুনা খুৎ ওযগী মনাক্তা পুশিললগা হঙ্গৎহন্দা থক খাদা কারল চক্তুনা ৪ ময়েক অসিগুম্না হন্না হন্না তৌগনি।

মথংদা তব্রোৎতগী লং শৎলগান।

২৮। মথক্তা লংখাই শাবদা লৈখিবা খুদুম পায়দুনা লৈবিবা খুৎ ওয়গী মনাক্তা খুৎ য়েৎসু খুদুম পায়দুনা পুশিনগনি। মসিদি অমুক তৌগনি।

মথংদা মাইবীনা ময়াম্বু কৌরগা "ব্রাংখুদেং পুশিললো, লাইজা থন্না হাপচিলসো। লংলা পোপ পোপ শুদোকলো" হায়গনি।

২৯। খুপাক অনীনা উপ্না মাঙলোমদা অমনা অমুক, অমনা অমুক থঙ্গৎ থাদা অহুমলক তৌগনি। অদুগা খুবাক হুমলক মখোল থোক্লা খুগনি।

মথংদা মাইবীনা "লং শুমলসে" হায়না লাউগনি।

৩০। খুৎ অনীমক নাকন্দা খ্বাঙ মপাদা তোপ্পা তোপ্পা লৈনরগা খুৎচা পুম্নমক কোনশিল্লগা খুৎ উপ্না লৈগনি। খুৎ অনীমক অমগা অমগা কাপ অমা থরা হেন্ন লাপ্পহনগনি। অদুগা ফি শুমবগী মওঙদা লয়গনি। খোঙথাং তোংদে।

মথংদা লং কনগনি।

৩১। খুৎ ওয়না খুবাক তিংনা খুবীনা মথক ওনখৎনা মাঙদা থমগনি। খুৎ যেৎসু খুৎ ওয়গা মান্ননা ওয়গী খুৎ মনাক্তগী মখারোমদা থুনা থুনা হাইথগনি। খুৎ ওয়গা মান্ননা ওয়গী মনাক্তগী মখারোমদা থুনা থুনা হাইথগনি। খুৎ মওঙ অদ কাযনরোই।

৩২। খুৎ ওয়না থাদদুনা থমলগা খুৎ যেৎনা তিংগোক্তুনা মাঙলোমদা নাতোল মপা য়ৌনা চাউকোল কোনশিল্লক্কনি। অদুগা লোযননা খুৎচাস্ কোনশিনগান ' মওঙ অদুদ' অদুম্মক পুখিদুনা য়েৎলোমদা থাদখিগনি। অমক্তা তৌগনি।

মথংদা মশাদা পায়দুনা লংচাক চাগান।

৩৩। লং নাইবগী মওঙদা ওয়গী খুৎ খুদোলনা খ্বাঙ মপাদা কাপ অনীরোম লাপ্লা খুপী, খুদোনবী, খুৎয়ায় মক্তেল পুন্না লেংদনা থমগনি। খুৎ য়েৎনা ওয়ওইননা লয়গনি। খোঙথাং হোংদে।

মথংদা ফি লংদম থাদুনা ফি হৌগনি।

৩৪। মতাং অসিদা খোঙথাং খরা ওন্নগনি। হান্নগী খোঙথাং অদুম্মক লৈরগা মাঙদা খোঙকাপ অহুম চংপা, তুংদা অমুক খোঙকাপ অহুম হনবা অসুম্না তৌগনি। অহানবা মাঙদা কানথোকলকপা খোঙফম অদু লাওনা কানথোক্কনি।

**খুৎকী মওঙদি** - ওয়গী খুৎনা খ্বাঙ মপাদা কাপ অমা লাপ্লা নাকন্দা থমগনি। লং পায়বগী মওঙদা খুৎচা কোনশিন্না লৈগনি। য়েৎকী খুৎনা য়েৎকী নাকন্দা মাঙদা খরা লাপথোক্লা খুৎ উপ্লা খুৎপী খুদোনবী শম্নরগা লোয়ননা খুৎচা অতৈসু কোনশিনগনি। অদুদগী উপ্লা উপ্লা লয়খৎলক্তুনা খুবাক লোংনা খুৎচা পুন্নমক তিংথোক্কনি। মসি অহুমলক তৌরগা য়েৎকী খোঙনা মাঙলোমদা লাওনা থাংদুনা লৈতাবা মতমদা য়েৎকি খুৎসু উপ্লা উপ্লা মাঙদা পুশিললম্লগা লোংথোক্তুনা তিংনা লাম্লগা খোঙনা তুংহননরকপদা লোংলিবা খুৎ অদুসু চিংশিন্দুনা য়েৎকী নাকন্দা পুশিল্লক্কনি। মসি শানিঙবা শাবা য়াই।

মসিগী মথংদা শুনা খল্লগনি।

৩৫। খোঙথাংদি হান্নগী খোঙথাংদা চৎকনি। ফি হৌবগী খোঙদি চৎলরোই। খুৎ ওয়না খুবী খুদোনবী শম্নানা থবাক মপাদা থমলগা খুৎ য়েৎনা খুদোনবী তিংনা লৈবগা খুৎপীনা ময়ায়গী তাং মপাদা নাকয়েত্তা পায়রগা খুৎচা অতৈনা কোনশিন্দুনা খুৎ ওয়গী মনাক্তা ৪ ময়েক অসিগীগুম্না কারল কারল লয়গনি। খুৎ ওয়দি লেঙলোই। খুৎ উপ্লা নায়েৎ চয় পায়বগুম্না অদুম্মক থমগনি।

ফি অসি খ্বাঙদা শাবা ফিনি। অদুনা নাকয়েৎচয়দা শুনা খনবগী মথংদা ফি লাইজি থোংলসি হায়না লাউগনি। অদুগা ফি শাবগী জগোই শাগনি।

৩৬। শুনা খনবগী খোঙথাংদা শাগনি। খুৎ য়েৎ ওয় অনীমক লোংথোক্কনি। খুৎ পুন্নমক কোনশিনগনি। খুদোনবীগী নাকন্দা থমগনি। খোঙনা মাঙদা কারন চনদুনা হেক নেৎপগা লোয়ননা খোঙ য়েৎনা নেৎপদা খুৎ য়েৎনা ওয়রোমদা, খোঙ ওয়না নেৎপদা খু ওয়না য়েৎলোমদা হাইগনি। খুৎনা হাইবদা খুৎচা থাদোক্কনি। মথংদা খুৎ অনীমক মাগী মাগী নাকন্দা মাঙ ওইরপনা খুৎ উপ্লা খুদোল কোল্লপ তৌদুনা হকচাং লোমদা চিংশিনমিন্নরক্কনি। (তেম থেংব পাঙ্গনদেম হুনস্নি)। মথংদা 'ফি শাবা লোইরে। ইয়োং শঙদিং কক্লসি' হায়না লাউগনি।

৩৭। খুৎ য়েৎকী খুদোনবী খুৎয়ায় তিংথোক্লগা খুৎচা অতৈ কোনশিনগনি। তিংলিবা খুৎচা অনী অসি অমুক নপশিল তৌদুনা অহুমলক তৌগনি। ওয়গী খুৎতি নাকন্দগী মাঙলোমদা কোমলপ্পা খুবী খুদোনবী খুৎয়ায় মতোল শম্নগনি। অতিংবা খুচা অনী নকশিন্নবা মতমদা চিন্নসু চুপ চুপ চুপ হায়গনি।

মথংদা ফি শুরসি হায়না লাউগনি।

৩৮। ফি শুবা শুম্বা, ফৌবা অসি মথক্কী নং ২৮,২৯গা মান্নে। খোঙথাংসু অমতনি।

মসিগী মথন্দা লাইদা ফি কৎলসি হায়না লাউগনি। অদুগা ফি কৎলগনি।

৩৯। চোংলমবা খোঙথাং অদু তোক্কুনা ময়ামনা লেপ্পুনা লৈহৌরগা মাইবীগা পেনা খোংবগনা লাইমাঙদা চুম্না চঙলগা মাইবীনা খুবাক অনীমক লোংথোক্কুনা মখাগী লাইবোল অসিনা ফি কৎকনি।

‘‘চিঙঙু ঈবুংঙো, খোইয়ুম ঈবেম্মা, নহাননোং থিংবাই পাম হাইরকপা শিনৌ লওতম হুনবনা লৈরাং খুমু হুললকপনা শিনৌ ময়াই কাদুনা তুনুং লংলা নাইববু নাক্না তেমথেং তোযবদি য়িয়োং শঙদিং ককলে। চরৈ ফিরোই তানলক্লে। খুঞ্জাউনবা লৈচাউনবা, লৈবাক মবা তপ্পবা, নিংথৌ পুক্সিনবা চরৈ ফি কৎচরিয়ে হে লাইনিংথৌ লাইরেম্মা।’’

মসি হাযনা মাইবীনা ফি কৎপা লোইরগা মাইবীনা চিংদুনা ময়ামনা অমুক লৈশী জগোই শাগনি। জগোই অসি লোইরগা মথংদা লোং খোনগনি।

---

## মঙাশুবা তাঙ্কক

## লোংখোনবা

লাইহৌ নুমিৎ নত্তনা অতৈ নুমিৎ খুদিংগী লাইবৌ লোইরগা শান্নরিবা লাইগী থব্বাই খোনজিন্দুনা লাইনুংদা কোনশিললম্ববা লোং খোনগনি। মসি ফি কৎপা মতুংদা শাবা লৈশী জগোই লোইরগা শাগদবনি। মাইকৈ মরিগী চিথেক মরিমক্তা ওয়রোমদা অহুমলক লয়গনি।

**মাইবী** - হো লাইয়িংথৌ মনাই, লাইরেম্মা মনাইশা।

**ময়াম** - হাউ।

**মাইবী** - হৌজিক্তী ঈবুংঙো ঈবেম্মগী চবৈ শাবা লোইদুনা চরৈ অহনবা শেত্তুনা খুঞ্জাউনবা, লৈচাউনবা লৈবাক মরা তপ্লবা, নিংথৌ পুঙ্গিনবা, চাকহোঙ ঙাহোঙনবা জগোই খুৎথেক কৎপা লোইরে। অদুনা থব্রায় মি কোনশিল্লসি।

**ময়াম** - হোয় হোয় হায়না খুমগনি।

**মাইবী** - হৌজিক্তী পয়া চেপসি লোং, শংগাই য়াইনপ লোং, ফুমথি হামৎ লোং, চেমলাং খোঙথিল লোং, মবেল লাইসনা চেপকোৎ লোং, নবুধৌ নোংদা লাইরেল পাখংববু খোনগৎলোং, লোংলেল খুত্তা পায়দুনা মায়কৈ চিথেক মরিমক্তা তিনমু লাইমু ফত্তববু হোইদোকসি। খানা চাওবা ব্রাংবুরেলগী কৎলৈ মশুমাঙদা হোইথরসি। পান্না কৈবেল মপী মচাগী মথিক মথা থননা ব্রাইথুংলুসনু। অফবা নুংঙাইবা কপযাংবা তাংযাংবর্দি চিঙু লাইকোননুংদা থব্রায ৫ মক মিগা থানা ৬ মক্তি হোইজিনলমসি।" অসি হায়রনা মাইবীনা লাউবগা পেনা খোংবগা লোয়ননা লাইযিংথৌগী যেৎ থংবা চিথেক অদুদগী হৌনা লোং খোনবা হৌগনি।

**খোঙচৎ** - যেৎকী খোঙবী মতোন্না ওয়গী খোঙদা কাবল চনগনি। ওযগী খোঙবী মতোনগী যেৎকী মযাদা খুনিঙ কাঙনা নেৎকনি মসি অথুবা খোঙথাংনি। খুৎতি অমতনি। অদুগা অতপ্পগা অতপ্পা খোঙথাংগী যেৎকী খোঙনা মাঙদা নাকল ওইবপনা ফৈবপ ফৈবপ্পা খোঙথাং অনীবক শিৎনা থাংগনি। খুৎতি চপ মান্নগনি। খুৎ অনিনা ফিজিল অনি পাযগনি। খোঙ যেৎনা থাংবদা খুৎ যেৎনা খ্বাঙ মপাদা হকচাং নপলপ্পা থমলগা ওযগী খুৎনা মাঙলোমদা খোযদঔ মপাদা খবা বাংলপনা থমগনি। অসুম্না খোঙ ওযনা থাংবা মতমদা ওযগী খুৎনা হকচাং নপলগা খুৎ যেৎনা খ্বাঙগী মপাদগী খরা ব্রাংলপ্পা ওয়বোমদা লৈরপ্পা থমগনি। অদুগা শুম্মাঙগী চিথেক যৌরকপদা খোঙথাং কায়দনা অহুমলক লয়গনি। লযরকপা খুদিংগী লাইবৌ লা থাফম লোমদা ওনশিন্দুনা খুবীগা খুয়ায মতোলগা থেংনরগা কাপশিনগনি। মসিদগী হাননগী খোঙথাং অমসুং খুৎথম অদু কায়দনা হান্নগী মতৌগুম্না চৎলগা চিথেক মরিমক্তা অহুম অহুমলক লয়রগা হেক হেক কাপশিনগনি। মতৌ অসুমনা চিথেক মরি লোইরগা লাই পুবনচিংবা মী পুম্নমক পরেং শানা লাইরেম্মাগী মায়কৈরোমদা লেপহল্লগা মাইবীনা পেনা খোংবগা জগোই অদু কায়দনা লাইবৌলা থাফম অদুদা চঙলগা লোং অমুক খোনগনি। মতৌ

অসুম্না খোঙথাং কায়দনা ময়ায়দা চঙলক্কুনা লাইবৌলা থারিবা অদুগী ব্রাংমদা লাইরোমদা মায় ওনশিন্দনা লেপলগা লয়রক্কুনা ওনথোকলগা ফিগাও অদু মপাললোমদা অহুমলক ইহ্বোক্কনি। অদুগা লাইরোমদসু অহুমলক ইনশিনগনি।

মথক্তা হায়রিবা অসি মরককি নুমিৎতা তৌগদবনি। লাইরোই নুমিৎত্তদি তরেৎ তরেৎলক তৌগনি। মপানদা ইহ্বোকপা মতমদা মাইবীনা "হো লাইয়িংথৌ মনাইশা, লাইরেম্মাগী মনাইশা, লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাগী কংলৈ মশুম্মাঙদা পয়া চেপশি লোং, শংগাই য়াইনপ লোং, ফুমদি হামৎ লোং, চোমলাং খোঙথিল লোং, লোংলেল খুৎতা পায়দুনা কুমশি কুমজা অসিগী ফত্তবা হাওথিবা, ব্রানা ভৌদোং লাই, পুকচৎ ঈফাই, তিনমু -লাইমু, ওকচিল শৌজিল লাই পুম্নমক্তি হাওরৈ খানা পাংবরোমদা হোইথরসি।" অসি হায়দুনা মপাললোমদা অহুমলক হোইদোক্কনি অদুগা লাইরোমদা অহুমলক ইনশিনবা মতমদা খুৎ অনিনা ফিগাউ শাবিবা অদুগী ফিজিল অনী পায়বগা মাইবীনা অমুক লাউগনি -"হো লাইয়িংথৌ মনাই লারেম্মা মনাইশা, ঈবুংঙো ঈবেম্মগী কংলৈ মশুমাঙদা হরাউ শকশেম তমবা, থৌদোক কুম্মৈ শান্নবা অসিদা থরায় মঙামক মিগা থানা ৬ মক থরায় নোংবুম অচঙববু সনা সঙ্গাই নুংঙাইবদা হোইজিল্লসি। থরায হামচৎনফরোই, মিরেল হানফোইনফরোই।" মসি হায়দুনা লাইরোমদা অহুমলক ফিজিল অদু পায়দুনা ইনশিনগনি। অদুগা শ্বা হায়দুনা লাইরোমদা চেনশিনগনি। লাইবোল অসি হায়বা মতম অসিদি চোংলোই, চুম্না লেপ্পুনা খুৎতনা ইহ্বোক -ইনশিল তৌগনি। লাইরোমদা চেনশিনবা মতম অদুদা খুৎ অনিমক্তা লোং খোনবদা পায়বা খুৎপায় অদু অদুমক পায়গনি। লাইমাঙদা লেপ্লগা মাইবীনা হায়গনি। মদুদি :-

"চিঙু ঈবুংঙো, খোয়ুম ঈবেম্মা চিঙঙু নঙগী কংলৈ নশুমমাঙদা কোরঔ চুপ্না শান্নবা ব্রাংবল চুপ্না শান্নবনি নদাইরেম খবীনা খুবাক সনা লৈগা য়েপ্তনা ঈবুংঙো ঈবেম্মবু চিংথোক্কুনা শান্নরুববু হঞ্জিনবিরো। হে ঈবুংঙো, হে ঈবেম্মা লেমলৈ ঙাবু খোনবা নত্তে। লাইয়িংথৌ লারেম্মাগী য়াইবী থরায় ৫ মক মীগা থানা ৬ মকপু খোমজিনজবনি। লেঙবিগনু ঈবুংঙো, লেঙবিগনু ঈবেম্মা।" ব্রা অসি হায়রগা লাইবৌলা থাফমদগী লাইশঙ ফাওবা চঙলকপা অদুদগী অমুক হনদোকখিবা মতমদা "লাইয়িংথৌ থোইরে, লাইরেম্মনা থোইরে হায়দুনা খুবাক খুদুনা শক্কনি। মসিদি মাইবীনা

হান্না হাযবগা লাইযিংথৌরোমদা নীপা ৩না মাইবীগী তুং ইনগনি। অদুগা লারেম্মাগী রোমদা নুপী ৩ না মাইবীগী তুং ইনগনি। হায়রিবা নীপা নুপীশিং অদুনা লাইবৌ লা থাফমদগী চেনশিনবদসু হানবা তান্নগনি। লাইশঙ হান্না যৌবা অদুনা থোইরে হায়গনি। অসুম্না অনিবক হন্না লাইগী লাইমাঙদা চেনশিললুরগা থোরকপদা লাইবৌ লা থাফমদা নীপানা লাইয়িংথৌগী নাকন্দা, নুপীনা লাইরেম্মগী নাকন্দা লেপকনি।

**মাইবী** - হো লাইয়িথৌ মনাইশা।

**ময়াম** - হাউ।

**মাইবী** - অশাই মখৈ লোং খোনবদি করি পাৎতা খোনবগে করি ঙা ফাবগে ?

**নুপা** - খাখোঙদা খোল্লী ঙানোয় ফায়।

**মাইবী** - হো লাইরেম্মা মনাইশা।

**নুপী** - হাউ ।

**মাইবী** - নখোযনা লোং খোনবদি কবি পাৎতা খোল্লী , কবি ঙা ফায় ?

**নুপী** - লাইখোংদা খোল্লী ঙামু ফায।

মথংদা মাইবীনা মযামদা ''নখোযনা লেম্লে ঙা ফায হাযাববা অদু হযেং চিঙঙু লাইতোল লোমলগা, খোযুম থৌদোল লোমলগা শাজন্ননবা নিঙথিনা চেৎনা থমউকো।'' হাযগনি। মযাম্না হোয় হোয হায়না খুমগনি অদুদগী হান্নগুম্না লাইদা অমুক চেনশিনদুনা লাইমাঙদা মথক্তা হায়খিবা লাইরোল অসি হায়দুনা লাইদা থৰায়-মি হলজিনগনি। (মাইবীনা লাইরেল মথেক পাদোন জগোই) অদুদগী অমুক লাইবৌ লা থাফমদা থোরক্লগা লাইদা মায ওনশিনদুনা মাইবীনা খোঙ নাম্মা নাম্মনা মাঙদা থাংজিললগা অমুক থাংদোক্তুনা খোঙ অনীমক ওন্ন ওন্ন হন্না হন্না থাংগনি।হকচাংদি চোংলোই ঈপোম খবা খরা নাইনা মাঙদা তুংদা ইনথোক ইনশিল তৌবতনি। য়েৎকী খোঙদনা অনিরক থাবদা খুবাক অনিরক খুগনি। ওয়গী খোঙনা অনীরক থাংবগী অহানবদা খুবাক অনিরক খুবগা খুৎ মতোননা লাইবৌ লারোমদা ওনশিননা লোংথোক্কনি। খুবাক অনীমক খুৎ মতোননা মথক থংনা লোংনা ওনখৎলক্তুনা অমুক উপ্পা লয়থোক্লগা য়েৎকী খোঙথাং লাকপদা হান্নগুম খুবাক অমুক খুগনি। অসিগুম্না খুবাক খুদুনা লাইবৌ লাগী অকোয়বদা ওয়ওইননা কোয়রক্লগা সম্পোঙ (থাংজিং) মপা য়ৌরকপদা খুবাক খুনা খুনা ওয়ওইননা উপলৈ অহুমলক লযরগা য়েৎওইননা লোংলয় লয়বা লোয়রগা হান্নগী খোঙথাং

অদুনা অদুম্মক মাঙদা চঙশিল্লগা ৱাংবরেল লোমদা মায় নোংপোক ওন্না লাক্কনি। খুৎনা লৈশী জগোই শাগনি। অসুমনা পন্দনা লাকপনা মারজিঙ (চিঙখৈ) মপা য়ৌবদা থাংজিঙগীদা তৌখিবগুম জগোই শানা শানা উপলৈ অহুমলক লয়রগা অমুক লোংলয় অহুমলক লয়গনি। মতম অসি পেনাসু খোংগনি। অদুদগী হান্নগুমনা জগোই শাদুনা মায় নোংচুপ ওন্না লাক্লগা কৌব্রু অমসুং থাংজিং শমদুনা লাক্লগা ৱাংবরেল (মৈরম) মপাদা অমুক উপলয় লোংলয় অহুম অহুমলক অমুক তৌগনি। মথংদা মায় অৱাং ওন্না লাকতুনা মারজিঙ শম্না লাক্লগা কৌব্রু লাইচি মপাদা হান্নগুম্না উপলয় লোংলয় অহুমলক অমুক তৌগনি'। মতৌ অসুম্না চিথেক মরিমক্কী উপলয় লোংলয় লোইরবদা মায় মখা ওন্না লাক্লগা থাংজিঙদগী মায় নোংপোক ওন্দুনা ৱাংবরেল শমদুনা চৎলগা মায় অৱাং ওন্দুনা মারজিঙ অমসুং নোংচুপ ওন্দুনা কৌব্রু শম্না লাক্কনি। অসুম তৌনা ওযওইননা পুমকোই কোয়বা অহুমলক কোয়গনি। কোয়বা অসি লোয়রগা হান্নগী লাইবৌ লাগী মনাক্তা লাইদা মায় ওনশিন্দুনা লেপ্লগা অহানবদা খুবাক লোংথোকপী জগোই অদু অমুক অহুমলক শাবগা লাইরেল মথেক লোইশিনগনি।

## তরুকশুবা তাঙ্কক
## ফিবুল অহাবী

লাইবেল মথেক অসি চৎপা লোইরগা লাইবৌ লা থারিবা অদুগী মথক্তা থারিবা ফি অদুনা মথক্তা লৈবা লাংথ্রেশিং অদু য়োমশিনদুনা লওখৎলগনি। লাতোল অহুম অদুনা শেগাইরগা মখারোমদা শুমাঙ ৱাংমদা হুনদোকখিগনি।

মতম অসিদা ইন্নফি অহনবা অমনা লা থারমবা মফম অদুগী মথক্তা পাক্লা তিংথোক্লুনা চিথেক মরিদা মী মরি লেপ্লুনা ফিজিল অমমম পায়গনি। ফিজি পায়বা অদুগী লেঙদনবদি চিঙখৈ পাংবদা লাইরেম্মাগী চোঙ পায়বা মীনা চোঙগা লোয়ননা ফিজিল অদু পায়গনি। থাংজিঙ লোম থংবদা লাইয়িংথৌগী চোঙ পাযবা মীনা ফিজিল অদুগা লোয়ননা চোঙ অদু পাযগনি। লাইয়িংথৌবোমগী চিথেক্তা নিপা অমনা ৱা অমগা ফিজিল অদু পাযগনি।

কৌব্রু লাইচি থংবদা নীপা অমনা ব্রা অমগা ফিজিনা অদুগা পায়গনি। অসুম তিংলিবা ফি অদুগী মযায় চবুক্তা লাংথ্রেগী ময়োম অদু হাপ্লগা ফি অদুনা য়োমখৎতুনা মথক্তা লংনা পুনগনি। লাংথ্রেগী ময়োম অদু মফম লেঙদনবা হায়দুনা মখাদগী য়োমখৎলগা পুনশিনবতনি। অসুম্না শেন্না অসি লোইরগা লাইগী খুদৈশেল পুরিবী লৈশাবী অনিনা পুরিবা খুদৈশেল অদুগী মনুংদগী ফিবুল অনী অদু লওকরগা তিংলিবা ফি অদুগী মথক্তা হাপচিনগনি। মাইবী অমনা ফিজঙগী মখা থংবদা অমনা অৱাংদা অসুমনা নাক যেৎতা মাইবী অনিনা লৈরগা মায় ওনশিন্নদুনা লেপকনি। মখা থংবী মাইবীনা "হোই লাইয়িংথৌ খুবাক, লাইবেম্মা জগোই, য়া" অসুম্না হেক হেক হায়রগা মাইবী অনীমক্না খুবাক অনী অনীবক খুদুনা খুৎ লোংথোক্না লৈবম্বদগী খুৎ অনীমক ওয়না ওযদা য়েৎনা যেৎতা হাইদোকনবগা লযখৎনরকতুনা খুদোন মনীমক মথকলোমদা ওনখৎতুনা খুবাক মপান ওনথোক্কুনা মাঙ মাঙদা ইনথোকনগনি। অসুম্না অহুমলক হন্না তৌবগা মখা থংবী মাইবীনা লাইয়িংথৌগী ফিবুল পাযদুনা, অদুগা অবাং থংবী মাইবীনা লাইবেম্মাগী ফিবুল অদু পাযবগা মখাদা ইবিবা খোঙথাং অসিদা লযনা লযনা জগোই চপ মান্নদা শামিন্নগনি।

**খোঙথাং** - খোঙ অমমমনা খোঙফম অনী অনী থাংদুনা লযনগনি। অহানবদা যেৎওইননা লযবদা যেৎকী খুৎনা কোকথক্তা ৱাংনা থাংগত্তুনা ফিবুল পায়গনি। লয়বা লোইরকপদা ৱাংখৎলিবা য়েৎকী খুৎ অদু হাইথবক্কুনা হকচাংগী তুংদা ওযগী খুত্তা ফিবুল অদু পীগনি। মসি লোইরগা ওয়বোমদা অমুক লযবক্কনি। ওযগী খুৎসু কোথক্তা ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা ফিবুল পায়গনি। অসুম তৌবা জগোই অসি মপুম অহুমলক শাগনি। অসুম্না অহুমলক শাবা লোয়রবদা ফিবুল অনীমক ফিজঙ মথক্তা অমুক থল্লগনি। মথংদা মাইবী অনীমক অদু ওন্নদুনা পায়নরগা হান্নগুম্না জগোই অমুক শাগনি। জগোই অসি শাবদা মাইবী অনীমক্না মখাগী ঈশৈ অসি পুন্না শকমিন্নগনি।

## ঈশৈ

নুরানা ফিবুল ঙাইরোংচীঙ,
লাইবুঙথৌনা হুল্লগা,
লাইনুরানা ওংলৌ চীঙ,
লাইনুরা তরেৎনা হুল্লগা
লাইবুঙথৌ মাপলনা ওংলৌচীঙ

অকোনবগী জগোই লোইবগা ফিবুল অনিমক ফিজঙ মথক্তা হান্নগুম্না থম্লগা অহৌবদা তৌখিবগুম মাগী মাগী ফিবুল অদু পায়নরগা ঈশৈ য়াওদনা অমুক জগোই শাগনি। মখা থংবী মাইবীনা ফিবুল থম্লগা থাগজিঙদা লেপ্লিবা লাইয়িংথৌগী চোঙ অদুগী মমাঙদা ফিজঙ মখাদা লিৎলগা নোংচুপলোমদা মায় নোংপোক ওন্না লেপকনি। মসিগুম্না অৱাংগী মাইবীসু চিঙখৈ থংবা লাইরেম্মাগী চোঙ মমাংদা ফিজঙ মখাদা লিৎতুনা মায নোংচুপ ওন্না লেপ্লগনি। অসুম তৌনা নোংপোক নোংচুপ্তা লেপনরগা অমুক ইহান হানবগী খুবাক জগোইগী মরম অদু ইকায় কায়দনা তৌগনি। ঈশৌদি যাওবোই। খুবাক জগোই লোইবগা মাগী মাগী ফিবুল অদু পায়নদুনা ঈশৈ যাওদনা হান্নগুম্না মওঙ চপ মান্ননা জগোই শাগনি।

## চোঙখোঙ য়েৎপা

ফিবল জগোইগী মতুংদা অমুক কোযবগনি। মসিসু ফিবুল পাযদুনা চোঙখোঙ মবিমক যেৎনা যেৎনা চেনগনি। মওঙদি নোংচুপাক মাইবীনা লাইযিংথৌগী চোঙ কোনশিন্না ফিজঙ মখাদা লাকলগা লাইবেম্মাগী চোঙনা ওযওইন্না যেৎলগা মশাগী হান্নগী লৈফম অদু তাবক্কনি। মসি অহুমলক হনজিন্না যেৎকনি। যেৎলিবা মওঙ অসি ৪ অঙ্কগী মওঙ মানগনি। নোংপোকক্কী মাইবীনা ৱাংববেল লোমদা লেপলিবা চোঙখোঙ অদৱু যেৎওইননা কোনশিললগা ফিজঙ মখাদা লিৎতুনা কৌব্রু পাংনা লাকলগা ওযওইননা কৌব্রুগী চোঙখোঙ অদু কোযবগা মমায নোংপোক ওন্ন লাকতুনা মশাগী হান্নগী মফম যৌবক্কনি। মসি অহুমলক যেৎকান। অসুমনা যেৎপা অসি মথক্তা হাযখিবা অদমক মান্ননা যেৎকনি।

নোংপোকী মাইবীনা ফিজঙ মখাদা বাংববেন তমনা চৎলগা ওযওইননা চোঙখোঙ কোযশিল্লগা মমায নোংচুপ ওন্ন লাকতুনা থাংজিঙগী চোঙবু যেৎওইননা কোযশিনগনি। মমায নোংপোক ওন্না লাক্তুনা ওয়ওইননা অমুক কোয়রগনি। মসিসু হান্নগী ময়েৎ অদুনি। মসিগী মতুংদা নোংপোকক্কী মাইবী অসিনা অমুক মমায নোংচুপ ওন্না লাক্লগা কৌব্রুগী চোঙখোঙবু ওযওইননা কোয়গনি, মথংদা মায় নোংপোক ওন্না লাকলগা মাবজিঙগী চোঙ অদূবু যেৎওইননা কোযরক্তুনা মায নোংচুপ ওল্লক্কনি। অদুগা কৌব্রুগী চোঙখোঙ অদবু অমুক কোয়গনি। মসিসু অহুমলক যেৎকনি। অসুম্না খা অবাংদা যেৎপা লোইবগা নোংপোকক‍া নোংচুপকা অনীগী চোঙখোঙদা অমুক অমুক

য়েৎনগনি। নোংচুপকী মাইবীনা অৱাংদগী ওয়ওইননা য়েৎপা হৌরগা মখাগীসু য়েৎওইননা য়েত্তুনা চৎকনি। অদুগা নোংপোককী মাইবীনা মখাগী ৱাংবরেনদগী ওয়ওইননা য়েৎপা হৌরগা কারন চৎতুনা মারজিঙগী চোঙখোঙবু য়েৎওইননা কোয়গনি। মসিসু অহুম অহুম্লক য়েৎকনি।

মতৌ অসুম্না চোঙখোঙ য়েৎপা লোইরগা মাইবী অনিমক মাগী মাগী হান্নগী মফম ফিজঙগী খা, অৱাংদা অমুক লেপ্পরগনি। মতম অসি ফাওবা মখুৎ য়েৎনা ফিবুল পায়খিগনি। মতম অসিদা মাইবী অনীনা ঈশৈ অমুক অমুক শকনগনি। লৈশি জগোই নত্তগা চোংদুনা খুবাক অনিমক নাকোঙ মপা মপাদা থাংগৎলগা লয়থোক -লয়শিল তৌগনি হায়বদি থাংগৎলিবা খুবাকনা মনুং মপানদা ওনথোক ওনশিন তৌগনি।

### ঈশৈ

**অহানবা মাইবী-** থংথং থংনবো রসো থংনরো।
নোংমাইজিংদা উ য়াল্লে, খোংদা য়ুহারবে।
থাঙজবা লৈকাই। খুবাই লৈমা।
নুংশি কপোনুং। রে রে রে।

**অনীশুবা মাইবী-** নুরাবীগী পামলঔদা। নুরাবীগী পামলঔদা
হাওরৈনা ঙাঙাং শাৎপদি
ঙাঙনা নিঙথিরে। ঙাঙনা ফজরে।
ঈবুংখোয় মোমবিখোয়।
কদেংগোই থোংজাউ লাললিঙৈদা
লৈহাওনা নায়াৎ খায়রিঙৈদা
ঐগীনা শমলাং তাহৌবদো
খিৎতা খুনবিয়ো।
হা নুংবালনা পুনশি ঈৱাল্লে।
ফত্তবসু শিন্নলে।
য়ামদ্রবসু চাইশিল্লে।
লৈরাংনা খয়োম লৈনৌবা

শিংঙেল লৈপুন শাবনি দে।
নবেম্মদিকো চিঙদনা লৈবে হাওওইবী
তমদনা লৈরে লাইওইবী
নুংশাবু শাদনা ফৌকংবী,
নোংবুদা চুদনা শাইচোংপী,
ঈদুনা নোংথাং লৈমনে,
ঈয়েংনা পানখোইবীনিদো
নবেম্মা হোই হোই হোই।
ঈখোঙনা হাওখোঙ তাবীনে,
ঈনমনা হাউনা নমবীনে,
কৌবনা লোকশা অমদা,
উপী উবেল থাবকপী,
লোইবীনা লোকমায অমদা,
শদুনা যাংগেল লিংবীনে।

## পাচুবা

অসুম্না ঈশৈ শক্লবা লোইববদা জগোই শাবা লেপ্লগনি। অদুগা মাইবী অনিনা পার্যববা ফিবুল অনি অদু থাংজিঙ থংবা চোংখোঙ পাযাববা নীপা অদুগী মতুংদা মাইবী অদুনা মখোযনা পার্যববা ফিবুল অনি অদু থেংনহনগান। অদুগা 'চুই চুই' হাইগনি। মথংদা মাব জঙলোম থংবগী চোংখোঙ পাযবিবা নিপা অদুগী মতুংদসু অমুক তৌগনি। অদুদগী ৱাংববেললোম থংবা চোঙখোঙদা তৌগান। অবোইবদা কৌব্রুবোম থংবা চোংখোঙদা তৌবগা লোইশিনগান। অসুম্না চুনবা অসি লোইবগা হান্নগী মফমদা লৈবগনি।

## চোঙখোঙ লিংপা

মতম অসিদা ফিজঙ মনুংদা চঙদুনা ফিজঙগী মযায মপাদা মাইবী অনিনা অমুক ফিবুল চুনবগা মাযকৈ ওন্না তৈননা লেপ্লগান। অদুগা অবাংগা মখাগদা অমুক লেপ্লগা ফিজঙ মখাদা চঙদুনা পাচুনগনি। অসুম্না ফিজঙ মখাদা চুনবা অসি অহুমলক চুনগনি। অকোনবগী অহুমশুবা চুনবা লোইবগা ফিজঙ মযাযদা অদুম্মক

হাইদোকনরক্তুনা মখাগী মাইবীনা ফিজঙগী নোংচুপ্তা অদুগা অৱাংগী মাইবীনা নোংপোক্তা লেপ্লগা ফিজঙ ময়ায়দা অমুক হন্না অহুমলক চুনগনি। অহুমশুবা চুনবা লোইরগা মাইবী অনিমক খুৎশমনদুনা মায় থাংজিঙ ওন্না নোংচুপলোমদা থোরক্কনি। মপান থোরক্লগা লাইমাঙদা খুৎশম্নবা থাদোক্লরগা মাইবী অনীমক য়েৎওইননা অমুক অমুক লয়নগনি। অসুম্না লয়নবা লোইরগা মাগী মাগী হান্নগী মফমদা ফিজঙগী খা-ৱাংদা চত্তুনা অমুক লেপ্লখ্রগনি। মতম অসিদা ফিবুল অনীমক ফিজঙ মথক্তা হাপচিনগনি।

মথংদা ফিজঙ পায়রিবা অদু থাদোকহল্লগা পুল্লপনা য়োমশিন্দুনা অৱাংগী মাইবীনা কোনশিল্লগা ফিজঙ খল্লুবা ইন্নফি অদুগী ফিজিল অনিনা মতুংলোমদা কিশি কিদুনা পুনশিনগনি। চোঙ পায়বা মী ৪ অদুদি হান্নগুম্না অদুমমক লেপ্তুনা লৈখিগনি। মাইবী অনিনা খা-অৱাং কায়দনা খুৎশম্ননা লাইরোমদা চঙশিল্লর্কনি। মাইবী অনীনা চৎনা চৎনা মখাগী ঈশৈ অসি শক্কনি। চোংদুনা জগোই শাগনি। মখুৎ অমুকসু থাদোক্কনি। ওয় য়েৎকী খোঙদোন অনিনা খোঙ নাম্মগী মাঙদা অমুক অমুক নেৎলগা মাগী মাগী হান্নগী মফম মফমদা অমুক হনদোক্লগা লেপকনি। হকচাং চোংনা চোংনা খোঙথাং অসি তৌগদবনি। খোঙ থাঙ্গৎতুনা চোংগদর্বাদ নত্তে। পায়নরিবা খুৎ অনি অদু পুন্না খোঙথাং চানা হাইনগনি। অরেপ্পা খুৎ নাম্ম নাম্মনা অমগীনা য়েৎলোমদা অমগীনা ওয়রোমদা নাকোঙ মপা মপাদা খুৎ থাঙ্গৎনদুনা জগোই শাগনি।

**ঈশৈ**

নরুই খেঙ নরুই হোং মাই লৌ হৈ।

হৈরাং মঙা লাংগু তাউ।

হে মেলো লাংগু তাউ।

অখম মেলো লাংগু তাউ।

অনুখাই খাই খাই খাই।

তেরা কোহিং কোই কোই।

কচিরা কোহিং কোই কোই।

হৈ লৌ মাই।

মাইবী অনীনা মখুৎ শন্নদুনা লাকপা অদু থাদোক্লরগা জগোই শাগে হায়রবদি মখাগী ঈশৈ অসি শক্কনি। খুৎ অনীমক নাকোং মপা মপাদা থাঙ্গৎতুনা খুবাক তিংনা খুদোন্না মথক্তা ওনখৎলগা খুবাক অদু লয়থোক লয়শিল তৌগনি। খোংথাং হান্নগী অদু মণ্ডায়।

**ঈশৈ**

চিঙভু , খোইয়ুম লাইনিংথৌ ও: ও: ও
য়োয়বুনা খোইমোম লাইরেম্মা,
চিঙভু নতৈ ননাওনা
অয়ুককী য়েনদা অঙনব,
তরাগী চাকঙল চাদুনা
চরৈনা ফিজেৎ লৈতেংলে।
কংলৈ নংগী নশুমাঙ,
থৌবোম নঙগী লাংপুরোয়,
চেকলা নঙগী চাকতাফম,
পোমবীনা নঙগী কায়দোংফম,
চিঙু লাইয়াম পূম্বগা
হরাউ মথোই কারুবা
থৌদোক কুম্মৈ শান্নবা
নিঙথিরে ফজরে দে।
চিঙভুনা খোইয়ুম লাইয়িংথৌ ও: ও: ও:
সনানা শঙগাই নুংঙাইবা,
মীরাইমনা কাঙমদা
পোংলাইমনা য়ৌঙমদা
পাম্বনা লৈবা লোককুম্না
শোংকিনবা শঙনিদা
খুবোমনা তাংদা খুনিঙদা
সনাগী থম্বাল অনীনা
ঈঙাঙ ঙাঙনা শাৎকাইরে রে: রে: রে:।
সোরারেনগী লৈবাক্তা,

সনা থম্মৌ তোননিংথৌ লাইফাওরে দে।
শজিক্লা অনী থোকপগুম
থবান অনি পানবগুম
সনানা ফম্বাল লাংলিবা
নিংথিরে ফজরে দে।
নদাইরেম খুঙ্গঙ অচৌবা,
খুঞ্জাউববু পীবিয়ু।
লাইনিংথৌ লাইরেম্মা দে।
চিঙঙু ঈবুংঙো খোইয়ুম ঈবেম্মা,
কোবঔ চুপ্পা শান্নবা,ব্রাঙবন চুপ্পা শান্নবদি
অহিং ঈনুং শোয়যাইমদা
নদাইরেম খুঙ্গঙ অচৌবগী
নমু মীপুম ব্রাৎতনা,
থব্রায় মিরেল চঙখোনববু
চেৎনা চাননা কোনশিনবিয়ু।
শিঙেল লৈকা থক্তা
তেংথারসি।
লৈরাং লৈয়োননুংদা হঞ্জিনবিরো।

অসি হায়দুনা মাইবীনা লাইদা খুরুমগনি।

মাইবীনা খুবাক অনিরক খুরগা খুবাক অনিরক তিংগনি। খুৎ য়েৎনা লাইয়িংথৌদা হান্না ওয়গী লেংজুম মপাদা তিংথোক্কনি। অদুগা খুৎ ওয়না লাইরেম্মদা য়েৎকী লেংবাল মপাদা তিংথোকপদা ওয়গী খোঙনা য়েৎকী খুমিৎ খুনিঙ কাওনা খুদোন লৈতগনি। অসুম্না খোঙ অনিমক তৌগনি। মসি লোইরগা মাইবীনা পুরিবা ঈন্নফিনা য়োম্না ময়োম অদু থোক্লগা লৈশিং অদু লাইদা কৎশিল্লমগনি। ফিজঙ ফি অদুনা লাইগী যৌগল তৌরিবা মী ৪ লেপলিবা অদদা হান্নগুম অমুক খলহনগনি। হন্দকনা খরা ব্রাংখৎহনগনি অদুগা ফিবুল অনী অদুদি খুদা শেন নুপী মচা অনীনা পুরিবা অদদা অমুক হাপকনি। মসিদা মাইবী অমসুং পেনাখোংবগী থবক লোইরে।

## তরেৎশুবা তাঙ্কক

### লাইরেল মথেক

লাইবৌ থবক লোইখ্রবা মতুংদা লাই খুরুমলগা লেপ্লিবা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনিগী লাই পুবনচিংবা থৌগলগী মী অমসুং লাইবৌদা য়াওরিবা মী পুম্নমক অদু লাইবেম্মানা লাইনিংথৌগী মাঙদা অদুগা পরেংদা য়াওবা মপা মপা থোকপা মীশিং অদুগী মমাঙ মমাঙদা চঙশিল্লগা পবেং অমতা ওইনা চৎকনি।

১। লাইশঙ    ২। লাইশঙ    ৩। লাইশঙ    ৪। লাইশঙ




৫। লাইশঙ

মাইবনা পরেং অসিগী খ্বাইগী মাঙ থাদুনা চৎকনি। মসি অহানবদা থাংজিংলোমদগী হৌনা হায়বদি হরাউরিবা লাই অদুগী মায়যোন য়েংলগা লাইয়িংথৌগী য়েংলোমদগী হৌনা চৎকনি। চোঙখোঙ মরি অদু য়েংনা য়েংনা চৎকনি। চোঙখোঙ মরি অসি মায়কৈ মরিগী চুপ ওইনা খঙনৈ। অসুম্না মথং মথং চৎলকপনা লাইবৌলা থারম্বগী মফম, ফি খললিবা অদুগী ময়ায়দা মমৈগা মকোককা হেক থেংনগনি। মসি মমৈগা মকোককা চীক্রবা হায়না কৌই।

লাইবেল মথেক চৎপগী মওঙদি মথক্তা য়েকলিবা অসিনি। মসি থারিবা নম্বরগী খুচৎ মনুংদা ইবিবা অঙ্ক অসিগী মতুংইন্না ফিজঙ মখাদা লিৎতুনা চৎকদবনি। নম্বর ১ থাবা মচিন্দগী হৌরগা ২ থাবা য়ৌবসি মওঙ অসি চৎলগা নম্বর ২ গী মওঙ অসি ৩ দগী ৪ য়ৌবদা লৈরিবা মওঙ অসি অদুগী নম্বর ৩ তগী ৫দগী ৬ ফাওবদা য়েক্লিবা মওং অসি চৎলগা নম্বর ৪ গী ৭তগী ৮ ফাওবা য়েকলিবা মওঙ অসি তানবা চৎকনি। অদুগী মতুং নম্বর ৫গী মশিঙ ৯ ইরিবা অসিদগী হৌদুনা ১০ য়ৌবদা চৎলিবা খোঙচৎ অসি কায়দনা চৎকদবনি। লাইরেল মথেক চৎপদা পবেং তৎপা, কায়বা য়াদে। করিগুম্বা তৎপা কায়বা থোক্লবদি হরাউরিবা লম অমসুং লৈবাক্কী অনা অয়েক, ব্রাথোক লানথোকনচিংবা তৌগল্লি। লাইহিক অসিদা য়েক্লিবা মথেক অসি য়ুমজাউ পাফল কৌই। লাইরেল মথেক মখল মাপলনি। মদুগী মনুংদা য়ুমজাউ পাফল অসিনা কংলৈ হরাউবদা চৎনৈ। মোইরাং হরাউবদা তিল্লু লাইরু পাফল চৎনৈ।

নম্বর ৪ অসিদা মখাদা লিংপা মীনা হেক লোইবদা খললিবা ফি অদু লওথোক্লগা চোঙ পায়বনচিংবা নীপা মরি অদু পরেং অদুদা মখোয়না হান্না লৈবম্বা মফম অদুদা চঙলগা ময়াম চৎলিবা অদুদা য়াওগনি। অসুম্না চৎলকপা অসিনা নম্বর ৫ অসি লোইরগা লাকপনা মকোকনা লাইগী মমাঙ হেক য়ৌরকপদা মী পুম্নমক লেপ্লগা হান্নগী লাইবৌদা চৎপা অদুম্না পরেং অনিথোক্লা লাইয়িংথৌনা য়েৎ থংনা, লাইরেম্মনা ওয় থংদুনা মথং মনাও লাই পুবনচিংবা অদু কায়দনা অমুক লৈগনি।

মথংদা লাইমাঙদা পরেং অনি থোক্লা লেপলিবা অদুনা লাই শুমাঙ অদু কোয়রকপদা থাংজিঙ থংবা (সছোঙ থংবা) চিথেক য়ৌবদা য়েৎ থংবা পরেংনা ওয়দা, ওয় থংবা পরেংনা য়েত্তা ওম্থোক্তুনা লেপকনি। মদু তৌরগা মাইবনা হায়গনি।

**মাইবা** - হো লাইয়িংথৌ মনাই লাইরেম্মা মনাইশা

**ময়াম** - হাউ।

**মাইবা** - লাইগা লাইগা, চোঙগা চোঙ গা, থাঙগা থাঙগা, হুমাইগা হুমাইগা, খুদাশেল কাওশেল, শেনপোৎ, লাইপোৎ, লাইনিংথৌ মনাই লাইরেম্মা মনাই নপা নপা ওনশিন্দুনা খুবাকক্কা খুবাকক্কা খুঞ্জাউনব, লৈচাউনবা 'য়া - য়া তৌসিকো, 'হো য়ায়া য়ায়া য়া'। অসুম্না অহুমলক লাউগনি।

**ময়াম** - হো য়ায়া য়ায়া য়া। অসুম্না অহুমলক খুমগনি।

মসি লোইরগা অমুক লাইয়িংথৌনা য়েৎথংনা চৎলগা লাইরেম্মনা ওয়রোমদা চৎকনি। মসি মাইবনা লাইয়িংথৌ মনাই লাইরেম্মা মনাইশা নপা নপা লাম্থোক্লরো হায়না লাউগনি। অদুগা লাম্থোক্লদবনি। অসুম তৌনা ব্রাংবরেল, মারজিঙ, কৌব্রু মায়কৈ মবিমক্তা থাংজিংদা তৌবিবা অসুম্না ইকায় কায়দনা তৌগনি। কৌব্রু লাইচিদা তৌবগা মাইবনা লাইনিংথৌগী পরেংবু চিংগনি। অদুগা পেনা খোংবা নত্রগা মাইবীদনা লাইবেম্মাগী পরেং চিংদুনা চৎকনি। লাইয়িংথৌগী পরেংনা য়েৎলোমদা অদুম্মক শুমাঙ অদু কোয়না চৎকনি। লাইরেম্মগী পরেংনা ওয়রোমদা কোয়না চৎখিগনি। মতৌ অসুম্না ওন্ন তৈনবা মায়কৈদা চৎনদুনা কোয়বা অহুমলক শুরকপদা লাইমাঙ মপাগী লাইবৌলা থারিবা অদুগী মপাললোমদা লাইবেম্মগী পরেংনা লাইবেম্মগী মমাঙ চুম্না চঙশিল্লক্কনি। অদুগা লাইয়িংথৌগী পরেংসু লাইয়িংথৌগী মমাঙ চুম্না চংশিল্লক্কনি।

লাইমাঙ য়ৌবগা অমুক হন্না লাইয়িংথৌগী পবেংনা য়েৎলোমদা লয়থোক্তুনা মায় ওন্থোক্লগা শুমাঙ মতোললোমদা মপা চুম্না চৎকনি। অদুগা লাইরেম্মগী পরেংসু ওয়রোমদা লয়শিল্লক্তুনা মমাঙদা লাইয়িংথৌগী পরেংদ চৎলিবা অদুগা চৎমিন্নরগা শুমাঙ মতোন হেক য়ৌরগা অমুক লাইরোমদা লয়শিল্লক্কনি। লাইয়িংথৌগী পরেংন ওয়রোমদা লাইরেম্মগী পরেংনা য়েৎলোমদা লয়রগা লাইদা মায় ওনশিনদুনা লাক্কনি। লাইগী মমাঙ য়ৌরগা চপ মান্ননা লেপকনি। ময়াম্না লেপ্লবা মতমদা 'মাইবনা লাইকারসে' হায়না লাউগনি। মদু তাবদা মাইবীনা থোবক্তুনা লাইগী পোৎ অমসুং লাই ওক্কনি। লাই ওকপা লোইরগা ময়ামনা ইকোয় কোয়না লেপ্লগা মাইবনা ঈশৈ হন্দুনা লাইপুঙ য়ৈরগা ময়ামনা ঈশৈ খুমগনি।

**ঈশৈ**

ব্রাকোললো ব্রাকোললো
ব্রাকোলনা কাপ্প লিকাপ্পা
ব্রাকোল তনোয় নোয়।

থোইদিংও থোয়দিংও,
থোইদিংও মকেরে।
হংগামও হংগামও
হংগাম মকারাম
কবোকও কবোকও
কবোক মকারাম
চীঙদগী ব্রাকোন্না
তমদা তাগে হায়রেদা
ব্রাকোন্না ফাসে লিফাসে।
ব্রাকোল কনোয় নোয়।
তমদা পাইবা ব্রাইনুনা,
চীঙদা পাইগে হায়রেদো।
ব্রাইনু ইনেম নেম।

মতম অসিদা লাইপুঙ ( হরাউপুঙ ) অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা যুথক পুঙলোন য়ৈগনি।

**পুঙলোন** - দোং দোং দোঙনা থাগনি। খুবাক খুগনি, পেনাদি য়াওরোই। তালদি অথু- অতপ অনিমক য়াই। থাবদি থুগনি।

**য়েংগদবা** - ব্রাকোল লাওবা মথককি মরোল অসি লাই শান্নরিঙৈগী মনুংদা নোংমগী লাই লোইশিনবগী শৈশক্কী মরোলনি। লাই হরাউবা লোইবা নুমিৎতদি ঈশৈ পুম্নমক মান্নরগা "ব্রাকোন্না ফাসে লিফাসে" হায়বা ব্রাহয় অসিগী মহুত্তা "ব্রাকোন্না থাসে লিথাসে " অদুগা "কনোয় নোয়" গী মহুত্তা 'তনোয় নোয়' শিনগনি মসি কায়রবদি লাই হরাউরিবা খুল অদুগী কয়া ফত্তে। চাপোকপদা চিংনবদগী ফত্তবা থোকই হায়না লাইহরাউবগী অরিবা লাইরোন্দ ইরি লাইরোই নুমিত্তা লোংখোনবা ফাউবা লোইরগা লাইবৌলা থাফমদা পেনাখোংবনা লাইদা ওনশিনলগা লেপ্তুনা হোইরও হয়া হনজিনগনি। মতম অসিদা থব্রায়মি কোনশিনগনি। মথং পাদোলগী মাইবী জগোই অদু শাগনি। মসি লাইরোই নুমিৎখক্তনি। মরককি অতৈ নুমিৎকী নত্তে।

## কংলৈ থোকপা

লাই হরাউবা নুমিৎ ৫নি ৭নি ৯নি অমসুং ১১নি শুরকপদা লাই কংলৈ থোকপা হায়বা অমা শান্নে। মসি লাইয়িংথৌ খোয়রী ফাবনা নুপী থিখিবা অদুগী মওঙদা মাইবীনা কায়দনা তম্নগা লাই অসিবু থৌনিজবনি। মসিগী মরোল অকুপ্পদি খোয়রি ফাবনা নোংকুমবা হায়বা লাইরিক অদুদা য়াম্না কুপ্না য়াওরি। লাই হরাউবগী লাইরিক্তা অসুম্না ইরি:-

"চরৈ ফিরুক খুমনা কাঙহুলেংদা থোংনা নমু মীয়াম তিনবলক্তা চঙনা তাল্লোয় তুথি তমখিঙেদি কদৌনোংকিনো হায়নসু নহাল নোংকি ব্রাপু লৈয়ে। শেল্লোয় লৈহৌ চিঙতা খাপী মথি মথি নাইনা অমাই মলাঙ হৌনা চিঙঙু লাইয়াম লেংকাতিন খোসয়ুম মহীশাং পুম্না হুপ্না লহাল নোং মালেম লৈশেম থৌপু থৌকাউখিকনিয়ে হায়না ব্রা-ওইলকঙেগী চীঙঙু হোইলাউপবু খোইয়ুম মলাং হৌরকপবু থৌথোক তেনপাননিঙলপগীবু চীঙঙু নোংথৌ সোরারেলকী মপারি নোংথৌ খোয়রি হাইবা নাউব্রা খোয়তাং শিংপনা কাংহু লেংকা থোংনা তাল্লোয় তুয়িল তমখিঙে লংমাই তেংনা য়ুমকাখিবপু চীঙঙু লাইয়ামকী তোইতাও পুক্রিং তিংন নোক্লঙেনে। চীঙঙু লায়াম লেংনা তিনবনা অসুমনা থৌথোকখিঙেগী ব্রাপু থৌকাওফরোইয়ে হায়না ব্রা-ওইখিপকিপু খোইয়ুম লাইগী হরাউ তোইতাও খুদিঙদা খাপীনা য়োম্তনা তাল্লোয় তুথি তমখিঙেনে হায়তপরা" মরম অসিনা হৌজিক লাই হরাউবা মতমদা মাইবীনা ফিরুক খুমদুনা কাঙজয় কাঙহু পায়দুনা লৈশাবী অমবু কোৎলি। অদুগা মাইবীগা লাইমাঙদা জগোই শামিন্নে। মসি লাইনুপী থিবা কৌই।

মথক্তা হায়রিবা লাইনুপী থিবগী থবক অসি হৌজিক্তি তোক্লরে। মরমদি মসি তৌবদা লীক তৎপা ফিশেগাইবনচিংবগী ব্রা থোক্লে। মতাং অসি লৌথোকপিয়ু হায়না লোইশঙদা প্রজানা য়ানিঙদবা উত্তুনা য়ামনা তোয়না হায়রবা মরমনা হিরম অতৈদি শুনা তৌরগা কাঙজয়না নুপী কোৎপগী শরুক অসি লৌথোকপনি। মসিগী মরমদা পুরাননচিংবা য়েংলগা শ্রীযুক্তা মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ্ পণ্ডিত অচৌবনা তাং ৫।৫।৫৮ ইংদা প্রজানা পামদবা নুপী কোৎপগী মতাং অসি ককলগা মুক্লা, কাঙজয় ফাওবা শান্নরগা নুপী কোৎপা অসি ককখিবনি। মসি মনিপুরগী লাইপুঙ পুম্নমক্তা খঙহনখ্রবনি। হৌজিক্তি থৌনিজরগা নুপী কাঙজয়না কোৎপগী থবক অসি শান্নদ্রে।

**কংলৈ থোকপগী মওঙ:-**

অহানবদা হোই লাউপ্লগা মাইবীশিংনা লাইমাঙদা জগোই শাগনি। লাইচিংবদগী হৌনা জগোই শারগা লাই তোংলকপা মতমদা পুঙসু পেনাসু লেপ্তুনা মখোল থোক্তুনা তুমিননা লৈরগা মাইবী অদুনা লাই তোংলগা লাইপাউ ঙাইহাক চেনগনি। অদুগী মথংদা খোয়রি ফাবগা লোইয়ারাকপগা মুক্রা শান্নবগী মওঙ অদু তৌরগা মচিননা ৱা অদুম ঙাঙগনি। মুক্রা অসি শিন্ন শিন্ন থারে হায়না হায়রগা মথংদা কাঙজৈ শান্নগে হায়রক্কনি। মতম অদুদা কাঙজৈ অমগা কাঙদ্রুম অমগা পীগনি।

**কাঙজৈ শান্নবগী মওঙ :-**

অহানবদা থাংজিং লোমদা কাঙদ্রুম অদু লৈপাক তাহনদনা থোমগনি। মথংদা কাঙদ্রুম অদু খুল্লুরগা অমুক মারজিঙ লোমদা থোমগনি। অদুদগী কাঙদ্রুম অদু অমুক খুল্লুরগা ৱাংবরেল লোমদা থোমগনি। মথংদা কৌব্রু রোমদা থোমগনি। ইরোই লোইবদা লাইশঙ মনুং লোমদা থোমজিনগনি। অদুগী মতুংদা কাঙজয় অদু য়েৎ থংবা লেংবান্দা থাঙ্গৎতুনা ঈশৈ শক্কনি।

**ঈশৈ**

তুবী চিঙলাই লৈমা,
য়া কদেং ঙানবীদি ঈশানৌ
শানৌদগী ইয়া তম্ফা ঈনেম্মচা পাম্মুবী,
ঙসি কোরঔ নুমিৎতা
শানৌ মার খোঙ্গুল লীরকপবু
উখিদ্রেদাকো ঈশানৌ
শানৌ তম্ফা ঈনেম্মচাবু
লৈকাই পমবাল লানদুনা
খামবী মৈরঔববু চৎখিবরা
উরকতরেকো ঈশানৌ,
তম্ফা ঈশানৌবু
নপলগী তুরেল চেংলৈ মপান্দা

উতি শমখোঙ শেংখিবরা ?
চেঙইী শম্বাল লাংখিবরা ?
পহৌগী মোংবা য়ুমজাউ নুংদা ( অচৌবদা)
শমলাং তোয়না নাননা
শমজেৎ তোনানবিবু হাৎলিবরা ?
শানৌ ঈনেম্মচাবু
লৈকাই পম্বাল লানদুনা
কৈরোয় মবুংলক্তা থেৎতুনা
শানৌ মমান্নবা মরক্তবু তিনদুনা
চেকফে কাঙমিবু তমখিবরা ? (লঔখিবরা )
লমথা পানজলবু লঔখিবরা ?
মপলগী হাওরলনি লালশোনবীগী লময়ায়দা
নুরা খ্বাঙচেৎ মচি নাইনা
ফৈজা পোপতেকপু লয়দুনা
লোইমোম ফৌমিবু লাংখিবরা ?
খোয়নৌ চান্নবী - ও !
তম্ফা ঈনেম্মচাবু
চেংলৌ শকপু উবরা ?
কোলোয় পাউদমবিয়ুদা।

অসি হায়না ঈশৈ শক্তুনা থিরকপদা থেংনদ্রদুনা চয় মতেক ৭ খক পায়দুনা মমাঙলোমদা লংথোক্লনি। খ্বাইদগী লাপ্পা তাবা চয়গী মচিনা ওহোত্তুনা তারিবা মচিল অদুনা তাবা মায়কৈদা মানা থিরক্লিবা নুপী অদু লৈরে হায়বা খঙই। অদুগী মতুংইন্না মীয়াম মরক্তা চেনশিন্দুনা মানা কাঙজয় কোৎপদা থেংলুবা লৈশাবী অদু মানা থিবা নুপী অদুনি। অসুম্না লাই নুপী থি। অদুদগী নুপী মচা অদুগা মাইবী অদুগা খুৎ শম্নদুনা থোরক্লগা লাইগী মমাঙদা লৈশী জগোই শাগনি। মসি নুপী মচা অদুনা হৈত্রগা মানা হৈবা মওঙদা অমা শাবা য়াই। খুৎ অনি থাঙ্গৎলগা মানা হৈবা অমা শাদবা য়াদে। লৈশী জগোইনা মাইবীতনা শাগনি। জগোই শামিন্নবা লোইরগা নুপী মচা অদুগীদমক্ত ফনেক অমগা ইন্নফি অমগা হয়রুকনচিংবা নিংথিনা শেমদুনা পীগনি।

লাইগী অরৈবদগী লওদুনা পীগদবনি। মসিগী মতুংদা মাইবনা নুপী মচা অদুবু তাইরেল মনানা অনম অথৌ কোকথোককনি নোং ঙাল্লগা নুপী মচা অদুগী মমা মপানা নুপী মচা অদুগী য়াইফনব ঙমজবা হয়রক লাইদা কংকনি।

করিগুম্বা হরাওরিবা লাই অদু হরাওরিঙৈদা চাক কংপা তারবদি লাইচা ফবা নুমিৎ য়েংলগা ৩নি, ৫নি, ৭নি শুরকপদা কংকনি। অদুগা নুমিৎ খুদিংগী কংপা লাইগীদি মসি য়েংদে।

## লাইরোই

লাই হরাউবা লোইবা নুমিৎকী নুমিদাংদা তৌগদবদি ঔগ্রিগীদমক থওরী লীশাং ৪ লাতোন অমগী মথক্তা থমগনি। লাই কাবগী নও ৫০। ৫০। লা মথক্তা থমগনি। (নও হায়বদি য়েংদৌ নত্রগা ব্রানা শাবা)। মসি লাইনিংথৌ লাইরেম্মাগী নাকল অনিদা ৫০ । ৫০। তোঙাননা থমগনি। অনম অথৌগী মপোৎ শুনা থমগনি। অদুগা মৈখু থাওমৈনচিংবা থৌনিজবগী পোৎলম শুনা থমগনি। মাইবীগী শরিক অমা ফি অমনা শরিককি খুৎপায়ফমদা পুল্লগা নাক-য়েত্তা ফিজিল অনি অদু শাংনা হেনদোকহল্লগা লাইমাঙদা লা থাদুনা থমগনি। লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মমাঙদা লা মচেৎ ৫০ । ৫০ । তোঙান তোঙান থমগনি। লা মচেৎ অসিবু হুয়থি , য়েনথি হায়না কৌই। মসি লোইরগা পোৎ পুম্নমক লাইদা কৎলগা মাইবনা অনম অথৌ কোক্কনি। লাইশোনদি য়ুমদাই নাকশেং, নাহেরোল লমবুবা লমমিৎলোন, পোংনিং, তুতওরোল, তুতেংলোন অসি শোল্লগা অরোইবদা অতাই লাইশোন শোনগনি। মসি হেক লোইবগা মাইবীনা থাঙ থাবগী থবক তৌগনি।

লাই হরাউরিবা শুমাঙ অদুগী থাংজিংলোম থংবা( সম্থোঙ ) মচি অদুদা চরুনা থারগা মথক্তা লা লাতোন অহুম লোন্ননা থাগনি। মথক্তা ফি মরাক তাইবা অমা অহুমথোক্লা থুপ্লগা থাগনি। মথক্তা লাইবৌ লৈহুল অদু হুনগনি। মসি নত্তনা চুবা লৈহুন হাপকনি। লাইয়িংথৌগী লৈহুনদা লাইয়িংথৌগী থাঙনা ননদুনা থমগনি। লাইরেম্মাগী লৈহুনদা লাইরেম্মাগী থাঙনা নমদুনা থমগনি। থাঙ অনিগী নাকল অনিদা ফিরাল অনি থমগনি। থাঙ অমসুং ফিরালগী মতোননা থাংজিংলোমদা ওনগনি, অসুমনা থাঙ থাগনি। অদুগা পুঙ য়ৈদুনা পেনা খোংলগা মাইবী অনীনা মায় শম্থোঙ ওন্ন লেপ্লগা লাই চিংথোকপগী জগোই পুম্নমক শাগনি।

মাইবীনা জগোই শাবা মতম অসিদা লাই শুমাঙগী চিথেক মরিমক্তা মৈ হৌগনি। মৈ অদু মুৎহৈদে। চিথেক মরি অদু শমদুনা চৎহৈদে। লাই লমলানবা কৌই করিগুম্বা চৎলুবা থোক্লবনি অনম অথৌ কোক্কনি, লাইদা হয়রুক কৎকনি।

'মাইবীনা লাই চিংবগী জগোই শাবা লোইরগা লা থারিবা অদুগী অকোয়বদা মায়কৈ লাক্তুনা হান্না তৌখিবা অদুগুম্মা লাইরেল মথেক কায়দনা চৎকনি। লাইরেল মথেক চৎপা লোইরগা মাইবী অমনা লা মথক্তগী থাঙ অনি অদু খুৎ পাইফমদা পায়রগা লৌখৎকনি। মাইবী অমনা ফিরাল অনী অদু পায়গনি। মাইবী অনী অদুনা মানা মানা পায়রিবা থাঙ ফিরাল অদুনা হকচাং শাবগী মওঙগা মাননা কোক্তগী হৌনা হকচাং কায়াৎ পুম্নমক মথং মথং শোক্কনি। মতম অসিদা মাইবী অনিমক ব্রাংবরেল কৌব্রুদসু তৌগনি। মসি লোইরগা থাঙ ফিরাল অনিমক্তা খুৎ য়েৎনা থাঙ ওয়না ফিরাল লওখত্তুনা পায়রগা মাইবী অমনা লেপহওরগা অমনা মারজিঙ তাননা চত্তুনা লেপলুগনি। অদুদগী মখোয় অনিমক চোংন চোংনা চঙশিন্নরক্তুনা লাইবৌ লা থারমবা মফম অদুদা থাঙগা থাঙগা ফিরালগা ফিরালগা অমুক অমুক চুনরমগনি।

**য়েংগদবা** - থাঙ অনি থেংনবা অসি মৈ হওহনবা য়াদে। চুম্মা থেংনরগা লোইরে। অসুম্মা থাঙ অনী চুনবা লোইরগা থাংজিংলোমগী মাইবীনা মারজিঙদা, মারজিঙগী মাইবী না থাংজিঙদা য়ৌনবা চৎনরুরগা অমুক হল্লক্তুনা হাননা চুনখিবা মফম শুমাঙ ময়ায়দা অমুক চুনরমগনি। অসুম্মা হঙৎ-হন্দা চুনবা অসি অহুমলক তৌগনি। মথংদা থাংজিঙ মাইবীনা কৌব্রুদা অদুগা মারজিঙগী মাইবীনা ব্রাংবরেনদা চত্তুনা লেপনরগা হান্না তৌখিবগুম অহুমলক অমুক চুনগনি। অকোনবা চুনবা হৌরকপা অসি মাইবী অনীনা মখাগী ঈশৈ অসি অব্রাই অখুম শকনগনি।

## ঈশৈ

লাইবৌ লোইবগী চোঙখোঙ শান্নবগী ঈশৈ অদু শকপা য়াই। অদুগী মখাদা মখাগী অসি হাপকদবনি।

"নোংপোক মালং হুমমোইবা, নোংপোক মালং হুমোইবা আ নকোক্তা চিরোঙ থেৎচিল্লে। ননাদা চোমলাং য়ানশিল্লে। খুবোমদা য়াইশি লোনশিল্লে খুদাংদা হাইচৌ শিজিল্লে। তাংখুলগী শকফম হোংদে কো ও: হলহৌরো দে।"

*মসি শক্লা শক্লা থাওগা থাওগা, ফিরালগা ফিরালগা চুনগনি। চুনবা লোইরগা হন্দোক্লবদা মখাগী অসি অমুক শক্লগনি।*

**ঈশৈ**

হল্লরোইনে নুরাবী, হল্লরোইনে নুরাবী, নুংশিৎপু লাংদা থুবরা? লিনবু শৌনা য়ুবরা? ঈশিংবু শায়দুনা য়োৎপরা? তুমিৎপু লবুনা থিনবরা? কৌজেঙবু তেননা পানবরা? ও: ও: হল্লরোই দে।

নোংপোকনা মালং হুমমোইবা নঙনা ঐবু পামলগা পল্লৌগী কোঙয়াঙ ব্রাখোঙদা, ষগুং লাবা ৭কা পুখম শেনজা ৭কা ঐগী পোকপা পল্লৌগা নিংঙোনবু পোকপী পলেমগা ফমলিঙৈগী মতমদা হায়জরো। লৈবিগে দে।

হল্লরোইদা নুরাবী, নঙনা ঐবু পান্নগা, নঙনা ঐবু পান্নগা নঙবুনা পোকপা পল্লৌগা নিংঙোন্না পোকপী পলেমগা ও লৌবিগে দে।

( মখাদা অরায় অখুম শকপা য়ারি) মতাং অসিদা অহুমলক চুনরগনি। মসি লোইরগা থাঙ ফিরাল অদু হান্নগী মফমদা থমলুগনি। অদুগা মফম অদু শেংদোক্কনি। অসিগী মতুংদা লওৈতারোল ঈশৈ শক্লুনা মাইবীনা হাওফি শেৎলগা খুৎলঙ নুপী, খ্বাঙজেৎ শেৎপী য়েংদৌ লম মরুম শাংবা অমমম পায়বী ৭সু পরেং অনী থোকনা লাইদা ওনশিননা লেপ্লুনা লৈগনি। অদুগা নুরাবী শাবী মাইবী অদুনা ষম অমা য়াল্লগা মখুৎতা লাইগী য়োৎ মচা অদু পায়রদুনা লওতাবা অদু য়াওগনি। অদুগা ষম অদু লফোই কবোক্কী ময়োম অমা লানা য়োম্লগা পয়ানা পুনদুনা হাপকনি। মদুদা লওৈতাবগী ঈশৈ শক্কনি।

**ষেংগদবা :-** লওৈতাবদা শরম নুরাবী শাবী মাইবী অদু মাইবীগী ফি শেৎলোই। শরম নুপীগী ফিজেৎ শেৎকনি।

অহানবদা শক্কদবা ঈশৈদি হরাউরকপদা লাইগী থৌগনদা অশোয়বা অকায়বা য়াওখিবা খিবিকপু ঙাকপিনবা অদুগা খুলগী লৈবাক নিংথৌগীসু য়াইফবা পীবিনবা লাইদা হায়জবা ঈশৈ ওইনা শক্কনি।

**ঈশৈ**

চিঙগু ঈবুঙো হা খোইয়ুম লাইনিংথৌ ঈবুঙো( হরাওরিবা লাইগী মমিং) নশানৌ ঈবেম্মা (লাইরেম্মাগী মমিং) য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা অনিনা

হবাউ নঙগী শকশেম তম থৌদোক কুম্মে তৌবকপবু হা ঈবুঙো নদাইরেম খুঙ্গং অচৌবনা খুছক মনিল নাই, খুনখা মবাঙবু হঔরদুনা লিক্লাং কোন্দেং ফেঙনা ঈবুংঙো ঈবেম্মাগী কংলৈ নশুমাঙদা ঙসিগা থানা নুমিৎ (মশিঙ মাপন) হবাউ শকশেম তমববু চিঙঙু ঈবুংঙো ঙসি লাইরেন কোরঔ নুমিত্তা তিনচা লাইচা ফত্তববু চিঙঙুবা নঙাক থোক্কি খোযুম ঙাকপিবম্মু ঈবুংঙো। চিঙঙু ঈবুংঙো নদাইবেম ঈপা ঈচা শঙ অহুমমকপু কুমলদুনা নশু ঈবুংঙো লাইবেল ননোংযাযগী যাৱা পুন্সি চাবি নুঙশাংববু পীনবিবমউ ঈবুংঙো। চিঙঙু ঈবুংঙো নদাইবেম খুঙ্গং অচৌবগী লোইমোম ফৌবান চাউনবা মহয মবোং চুমনবা, কাওবেল শনগোল থন্নবা, তযুম নাইকোন থন্নববু চিঙঙু য়াৱা নপুশিবু হা খোইযুম চবৈ ফিগাও শানা নদাইবেমশিং পুম্নমক্লা যাজবক্লে। চিঙঙু ঈবুংঙো হা খোইযুম ঈবেম্মা ঈবুংঙো অনিমক্লা নদাইবেম খুঙ্গঙ অচৌবা থৱায হামচৎনহনবিগনু মিবেল হামখোইনহনবিগনু হাযনা চিঙঙুবা ঙাংলৌ খাদা পুনেমজৈ। চিঙঙু লাইরোই তানগে হাযবকলে। চিঙঙু ঈবুংঙো লহালনোং নোংমাই নুবাবী ৭ না তবা চাকঙন চাদুনা খ্বাঙজেৎ মচি নাইনা যোৎলৈ খুত্তা পাযদুনা তেংপাক লাল্লু শোই, হাক তেংমায ফুক মালেম লৈকল তঔ, শেল্লোয লৈথোঙ হাংববু ঙিঙু ঈবুংঙো লোইদাম নকুম কুমদমলঔ, নথা থাজা লঔদা নদাইবেম খুঙ্গঙ অচৌবগী মহৈ মবোং চমনব খালৈ লৌতাকুগে ঈবুংঙো।

অসি হাযনা শৈথাবমগনি। অসিগী মতুংদা লৌতাবোল শকপদি হবাউরিবা লাই অদুগী মতুং ঈন্ন মাইবীনা শক্কদবনি। মদুদি : ১। ফৌওইবী অকোংজামবগী লঔতাবোন, ২। শৌবোল লাইরেল লঔতাবোন (নুমিৎ লঔতাবোনসু কৌই) ৩। পোইবৈতোনগী লঔতাবোন অসিনচিংবা লঔতাবোল অসি শক্কনি। মখোয় অসি লাইশক লান্না শকপা য়াদে। অদুনা মাইবীনা লাইশক য়েংন শক্কদবনি। ওন্ননা শক্লগা মিনম-থানমবা, তিন্নম-লাইনমবা থোক্কুনা ফত্তে। মসি চৎলিবা মাইবা মাইবীনা যাম্না কুপ্না য়েংশিনগদবনি। হবাওবিবা লাই অদুগী লঔতাবোল শকপা লোইবগা লঔয়ান ঈশৈ শক্কনি। মসি শক্লবদি তাংখুল শাবা নোংপোক অপানবনা নোংপোক চিঙখৈরোমদগী ঈশৈ তংখায চনবা মতমদা থোক্লক্কনি। লঔযাল্লিবা নুবাবীশিংদা ওঔয়ানবা থিংগনি।

**লওয়ান ঈশৈ**

ঈপা লওনি য়াল্লু হে

হে য়ানসে।

ঈপু লওনি য়াল্লু হে।

হে য়ানসে।

লৈবাক মরা তপ্লবা লওনি য়াল্লু হে।

হে য়ানসে।

নিংথৌ পুন্সিনবা লওনি য়াল্লু হে।

হে য়ানসে।

খুল্লাউ লৈচাউ লওনি য়াল্লু হে।

হে য়ানসে।

মহয় মরোং চুমনবা লওনি য়াল্লু হে।

হে য়ানসে।

পুন্সি নুংশাং লওনি য়াল্লু হে।

হে য়ানসে।

চাক চয়িল লওনিদা য়াল্লু হে ।

হে য়ানসে।

পানফুক পাফোই লওনিদা য়াল্লু হে।

হে য়ানসে।

শওগ্রী ময়াংবা ঔলহেনিদা য়াল্লু।

হে য়ানসে।

লোমবা তেকতা লওনিদা য়াল্লু হে।

হে য়ানসে।

ফৌরেল ফৌজাও লওনিদা য়াল্লু হে।

হে য়ানসে।

ফদিগোম পাখোন লওনিদা য়াল্লু হে।

হে য়ানসে।

শিংখা শিংথুম লওনি য়াল্লু হে।

হে য়ানসে।

মতম অসিদা নোংপোকনা তাংখুল শাদুনা খুৎলগু নুপীবু থাদুদা ঈশৈ শক্কনি

## ঈশৈ

হা ঈবেম্মা, চিঙশোং খুনুদি লমলৈমা, লমগী খুনুদি থারিকপী, চেকলানা পামেল উকাথক্তবু তোংলদুনা হা ঈবেম্মা, চেক্লানা খোঙ্থাঙ অহুমমক্তবু খোংবদি ঈশানৌ ঈনেম মচা লমদম তামনমক্তা লৈশ্রবী নিংঙোল ওইবীগী মপাওবু পুরকপরনে। চেক্লাগী নপাওমক্তবু শেংনা তম্মুগবা ঐঙোন্দা।

**নুরাবী** - ঈতা ঈবেম্মা পঙ্খৌগী পামদি পাম্মনদা পামেল শয়ী থেনজাবু মথক্তা চিঙগী খুনুদি থারিকপী লমগী খুনুদি লমলৈমা চেক্লানা খোনথাঙ নাইনমক্তবু খোংবদি নিংঙোলসু লাইবক থীবীগী পাম্মুবা মপাওবু পুরকপরনে ঈতারোয় ঈশাবী মাঙ্জা পাম্মুবা খোইয়ুমগী মপোক লাংঙোল্লকপা মক্তবু ঙাইবদি লোইদাম থাশিঙ য়ামশিল্লক্লে। লাঙহৈগী কুমশিঙসু কুমগাউরকলেকো ঈতারোয়, চেক্লাসু নপাউ শেংনমক্তবু তম্মুগবা ঈতারোয়।

**তাংখুল** - হা ঈবেম্মা শেল্লোই চীঙজাওনিসু অব্রাংব লংমাই ব্রাংববু চীঙদা নিংঙোননা তরা চাকঙনমক্তবু চারদুনা লংমাই খুৎলং ৭ মক্তবু পুরদুনা য়োৎলৈ নোংথাঙ কুপ্তুনা তেংপাক লাল্লু শোই মালেম লৈকলতঔ শেল্লোয় লঔথোঙবু কাঙবদি হাউনা পান্দোং ফুকপবু য়োৎলৈ মশিঙ কয়া শুরবগেনে ঈবেম্মা নিংঙোলও নপাউ শেংন অমুকতা তমউগবা ঈবেম্মা।

**নুরাবী** - হা ঈবুংঙো তাংখুল শরমদি হাও পাখং ঈবুংঙো, ঈপলগী শেল্লোয় চীজাউনিবু অব্রাংবা, মঙল তরং হয়াই ব্রাংবচীঙ, শদু য়াংগেল পোকপী চীঙদগী হা ঈবুংঙো তরাগি চাকঙনবু চারগা চরৈ লেংদোল য়াল খুবোম হায়চৌ লোনশিললে খুদাং য়াইশি লোনশিললে ননাদা চোমলাং য়ানশিললে, হাওদৈ অয়াকপা, ব্রাংলৈ অফিংববু থক্লগা টিমেল খুৎতা পায়না নপলগি মোংবা নরালয়াইদগি অয়ুক্কী য়েনদা অঙনবদগী খোঙকাপ নাউরৈ থাংলকপা খুদোল লাবা নাউরৈ হুল্লকপবু পাখং-ও খোঙকাপ মশিং কয়া শুরক্লবগে, পাখং-ও, কোল্লোয় নপাউ শেংনমক্তবু তমবিয়ুনে তাংখুলগী শরমদি হাওপাখং।

**তাংখুল** - হা ঈবেম্মা লংমাই নুরাবী, নপল শেল্লোয় নিক্লবরা নিক্তজিঙ, লংমাই হাগবরা হাদচিঙ, তেৎনৌ য়োৎপীসু হুইথাচিঙদা য়োৎলৈ নোংথাঙ কুপ্লগা পাখংনা য়াংদৌ খোঙদোই হুললকপগী খোঙকাপ নাউরৈ মশিংগমক্তবু মান্নরুরবোইদো ঈনেম মচা, হয়গুম হয়শুং নাইনগনুসি, লৈরাংগুম লৈচা নাইনগনুসি হায়ববু নিংঙোল-ও নপাউ শেংনমক্তা তম্মুগবা ঈবেম্মা।

"ও নোংমাই নুরাবী, ও নোংমাই নুরাবী, ও নোংমাই নুরাবী" অসুম্না অহূমলক কৌগনি। অদুদগী পাম য়ানগনি য়ানগনু হায়না খৎনবদগী মৈতৈ লমবুনা তাইশিননরগা খুৎলং ৭ কা লোয়ননা পাম য়ানমিন্নবদা ঊনা খোইনা চিক্লে। অদুদগী মৈরা চিংদুনা নোংপোক্লা খোই লোত্তুনা চামিন্নরগা পাম য়ানগনি।

## লওকা ঈশৈ

অহানবদা লওয়ানবগী ঈশৈ 'হে য়াল্লু, হে য়ানসে' হায়বা ঈশৈ অদু শকমিন্নদুনা য়াল্লগা ময়ামগী তুংদা মাইবনা ফৌ মরু হুনগনি। মসিনা ফৌ হুন্না হুন্না লাকপনা লাইমাঙ য়ৌবদা তোক্কনি। মথং লাইবৌ লা থাফমদগী তাংখুন্না পায়রিবা য়োৎ অদুনা খুৎলঙ ময়ামগা লোয়ননা মরু ওমগনি। অদুদগী লাইমাঙদা য়োৎ লেংবান্দ থোংলগা লৌকা ঈশৈ শত্তুনা লোইশিনগনি।

অহানবদা মাইবীনা লৌকা ঈশৈ শক্লগা মখাগী অসি শক্কনি।

চীঙডু ঈবুঙো খোইয়ুম ঈবেম্মা অনিগী
নদাইরেম খুঙ্গঙ অচৌবা অসিগী
খুঞ্জাউ লৈচাউনবা লোইমোম ফৌবাল চাউনবা
মহয় মরোং চুম্লব খালৈ লওগা য়ানববু
খালৈ ঙমথুং তাললে লোইমোম মরু তাবদি
কুমশি চহী কুমজাগী
নদাইরেম খুঙ্গঙ অচৌবগী
খালৈ মরও কোনদা
মতিল মকাঙ তাদববু,
লোইমোম ফৌবাল চাউবা,
মহয় মরোং চুম্ববু
পীনবিরমউ লাইয়িংথৌ।

অসুম্না মাইবীনা ঈশৈ শত্তুনা লোইশিনগনি মথংদা ঔগ্রী হংগেল শক্লগনি।

## ( তাংখুল নুরাবী)

লাই হরাউবগী লাইরোই নুমিত্তা তাংখুল নুরাবী হায়বা থৌরম অসি য়াওদ্রবদি লাই লোইশিনবা য়াদে। মসিগী মরমদা খরদং ইজরি। ইবুংঙো ঈবেম্মা অনিগী শৈশক শৈদা পাওরৌ পাওখুম মথক্তা পঞ্জখ্রে হায়রিবা অনি অসি কনাসু নত্তে অহানবা লৈশেম্বদা য়াওরিবা ইবুংঙো অদুনি মথং মথং লাংওনবতনি ইবেম্মা পাঙ্গোইবীসু লৈশেম্বদগী অদুম লোয়নরকলবনি সনামহি হায়দুনা শঙ্গোংদা লৈরিবা ইবুংঙোগা লৈমিন্নরিবসু ইবেম্মা পাঙ্গোইবীগা মশা অমতনি। লৈরু লৈরুবা থৌথোক্কী মতুং ইননা মমিং হোংবতনি। অমরোমদা ঈবেম্মা পাঙ্গোইবী অসি হরাবগীনি মার্জিংগা লৈমিন্নরিবা ইবেম্মসু পাঙ্গোইবীগী শাইয়োননি ইবুংঙো ঈবেম্মা অনিনা লোয়য়া রাকপা পোকই। লোয়য়া রাকপা হায়বা ইবুঙো অসি য়ামনা মপাঙ্গল কল্লি মমিংসু য়ামই। অঙাং ওইরিঙৈদা মমান্নবা নাহামশেনবু মানা ইঙম ঙমই হায়বগী নাহারাকপসু কৌই। হাওবুসু ফারগা হাওগী মশম অশাংবা অদু শদল থারগা ককই হায়বগী হাওবা মরক্তগী মকলবা ফাবা হায়নসু কৌই। মমানবগা ঙা ফামিন্নরগা মানা মুন্দুনা লোইনা লৌই হায়বগী লেমলৈ লাকপা লিফানবা হায়নসু কোই। অদুবু কৌব্রুগী মশাইকোন্দা মচা ইবেম্মা থৌদু নুংথেল লৈমা লৌদুনা লোইজিং লোয়য়া লাকতুনা লৈখ্রে মাগী মথৌ মঙম তৌগবদসু শুরে ঐখোয় অনিগী ইনাক্তসু লৈবীদ্রে হায়দুনা মার্জিংনা ইবেম্মা পাঙ্গোইবীগা খন্নরে। ইবেম্মা ঐ ৱা হায়গে, ঐখোয় অনি অসুম লৈবনা কান্নররোই তুংগী থৌরম অমা য়েংলসি হায়রবদা ইবেম্মসু ফরে লাইনিংথৌ ঐসু য়াজরে হায়দুনা লাংঙোল হোংনবা ৱাবু হায়নরে। ইবেম্মানা ঐদি পংলাপ লাপ্পা চৎচরোই ইবুংঙোনা নিপা ওইবনিনা খরা লাপ্পা শাফোংবীরুরো হায়জরে। ফরে ঐখোয় অনিনা নিংনরিবা অসি লাংওল অমা ওল্লগা অমুক থংনরসি শোয়নন্নসি অদুগা ঐদি লৈনিংবা মফম অমদা লৈজরমগে ইবুংঙোনা শোয়দনা থিবিরকউ ঐ লৈ হায়বা খঙনবা খুদমদি খোংক্রম কোইরেক অসিনা মচিন অনি লোংনা পাল্লমবা মফম পাম অদুদা ঐ লৈরে হায়বা খংবীয়ু হায়না পুকমেন পাউমেন্নরে। অসুমনা হায়নরবা মতুংদা ইবুংঙোনা নোংপোক পাংনা চৎখিদুনা নোংপোক সেলু অপানবা কৌনা নোংপোক ঙমখৈদা তাম্না চৎখ্রে লমলেন হুন্দুং হায়রিবা মফম অদু য়ৌনা চৎখ্রে। অদুদা অদুম লৈবরা হায়বসু লৈতে তুম্মু মোরে য়ৌনা চৎখিদুনা হৌজিক কোনদোং লাইরেম্বী লৈরিবা খুফম অদুদা মতম খরা লৈব্রুরে মফম অদুদা ইবুংঙোনা লৈরিঙৈগী মমিংবু কোলখাং লাইজাও কৌএ।

ইবুংঙোনা মফম অসিদা অসুম লৈথোকপা য়াদ্রে হায়না খল্লক্তুনা হুন্দুং তান্না অমুক লাকলে। হুন্দুংদগী তাংখুলগী ফিজেৎ ফিমু ফৈনা শেৎ য়াইরোং লৈরুমফিবু মরেংবান্দা য়াল্লগা মথক্তা ইখ্রিবা পুম্নমক শুনা পায়রগা মকোক্তা চীরোং থেৎ তেন্দোং নমদা পো মখুৎতা তাবাক পায় মশম ফৈনা ককতুনা পাম খুদিং চংদুনা হায়নখিবা খোংদ্রুম মচিন অনি লোংবা অদু লৈবরা হায়না য়েঙ য়েঙদুনা ইবেম্মাবু থিরক্লে মতম অদুদা ইবেম্মসু মতারোই মমান্নবা তরুককা ইবেম্মা মশাগা পুন্না ৭ অসি শেলোই লাংমায় চীংমায়দা মহৈ মরোং পান্নাউ শিংনাউ মরোই মপাংনচিংবা থানবা পাম য়ান্দুনা লৈরমই মতম অদুদা ইবুংঙোনা মসিবু ওইরিগদ্রা মানগুমসু তৌই ওইরে হায়বদি ঙমদ্রেদা হায়না খল্লী ওইরমদবা তারবদি ঙাইবমখৈ ঙাইরগা অরেম্বদা মাংদুনা তোকলগদ্রা হায়না ইবুংঙোনসু ইবেম্মানসু অতোপ্পা ওইরমলবদি হায়না মপুক মপুক্তদি খল্লি। অদুবু হায়নখিবা ৱারি অদু হেক হায়নবদি তৌদে উচেক্তা শৈথাদুনা পাউরৌ কয়া শৈশক্লে উচেক্কী শৈথারোনদি মথক্তা পঞ্জপ্রে অসুম হায়না ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক পাউরৌনৈ অদুবু অনিমক অশেংবদি খঙনদে মপুক মপুক্তদি অদুম চিংনবা লৈ। ইবুংঙোনা নিপা ওইবনিনা হেনজিনবা ৱাহৈ কয়া তৌরকপদগী ইবেম্মানা মশাবু কনবা ঙাকচবা ঙম্নবা য়াম্না লুরবা পাউরৌ অমুক তৌরকই।

নোংপোক মালং হুমমোইবা, নোংপোক হায়বা হুমমোইবা ঈশিংবু শাইনা য়োৎপরা লিনবু শৌনা যুবরা কৌজেংবু তেন্না পানবরা নুংশিৎপু লাংদা থুবরা তুমিৎপু লমবুনা থিনবরা ও হলহৌরো হলহৌরোদা অসুম হায়না ঈশৈ ওইনা শৈথাদুনা শকই। মসি য়াম্না লুবা পাউরৌনি হায়রিবা অসিদি ঐনা ঙাইরিবা অসি নংবু নত্তে লৌনম তৌগনু হায়বনি নহাল মমাংদা হায়নখিবা ইবুংঙো অদু নত্তদুনা ৱাশক কায়দুনা তোক্লগদ্রা হায়না ইবেম্মানা কান্নরোই হায়না পাউরৌ তৌদুনা ঙাকথোকচবনি। মতম অসিদা তাংখুলনা খর শাউদুনা য়েংগে হায়দুনা লৌ অসি য়ানগনু নংগী লৌ নত্তে ঐগী লৌনি য়ানগনু হায়রে। নুরাবীনসু ঐগী ইপাগী লৌনি য়ানগনি হায়দুনা য়াললি য়ানগনু য়াদ্রবদি হায়দুনা তাংখুলনা তেন্না কাপকনি তানা থিনগনি হায়দুনা ইবেম্মদদি পান্দনবা অহাঙবা য়েং য়েংদুনা ফৈনা ফৈনা তেন অদু কাপথোকই মসিসু মরোল লৈবা থৌরমনি কিদুনা ইবেম্মনা পুকচেন অদু হোংলক্লবা ইবুংঙোনা তাৎতৌদুনা য়েংবনি। মতম অসিদা ইবেম্মদি লাংওল ৱাশক কায়বা তারে হায়দুনা য়াম্না ৱাজৈ ইবুংঙোদি থোইনা

ব্রাদে শোইদনা ওইরমগনি হায়বা খংলদুনা তরা চয়োমসু মুন্দুনা চারে খালৈ অয়াকপা য়াংলৈ অথুম্বা য়ুসু মুন্দুনা থকলে মতম অসিদা ইবুংঙোনা নহালনোং ব্রাশক্রুখিবদো ঐহাক্কী হায়না ইবেম্মগী খুজেং হেক পাইরকপদা ইবেম্মনা নহাক নত্তে লৌনম তৌগনু হায়না য়াম্না ব্রানা মাংলে হায়দুনা ইপা লম্বু ঐখোয়বু শেম্বীরকপা লৈরবদি অমুক্তা ব্রায়েনবীয়ু হায়না কৌজরক্রুবদা তাইবং মপু কুরুনা উরদুনা মাংখিবা তারে হায়দুনা চোংথোরক্কে, চোংথোরক্লিবা লম্বু অদু কুরু নোংশাবনা শায়োনবনি ঙাহাক্কী ওইবা মৈতৈ লম্বু শারবনি লম্বু শারিবা কুরুনা পারি ইমোম অনিমক শাওনরগনু ইপা ব্রায়েনগে নখোয় অনিবু ইপানা ঙাইদুনা লৈরিবনি নখোয় অনি নহালনোং লাংওল অমা হোংলশি হায়নখিবা ব্রা অদু নিংশিংনরো লৌ অসি নখোয় অনি পুন্না য়াল্লো অমতগী ওইবা য়ারোই নখোয় অনিসু পুন্না লৈগদবনি খুনজাউ লৈচাউনবা চাকহোং ঙাহোংনবা নখোয় অনিনা থুংনবগুম খুঙ্গং অসিসু পাম্ব্রা লুম্ব্রা তুমা কায়দনা লৈবা মপারি মমোম ফংদুনা পুন্সি নুংশংবা ওইরসনু হায়না ব্রায়েনবীরে ইবুংঙো ইবেম্মা অনিসু য়ানখ্রে ইপা ঐখোয়সু মখুন্দা হনখ্রগে হায়নরিবা অসি সনা মহি কাচিন্দা লৈরিবা ইবুংঙো অসিনি।

মতাং অসিদা তাংখুলনা খোইলোকপা হায়বা থৌরম অমা য়াওরিবা অসিগী মতাংদা কনাগুম্বনা খুঞ্জাও লৈচাওনবা খোইবু মৈ থাদোকলিবা অসি চুমদে হায়না খনবিবসু য়াওরমগনি অদুবু উনাদা শাবা খোইনি অচম্বা খোইনি কুরুনা পুক্রিং খোয়রুবদগী ওইখিবা খোই মরম ৭ অদু নত্তে।

মতাং অসিদা তাংখুলনা মৈতৈ ইপা লৈবরা লৈথিংগে খোংথিংগে তুখোং তেংগে তরেৎ শেনজা পীয়ু হায়বা থৌরম অমগা তৌরি মসি অরিবা লাইরিক পুয়ানচিংবদদি ইরম্বা ইথেং থেংনদে অদুবু হন্দক তাংখুল ওইনা লাংওল্লক্লিবা ইবুংঙো অসি অহানবা লৈশেমখিবা ইবুংঙো অদুনি মতাং অসিদদি থৌরম মমিং অমা হোংখ্রে। তাংখুল হায়রিবা অসিনা মতম খরগী মমাংদদি খুঙ্গং কয়াদা চৎলগা লৈপাক শুরমই। অদুবু তাংখুলনা লৈপাক শুই হায়বগী খুদম ওইনা তাকপগীদি য়াই অদুবু লাই হরাউবদা লৈতৌবা হায়বা অসি য়াওদ্রবসু থোইনা কায়দে।

মথক্তা পনজপ্রিবা ইবুংঙো ইবেম্মা অনি অসিগী লাংওন অসিদা শক্লরিবা শৈশক হায়নরিবা পাওরৌ অসি য়াম্না লুর লুরবা পাওরৌ ফোংদোকপদা ব্রারবা ঙাক্তা শক্রে তোকপা য়াররোইদবা ঙমনররোইদবা শৈথানা অয়াম্বনি অদুনা পাছোইবী হায়বা ইবেম্মা

অসিনা শক্লগে হায়রগে নিংলকপদা শৈথা শৈরোন খোনথোক খোল্লাউ কয়ামরুম অসি ইবেম্মনা মশাবু ঙাকচবা ঙম্লবা হোৎনৈ অদুনা ইবেম্মগী শৈথারোন অসি মশিং খংদবা মখৈ য়ামই। মরম অসিনা ইবেম্মা পাছোইবীগী মমিং অসি তম্ফা কৌরৌ অব্রাংবী ব্রাংঙম কোনখৈ অতাম্বী শোংলেল অথাম্বী তম্ফা পিনাইদবী মরি লিশিংতবী হায়না পাছোইবী খোঙগুল হায়বা লাইরিক্তা য়াম্না কুপ্না ইরি মরম অসিনা ইবেম্মগী শৈথা য়ামই লোইবনাইদে। ইবেম্মা নোংথাং লৈমগীদি খোলথাঙ খোলজেন খবনা লোইবা য়াই পাছোইবীগীদি মথক্তসু য়াম্না লৈশ্রে অদুগা হন্দক ইবুংঙোনা নোংপোক সেলু অপানবা তাংখুল হুই তোপ পাখংববু ওইনা লাংওন্দুনা লাকপা অসিদসু অমুক হেন্না য়ামশ্রে অদুনা ইবেম্মদি ইলেং লেংদে হায়বদি মমিং য়াম্না হোংদে লৈরু লৈরুবা মফমগী থৌথোক্লী মতুং ইন্না তাংখুল শরম নুরাবী হায়না শৈথানরি। মথক্তসু পনজখরে নুংশিৎপু লাংদা থুবরা, ঈশিংবু শায়দুন য়োৎপরা, লিলবু শৌনা য়ুবরা কৌজেংবু তেন্না পানবরা, তুমিৎপু লম্নুনা থিনবরা। হায়না য়াম্না ফজ ফজরবা কয়ামরুম শৈশক শৈদা পাউরৌনৈ।

মসিদগী য়াম্না কুপলবা নুংগী ওইবা ইবেম্মগী শৈথারোন্দা য়াম্না য়াওরি। লাই হায়বসি পোকপা নাইদে শিবনাইদে শায়য়োল তৌবনি। মীওইবা হায়বসিদি শিবনাই পোকপা নাই। মসিনা নুংগী ওইবা ব্রারোল কদায় ফাওবা য়াওবগে হায়রবদি। হৈরাঙখোয়নিদা চানবা হয়নিদা শিবু থোইনা হাউবা হয়দি চিনদম্বা হয়নিদা। হায়রিবা অসি হয়রাঙখোয় হায়বা হয় অমখক লৈরিবা অদুবু নত্তে ইবেম্মনা শৈথারিবা অসি তাইবং মালংপাল পলেমগী ঈনুংগী শিখোঙ নুংদগী নৱা খোয় খাও নুংদগী তাইবং মালংপালদা খুল ফাওরকলে মতম অদুদা নৱাখোয় খাও নুংদগী তাইবং মালংপান্দ খুল ফাওরকলে মতম অদুদা নৱা অঙাং অদুনা পলেম মমাগী খোমলাং অদুবু থকপা ফংদরগা য়াম্না খোয়রাং খোয়শাওই অদুবু নৱা অদুনা হেক তাইবংপান ফারকপা পোকচরিবী পলেম মমাগী খোমলাংদি থকপা ফংদে নুমিৎ শিঙবুম ৩ নি শুবদা তাইবঙ মপুনা পলেমগী খোমলাং পি।

তাইবঙ পানবা মপুনা নৱা অসি ঙসিদি তাইবংপান্দা থোকখিব তারে হায়দুনা মমান্নবী কয়া পোক্তুনা খোমলাং পিথকনবগী ঙাইদুনা লৈরমই অদুবুসু শৈথাবদা য়াওরি মদুবু করিনো হায়রবদি অসিবু থোইনা হাওবা হয়দি চিনদম্বা হয়নিদা হায়না শৈথানরি। অদুবু মীওইবনা চাউরকলগা কাউদনবা পোকলিবী মমা অদুদি নুমিৎ ৩ নিদি অনাবগা চপ মান্না লৈখিবনিনা নৱা অদুগী থৱাই কললিবদি অহানবা খোমলাং

ইনখিবা পলেম অদুনা কনখিবনি অদুনা অহানবা খোমলাং ইনখিবা ইমা অদুনা কৌরৌ নোংগাম্রবদা মথৌ মওম তৌবদা খোম ইনবী ইমাগী শরুক হৈ লৈ তমগদমনি। পাম্ভোইবী হায়বা ইবেম্মগী শৈথারোন্দা ঈবেম্মনা শৈথাদুনা ফোংদোরক্লিবা অসি পাম্ভোইবী খোঙকুল কৌবা অরিবা লাইরিক্তা নুংগী ওইবা ৱা ঙাক্তা ওইনা ইরমই মসি মীওইবনা পোকলকপগী থৌরমনি। (অসিদসু নত্তনা) চেক্লা পাইখরবনা পোম্বী হঞ্জিনলকপদা চেক্লাগী কায়দোংফম খন্দবনা পোম্বী কোয়তাওনরে শাবী ইনেম মচা পাম্মুবী চীংনুংগী সনা লোক্তগী পাইবীরকলো চেক্লা হাযরিবা শৈথারোন অসি অচোম্বা ৱাবু নত্তে নোংগারোননি মসিনা অকলিবদি তাইবঙপানবু থাদোক্লবা মতমদা খনগদবা খলহৌদে কুম্মে হরাউ কয়ানা কুপ্তুনা মতম লেললে তাইবং থয়ায়না নোংগারবা মতমদদি তাইবং পান্দা তৌরকপগা লাইগী লৈবাক্তা তৌরমবগা খেন্নে থবায়না চেক্লাগুম পাইদুনা ৱাবদো অমুক পলেমগী পীপুকনুংদা নৱা খোয়খাওনুংদা চংলকলো শাবী ইনেম মচা পাম্মুবী চীঙনুংগী সনা লোক্তগী পাইবীরকলো চেক্লা হায়রিবসি পলেমগী তাইবঙ থোকলকফমদগী অমুক থোরকলো হায়না শৈথাবনি অদুনা নোংপোক পাম্ভোইবী অনি পাওরৌনবদা নত্তনা নুংগী ওইবা ৱারোল য়াম্না য়াওরি মতং অসি য়াম্না লুরবা মতাংনি।

শাবী লাও লাও চংশি লাও কল্লকপা য়াম্মী কঞ্জাওবা য়াম্মী মাঙদা থাররাও হায়রিবা অসি কনাবু নত্তে তায়বঙ পানবদা ঐবু শেম্বীরকলিবা তাইবঙ মপু অদুবু শৈথাবনি। তাইবঙ মপুনা নৱা অঙাং নহাক তাইবং পান্দা থোকলো হায়রবদা ঐবু শেম্বীরিবা গুরু য়াওদ্রবদি ঐ থোকলোই হায়রবদা গুরুনা ঐদি থোকপা য়ারোই নহাক্না থোকতবা য়াদে হায়রবদি নহাকপু শেম্বীগদবা অমা পীরগে হায়দুনা লোয়ননা হায়বা অমা লোয়নদুনা থোকহললকই মতম অদুদা লোয়নবনা হায়রকই নহাক্তি পলেমগী খোমলাং থক্কনিদো ঐদি করি থক্কনি হায়রবদা ঐখোয় অনি খোমলাং নাম্মা নাম্মা থকমিন্নসি হায়রবদা ফরে হায়দুনা তাইবঙপান অসিদা লাকমিন্নরে। মদুদগী তাইবঙপানগী মীওইবগী লৌশিং অদু লাকলে খোমলাং অদুনা য়াম্না হাওখিবদগী পলেম ইমাগী পীপুকনুংদা নাৱা খোয়খালনুংদা ঙাংনখিবা অদু কাউথোকলে। খোমলাং নাম্মনা মানা থক্লে খোমলাং নাম্মনা লোয়নবনা থকখরগনি হায়দুনা মখুৎনা পায়দুনা থমখ্রে। মীওইবগী লমচৎ শাজৎ অসিবু নোংপোক নিংথৌগা ইবেম্মা পাম্ভোইবীগা অনিগী হরাউ কুম্মৈদা শৈথাবদা নত্তনা নোঙ্গা লম্মেনগী মরমদসু পোকপা অমসুং শিবগী মরমদা য়াম্না লুরবা তাইবঙ পানবা মীওইবগী তৌরকলিবা থৌরমসু পাম্ভোইবী খোঙকুল হায়বা লাইরিক্তা য়াম্না কুপ্না ইরি।

শাবী লাও লাও হায়বদি শেম্বীরকপা তাইবং মপুবু হায়বনি। মাঙদা থাররাও হায়বদি শেম্বীরকপা অদুনা তাইবংপান্দা লাকপদা লোয়নরকপা অদুনা মাঙ থারগা লাকপা লোয়নবা অদুবু কৌবগী শৈথাবনি। তাইবঙ নুংগী ব্রাহ্ছোক থিরুরবদি ইকায়ফম থোক্তে কনাগুম্বশিংনা ঈশৈ অসি শকপদা য়াম্না ইকাইনা খন্নে।

অদুগা ঈশৈ অসিবু শক্কদবা মতম মফম্না নিংথৌশিংনা লম চৎলুবা হঞ্জিনলকপা মতমদা শকনৈ চৎথোকখিবদদি শক্লদে। মেরাগী উকায় কাপ্পা ক্লাক তাল্লুবগী হঞ্জিলকপদসু শক্লে। মথক্তসু পঞ্জখ্রে পাখং লৈশাবীশিংনা লাইখুরুম্বা বারুনি কাবদা শকপা অদুদা য়াম্না চোপ্পা খনবীবনি অহল ওইবশিংনা শক্লগসু চহী মতাং অসিদা শক্লিবা শৈশক য়াম্না চানদে হায়নসু হায়নৈ। হরাও কুম্মেদা পংশক শকপদুদা য়াম্না লাইনা খনবনি।

ইবেম্মা পান্থোইবীনা মসিবু শৈথারল্লিবা অসিদি য়াম্না লুরবা মীওইবনা করম্না লাকপা কর্মদৌনা হনখিবা হায়বা তাকলিবনি। ঈশৈ অসি শক্লিবা মীওইশিংনসু মনুংগী ওইবা ব্রাহ্ছোক অসি খঙনা শক্কদবনি। শকপা মতমদসু মথং মনাও ওন্ননা শকপসু তৌহৈদে। শক্লুরগা লোইদনা তোকপসু য়াদে সুর খোম্থোক খোম্থাংসু কায়হৈদে লাই হরাউবগী মতমদা শক্কদবা মতম্না কদায়গী মতমদনো হায়বদি খঙদনা কনাগুম্বনা জগোই শাবা লাক্লগা লাই হরাউরিবা লাইমাঙদা কুম্মেনি হায়দুনা মতম খঙদনা শক্লিবা অসি য়াম্না তৌহৈদে। মসিদসু নত্তনা ব্রাকোল হায়বা শৈশক অসিসু য়াম্না লুরবা শৈশকনি মসিসু ঈশৈ শকপি জগোই শাবী অমনা মতম চাদনা নুংঙাইনবনি হায়দুনা হেক্তা শক্লি মসিসু য়াম্না তৌহৈদে। লাইরোল অসিবু শক্কদবা মতমদি নোংমগী লাই হরাউবা লোইরকপা মতাং হায়বদি লাই নাওশুম্বা থৌরম অদু তৌরমদাইদা শক্কদবনি মরক্তা শকহৈদে মসিনা ব্রাকোলগী ব্রানি।

অমনা হয়রাংখোয় হায়রিবা শৈশক অসিগা শাবী লাউ লাউ চৎসি লাউ হায়রিবা লাইরোল শৈশক অনী অসিনা শক্কদবা মতমনা তোকললে লিশিং পানবগী মথংদা পুরিবা য়ূমজাউ পাফল হায়রগা খঙনরিবা লাইরেন মথেক অসি মাইবনা মীয়ামবু পুদুনা চৎলিঙৈগী মতম অসিদা শক্কদবনি খোঙথাংসু কায়হৈদে তুথুপসু কায়হৈদে খোনথাংসু কায়দনা শক্কদবদি। মসিবু মৈনা ব্রাই তাংনা শমহৌবদি মথং মথং ওজাশিংনা য়াম্না লুনা তাকপী তম্বীরম্বদগী ঙসি ফাওবা শক্লরি।

অসিদসু নত্তনা মমাঙ লৈকায় থম্বাল শাৎলে মনিং লৈকায় খোইমু ইল্লে খোইমুনা ইল্লে খোইরাবা হায়রিবসি তায়বং মনুংগী ওইবা ব্রাশু য়াম্না য়াওরি থম্বাল শাৎলে হায়রিবসি নুপী ওইবশিংবু মপুং ফারে হকচাংগী ফিরেপ ফারে লৈশাৎ তন্নে তাইবং যূমলেপ তম্বা য়ারে হৈরাং লৈরাং চাবা চিনবা য়ারে মপুং ফারে হায়বনি।

মরম অসিনা ইবেম্মা পাম্বোইবীগী শৈথা শৈরোল অসি য়াম্না য়াম্মী শৈশক শৈথারোল মশিং য়াম্বা হায়বসি পাম্বোইবীনা মহেল্লে। লৈমরেনগী শৈথাশু য়ামদে নোংথাংলৈমা ইবেম্মগী শৈথা শৈশকশু য়ামদে খরদনি। অয়াং লৈমা ইবেম্মগী শৈথাসু য়ামদে। কৌব্রু লোইয়ারাকপা থাংজিং ব্রাংব্রেননচিংবা লাইশিং অসিগী শৈথারোন পংয়াম য়ামদে। ইবেম্মা পাম্বোইবীগী লাইরোল শৈশক অসিবু ইরম্লীবা লাইরিক কয়ামুক পুঙম থাঙমদ্রবা ওইনা ইরল্লি তম্বদসু ব্রারবা, তম্বীনবা ওজাসু মীশক খল্লবা মসিবু পাম্বোইবীগী শৈরোল হায়রগা খঙনৈ। ইবুংঙোনা নোংপোক নিংথৌনি ইবেম্মনা নোংপোক পাম্বোইবীনি অনী অসিগী মমিংবু নোংপোক পাম্বোইবী হায়নসু কৌনৈ। মরম অসিনা লাই হরাউবা মতমদা অনী অসিগী শৈশক্লা মপুং ফাবা অমা ওই মসিনা কদায় ফাওবা চৎলি হায়রবদি নোংপোক মায়কৈদগী লাকপনা খা মায়কৈ ফাওবা য়ৌই ইবেম্মা অসিগী মতিক ময়াই অসি য়াম্না কললি। ইবুঙোনা লাকপনা তাংখুল হূয়তোপ পাখংবসু ইবুংঙোনি তাংখুল শরম পাখংবসু ইবুঙোনি নোংপোক সেসু অপানবসু ইবুঙোনি। ইবুঙো ইবেম্মা অনী অসিসু হরাউই মফমদি নোংমাই চীঙদনি হায়রিবা মফম অসিদা খুফম য়াদুনা মৈতৈ লৈপাকনা হরাউনরি। কংলৈগী হরাউবদা নোংপোক পাম্বোইবী অনী য়াওরি চকপা হরাউবদনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীনা মরক মরক্তা থেৎতুনা নুমিৎ খূদীংগী ওইনা ঙহাক ঙহাক চংলুই। কংলৈগী হরাউবদদি লাইরোই নুমিৎতা তাংখুল নুরাবী হায়দুনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনী অসি য়াওদনা লাই লোইশিনবা য়াদে। মথক্তসু পনজখ্রে মার্জিং কনানো সনামহিনি সনামহি কনানো মার্জিংনি থৌদোক্কী মতুংইন্না মমিং হোংবনি। ইবেম্মসু পাম্বোইবীনি।

---

# নিপালশুবা তাক্কক
## ঔগ্রী হংগেল

মথক্তা হায়খিবা লাইদা থমখিবা থৌরী অদু লাইমাঙদা লাইবৌ লা থাফমদা নীপা নুপী মশিং মান্ননা হায়বদি অমমমদা ২০ নত্রগা ৩০ না কোয়শিল্লগা লৈপাক তাহনদনা পায়গনি। লাই শান্নবা লোইদ্রিবা ফাওবা থৌরী অদু লৈপাক তাবা য়াদে। মদু তৌরবদি খুনকায় লৈকায়বনচিংবা ফত্তবা ওইগল্লি। লাইগী মমাঙদা কিশি কিগনি। মদুদগী লাইয়িংথৌগী নাকললোমদা নীপানা, লাইরেম্মগী নাকলদা নুপীনা পায়গনি। মকোক চিংলিবা নীপা নুপী অনি অদুদি লুহোংবা, মচা মশু তেকতা কায়দবা মীনা ওইগদবনি। অদুগা মাইবীগী শরিক পুন্দুনা থমখিবা অদুদা চেৎনা কিশিল্লগা নীপা অদুগা নুপী অদুগা মখোয় অনীগী মখুত্তা ফিজিল অমমমনা নাম্বোক্তনবা নিঙথিনা কিশিনগনি পুনগনি।

ঔগ্রি চোংবা হৌশ্লবদি পায়রিবা থৌরী থাদোকহৈদে। মরম অদুনা য়াওরিবা মী পুম্নমক ফি চেকশিননা শেৎকদবনি। নীপা নুপী অনিমক কায়দনবা পাবোৎ কায়বা য়াদে। ঔগ্রি হৌশ্লবদি খোঙ খুৎ লেংবা য়াদে। অদুগা ঔগ্রি চোংবদা য়াওগদবা মীদি নোংমা ৱাৎলিঙৈদগী চাকমাঙ চাবা, পুকতিননবা, ফিমাঙ শেৎপা য়াদে। মদুগুম্বা মী য়াওরবদি ঔগ্রি চোংলিঙৈদা লাহৎকল্লি। ময়াম্না থৌরী পায়দুনা কোয়শিল্লিবা অদুগী ময়ায়দা লৈরগা মাইবনা ঈশৈ হনগনি। মাইবদি লাইরোমদা মায় ওনশিন্দুনা লেপকনি।

ঔগ্রি শকপা হৌরমদাইদা মাইবনা ময়ামবু কৌরগা নখোঙ নখুৎ লেঙগনু ঔগ্রি লাইরোল শক্লসি হায়না তাক্কনি। অদুগা ঈশৈ হৌগনি।

**য়েংগদবা :-** মসিদা থৌরি পায়রিবা মীশিং অদু লেঙদনবা নাকল অনিমক্তা মী অনী অনী, অহুম অহুম্না কাঙনচিংবা তাম্বোক্কনি। লাই লোইবা নুমিত্তা শকলিবা ঔগ্রি অসি খুঞ্জাও লৈচাউনবা শৈশকনি।

হোইরৌ হয়া। হোইরৌ হয়া। হোইরৌ হয়া হয়া শোয় হয়া শোয়ে হয়া শো। ইংশো, ইংশো হে হুপ, হে হুপ হে হুপ।

মসি মাইবনা পরেং অমমম শক্লগা ময়াম্না খুমগনি। হকচাং লেঙদনা অদুম্মক খুমগনি। মথংদা মখাগী অসিনা শক্কনি ময়াম্না "হংগেল কোল্লো" হায়না খুমগনি।

ঔগ্রিও কোললো এ। লমলেল মতাইমদা মাদংমদবু কোললো এ। কংলৈয়োন্দা পুঙময়োন্দবু কোললো এ। য়োয়ময়াইবু তাউদনববু কোললো এ। তাউরোয়নাইবু অঙানববু কোললো য়ে। মালেমখৈবু লাংজখৈবু কোললো য়ে। সনাতোনবু খোমমদোনবু কোললো য়ে। থবিরেংবু শেংগোইরেংবু কোললো য়ে। অপানববু চারংশেনবু খোইবুঙশেনবু কোললো য়ে। নোংশাবা মৈবু নোংপোক লৈমচাবু তৌরিং লৈমচাবু কোললো য়ে। মালেম মহৌ লৈরাই পাংগা নিংথৌ চনুবু কোললো য়ে। পয়ামগীদি লিনগোয়গীদি কোললো য়ে। পলেম শিননা পীথাঙ শিননা নাউয়োকপা মৈবু কোললো। মপল লোনবু কোরঔ খোম্বা চনুবু কোললো য়ে। নোংবু খোনবা চনুবু মালেম লুম্বা চনুবু লৈবু লুম্বা চনুবু কোললো য়ে।

সনাগীদি লিনগোইগীদি য়োয়ময়ায়দি তাউদনবদি কোললো য়ে। নুমিৎ ওল্লবদা ঈমি ওল্লবদা কোললোয়ে। থবি চায়রবদা দোলাই চায়রবদা কোললো। মীরেল লয়রবদা চেপ্পা লয়রবদা কোললো হেমপা থারবদা মাদা থারবদা কোললো য়ে। লোইজিঙ লুমবদা চিঙজাও লুমলবদা কোললো। য়োয়ম য়ায়দি তাউদনবদি থবি লয়জ হনখিসনুবু কোললো য়ে, হয়িঙৈবু কোললো। মালেম হৌঙৈগি লৈগা হৌঙৈগীদি কোললো। পোইরৈ শেমঙৈগী লৈগা শেমঙৈগীবু কোললো য়ে। ওৎলৌতোননা লৌথিবনা কোললো। পুকনূং থাগী হব্রাই থাগী থাঙপাক থাগীবু কোললো। শংলৌ লেক্লবদা মনা লেক্লবদা কোললো। য়েলাং লামলবদা মতা লামলবদা পুকনুং ওল্লববু মিতম ওল্লববু কোললো। মহয় অংগো পাললববু কোললো। য়াইবী হওরে, মনুং হওরে কোললো। তিললাং শাউরে, মখোয় শাওরে কোললো শামদোল অয়াঙবগা লংলৌতোনগা লৌথিবগা কোললো হাওমুকননে লেংফাই চললেদা কোললো মোংবা য়েৎলে তাজিল য়েৎলেদা কোললো। শামদোন অয়াঙববু হুন্না থুরে কোঙ্গোই থুরেদা কোললো। লাঙজল লৌরে লীগ লৌরে কোললো। শামদোন অয়াঙববু মশা ককনা মরেং ককনা ব্রারক থৌবাও তমখিয়েদা কোললো। মতু ফোয়রে মমাল ফোয়রেদা কোললো। মকোয় ফোয়রে মরাঙ ফোয়রেদা কোললো। খোয়নৌ মৈবু মরাং মৈবুদা কোললো য়ে। লাংজেং শৎনা কোংবা শৎনদা কোললো। লৈশৎ চিঙদা চিঙলাংমৈদা কোললো য়ে। থাঙমৈহনগা মারহনগা কোললোয়ে ওঙজাবগা ঙিমাবগা কোললোয়ে। মমোম্বীগা অব্রাংবীগা কোললোয়ে। ঔরি থাঙদা থাঙমৈ থাঙদা

কোললোয়ে। লাংজল ৱাইনা লিতোল ৱাইনা কোন্নরময়ে। কোললো। মকোনথোককিবু কোললোয়ে। হংগেল কোললো, হংগেল কোললো, হংগেল কোললো। মতাং অসি য়ৌবদা মাইবনা হায়গনি।

**মাইবা** - হো লাইয়িংথৌ মনাই লাইরেম্মা মনাইসা।

**ময়াম** - হাউ।

**মাইবা** - নখোঙ নখুৎতি লেঙবা য়ারে। অদুগা খুৎনা পায়রিবা থৌরী অদুদি থাদোকপা য়াদে।

মসিগী মথংদা মাইবনা ঈশৈ হললগা ময়ামনা খোঙথাংদুনা ঈশৈ খুম্না খুম্না থাবল চোংলগনি।

**ঈশৈ**

লিকশারি, লিকশারি, লিকতালিকশা কুন্দো পরেং, লৈরেল খুজি, সনা চোমলাং লিকতা লিকশা কুন্দো পরেং। কৌথেমবী কাওনসে। কৌনা মতোল ৱাইনসে। শং শংদো শংদোবীনে শংদোফাই। ৱাইনৌসে, চরোৎ লাংমৈ ৱাইনৌসে। অসুম্না শকপা অসিদা ময়ামনা খুম্না খুম্না চোংগনি। খোঙজোংদি :- য়েৎকী খোঙনা ওয়গী খোঙগী খু বোম মপা ফাওবা থাঙ্গৎকনি ওয়গী খোঙনা লৈপাক্তা নেৎলিবা অদু খুদোলনা লৈপাক্তা নেৎপগা খুনিঙনা খুদোল অনিদং কাঙগনি। হকচাং মথকলোমদা খর হনগৎকনি। অসুমনা চোংবা অসি লোইরগা য়েৎকী খোঙনা লৈপাক্তা তপনা তারকপা মতমদা ওয়গী খোঙনা খেঙকাপ মচা অমতং থাংগনি। মসিবু খোঙজোং মচা কৌই। মসিগী মথংদা-

কে ক্রেক কে মো মো,  
য়াঙ্গোয় শম্বা শাউ শাউ  
তোকপগা কাম্বগা  
কৈগা য়েনগা  
য়েনখোং ফত্তে চাশিল্লো।  
লাইগী য়েননি চাফদে।

অসুম্না শকপা শৈশক অসি লোইরগা খুঞ্জাউ-লৈচাউনবা, অদুগা মৈতেঙঙু লোয়ুমবা মহারাজ সনা হাকথক্তা ঔগ্রি শকপা অসি লৈশেমঙৈদা শকলমবা অসিদগী

লালপাউ তমবা হায়বা শৈশক অমগা শক্করমই। মসি মৈতৈগী চৎনবীগী মতুংইন্না লাইহরাউবগী লাইরিক্তা ফোঙবা য়াদে। লাই হরাউ বগী লাইরোই নুমিত্তদা পণ্ডিতশিংনা শক্কনি। অসিগী মতুংদা থব্রায়মি কোনগনি। মিকোল থাগোনবগী ঈশৈদি শুগ্গুদগী কারকপা লম্বীনা লাইফম অমমমগী হিগারম তোঙাল তোঙাল ওইবা, লাইফম পুম্নমককি হিগারম তিন্নদবা মরমনা ইজদ্রে।

থব্রায় মি কোনবা লোইরগা হুয়থি য়েনথি য়েপকনি। মসি গুরু লৈমরেলগী মচুমনা তাইবঙ পানবা ওইখিবা অরোইবা শক্তি খোমজিনবগী থবক্নি। মথক্তা লাইরোইগী তৌগদবদা হায়খিবা লাইদা কৎপা লা মচেৎ অদু পুথোক্লগা লাইয়িংথৌদা কৎপা লা মচেৎ অদুনা শরিক পুললিবা নীপা অদুদগী হৌনা মথং মথং মমৈ ফাওবা য়াওরিবা নীপা পুম্নমক লা মচেৎ অদু অমমম মখুৎ য়েত্তা পীগনি। অদুগা লাইরেম্মদা কৎপা লা মচেৎ অদুনা শরিক পুল্লিবী নুপী অদুদগী হৌনা য়াওরিবা নুপী মখৈ লা মচেৎ অমমম মখুৎতা পীগনি।

লা অসি পীবা মতমদা পীরিবা মাইবা অদুনা 'হুয়থী য়েপসে' হায়না পীগনি। ময়ামনা 'ময়েপসে' হায়না খুমগনি। মাইবনা 'য়েনথি য়েপসে' হায়গনি। ময়াম্না 'ময়েপসে' হায়না খুমগনি। অসুম তৌনা লা মচেৎ অদু অমমম পীবা লোইরগা অমুক মাইবনা মকোক্তগী হৌদুনা নীপা নুপী ওননদনা 'হুয়থি লোকসে' 'ময়ামনা মরোকসে' য়েনথি লোকসে' ময়ামনা 'মরোকসে'হায়না খুমনা খুমনা লা মচেৎশিং অদু লওশিল্লগা হান্নগী থমফমদা লাইদা কৎপগুম্না লাইমাঙদা থমগনি। থমবা মতমদা মাইবনা ''মীশিঙ অমত্ত ব্রাৎতে'' হায়না খুরুমগনি। অদুগী মতুংদা শরিক পুললিবা অদু থোক্লগা থৌরী অদু লৈপাক তাদনা কোনশিল্লগা শরিক পুললিবা মখুৎতগী ফি অদু থোক্লগনি। মথং শরিৎ লিৎলগনি।

## শরিৎ লিৎপা

শরিৎ লওথোক্লবা মতুংদা মাইবনা হায়বা মতুং ইননা মী পুম্নমক মখুৎ য়েৎনা মাগা থংনবা মীগী থৌরী পায়রিবা মখুৎ ওয়গী খুদাংদা পায়গনি। অসুমনা খুদাং পায়নবা লোইরগা মাইবনা মরোল হায়না হায়না থৌরী মতোললোমদগী হৌনা কোনশিল্লকপনা শরিৎ কিবা মচিল অদুনা লোইগনি। মদুদা শরিৎ পুনবা নীপা নুপী

অদুসু লওথোক্লগনি। অদুগা থৌরী কিবা অদুদি থোক্তুনা শরিৎ য়াওনা য়াওনা কোল্লগা পুনশিনদুনা লাইদা কৎলুগনি। ময়াম অদুনা খুৎশম্নদুনা লৈগনি। লাইদা থৌরী কৎলুরগা মাইবগা মাইবী অমগা থোরক্লগা মাইবনা নীপারোমগী, মাইবীনা নুপীরোমগী মকোকচিংগনি। মাইবনা পায়বনা খুৎ য়েৎনা পায়গনি, মাইবীনা খুৎ ওয়না পায়গনি। অদুম্না চপ মান্ননা পরেং অদুগী মনুংলোমদা চৎলগা নীপা নুপী অরোইবদা লেপলিবা অদুদগী হৌনা নীপানা নীপারোমদা নুপীনা নুপীরোমদা চৎতুনা লিৎথোক্লগা হান্নগী মফম মফমলোমদা অমুক লাক্তুনা লিৎখিবা অদুগী থংনা থংনবদা লিৎলকপনা মাইবা মাইবী ফাওবা লিৎথোক্কনি। মতম অসিদা মাইবনা হায়গনি "শরিৎ লিৎসে" ময়ামনা "মরিৎসে" হায়না খুমগনি। অসুমনা খুম্না খুম্না লোইবা ফাওবা লিৎকনি। মাইবা মাইবীদি মখুৎতমক লিৎথোক্কনি। মসিগী মথংদা শরি হনগনি।

শরি হলমদাইদা খুৎ পরেং শানা শম্নবা অদু থাদোক্লরগা মী অনি অনি মায় ওনশিন্নদুনা মখুৎ অনি পায়নরগা মপা মপা অদু কায়দনা লয়থোকনগনি। মসি নীপাগা নীপাগা নুপীগা নুপীগা মপা কায়দনা লয়থোক - লয়শিল অহুম অহুমলক তৌগনি। মতম অসিদা মাইবনা "শরিৎহনসে" হায়গনি, "ময়ামনা" "মহনসে" হায়না খুমগনি। লয়থোকপা অসিবু শরি হনবা কৌই। মসি লোইরগা ঔগ্রি হংগেলগী থবক লোইরে। মসিগী মথংদা খেনচো শক্কনি।

## ঔগ্রি

কংলৈগী লাই হরাউবগী লাইরোই নুমিৎতা ঔগ্রি হায়বা লাইরোল শৈশক অমা য়াওরিবসি করিগীনো হায়বদি মালেম লৈশেমলকপা কোরৌ নোংশেমলকপগী মতাংদগী হৌনা খংদবা য়াদে। কোরৌ নোংশেমলকপা মালেম লৈশেমলকপদা কুরুনা হারাবা লৈথিংগায়বু ময়াম্বা অশিবা সনামহীগী মতেং পাংঙু হায়খি। হারাবা লৈথিংগায়না ময়ামবগী মতেং পাংঙু হায়রে হায়দুনা লৈথিংগায়না ময়ামবগী মতেং পাংলিবনি হায়দুনা খুবাং তরা অদুনা পোপ পোপ ফুদুনা ঈশিং হৌহললি। অহানবা কায়খিবনা উন ওইখি। অনিশুবা কায়খিবনা লৈচিন ওইখি। অহুমশুবা কায়খিবনা উফুল ওইখি মৈখু ওইখি লৈচিন নোংফাই ওইখি কোংগোল ওইখি। অসুম্না থুগায়খিবসি অমুক্তা

নংতনা কয়ামুক হন্না হন্না থুগায়খি। মনাউনা তৌরিবদু অশিবগী পুকনিংদা য়াম্না নুংঙাইখিদে য়েক্লবা অমা ওইনা খনখি।

মতাং অসিদা অশিবনা শমু খোংবী খোংলকতগী নুরা তকথোক্লগা মশাগা শাগোন্নদুনা লৈবা য়াবা থব্রায় পানবা অমা শেমলে শাগোননবা য়ানবগীদমক্তা শগোল সা মরি পানবা শেমখিবা অদু নোংথকতসু পাইবা য়ানবা মওংদা শেমবনি। খুজিনদি লোংখমগুমনা য়াম্না থৌই কোইরককোই নেৎলু নেৎলুবদা ফর ফর তোইনবা য়েক্লববু মাংহনবা ঙমনবা মওংদা শেমবনি। শগোল অদু শাবা লোইরদুনা থোকলকলে মমা লৈমরেননা মপারী খোমমদোন অতোনববু তাংজ লিলগী মশক ওল্লো হায়দুনা ওলহলখ্রে শামদোন অয়াংবনা চেনবা চোংবদা তাংজলিলবু নেৎপদা শিবমকতি শিদে শিবনাইদে অসুম অসুম য়ামথোকলকলে মতোকসু তোকলেন লিশিং পাল্লকলে তাংজ লিল অদু চৈনাদি ফাওরে। মাদোন অয়াংবনা তাজ লিলবু নেৎপদা মালেম অসি উফুল য়াম্না হৌরে মালেম মথক্তা হৌরম্বা উ ৱা পাম্বী কয়া শোকলে। মসিবু অমাইবা শৈশকপশিংনা হৱাই থাংপাক মথাংপাক চেংবী লোইয়া মরোইয়া লমলোয় খারোই খজিকয়ে হায়না শৈশকনরি। হৱাই থাংপাক মথংপাক হায়বদি তোকলেন লিশিং পানবা তাংজা লিল অদুবুনি।

শগোল অদু ফানবা লৈমরেননা শিল্লে লাইরেম্বী ৭ তা শগোল অদু ফানবা হায়খ্রে লাইরেম্বী ৭ অদুদি ১। হলপোপ লৈমা মোনশম্বী ২। ললহালপুং লৈমা হেমমোইবী ৩। নোংমৈপুং লৈমা ইমোইনু ৪। চীংঙা লৈমা লালহৈবী ৫। পীশুম লৈমা শাফাবী ৬। লাংচীং লৈমা পিয়াইনু ৭। লীৱা লৈমা তেংকোলচাইবী অসিনি। লৈমরেলনা লাইরেম্বী ৭ তা য়েংউ তাংজা লিল ওল্লবসু খাংবা ঙমদরে নখোয় ৭ চংদুনা শগোল অসে ফারো হায়দুনা লাইরেম্বী ৭ পু থাদোকলে লাইরেম্বী ৭ অদুনা খুজেং হংজৈ লাকনা কোয়থৎ থৎনা কোয়দুনা শগোল অদু ফারে মদুদা লাইবুংথৌ ৯ দি য়াওদে অদুবু হৌজিক ঔগ্রি শকপদা য়াওরিবা অসিদি থৌগল অদু তৌবদা নিপা নুপী তুমা কায়বা য়াদবনা য়াওবনি লাইংথৌ অশিবনা লাক্তুনা করিগী নখোয়৭ না ঐগী শগোল ফারিবনো থাদোকউ ঐগী শগোলনি পীয়ু হায়রবদা লাইরেম্বী ৭ না লাইনিংথৌ ইবুংঙো শগোল অসিনা নেৎপদগী মনাও ইবুংঙোদি ঈহং নাইহং শারে অসিগুম্বা পোৎ অসিবু করিগী শেমবীদুনা পুথোকপিরক্লিবনো হায়না নুংঙাইতবা

ফোংদোকই। লাইনিংথৌ ইবুংঙোনা পীয়ু হায়রিবসে ঐখোয়দি য়াম্না ৱানা ফাজবনি অদুবু ঐখোয়না লোইবা ঙম্বা পোৎ নত্তে নপোৎনি লৌবিরো হায়রগা কুজেং হংজি লাক্লমবা অদু থাদোক্লরগা খুবাক প্রোক প্রোক খুদুনা থাদোকখ্রে। লমলেন লমদম অদুবু পোইরৈ চাদোন ৱাঙম শুদোননা কাউদনা খঙনহৌরশনো হায়দুনা শগোল পলও তৌন কৌএ হায়দবরা। শগোল অদু চেনখ্রে শগোলনা য়াঙনা চেনখিবা লম অদুবু অয়াংবা নিংথৌগী মহাকথক্তা কাউদনবা পল্লি ওইনা থোনগৎলি লমলেন অদুবু হৌজিক ফাওবা অয়াংপল্লি হায়না খংনরি। শগোলনা চেললকপনদা হৌজিক্কী ঈরিল তুরেলগী মনুং তুরৈ হংগৎনা চেললিবা মফমদু য়ৌরকলে মফম অদুদা শগোল অদুবু ঈশিং পীথকনবা থৌরাং তৌখিবা খুদেং অদু লৈখি হৌজিসু কনাগুম্বনা খুদেং অদু থেংনবসু ময়াওই কোয়না চৎলুরবসু মফম অদুদা অমুক হনজিল্লক্কুনা হেক্তা লৈরৈ। লাইনিংথৌ ইবুংঙোনা শগোল অদুবু শজিক চানবা থেম নৌদুনা ফানবা হোৎনিখিবসু মফম অদুদনি অদুবু লাইরেম্বী ৭না ফারুবদগী শাওখিদুনা শবমগী শজিক চাখিদে অদুদগী অমুক চেনখিবনা শেকতা য়ৌখি মফম অদুবু মতম অদুদা শেকতা কৌরমদে শামদোন অয়াংবগী খোংগুল মশেক তারমই হায়বগী শেকতা কৌখি। হৌজিক ফাওবা শগোলগী খোংগুল লৈরি লাইনিংথৌনা অসুম শগোল খোংগুল লিরকপদা চীংদি লানখ্রে মশক উখিদে কদোমদা চেনখ্রে শগোল মাংখরে হায়না লমলেন অদুবু শগোলমাং হায়না থোনখি হায়দবরা। শগোলনা লেপ্তুনা চেনখিবনা কোংবা মরু য়ৌনা চেনশিনখরে কোংবা মরু য়ৌরবদা চীংনা থৎখিদুনা চেনফম লৈত্রবদা শগোল অদু হন্দোকলকলে মফম অদুদা কোংলৌতোন লৌথিবনা শগোল অদুবু হাওমুকনা লেংফাই চল্লে মোংবা তাজিন খুরৌ য়েৎলে শগোল খুমাংদা খুরৌ য়েৎনা য়েৎনা লাকপনা শগোলগী মশা পায়রে লাংজা ৱায়না লিতোন ৱায়না মমৈ মশা পায়না লাকই হায়বগী লমলেন অদুবুনা ৱায়তোন কৌনা থোন্নরময়ে। লাইনিংথৌনা খুদোংচাবা মফম য়েংনা য়েংনা লাকপনা ঈকোপ হায়রিবা মফম অসি য়ৌরকলে নাতুম চীংগী ময়া মফম অদুদা কোপ লাওনা শগোলবু য়াচল চল্লে হায়বগী ইকোপ হায়না কৌখিয়ে। মতম অদুদা থৌরিদি থৌরাং তৌহৌদে শগোল অয়াংবা অমদি পুথোকলুরে করিনা ফাগনি হায়দুনা লাইনিংথৌনা ৱাখল তৌরকই ফাদবদি য়াদবনা লাইনিংথৌনা মশাগী খোয়রিবু চিংথোকলগা য়াচন চন্দুনা ফারে। ইবুংঙোগী খোয়রিদগী চিংথোক্কুনা থৌরি

ওইহল্লগা চুমবুল লিবুল শেমখি। মতম অদুদা ইবেম্মা পাম্বোইবীসু ইবুংঙোগী হৈনা মতুং লাপলপনা ইললকই। ইবুংঙোনা শগোল ফাখিবা অদু কোরৌ মালেমগী চীংঙু লাইয়ামনা উখি অমসুং খর্থখি। ইবুংঙোগী শগোলগী শৈথাবু অশৈবা পেনা শকপশিংনা শৈথাবদা মার্জিংগী মখুৎনে কোবৌ নোং শগোল অপাইবা হৈঙ্গাং পাৎতা চাকতাবা শুমাং লাইজিং মথক্তা খুরুপ নারল হৌববু নোংলেন মরাং হৌবদা লাংগোই খোংগুল তাদবা হায়না শৈথানৈ।

ঔগ্রি হংগেন চোংবদা লাংজা ব্রাইনা লিতোন ব্রাইনা খুজেং ব্রাইনা হায়না শকনরিবা অসিনা লৈপাক্কী খুঙ্গংগী ফনবা শকপনি লমহেনবা অথোই নাপল তৌববু ব্রারক থৌবাউ তমদুনা নিংথৌগী মরা তপনবা লৈপাক্কী য়াইফনবা খুল অদুগীসু চাকহোং ঙাতোংনবা পুন্সি নুংশাংনবা শকপনি। অদুনি মৈতৈগী লাই হরাউবদা য়াম্না চেকশিন্না খোং খুৎ লেংদনা অমাইবনা শকনৈ।

অদুগা অশৈবা পেনা খোংবশিংনা হোইরৌ হৈয়া লাউবদা হোইরৌ ময়েক ৬ হৈয়া ময়েক ৬ শুই। অদুবু মাইবনদি হোইরৌ হয়া ৩ হৈয়া সো ৩ ইং সো ৩ হে হুপ ৩ না লৈহৌই। অনি অসি খরা খেন্নবগুমনা উই অমাইবশিংনা হোইরৌ ৩ হৈয়া ৩ লকতা লাউরিবসি খোম্বোক খোনদা শূর খেন্নৈ হায়বতনি করিসু অকাযবা লৈতে।

## খেনচো

শরি হনবা লোইরগা নুপীনা লাইরেম্মাগী মমাঙদা পবেং অনি থোক্লা লাইদা ওনশিন্দুনা লেপকনি। অদুগা নীপাসু লাইদা ওনশিন্দুনা লাইয়িংথৌগী মপাদা লেপকনি। মাইবনা ঈশৈ হললগা ময়ামনা খুবাক খুদুনা খুমগনি। খোঙ নামমা চোংলগা খুবাক খুনা খুনা চঙশিনগনি। অদুগা চোংনা চোংনা তুংলোমদা হনগনি।

## ঈশৈ

খেনচোরে খেনচোরে,
খেনচো রাংমৈ খেনচোরে।
অচি চিরোং চিচিরোং
হমেঙ খেনচো মখেনচো।

খুয়োলও লৈখোঙ কায়, মোরিয়ো লৈরানবী।
চেঙগোই লিকলাং ব্রাইরংখু।
কোককাই মোইদাং অয়াংঙা
হিথা থাংমৈ অচোংঙা,
থোইদীংও মকেরে,
কবোকও মকারাম
হংগাম ও মকারাম
হংগাম মুবা লিও লিও।
ঈপুরোই চংনিংলোই
নকা ঈকা খোংয়িললোই।
খোইনিঙ ও তুথরো
নাউব্রা ঐনা খুমজগে
হে নাউব্রা নশমদোল
পুরুম পুরুম লিকখাউ খাউ।
ককয়েল খুজিল চুচু।
শগোল তোংবা কাইরমবা
নঙবু তোংবা য়াঙদেদে।
লমগী পানা খোঙশাংবী.
নঙবু শায়বা ঙাঙদেদা।
ঈনিঙ ঈমাঙ হাইরৌনা
উখুৎ খুবাক হাইরৌনা।
অথিং কোরে, থিংকোরে
থিংকো লাংমৈ থিংকোরে
লাইরেল কোকপা থিংকোরে।

অসুমনা খেনচো শকপা লোইরগা অমুক হান্নগী মওঙদা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনিগী পাউশা তিললুক শক্কনি।

হে হৌ হে হৌ, নে নে নে, নে নে নে, নহাশিংখোয় পোংখুখোয় হয়া লিখোয় খোয়। ঈতাখোয় মুৱাখোয় হৌনসে, হৌনসে। য়োয়বু ৱাংঙম শুমাঙদা শিংগ্রেংনা মপাল শারেদো, শারেদো। শিন্নৌনা ময়াই কারেদো, কারেদো পাসি লাংলোই অঙমবা নোংয়ায় চারিক ৱায়েনবা, হা কৈদা তাগবা। য়োয়বু ৱাংঙম শুমাঙদা তাররে, তাররে। সনা কয়থেল নিংথৌবা থৌদু নুঙপাক ৱায়েনবা হা কৈদা তাগবা নোংপোক লৈমঙৈদগী য়োয়বু ৱাঙম শুমাঙদা তাররো, তাররো। হে হে লাইরেম্মা চরৈ ফিগাউ শানা য়াররো, য়াররো। হে হে লাইরেম্মা, হে হে কামা রেংগামানসে অঙৌব, খোইমা তরেংগা হৌনসে। হে কংদা লিহৌবা হৌনসে, হৌনসে। লিরি পাউথেম্বী। লিরি খুবী শুনা লিরি লিরিরি। কৌরোং শুনা লিরিরি। খুজেং ৱাইনা লিরিরি। হংজি ৱাইনা লিরিরি। শরেল লামনা লিরিরি। য়েৎ-লয় লামনা লিরিরি। শানা ৱাইনা লিরি লিরি। লাংজল ৱাইনা লিরিরি। লাংশঙ কুমশঙ লাকমদোনবা, খালৈ মরঔমাদা অকুবা কুবিয়ো। পীমারোইবী পীচসো। লিরি খুম খুম পাওথেম্বী হে হৌ লিরি খুম।

থিংকোরে থিংকোরে থিংকো লাংমৈ থিংকোরে। লাইরেল পোকপা থিংকোরে। নিংথৌ খুৎশা মুৱারে। থেংগু নমবোল নোয় নোয়। হৱাই থাঙপাক মথাঙপাক চেংবী লোইয়া মরোইয়া। লমলোই খারোই খজিকয়ে। খজিক খচাক খাচম চম। হুয়থী য়েপসে ময়েসে, হুয়থী লোকসে মরোকসে য়েনথী য়েপসে ময়েপসে, য়েনথি লোকসে মরোকসে। কনাগী শানো য়াংকোক শানে। কনানা ফাবা য়াম্মনা ফায়ে। লোলুরু খৌরু রু। ফদী ফোৎচিল মফোচিল, য়েৎতুম হনজিন মহনজিন, হা নাউৱা মখুনজা। ললহাম্বুঙগী কাকফৈনা মনা হুমাই শাদরিয়ে। থোকফমদগী ঙামুনা খোইজু তোললোং চিনদ্রিরে। য়ারৌদগী শঙাইনা মচি কেক্রু থোনদ্রিয়ে। কোংবদগী ঙাখানা পোলাং কানক নাকত্রিয়ে। হে পেম্মা নিঙথিবী খিংখিং ললজসে, পায়না খুদাপ পীনসে। শাবী শানৌ পুম্নমক ইনুং খাংপোক ইয়াশঙ মিৎকি মখৈ য়েংনবা চিনগী মকৈ হায়নবা ঙসি মখৈ কোকনরে। কোক্লে, কোক্লে মকোক্লে। থিংকোরে থিংকোরে, থিংকো লাংমৈ থিংকোরে লাইরেল পোকপা থিংকোরে।

মতাং অসিদা লাইরেম্মা পাউশা লোইরে। খুবাক চপ মান্ননা থারগা লোইশিনগনি। মথংদা হিজিং হিরাউ উয়াললোন শক্লগনি।

## খেনচো লাইরেম্মা পৌশা

লাই হরাউবদা লাইরোই নুমিত্তা শকনরিবা লাইরোন অসি চিরোং চিচিরোং হায়রিবসি ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী নুংঙাইবা ফোংদোকপনি । অহানবা ৱাহৈ খোনথোক অমতনি অনিশুবা ৱাহৈনা খোম্থোক অনিনা শক্কনি অহুমশুবা ৱাহৈনা খোম্থোক অহুমনা শাবনি । মসিনা তাকলিবদি অমত্তা লৈরমবদগী লাইনিংথৌগা লাইরেম্বীগা ইবুংঙো ইবেম্মা অনি পুন্না লৈরকপা অদুদগী অহুম শুরকই হায়বনি । হামেংখেনচো মখেনচো হায়বদি হমেং হায়বা শা অদুবু নত্তে । পাউরৌনবা ঈশৈ লাইরোননি খোয়োল্লো লিখোং কায় হায়বদি অহুমনা মঙা শুরক্লে খোইয়োন্না লিখোং কায়রবদি মোরিনা লৈতাগনিয়ে মোরিনা লিখোং কায়বগা মোইরাংনা লৈতাইয়ু হায়না শক্লবা অমা কংলৈগী হরাউবদা য়াওই । মোইরাংগী হরাউবদা য়াওদে মোইরাংগীনা মোইরাংগী কংলৈনা কংলৈগী শৈশক পথাপ তোঙাননা খায়দোকপদনি । অদুবু কংলৈবুংদা শেমলগা মোইরাংদি শেমবা য়াওদে হায়বা য়াদে ।

চীংগোই লিকলাং ৱায়রংখু হায়বদি অশাইগী মথক্তা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিদা লৈরমবদগী অমুক অহুম শুরকপা অদুবু ফোংদোকপনি অহুম শুরকলিবা অসি পারি হায়বসু ইমোম হায়বসু ইয়া য়াই । অদুনা চীংগোই লিকলাং হায়রিবসি লিকলাং পরেংবু নত্তে । কোকক্কাই মোইন্দা অয়াংঙা থোইদিংও মকেরে হংগাম ও মকারাম হায়বদি হকচাং মপুং ফারে মকলামলে চাউরে হায়বনি । নিপা পোকপসু কুমথা লেপলে নুপী পোকপসু কুমথা লেপলে হায়বা অসিনা নিপাসু নুপীসু থা ১০ নাউপুরগা পোকই হায়বনি । তাইবং শন্দোকপদা ওইগী লমদাংনা খ্বাইদগী ফবা লৌফমনি । ফৌদি হায়বদি চরুনা য়োমদুনা থমলবসু শংপাইদা হাপতুনা ঙবোং খাউদা হাপ্তুনা থমলবসু অদুম হৌগনি অদুবু লৌফম অদুনা ফংত্রবদি মহৈ মরোং মপুং ফাদে অদুনা নুপীগী হকচাংবু অফবা থাকতা থাঙ্গৎতুনা হংগা..ও মকারাম থোইদিংও মকেরে হায়না শৈশকই ।

থোইদিংও মকেরে হংগামও মকারাম ।
ইপুরোই চংনিংলোই নকা ইকা খোং
থিওলোই খোইনিংও তুথরে নাৱা
ঐনা খুনজগে হে নাৱা মখুনজা পুরুম
পুরু লিখাও খাও ককয়েন খুঞ্জি চু
চু শগোল তোংবা কাইরংবা নংবু তোংবা য়াদেদা ।

হায়রিবসি শগোল তোংববু নত্তে। নীপা নুপী অনিনা তাইবং শন্দোক্লবা হয়রাং চামিন্নবা লৈরাং চিনববু ফোংদোকলি। থিংকোরে থিংকোরে লাইরেল পোকপা থিংকোরে ইনিং ইমাং হারৌনা ইখু খুবাক হায়রৌনা হায়বদি হয়রাং চাবা লোইরে ওকলে মপুং ফানা চারে হায়বনি। ব্লাকোললো ব্লাকোললো ব্লাকোননা কাপ্পা লীকাপ্পা ব্লাকোন কনোই নোই। চীংদা পাইবা ব্লাকোননা তমদা তাগে হায়রেনে ব্লাকোননা ফাসে লিফাসে ব্লাকোন কনোই নোয়। হায়রিবা অসিনা নিপাগী হকচাংদগী তাইবং থব্রায় ওইবা পোৎ অদুবু শৈথাবনি। অদুবু নুপীনা ফায় হায়বনি নুপীনা ফারগা তাইবংপান্দা মীওইনা পোকই হায়বনি।থিংকোরে থিংকোরে লাইরেল পোকপা থিংকোরে হায়বদি অমুক্তা পোক্লগা লোইদে মঙা তরারক পোকই হায়বনি। ব্লাকোনগী শৈশক্তী মথক্তা য়াওখ্রে অদুবু মতাং অসিদা য়াওদবা য়াদদুনা শৈথাবনি।

অসিদসু নত্তনা লাইরেম্মা পাউশা হায়বা লাইরোল শৈশক অসিনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিনা পুশানবনে। ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা পাউশানবদা অহানবা হৌনবদি হেহৌ হেহৌ নেনে নেনে হায়না তুমা কায়দনা খোঙ্লোক অনি অনিনা হৌরিবা অসি নিপা পোকপসু থা ১০ নুপী পোকপসু থা ১০ নি থা মশিং চপ মান্নে হায়বনি। নহাশিংখোয় পোংখুখোয় হয়া লিখোয় খোয় হায়বদি লাইরেম্বী ইবেম্মা অসি পীকলমবদগী চাউরকলে ফনেক শেৎলকলে খ্বাংদা শেৎলমবদগী থবাক্তা চিংখৎতুনা শেৎলে হায়বনি। শিংগ্রেংনা মপান শারেদো হায়বনা হকচাংগী লৈ শাৎলে হায়বনি। পসিলংলোই অঙম্বা হা কৈদা তাগবা হায়বনা ইবুংঙোগী হকচাংদগী মরুওইবা পোৎ অদু অরেম্বদা তাবা য়ারোই হায়বনি। সনা কৈথেল নিংথৌবা থৌদু নুংপাক ব্রায়েনবা হা কৈদা তাগবা নোংপোক লৈমঙৈদগী য়োইবু ব্রাঙম শুমাঙদা তারে তারে হে হে লাইরেম্মা চরৈ ফিগাউ শানা য়ারো হায়রিবসি।

লাইনিংথৌগী হকচাংসু মপুং ফারে ইবুংঙো ইবেম্মা অনি অসি মান্নরে তাইবঙ য়ুমলেপ তমবা মতিক মপা ওইরে হায়বনি। য়েৎ ওয় লামনা লিরি রি খুজেং ব্রাইনা হংজি ব্রাইনা লিরি রি লাংশঙ কুপশঙ লাংঙতোনমা খালৈ মরৌমদা অকুবা কুবীয়ো হায়রিবসে লাইনিংথৌনা লাইরেম্মগী খুদাং পায়না ব্রা হায়ববু শৈশকনবনি। মসিবু ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা ঙাংনবা অসি মিৎকী মখৈ য়েংনবা খোলগী মখৈ ঙাংনবা ঙসি মখৈ কোকনরে। মসিবু তাইবঙ মীওইবা রোমদা পুশিল্লগদি নিপা নুপী হায়না লৌনৈ।

মতম অদুদা তৌখিবদি লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনিনা পাউরৌনবনি। থেংগুও অঙাং পো ইনম পোললী পোফদে হায়বা শৈশক অমা শক্লিবা অসি থেংগুগী মনঙ্গন্দা লৈশেমগে হায়রবদা থেংগুনা মথনতনা লৈপাক পুবা ঙমলোই হায়বনি। পাফল লীরৌ অদু পুরকখো হন্নাই থাঙপাক হায়বদি মালেম লৈপাকপু পুবা ঙম্ন বা তোকলেন লিশিং পানবা পাফল অদু পুরকখো হায়বনি অঙাংপো হায়বদি অঙাংবু নত্তে মালেম লৈপাকপু পো হায়বনি। থেংগুনে শামুনে লিননে ওকনে অসিনা মালেমবু পুইয়ে কনাগী শানো য়াংকোক শানে খজিক খাচাক খাচম চম হুইথিরুসে মথিরুসে য়েনথিরুসে মথিরুসে হারিবসি ঔগ্রি শকপদা য়াওরিবা হুইথিরোকসে মরোকসে য়েনথিরোকসে মরেকসে কনাগী শানো য়াংকোক শানে কুরুনা ওইবা শানে কপয়াংবা তময়াংবা শানে কনানা ফায় হায়বা য়াদে। ফদি ফোৎচিন মফোৎচিন য়েৎতুম হনজিন মহনজিন হায়বা অমা শৈশক্তা য়াওরিবা অদুনা থোকখ্রবা থৌদোকপু থবকপু হায়বনি। থোকফমদগী ঙমুনা হায়রিবা অসিনা তাইবং নুংগী ওইবা ব্রানে নিপাগী এনবু হায়বনি। ললহানপুং হায়নবনা ঈমাগী তাইবং পোকফম হকচাং শিনথোংবুনি মনা হুমাই শাদরি হায়বনা অঙাং ওইরি মতম চাদরি হায়বনি খোইজু তোংলোং চিন্দরি হায়বসু মপুং ফাদরি হায়বনি। কোংবদগী ঙাখানা পোলাং কানক লাকতরি হায়বনা হকচাং লৈশাৎ তমদরি শিনথোং মপুং ওইদরি হায়বনি।

য়ারৌদগী শঙাইনা মচি কেক্রু থোকতরি হায়বনা তাইবং নুংগী ওইবা অরুবা ব্রানে শেংনা হায়দোক্লবদা ইকাইনৈ।

খিং খিং লৌনশে পায়না খুতাপ লৌনশে নুরাশমৈ পিনশে পাখং শমৈ ব্রায়নসে হায়না শকলিবা অসিসু তাইবং নুংগী ওইবা ব্রানে। হায়রিবা পাউরৌ শৈশক অসি হারাবা লৈথিংগায়গা ইবেম্মা নোংথাং লৈমগা অনিনা পাউরৌনবনি। অশিবনা মালেম শেমলকপদা মনাউ হারাবা লৈথিংগাইনা মহৌ মহৌ থুগায়খি গুরুনা উরদুনা হারাবগী মনাক্তা নোংথাং লৈমবু থারকখি অপাম নুংশি পাউরৌনরিঙৈদা অশিবনা মালেম শেমবা লোয়শিনখি। মালেম শেমবা মতাংদা থোকখিবা মরু ওইবা থৌদোক ওইবনা লাই হরাউবদা পন্দবা য়াদবনা পনবনি।

## হিজিং হিরাউ

হিজিং হিরাউ হৌরমদাইদা ঈকৌবদা তৌখিবা থাঙ পাইবা, লাইপুবা চোঙ পুবনচিংবা থৌগল পুম্নমক কায়দনা ঈকৌবদা তৌবগুম মাগী মাগী পোৎ অদু পুদুনা মথং মনাও কায়দনা নীপানা লাইয়িংথৌগী মায়কৈদা, নুপীনা লাইরেম্মগী মায়কৈদা লেপ্পগনি। থৌগন পোৎ পুদবা নীপা নুপী পুম্নমক নওঁ শারিবা য়েংদৌ অদু অমমম পায়গনি। লাইমাঙদগী লাইবৌ লা থাফম ফাওবা মায় ওনশিন্নদুনা য়েংদৌ অদু খ্বাঙ মপাদা ফৈনা পায়রগা হিগী মওঙ মাননা শাগনি। অদুদগী নওঁ মতোল অদু হায়জিনদুনা লায়িংথৌগী নত্তনা মথক থংনা নন্না থেংনহনগনি। মসিগী মমাংদা লাই ময়াদা মাইবনা লাইরোমদা ওনশিন্দুনা লেপ্লগা উয়াললোল শক্কনি। ঈশৈ অসি লোইদ্রিঙৈদা লেপলিবা ময়াম অদু লেঙবা য়াদে। মসি মাইবতনা শক্কদবনি, ময়াম্না খুমলোই।

হয়িয়ে আ হয়া, হয়িয়ে আ হয়া, হয়িয়ে আ হয়া , চিঙঙ্গু খোইয়ুম লাইনিংথৌ ও, আ: খোইয়ুম য়ায়বী য়েলহৌঙৈ অমম লৈশা হাললকপা ইবুংঙো য়াইবী ওংথি হুমমোইনা খেরে নুংনাং তগুপহৌ, পোইদিঙঙ্গু নোংথাঙ তরঙলেন তরঙ লাইজ ঈপোকপা, চিঙঙ্গু লিনদাউ তাউবী ঈরোয়নাই, লাইরেল তাউরোয়নাই নুঙমু শিদবা হা নুঙগাং মহারবা, য়াইবী নুঙঙৌ পীমাবা, চীঙঙ্গু কোয়ও অয়েংবা, ব্বাংবা নিংথৌ পানজুমবা, হুলা মপান থাগী হারা মউবু লিংবিরকপা, মিশেমরোং কাইবী মহুমনুং পরিং লাংশঙ হুন,উকা মায়থোং য়ান্না মালেম লৈশেমলকপা, কোরওঁ নোংহৌরকপা ঈবুংঙো, কোরওঁ নোংমদোন নুংনাং কাওখঙনুংদগী মালং নুংশিৎ শিদবনা তোংলেল তপনা হুলকপদা চিঙঙ্গু য়াব্বা নখোঞ্জেল অহানবদা লাংবল খোইমু খোনদাননবনা খোঞ্জেল উং ময়েক থোকনা নপোক খোরা য়াললকপা লাইয়িংথৌ চিঙঙ্গু খোয়য়ুম লাইয়িংথৌ, য়োইবু খোইমোম লাইরেম্ম চিঙঙ্গু ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী সনা সঙ্গাই নুংঙাইবা মীরাইমা কনানা কাঙমদা পোংলাইমা কনানা য়ৌঙমদবা শঙ অসিদা পাম্বনা লৈবা লোক্কুম শোংকিনা, কৈরেননা লৈবা লোক্কুমনা শোংকাঙনবা শম্বী কাংলেন নানবা শঙ, সনা চেংমাই অঙাঙবা, লুপা চেংমাই অঙৌবা, চিঙঙ্গু ইবুংঙো সনা শঙ্গাই নুংঙাইবদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমকনা সনা ফম্বাল লাংদা ফমফম ব্বায়েলবা অসিদা নদাইরেম নখুল খুলপুকলেল অচঙবা অসিনা চিঙঙ্গু নরমবু খোইয়ুমগী নমাইবা শঙদা কারদুনা থবি চয়েৎনদা থবা লাননংদবা থব্বানমিচাক মখোঙ তেকতা. থবা মশা

তাদববু য়েংলদুনা চিঙঙু লাইমাঙ ফাল, খাংপোক পরেং লৈনা খল, হরাও শকশেম তম থৌদোক কুম্মৈবসুং চিংঙঙু থৌদোল লোমলে। খোইয়ুম লাইরোই তাগেদি হায়রকলে। চিঙঙু ইবুঙো মদাইরেম নখুল খুনবুলেনগী ইমা ইন্দোল ঙাইবশিংনা লিক্লাং কোনদেং ফেঙ কোনজৈ ফিভৌ শেৎলদুনা লহাল লোংলাইরেল শেনবী খাগেমবা হাকথক্তা লিংলমবা মৈতেঙঙু সনা কয়থেল লেনদবু কারদুনা তাউজিং খুৎফাং শাববু হয়রাঙ অমুল য়েংনা নিঙথিববু লৈরদুনা চিঙঙু নকাইফমদা লৈরাং অনৌবনা লৈহুনতম তাউজিঙ লুকলেম্বনা চোন্না হয়রাং পুঙগথোল, নোইনু খুৎথেক নোইমললাং, জগোই লেপনৌ শা, হরাউ নঙগী শকশেম তম, থৌদোক কুম্মৈবসুঙ ঙসি মখৈ তোকনরগেদি হায়রঙৈনে। লাইরেল মৈতেঙঙুগী মতাইরেম পোইরৈ শৈশকপা ব্লাংঙম তেংথবনা অয়ুককী য়েন্দামাঙ অঙনবদা অহিংগী ঈনুং চিঙখোঙ য়াকৈ চেকনা তৌবগুম লফুৎ ফমজিল লাংবু ফম্না পেনা উংঙোনববু থাদা পম চয়জিং য়েৎলম পায়না অহিং ইনুং চিঙখোঙ য়াকৈরম্বসুঙ ঙসি মখৈ তোক্লরগেদি হায়রঙৈনে। চিঙঙু ইবুংঙো নদাইরেম খাবী লৈরেলহল অমাই শিঙখোঙ লেপ্পীনা শিঙঙেল লৈহুললোই, চামলৌ লাথাবোসনা অয়ুককী য়েন্দা মাঙ অঙনবদা কোনজ্রৈ ফিঙৌ উৎনা চংবী লারাক লাথোঙ খায়না ফমলদুনা চিঙঙু উদববু মমি তম, খোইয়ুম খঙদববু মপা লাক্লুনা চিঙঙু লাইপাউচেল খোইয়ুম লাইব্রা হায়বসুঙ ঙসি মখৈ তোক্লরগেদি হায়ঙৈনে। চিঙঙু নরমবু খোইয়ুম নমাইবদি ঐখোয়না নুমিদাং তাংলৌ লয়না থেঙ অমম মথোঙ নারল তম মীশল লাবা কোনথি তম, মীনাই তনবা য়ুমজঙববু তানফংলবা অসিদা লম্বী নাককি হামুল চার লেপ্তুম লৈবনা চিঙঙু লাইরোইলমদাই য়ৌরবা অসিদা হয়ি, হয়া, খুনুং, লাংবা চকঙৈগী ঔগ্রি খেনচো নঙগী পাউদোয় শৈ, চিঙঙু থৌদোল লোমগে, খোইয়ুম লাইরোই তানগেদি হায়রকলে। চিঙঙু নরলনকুদুম কুবিরমউকো লাইয়িংথৌ। খোইয়ুম নথৌ চানদুম চানবিরমউকো লাইরেম্বী চিঙঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা চিঙঙু নতৈ ননাওনা ব্লাকয়ৈ অনি খাজিকনা, তোংজেং অনি খবাংননা ব্লাকয়ৈ হিতান্নগে হায়বগী চিঙঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌগী ব্লাকয়ৈ মখুনেৎ তোংজৈ মনুং অসিবু চঙনা ব্লাকয়ৈ হিজগাংনুংদগী শেনদাং য়েনথি মরিল তেং, কুরাক মহুম লয়না শিংনা ব্লাকয়ৈ হিতাননগে হায়বগী নদাইরেম পাখং লাংজেং মথোক কারকপগী ফৈরা তান্না চাউবা লেংগা তিল্লক্লে। চিঙঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌগী মদাইরেম পাখং

লাংজেং মথোক কারকপা শমু লেংগা তিল ফৈরা তান্না চাউবা নখোয়না নযু খোইয়ুম লাইয়িংথৌগী ব্রাকয়ৈ মখুনেৎ তোংজেং মনুং অসিবু চঙনা ব্রাকয়ৈ হিজগাংনুংদগী খোইয়ুম কংলৈ মশুমাঙ মসিদা লৈতোঙ তঙা যৌনবা হে হে হে হয়া মশা চিংথোকসে। হি: হি: হি: অসি হায়দুনা নীপারোমগী নাকল অদুনা খোঙদি থাংদনা খুৎতনা লাইরোমদগী অহুমলক চিংথোককনি।

মথং মাইবনা অমুক শক্কনি। য়োয়বু খোইমোম লারেম্মগী ব্রাকয়ৈ মখুনেৎ তোংজেং মনুং অসিবু চঙনা ব্রাকয়ৈ হিজগাংনুংদগী শেন্দাং য়েনথি মরিল তেং, কুরাক মহুম লয়না শিংনা ব্রাকযৈ হিতান্নগে হাযরকলে। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মগী মদাইরেম নুবা লাংজেং মথোক কারকপীশিং -ও নুজা অশোনবীনা মথি লাই নবেল খোইমোম লাইরেম্মগী ব্রাকয়ৈ মখুনেৎ তোংজেং মনুং চঙনা ব্রাকয়ৈ হিজগাংনুংদগী খোইয়ুম কংলৈ মশুমাঙ অসিদা লৈতোঙ তঙা য়ৌনবা ' হে হে হে হয়া মশাা চিংথোকসে হি : হি : হি : অসুন্না হায়রগা লাইরেম্মগী নাকন্দা লৈরিবা নুপীশিংনা পায়রিবা নও অদু অহুমলক চিংথোক্কনি। খোঙদি লেঙলোই।

অসিগী মথংদা মাইবনা হি অসিগী মরমদা কনানা হাননা শাবা লোইরগা তোংহনশিগে হায়বগী মরমদা ময়ামববু হাননা তোংহননিংবগী ব্রারি অদু শক্কনি।

লহাননোং ব্রাকয়ৈ অসিবু কনানা হাননা হিতোংলকপনো হায়রবদি লহান নোংগীবু লৈয়ে। ঈয়ু নুংবাল হোঙনেম লুব্রাংনিংথৌ পুন্সিবনা মোমনু তাল্লোয় মরুপ্পী ঈরেল তাইদল লৈমা মোমনু চনু হোইথিঙৈদা লুব্রাং মংদন খুবনা মচল্লে নুংবাল মংদন হনবনা মহোললে। ব্রাকয়ৈ তেংমাইথক্তা লাইজ পুরাং য়াননা পাওকৌঙৈ, মপল থারৈ চামোইবনা মমোমগীদমকপু নেম্বী অরায়বদি নুংদা চল থামলৌ অচানবদি পানবা থোংনা ললউললকয়ে। নেম্বী অদুনা মদোম মখোক লোয়গে হায়রক্লবদা হয়েং পোইরৈ চাদোননা কাউদনবা নীনহৌনবা নেম্বী মপাল মরা ফুক্লা শিঙথাবমই হায়বগী শিংতা খমথোম ঈ ও তৌনা কৌয়ে। শিঙথা খমতোনলক্তি অদুসুং মতোমতে। কোরও নুংবাল খোংজোংনুবী মতা তরুকমক্লা মশাবী মমান মচা হাওকুরোইনাই নুংবাল অতাম শোয়শেম্বা তরুকমক্লা মশাবী মমান মচা হাওকুরোইনাই নুংবাল অতাম শোয়শেম্বা তরুকমকক্লা অব্রাং কৌব্রু চীঙদা কোরও নোংকামিন্নসি হায়না কোরও নুমিৎ শিঙবুম ৫নি নেম্বী শিংনাং তাংদনববু শিংনাং তাংমা থেক্লা শিংথারমই হায়না

শিঙথা খমদোম ঈ ও তৌনা কৌয়ে।শিঙথা খমদোম ঈনা লাইজা মথি নাই, ইমু মরাঙ হওরক্লবদা ঈয়ু নুংবাল হোঙনেম নুব্রাং নিংথৌ পুনশিবনা শাবল লমথোকলপা কোংবা লময়েংলকপদা লমওকনরুবগী লাংবন কৌজেং চোংবীচানা চানা লাকা য়াদচীক্লা তুরেল লাইজা ঈরালকপবু চেংলও মিৎথেৎলে, মিৎয়েং শানখৈরে। কোরও নুমিৎ অমদি লরাই য়ুপুঙ কোই য়ুনরেকপা চিবা মৈনাইতাবনা খিকলোয় তাংমা য়াদা চীক্লা তুরেল লাইজা ঈরাললকপবু ঈয়ু নুংবাল হোংনেম লুব্রাংনিংতৌ পুন্সিবনা চেংলও মিৎথিৎলে, মিৎয়েং শানখৈখিরবদা বায়মা পীপুকনুংদা নিঙখললে। মোংবা মরালয়ায়দা হলব্রাইরক্লবদা ইদাইরেম নুংবাল ইপাচাশিংও, নুংবাল ঈয়েকলু পুম্নমকও, নখোয়বু তাও ও। কৌবা চিঙদা কারদনা তলা অঙম্বা, পামেল চাউথোইববু হোই থিরুও হায়না চিনগোয় মপাউ মেনবদা কোল্লোয় ময়াথংবু মালেমলৈনা তাফদবগী কোরও নোংদা কাফদবগী নুংবাল ব্রাংমিৎ খুৎহৈবগা লুব্রাং মনাও শিলহৈবগা অনিমকনা ইদাইরেম নুংবাল ইপাচাশিংও তাবরা, কৌবা চিঙদা কারদনা তল্লা অঙম্বা পামেল, অরেম্ববু হোইথিরুসে হায়না তরা চেঙজেল নমদা পো, থাঙজৌ খুত্তা পায় শিঙজঙ লেংদা থোংনা অব্রাং কৌবা লমমাহনদা মরাল থৌচৎশ্রে। কৌবা ইঙেলচীঙগী লোকমায় অহেম্বা,তময়া অরেম্বদা তল্লা লমওক্লরুবগী তলা উখোঙশেং পামেল উখোঙ ফাননা হয়রাঙ অশংয়েং , তাউজিঙ অমুন খন, কোরও নোংলুপাল অঙৌবনা লুপা কোনগা চল, মালেম লৈশনা অঙাঙবনা সনা য়াইগা থারদুনা চংবী লারাকথক্তা চেঙঙৌ ফাহৈনা য়েরুম কাংখিননা লুকলেন পান চোননা তাওখঙলে। নুংবাল ইপাচাশিংও, তাবরা অসি কোরও নুমিৎ অসিদি য়োয়ময়াই থেঙজিললকলে। চিঙগী মৈনা তময়া দেং, তমগী মৈনা খোংমৈ নেমথরকলে হায়না হয়েং কৌবা চিঙলেল নোংগা ঙাললক্লবদা শিঙজঙ কায়তোই চননা পামেল উরু তুপ্লসে হায়না লুব্রাং মশাইকোল খাংপোক ঈয়াশঙদা থিংলও নিঙনা তেনা মরাল ওনতেখিরেদা। নুমিদাং তাংলৌ লয়না থেঙলবদা উপি উরেল পোকপী, মমা তম্পাক লৈরেলহনবী, পলেম মমা ঈরোক লাইচম চনুনা মপারিনা লৈবা লমদম মায়কৈবু চিংনা য়েংলদুনা মীকপখিয়ে। পারি ইবুংঙো হা তলা চাউথোইবা পামেল ব্রাংথোইবা নঙবু লহানোং তলা নঙনা নাব্রা ইখুঙৈ পামেল হয়রাং চারা নতম হৌরকঙৈদা ইমানা পারি ইবুংঙো নঙবু তলা উনিংথৌ নাচুম্ববু ওইগনো। শয়ী, কুহি, মিশি থাঙয়াল, উখোক থাংতোম উপল লেংদা ওইয়ু হায়ববু, ইমানা

থৌখামজববু পারি ইবুংঙো নঙনা নপল পলেম নমা ঐগী নপল থৌতিকখোল পলেম ব্রারক চানদবনা হৌজিক্তি পারি করি থোক্লবনো ইবুংঙো। পারি ইবুংঙো ইমাদি করি ওইহৌরসিগে ?খৈরোয় চাদি লুব্রাংবনা কাঙমদা য়োংনাউ শাথিবনা কাঙমদবা তলা উনিংথৌ নাচুমববু লয়না শায়ওল্লক্তুনা হৌজিক্তি ইমাদি শাবল য়াঙবীথক্তা কায়রৈ য়েলহিং থাংবগুম ইমাবু ইদোম্মদা থারমলগে হায়রবোই। ইমাগা ইচাগা ঙসি মখৈ তুরেল ব্রাইখুবী চানা মনম মথা ফাকপগুম ফাক্লরসি হায়বরা ?ইমাগী ইবুংঙো নঙনা লাইরেল শাংবা য়াগতা তুবী শাংবা য়াহিপ তমলবদা চিঙঙু নকোক খোইয়ুম লাইকোকতা, নমৈনা খোইয়ুম লাইমৈতাশ্রবদা নুংবাল মপাচা লুব্রাংময়েল্লু পুম্নমক হলরক্লদুনা তওরী খোংজি নারিললোল ঔরিলীয়ায় লোন্না তলা নঙবু ব্রাকয়ৈ হিজিং থারবদা ইবুংঙো নঙনা চৎনিঙদবনা খোংনা লাউনা খাঙবদা ইমানা তলা নতৌ করমনা য়েংলসিবনো। হয়েং কৌবা চিংলেল নোংগা ঙাললক্লবদি শিঙজঙ কায়তোইচল পামেল উরু তুপকে হায়রঙেনে। উপী উরেল পোকপী মমানা অহিং ইনুং শোয়ময়ায়দা মিৎসনা থম্বাল অনিমক্তা চিংজুম লাইজ ঈফুৎথোক থিংঙেল লাইজ ঈনম খায়বগুম নপারিনা লৈবা লমদম মায়কৈদা হা উপী উরেন পোকপী মমানা কোরও নোংলেলমনা খোংবগুম খোংলেল মীকপখি হায়দা। চিঙঙু ইবুংঙো কৌবা চিঙলেন নোংগা ঙালক্লবদা লুব্রাং উথিবা নুংবাল উয়েংবনা লাকলবদা তলা মাবু শিঙজঙ কায়দোইচল হা পামেল উরুপ তুপলেদা। লাইরেল শাংবা য়াতারে, হা ইবুংঙো তুবীগুম শাংনা য়াহিপলেদা। থওরী খোংজি নারি লোন্না তলা উচিংথববু তলা মাবু লেঙঙমদ্রে, হা পামেল মাবু চিংঙমদ্রেদো পামেল থাংঙম মক্ত্রবদা ঈয়ু নুংবাল হোঙনেম লুব্রাং পুনশিবনা তলা নঙবু শুমাঙ ইচুম য়ানগে হায়না হোয়থিবা নত্তে, য়ুম্বী কাওজোং ওইনগে, লোইবী ওকচাক কুদেং ওইনগে হায়না হোথিবা নত্তে। নরাম উকু হল হাঙমৈ থাঙপাক লওদুনা চিঙঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌগী ব্রাকয়ৈ মখুনেৎ ওইনগে হায়বগী তলা নঙবু হোয়থিবনে। তলা নঙনা মনিঙ নিঙঙুলগনো পামেল নপাম পামনরগনো হায়না পাউমেললবদা শুমাঙ থম্না লাকং পাইবগুম নুংবাল ময়ুমনাক্তা ঈরেক লাইচম লান্না উনৌ খোংজা শম্না ব্রাইথুংলরবদা ইয়ু নুংবাল হোনেম লুব্রাং নিংথৌ পুনশিবনা মরম উকু হনহাঙমৈ থাঙপাক লওনা লোইদাম মকুমশাবু ব্রাকয়ৈ হিশা লোইরবদা পায়মা পীপুকনুংদবু নিঙখল্লক্লে। লহালনোং ব্রাকয়ৈ অসিবু কনানা হিতোং হালহনসিবনো হায়বগীবু লৈয়ে।

ইশাবি লুৱাং পুদাংকোয় খুৎকোইববু লৈয়ে।ইশাবীদি ইরুম শাদোং মরুম তুপ্পু শাজা হৈতবগী লোইরেল খুনবী-রোক্তা কোরও খোংদুম খোং , ৱাংবল লাউদুম লাউ নোংথি ইরুম হৌববু লাননংলবগী কোরও অচু খাঙবু খাঙঙমদ্রবদা ঐদি কোরও নোংনা পামবশা মালেম লৈনা নিঙবা শাবু ওইনা শায়োললগে হায়না পাখং শংগাই খুত্তা শুবনা চীরোল তোমপোকপবু ওইখি শা, লোঙখুম নামৈ য়েপ্পনা মমৈ ওইখি শা। ওইখিশা, শদু মান্তে লয়না ফোয়না য়ারৌও মতু ওইখিশা. চাললি কাওদুম শল পুজেং লৈমকাও লাংজেং লৈমা শল য়ারৌও শঙাই তুঙাই লইখিবগী য়ারৌও শীরুকং অকংববু লৈয়ে। ইশাবিনা নুমিৎ হাননা উইয়ে। থবি হাননা খংয়ে । ইশাবিদি লাইজা ইরোই হৈতে। ইশাবিগী য়ারৌও শীরুকং অকংববু লৈয়ে। ইশাবিনা নুমিৎ হাননা উইয়ে। থবি হাননা খংয়ে। ইশাবিদি লাইজা ইরোই হৈতে। ইশাবিগী য়ারৌও শীরুকং অকংববু ৱাকয়ৈ লুদ হাননা তোংহনসে। খুদোপ ঙাইচায়েক মনুং খেগালৌ. চাঙাও পাকতৈনা হিংঙোল নাকলৌশিনা মথা শেনগা তোপ্পা চমেল চিদাই খোমনা শাশেমলবদা লমলেন চেংলৈ লুৱাংই ঈতাকনা লৈবোংই , থৌখুবা থাইদময়ী, কমবোং নাৱাংয়ী, কোরও মচি শোইশেময়ী. মমোম লাইরেল লাইবাউ তাউবী থিকলেল খুমু হাওবী মমানা মপারি লুৱাং ঙাথিবা ইললেল থাগুপ হৌবা লেমলৈ ঙাহা তানববু লাকতরে হায়না য়াইবী থারুকনা নুংশিখোং লমলেল চেংলৈ লুৱাং ইদা নুংবাল মপাচা নুৱাং ময়েলুবু পুম্না হুপ্পা ৱাকয়ৈ তেংমাই লেপ্পা নওরোং খোক নওরাং খাঙতপনা মোইরাং শোংগী নওদি নওরাং খাং নওচিনতুম নওতোনপাক লাইজা মহি শোক ঈমু ময়োন খায়না হিয়াঙ তাংগা য়ৈনা লোয়দাম মকুম শাবদি মৈনা ৱায় তাংনা শমনা চিঙঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌগী য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা চিঙঙু নতৈ ননাওনা ৱাকয়ৈ অসি খক্লি তোংজেং অনি খাবাংননা ৱাকয়ৈ হিতান্নসে হায়বগী তুরেল লাইজা ঈ, লাইরেল ঙাংঙোই য়োয়মোংবনা তুতেংকোনল ইমোইনু অহোংবীনা তুতওকোল, তুরেল লাইজা ঈপাকথক অসিদা 'হে হে হে হয়া' মশা চিংথোকসে।

**মাইবা**- হো লাইয়িংথৌ মনাই, লাইরেম্মাগী মনাইশা, খোইয়ুম কংলৈ মগুমাঙদা খুঞ্জাওনবা , লৈচাউনবা ৱাকয়ৈ হি হোল্লসে।

অসি হায়রগা ফৈনা পায়রিবা নও অদু মখুৎ অনিনা মপাল লোমদা ওছোক্লা থংনা পায়রগনি। লাইনুংদগী লাইপুবা অনিসু থোরক্লগা লাইনিংথৌনা মাইবগী,

লাইরেম্মানা মাইবীগী মতুং ইন্না চৎলগা থৌগল পরেং অদু ইকাই কায়দনা অদুম চৎকনি। হি হোনবগী মওঙদা কারল কারল চৎনগনি। অমুক অমুক চিললোক্লগনি। হি হোনবা মতমদা পেনাগা লোয়ননা ঈশৈ শক্কনি। মাইবীনা শরিক খিঙগনি।

**ঈশৈ**

হি ও হিয়ো
হি নঙবু হোনদেদো
লাইয়িংথৌবু হোনবনি।
হি ও শমদে, করেংঙা।
হিয়ো হি ও
হি নঙবু হেনদেদা
লাইরম্মবু হোনবনি
হি ও শমদে তারেংঙা তরেঙা।
খুঞ্জাউ লৈচাউনবা হোনবনি।
নিংথৌ পুঙ্গিনবা হোনবনি।
পারি শুকতানবা হোনবনি।
ঈমোম শোইতানবা হোনবনি।
কুমবী কোংয়াং চাদুনা লাপোৎশিঙপোৎ পুদুনা
ও: ও: লাংগা হিহোলে।
চোথে কুমলং শিবীনা লাৎপোৎ শাঙপোৎ পুদুনা
ল: ও লাংগা হিহোললে।

অসুম্না তরেৎলক হি হোল্লগা অহানবদা পরেং অনি লৈবগুমনা চঙলমদাইদা মাইবনা নও মতোল হাইগৎতুনা লেংবান্দ তোংদুন পায়রগা মায়গা মায়গা ওনশিন্নদুনা নও মতোল মতোল থেংনগনি। মসুবু নও খোংব্রেন হানবা কৌই। মথংদা মাইবনা হায়দুনা নও অদু লেংবান্দ অমুক হাইগৎনরগা হি কাগনি। হি কাবা মতমদা লাইরোমদা মায় ওন্দুনা খোংথাঙ তপ্না তপ্না লাকলগনি। মাইবনা হিগা ঈশৈ শক্কনি, অসুম্না লাইশঙগী চুরি য়ৌবা ফাওবা চঙশিল্লগা হি খামগনি হায়বদি লেপকনি। মতম অসিদা মাইবনা তাকপা মতুং ইন্ন নও পুম্নমক লাইরোমদা চাওশিন্না মাঙদা শৌরগা পৈথহন্দুনা

পায়গনি। মাইবনা হি খামবগী লাইরোল হায়রগা খামগনি। অদুগা মাইবীনা লাই ওক্কনি। লাইগী পোৎ পুম্নমক লাইনুংদা থমগনি। অসিগী মতুংদা নৌ অদুনা ফিদা ওইনা থারগা মী পুম্নমক ফমগনি। লাইদা কৎপা হয়রুকনচিংবা য়েনদুনা ময়ামদা পীজগনি। মসিবু হিরোয় চাক খাঙবা কৌই। লাইগী থৌগল তৌবা মখোয় অদুসু লাইয়িংথৌগী তৌবা মখোয় অদুসু লাইয়িংথৌগী থৌগলনা নীপাদা, লাইরেম্মগী থৌগলনা নুপীদা য়াওগনি। অসুম হায়না য়েনবা লোইরগা মাইবনা লাইরোল হায়রগা হয়রুক চাগনি।

## উয়াললোন হিজিং হিরাউ

মথক্তা শকখ্রিবা উয়াললোন অমসুং হিজিংহিরাউ হায়রিবসি করমবা মতমদা থোকখিবনো হায়বসি য়েংবদা কৌব্রুদা লাইয়ামনা হরাউবা মতম অদুদদি হিজিং হিরাউ য়াওদে মসি কৌব্রু মশাইকোন্দা লুৱাংনিংথৌ হায়বসি য়েংবদা কৌব্রুদা লাইয়ামনা হরউবা মতম অদুদদি হিজিং হিরাউ য়াওদে মসি কৌব্রু মশাইকোন্দা লুৱাংনিংথৌ পুন্সিবগী মতমদা থোকখিবা থৌদোকনি হি অসি কদাইদা হোনখিবগে হায়রবদি লমলেন লুৱাংঈ তাক্লা লৈরোংঈ কমবোং নাৱাং ঈ হায়না কৌবা তুরেল অদুদনি। হৌজিক্লা মমিং শমজিনখিদুনা ঈৱাংনি তুরেন হায়না খংনরে।

নাহালনোং লাইরেন ঙাঙোই য়োয়মোংবগা মশনৌ য়োইহৈতোন তাউথিংমাংগা অনিমকনা মপল পলেম মমানা তুশারমবগী লৈয়ে। ইশানৌ ইচিন ইনাওনা অমুরক মোংবা তুদেং খোংদেংহৌসে হায়নরে। ময়াম্বা য়োইমোংবনা মশানৌ য়োইহৈতোনদা কমবোং মনা অমা হেকহললে। অদুগা ঈশিংগী অরুবগা মরেপ তমদুনা য়েংহললে। মশানৌনা ঈশিংগী মরেপকা ময়াম্বগী মরেপকা ওনদুনা য়েংবদা ময়ামবগী মরেপনা হেল্লে লেপ থুমলরোই হায়বা খংলে। মশানৌগীসু ঈশিংগী ঈরেপনা হেল্লে ময়াম্বনা ইয়াম্বগীদি তাংজা লুনা হেললে তুরেন অসি লুৱাং ঈ কৌরসে। হেল্লবনিনা কমবোং নাৱাং ঈ মরেপ তমদুনা য়েংখি হায়বগী থৌখুম খাইদম ঈ কৌরসে হায়না কৌখি হয়েং পোইরৈতাবনা থিরক্লগা খংলরসনু হায়রকলে।

ঈৱাংলি তুরেল অসি ইরোই শেনবগী ঈরৈমা লাইরেম্বীনা লৈরিবা অদোমদা চেল্লকই। শিংথা তুরেনগা ইৱাংলি তুরেনগা অনিনা ইচেল তিন্নরৈ অনিনা ঈচেল তিনখ্রবা মতুংদা নমবুল তুরেল হায়না কৌখ্রে। তুরেল অনিনা পুলবা মফম ঈরোং

অদুবু অরুবা লাইফমনি হায়দুনা ঈরোং লুপ্পা হায়দনা য়ামনা ব্রানা অঙাংবু য়োকলকপা ইকাই ফিরুক কুমনা খাঙলকপা অঙাংগী তুনগী পুন্সিদা ওইরক্কদবশিং অদু খলনলবদা খোংজোং নুবীগী থম্মোয়দা খাংবা ঙমখিদে। মচাবু উ ওইনা হৌরুরো হায়খি মচানসু য়াখি মচা অদুনা উ ওইনা হৌরবনি মরককী উ ওইনা হৌরোই ব্রাংথোইবা চাউথোইবা অহেনবা উ উনিংথৌ ওইনা হৌগে হায়খি। মমানা মনবা হায়বসি তৌগনু মীগী মীৎয়েং চংলক্কনি হায়খি মমানা শয়ি কুহি উয়িল কাল মিশি থংয়ান উখোক থাংখোক উপল লেংগা ফৈজা ফৈঙৌ অসিনচিংবা হৌনিংবা উ ওইয়ু উ মচাশিংগী মমিং পনবদা মচানা য়াখিদে হৌনা হৌরবদি উনিংথৌ ওইনা হৌগে হায়রে। মচানা উ ওইনা হৌগনি খল্লুবদা ইবেম্মাগী মমিৎতগী মপী তারমই হয়েং চীংগী খুদেং শাবা ফজবা লোকমাই নিংথিববা তময়াদা মচা অদু উ ওইনা হৌখরে। উ অসি ঈচুম লাইরেম্বীগী মচানি। হায়বসে ঈচুম লাইরেম্বীগী হিরাউরোন্দা য়াওরি লাই হরাউবগী লাইরিকতা ইরিবা ইরোক লাইচম লৈমা চনু মালেম তমপাক লৈরেনহনবী মমা হায়না শৈথারিবা অদু ইবেম্মা ইচুম লাইরেম্বীবুনি ইবেম্মগী হৌরকফম শাৎফম অসি লমলেন লমদেং হায়বা খুল অসিদনি। অদুগা অমুক থেরকপননা হনয়েং চীংদা হৌখিবা উ নিংথৌ অদুনা চাউরকলবা মতমদা হোংনেম লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবনা তালোয় অতোম্বী লৌদুনা পোকখিবা মচা নিংঙোল অদুসু লৈশাবী ফারকলে মহাক্ন মচাগী অউন পোৎতি শিঙনাংনা অউনপোৎ ওইগে হায়না খনখিবনা শিঙনাং পাম্বী য়ামনা থারমই। মসিবু অরিবা লোনদনা হোংনেম লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবনা মমোমগীদমক নেমবী অরাইবদি নুংদা চল থামলৌ অচানবদি পান্দ থোং নেমবী শিঙনাং তাংদলববু নেমবী মপাল মরা ফুকনা শিংথারমএ হায়না শৈথানৈ।

নেমবী অরাইবদি নুংদা চল থামনৌ অচানবদি পান্দ থোং হায়বদি মচিন্দনা ফজবা অরুবা ব্রাখলনা থুপ্পুনা থমবা মমল য়ামদবনা অউনপোৎ তমগে খনবা অদুবুনি। মহাকনা মচা নিংঙোলগীদমক থাখিবা শিঙনাং অদু মপাল ঙৌনা শারবরা হায়দুনা য়েংবা চৎলমই। মতম অদুদা ঈব্রাংলি তুরেন অসি ঈহৌরক্তুনা ঈশিং য়াম্না চাওরদুনা লানবা য়াদ্রবদা করম্না লানসিগে খললিঙৈদা চিবা মৈনাই তাবা অমনা খিকলোই মতাং অকংবা অমা চিকলগা মখোংনা হোৎ হোতুনা ঈরাল্লকই চিবা মৈনাই তাবা হায়বসি হৌজিক চুম হায়না খংনরিবা অসিনি। লৈরাই য়ৌরবদা

খিকলোই মতাং অদু কাওথোক্লল্লগা অকংবদা কাখৎলকই মদু উরবদা তোংলগা ঈশিং লানবা য়াবা উনা শাবা পোৎ অমা পুথোককে নিংখি। মতম অসিদা মঙ্গ্রে দা হি শাবগী ৱাখল ফাওরকখি লুৱাং নিংথৌ পুঙ্গিবনা মরানয়াইদা হল্লকলগা লুৱাং মচিন মনাওশিংবু কৌরগা ৱা তাননখি লুৱাং মনাউ শিলহৈবা নুংবাল মনাউ খুৎহৈবা নুংবাল মপাচা পুম্নমকপু হয়েং নোংঙাললবগা তলা অচৌবা পামেল অৱাংবা অমা চীং কাদুনা থিরুরো য়ল্লুরো হায়না তাকপিখি লুৱাং মচিন মনাউ নুংবাল মপাচাশিংনা চীং তমনা লাকলে তলা পামেল অচৌবা থিরুবসি হায়না কৌবা হনয়েংগী কাখৎলগা উ অচৌবা অসুম থিরকপদা লুৱাং মকুবী চীং মোংবা য়ুমজাওমাং শংদিংলোকনুংচীং লুৱাং পোকপা চীং অদুদা নহাল ঈরোক লাইচম চনুনা হায়বদি খোংজোংনুবী খ্বাইগী অতোম্বীনা পোকখিবা উ ওইনা হৌখিবা উনিংথৌ অদু থেংরে। নুংবাল মপাচা লুৱাং উথিবশিংনা অদু হেক উবদা পুক্লিংদা খোয়দারদুনা য়াল্লসি হায়নরে উগী মখোঙ অদু ফানদোক্লে। লা লাতোন অমা থারগা চেং য়েরুম লাংথ্রেনচিংবা হাপলগা স্না লুপা কোনগা চন্দুনা তলা মমল হল্লে। ঙসিদি নুমিৎ অসি থেংখরে হয়েং নোংঙাল্লগা য়াল্লসি হায়না খাংপোক অমা শারগা অহিং অদু লেললে। অহিং অদুদা মচাবু য়াল্লগদৌরে হায়বসি পলেম মমা লাইচম চনুগী মমংদা ফাওরদুনা অহিং নোংশোইবা মচাবু কৌদুনা নোংখোঙবগুম মীকপই হায়দবরা। নোলঙাল্লগা লুৱাং উথিবশিংনা উ য়াললে উ অদু চিংনবা হোৎনবদা চিংবা লেংবা শুকঙম ঙমদরে ময়াম পুনমক উ অসি অচম্বা উ নত্তে হায়বা খংনরে।লুৱাং উশৈ অশৈবা কৌরুরগা উরাউরোল শক্লবদা উ অদু মথন্তা পাইখিদুনা মাবু পোকপা নুংবাল মরানয়াইদা থুংলরে। উ অদুনা পাইরকলগা থুংখিবা মফম অসি কদাইদনো লমফেলদগী শংগাই য়ুমফম লৈরিবা অদুদরা লুৱাং নিংথৌদি অসিদসু লৈরমই হায় অদুবু নত্তে। লুৱাং শংফমদবা নত্তে মসিদদি কোন্না হোলকখিবনি। উ অদুনা পাইরক্লগা থুংখিবা মফমদি খামুং মনিংগী লুৱাং মকুবী মোংবা য়ুমজাওমাং শগোল লাকপা চীংজিন হায়রিবা মফম অদুদনি। হায়রিবা মফম অসি হৌজিক ফাওবা শগোল অঙাওবা লাকপা নুংঙাই হায়দুনা শগোল লাকনৈ। উ অদুনা হি শাখিবা মফমদি খোংহামপাৎ লাইকোম হায়রিবা মফম অদুদনি মফম অদুদা কৌবা ইঙেল চীংদগী য়ানখিবা উ অদুবু হি

শাবদা ককখিবা উশা খরসু লৈখি উশা লৈখিবা মফম অদু থম্মা য়ামনা হৌই। মীনা কুমনদে হি শাখিবগী উ হাঙমৈ উ চেৎশিং অদু ক্রেং ক্রেং লাউবা ঙাকতা ওইনা লৈ। হৌজিক হৌজিকমক থাংগেশেংবা উ মচেৎ ওইনা লৈবা উদ্রবসু লৈরম্বগী খুদম ফংই। ফুরী থুংই হায়দুনা মফম অদু মীনা কুমনদে।

লুৱাং শিলহৈবা নুংবাল খুৎহৈবা মচিন মনাওশিংনা হি শাবা লোইরবদা। কনাবু হান্না তোংহনসিবনো হায়না খন্নরকলে খ্বাইগী ময়াম্বা অহল শঙাই ওনখ্রবা মকোকতি লৈহৌরিবা অকংবা মকোক অদুনা ইহান হান্না হি তোংহনসি হায়নরে নুংবাল মচিন মনাউশিংগী খ্বাইগী ময়াম্বা অহল লুৱাং পুদাং কোই। খুৎকোইবনা খুনবীরোক্তা লৈবদা মাগী নুপী তালোয়না নোং চোৎপনা খাঙবা ঙমদ্রে লাইনিংথৌ পুথিবগী মনাক্তা চৎলগা ইরুম শারুম থুপ (য়েনপাক য়েনখুং) শাবা তমলু চৎলো হায়রবদা মহাক্না পয়া শঙ্গাই শুবা হৈবা ঐনা ইরুম শারুম থুপ্পু শাবা হৈতবসি ইকাইখ্রেদা তাইবং মী ওইনা হিংবগী করি কান্নগনি য়ারৌ শাদুম ওল্লগে। মখুত্তা শুবা শংগাই অদুনা মচি অনি ওইনা পাল্লে নামৈনা মমৈ ওইরে শাবলদা হৌবা শদু য়াংগেননা মতু ওইরে য়ারৌ শাবু ওইনা ওনখরে। শংগাই মচি ওইনা পানখিবা শা অদুবু শঙাই হায়না মমিং থোনখি শঙাই ওনখিবা অদুগী মকোক অদু লুৱাং মরানয়াইদা লুনা থমখি। লুৱাং মচিন মনাউশিংনা য়ারৌ শা অদুগী চীরুকং অকংবা মকোক অদু লৈরিয়ে ইয়ামবনা থবীহান্না খংঙে নুমিৎ হান্না উইয়ে মীনমবা য়াদে ইয়ামবগী মকোক অকংবা অদুনা ৱাকয়ৈ লুদা হান্না থাংগৎসে হায়নদুনা ৱাকয়ৈ হিগী মকোক্তা থাংগৎলে। মসিগী মওং লৌদুনা লুৱাংগী হিয়াং হিরেনদা চিরোং য়েকনখি য়েকলিবা। চিরোং অদু লুৱাং পুংদাং কোইনা ওনখিবা চীরোং শঙাইগী মকোক অদুনি। অদুগা মৈতৈ নিংথৌগী হিদা হাপ্পা অদুনা খুমন নিংথৌ ক্লাকপগী মকোকনি মসিমদি লাই হরাউবগী শৈথাবদা য়াওদে।

মৈতৈ নিংথৌ পামহৈবনা ফুবাল্লাদা উতোং চাক হৌদুনা চাবা চৎপদা তোংখিবা হি ইশম চাইবগী মকোক্তা থেৎলিবা অদুবু খুমন ক্লাকপগী মকোক্কী মওংনি।

লুৱাংগী ঈনা ওইখিবা হি অদু লুৱাং নিংথৌনা মচিন মনাউশিংগা লোয়ননা লুৱাং ঈ তাক্লা লৈরোং ঈ হায়রিবা তুরেন অসিদা তোংদুনা হোনখি। কোংবা তুরেন্দা হোনবা নত্তে তুরেন অচৌবা ঈরিল তুরেন্দা হোনখিবা নত্তে। থাংগমপাৎ কংলা কোনুংবু কোয়দুনা লৈরিবা অসিদা হোনখিবা লৈতে। লাই হরাউবদা শক্লরিবা উরোন

অসি লুবাং উশম অশৈবনা উচিংবা ঙমদ্রবদা শকখিবা উরাউরোন অদুনি। লাই হরাউবগী লাইরিক্তা য়াওদনা অতোপ্পা উরাউরোন কয়া অমসু ইদুনা লৈরি নখোয় অদুদি লাই হরাউবদা শৈথাবা শকপা য়াওদে। হরাউবগী শৈশকতা য়াওরিবা ব্রায়েং হিজিংগাংনুংদগী শেন্দাং য়েনথি মরিনতেং কুরাক মহুম লৈনা ব্রায়েং হিজিগাংনুংদগী হে হে হৈয়া মচা চিংথোকসে চিংথোকসে হায়রিবা অসিগী ব্রাহছোক্তি চহি অমা হি অদুথম্বদা শেনদাং মথি তৈরম্বা কুরাক মহুম শারম্বা অদু শেংদোকসি তৈতোকসি হায়না শৈথাবনি। লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা তোংখিবা হিদি অমতনি অদুগা লাইহরাউবদা হি অনি হোল্লি মসিগী মরমদি লাইংথৌগী পানা লাইরেম্বীগী পানা হায়দুনা অনি থোকনা খাই লাইপুবা থাং ফালবা লাইনিংথৌগী পানা লাইরেম্বীগী পানা খাই অদুনা য়েৎওই কায়দনা হি অনি হোনবনি।

হিজিং হিরাউবগী মতাংদা শৈশকপদা হিও হিয়ো হি নংবু হোনদেদা লাইয়িংথৌবু হোনবনে হিও শমদে করেংঙা করেংঙা হায়রিবা অসি লাইয়িংথৌবনি। করেংঙা হায়বসি নিপা ওইববু ফোংদোকলি।

হিয়ো হিও নংবু হোনদেদা লাইরেম্মবু হোনবনে হিও শমদে তরেংঙা তরেংঙা। হায়রিবা অসিনা লাইরেম্মবুনি তরেংঙা হায়বসিনা নুপী ওইববু ফোংদোকলি।

কুম্বী কোংয়ংচাদুনা লাপোৎ শিংপোৎ পুদুনা লাংগা হিগা হোল্লে হায়বনা নিপা ওইববু ফোংদোকলি। চোথে কুমলং শিবীনা লাপোৎ শিংপোৎ পুদুনা লাংগা হি হোললে হায়বনা নুপী ওইববু ফোংদোকলি।

অসুম্না লাইহরাউবগী শৈশক্তা নিবা নুপী অনিগী তুমা কায়দনা শৈশক্লিবা অসি খুঞ্জাউ লৈচাওনবা চাদা নাউদানবনি।

মথংদা লাই নোংকাগনি।

মী পুম্নমক লাই নোংকানবা লাইমাঙদা পুন্না লেপ্পগা মাইবা অমসুং মাইবীনা লাইনুংদা চঙলগা ফি খন্দুনা মৈ মমহল্লগা মাইবীনা মখুৎ নাম্মনা থাখল লৈনা অমদা পায়রগা শরিক খিঙগনি। মচিননা লারোল শক্কনি।

অদুগা মাইবনা নোংকারোল শক্কনি। পেনাদি শঙদি মপানদা খোংগনি। মাগী হৌনবী ঈশৈ শক্কনি। মপানদা লেপলিবা মীনা পুঙ শেল য়ৈগনি, খুবাক খুগনি। ঈশৈ খুমগনি।

## ঈশৈ

শোবারেননা নোংদোল কাগে হায়রেদা।

হা পা খাউপূবা পুররো পুররো।

অব্রাং কৌবা চিঙদোনদা চিঙজাউ মৈরা থান্দুনা

লাংগোই শাবোৎ পাহতুনা

পেনাগী শামৈ ব্রাইদুনা

কোরওনা নোংবু কারগে কারগে দে।

মথক্কী ঈশৈ অসি অব্রায় অখুম শকপগী অরোইবদা পুম্নমক চপ মান্নমা থামিন্নগনি। নোংকাবা অসি লোইরগা লাই তেথগনি।

## লাইতেথবা

লাইনা নোংকাখ্রবদা মাইবী মাইবনা লাইগী মপোৎ মচয় লোইশিনবা লোইরগা লৈহুন্দুনা থম্ববু লাই তেথবা কৌই।

ফমদেংলিবা লাইগী ফিদা অদু লওথোক্লগা লোইশিন্দুনা থমফম চানা লুপাক নত্রগ উপুদা থমগনি। চনিঙ থারিবা হয়রুকনা লাইকোন্নরিবা মী লাইপুদা পীখিগনি। লাইপু হায়বদি শাগৈ লাইগীনা পিবা, লৈকাই খুনগীনা লাইশংবা নত্রগা লাইশেলুংবনা লাইপুনি। মী ময়ামদা য়েছোকহৈদে, খুল, শাগৈ মহি লাঙই। মাইবনা লাইয়িংথৌগী মনিঙ থংবা ফানখোংঙদা থাবা পোৎকা লাইবুঙথৌ ৯ গী পোৎকা লওগনি। মমাঙ থংবা ফানখোংঙদা থাবা পোৎকা পাম্নোমদা থাবা পোৎকা পেনাখোংবগীনি। অদুগা ফাখোঙদা লাইবুঙথৌ৯ দা হৈরিবা চেঙনা মাইবা পেনা খোংবা অনিগীনি। লাইরেম্মগী ফানখোঙ অনিদা থাবা পোৎ অমসুং লাইরুরাগীদা থাবা পোৎ হয় লৈ, চেঙনচিংবা পুম্নমক মাইবীগীনি। লাকমাঙদা হৈরিবা চেঙনা লৈকাই, খুল নত্রগা শাগৈগী য়ুমথোংঙ শুনা চেঙ খর খর থুংনবা চনিঙ হনজিনগনি।হয়রুকতি লাকলিবা হায়বদি তিল্লিবা মী পুম্নমক্তা য়েনগনি চেঙদি শাগৈ নত্রগা খুল লৈকাই অদুগী অতোপ্পা মীদা পীহৈদে।

**য়েংগদবা -** শাগৈগী ওইনা লৈবা লাই হায়বদি শাগৈ অদুগী অপোকপা ওইরবদি লাই অদুদা কৎপা পোৎ অদু কনাগুম্ব অতোপ্পা মীদা করিগুম্বা অমত্তা পীবা য়াদে।

পোৎ চয় মাগী মাগী য়েনথোকপা লোইরগা ফম্পাক অদু শেংদোক্লগা ফি অমা থারগনি। মাইবীনা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাগী ফিরোয় অসুবা য়েৎ ওয় কায়দনা থারগা

লৈহুল কায়দনা হুনগনি। ফম্পাক্কী লৈহুল মথক্তা ফি অমনা শাংনা কুপশিল্লগা ঈকৌবদা য়াওবা ঈকৌ চফু অনি অদুনা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী চফু অদু কায়দনা য়েং ওয়দা ফিজিল অনিদা নন্দুনা উপ্লা থমগনি। লোংনা থমহৈদে।

শরোয় খাংবা

লাই তেথবা লোইরগা মাইবীনা মায়কৈ মরিদা হয়রম লৈরম কবোক য়াম চেঙ, লাংথ্রে হয়বী মনা শিংজুনচিংবা শরোয় কাঙগনি। মসিদা মাইবীনা হৌনবী তৌদুনা লাইরোনগা কোন্ননা হরাউরিঙৈদা তিনবা তিনবু লাইমু ফত্তবা তানথোক্কনি। মসিদগী নুমিৎ ৫নি লাইনা হরাউহৌরগনি লাইথোঙ থিংবা অদু নুমিৎ মঙানি হাংবা য়াদে।

মতাং অসিদা লাই হরাউবগী থবক লোইরে। লাইনোংকাবা মতুং নোংমা কোনবদা লমজেল মুক্না তৌগনি। মসি তৌবদা লারোয়, শিঙলোয় হায়না পানা অনি থোক্লা খায়গনি।

মুক্না শান্নবদা পানা অমদগী মী তরেৎ লওখৎলগা শান্নগনি। লমজেনগীনা নীপা নুপী য়াওনিঙবা য়াওবা য়াই। তান্নবদি নীপা ঙাক্তা অমা, নুপী ঙাক্তা অমা অসুম্না তান্নগনি।

লমজেল মুক্না নুমিৎকী নুমিদাংদা হরাউখিবা অদুগী অশোয় অঙাম পুম্নমক কোকপিনবা য়ুমলক্তা মফম অমদা পেনা তাগনি। মসিবু কয়নিঙ কুম্বা কৌই।

অসিগী মথংদা লাই লোইবা নুমিত্তগী মঙানি শুদ্রিবা ফাওবা লাইথোঙ হাংদবা, লাইবুঙ কাবা য়াদবা অদু নুমিৎ ৫ নি শুবা নুমিত্তা মাইবীনা ফি কৎপদা হুনখিবা লৈ অদু লওথোক্লগা অনৌবা লৈনা লৈহুল তমগনি। হান্নগী লৈ অদুদি লাইশঙ মনুংদা ফুমদুনা থমগনি। কৎলিবা ফিঅদুদি ওল্লকপা চহীগী হরাউবা নত্রগা চাকলোন কুমচল য়ৌদ্রিবা ফাওবা লওথোকলুবা য়াদে।

## পেনাগী নুংগী ওইবা শমলপ্পা

উমংলাই অমসুং লাইহরাউবগা পেনাগা য়ামনা নকনবা তংনা থানবা য়াদ্রবগী মরম অসি পেনাগী হৌরকফম হায়বা পুয়াদা য়ামনা মপুং ফানা ইরি। নো হায়বা অসিশু কুলু লৈমরেন অনিনা ওইখিবা উমংলাই ৩৬৪ অসিশু কুলুগী পিপুকনুংদগী

পুথোকখিবা ওইবনা। পুথোকখিবগী খুদমনা লাইহৱাউবগী অহানবদা অমাইবনা হোইলাউরিবা অসি কুলুগী পিপুকনুংদগী লাইয়ামবু হোইদোকলকপা অদুবু হোইলাউবা কৌই হায়না শৈথানরি অমসুং পুয়াদা ইরি। পুয়াশিং অদুদি লৈথক লৈখারোন। লৈশেমলোন। পুদিন অসিনচিংবা পুয়াশিংনি। লাইহৱাউবা অসিদা পেনা হায়বসি য়াওদনা লাইগী থৌরম তৌবা শুকয়ামক য়াদে। লাইহৱাউবদা নৎতনা উমংলাইগী থৌরমনিবু হায়রবা লাইনিংথৌ সনা মহিগী থৌরম তৌবতারবদি পেনা য়াওদবয়াদে। থৌরমশিং অসি তৌবা মতমদা পেনানা হান্ন থৌগল তৌদনা হিলৈনচিংবা কৎপা অসি লাইগীদদি চানদে মপুং ফাবা থৌরম ওইদে।

লাইহৱাউবগী থৌরমদা অহৌবা অরোইবা পেনাগী থৌদাং য়াম্না চাওনা লৈ মরমদি নোংমগী হৱাউবা লোইরকপদা পেনানা লাইনাউশুমবা য়াদে অয়ুক্কীশু য়াকৈবা হায়দুনা থৌগল তৌদবয়াদে। নাউশুম্বা হায়বদি ফমমাং থৌগল হায়বনি। লাইনিংথৌ লাইরেম্বী ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক সনাতাংবন মথক্তা অৱাপোখাবিরো খোমলেন তুংখুন তানবিরো থকখল লৈনা হাইথজরগে হায়না থৌগলদবয়াদে।

পেনাগী হৌরকপগী শমলপ্পা খর। পেনাগী হৌরকফম হায়বা পুয়া লাইরিক্তা অশুমনা ইরি। তাইপংপানবনা পোকনরকপা মরমবু হায়রক্কে চকুকপা খুংখোংবদি নুংশিৎনে। তাংকৃপদি ঈশিংনে শিংলিকী লিতোন খিচিকতা লাকয়েনতা হায়নরে হৌজিকশু তৎতরিবা মখে পোকশু পোক্কদনে শিশুশিকতনে অনিমা হায়নরে নুংশি নুংওন্না অখুবা মফমদা লোলনা খাইনরে অদুকীবু অনি তকওনে তোকদৃও কৌয়ে। নুংবু শিৎনা খাইনপা কৌয়ে হায়দবরা।

হায়রিবা অসিগী মরমনা অতিয়া শিদবা হায়রিবা পুম্নমক্কী মপু ওইরিবা অসিদগী কোরৌ মালেম নুমিৎ থা মৈ ঈশিং নুংশিৎ থাৱানমীচাক শজিক থাবা খোংজোম নুবি ওকপুরোই হায়রিবা পুম্নমকসে অতিয়া শিদবদগী পুথোকখি। মালেম শেমলকপদশু বুলুদগী লৈপাকপু নিখি কুলুনা লৈপাক লৌগে হায়রবদি নতুং ওনথোকলগা লৌও হায়না ওনথোকলগা লৈপাক পিখি অমসুং লৌখি। লৈশেন্বা অমনা শেম্নবশু পোৎতি কুলুদগী লৌবঙাক্তনি। অদুনা পুম্নমক্কা পুল্লগা অতিয়া শিদবা হায়রিবা অসি ওইখিবগুনা।

পেনা হায়রিবা অসিশু পোৎলম কয়ামুক্কা পুল্লগা পেনা ওইনা মখোনথোক্ল

খোংবয়াখি পেনাগী পোৎলম পেনা মরু চৈজিং শরিক উয়েক উতোং শমৈ চুম্বুন লৈনা তেংখল উচান ময়েক হায়রিবসি অমৱাৎপদা খোংবা মখোল থোকউয়াদে উয়েক্কী মতোন্দা হোরিবা পেনাল মরুগীদা হোংরিবা মখু অনি অসিগা থারগা ১২গা নিথোইনি মসি তাইবং মীওইবগী থোং তরাগানিথোইনি হায়রিবা তরাগা নিথোই অসি কুলু লৈমরেন্দা মমিংগা কোন্ননা য়াওরি মসিবু নুংগী ওইবা থুপ্নলৈরি ফোংনা হায়দোকপদা ইকাই খুম্নবা খরলৈ মরম অদুনা পুন্না পেনা হায়রগা খংনবে। মরম অসি লৈমনা কুলু লৈমরেন অনিনা পেন্নরে হায়বগী পেনা কৌই হায়না পেনাগী হৌরকফম পুয়া লইরিক্তা ইরি। অদুনা অশৈবা পেনা খোংবা ওজাশিংনা শৈরোই শৈথাবদা য়েৎনা পায়বা চৈজিংনা পঙ্খৌইপাগী শকতমনি। থাদা পমলিবা পেনানা পলেম ইমানি হায়না শৈথারিবা অসিনশু শেংনতাকলিম সি য়াম্না লুখ্রবা চুমলবা ৱানি।

অহানবা পেনা অসি করিনা ওইরগা খোংলম্বগে হায়রবদি পেনা মরুনা খোম তুম্বনা ওইরম্মী চৈজিংনা নোং শরিক হায়বা অদুনা ওইরম্মী শমৈনা শামদোন অয়াংবগী শমৈনা ওই মসিগী মথক্কীদি কুলু লৈমরেন অনিগী ওইনা লৈখ্রে। মসিনা মথংদা পেনাগী মরু ৱারুনা ওইরে। মসিগী মথংদা তখেন্দগী খোমানা য়ুবীপুথোকলকতুনা য়ুবীনা মরুওইরে য়োৎনা চৈজিং ওইরে শরিকনা শেন্না হৈরগা ওইরে।

পামহৈবগী মতমদা অশৈবা শংলিংলে শংলাকপা হাপলো হিদংনচিংবা হাপলে। মরম অসিনা পেনা হায়বসি মীওইবা ঐখোয়গীদি য়াম্না মরুওইবা অমনি। চকপশিংগীদি শিবা মতমনা পেনা য়াওই ঈশৈনা শিংকুমলোন হায়বশি শকতবয়াদে।

---

১ নং

লৈকং লাইগী

## জগোই খুথেক্কী মওং খরা







লাইচিংথোকপগী জগোই মওং










## হকচাং শাবগী অগোই খুথেক্কী মওং



১বা খোইদৌ শাবা



২শুবা লব্রাই শাবা



৩ শুবা চিরা শাবা



৪ শুবা কোকচি শাবা



৩ শুবা লাইবক শাবা



৬ শুবা মীৎচি শাবা



৭ শুবা মিৎ শাবা



৮ শুবা নখাং শাবা



৯ শুবা নাতোন শাবা



১০ শুবা নাতোন নাকচি শাবা



১১ শুবা খজাই লেংওন শাবা



১২ শুবা নাতোন শুমাং শাবা



১৩ শুবা চিনবান মথক মখা শাবা



১৪ শুবা য়া শাবা



১৫ শুবা খদাং শাবা



১৬ শুবা নাকোং শাবা



১৭ শুবা লুখম শাবা



৬ শুবা মীংচ শাবা



৭ শুবা মিং শাবা



৮ শুবা নখাং শাবা



৯ শুবা নাতোন শাবা



১০ শুবা নাতোন নাকচি শাবা



১১ শুবা খজাই লেংওন শাবা



১০ শুবা নাতোন নাকচি শাবা



১১ শুবা খজাই লেংওন শাবা



৬ শুবা মীৎচি শাবা



৭ শুবা মিৎ শাবা



৮ শুবা নখাং শাবা



৯ শুবা নাতোন শাবা



১০ শুবা নাতোন নাকচি শাবা



১১ শুবা খজাই লেংওন শাবা



১০ শুবা নাতোন নাকচি শাবা



১১ শুবা খজাই লেংওন শাবা



৩৪ শুবা ফৈবোম শাবা



৩৫ শুবা খুউ শাবা



৩৬ শুবা খুবোম শাবা



৩৭ শুবা খুমিৎ শাবা



৩৮ শুবা খুনিং শাবা



৩৯ শুবা খোংনম শাবা



৪০ শুবা খোংপাক শাবা



৪১ শুবা খুদোল শাবা



৪২ শুবা খোংশা শাবা



৪৩ শুবা খুজিল শাবা



৪৪ শুবা খোংশা মতোনগী ময়ি শাবা



৪৫ শুবা খুয়া থম্বাল শাবা



৪৬ শুবা হকচাং লংবুম শাবা



৪৭ শুবা থব্রাই নিবা



৪৮ শুবা থব্রাই হাপ্পা



৪৯ শুবা চুক য়ুংবা



৫০ শুবা পরিং কোনবা



৫১ শুবা উখুন তানবা



৫২ শুবা য়ুম্বীরেল হাপ্পা



৫৩ শুবা হুমদাং য়ানবা



৫৪ শুবা ই কুপ্পা



৫৫ শুবা শাই ককপা

## উমং লাই পাখংবগী মখল মখলগী মান্নবা মমিং

চক অসি মীয়াম্না খংনরিবা অসি মরিখক্তনি হায়নরি কোহংকো কৌবা চক অমা। থোইহংকো কৌবা চক অমা। তৈয়োংহংকো কৌবা চক অমা। পোহংকো কৌবা চক অমা মৈতৈগী অরিবা পুয়া লাইরিকনচিংবা অসি হয়িচক্তগী ঙাক্তা ওইনা অয়াম্বা ইরমই। হয়িচক হয়াচক হায়বা অনি অসিনা চক অনি ওইবা। লাংবা চক কোন্নচক অসিদি মী লাই খোমজিন তাশিনদুনা লৈকক লৈয়ারেন পান্নদুনা লৈথংলেম পোকয়ে লৈথংলেন্না লৈতাংলেন পোকয়ে লৈতাংলেন পান্নদুনা লৈতোংলেন পোকয়ে। লৈতোংলেন্না লৈফুরেন চনু পান্নদুনা লৈতংলেংদাংশাংবা পোকয়ে। লৈতোংলেন্না লৈফুরেন চনু পান্নদুনা লৈতংলেংদাংশাংবা পোকয়ে। লৈতাংলেংদাংশাংবনা কোনফু লাইফু চনু পান্নদুনা কোনশৌরেন পোকয়ে। কোনশৌরেন্না লাইয়েক লাইখু চনু পান্নদুনা শেন্দ্রেং পোকয়ে। শেন্দ্রেংনা লৈনুং য়াবীরোক পান্নদুনা নোংদা লাইরেল পাখংবা পোকয়ে। নোংদা লাইরেল পাখংবনা লাইসনা পান্নদুনা খুয়োয় তোমপোক পোকয়ে হায়বা লাইরিকসু থেংনৈ অমনা অতিংকোক গুরুনা কোনজিন তুথোকপা পোকয়ে কোজিন তুথোকপনা লৈকক লৈয়ারেন পান্নদুনা লৈশংলেন অশংবা পোকয়ে। লৈতংলেন চনুনা লাইতোংলেন অতোংবা লৈফুরেন চনুনা লৈতংলেন লিন্দাং শাংবা কোনফু লৈফু চনুনা কোনশৌরেন লাইয়েক লাইখোং চনুনা কুপত্রেংনে শেনত্রেংনে অনিমক পোকয়ে শেনত্রেংনা নিংথেম ওই। কুপত্রেংন অঙোম ওই। পিরিৎনু অহুনু অরৈবা মাইরেং হৌবা চনু নোংদা নোংখল লেশ্বী লৈনুং য়াখু য়াবী চনু চাকখা নুরোন পিরোন য়াম্বী য়ুমজাও লৈমা ওইবী লৈমা অহুমলক ওইবী নিংথৌ অহুম্না পান্নবী নোংদা লাইরেন পাখংবা পোকয়ে।

মতৌ অসুম তৌনা খুয়োয় তোমপোক্তগী মথং মথং শমথরকতুনা ইবা নিংথৌদি মৈদিংঙু বুধচন্দ্রা মহারাজ ওকেন্দ্রো ফাওবা মথং মথং মীগী নিংথৌ মখৈদি ইবা লাইরিক থেংনৈ।

মসিদা খ্বাইদগী লুরিবনা মালেম লৈরেন হনবী ইমা লৈমরেন্না থা ১০ নাউপুরগা পোকলবা ইমা লৈমরেনগী পিপুকনুংদা লৈরে হায়বা খংনবা লৈনুং লোলজা অরিবা হায়না কৌয়ি। মহাক্কী ইবেম্মনা লৈমা লৈয়োয় নুরাবী হায়না কৌই।

মসিগী মথং অনিশুবা পাখংবা তাংজা লিলা পাখংবনা মহাক্কী ইবেম্মনা ঙাঙোই কোন্দে নুরাবী হায়না কৌই। অহুমশুবা পাখাংবনা লোলাং পাখংবনে মহাক্কী ইবেম্মনা য়াইবী লৈমা কৌই। মরিশুবা পাখংবনা নোংদা লাইরেন পাখংবা মহাক্কী ইবেম্মনা লাইম্না হায়না কৌই।

মসিদসু নত্তনা খুল কয়াদা পাখংবা য়াম্না লৈরি। অদুগা পাখংববু ওইরবদি লাইম্না লোইনা লৌব্রা পান্নবরা হায়বদি পান্নদে। লাইশক অদুগী মতুংইন্না মমিং মান্নদে। মসিগী মতাংদা উমং লাই খুন্দাবা কৌবা লাইরিক অদুদা য়াম্না কুপ্না লৈরি। শমলপ্না খরদং হায়জরবদা শামুরৌ লাকপা হায়রিবা ইবুংঙো অসি পাখংবনি শামুরৌদা মপুং ওইনা লাৎতুনা লৈ হায়বগী পোইরৈতাবনা শামুরৌ লাকপা হায়নরি। অশেংবদি পাখংবনি শামুরৌদা লাকপা হায়বনি। অদুবু পেনানা হরাউরি। পেনা শেমলিঙৈদা শামুরৌ য়ৌরে হায়বসি ইবুংঙো অসিগী মতাংদা থোনখিবনি হায়রিবা ইবুংঙো পাখংবা অসিনা মোইরাংদা শম্ভোংলোক চীঙবু লোক্তা চহি কয়া মরুম লোৎতুনা লৈরুবদা মদু করিদগী লোৎলুরিবনো হায়বদি মৈতৈ লৈপাক অসি করিগুম্বা ব্রাথোক অমদগী কংজাই খুজাইনবা অমা থোকখি। অদুদা লোৎলুবনি। কুইনা লৈরকলবদা মোইরাং থাংজিংনা কুইনা লৈরবদি ফররোই হায়দুনা থেমদুনা থাংজিংনা লফুগী পোং অমা শারগা নাহাবামোইরেংজামবনা পেনা লমইনা খোংদুনা থিংকৎলকলে। নাহাবামোইরেংজাম্বা হায়বসি পেনা খোংবনি। পাখংবা অসি কংলৈ য়াকারকলে কারকপা অসিদা পেনা চৈজিং নানথোক্লুবদা মোইরেংজাম্বনা লফু অদুদা পেনা চৈজিং অসি য়ৈশিনবদা লফুনিনা ফুৎ ফুৎ চংদুনা য়ৈশিনবা য়াদ্রে মতম অদুদা পাখংবদি শামুরৌ য়ৌরে পাখংবনা ইপুদি পেনা ইখোং খোংহৌদে ঐদি শামুরৌ য়ৌরে হায়বা অদুবু হৌজিক ফাওবা পেনা শেমলিঙৈদা শামুরৌ য়ৌই হায়বা অমা হায়নরিবা অসি মতম অদুদগী লৈরকলবা ব্রানে। মতৌ অসুম্না শামুরৌদা লাকলিবা পাখংবা অসি লোলাং পাখংবনি। মহাক্কী ইবেম্মনা য়াইবী লৈমা কৌই। মতৌ অসুম্না পাখংবা অসি খর খায়দোকলি।

কোইরেংগৈদা লৈরিবসি নোংদা লাইরেন পাখংবনি। নুপিদি লিক্লা লৈমা ইবেম্মনি। নুপিদনি মমিং হোংবা ইবুংঙোদি হোংদে। মসি করিগীনো হায়রবদি ইবেম্মা লিক্লা লৈমা ইবেম্মনা হংগেল তুরেন হায়বা অসিদা ঈন চিংদুনা লৈরিঙৈদা

ইবুংঙোনা উঙাম শাদুনা তুরেন মনুংদা চিংলকপদা ইবেম্মনা উঙাম চিংবীগনু ইবুঙো ঐগী হংগেল শোক্কনি হায়রবদা ইবুংঙোনা লমলক লুথুম্না শারদুনা মতম খর ইবেম্ম লিক্লা লৈমগা পান্নদুনা লৈখি। অদুনা নুপিদনি মমিং হোংবা পাখংবদি মমিং হোংদে।

## পাৎশোই তাউমং পাখংবগী মরম

পাৎশোই তাওমং পাখংবা অসিনা করি পাখংবনো হায়রবদি শেলোয় নোংমাই চীঙদগী লাইরেন নাওথিংখোংনা ফম্বাল কারকপা হায়বা ৱাফম, অমা লৈরি। নোংমাই চীঙদা লাইরেন নাওফোংবগী মচা নাওথিংখোংনা কংলা শুরুং য়েংলুরে হায়বা ৱাফম অমা ৱাথোক ওইবদগী শেলোয় নোংমাই চীঙদা চেনদুনা লোৎতুনা লৈরুরে। ইবেম্মা পেতংঙানা ইবুংঙোবু মহাক্কী কাঙখল মরুমদা লোৎতুনা থমই। নোংমদি শেলোয় নোংমাই অসি মনিন নাইরকলে। নংবু পোকপা পম্ভৌনা নাওথিংখোং হায়বা নিপা অদু থমগনু থমলবদি শেলোয় তাক্কনি নোংমাই তুমগনি হায়রকলবদা ইবেম্মনা, ইবুংঙোবু ঐনা কন্ননবা হোৎনজগে হায়দুনা লোৎতুনা লৈরকপদগী নোংমগী নুমিৎ অমদা কংলৈনিংতৌগী অকনবা পাও অমা লাকলে। করিগুম্বা লৈরমলবদি শেলোয় নোংমাই তুমগনি হায়না অমুকসু পাও লাকলে মতম অদুদা কনাগুম্বগী য়ুমদা লৈবরাহায়দুনদা শেলোয় নোমাই খুঞ্জা হৌনা য়ুমথোং খুদিং চংদুনা থিরক্লে। মদুদা থেংনরে ইবেম্মা পেতংঙানা হায়জরকই শেলোয় ইপাচা নোংমাই ইবুংখোয় ঐগী নিপানি নোংমাই তেংনা য়ুম কাদুনা লৈরবদি মহাকপু হাৎপীগনু হায়জরকলবদা ময়ামনা য়ারোই হায়রবদা ইবেম্মনা চাক চরা অমত্তা থোংলগা চামিন্নখিগে হায়জৈ চাক থোংদুনা চাবা য়াররোই হায়রবদা অদু ওইরবদি পান মরু অমত্তদি ফুৎলগা চামিন্নখিগে হায়দুনা নুং মতুম মতুম ফিনা য়োমলগা খরুং অমদা পান মরু শাদুনা ফুৎলে মতম অদুদা ইবেম্মনা শেলোয় মপাচা পুম্বা লাকলিবা মীশিং অদু য়ু পিথক্তুনা য়ু ঙাওহল্লে পান মুনগদৌরে ঙহাক্তা ঙায়রে হায়দুনা ময়াম অদুনা য়ু মপুং ফানা ঙাওবা ঙাইদুনা লৈরে। শেলোয় মপাচা পুম্বা য়ু ঙাওদুনা তুদুনা লৈরিঙৈদা ইবেম্মনা ইবুংঙো চেলহৌরো হায়দুনা লোন্না চেলহলখরে। ইবুংঙোনা চৎলমদাইদা ইবেম্মনা ইবুংঙো পম্ভৌনা লৈখিদরবা মতমদা নোংমা নত্রগা নোংমদি ইবুংঙোনা শোইদনা মৈতৈগী নিংথৌ ওইরক্কনি মতম অদুদা ঐবুসু মৈতৈ লৈমা অমুক্তা ওইহনবীয়ু হায়রবদা ঐনা শোয়দনা ওইহনগনি হায়দুনা

শরি নামুং শোননরগা ইবুংঙোনা লোয়য়ারাকপগী মশাইকোন লোইজিং অসি তমনা চৎলগে হায়দুনা কোংবা ঙাচিথেন ৱাখৱাকপা মশাইকোন কোংবা ঙাচিথেন অদুদগী চীঙঙা পীশুম য়ৌরকলে। মতম অসিদা হুয়ত্ৰাওবী লমনুংশি মালং থমনা পোকপী হুয়ত্ৰাওবী হায়বা অসি য়ৌরকলবদা ঙাল্লিঙৈদা চংবা য়াদবনা করিগুম্না নাওফোংবনা উখিগনি হায়দুনা মমশুক মমশুক তৌরকলবদা তাকয়েলপাৎ অসিদা কদায়না লুবগে কদায়না থেনবগে হায়বসি খংদ্ৰবদা তাকয়েল অসিদা ইবেম্মা পোইরৈ হানবী হায়রিবা অসি লাই ওকনবদগী মপুক অসি কংখৎতুনা হনুবীগী মশক মাল্লদুনা কোকশেৎ অমা শেৎতুনা ইন চিংদুনা লৈরমই ইবেম্মা অসি চনুরা লৈশাবীনি অহল নত্তে। মতম অদুদা ইবুংঙোনা হংলকই হো ইমা ঈশিং অসিবু কদায়না লুবগে কদায়না থেনবগে অমুক্তা তাকপীয়ু হায়রকলবদা। ইবেম্মনা হা ইবুংঙো ঐহাক অসে হন্নু মালৈ কাবা অহল নত্তে লৈশাবীনি নহাক অসিবু। নাহাননোং মেরাগী উকায় কাপখিবা মতমদা লাইরেন নাউফোংবগী মপারি নাউথিংখোং হায়বা ৱাংগোল নিংথৌ ওইদুনা শামু মথক্তা তোংদুনা শাবল লমথোকলম্না অদু মাল্লে ওইবরা মহাক অদু লৈপাকনসু ঙাঙনৈ স্না কোনুংদা লৈতে হায়দুনা ঙাঙনৈ। থিবসু থিরি হায়না তাজৈ অদুবু খজিকয়ে হায়না ইবেম্মনা হংবসিদা ইবুংঙোনা ঐবু মশক খঙলমাল্লে হায়না মানবা ওইরিগনি পলেম হায়রবদা য়ে ঐবু অমুকসু পলেম হায়না পাওদোইবীরেনা। নত্তে মচা ইবুংঙোদু ওইরবদি ঐগী পুক অসি কংবনা লাংহে কুমশিং য়ামলে লোইদাম থাশিং থিঙমদরে। কোকচরো হায়না অমুক্তা তাকপীয়ু হায়জরবদা ফরে অদু ওইরবদি নহাক্কী নপুক কংলিবদো নপারি অমা হেক ফংজরো হায়না তাকপীরবদা হে মদুদি ঐদি ইপুরোইবা লৈজদ্রি চনুরা লৈশাবীনি নিংথৌ মচা ইবুংঙোগী নয়াথং অদুদি লেমনা মাংবসু য়াররোই কমতৌনি ইবুংঙো ঙসি অহিং অসিমতদি ঐগীদা পোথাবিরো ঐ সেবা তৌজগে হায়রবদা ইবেম্মগী মরানয়াইদা অহিং অমা পোত্থাখি হায়বগী লাওথিংখোংনা ফমকাবা হায়বনি। ফমবাল কাবা হায়বা অদুদি কোন্ন নিংথৌ ওইরকপদা কাবনি। মদুদগী ইনুং শিখোঙ নোংঙাল্লবদা ইবুংঙোনা তরা চৈয়োমও ৱাংলৈ য়ুহাললো ঐদি লোয়য়ারাকপা মশাইকোন য়ৌগদবনি হায়রবদা ইবেম্মনা ইশাগী লাইথুং লায়নসু কোকচরগে অদুগা ঙরাং ইবুংঙোন নপারি অমা ফংজরো হায়না তাকপীরে ঙসিসু পারি অমতং ফংজরগে হায়না নিজরবদা ফংজরো হায়না তাকপীরে। অদু কৌরৌ নোংগীবু মপারি অনি পুন্না

ফংয়ে ইবেম্মনা মপারি অনি ফাইবোক পোকই হায়বগী অদুনোংগীবু ফাইবোক থোংওতৌনা কৌই। মচা অহলনা নাউহল কৌখি। অতোম্বনা নাউরেম ওইখি। করিগীদমক নাউরেম কৌখিবগে হায়রবদি নাউ অমা হেল্লে নাউ হায়বদি অঙাং অমা হেল্লে হায়বনি অদুগী নাউরেম থোনখি। মসিবু লাইনা মী ওইখিবা অসিসু মতম অদুব্রাইদা থোকখিবগী ব্লারিসু য়াওরি। খুল ওইনসু লৈরি নম্বোল নাউরেম । নাওরেম চাব্রৌ। অদুগা হায়রিবা খুল অসিদা পাখংববু উমং লাই ওইনা লাৎপদি লৈতে। মরননাই ওইনা মনুংদা লাৎপদি লৈরমবসু য়াই অদুগা ককচীঙ হায়রিবা খুল অদুদদি নাওহল পাখংবা অমদি নাউরেম পাখংবা হায়না উমং লাই ওইনা লাৎতুনা লৈরি।

পাৎশোই তাউমং হায়বা অসিদা লৈরিবা নাউথিংখোং পাখংবগা ইবেম্মা পেতংঙাগা অনি অসি মরিনি। অনি অসি কমদৌনা লৈরকলিবনো হায়রবদি মথক্তা থোকখ্রিবা ব্লায়াম থৌয়াম লোইখরবদা নাউফোংবনা নোংঙ্গাখ্রবদা লৈপাক অসিগী নিংথৌ ওইবীনবা লৈত্রবদা নাউথিংখোঙনা নিংথৌ ওই। মতাং অসিদনি নাউথিংখোংনা ফমবাল কাবা হায়বসি। মরম অসিনা ফমকাবা হায়বা অমা ফমবাল কাবা হায়বা অমা অনিথোক্লা লৈবা অসি মরম অসি লৈবননি।

মতাং অসিদা নাউথিংখোংনা নিংথৌ ওইদুনা ফমবাল কারকপা মতম অদুদা ইবেম্মা পোইরৈহানবীনা মৈতৈলৈমা ওইদুনা লৈমিন্নখিবা অদুদা ইবেম্মা পেতংঙাদা শেলোই মপাচা ময়াম্না হায়রক্লে নহাক্লা মতম অদুদা য়াম্না ব্লারু নোংজু থোকপমখে কনখিবদো হৌজিক্তী করি থোকলে। নহাকপুদি মৈতৈলৈমা ওইহনবীদ্রে হায়না ময়াম্না মীনোক্লরকলবদা ইবেম্মা পেতংঙানা শাউখিদুনা মহাক্লা পাল মরুনি হায়না ফুৎখিবা নুং অদু ফিগাওদা য়োমলগা পুদুনা কোনুংদা লাকলে। ( মতাং অসি ইবেম্মা পেতংঙাগী নোংগারমদাইনি) মদুদা ইবুংঙো নাউথিংখোংনা য়েংবদা হাইফেৎসু নিংশিবগুম তৌই হাওনুপী অসিবু কনা ওইরিগবা। ঐনদি শাজেন লানজেনদা লৈরবনিনা কদাইদগী ওইরিগবা হায়না খললীঙৈদা । ইবেম্মা পেতংঙানা অদুরা মৈতৈনিংথৌ হায়নখিবা ব্লাবু কাউরবরা নাহাননোং য়াইবী থব্লায় মাংলমদাই ঐনা নথব্লায় কনখিবদো হৌজিক্তি নংগী অপাম্বনা মৈতৈলৈমা ওইদুনা শমুওইরোম থংনা লৈবদুদা নহাক ঐবু কাউরমাল্লে হায়না মীৎলুদা লাইজ পীরাং শিঙ্গুদুনা য়াম্না নুংঙাইতবা ব্লাহে অসি তাবদা। নাউথিংখোংনা ঐবু ইমা শক্লা থব্লায় কনবিরকলবনি লাও লাও ইমা ঐগী ইতমপাক অসিদা ফমলরাও

হায়রবদা ইবেম্মনা খুমলকই নংনা ঐবু লৌরোইদবগী ইমা হায়না কৌবনি ঐদি নংগী ননাক্তা চংলরোই অদুনা হয়েং নিংথৌ মরোন মরোন কয়া ওইরবসু মৈতৈগী নিংথৌ হায়বা নখোয় অসে ঐনা লাক্তুনা স্না হকচাং হেক শোকলম্বা নুমিৎ অদুদগী চহি অহুম থা অহুম নুমিৎ হুমনি হেক শুবদা শিবা ওইরশিনো হায়রমলগা ব্রাকল পছোং হায়রিবা এ আর লৈরিবা অসিগী মমাং ব্রাংখৈ শোরোক ময়াদা ফিগাওদগী নুং অদো হৈদোক্তুনা থমলমলগা য়ুময়াং খায়না য়ুমজাও লৈমা হায়না নোংগাখি মসিশু ইবেম্ম পেতংঙা নোংগারোন হায়না য়াম্না চাওনা লৈরি।

( মতাং অসিদা পঞ্জনিংবনা হায়রিবা য়ুমজাও লৈমগা নিংথৌশিংগা উনবদি শুকয়া য়াদে পাখংববু ওইরবদি লাইস্নাগা লোইনা পান্নবরা হায়বদি নত্তে।)

পাৎশোই খুঞ্জাওদা লৈরিবা ইবুংঙো পাখংবা অসিনা করি পাখংবনো হায়রবদি নোংদ্রেন পাখংবনি হায়নরি নোংদ্রেন পাখংবা নোংদা লাইরেন পাখংবা অনি অসি মশানি। মথক্তা পনখ্রিবা লিক্লা লৈমা ইবেম্মগী ইনচিংফম হংগেল তুরেন মনুংদা ইবুংঙো পাখংবনা শাবল লমথোকপা শাদুনা উঙাম চিংবনি হায়দুনা লমলক লুথুম্বা শাদুনা লৈবা অদুদা ইবেম্মা লাইস্না অসিনা খোয়নৌ মতা ৭ পু কৌরগা ইতারোই ঐখোয়বু ইবুংঙোগী তুং কোয়না ইনবসু ঙমলোই ইবুংঙোদি কোয়না চৎপনিনা তম্বা ওইবা মহৌশা ওইবনা অদুনদি ঐখোয়সু করিগুম্বা অমা শাসি হায়দুনা শারবদা মসিদি খর পিকমনখরে লাইগী ইরুক ওইবদি য়াররোই মীওইবা অমনা চাবদা ওকপা য়াবগী চাং ওইহৌরশিনো থব্রাইরুক হায়না খংনরশিনো। মী অমনা চাবা ওকই হায়দুনা মীগী মমিং লৌদুনা মীরুক হায়রিবা অসিনি। মসি অহানবা ইবেম্মা লাইরেম্মা ৭ না শাগে তৌবদি লোংবু শাগে তৌবনি লোং ওইবা য়াররোই হায়দুনা মীরুক ওইখিবনি। মথংদা লাইরেম্মা ৭না পৈয়া অমমম পুরকলগা লোংবু শাখি। মরম অসিনা লাই হরাউবদা পৈয়া চেপসিলোং শঙ্গাই য়াইনপলোং ফুমথি হামৎলোং চোমলাং খোংথিললোং নোংদা লাইরেন পাখংবা খোলকৎলোং। অরোইবদা নবেছৌ লাইস্না চেৎকোৎলোং হায়রিবা অসিনি। লোং অসি ইবেম্মা লাইস্নানা ইবুংঙোনা চৎখিবা অদুগী মতুংইন্না লেমলৈ ঙাবুখোলবা শাদুনা খোললি।

(খোল্লিবা মফমসি কদায়দনো হায়রবদি)

নিত্যাইপাৎ চিথেক্কী উকু অমা লৈরিবা মফম অসিদা খোল্লি মফম অদুবু

খাখোং হায়না খংনৈ। অদুনা অশৈবা পেনা খোংবশিংনা শৈথাবদা খাখোঙ পাত্তা লোংখোনবদি লেমলৈ করি ঙাবু ফাবনো হায়না শৈথারি। মফম অদুদা ইবেম্মনা খোনবদা হুপনুবী মচা অমা লকই হুপনুবী নংবু খোন্দেদা শাবী লাইরেন মচা পাম্মুববু খোনবনি উবরা। নংগী নশাবী লাইরেল মচাবু ঐনা খঙবরা হায়না মমিৎ খানা য়েংলমই হায়না ইবেম্মনা ফজদেদা ইতারোই উদে খংদে হায়রগা লোইরে নমিৎপু খানা য়েংলমমি হায়বগী ইবেম্মনা ঙা অদুনা মমিৎ খানা য়েংলময়ি হায়বগী মমিং ঙাখা হায়না থোনখি। মদুদগী লোক্তাক মরুদা অমুক খোল্লি লোক্তাক মরু হায়বা মফমদি পোষ্ট ওফিস লৈরিবা মফম অসিগী মনিং অদুদনি লোক্তাক হায়বা মফম অসি মোইরাংগী লোক্তাক অসি নত্তে। মফম অসিদা অমুক খোল্লে লোক্তাক ঙা নুরা শমফবা ঙারা অমা অমুক লকলে লেমলৈ নংবু খোন্দেদা ইশাবী লাইরেন ইনেমমচাবু খোনবনি উবরা হংই মদুদসু নংগী নশাবীবু ঐগা চৎমিন্নবরা কনানা খংজবগে হায়রগা মুকলমই অদুগা চংখি মদুদা ইবেম্মা উদে হায়রগা লোইরে মুকপু মুকলমই হায়দুনা লেমলৈ অদুবু মুকলাং হায়না থোনখি। অদুনা ঙাগী মমৈদা মুককুম্না অমা নমলিবা অদুনি।

মদুদগী লাইখোংপাত্তা অমুক খোল্লে মফমদি পুরৈরোম্বগী খোংনাংগী অন্নাংথংবা উকু অমা লৈরিবা অদুদনি মদুদা খোনবদা খুনুবী মচা অমা লকলে লেমলৈ নংবু খোন্দেদা শাবী লাইরেন মচাবু খোনবনি উবরা হংবদা ঐগী তুং ইল্লকউ ঐ লমচিংগে হায়দুনা লমচিংই ঙা অদুগী মমিংনা লমচিংবদগী ঙাচিং হায়না থোনখি। মদুবু পোইরৈতাবনা খজিং ঙাচিং হায়নৈ।

মদুদগী ইবুংঙো পাখংবনা ইবেম্মা লাইস্না অসি য়াম্না লমহেল্লে অকোয়বসি থিরক্কদৌরে হায়দুনা তাংজ লীল ওন্দুনা নুংজেংদা চংলক্লে মসিদা চংলকলিবা মফম অসিনা মরোংখোং হায়রিবা খোংজিল পীদবললীয়ু লৈরিবা অদুগী অন্নাং থংবা চাখাবা তুরৈথেক্তগী হাইদোক্লক্লগা নুংজেংদা চংদুনা লৈরে। মতম অদুদা ইবেম্মনা লোং অদু অমুক্তং খংকোৎ কোৎলুবদা লীল ওইনা অমা লকলে মদুদা ইবেম্মনা খংখিবদগী লাইচুরে অদুনা হৌজিক ফাওবা লাইচুবগী নুংজেংদা খয়োম লাকনরিবা অসিনি।

অদুনা পাৎশোয় খুনজাওদা লৈরিবা নোংদ্রেন লাইরেন পাখংবা হায়বসি নোংদা লাইরেন পাখংবগা লাইস্না অনিগী মশানি। অদুনা ইবেম্মা লাইস্না না লোং হায়বা অসি পুথোকখি। অদুনা পাৎশোইদা লোং অসি অয়াম্বা শানৈ শাবসু নুপিনা অয়াম্বা শাই।

মসি লাই হাক্তকতগী ইবেম্মনা পুথোকখিবা অদুননি। অরিবা লাইরিক্তা অসুম হায়না ইরি। হায়রিবা থৌরমশিং অসি হৌজিক হৌজিক লৈরিব কোনুংগী অকোয়বদা লৈরিবা মফম অসিদনি।

মতৌ অসুম তৌনা পাখংবগী লাংঙোল অসি মথং মথং লাকপনা লৈনুং লোলজা অরিবা হায়বা পাখংবা অসিগী লাংওন্না তাংখুল হুয়তোপ পাখংবা হায়দুনা পাঙঙল তাবীদা লৈরিবা অসি লৈনুংলোলজা পাখংবগী লাংওলনি। শুগুনু নুংথোংদগী লাকপনি পাখংবনা উচেক লাংমৈ ওন্দুনা পামেল উতোন্দা তোংলগা কোয়না য়েংলমই হায়বগী লমলেল অদুবু লাংমৈদোং হায়না কৌখিয়ে। অদুনা লাংমৈদোংদা লৈরিবা পাখংবা অসি য়াম্না লুবা পাখংবনি। ইবেম্মগী মমিংনা লৈয়োয় নুরাবী হায়বসিনি। অদুনা হৌজিক ফাওবা ওকনা শরেন কৎতবা য়াদে কনাগুম্বনা শরেংনা মহুৎশিন্দুনা কৎলুরবদি কৎলিবা মী অদু হেক্তা শি অদুম তৌনা লাকপা অসিনা পাখংবগী লাংওন অসি য়ামই।

(চোথে থাংমাই পাখংবা হায়বা অমসু লৈরি) মসি করি পাখংবনো হায়রবদি চোথে খুল্লাকপগী মচা ইবেম্মা খমলাংতাওবী হায়বা ইবেম্মা অসিনা শগাই পাবলথক্তা পম্বৌগী খালৈ লৌ ঙাকই মতম অসিদা ইবুংঙো পাখংবগা নুমিৎ খুদিংগী তরা চয়োম থোক্তুনা চাক চামিন্নে মতম অদুদা ইবুংঙো পাখংব অসিনা মীগী শকতম ওইনা লাকই। ইবেম্মগা হয়রাং লোলহায়না লৈরাং লোলজিন্নদুনদা লৈরকপদগী নোংমদি তরা চয়োম অদুদা তিলহৌ চনম য়াওরম্বদগী ইবুংঙো পাখংবা অসি খোংনা লাওনা লোকনুংদা চেনথখরে মদুদা ইবেম্মনা য়াম্না নুংঙাইতনা মরানয়াইদা হল্লকলে। মতম অদুদা পলেম পম্বৌ অনিনা ইমোম অসি লৌ ঙাকপা অসি য়াম্না রারমাল্লে হয়েংমখৈদি চৎহললগনুসি হায়না খননরে ইবেম্মা হয়েংমখৈদি ইমোম রারগনি চৎলুরগনু হায়রুববু ইবেম্মনা য়াখিদে। মফম খংদনা মবুংঙোগা কায়নখিবা অদুদা নুংঙাইতদুনা। নোংঙাললগসু তরা চাক ঙন্না চারদুনা লৌঙাকপা চৎলি মবুংঙোসু লাকলে। মতম অদুদা ইবেম্মনা ইবুংঙো ঙরাংগী অদু করি মতৌ কৌবনো। ঐহাক্তী কিবসু কিরে ইকসু ইকাইরে হায়না হংকৎলে ইবেম্মা কিরুগনু ঐগা য়াম্না পকনদব পোৎ অমা য়াওরমদুনা তৌবনি মতুংদদি য়াওরকলগনু ফরে ইবুংঙো অদু য়াওদ্রবদি চামিন্নবা য়াগদরা। য়ানি হায়নরে মদুগী মতুংদদি হায়রিবা তিলহৌ চনম য়াওহন্দা চামিন্নরে

ইবেম্মগী মশাদা লাকলৌ ফি য়াল্লে কুমশিং থাশিং লেপখরে। নোংমগী নুমিৎ অমদি ইবুংঙোনা ইবেম্মা মতম অমদা উন্নরসি ঙসিদগী ঐ লাকলরোই হায়রবদা অদুদি ইবুংঙো মতম অমতদি হায়বীরমমো হায়না হংকৎলবদা ইবেম্মা নহাক্কী পীপুকনুংদা লৈরিবা নাব্বা অঙাং অদুনা তাইবংমালংপান ফাওরক্লবা মতমদা পন্থৌগী য়েলবোল নুংদগী য়েললম ৭ ফারগা লমলেন মখাপাংনা পুরগা লাকউ য়েল অদুনা ঐ লাকলে হায়দুনা য়েলগী মশা অদুনা সেৎ সেৎ হেক ফুরগা কেক্রেক ক্রেক হায়না খোংলকপদা ঐ লৈরে হায়বা খংও ইবুংঙোনা হায়রমলে। মতম অদুদা ইবুংঙোগী ময়াথং তাবদা ইবেম্মনা ইবুংঙো খর তোয়না লেংবিরকউ হংকৎপবু ইবুংঙোনা ঐ থৌরম য়াম্না চিল্লি ঐ লাকপা ঙমলোই হায়রমলগা পাখংবা লেংস্ত্রে।

মদুদগী লোইদাম থা ১০ শুরক্লদুনা মপারি অমা পোকলে মতম অদুদা খমলাংতাওবী ইবেম্মগী পন্থৌ মপানা পলেম মমাদা অয়াকপা ব্বাহৈনা কয়ামরুম চৈ থাংগয়ি। নিঙোল ওইবীশিংগী লমচৎ মপুকপু পলেম মমানা খংদবা করিগীনো হায়না চৈরবদা। পলেম মমানা মচাদা পাওহংই ইবেম্মা য়েক শললাই খংবরা মমিং করি কৌবগে ইমাদা হাইয়ু হায়না হংবদা ইবেম্ম খমলাংতালবীনা পলেম ইমাও য়েক খংদে শললাই খংদে মমিংসু খংদে পন্থৌবু শাওহনবীগনু হায়জৈ । মদুদগী পন্থৌ মপা অসি লোইবী চীঙশাং মীয়ামগী মমাংদা ইকাইদুনা চরৈ নোংখুমননা লৈরকপদগী অঙাং অসি মাংহললগে হায়না খল্লদুনা নোংমদি পন্থৌ মপানা মচানুপী অসিদা ইবেম্মা তমদা কুমলগা নংগী অপাম্বা অমা লৈজরুরো অঙাং অসিগা ইপু ইশু লৈরমগে হায়দুনা চোথে নুংশুকচীঙ অসিদা থাংলেল অমা শিংজং অমা পায়রগা চংস্ত্রে। মদুদগী মপুনা মশুদা উতোং অহোবা অমা পীরে উতোং অসি ঈশিং থনদ্রিবা ফাওবা শোকলু হায়দুনা লোক অঙম্বা অমদা উরি অমা পায়হল্লগা কুমহনখরে উতোংনদি হোবনিনা ঈশিং থনবা ঙমদ্রে মশু অদুনা উরি অদু পায়রগা কারকপদা তংখায় য়ৌরকপদা মপুনা উরি অদু থাংনা ককথংলে মতম অদুদা অঙাং অদু নুং মথকতা হাইথদুনা তারে শিবদি শিদে অদুদা মপুনা শিরগদরা হায়বসু শিদে। অদুনদি কান্নররোই হায়দুনা অথেম্বরোমদা কারকও হায়দুন কারকলে। অদুদগী মপুনা য়াল্লীবা উ অদু তুগদৌরে উ অদুনা তুগদৌরিবা মাইগৈ অদোমদা মশু অদুবু ঙাকউ হায়রে। ইপু ঐদি পাঙ্গল শোল্লি ঙাকপা ঙমলোই হায়জববু মপুনা ঙাক্তবা য়াদে হায়দুনা ঙাকহললে। অদুদগী মশু অদু উনা নম্দুনা

লৈহৌরে মপুদি মোংবা মরানয়াইদা হললকলে। মতম অদুদা ইবেম্মনা হংজে পহৌ নশুদি কদায়দা চংগ্রে হংবদা ঐদি খংদে নংগী মতুং ইনথিবদুদি হায়রবদা। অঙাংদি চোথে নুংশুকচীঙদা উনা নম্দুনা লৈখরে পলেম মমানা মপারিবু কৌদুনা কপই। অসোমদনা ননলিবা অঙাং অদু চিংখৎপিরে অদুগা নং অসে ঐনা পোকপনি হায়না তাকপীরবদা। পহৌ ঐদি খংদে পহৌগী কোলোয় করি কৌবগে শললাই করিনো তাকপীয়ু হায়জরকলবদা পলেম নমাদা হংলুখো অদুগা লাকউ হায়না তাকপীরে। অদুদগী ইবুংঙোনা অঙাংগী মতিক খংহললগে হায়দুনা উ অদু মশা মরেং অমা ফাওবা য়াত্তুনা অঙাং অদুবু পুহললগা মপুগী শুমাংদা থমলে থম্বা মতমদা উ অচৌবা অমা তুবগুম মখোল য়াম্না হৌনা থাদবদা মপুনা খল্লি করিনো ঐগী ইংখোলদদি উ অচৌবশু হৌদে। পলেম মমাশু নিঙোল কাদা পিথ্রাইবীনা য়াজকা খোঙদ্রাইবীনা নাউশুমকা মসিদা মপারি কৌদুনা হোংঙা মীকপলিঙৈদো উ থম্বগী মখোল অসি তাবদা ইশুক গুক্লা থোং হাংদোক্নুনা থোক্লকই। উ অদুনা পহৌগী শুমাংদা তুদুনা লৈ অঙাংনা উগী মরুমদা লেপ্তুনা লৈ। মমানা কদায়দগী উনো খোয়য়ুম লাই লৌনম্ব নংনা তৌরিবা অসিবু পহৌগী ইংখোলদদি অদুক চাওবা উসু হৌদে হায়না গুক্নুনা লৈরিঙৈদো উগী মতোল অদোমদগী লাকলগা পলেম ঐ লাকলে হায়দুনা পহৌ মপাগা ঙাংনরকপা য়ারম পুন্নমক তমলে অদুনা পহৌগী খোংজুল অসিবু কমতৌনা তৌরগা লিশিবনো হায়না হায়জরবদা। ইমাগী ইবুংঙো ফরে নাহালনোং পহৌগী শগাই পাবলথক্তা হায়রম্বা য়াবু লৈয়ে পহৌগী কাইরৈ য়েনবোলনুংদগী য়েললম ৭ পুরগা লমলেন মখা পাংনা লাকউ অদুগা য়েল অসিনা হেক খোংলকপা মফম অদুদা ঐবু কৌরকউ পারি অদুগী কোলোয় মিংলেন থোনগে হায়রমই অদুনা ইনুংমা শিংখোং হয়েং নোংগা ঙাল্লগা থিবা চংলসি হায়রবদা মচানা হৌজিকমক চত্তবা য়াদে হায়দুনা করি অমত্তা চাও থকউ হায়বা য়াদ্রবদা ইবেম্মা খমলাংতাওবীনা ছম অমদা য়েল মচু ৭ ফাদুনা হাপলগা মমা মচা মখা পাঙনা লাকলে মচানা হায়রকই ইমা ছম অদু ঐ পুগে হায়রবদা মমানা পারি নংদি নপাঙ্গল শোল্লি ইমা পুগে হায়দুনা লাকপনা মোইরাংগী কংলা য়ৌরকলবদা য়েল ৭ অদুনা শাগল তুফাংয়েনা কেক্রেক্রে হায়না খোংলকপদা ইমাগী ইবুংঙো ঙাইখো ইমা নপন পহৌ নপা কৌগে হায়দুনা শাবী ইবুংঙো নাহালনোং তাকপীরম্বা নয়াথং কাউদনা নপারি পুদুনা লাকচরে মীংথোনবীররো হায়না

কৌজনকলবদা ইবুংঙো পাখংবনা নুংঙাইরদুনা চিরেন নারোং য়াওনা তাংজ লিলগী মশক ওইনা মীগী শকতমদি নত্তনা চোংথোকলকলবদা অঙাং অসিনা কিখিদুনা মমাগী ফিজি পায়রদুনা য়াম্না কিদুনা লৈরবদা খমলাংতাওবীনা ইবুংঙো নাহালনোং নমু তাইবঙ মীগী শকলাংথোং অদুবু ওইনা অমুক্তা লেংথোকপীরকউ হায়না কোলোয় পাওমেনজরবদা । ইবুংঙোনা চুময়ি হায়দুনা মীগী মশক ওইনা চোংথোকপীরকলে ইবেম্মনা নপারি মমিং থোনবীরো হায়না হায়জরবদা ইবুংঙোনা পারি নহাক্তী ইয়ুম কেগে মোইরাং লৈপাক অসিগী মপু নিংথৌ ওইগদবনি হায়না মোইরাং নিংথৌ থিংগৃ নাচাওবা হায়বা অসি অশেংবদি চোথে থাংমাই পাখংবগী মচামকনি মহাক্লা শেম্বনি মহাকমক্লা নিংথৌ ওইবনি হায়না উমাংলাই খুন্দাবা কৌবা লাইরিক্তা য়াম্না কুপ্না ইরি। ( হায়রিবা পুয়া অসি ওজা কয়াগী মফমদা থিরুবদা শ্রীঙারিয়ানবম কুলচন্দ্রা, ঐহাকপু তাকপী তম্বীরীবা পণ্ডিত লোইশংগী পণ্ডিত অচৌবা ওইবীরিবা ওজাগী মফমদগী ফংজবনি।)

অসুম তৌনা মচা ইবুংঙোনা মোইরাং নিংথৌ ওইদুনা লৈহৌরবদা চোথে তাংমাই পাখংবদি খেবুচীঙ হায়রিবা মফম অসিদা উ অহুম ওইনা শাইওনখি অমসুং হৌখি। উ অহুম অসি য়াম্না ফজরে হায়না মমিং চংলবদা মেন্দে নিংথৌ সোরাবনা য়াল্লগা উ অমনা য়াং ওইখি উ অনিনা য়ুমগী য়েৎ ওই অনিগী খাঙজু ওইখি মতম অদুদা মেন্দে নিংথৌ শোরাবা হায়বা অসি য়াম্না নুংঙাইনা চাকহোং ঙাহোংনা মেন্দে মনিন নাইদনা মরা তপ্না পাল্লবদা মোইরাং নিংথৌ থিংগৃ নাচাওবগী মতুংদা নিংথৌ মরোল অমদা । নোংমগী নুমিৎ অমদা মোইরাং নিংথৌনা মোইরাংগী অমাইবা হনবা ইপু অমাইহনবা করিনো ইরাংপুরিৎলাই ইতাউ ইবুংঙো মেন্দে শোরাবা অসি মেন্দে মনিন নাইনা মরাংহৌনা য়াম্না নুংঙাইনা পাললিবা অসিবু করিগীনো। ইয়ুম কেগে লৈপাক অসিদি লোক্তাক খরা শানা য়াম্না রানা অয়ুক রাহৌবা নুমিদাং রারোইবা অসিবু লোইবা নাইদে। হায়রবদা অমাইবহনবনা খুমই চুময়ি ইরাংপুরিৎলাইও নতাও ইবুংঙোদি নবুথৌ পাখংবনা য়ুম চংলে। লমলেন খেবুচীঙদগী উ অহুম য়াল্লগা মহাক্কী মুমদা হাপলিবা য়াং খাঙবু অহুম অদু নবুথৌ পাখংবনা ওনখিবা উনি হায়না খুমই অদুদি ইখোয়দি ইবুথৌ পাখংবনা নুংশিবীদ্রবরা নুংশিদবা নত্তে নিজবনা ফংজবনি হায়রবদুদা। মোইরাং নিংথৌনা উনবিনুংদা রাখল তৌরে মচা নিংঙোল লৈরবদি ইমৌ ওইনবা হায়রগে খল্লদুনা মনাই খরগা লোয়নদুনা নুমিৎ তারকপদা মেন্দে নিংথৌগী মরাল

য়াইদা থুংখরে মেন্দে নিংথৌনা য়াম্না হরাওনা তৌই। ইব্রাংপুরিং করি তাকপীগদবা লৈবনো হায়না হংই। মোইরাং নিংথৌনা ইতাও করিসু থোইনা লৈতে করিগুম্বা ইমৌ ওইবা য়াবা লৈরবদি অমত্তা য়েংগে অচম্বা মচাসু ইমৌ ওইনিংদে নিংথৌ অমগী মচা নিংথৌ অমগী ইমৌ ওইবনা ফগদরা হায়দুনা লাকপনি হায়রবদা অদু ওইরবদি ইতাওনবু সনা পুক্লিং খোয়জংবীরবদি ঐগীসু ইমোম অমখক তাংনা শাংলি মশকতি পংহেল হেন্দে ইতাওনবু খোয়দাবীরবদি ঐ হেক্তা পীজগনি হায়রবদা ফরে ইতাও হায়না ব্রারি শারিঙৈদা মতম অসি নুমিৎ তাশিললকলে মতম অদুদা মেন্দে নিংথৌগী ইমুং অসি থাংমৈ থানবগুম ইলং লংলে উ অহুম অদুগী মঙালনা মতম অদুদা মোইরাং নিংথৌনা খল্লি মোইরাংগী অমাইবা হনবনা হায়রকপা অদু চুম্বদি চুমলে হায়দুনা মোইরাংনিংথৌনা ফরে ইতাও লেকখরো হায়রবদা মোইরাং নিংথৌনা চাক্তি ইমৌ ওইগদৌরিবা অদুবু থোংহল্লো হায়দুনা মাঙ্গোলদা থোংহললে চাক অদু থোংবা লোইরবদা। মেন্দে নিংথৌ পানজুম্বগী মরাল নুঙ্গাইচীঙদা হৌবা চংবী লাদা তরা চাকথিরে। মেন্দে নিংথৌনা ইতাও ঐসু চাক চারুরগে। ইতাওসু চাবীহৌরো কোন্ন অমুক চাক চারগা ব্রারি শারসি হায়দুনা ইমুংদা চাক চাপ্তিঙৈদা মোইরাং নিংথৌনা ইবেম্মা হয়েং নহাক্লা ইকুগী ইরালয়াইদা লুহোঙলগা লাকপদা সনা লুপা করি অমত্ত পুরক্কনু, পল্লৌগী য়াং ওইরিবা উসিগা খাঙঙবু ওইরিবা উ অনি অসিগা অহুম অসিদা পুরকউ পুরক্তবা য়াদে। ঐনা হায়রমই হায়রুগনু হয়েং ইকুসু নোংঙ্গাপ্রবা ননেমনা নোঙ্গাপ্রবাদা ইচাগা ইমৌগা য়াম্না নুংঙাইনা মোইরাং লৈপাক অসিগী মপু ওইনা পান্নবনি হায়না তাকপীরমই। নোংঙাল্লগা মোইরাং নিংথৌসু মোংবা মরাল য়ায়দা হল্লগে হায়দুনা মেন্দে নিংথৌগা নুমিৎ থবাল অফবা য়েংলগা লুহোংলসি হায়নরগা হললকলে। কালেন থাগী নুমিৎ থাবাল অফবা য়েংলগা লুহোংলে। মতম অদুদা উ অহুম অসি মচাইবেম্মনা উল্লু হায়দুনা উলপ্লে। মোইরাংগী মীয়ামনে মেন্দেগী মীয়ামনে হৌদুনা উ অসি চিংববু লেংবা ফাওবা ঙমদ্রে। মতম অদুদা নিংথৌনা অমাইবহনবদা ইপু উসিদদি ইয়ুম কেগে মোইরাংদা য়ৌনবা অমুক্তা তৌবীয়ু হায়রবদা অমাইবহনবনা উরোল উরাওরোল শকলে (তলা নংবু মালেম তমপাক লৈরেল হনবীনা পোকপনি উমিৎ তোন্দ্রহুন তুবীনশোংচাও লাইরেল নঙাননাইনা মোংবয়ুমদমহৌরকঙৈগীবু খুরাই চনু য়োংনাও চাওকাই হৈবনা কাঙমদা চিবমৈনাই তাবনা তলা উতোন লোমফদবা

পামমেন উরাইহকপা নহাকপু তলা ননিং নিংলগনো। পামেন নপাম পামলগনো। তলা নংবু পামেন চারাতম হৌরকঙেদা মবুধৌ পাখংবনা তুবী নশেক নঙান্না ময়ুম কেগে মোইরাং কংলংদা ঙান্নু হায়তবরা। অসুম হায়না উরোল অসি) শকলকপদা পাখংববু পল্লকপদা উ অসি খাঙবা য়াদ্রদুনা ময়ুম কেগে মোইরাংনা তানফংনরৌদ্রে। অদুবু অহুম অসিদি করাং লাইফম মকোক হায়বা লাইফম অসিদা খোঙনা লাউনা খাম্বী মৈরা হৌনা পাইথখিদুনা মোইরাং নিংথৌনা তানফংনরৌদ্রে হায়না লাইখুন্দা লাইরিক্তা ইরি।

অমনা গরিবনিবাজ নিংথৌনা মাইচৌ খোঙনাং থাবগা ফুবালাদা উতোং চাক হাবালেংলমই হায়বা পীশুমগী নোংচুপ থংবা চীঙমৈদা হৌবা লোয়মুম্বা লৈ কৌবা উনা শাবা হি ইশম চাইবা হায়রিবা তুবী লাংওললকপা হিয়াং হিরেল অদুগা উ অহুম্না চেম্ভদুনা লৈখিবা মফম অসিগা ইরেন তিন্নদে। হি ইশম চাইবনা লৈখিবদি মফম শমুকোনগী লৈনতাক মরু অদুদা লৈবনি। করাং লাইফম মকোক্তা লৈখিবদি খাঙঙবু অনিগা য়াং অমগা উ অহুম অদুনা কোন্দুনা লৈখিবনি।

অদুবু করিগুম্বা পাফল লমপুবা অদুদা য়াওরিবা অদুদি মিংলেন শৈহৌবদা মেন্দে শোরাবগী মরাল মোংবয়ায়দা চীঙঙু নংবু মোইরাং অশেবনা উরোল উরাউরকপদা করাং লাইফম মকোতা তুবী নচিহেন লাইরেন নরাই লোংনা য়াংবী শুন্দাই থাগোলননা মোংবা শাথুপখিয়ে অদুনা করাং লাইফম অসি লোকতাক লমিংলোন্দা মোংবা শাথুপফম হায়নসু লৈয়ে।

হায়রিবা লাইরোলশিং অসি য়াম্না পাক চাওখ্রবা পুঙম থাংঙমদ্রবা পুয়া কয়া লৈখ্রবনি ঐনা ইজরিবা অসিদি শমলপ্পা খরদমক ইজবনি। কনাগুম্বা অখং অহৈনা মপুং ফানা ফোংদোকপীরকপদা লৈপাক অসিগী য়াইফবা ওইগনি।

## মথংদা মালোম পাখংবগী মরম

মালোম অৱাংদা লৈরিবা পাখংবা অসিদি য়াংবী পাখংবদি নংতে করি পাখংবনো হায়রবদি পাখংবা মখল অমনি। খুবোম্বনে খুঞ্জাওবনে পাখংবা হায়রিবা শানৌতোন অসিগা মচিন মনাউ অহুম অসি য়াম্না অকনবা ৱাথোক অমা থোকখি। মসি করিগী ৱাথোক ওইবদগী শাওনখিবনো হায়রবদি -মচিন মনাও অহুম অসিবু পোকপা মপাগী মমিং ফাঙ্গংমরাম্বা কৌই। হায়রিবা নিংথৌ অসি মোইরাংদা চংলুবদা মোইরাং নিংথৌনা

কংলৈগী মৈতে নিংথৌ হায়বসে য়াম্না মরৌ চাওই হায়দুনা মোইরাং লৌতুনদুনা কেগে চিরোন চংনদুনা হাৎপ্রে। মশা অশিবা অদুনা ঈথিংগী হৈনৌ মখোং অদুদা লোইশিনখ্রে। মকোক অদুনা পোলাং অমদা হাপলগা মোইরাং নিংথৌগী য়ুমদা থমই। মাগী মকোক্তসু নংতে। অনান নানফৌ। কেন্দ্রে চাইরেন হাওকপ চিঙশাং লোইবী থাখুম। হায়রিবা হাওখুলশিং অসিগী খুল্লাকপা লুলাকপা অকল অথৌ কয়াগী মকোক্কা পুন্না থমই মশক খংনবা মানা মানা শেৎলম্না ফিশিং অদুগী মচেৎ অমমমগা কোন্ননা থমই । মদুদা অসোমদা লৈহৌরিবা মচা অহুম অসি খুবোম্না হায়রিবা ময়াম্না অসিনা নিংথৌ ওইরে। ময়াম্না খুঞ্জাওবা হায়বা অসিনা ব্রাঙ্গোল নিংথৌ ওইরে। পাখংবা হায়রিবা শানৌতোন অশিদি য়াম্না অঙাং ওইরি, করিসু ওইদে। মতম অদুদা অঙাং অসিনা হায়রকই। য়াম্বুং অহলসু নিংথৌ ওইবিরে য়াম্বুং য়াইমসু ব্রাঙ্গোল নিংথৌ ওইবিরে য়াম্না ফরে ঐদি অঙাংসু ওইরি। করি অমত্তা ওইজরোই। অদুবু ইপাগী মংশৎ অসিদি কমদৌসিগে হায়রবদা শানৌ নংনা ঙসি হায়রিবা অসে লৈকাই কনানা ইনশিল্লকপনো। অদুবু শানৌ নহাক্না হায়রিবা অসে চুমই মতম লৈরি। মতম হায়বসে ইয়েং য়েংদনা থবক হেক তৌবা য়াবা নত্তে শানৌসু পাঙ্গল চাউদ্রি চাওরগা থিশি করিগী থিদগবনো হায়না খুমই। মদুদা অদু ওইরবদি নোংমদি ঐ হেক্তা চংখিনি হায়রবদা ময়াম্বনা চংখিনু হায়না খামই পন্থৌ মপাবু নিংজপরৈ চেৎপদগী নোংমদি চীঙভু মাগী নোংদমদগী পন্থৌগী মরি মখোং অসিদদি খংবা ঙম্বা য়েংগে হায়দুনা লোন্না চংখিদুনা মোইরাং নিংথৌগী মফমদা ঐবু খরা য়োকপীয়ু হায়জরুবদা নিংথৌনা অঙাং নংবু কনানো নমিং করি কৌই নংবু পোকপা পলেম পন্থৌনা করি কৌই হংই অঙাং অসিনা ঐদি অঙাং ওইবনা পন্থৌ ইপা পলেম ইমা মশক খংহৌদরে কোলোয় মমিংসু খঙ হৌদরে হায়না খুমই ফরে অদু ওইরবদি ঐগী থবক শুদুনা লৈয়ু হায়না লৈরকপা অসিনা চহি কুমজা কয়া লৈখ্রে। অসোমদদি ময়াম্বা অনিনা কদায়দা চংখ্রবনো পন্থৌগী মরি মখোং থিরুনিসু হায়রমই থিফম খংদ্রে শিবু শিখ্রবরা হায়না খন্দুনা লৈরি।

নোংমগী নুমিৎ অমদদি চীঙভু মাগী থৌজান্দগী মোইরাং নিংথৌ পুরিৎ লাইগী করিগুম্বা উক্রোং হোংবগী থৌরম অমা তৌবা তারদুনা মোইরাংগী ফমনাইবা অকন অথৌ কয়ামুক নুমিদাংদা উচান মৈরা থান্দুনা মোইরাং নিংথৌগীদা তিন্দুনা লৈরিঙৈদা।

মতম অদুদা নিংথৌনা হায়রকই, ময়ামদা য়েংঙউ মৈতৈগী নিংথৌ হায়বা অসিনা চাউনিংবসি শিন্নবা মকোক অসি ফাওবদা মানা মকোক মথক হেক্তা থংদুনা লৈরমই হায়বা অসিদা। অঙম অথৌ পানা পাম্বোম ওইরিবা ময়াম অদুনা নিংথৌদা হঙ্গৎলি পুরিৎলাই মৈতৈ নিংথৌগী মকোক্লি হায়বদি কমদৌনা খঙই মহাক্কী মকোকমক্তা লৈবা অসিবু হায়না হঙ্গৎলবদা নিংথৌনা হায়রকই মশক খংনবা হায়দুনা মানা মানা শেৎলকপা ফি অদুগী মচেৎ অমমম মকোক অসিদা থেৎলিবা অসিনি হায়রকই। মতম অদুদা শানৌতোন হায়রিবা অঙাং অসি চহী কুমজা য়ামলকলবনিনা মশাগী লৌশিং য়াম্না লৈরে। নিংথৌনসু মবুক শেংই থবকসু তৌ হায়বা মখে তৌই হায়দুনা মনাই অচানবা অমা ওইনা থৌরম খুদিংগী মাবু য়াওহল্লি। মতম অদুদা শানৌতোন্না খল্লি। নুংঙাইরেদা চীঙঙু মাগী নোংদমদগী পন্থৌগী মশক খংজরে হায়না খল্লি। নোংমদি মোইরাং নিংথৌনা কৈবুল লমজাও হায়বা অসিদা অকল অথৌ মনাই কয়াগা লোয়নদুনা য়ারৌ শাতানবা লেংখ্রে। মতম অদুদা মোইরাং নিংথৌগী মচা ইবেম্মা পিথেৎলৈমা তাংজখোম্বী হায়বা চনুরা লৈশাবী অমা লৈ। শানৌতোন হায়রিবা অসিগা শামান লেংমান্নবী পাখং লৈশাবী ওইনা য়াম্না ইকাই খুম্নন৷ লৈ। মতম অদুদা শানৌ-তোননা হায়রকই ইবেম্মা ঐ ঙসিদি নঙোন্দা করিগুম্বা অমতা নিজগে চরৈ ফিগাও শানা য়াজরি পীনবীয়ু। ঐ অসে নাহানমখৈ লাইর অদোন তানবশানা লৈরকলিবসে পন্থৌগী মশক খঙহৌদরে অঙাং ওইনা লৈহৌবদগী অদুনা ইবেম্মদি খোমলেন তুংখুল তানখিবনা তাবীরমলরোই নহালনুমিদাং পুরিৎলাইনা বারি শাবীবদা মৈতৈ নিংথৌগী মকোকনি হায়না তাকপী অদুনা খ্বাইদগী মথক থংলিবা অসি ঐগী পন্থৌগী মকোকনি অসিমতদি ঐ নংগী নফমদা নিজগে পিবিয়ু অদুগা ঐ পুরগা চৎশ্রগে। হায়রবা অদুদা ইবেম্মনা হায়রকই করি বানো ইবুংঙো তাংজ লুরেনবুদি লাইবু লাইরি অসুক কুইবা ঐনা ইবুংঙোবু ইবুং অমদগী হেননা ঐগী লোয়নবা অমা ওইনা খনজরে ইবুংঙোনা লেংশ্রবদি ঐদি কনাগা লৈহৌগনি লেংখিবা তারবদি ঐবুসু পুবিয়ু ইবুংঙোগী হৈনা তুং ইনজগনি তাংজ লুরেন অদু ঐসু সেবা তৌজগে ঐবু থাদোকপীগনু হায়রকলবদা। তৌনু ইবেম্মা তাংজ লুরেন পুবমকসু লমখাংদা অকল অথৌনা তান্নরক্লুনা য়াইবী থবাই মাংগদরা খল্লি। লৈমকোল নিংথৌকোনগী মচাইবেম্মা অমা পুদুনা চৎলবদি শোয়দনা য়াইবী মাংগনি লৈহৌ হায়রবদা ইবুংঙো মতম থেংখিনবনি হৌজিক্তি শোকপা

য়ারি তাংজ লুরেন অসি ঐ হেক্তা লৌথোক্লগে হায়দুনা পন্থৌগী শগাই পাবলথক্তগী তাংজ লুরেন অদু ইবেম্মনা লৌথোকলগা ফি অমনা য়োমলগা শমুনমদা পোরগা শাবী শানৌ অনিনা লাকপনা লোইজিং লোয়য়া অসুম লাকলগা লমশোমবী হায়রিবা মফম অসিদা ইবেম্মা লৈরমমু ঐ লাকলগা লৌরগে হায়রমলগা শানৌতোন হায়রিবা ইবুংঙোনা চৎখিদুনা কংলা নাংলৈয়াং হায়রিবা মফম অসি য়ৌরকলে কোনুং চংগে তৌবদা থোংঙাকপনা চংহন্দ্রে মতম অদুদা শানৌতোননা হায়রকই ঐ অসে নিংথৌগী মনাউনি হায়রবদা অদু ওইরবদি নিংথৌদা হংকৎলুখিগে হায়রমলগা থোংঙাকপনা লাইনিংথৌ ইবুংঙোগী ইনাউনি হায়দুনা নিপা অমা লাকই চংহললকউরা হায়না হঙ্গৎলবদা চংহললকউ ঐসু থোকলককে হায়দনা মনাও য়ায়মা অদুগা থোরক্তুনা য়েংবদা চহি কয়ামরুম উনদবদগী মশক অদু ময়াম্বনা শেংনা খংদ্রবদগী নহাক কনানো হংলবদা ঐ শানৌতোননি হায়রবদা ফরেদা ঐখোয়দি ইনাওগী খোঙ্গুল লিফম খংদদুনা লৈরম্লবনি হায়রবদা ময়াম্বা অনিবু খুরুমজরে। মতম অদুদা ময়াম্বা অনিনা হংই পন্থৌগী মরি মখোঙদি কমদৌরে হায়রবদা ঐগী নঙ্গন্দা পোরিবা অসি পন্থৌগী তাংজ লুরেননি হায়রবদা অমুক্তা য়েংগে হোয়দুনা য়েংলবদা শেংলিবা খামেন চৎপা মচেৎ অদুগা থেৎলিবা ফিরান মচেৎ অদুগা য়াওরম্বা অদুদা শোইদ্রে হায়দুনা কংলা নোংলৈয়াং উত্রামাং অদুদা কোরৌ নোং খোংবগুম কপ্লরে। মদুদগী মনাউনা হায়রকই য়াম্বুং অহলসু নিংথৌ ওইবীরে। য়াম্বুং য়াইমসু ব্রাঙ্গোল নিংথৌ ওইবীরে পন্থৌগী লুরেন অসিদি ঐনা খংলুবনিনা ঐনা কোন্নজগে। থাদোকপীয়ু হায়জরুবদা ইবুংঙো নহাক তৌরগনু নহাক্কী নমিং ইপাগী লুরেন খংলুই হায়বগী তাইবংপান্না খঙনহৌরসনু নংগী নমিংবু পাখংবা হায়না নমিং থোল্লগে। মীংথোল অসিনা নং ফংহৌরো পন্থৌগী লুরেন অসিনা ঐ ফংলগে হায়রবদা মনাউ অসিনা য়াদ্রে ময়াম্বা অহলনসু ঐনা শাগোন্নগনি হায়রে। ময়াম্বা য়ায়মনসু ঐনা শাগোন্নগনি হায়রে। মনাউনসু ঐনা পুজরকপনি ঐনা শাগোনন্নগনি হায়দুনা অহুম অসিনা ফুদি ফুনদে থাদোক্লবা হায়দুনা মুন্নবদুদা অকনবা ব্রাথোক অমা ওইরে মীয়ামসু থোক্তুনা য়েংনরে। মতম অদুদা লমশোনবীদা লৈহৌরিবা ইবেম্মা অদুনা তারক্লদুনা লাক্লগা খাম্বদা মনাউনুপীনি হায়বা খংলদুনা ময়াম্বা অনি অদু থাদোক্লে। মফম অদুদা তাংজ লুরেন লৈখি হায়দনা লাইহরাউবা মতমদা মফম অদুবু নিংশিংনরিবা অদুনি। হায়রিবা মফম অদুবু শেংনা

তাকহেদে হায়দুনা মীয়াম্না খংনরিবা অদুনি মফম অদুবু অসিদনি হায়না তাকলুরবদি পুম্নিদে হায়নৈ হেন্তাক মেৎপগুম মেৎনৈ হায়বগী হেন্তাক খোংবাল হায়দুনা লৈরিবা অসিনি। মদুদগী মচিন মনাউ অহুম অসি ঐখোয়সু হল্লরোই মফম অসিদা লৈনরসি। অদুগা হয়েং পোইরৈ চাতোন সুদোন তাবনা খংহৌরসনু। অমগী থৌরম তৌবদা অমনা চংনদবা, চংলুরবদি পুম্নি নুংশাংদবা ওইরশনু হায়দুনা শরি নামুং শোন্নখি। মরম অসিদগী চঙাংঙৈগা মালোম অব্রাংগা মালোম মখাগা লাই অহুম অসি হরাউবা মতমদা নোংমদা-অমদা অমুক য়েংলুরগা অমদা অমুক য়েংলুবা চংলুবা য়াদে। য়েংলুরবদি মী অদু পুম্নিদে। নোংম নোংমগী ওইনা য়েংলুবদি য়াই অদুগা নোংম নোংমা য়েংবা তারবসু অমদা য়েংলুবা ফি অদু শুদোক্তনা চংলুবা য়াদে।

মরম অসিনা মালোম অব্রাংদা লৈরিবা পাখংবা অসি চিরেন নারেন য়াওবা পাখংবদি নত্তে। মথক্তা হায়খ্রিবা ময়াম্বা খুবোম্বগা খুঞ্জাওবগা অনিনা পম্থৌগী লুরেন খংলুই হায়বগী পাখংবা হায়না থোনখিবনি।

মতাং অসিদা লাই পাখংবগী মতম মতমগী থৌদোক্কী মতুং ইন্না থোনখিবা মিংলেন শমলপ্পা খরদং ইজরিবা অসিদা কনাগুম্বনা খুল কয়ামরুমদা পাখংবা কয়ামুক লৈরি হায়না চীংনবীবা য়াই। মদুবু মথক্তা পঞ্জরিবা পাখংবা খর অসিগী থৌদোক লাংওল ঙাক্তা ওইনা লৈ।

মরম অসিনা মৈতৈ লৈপাক্তা লৈরিবা উমং লাইশিং অসিগী মনুংদগী লাংওল থৌথোক য়াম্বা অসি নোংপোক নিংথৌ পাম্থোইবীগা পাখংবগা অনি অসিনা খ্বাইদগী থৌথোক য়াম্বা ওইনা তৌই। হায়রিবা নোংপোক নিংথৌ পাম্থোইবী অনি অসি অহানবা লাংওলদসু লৈশেম্বা য়াওরকখি। লৈশেম্বদা নত্তনা তাইবং থব্রাই পানবা শেম্বদসু য়াওই। পাখংবা হায়বা অসিসু লৈপাক পুবা হায়বদি লৈপাক ঙাকপগী থৌরম অসিদা মমৈবু ময়ানা চিক্লা ঙাকই হায়রি। কনাগুম্বা অখণ্ড অহৈশিংনা লাই অনি অসিদবু শিংথাবরা হায়না তাকপীবসু য়াই অদুবু মৈতৈ লৈপাক অসিদা মতিক ময়াই কল্লবা লাই য়াম্না লৈরি লাংওল থৌথোক য়াম্বদি হায়রিবা লাই অনি অসিনা খরা হেল্লি লাংওনগী মতুং ইন্না লাইরেম্বী তালোইগী মশিংসু ইবুংঙো অনি অসিগী মশিংনা হেল্লি। খুল কয়াদা লাইয়িংথৌ কৌব্রু লৈরবসু ইবেম্ম কৌনু লাইরেম্বীদা লৌই। লোইয়ারাকপা ইবুংঙোসু খুল কয়াদা খুফম লৈরবসু ইবেম্মা নুংথেল লৈমগা পান্নদুনা লৈ। অদুগা

লাংওল নত্তনা লাইরেম্বী অনিসুবা লাইসু কয়ামুক লৈরি লাংওল ওইনা মমিং হোংবদি নত্তে। ৱাংব্রেন ইবুংঙোসু তালোয় ৯ লৌই অদুবু ইবেম্মা ৯ গী মমিং অদু অদুম কৌই। নোংপোক নিংথৌগা পাখংবগা ইবুংঙো অনি অসিদি থৌথোক্কী মতুং ইন্না মতম মতমগী লাইরেম্বীগী মমিং হোংই।

মতাং অসিদা লায়িংথৌ পাখংবগী থৌথোক্কী মতুংইন্না মানদবা মমিং শমলপ্লা খরদং ইজবা অসিদা কনাগুম্বা য়োয়বু য়োয়হেনবা অখং অহৈশিংনা নুংশিবীদুনা ফোংজরিবা লাইরিক অসিবু পাবীবদা অৱাৎ অপা অশোই অঙাম কয়ামরুম শেংদোকপীরকপদা পাংদ্রবা ঐহাক্কীসু য়াম্না নুংঙাইজগনি। মৈতৈ লৈপাক অসিগীসু অশেংবা অফবা ওইগনি হায়না পাংজদ্রবা ঐনা ইখুৎ তরা লোন্নদুনা ময়ামগী মফমদা থৌনিজরি।

মসিদসু নত্তনা উমং লাই মমিং মান্নদবা কয়ামুকসু খুল কয়াদা লৈরি। থিনুংগে হায়রিবা খুল অসিদা লৈরিবা উমং লাই হরাউরিবা রামজি নিংথৌ হায়রিবা লাই অসিগী মরমদা শমলপ্লা খরদং ইজরি। হায়রিবা খুল অসিদা লোইয়ারাকপসু লম অদুবু কোনবা লাই ওইনা লৈ। লৈরক্কী মখাথংবদা লোইয়ারাকপগী লাইবুং লৈরি। অৱাংথংবদা রামজি নিংথৌ হায়বা লাইফম অমসু লৈ খুল অদুগী নোংপোক থংবা খুনতোম্দা তুমমু নিংথৌ হায়দুনা নুং অমা য়ুংদুনা খুফম অমসু লৈ হরাউ তয়াম তৌবদি নত্তে চহিগী হৈ লৈ অনৌ অপেৎত কৎলগা তোকই। খুল অদুদা লৈরিবা মীশিং অদু নোংচুপলোমদগী লাকপা মীসু য়াওরি। মতম অদুদা মখোয় অসি রাম সিতাবু য়াম্না লুনা নিংজবা মীনি। মতম অদুদা মৈতৈ লৈবাক অসিগীদি লাই হরাউবা হায়বা অসি য়াম্না লুনা নুংঙাইনা তৌই। মদুদা মখোয়না নিংথৌদা হঙ্গৎলে ঐখোয়দি রামচন্দ্রা সিতাবু য়াম্না নিংজৈ। অদুবু ঐখোয়গীসু উমং লাই ওইনা কোল্লু কোমাই শারগা হরাউজগে হায়না হঙ্গৎলুরবদা নিংথৌনা লাই হায়বা অসিদি অমতনি নখোয়না নিংজরিবা রাম সীতাবু চৈনমদনা তৌজৌ হায়না তাকপীরবদা মতম অদুগী মাইচৌ হায়বদি পণ্ডিত শিংনসু নিংথৌনা য়াবীরবদি হরাউজরো হায়দুনা ইবুংঙোগী মমিংনা রামজী নিংথৌ কৌরে। ইবেম্মগী মমিংনা লৈপাক লৈমা হায়না কৌদুনা হৌজিক ফাওবা হরাউরি। মসিদা শৈশক অমা শকলি। হোরিহে নরায়য়ো রাম্মা কৃষ্ণ নরায়য়ো হোরিহে রামমো রাম হায়বা শৈশক অসি হায়রিবা লাই অসিগীদি য়াওদবা য়াদে।

মৈতৈগী উমংলাই হরাউবদি শকফম থোক্তে। মতম অমদা উমংলাই হরাউবদা শকলমই মদু করিগীনো হায়রবদি মাইবা মাইবীশিংনা ঈশৈ অদুবু ফারবা অদুদা লাই লম থোকপা চংপা মতমদা অৱা পোখাবা ওইনা শকলম্বনি। অদুবু কনাগুম্বা মীওইনসু শকপীগনু হায়বসু ময়াওই অদুনা মসি উমং লাই অতৈগী হরাউবদা শকফম থোক্তে। অদুনা ৱাংখৈ নিংথেম পুম্প্রি মপান্দসু রামজী প্রভু হায়দুনা লাৎলিবা অসিনি।

## ৱাংব্রেনগী শমলপ্পা খরা

খানা চাওবা ৱাংব্রেন হায়বা লাই অসি অৱাং কৌব্রুগী মচানি মহাক্কী পোকফম অশেংবদি অৱাং সেকমাইদা লৈ। মানা খুলগুমলকপদা লোইনরকপা ইবেম্মদি ঈরৈমা ওইনাম থিংঙেন্দা লৈরিবা ইবেম্মা অসিনি ইবুংঙোনা খুলগুমলকপদা ঐসু ইনজগে হায়দুনা ঐ লমখাংদা ঙাইজরমগে হায়দুনা শনশেনথোংগী অসিদা চেংহি শম্বাল লাংদুনা মাউবী পোপথেৎ খরা মথক্তা ঙাইরিঙৈদা ইবেম্মনা চেংহি থাদোকলিঙৈদা ইবুংঙোনা উঙাম তোংদুনা হায়থখিবা উহৌদ্রে মতম অদুদা ইবেম্মনা মবুংঙো তান্নবদা ওইনাম থিংঙেন য়ৌরুই অদুনা হৌজিক থৱাল থাদা থৱাল পোৎলাকপা হায়বা থৌরম অসি হৈ লৈনচিংবা ঈশিংদা হৈদোক্লুনা তৌই। মসি অতৈ লাই হায়বদি খুনদা খক তৌদে ওইনাম থিঙেনগী ঈরৈমগী অসিদা তৌরি অদুনা ৱাংব্রেন খুলগুম্বগী খুদম লৈরি। অদুনা ইবেম্মা অসি অনান চনুনি শঙ্গায় হায়রিবা অসি ইবুংঙো ৱাংব্রেন্না খুগুম্বদা ইললীবসু ইবেম্ম অসিনি। ওইনাম শওমবুংদা লৈরিবা সবেম্মসু ইবেম্মা অসিনি। অরাপতিরোমদা লৈরিবা ঈরৈমা অসিনা তবুম নিংথৌগা মরিনি। ঈরৈমা অনি থোকই।

ইরিল তুরেনগী মপান্দা লৈরিবা কোংবা হায়রিবা খুল অসিদা লৈরিবা পুরি পুরাবা হায়রিবা লাই অসি হরাউবা য়াদে হায়দুনা চহিগী হৈ লৈদ কৎলগা তোকলমই অদুবু হৌজিক্তী হরাউই। মসিগী মরমদা খরদং ইজরি হায়রিবা লাই অসি মচেগা মৌপ্পাগনি। লাই অনি অসি চীঙখৈগী চীঙ হামৈ কৈথেল হায়বা অসিদগী থোকপনি মখোয় অনি য়াম্না ৱানা কাইনরে হায়বগী কাইনা থোনখি। চীঙখৈ গুরুগী ইবেম্মা অসি হামৈ য়োনগনি হায়দুনা চৎশ্রগা ময়ুম পাল্লোকশ্রে। মতম অদুদা অঙাং অনি অসিনা মমা কৈথেল কাখিবা লাকতরে হায়দুনা থিরকপদা কাইনা অসিদা ফি শাদুনা লৈরমই। মতম অদুদা অঙাং অনি অসিনা ইমা লৈয়ে হায়না হরাউনা কৌরুবদা

মমানা কনানো ঐদি ইচাসু লৈতনা হায়রবদা অঙাং অনি অসিনা ইমা ঐখোয়বু ইমাগী নচা নত্তরা হায়রবদা, ফরে অদু ওইরবদি সুক অসি য়ুম অ সিগী ৱাংমা লান্না হল্লু লালবা ঙম্লবদি ঐগী ইচানি ঙমদ্রবদি ইচা নত্তে হায়রবদা মচেদি পাঙ্গল কনবনিনা শুক অদু য়ুম অদুগী ৱাংমা লান্না হুনবা ঙমলে ফরে নহাক্তি ঐগী ইচা ওইরগনি হায়দুনা মমাগী মনাক্তা লৈহৌরে। মৌপ্পাদি অঙাং ওইবনা শুক অদু হুনবা ঙমদ্রে নহাক্তি ঐগী ইচা নত্তে হায়রবদা ৱাবা হায়বা উচেক অদু ওনখি। মচিন মৌপ্পা অনিনা ৱানা কাইনৈ হায়বগী কাইনা হায়না থোনখি। লাই অনি অদুগী মমিংবু পুরি পুরাবা হায়না থোনখি।

### চিঙখৈ গুরুগী মতাং

অশৈবা পেনা খোংবশিংনা কয়ামরুমসু শৈথানরি ইনুংঙাল্লে ৱাঙাল্লে লৈরক কাবনা শল লাউরে তৌপ্পাচীঙগোয় ঙামুল্লে লাইরেন লাবা য়াওল্লে হুইথৌ লাবা চিফোংঙলে। য়াংদৌ লাবা চিদমলে হায়না শৈথারি। চীঙখৈ ফিদূপ অহুমনে। লংদুম লংঙাললৈনা হল্লকলে। মঙাং গুরু শিদবনা চহি৭০০ পুঙ্সিরে। লুৱাং গুরু শিদবনা চহি ৫০০ পুঙ্সিরে। খুমন গুরু পুঙ্সিবনা চহি ৩০০ পুনশিরে। অহানবা মঙাংবু হান্ন শৈথারে। মথংদা লুৱাংবু শৈথারে। অকোনবদা খুমন গুরুবু শৈথারে। লুৱাংদি ময়ায়দা লৈজবনি য়োইময়াইথেঙলে অঙাল ঙশাইঙৈগী নলকতরে হায়না অশৈবনা সিকপলোলগী শৈশক্তা তেংথারকই — চাত্রেৎ অমনে চামঙা অমনে চহুম অমনে পুন্না চহি লিশিং অমগা চামঙানি। হায়রিবা অসি নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা খুমন্না পুবা খর য়াওরি। অহিং অসিমা খুমন মথন্দনা পুরি হৌরেন চিঙখৈ হুনব ফাওবা অদুনদি চীঙখৈ হায়বা অসি মাইকৈবুরা হায়বদি। অৱাংগা নোংপোক্তা তাইনবা অদুবু চিঙখৈ কৌই। চীঙখৈ হায়বা মতম অমসু মমুক পিরমই মতম অসি করিনো হায়রবদি। অতিঙা য়াইবীরেন শিদবা অমম্বা মরোন তরামরিনা য়োমলমই মদুদগী অঙানবগা তাইনরকলিবা অসি কনানো । মঙাং ইয়ু পুনসিবা চহি৭০০ পুনসি হায়রিবা অসিনা পুরক্তদৌরিবা অসি অমম্বা অদু হায়দোক্লবা অদুদা মা লাক্তদৌরে হায়না অমুবনে অঙৌবনে অঙাংবনে মঙাল অহুম অসি ফাওরক্লে অদুগা চীঙঙু শফোংলক্লে। মদুবু চিঙখৈ কৌই। অঙানবা মতম পীবা লাইনি। মসিবু অশৈবশিংনা ইনুংবা শিংখোঙ ঙাল্লক্লে। লৈচিনপোকপা নুংশিংনা মালংবা কাইদা হুম্লক্লে। নোংঙালমদাই শিংপা

নুংশিৎতি লৈচিনপোকপা নুংশিৎনি নুমিদাংৱাইদা শিৎপা নুংশিৎত্তি হুমাং লোকপা নুংশিৎনি। অদুনদি মঙাং গুরু পুনসিবা হায়বা অদু ওইবা তাবনি চিঙখৈ গুরু হায়বসি। লুৱাংসু পামেল উতোল লোমলকলে হায়না তোঙান্না লৈখ্রবনি। খুমন্না খ্বাইদগী মতম অসি সাংনা পুবা হেল্লি নুমিৎ থোকপদগী নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং অহুম ফাওবা মঙাং লুৱাং অনিনা পুই। নুংথিল পুং ৩ দগী নোং ঙানবা ফাওবা খুমন মথন্তনা পুই অদুনদি খুমন্না অহলনি হায়বা অসি মতম অসিনা তাকলি। অদুবু শৈথাবদি মঙাংনা হান্না শৈথানরি। চিঙখৈ গুরুগী লাইরেম্মগী মমিং হুপলেল য়াইবী মহুমনুংগী মিৎয়েং নাউশুম খুম্বী কৌয়ে।

হামৈ য়োনবী হায়বা ইবেম্মা অদুনা অতোম্বীনি। লাই হায়বা অসি ফমথোল মিংথেন য়াম্বা লাইসু লৈ।

কুরু নোংশাবসু চীঙঙু নোংথৌ সোরারেন কৌরৌ থংবা নোংনিংথৌ অৱাংয়োইরেন পাখংব হায়না শৈথরি মসি অনোয়রোনগী শৈশক্তা য়াওরি।

## থাংজিংসু মিংথোন য়ামই

থাংজিং কোলু সিদব। থাংজিং কোয়রেন নিংথৌবা। চাউবসু কোয়রেন নিংথৌবা। শাংবসু কোয়রেন নিংথৌবা। কোইরেন অহুমথক্তা থোংন মিংনাইবা হায়না ফমথোন পিরি। কৌবা লৈমচা কৌনু লাইমচা ককয়েন ফমফমনা সংলৌ নাকাম্বা তেকপী চীঙনে তেকপী খলপু তাংলৈ চীঙনে মনাই তাবা ইয়া পনজন চল্লমচীঙ খেকৱা তাংদল পোকপু তানা খনবও হায়না শৈথাররি।

## লোয়য়ারাকপসু মিংথোন য়ামই

তোলোংখোম্ব। নাহারাকপা । লেমলৈরাকপা লৈশেংফানব। লোয়য়ালাকপা ৱায়রশামাংলেপ্পা হুইয়েন লালজিন থৌবা হাওমরক্কী ঙাইখোম্বা হায়না মিংথোন য়াম্ন া পীরি। মসিদা চকপা ফাইয়েংনা মপারি হায়না শৈথারি কৌব্রেন মচা অহলও থোংনাং লাইজীং ফমমোহে হায়না শৈথানরি মচাদি নত্তে, মচা শক্লা লৈরিবনি হায়দুনা কংলৈগী লাই হরাওবদা শৈথাবদি মচা হায়দে মপারি শক্লা লাঙ্গোল্লিবা মমাকইবুংঙো হায়না শৈথানৈ। ইবেম্মা থৌদুনুংথেললৈমা হায়রিবা অসি কৌব্রুগী মচাইবেম্মনি।

## য়ুমজাউ লাইরেম্বীগী শমলপ্পা খরা

কোনুংদা লৈরিবা য়ুমজাউ লাইরেম্বী থাউরোইজম শাগেগী পীবানা লৈপাকপোকপা নুমিত্তা চাক থোংলগা চয়োল খুদিংগী চাক কৎলিবা লাইরেম্বী অসি য়ুমজাউ লৈমা হায়বা অদুনি পেতংঙানা নোংঙ্গাখিবনি। কোনুংদা লৈ নিংথৌগী লাইনি হায়বদনি নিংথৌ ওইবশিংগা উনবদি সুকয়া য়াদে। কোনুং হায়বসি করিগী কৌবনো হায়রবদি ঈরম৭ খোংলম ৯ না কোইদুনা কোন্দুনা লৈ তিনফম লাইফম শুনা লৈ হায়বগী কোনুং কৌবনি।

## লাই পুথিবগী মতাং শমলপ্পা খরা

মথক্তসু লাইশোন্দা খুরায় অঙৌবা হায়বসি অঙোমবুনি হায়না পনজখ্রে। খুরায়দা লাই পুথিবা হায়বা অমা ইবেম্মা খোংনাং লৈমগা। মচা ইবেম্মা শৌবোম লাইরেন চনু। পুথিবা হায়বা মিংথোল অসি লৈপাক্কী মপ্ ওইনবা মসু থি হায়বগী পুথিবা কৌই। মচানীপা পোক্তে অদুন মচাইবেম্মা শৌবোম লাইরেম্মনা লৌ য়াল্লিবা মফম অসি অহোংগে হায়বা মফম অসিদনি। খুরায়না খুফমলেন চেংলৈনা উনুংতা লালোই অহোঙ্গে হায়বা মফম অসিদা লাইগী খুফম লৈ। মফম অসিদা ইবেম্মা শৌবোম লাইরেন চনুনা য়োৎনা লৌ য়াললমই মতম অদু ষণনা ষণপোৎ খোইদ্রিঙৈগী মতম য়াম্লা লিরবগী ৱানি মতম অদুদা ষণনা ষণপোৎ খোইদ্রি হায়বসি হায়রিবা লাইরোল অসিনা তাকলি মসিবু নুমিৎ অমসুং শৌবোম লাইরেম্বী লৌতারোল হায়না খঙনৈ। পাম্বোইবীগী লৌতারোলসু নোংমাইচিঙদা য়োৎনা য়াললগা তাই ফৌওইবী অকোংজাম্বগীসু তেননৌ য়াফাকপা হায়বা য়োৎ অদুনা তাই। পুথিবা হায়বা লাই অসি মখুৎ মশা য়াম্লা হৈবা পৈয়া শঙ্গাই শুবা হৈবা য়েনপাক য়েনম্রঙ ইরুমশরুম থুপ হায়রিবা অসি শাবা হৈবনি হৈকোই লাইয়েক হায়রিবা কানক ফনেক্কী ফীবান্দা হাপলিবা ময়েক অসি মহাক্লা পুথোকখি। পুথিবা হায়রিবা লাইয়িংথৌ অসি পোৎ-চৈ শাবগী পরম খংবা লাইনি। মতম অদদা মচানুপী শৌবোম লাইরেম্বী হায়রিবা অসিনা লৌয়াল্লিঙৈদা নুমিৎনা পাওরৌ অমা হায়রমই। ইবেম্মা নহাক্লা তরা চাকঙন চারগা খালি লৌ য়ালিবা অসি য়োৎলৈ মশিং কয়া শুরবগে হায়য়ু হায়রিবা পাওরৌ অসিগী পাওখুম পীবা ঙমদ্রবদি হয়েং নোং ঙাললবদা ঐগী তালোইশিংদা চনগনি হায়রমলগা নুমিৎতি চৎখ্রে। ইবেম্মনা ময়ুমদা হল্লকলগা মপা পুথিবদা হংজে পম্বৌ ঙসিদি

নুমিৎনা পাওরৌ অমা তাকপীরমই ঐনা লৌ য়ালিবা অসি য়োৎলৈ মশিং কয়া শুরবগে হায়য়ু হয়েংসু ঐ লাকনি তাকপীরমই, করি হায়না পাওখুমগনি তাকপীয়ু হায়জরবদা মপা পুথিবনা ইপাগী ইমোম য়াম্না লায়বা পাওখুমনি হয়েং নুমিৎনা লাকলবা মতমদা ঐগীদি লায়বু লায়রি ইবুংঙোগী লাংগোই অদুগী খোঙকাপ অদুবু মশিং কয়া শুরবগে অমুক্তা তাকপিখো হায়না হেক হংঙু, পুথিবনা মমোমদা তাকপীরে। লোংঙাল্লগা ইবেম্মনা লৌয়ালবা চৎপগী মচাগী মতুং ইল্লগা য়েলপাকয়েলখ্রংনা কুপলগা লোৎতুনা লৈরে মচাগী পাওখুম তাগদবগী-নুমিৎনা লাকলগা, ইবেম্মা ঙরাংগী পাওখুম হায়রো হায়রবদা, ঐগীদি লায়রি ইবুংঙোগী লাংগোই শগোল অদুগী খোঙপাপ মশিংবু কয়া শুবীরবগে অমুক্তা তাকপীখো হায়জরকলবদা নুমিৎনা ইকাইখিদুনা শগোল থৌদোকলকপদা শগোলগী মখোঙনা পুথিবদা নেৎলে ইহং নাইহং শারে।

অসিদসু নত্তনা খুরায়দা মচী লাইনিংথৌ হনবা হায়বসু লৈরি। মচি লাইনিংথৌ হনবা হায়বসি উমংলোন ৯ গী মনুং চনবা লাইনি লাইশোন্দা য়াওরি - মচি লাইনিংথৌ হনবা। মচি খানি হনবা। মচি থৌবোম হনবা হায়না য়াওরিবা অসিগী খ্বাইগী মকোক থংনা লৈরিবা অসিনি। লাইনিংথৌ অসি মতিক ময়াই য়াম্না লুবা লাইনি। লমলেন অসিদা লাইনিংথৌ ব্রাংবা হায়বা লাই অমসু লৈরি লাই অনি অসি করি থোক্লবগে হায়রবদি থৌথোক ওইনা থোকখিবা ব্রাথোক খর লৈ। ব্রাংবা হায়রিবা লাই অসিগী মনাক্তা শুরুং লৈ মসিবু লৈমরেন্না অতিয়া শিদবনি হায়দুনা মচাইবুংঙো অতোনবা লৈনুং লোলজা অরিবনা গুরুগী খুবম ফংদুনা নিংথৌ ওইরবনিনা নিংথৌগা শাগোন্নগদবনি হায়না কোন্নহৌই, অদুবু নিংথৌনা চৎলিমখৈ চৎলি। মীগী নিংথৌ মরোন মরোন কয়া পানথ্রবা মতুং মমৈ তারকপদা করিগুম্বা অব্রাগী নারোনগী লাল অমা লাকলমই য়াম্না অচৌবা লালদি নত্তবা মদুদা সেনবী মীরৈপুঙদা লাই অসি অব্রাগী মখুৎতা লৈখি। অদুগী মতুং নিংথৌ মরোন কয়া অমুক পানথ্রবদা কিয়াম্বা অসিনা নিংথৌ ওইরকপা মতম অসিদা অতিয়া সিদবগী শকলোল অদুনা করি ওইরিগবা হায়দুনা পোৎনিংথৌ অসিনা হাগজবা হোৎলুবদা মশা অদু মথা মথা পোমদুনা অহোরাই লায়বা হায়না অদু থুংলবদা মসিদি করি ওইরিগবা মৈতৈ নিংথৌদা হংলুরো হায়দুনা কোনুংদা পুরক্লগা কিয়ামবা নিংথৌদা য়েংহল্লে নিংথৌনা মসিদি মৈতৈগী য়াম্না লুবা লাইনি হায়ন খঙহলখি। মসিগী মতম অসিদা খাগী লৈহাওনচিংবা পুথোকলকখি অদুনা মৈতৈগী নিংথৌশিংনা

কোন্নরমলিবা লাই হায়বদি বিষ্ণু হায়রিবা লাই অসি তশেংবদি অতিয়া গুরু শিদবা হায়বা অদুনি মতম অদুদা মৈতৈনা চহি কয়া থাদোক্লুরবা নিংথৌ মরোন কয়া মৈতে লৈপাক অসিদা লৈতবদগী কবো লাই সেনবী মরৈপুংদা থুপ্তুনা লৈখিবদগী মৈতৈনা ঐখোয়গী লাইনি হায়বা খংহৌদবদগী নোংচুপলোমদগী মীশিংনা য়েংবদা মসিদি বিষ্ণুনি হায়দুনা হৌজিক কবো লাই শেনবী লাই ওইনা লাৎতুনা নিংথৌগা শাগোন্নদুনা লৈরিবা অসিনি। তশেংবদি অতিয়া কুরু শিদবনি। লৈমরেন্না মপারি অতোনবা লৈনুং লোনজা অরিবগা লৈগদবনি হায়না লৌশিলহন্দুনা মচানিপা অতোনবা লৈনুংলোলজা অরিবা হায়রিবা নিংথৌ অসিগা কোন্নদুনা লৈখি অদুনা হৌজিক ফাওবা নিংথৌনা কোন্নরিবা অসিনি অদুনা উমংলাইশিং অসিগী মরি মেখোঙ অসি তথরুবদা য়াম্না পাক চাওথ্রবা লাই অমগী ব্বারি ব্বাখোংদনা লাইরিক অমা ওইনা ইবমখৈ চাওই মতেক খরদং ইজবনি উমংলাইগী মরিদা বিষ্ণু পুশিললকই হায়না খনবিবা য়াই অদুবু ইদুনা লৈরমলিবা অসিনা পন্দবা ঙমদে।

লাইব্বাংবা হায়বসি করিনো হায়রবদি মহাক্কী হাক্তক্তা উয়াল লোক হায়দুনা লৈরমই মদুদি মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা করি তৌরমই । য়াংখুবগা য়াংহনবগা অনি অসি পন্থৌ মপানা অহল ওইরক্লবা মতমদা মখোয়বু খুফম ফংনবা তৌরকপদা মমানদি মনাও অসিবু নিংথৌ ওইহলনিংই য়াম্না লুনা তৌই মতম অসিদা কংলাদা ককয়েল মীঙম্বগী মরুম কোক্তুনা লৈ মদুদা ময়াম্বনা কাইব্বা অমা থারগা শানৌ নং কারো ককয়েল মরুম লোকউ হায়দুনা কাহলখ্রে উতোন য়ৌখ্রবাদা ময়াম্বনা কাইব্বা অসি অমুক্তা শেমখিগে হায়রগা লৌথোকখ্রে। কাইব্বা হায়বা অসি করিনো হায়বদি ব্বাগী মতাং মতাং খোঙনেৎফম অদুবু কাইব্বা কৌই। কৈরাপ হায়বসিদি কুইদ্রিবনি। ময়াম্বা অদুদি কাইব্বা লৌথোকলম্লগা ময়ুমদা চৎখ্রে। মনাও অদু ককয়েন্না হাৎলশনু হায়দুনা মতম অদুদা মনাও অসিনা ককয়েনগী মরুম অদু লৌথোক্কে হায়বসু খল্লুদে পায়সু পায়রুদে অদুম লৈ মতম অদুদা ককয়েল মীঙম্বসু লাক্কে। অসোমদা মমানা ননাউদি কদাইদা লৈহৌরে হংবদা ময়াম্বা অদুনা খুমই নচা লনহেনবা অদু ককয়েলগী মরুম লোক্কনি হায়দুনা কাদুনা লৈহৌরে হায়না খুমই মমানা উ অদুক চাউবা অদুবু মানা কাবা ঙম্ব্রা হায়রবদা কাইব্বা পুন্নগা চৎখিবনি হায়না খুমই। উদা কাদুনা লৈহৌরিবা মনাও অদু ককয়েলনা হায় তাইবঙ মী নহাক করি তৌবা লৈরমলিবনো ঐগী ইরুম

লেক্কে হায়রবসু ঙশাইনা লোকপা য়ারে ঐ নহাকপু থংথবীরমগে হায়রবদা অঙাংনা হায়রকই উচেক নহাক্লা মী ঐবু কমদৌনা থাংথগনি ঐ থাজদে হায়রবদা নহাকপু ঐনা লায়না থাংথগনি অদু ওইরবদি লৈপাক্তা তারিবা নুং অসি অমুক্তা থাঙ্গৎলকউ অদু ওইরবদি ঐ থাজগে হায়রবদা ককয়েলনা নুং অদু থাঙ্গৎলে। মদু উরবদা অঙাং অদুনা থাজরদুনা ককয়েলগী মশাদা তোংলগা থাংথহল্লে নুং অদু হৌজিক ফাওবা কংলাদা খাগী মীহিংচা মোইদনাবু নল্লি হায়দুনা লিরিবা অসিনি। মতম অদুদা ককয়েলসু অঙাং অদুগী ইচম চম্বা পুকচেল অদু উবদা অঙাং অদুবু চৎলো হায়দুনা থাদোকলকই। মতম খর লৈরগা উয়াললোক হায়বা অসিদা ময়াম্বনা উ য়াল্লুসি হায়দুনা চৎলে উ অচৌবা অমা য়াল্লে হয়েং পম্লৌ অসিনা শিরবা মতমদা কু হায়বা অদু চল্লসি হায়দুনা চল্লে ময়াম্বনা মনাউদা শানৌ নহাক অমুক্তা মনুংদা চঙঙু মখুম খুম্বা য়ারগদ্রা য়েংগে হয়েং পম্লৌবু মনুং অসিদা হাপ্পা য়ারগদ্রা য়েংসি হায়রবদা মনাও অসিনা ঙরাংগুম্বা মমানা তাকপিখি হয়েং করিগুম্বদা নয়াম্বা অসিনা পম্লৌগী কু চনসি হায়দুন চল্লগা য়াগনি য়ারোই চংঙু য়েংসি হায়রবদি ঐদি অঙাংনি পম্লৌনা চাওবা হেনগনি ইশাবীনা য়েংবনা চানগনি হায়না নয়াম্ববু হান্না চংহল্লু অদুগা মখুম খুল্লগা তুরেন্দা নংনা তৌবনা নংনা ফংজৌ হায়না থাদখো হায়না মমানা তাকপী। ইকুই কুইদনা চীঙঙু নোংদমদগী থোক্লরে হায়রিবা থৌথোক অসি মনাও অসিনা মশাবীবু কুদা হাপলগা তুরেন্দা থাদরে মতম অদুদা মশাবীনা হায়রকই ঐনা তৌবনা ঐনা ফংজবনি অদুনা ইশানৌ ঐগী তৌদ্রি অদুদদি খর পীরকউ হায়রবদা সেসে ইশাবী ব্রারৌগনু হায়রগা পিখ্রে অদুনা অদুম তাওথখিদুনা ইথায় কাইরেন য়ৌখ্রে। মতম অদুদা ইথায় কাইরেনবগী মমোম ইবেম্মা লাইগারেনবী অসিনা অয়ুক অঙনবদা কনা অমত্তা তুরেন্দা কুমদ্রিঙৈদা পুল্লাং অমা পাইরগা লাইজা ঈশিং শোককে হায়দুনা তুরেন্দা কুমলকপদা তৌদ্রি মখোল নুংশিরবা তারিবা অসিবু কদায়দসনো হায়না য়েংলকপদা কু অদুগী মনুংদগী খোংলকপা অদুদা ইবেম্মনা খল্লি অশিবরা হায়ববু নত্তে য়েংবু য়েংগে হায়দুনা লাইগারেনবী ইবেম্মনা য়েংলুবদা ইবুংঙো য়াংহনবা হায়বা অসি য়াওরমলে। মতম অদুদা মচিন মনাও মখোয় অনি থোকনরকলিবা থৌথোক কয়া ব্রারি শানরে ফরে অদু ওইরবদি ইবুংঙোবু ঐনা পম্লৌ খংহন্দনা থমজরগে হায়দুনা পম্লৌগী পয়া মপুন মপুন পুল্লগা কোয়শিন্দুনা থমলিবা অদুগী মরক্তা লোত্তনা থমখ্রে। নিতিগী পম্লৌ মপা খংহন্দনা চাক পিজদুনা

থমলবদা লোইদাম থাশিং য়ামলকলবদা হৈরোং লোলহায়না লৈরাং লোলজিন্নদুনা কুমশিং নাউপুরে লাকলৌ ফিয়াল্লে । মতম অদুদা পন্থৌ মপা ইথাই কায়রেম্বনা কোয়শিল্লিবা অসিদা য়েংলুবদা য়াংহনবা হায়বা অসি লৈরমলে, মতম অদুদা কায়রেম্বনা পয়াগী মপুল অদু ককপা শাদুনা মমাক য়াংহনববু অসিগুম্বা থবক অসি মতুং তৌদনবা হায়দুনা ককতুনা হাংলে। য়াংহনবা হায়বা অসি শিন্ত্রবদা ইবেম্মা লাইগারেম্বীগী পীপুক নুংদা লৈহৌরিবা অঙাং অদুগী মরমদা ইল হুন্দুনা লোং লংনবা তৌখিবা ঈথাই পুনমচিঙ হায়দুনা ঈথায়গী য়াম্না চাওবা রাথোক অমা ওইখিবগী মরমদসু য়াম্না চাওনা লৈখি।

অসোমদা অব্রাংবদা কাদুনা লৈহৌরিবা লানজদবা মনাও অসিবু লাইব্রাংবা হায়না মমিং থোনখি। লাইব্রাংবা হায়রিবা ইবুংঙো অসি য়াম্না লানজদবা অফবা লাইনি মহাক্কী ইবেম্মা অসি অঙোম চনুনি অথুপ্পা মমিং অমা অফোংবা অমা লৈ। হৌজিক হরাওবা মতমদা ইবুংঙোগী ওইদা ফমদেংলিবা ইবেম্মগী মমিংনা লৈশংনু হায়না কৌই। হায়না লাই খুন্দাবা লাইরিক্তা য়াম্না কুপ্না ইরি শন্নপ্পা খর ইজবনি।

## হৈস্নাম ফৌদম্বীগী শন্নপ্পা খরা ইজরি

উমং লাইশিংগী থৌরমদা হৈস্নাম ফৌদম্বী হায়রিবা ইবেম্মা লাইরেম্বী অসিগী থৌরম্না খ্বাইদগী তোপ তোপ্পা থৌরম ওইনা তৌই ইবেম্মা অসি ফৌওইবীনি অদুনা ফৌদম্বী হায়বনি। মতা ইবেম্মা পান্থোইবী নোংপোক লৈম ওইরক্কদৌরিবা অসিগী মফমদা ফৌ তমলক্কদৌরিবা অসিগী মরমদা য়াম্না কুপ্না লৈ। লাইরেম্বী অসি অহানবা লৈরম্বা মফম মনিপুর রাইফলস ফার্ষ্ট বট্রালিয়ন হায়রগা খংনরিবা মফম অসিদা নুং য়াম্না পাকপা অমা লৈরিবা মফম অদু ইবেম্মগী খুভমনি মফম অসিদা ইবেম্মগী থৌরম অসি তৌগদবনি অদুবু খোংজোমগী লাল অদুদা কায়খিবদগী খুললক্তা থমখিবনি। হৈস্নাম অসি মোইরাংলোমদসু লৈরি। ইবেম্মা অসি মোইরাংদা ফৌওইবীগী লাংওল ওইনা লৈবদা শিরিবোন চীঙ হায়রগা খংনরিবা মফম অসি ফৌওইবীগী নোঙ্গাফম খাবয়ুম মোইজাম্বগী মফম অসিদগী লমলেন পুরুসি তাওরৈ পাংলেনকোন খালৈ অহোংগে হায়রিবা অসিদা খরায় কোনগা খলবীয়ো চরৈ কোনগা খলবীয়ো খোয়মোম ঐদি কোরৌ নোঙ্গারগে কোরৌ নোঙ্গাদ্রিঙৈগী মতমগী থৌথেক্লি অদুনা ইবেম্মা অসি পান্থোইবীনি হায়বদি য়াদ্রিবনি ফৌদেন কৈরানবীগা কৈ তোংদুনা থৌবাল তুরেন লানখি

হায়দুনা কৈরানবী হায়বদো হৈশ্লাম ফৌদম্বী হায়বদি পাম্বোইবীবু হায়বনি মদুদি করিনা অরেপ্পনো হায়রবদি পাম্বোইবীনা অরেপ্পনি ফৌওইবী ওইগদরা হায়বদি নত্তে ফৌওইবীনা ফৌ পীরকপনি ইবেম্মনা খোইনৌ ইতারোই কুমজা তেকহৌনা ঐদি অসিদা য়াম্না চাওনা হরাউ তৌদোইবদি নত্তে ঐগীসে ইকুম কুম্বী কুমহৌনা থল্লা লায়রপান্না চমুচঙৌপান তোংলেন নৈশংপানগী ইহীরোয় খোইয়ুম ইহীসাং পুম্নমকপু তরা চাক চানগে হায়নদুনা চাক চানবগা ফৌ পিরকপা অদু ময়াম্না ঐনা হেন্না লৌহৌগে হায়না খোংচন্নদুনা মুন্নখি লাইশিংনা তৌরম্বা থৌরম্বু হৌজিক ফাওবা হৈশ্লামগী ফৌদমবী হায়রিবা থৌরম তৌবদা অমতা ৱাত্তনা থৌগল তৌরি। নিংঙোলগা পিবাগী নুপী মৌশিংগা কাংলুপ অনি অসিনা কায়দনা চহিগী থৌরম অসি তৌরি।

ফৌ মুন্নবদা নত্তনা লাইরোল শৈশক্লচিংবা কয়ামুকসু শান্নরি লাইশিংনা শান্নখিবা হায়বদি ইবেম্মা অনিনা তৌনখিবা নুঙাইনখিবা থৌরমশিং অদুবু নোংমগী ওইবা থৌরমদা শুনবা শান্নরি হায়রিবা লাইরেম্বী অনি অসি য়াম্না লুবা খ্বাইগী মকোক ওইবা লাইরেম্বীনি। লাইরেম্বী অসিগী শান্নবগী শল্লপ্পা থৌরম খরদং মখাদা ইজরি।

হুইথিয়েপ্পা হুইথিলোকপা য়েলথিয়েপ্পা য়েলথিলোকপা শরিপুনবা শরি থোকপা শরিহনবা শাফাবা কেক্রেকক্রেক চোংবা শগোলতোংবী ফিবুলহাবী শান্নবা কাংজে শান্নবা কাং শান্নবা ফুক ফুক শান্নবা ক্বাক ক্বাক শান্নবা থবী ফুকপী মাইরেল ফুকপী শেবোংতি কাওনবা ফুক ফুক তন্দ ফাইবোক অসিনচীংবা থৌরমশিং অসি অমত্তা ৱাংতনা শান্নে। মসি করিগীনো হায়রবদি লাইরেম্বী মতারোয় অনিনা শান্নরম্বা থৌরমশিং অদুবু নিংঙোলগা মৌগা নুপী ঙাক্তনা শান্নে নিপাদি য়াওদে মসিগুম্বা থৌরমশিং অসি উমং লাই লৈরিবা অসিগী মনুংদা হৈশ্লামগী ফৌদম্বী অসিনা খ্বাইদগী তোঙাল্লি হৈশ্লামগী লাইরেম্বীনি মখোয়গীদা ফনবা তৌবরা হায়বদি নত্তে মৈতৈ লৈপাক অসিগীসু চাকহোং ঙাহোংবা লৈপাক মরা তপ্লবা পুল্সি নুঙশাংবা অফবা মহৈ অদুম ফংই অমসুং কান্নে।

মোইরাং হায়না খংনরিবা য়াম্না পাকচাউরবা লমদম অমা লৈরি, হায়রিবা লম অসিদা খুল কয়া হৌজিক হৌজিকমক লৈকাই লৈকাই খায়দোক্তুনা খুঙ্গং ৭ / ৮ লোম লাইফমগা কোন্ননা লৈরি অপুনবদা থাঙ্গা হায়রগা অয়াম্বনা খঙনরি মনুংদদি য়ুম্নাক্কী মমিংগা কোন্ননা লৈকাই ৭ / ৮ লোম লৈরি। হৈশ্লাম লৈকাই। মোইরাংথেম লৈকাই। শালাম লৈকাই। তোংব্রম লৈকাই। নিংথৌজম লৈকাই হায়দুনা লাইফমগা কোন্ন ৭ / ৮

লোম লৈরি। হাইরিবা লমদম অসিদা লৈরিবা চাইরেন লাকপা হায়রিবা লাই অসিগা চীংনিংথৌগা লাই অনী অসিগী মরমদা শন্নরপ্পা খরদং ইজরি — লাই অনী অসি খা চাইরেনগী খেন্দে হায়রিবা মফম অসিদগী লাকপা লাইনি হায়রিবা মফম অসিদা লৈরিঙৈদদি লাই অসিগী মমিংবু খেন্দে হায়না কৌই থাঙ্গদা চাইরেন্দগী লাকই হায়বগী হৌজিক লাইয়িংথৌ অসিগী মিংলেনবু চাইরেন লাকপা হায়না খংনরি।

চীংনিংথৌ হায়রিবা লাই অসিসু চাইরেন্দগী লাকপনি, চাইরেন্দা লৈরিঙৈদা মমিংদি চীংঙু অচৌবা হায়না কৌই। চিংনিংথৌ হায়না মিংথোনখিবদি থাঙ্গা চীংদা নিংথৌ ওইখি হায়বগী চীংনিংথৌ হায়না থোনখি। লাই অনি অসি থাঙ্গাদা হান্না থুংবা হানবা অদুনা নিংথৌ ওইনসি হায়নরগা হি তোংদুনা হিয়াং তান্নরকপদা চীংঙু অচৌবা হায়রিবা ইবুংঙো অসিনা লম্বী অশম্বা খংবদগী হান্না থাঙ্গা চীং অসিদা থুংখিবদগী চীং অসিগী নিংথৌ ওইখি হায়বগী চিংনিংথৌ কৌখি। চাইরেন লাকপসু কেন্না হায়দুনা লাই অনি অসি খুন্দাদুনা লৈখি। চাইরেন লাকপা ইবুংঙোগী ইবেম্মগী মমিংবু পুংলৈমা কৌই। চীংনিংথৌগীদি লাই নামুংবা হায়না অমা তৌই হায়দোক্লদে অসুম হায়না খংনৈ।

## ইরৈমগী শমলপ্পা

ইরৈমা হায়রিবা লাইরেম্বী অসি মখল অনি শুরি। ওইনামদা লৈরিবা। ওইনম থিংঙেন ইরৈমা। ওইনাম শওম্বুং ইরৈমা। ওইনাম পিশুমদা লৈরিবা ইরৈমা অসিনা লাইনিংথৌদি ব্রাংব্রেনগা পান্নবশু য়াওরি।

অমনা পুখাওদা লৈরিবা ইরৈমা অসিগা শগোলমাং শেক্তা শরিনুং অরাপ্পিদা লৈরিবা ইরৈমা অসিগী লাইনিংথৌদি তবুংনিংথৌ কৌই। তবুং হায়রিবা অসি মৈতৈ কংলৈগী নিংথৌনি মতৌ কমদৌনা মীনা উমং লাই ওইখিবগে হায়রবদি মহাক্কী নুপি ইরৈমা হায়বসি তিংশোং নিংথৌগী নুপিনি। নুপিবু পোকপা পঙ্থৌনা চিঙদা ইনিংথৌ খেলেম্বগী মমোমনি। হায়রিবা অসিনা মতৌ করমনা মৈতৈনিংথৌ তবুংবদা লৈখিবা অমসুং মখোয় অনিবু উমংলাই ওইনা খুলনা অনৌবা চহিদা লাকপদা চাকলোং কুমজন অমসুং লাই হরাউবনচিংবা তৌরি।

মীওইবনা করম্না উমংলাই ওইখিবগে হায়রবদি পুকনিংনা থাজবদগী অরেপ্পা ওইখিবদগী উমং লাইশিংদা চনখিবনি। চিঙদাই নিংথৌ খেলেম্বা অসিনা মহাক্কী

মযোম মচা নুপিবু মৈতৈ নিংথৌ তবুংবদা থাজনিংবা নুমিৎতগী মহাক্কী খুল অসিগী চহীগী মৈতৈ নিংথৌদা লোইপোৎ কাবা তোকলে নিংথৌগী মনাইশিংনা লোইপোৎ থৌবা লাক্লবশু ঙমদ্রি হায়দুনা পিদে মচানুপি চাউবা ঙাইদুনা লৈরকপনা। মচানা চাউবা মপুংফারক্লবদা মৈতৈতবুং নিংথৌনা চহি কুমশিং য়ামমনখরে হায়দুনা মনাইশিং অমুক লোইপোৎ থৌরু হায়দুনা থারকলে। নিংথৌগী মনাইশিংনা চিঙদাই নিংথৌ খেলেম্বও ইনিংথৌনা চহিকুমশিং কুইমনখ্রে ঙসিদি লোইপোৎ পিরক্তবা য়াদে হায়রকই হায়রবদা। খেলেম্বনা ঐদি নখোয়বু মশক খংদে ঐদি লোইপোৎ তোন্দে চহী খুদিংগী লোইপোৎপিখি মৈতৈ নিংথৌ লাউ হায়য়ু নত্রবদি লোইপোৎ পিবা ঙমলোই হায়রবদা মনাইশিংনা নিংথৌদা তমলে। মতম অদুদা নিংথৌনা মনাইশিংগা লোইনদুনা চিঙদাই নিংথৌগী মরানয়াইদা থুংলে। চিঙদাই নিংথৌ খেলেম্বদি ময়ুমদা লৈরমদে মাগী চিঙগী পামদা লৈরমমি। মৈতৈনিংথৌ তবুংববু উরবদা থৌশাদে উশিন খঙশিন্নদে মতম অদুদা খেলেম্বগী থৌশাদবা অদু উবদা মনাইশিংনা মৈতৈ নিংথৌ হায়বদো অসিনি হায়না তাক্লবদা খেলেম্বনা হায়খি। ঐনা মৈতৈগী নিংথৌনি হায়বসি করমনা থাজগনি ঐনা থাজগদবদি চিঙদাই চিঙগী পাম অসিদা লাইজ ঈশিং থোকহল্লু ঐ থাজগে ঙমদ্রবদি থাজদে মৈতৈ নিংথৌদি পাখংবগী ঈনি ঙমফম থোকই হায়রবদা তবুংনিংথৌদি হকনা নুংপঙলে হায়দবরা। অদুনোংগীবু মপুথৌ পাখংববু নিংশিঙজদুনা চিঙদাই চিঙগী পামগী ময়াইদা তাগী তানিংনা থিল্লে। শৎকৎলকপদা তাগী মখুল অদুদা লাইজ ইমি তমলে হায়বদি ইশিংথোকলে। অদুনোংগীবু চিঙদাই চিঙদা ইফুৎ থোক্ল রৌএ হায়দবরা। অদুদগী ফরে লাইজ ইশিংবু থোকহল্লবনিনা মৈতৈগী নিংথৌনি হায়বা শেংলে হায়বা থাজরে। খাম্বী মৈবু থোকহল্লো হায়রবদা নুংগা তাগী তানিংগা য়ৈনরগা খাম্বী মৈ ফংলবদা তবুংবদি লাইরেল মৈতিংঙুবু য়োনদনা খেলেম্বনা হোইয়াখিয়ে অদুনোংগীবু খেলেম্বনা তবুংনিংথৌদা হায়জরে।

হে মৈতৈ নিংথৌও হৌজিক্তী পাখংবগী ঈবু শেংলে ঐগী ইমোম চনুরা হাউরৈমবু নিংথৌ নংগী মৈতৈ লৈমাবু ওইহনবীয়ো হায়না খেলেম্বনা কৎচরে। মতম অদুদা তবুংনিংথৌনদি পোইরৈ ফমথৌ খন্নদবগী হাউরৈমবু পায়মা থুপচান্না হৌজিক্তি মনুং মতম ওইদ্রি হয়েং মতম ওইরকলবদা মরান খোঙদোয় তমশে হায়না হাউরৈমবু চেংলৌ শকপু য়েংলমদনা কংলৈ হলব্রাইখরে। লোইদাম থাজা থা কাউনা লাংহৈ

কুমশিং কুমকাউখিবনা হাউরৈমবু কুমকাউখরে। হায়না ব্রাবু কাউখিবনা মৈতৈ নিংথৌ তাবুংবদি মৈতৈ লৈমা লমলালবী অমবু মরান খোঙদোয় তমনা তালোয় নাক্তা থানা কংলৈ পানফরবদা।

চিঙদাই নিংথৌ খেলেম্বগী নাকোংনা তারবগী মমোম হাউরৈমবু হুল্লাললম্বগী পায়মা পিপুকনুংদা নুংবঙএ হায়দবরা। হে মৈতৈ নিংথৌও হায়নখিবা ব্রাবু কাউমন্নশু কাউমললিদা হায়না খজিকএ।

তিংশোংনিংথৌ নোংমনখিদু মচানিপানা নিংথৌ ওইরে হায়বতারবদা মমোমবু তিংশোংনিংথৌদা কাউজন্নরে হায়বদি থাজরে। চিঙদাইনিংথৌ খেলেম্বনা হেতিং শোংও ইমোম হাউরৈমবু তালোয় নাক্তা থারবনিনা মৈতৈ নিংথৌদা চহিগী লোইপোৎ কাবদু তিংশোংখুলগীদি তোকলো হায়না কাখিদবা চহী কুমশিং য়ামলক্লবদা তবুংনিংথৌগী মনাইশিংনা তিংশোং নিংথৌদা লোইপোৎ থৌবা লাকলে। তিংশোংনিংথৌগী মাঙ্গোন্দা ইবেম্মা হাউরৈমনা চরৈফি শাদুনা লৈরম্বা অদু উবদা তবুংবগী মনাইশিংনা চনুরা অসিদি কনানো শক হেল্লিদা হায়না হংবদা তিংশোংনা ঐগী তালোয়নি হায়না খুমই করিলমদগী চনুরানো চিঙদাইনিংথৌ খেলেম্বগী মমোমনি হায়রবদা। তবুংমনাইশিংনা হল্লকলগা তবুংনিংথৌদা ইনিংথৌ চিঙদাই নিংথৌগী মমোমনি-হায়দুনা তিংশোংনিংথৌগী তালোয়নি হায়না লৈহৌ শকহেল্লি ফজখ্রেদা হায়না পাউতমলে। চিঙদাই খেলেম্বগী মমোম অসিবু ইনিংথৌদা কাউজনবা অদুবু করিগী নুংব্রোল থৌকাউবনো চেংলৌ শকনা হেনবনে পুকনুং লিন্না ঙানবনে কলকইদা হায়না মদাইরেম লোইপোৎ খোম্বশিংনা মৈদিঙুদা কোলোই পাওদমলবদা তবুনিংথৌদি পায়মা পুকনিং নুংব্রোলনা নিংখব্রাবু লৈবনা। ইদাইরেমশিংও তিংশোং খুলদা চৎলো তিংশোংনিংথৌদা পাওদমমুরো কংলৈ তবুং নিংথৌনা হায়রকই চেংলৌ শকশু খংনসি তরাচাকশু চামিন্নসি হাওরৈমাগা লোইননা লৌরুরো হায়না তাকপিরবদা তবুংমনাই পুমনা হৌনা তিংশোং মরানয়াইদা ব্রাইথুংলবদা তবুং মনাইশিংনা হেতিংশোং নিংথৌও নংগী লোয়নবী হাউরৈমগা লোইননা চেংলৌ শকশু খংনসি তরাচাকশু চামিন্নসি কংলৈ মরান য়ায়দা খোঙদোইরকউ হায়না পাউদমলবদা তিংশোংশু হোইয়ারদুনা লোইবি হাউরৈমগা লোইনদুনা কংলৈ মপুংয়ায়দা ব্রাইথুংলবদা তবুংনিংথৌ তিংশোংনিংথৌ অনি শকখং

মাইখংননা নুংঙাই ব্বারি শানরে ইবেম্মা হাউরৈমগশু শকখংনরে। লোইদাম খরনিগীবু কংলৈপুংময়োন্দা পোইরৈ লময়েংখিশে হায়না লময়েংহন্দুনা লৈরকপনা লোইদাম থাজকুইরকলবদা তিংশোং মনুং মতম ওইরকলবদ। তিংশোং লৌতা থাওইরকলবদা তিংশোং লৌতাগে হায়না তিংশোং পুম্না হুপ্না কংলৈদা লৌতাথা য়ৌরে হায়না তিংশোং পাওকৌবা ব্বাইথুংলে কংলৈ তবুংনা হেতিংশোংও পোইরৈ হাউরৈমদি ঙসি অহিং শিমদি ঐগী ইয়ুমনাক্তা লৈরশিনো তরা অমতা চামিন্নরগা হয়েং ইনুংঙাল্লগা নয়ুম নাক্তা য়ৌহল্লক্কে হায়না হোয়য়ানরে। মৈতিংঙু তবুংবনা ইশানৌও নংনা নপাম নদোম লৈঙৈদা নহাকপু পোকপা পলেম পম্বৌ অনিনা তবুং ঐঙোন্দা কাওজনখিববু শানৌ নাকোংনা তাদবরা হায়না নাকোং চিক্লা পাওমেনববু হাউরৈমদি হোয়াখিয়ে হায়দবরা। ইনুংঙাল্লবদা তবুংনা হাউরৈমদা পাওমেল্লে ইশানৌ ও লোইদাম থাজখরনিগীবু ঐগী কংলৈ ইয়ুম নাকতা য়াংগোইবগুম ঐবুশু নহাক্কী নখুল নয়ুম নাকতা লোইদাম থাজখরনিগীবু য়াংগোই হল্লু তিংশোংনিংথৌদা ব্বাহমমো হায়রবদা হাউরৈমাশু হোয়য়াখিরে হায়দবরা। তরা চাকপু চারগা তিংশোংখুলবু ইনতাখিরে।

ময়ুম তিংশোংনাকপু ব্বাইথুংলবদা হাউরৈমনা মশাবি তিংশোংদা নাপপাচিকনা পাউমেনজববু তিংশোংসু হোইয়াবিরে। ইশাবিও মৈতৈনিংথৌ তবুংবা অসিবু লোইদাম থাজ খরনিদং ইরানযাইদা থৌখামখিশে নাহালমখৈ ইশাবিগা ঐখোয় অনিবু কংলৈ মরানয়াইদা থম্বা অসিবু তাংজ ইখংই। ঐখোয়শু নুমিৎ শিংগুম খরনিবু থৌখামবিও তবুং মহাকতি লাইজ ইখংখোং ময়াদা মোংবা য়ুমহৌ তমশে তোপ্পা থমশে হায়না মশানৌগী কোলোই মপাওবু চুমলে হায়না তিংশোং হোইয়ারে তবুং থৌখামলে।

হে কংলৈনিংথৌ তবুংবও তিংশোং ইতোমশু নৎতনা ইশানৌগা ঙাইরোইননা নরানয়ায়দা লোইদাম কুইনা থৌখাম্বীববু তিংশোং ইরাল য়াইদশু লোইদাম খরবু লৈবিও হায়না থৌখামজববু হোইয়ারে। অদুনোংগীবু তবুংনিংথৌনা লৈরম্বা লোক অদুবু তবুংলোক তৌনা কৌয়ে হায়দবরা। অশুমনা লৈরকলবদা তিংশোং খুলগী নুজা ওইবি নুপিশিংনা উতোং শমদা পুনা লাইজ ইশিংশোকপা চৎপদা হাউরৈমশু য়াওই অশুম্না চৎমিন্নবদা তবুংগা অরোল ব্বারি শাবদু উরবদা চনুরা নুপিশিংনা নিপাশিংদা পাউদমলে ইবেম্মা হাউরৈমা অসিবু মৈতৈনিংথৌ তবুংবগা অরোল ব্বারি শানাবগুম

তৌরে হায়না পাউদম্লবদা। তিংশোং খুল্লা পুম্না হুপ্না তিংশোংনিংথৌদা হে তিংশোং নিংথৌও ইবেম্মা হাউরৈমা অসিবু উনবি পুক্লিং অনিলোংনা তবুংখোইজংনা অরোল ব্বারিশানবা অসিবু খুল্লেমনা অশুমনা তৌরবদি তিংশোং পুম্না মিনম থানমলে মৈতে তবুং অসি তানথোকলসি হায়না পাওদমলবদা তিংশোং পুক্লিং নুঙওল খোইশাউরে খুল পুম্না হুপ্না নুমিদাং ব্বারেপ্লরে হয়েং নুমিদাং লানদাশে তবুং মানা তিংশোং ইকাই ফমদা লংজ লানজবগী তাংজা লুরেন ককশে হায়না ব্বারেপনববু অযুক লাইজ ইশোকপা চৎপদা নাপপাচিক্লা পাওদমলে। হে ইশাবিও ঙসি নুমিদাং অসিবু মোংবা নরান অসিদা য়াইরেক্কনু। অব্বাংথংবা লোকতা পামেন উ মখোঙ খাদা য়াইরেকও হায়রবদা হাউরৈ অব্বাংলোক্তা য়াতাখিবনা তিংশোং খুল পুম্না হুপ্না থিববু থিখংদরে।

নুমিদাং অমুক তিংশোং মীয়াম পুম্নহুম্না ব্বা খন্নরে মখালোক্তা থিখংদরবনিনা হয়েংদি অব্বা লোক্তা অমুক থিশে হায়নরে। হাউরৈমনা তারবদা পাওতমলে ঙসিদি অব্বাংলোক্তা য়াতারগনো মখালোক্তা য়াতারো হায়না পাওদমলে। তবুংবনা মখালোক্তা লৈখিবনা থিখংদরে। তিংশোং পুম্না হুপ্না হে মৈতে নিংথৌও কংলৈ মপুংয়াইদা হলব্বাইখ্রো তাজ লুরেন কক্লগনি হায়না খুল পুম্নামক্লা লাউরবদা।

তবুংনিংথৌনা হে তিংশোং নিথৌও উনবি পুক্লিং তপ্না তাবিও তিংশোং নঙগী হাউরৈমা অসিবু তবুং ঐনা পায়মা ইখোয়চং তিলাং ইখোইবু তারুবনা তবুং ঐদি ইব্বান কংলৈ য়াইদা হলব্বাইররোইয়ে। তিংশোংখুলনদি ঐবু তাংজা লুরেন লৌহনগনো পাথৌনকাদা লাল্লবগী তবুং ঐবু শমু মখুৎ মকনা তবুং ঐগী তাংজা লুরেন লৌও হায়না থৌদু নুংপাকথক্তা মৈতে নিংথৌ তবুংবনা ফমলবদা। তিংশোং নিংথৌনা তবুং তাংজা লুরেনবু ককলে। তিংশোং পুম্না হুপ্না ব্বারেপ্লরে। তবুংনিংথৌগী তাংজলুরেন অসিদি তিংশোং মরানয়াইদা থমফরোইয়ে খুল নামুংবা ব্বানে খুলগী খুলয়াইদা কোংয়াং ব্বাবু য়ুংলগা ব্বাগী ব্বাতোন্দা তবুং মকোক থেৎলগা তিংশোং মাইপাক ওইশে হায়না থেৎলে তিংশোং পুম্না মাইপাক লৌরে হায়না হরাউনরে।

অদুনোংগী অহিংতাংলৌ থেংলবা ইনুংপুংগোই লেপ্লোংয়াই ইচিক হুল্লকপদা তিংশোং খুল পুম্নামক্তি লৈকক লৈয়াচৎনা লৈতাদুনা নোংমনলে নোংঙাল্লাগা মীয়াম নোংমনবা অসিবু কদৌনোংগীনো হায়না য়েংবদা লৈকক লৈয়া চৎপা উবদা খুল পুম্না হুপ্না খন্নরে। লোইবি হাউরৈমনা পুকনিং শেলোংনিক্লনা তবুং তাংজা লুরেন লৌবসু

হাউরৈমা মশুং লাংগীনে। তিংশোং মীয়াম নোংমনবা অসিবু ওহোকয়ে হাউরৈমা অসিবু তাংজা মকোক অসিবু কংলে মরান য়াইদা থিলহললশে হায়না য়ারেপনরে। হাউরৈমদা হাউনুও নশুংলাংগী তিংশোক মাংবতারে তবুং তাংজা লুরেন অসিবু কংলে মরান য়ায়দবু থিললুও হায়রবদা হাউরৈমশু হোয়াখিরে হায়দবরা।

তরা চয়োমলে য়াংলে যু খোমহান তবুংবগী তাংজা লুরেনবু শমদা হাপনা কংলে খোঙশাললক্লে। হাউরৈমনা পায়মা পিবুক নুংদা নিংখৎলকয়ে মোমনু ঐবু লুখ্রাশিংদা চললবরা হায়না ঙহাক য়াখলতৌনা লৈরময়ে হায়বগী মফমদুবু লমলেন লুখ্রা খোং হায়না কৌনখিয়ে। অমুক ইশাবিগী তাংজা লুরেন লৈরিদনা হায়না করিগী লুখ্রাশিংদা চললুগদগে হায়না অথোই নাপন কানা কংলে খোঙশানখিয়ে হায়বগীবু লমলেন ইথোই খোঙবান হায়না কৌনহৌয়ে। অশুমনা হাউরৈমনা য়াংদৌ খোঙদোই হুল্লকপদা তরা চয়োম থোকলগা চরা য়ানগে তৌয়ে হায়বগী চরায়ানফম কৌয়ে। তরা চয়োম অদু তাংজ লুরেন্না মথক্তা থোংলুবনা ইচুম চংলময়ে চাবা য়াদদুনা চাক অদু চাইথোকলময়ে হায়বগী লমলেন অদুবু ইচাই খোঙবানও তৌনা কৌই হায়দবরা।

অশুমনা লাকপনা হাউরৈমনা মখাপাংনা লাকপনা হাউশম তুংদান্ননা মথংলেনগী তাংজা লুরেন পুদুনা য়াংদৌ খোঙদোই হুললকপদা মশাবিগী তাংজ লুরেন অদুদি শমদগী চোংথখিদুনা য়ারৌ শজি ওইনা শাইওনখিদুনা চিঙদাইনিংথৌগী মশাইকোনবু তমনা চেনখিববু হাউরৈমনা চেংলৌ মিৎয়েং শানখৈ হৌরবদা চিঙদাইনিংথৌ খেলেম্বনা য়রৌ শাবু ফাগে হায়না তিমেন খুৎতা পায়মা য়ারৌশাবু তাললবদা হাউরৈমনা কোলোই মপাউ মেনজেয়ে। পহৌও শজি অদুদি য়ারৌশাবু নৎতেয়ে ইথংলেন তবুংগী তাংজ লুরেননা ওইখিবা শানি শাফাবিগনো হায়না মমোম হাউরৈমগী মপাউ তারবদা শাতানবা তোক্লে শা অদুদি চিঙদাইনিংথৌ খেলেম্বগী ইংখোলনুংদা চেনশিন্দুনা শাথুপখিয়ে। হাউরৈমা শমবুবিদি মপন পহৌগী মরালয়াইদা মশাবিগী হৈনা তুংইন্না য়াংগোইখিয়ে।

কোরৌ নুমিৎ খুদিংগী খোমলেন মংলাল চান্দা উদুনদা লৈরবদা ইবেম্মনা তাইবঙদা মিৎনা উবদি ফংদরে খোমলেন মংলান্দদা মউদুনা লৈরে পুকমেন পাওমেন্নবশু ফংহৌদে খোমলেন মিকপথোকপনা মহাক্লে হায়না কাপ্লবদা কোরৌ নোংমদি ইবেম্মগী খোমলেন মংলানচান্দা তবুং চেংলৌ শকপু লাকনা কোলোই

মপাউবু মেনবিরে হায়দবরা। হে ইশানৌও নংনা কোরৌ নোংতামদনা খোমলেন মিকপপা অসিবু নশাবি ঐদি খাংঙমদরে। হয়েংকৌবা নোংঙাল্লবদা অহিং তাংলৌ লৈথেং নোংয়াই চপুক লোল্লবদা মিকপ মিরাউখোল তারকত্রবদা পুখাউ লাইফমগী মনাক অসিদা হাউশম তুংতান্নবা খাংচেৎ মচিলাংনা লাকউ নশাবি ঐশু লৈরমগে তাইবঙ শকলোন লৌনা কোলোই পাউমেন্নশি হায়না তবুং মপাউপিরম্মে। অহিং তাংলৌ থেংলবা নোংয়াই চপুক লোল্লবদা ইবেম্মনা হাউশম তুংতান্নবা মশাবিনা পাউতাকপিরম্বা মফম অদুদা ৱাইথুংলে মশাবি চেংলৌ শক উনরবগি অহিং অদু চুপ্প া নোংলেনলে হাউরৈ খাপাংনা ইরিল তুরেল খোঙবাল লাকমিন্নরবদা উরুপোৎহৈথা ঙানবা চাচনৱাই লমলেন ইরোংলম য়ৌরকপদা ইনুংঙানগে তৌরকলবদা মশাবি তবুংবগা মশানৌ হাউরৈমগা অনিনা অৱাংলাইনা পাংবারমবু লমকারশে হায়নবা হলখিবা লমলেন অদুদা ইরৈমগী খুফম হায়না খংনৈয়ে।

অসুম্না লাকপনা মথক্তা হায়খিবা পুখাউ লাইফমকোম হায়রিবা অসি য়ৌরকপদা ইনুংঙানগে তৌরে নমু মীনা উপ্ত্রগনি হায়না তবুং থুপখ্রে। হাউরৈমশু মশাবিগী হৈনা তুংইজগে হায়না থুপখি। ইবেম্মগী শমগা চরৈফিগা তবুংবগী তাংজ লুরেন অদুগা লাইফমকোমগী মনাক্তা পামেন উদা য়াল্লমই। অসুম্না খোইয়ুম লাইশিংদা চন্না চিংঙু লাই ওইখিয়ে হায়দবরা। ইরৈমগী শমলপ্পা চিঙ অমসুং তমগা মরি লৈনৈ হায়বসি লাইশিংগী মতমদগী লৈনরকই হায়বা তাকলি।

### চাউরাকপা উমংলাই খঙনবা

১। মোইরাং থাংজিং
২। হৈঙাঙ মারজিঙ
৩। শুগ্নু ৱাংবরেল
৪। অৱাং সেকমাই কৌব্রু
৫। য়াইস্কুল নোংশাবা
৬। শুগ্নু লোকনিংথৌ
৭। শুগ্নু সনামহি
৮। থাঙ্গা চিঙনিংথৌ

৯। কোইরেঙ্গৈ পাখংবা
১০। মাইবমলৌকপচিঙ লোইয়ারাকপা
১১। তোপ চিংথা ঈনামুং
১২। য়াইরিপোক নোংপোক পানথোইবী
১৩। কোদোমপোকপী সোরারেল
১৪। য়ুরেমবম উনম সোরারেল
১৫। য়াম্ব্রেম য়াইরি নিংথৌ
১৬। তাইরেনপোকপী কৌব্রু
১৭। ফকুং চিঙখৈ গুরু
১৮। অবাং য়ুম্নাম খুনৌ পুথিবা
১৯। খুরাই পুথিবা
২০। ৱাংভু ৱাংবরেল
২১। নিংঙেল নোংপোক
২২। চন্দ্রখোং য়েনখুরাকপা
২৩। অদ্রো পনম নিংথৌ
২৪। অদ্রো পুরৈরোমবা
২৫। তাংজেং লোকনিংথৌ
২৬। নুঙভু লোকনিংথৌ
২৭। ফায়েং কৌব্রু
২৮। নাচৌ সোরারেল
২৯। খা পোৎশংবম পাঙ্গনবা
৩০। নিংথৌখোং ওক্লরেল
৩১। ঈথিং থাংজিং
৩২। ওইনাম নোংশাবা
৩৩। হাওবিজম চাইরেললাকপা
৩৪। লাইশ্রম ঈরৈমা
৩৫। মোইরাংথেম থাংজিং

৩৬। তোংব্রম লাইরেম্মা
৩৭। শালাম সোরারেন, সনাহল
৩৮। হৈস্নাম চিঙনিংথৌ
৩৯। ঙাঙ্খা লবাই থাংজিং
৪০। মাইব্রম তম্পাক লাইনিংথৌ
৪১। লাইশংবম নোংশাবা
৪২। ফিলেম খোরিফাব
৪৩। লাইফ্রাকপম খানাচাউবা
৪৪। খোয়াংবম অয়াংলৈমা
৪৫। ফাইরেলবম লোকলাওলৈম
৪৬। অহনথেম সনামহি
৪৭। মাইরেম্বম লৈকোয় নিংথৌ
৪৮। কুমাম মহারাবা
৪৯। হেমাম পাখংবা
৫০। কোঞ্জেংবম সোরারেল
৫১। কিয়াম উই নিংথৌ
৫২। থোংঙাম থোংনাং নিংথৌ
৫৩। কুমফী শনথোঙ নিংথৌ
৫৪। সগাং শনথোং নিংথৌ
৫৫। কোদোমপোকপী খোরিফাবা
৫৬। পাংশোই খুঞ্জাউ পাখংবা
৫৭। পাংশোই খুনৌ নোংকাবী
৫৮। শাচেপ চিঙ্খে পুরি-পুরাবা
৫৯। উখোংশাং নোংপোক
৬০। উয়াল অরোং নিংথৌ
৬১। খোইরোম নোংপোক নিংথৌ
৬২। খারমান পাখংব

৬৩। ওইনাম তাংলৈহাদ ঈরৈমা

৬৪। ওইনাম লাইফম ঈরৈমা

৬৫। ওইনাম থিংঙেল ঈরৈমা

৬৬। লমদেং লাইখুরেম্বী

৬৭। লম্লাল কৌব্রু

৬৮। চঙাঙ্গৈ খুবোমবা

৬৯। শরোংখাইবম ফৌওইবী

৭০। ৱাংখৈ লাইশ্রম ঈরৈমা

৭১। ৱাংজিং ৱাংজিং নিংথৌ

৭২। লাইরেন শজিক কৌব্রু

৭৩। তেহ্বা ঈকোপ নিংথৌ

৭৪। থৌদাম ঈরোংলৈম

৭৫। খুরাই কোনসম লৈকায় চীংজ্রোইবী

৭৬। লমশাং ঈশিং চাইবা

৭৭। উৎলৌ পানথোইবী

৭৮। কিয়ামগৈ পাখংবা

৭৯। চীঙঙা মখা শোরাম য়ুমজাউ লাইরেম্মা

৮০। মালোম খুঞ্জাউবা

৮১। থৌবাল শাবল তোংবা থৌবাল নিংথৌ

৮২। হাওগা সোরারেল

৮৩। কোনথা মারজিং

৮৪। ফুমলৌ কৈরোয় কৌব্রু

৮৫। ফুমলৌ সিফাই কৌব্রু

৮৬। হাওরৈবী পাখংবা

৮৭। সরাংথেম লাইরেম্মা

৮৮। লৈশাংথেম লাইরেম্মা

৮৯। হৈক্রুজম লোইয়ারাকপা

৯০। লৈমপোকপম সিফাই থাংজিও
৯১। লৈমপোকপম খুনফম শেবু লৈম
৯২। আরাঙ্গী পুরৈরোমবা
৯৩। অবাং পোংশংবম কৌব্রু
৯৪। অঙোম যুমজাউ লৈমা
৯৫। লাংপোক নিংথৌ
৯৬। কাংঙবম যুমজাউ লৈমা
৯৭। পোংশংবম থৌরীফি কৌব্রু
৯৮। কৈশামপাং যুমজাউ লৈমা
৯৯। তাউবুঙখোক লোইয়ারাকপা
১০০। পিশুম হুইদ্রোম যুমজাও লৈম
১০১। কাইরং মারজিং
১০২। লোইতাংখুনৌ কৌব্রু
১০৩। হাওরং শাবল কৌব্রু
১০৪। হাওরং কৈরেল কৌবু
১০৫। মোইতাংপোক কোরঔহনবা
১০৬। লমলাই পুরৈরোম্বা
১০৭। যুরেম্বম হুইদোন পোকপী
১০৮। বাংগোই সনামহী
১০৯। বাংগোই বাংবরেল
১১০। পাংশোই তাউমং নাউথিংখোং
১১১। পাংশোই নোংগাবী
১১২। চিঙঙ্গা মখা ঈরোম যুমজাও লৈম
১১৩। শঙ্গেনবম কৌব্রু
১১৪। লমাংদোং য়াঙ্গোই নিংথৌ
১১৫। কাসিফাই পাখংবা
১১৬। থিয়াম কোনজিন ফুনান নিংথৌ

১১৭। ককচিঙ খুলেন খল্লাংবা
১১৮। ককচিং খুলেন নাউহল
১১৯। ককচিং খুলেন ঈরুম নিংথৌ
১২০। ককচিং খুলেন শেকমাই নিংথৌ
১২১। ককচিং খোরীফাবা
১২২। ৱাইরি খম্লাংব
১২৩। আরাপতি ঈরৈমা
১২৪। ঈরেংপল ঈরুম নিংথৌ
১২৫। পাওনম ঈশিং চাইবা
১২৬। তৌবুল য়াঙ্গোই নিংথৌ
১২৭। কাংঙমুং খুজোই লোইয়ারাকপা
১২৮। ঙাইরাংবম লোইয়ারাকপা
১২৯। ৱাইতোন পুথিবা
১৩০। খুন্দ্রাকপম মারজিঙ
১৩১। তিঙগ্রি মারজিঙ
১৩২। সাপম সোলাই খোংজোম নিংথৌ
১৩৩। শলুংফম ঈকোপ নিংথৌ
১৩৪। থৌবাল নোংগাংখোঙ থৌবাল নিংথৌ
১৩৫। কেক্রু নোংপোক পাম্থোইবী
১৩৬। চবুংকম্পনি ৱাংখরেল
১৩৭। ইরম সিফাই ঙাঙৌরাকপা
১৩৮। মুতুম ফিফৌ ঈরোং লৈমা
১৩৯। ককৱা নাওরেম পাম্থোইবী
১৪০। ইরোইশেম্বা থোংঙাকমচা
১৪১। নারন কোনজিন কৌব্রু
১৪২। ময়াংইম্ফাল খুমন পোকপা
১৪৩। লাইরেনজম লাইরেম্মা

১৪৪। থংবিজ্রৌ থংবা
১৪৫। মৈত্রম শেবু লৈমা
১৪৬। শগোল তোংবা পাখংবা
১৪৭। কৈনৌ খুল্লেমা
১৪৮। থোংঙাম মোন্দুম খুল্লেমা
১৪৯। সাম্রাম খোংজোম নিংথৌ
১৫০। লৌরেম্বম লাইরেম্মা
১৫১। কোঞ্জেংবম লাইরেম্মা
১৫২। তোপ লংমাই লৈমা
১৫৩। থোংঙাম পাংগনবা
১৫৪। থাউরোইজম য়ুমজাউ লৈমা
১৫৫। উরিপোক য়ুরেনবম হুইদোম পোকপী
১৫৬। এলাংবম পাংগনবা
১৫৭। ময়েংবম য়াওরৈবী
১৫৮। ময়াং লাংজিং মমাং কৌব্রু
১৫৯। ময়াং লাংজিং মনিঙ কৌব্রু
১৬০। লাংমৈথেৎ পাম্ফোইবী
১৬১। খুম্বোং পাম্ফোইবী
১৬২। অবাংখুনৌ কৌব্রু
১৬৩। ফোইজিঙ চনিং লৈমা
১৬৪। তাউথোং কৌব্রু
১৬৫। উরিপোক খমলাংবা
১৬৬। অখাম খমলাংবা
১৬৭। উরিপোক লাইখুরেম্বী
১৬৮। এলাংবম খানপোকপী পাংগনবা
১৬৯। লুকের খোইমোম লাইরেম্মা
১৭০। লমবোইখুল ঈরৈমা

১৭১। গোবিন্দগ্রাম পুথিবা
১৭২। খোঙঙামপাৎ লুৱাংপোকপা
১৭৩। খোঙঙামপাৎ কৌব্রু
১৭৪। পরনাম খুল লোইয়ারাকপা
১৭৫। ঙারিয়ানবম কৌব্রু
১৭৬। নমবোল খোরিফাবা
১৭৭। ফৌকাকচাউ ফৌওইবী
১৭৮। খা থৌনাউজম পাছোইবী
১৭৯। উচেককোল মোরিবা
১৮০। নম্বোল কোনখাম লোইয়ারাকপা
১৮১। খুন্দ্রাকপম পাংগনবা
১৮২। মৈনম লাইরেম্মা
১৮৩। অচানবীকৈ মারজিঙ
১৮৪। কাংঙমুং মাইস্নাম লোইয়ারাকপা
১৮৫। কৈরাউ লংদুম কৈরাউ লাকপা
১৮৬। ৱাহেংবম য়ুমজাউ লৈমা
১৮৭। তেকচম ঈকোপ নিংথৌ
১৮৮। লাংমৈদোং পাখংবা
১৮৯। ঈঙৌরোক নোংপোক নিংথৌ
১৯০। হৈনৌপোক লোইয়ারাকপা
১৯১। চীঙঙা মখা মাইস্নাম লুৱাংপোকপা
১৯২। পুখাউ অহল্লুপ ঈরৈমা
১৯৩। খুরায় লাই অৱাংবা
১৯৪। ৱাংবল ঈকোপ নিংথৌ
১৯৫। হিয়াংথাং লাইরেম্মা
১৯৬। হুইরেম চিঙবাল লৈমা
১৯৭। নহারুপ পুরৈরোমবা

১৯৮। পুণ্ডদোংবম পানথোইবী
১৯৯। নঙ্গোই পুথিবা
২০০। শগোলবন্দ পাখংবা
২০১। লমদিং ব্রাংজিং
২০২। চিংথাম খোংজোম নিংথৌ
২০৩। নিংথৌখোং থংনরেল
২০৪। য়ুম্নাম য়ুমজাউ লাইরেম্মা
২০৫। শগোলমাঙ ঈরৈমা
২০৬। পাৎপল ঈরুম নিংথৌ
২০৭। নুংঙু লাইমনাই
২০৮। চারংপাৎ মমাঙ অরোংনিংথৌ
২০৯। খাঙঙবোক ঈকোপ নিংথৌ
২১০। পেঙ্গি অরোংনিংথৌ
২১১। মোইরাংপুরেল পশি লাইরেম্মা
২১২। পৌরাবী পুথিবা
২১৩। খুরাই লাইনিংথৌহনবা
২১৪। লোক্তোনবম অরাই লৈমা
২১৫। নাকলবম চিঙ্গোল নিংথৌ
২১৬। খুরায় মমাঙ য়াঙ্গোই নিংথৌ
২১৭। খুরায় অঙৌবা
২১৮। খুরায় পুথিবা
২১৯। শৌবোল লাইরেম্মা
২২০। তোপ লংমাই লৈমা
২২১। শেক্তা লাইয়িংথৌ অচঙবা
২২২। খংখুই
২২৩। খুরায় নিংথেম পোকপা
২২৪। অঙোম পোকপা ( লৈথোঙ)

২২৫। অতোন খুমন পাখংবা নিংথেম পোকপা
২২৬। লমদেং থুমগোং লাইরেম্মা
২২৭। লমদেং পোইরৈতোন লাইখুরেম্বী লৈমা লৈনাওতাবী
২২৮। লুৱাংগুরু শংগোল
২২৯। খাগি মাইবী যুম্ফম
২৩০। থিনুংগে লোইয়ারাকপা
২৩১। থিনুংগে রামজি নিংথৌ
২৩২। ঈথাই ফৌওইবী
২৩৩। থাঙতেক য়াঙ্গোই নিংথৌ
২৩৪। ঙাইরাংবম খুনৌ পাখংবা
২৩৫। খা যুম্নাম খুনৌ লোইয়ারাকপা
২৩৬। খুরাই শৌবোন লাইরেম্মা
২৩৭। উচেক্কোন পাছোইবী
২৩৮। কোছৌজম লাইরেম্মা
২৩৯। তখেল নোংপোক নিংথৌ
২৪০। পুখাও লাইফম ইরৈমা
২৪১। অরোং ফৌওইবী
২৪২। পুখাও খাবম ইরৈমা
২৪৩। হৈবোংপোকপী কৌব্রু
২৪৪। কাংঙমুং তোংব্রম লোয়ারাকপা
২৪৫। খাথোং পাখংবা
২৪৬। শাৎপম খোংজোম নিংথৌ
২৪৭। থোকচোম অরোং নিংথৌ
২৪৮। অথোকপম অরোং নিংথৌ
২৪৯। কৈরক শেকমাই নিংথৌ
২৫০। খুরাই থারৈমা
২৫১। খাইদেম লোইয়ারাকপা

২৫২। হৈয়োক ইকোপ নিংথৌ

২৫৩। য়াবগাই পাখংবা

২৫৪। লাইরেন কাবী কৌব্রু

২৫৫। চজিং লাকপা

২৫৬। ইরেংবম নামৈরাকপম খুবোম্বা

২৫৭। খোইজুমান য়াঙ্গোই নিংথৌ

২৫৮। নিংথৌম শং শং নিংথৌ

২৫৯। নোংপোক লৌরেম্বম অয়োং নিংথৌ

২৬০। হৈশ্নাম পাছোইবী

২৬১। ওইনাম শওম্বুং ইরৈমা

২৬২। থৌবান নিংথৌম্বম থৌবান

২৬৩। কোংপাল উরালৈমা নিংথৌ

২৬৪। কোংপাল পুরি পুরাবা

২৬৫। বামোকম্পু পুরৈরোম্বা

২৬৬। তাংখম খুল্লেমা (ফালিকা)

২৬৭। চরাংপাৎ মনিং নোংপোক নিংথৌ

২৬৮। খোংজোম নিংথৌ

২৬৯। অহল্লুপ মারজিং

২৭০। থোংঙাক লাইরেম্মা লাঙ্গোল

২৭১। ইরেংবম খোরিফাব

২৭২। লাঙ্গোল কমেং কৌব্রু

২৭৩। কোংপাল লংমাইলৈমা

২৭৪। য়াখারাকপা

২৭৫। পাঙ্গে মারজিং

২৭৬। লম্মাবম ইরোংলৈমা

২৭৭। কৈরাও লাকপা

২৭৮। খেকমন য়াংব্রেন

২৭৯। খেকমন পাখংবা
২৮০। খেকমন লৈকাইরাকপা
২৮১। ৱাঙ্খেরাকপম য়ুমজাও লাইরেম্মা
২৮২। শগোলমাং ইরৈমা
২৮৩। মৈনম লাইরেম্মা
২৮৪। লাংমৈদোং পাখংবা
২৮৫। এলাংবম পাংগনবা
২৮৬। মৈন্ত্রাও লাকপা
২৮৭। লাইরেনজম লাইরেম্মা
২৮৮। ক্যামগৈ খাগেম্বা
২৮৯। ক্যামগৈ মুংয়াম্বা পাখংবা
২৯০। শলুংফম নোংপোক নিংথৌ
২৯১। কবোৱাকচিং লোয়ারাকপা
২৯২। নিংথৌবুং পুরাবা
২৯৩। কাংঙমুং সিভাই লোয়ারাকপা
২৯৪। পাঙন শিভাই নুংথেললৈমা
২৯৫। হিয়াংলম পাঙ্গনবা
২৯৬। ফৌদেন পাখংবা
২৯৭। ফৌদেন নোংপোক নিংথৌ
২৯৮। হৈনৌখোংনেম্বী লাইশ্রম লাইরেম্মা
২৯৯। নোংচুপ ষনশেনবম কৌব্রু
৩০০। শামুরৌলাকপা
৩০১। শামুরৌ খ্বাই নিংথৌ
৩০২। শামুরৌ লৈতাং নিংথৌ
৩০৩। মোরোক ইংখোল কৌব্রু
৩০৪। কৈনৌ অহোংশাংবম লাইরেম্মা
৩০৫। কৈনৌ থোংথক কৌব্রু

৩০৬। ঙাইখোং য়াংগোই নিংথৌ
৩০৭। কারাম নোংশাবা
৩০৮। বাহেং খুমন পাখংবা
৩০৯। শগোলতোংবা শুরাইশম খাগেম্বা
৩১০। শৌবাম মবাও লৈমা
৩১১। খাইদেম ঙানুলৈমা
৩১২। মাইবখুল মারজিং
৩১৩। মাকলং নুংথিল লৈমা
৩১৪। হৈয়েল ইকোপ নিংথৌ
৩১৫। হংগুণ কালিফা
৩১৬। তেরা খুনৌ ইকোপ নিংথৌ
৩১৭। তেছা খুনৌ ইকোপ নিংথৌ
৩১৮। সিনাম কোম লাইনিংথৌ
৩১৯। কবো ব্রাকচিং নোংগাবী
৩২০। কৈবী ইরৈমা
৩২১। লাঙ্গোল নিংথৌ
৩২২। তরুং লৈমা
৩২৩। ফুবাল্লা পাখংবা
৩২৪। পেচি অরোং নিংথৌ ইকোপনিংথৌ
৩২৫। থাংমৈবন কংহুজম নাওথিংখোং
৩২৬। খুরাই লাই খুরেম্বী
৩২৭। চরাংপাৎ ময়াই নোংপোক
৩২৮। লফুপাৎ কালিকা
৩২৯। থম্মাপোকপী থাংজিং
৩৩০। শাইরেম খুল কৌব্রু
৩৩১। খাবি লাইরেম্বী
৩৩২। বারোই চিং মালং হুমোইবা

৩৩৩। য়াইঙং পোকপী হাওরৈমা শম্বুবি
৩৩৪। নোংপোক কমেং খমলাংবা
৩৩৫। ককময়াই পাছোইবী
৩৩৬। থোংঙাম মোন্দুম নুংগাং মহারাবা
৩৩৭। ক্বারোকচিং তরাং শরাবা
৩৩৮। নিংঙেল ফৌওইবী লোকচাও থনুংবা
৩৩৯। চন্দ্রখোং নোংপোক শৱাং লাললম ফোরিবা
৩৪০। কোইরেংগৈ পাখংবা খুমন পোকপা
৩৪১। কোংবমরু কোংলৌতোন লৌথিবা
৩৪২। কৌব্রু ইনামুং, চান্দেবা, খোংদেবা,
৩৪৩। কাওড্রুক্লা কৌব্রু
৩৪৪। খুরখুল ইচুম লাইরেম্মা
৩৪৫। সেকমাই ৱাংব্রেন
৩৪৬। ফায়েং শৱাং শোরানে
৩৪৭। লৈম্রাম কৌব্রু
৩৪৮। থোংজাও ময়াংঙম্বা
৩৪৯। নুং শছোং পান শন্দোং নুংযুংবী
৩৫০। চোথে থাংৱাই পাখংবা
৩৫১। ঙাকচৌপোকপী য়াংগোই নিংথৌ
৩৫২। ইশোক চীংফু নিংথৌ
৩৫৩। খা লৌরেম্বম পাছোইবী
৩৫৪। থিয়াম লাইকোম পাখংবা
৩৫৫। শনশেনবম পাছোইবী
৩৫৬। পুখ্রম্বম পাছোইবী
৩৫৭। থৌনাওজম পাছোইবী
৩৫৮। অৱাংজিরি কবোকখোং লাইরেম্মা
৩৫৯। খা পোৎশংবম পাঙ্গনবা

৩৬০। নাওরেম পাছোইবী
৩৬১। পোম্বীখোক লোনিংথৌ
৩৬২। কোন্দোং লাইরেম্মা
৩৬৩। চাইরেন খুনবু লৈমা খুনমাবি পাছোইবী তাংখুল হুইথোক পাখংবা
৩৬৪। নোংমাইজিং নোংপোক অপানবা খল্লোংনচিংবা লাইফম
৩৬৫। কান্তো খুল্লেল কৌব্রু
৩৬৬। কান্তো খুনৌ কৌব্রু
৩৬৭। তেরা উরক কৌব্রু
৩৬৮। পুখাও নহারুপ ইরৈমা
৩৬৯। নহারুপ তেরাপুর ইরৈমা
৩৭০। চজিং মাইরেলখোং পুথিবা
৩৭১। লৈমাতাক পাখংবা হিদেল পাখংবা
৩৭২। প্রেজেক্ট মপাল ( ফেস ফোর) পাখংবা
৩৭৩। উপোকপী সোরারেল
৩৭৪। লমদোং মখা ময়াঙম্বা
৩৭৫। হৈক্রুজম মমাং লোইয়ারাকপা
৩৭৬। হৈক্রুজম মমাং খুমন পোকপা
৩৭৭। চুড়াচান্দপুর অৱাং মখা মাইগৈ ঙাকপা
৩৭৮। লাইরেনজম খোরিফাবা
৩৭৯। বমদরা অৱাং মচেম চীং চীংথাং লাইরেম্বী মচেম
৩৮০। বমদরা মখা মনাও চীং চীংথশং লাইরেম্বী মনাউ
৩৮১। যুরেম্বম মখা মোইরাং পোকপা
৩৮২। অতোম খুল ঙানু লৈমা
৩৮৩। কদোমপোকপী মনিং মেকোলা তাওদিং পাখংবা
৩৮৪। চঙাঙ্গে মনিং পোক্রেন পোকপা
৩৮৫। উৎলৌ মমাং নোংদা লাইরেন পাখংবা
৩৮৬। পাঙ্গে বাজার তাংজা লিল পাখংবা

৩৮৭। খোঙহামপাৎ খুনৌ কৌব্রু

৩৮৮। ময়াংইম্ফাল কোঞ্চাক ৱাংবা সোরারেল

৩৮৯। চোংথাম কোনালাকপা পাখঙবা

৩৯০। তাকয়েল লাইরেম্বী

হায়রিবা লাইফমশিং পুম্নমক অসিদা নত্তনা লৈরিবা লাইফম কয়ামরুমসু উমংলাই খুন্তাবা কৌবা লাইরিক্তা ইরিবশিং অসিগী মরক্তা। য়ুম্নাক্কা কোন্নবা লাইসু য়াওরি। মৈদিংঙু নিংথৌরোন মথং মথং নিংথৌ লাই হায়না চৎনরকপগী মরমদসু য়াম্না মচা খাইনা ইরি।

## চকপা ফাইয়েং হরাউবা

হৈয়াহে লিকলাইয়ো ইবুধৌ নোংথৌরেন পুম্মামও নদাইরেক তৈয়ুম চিংগোই ইরাকমনা নহাননোং হৈয়িঙৈগী চকপা ফাইয়েং কৌখিবগী ৱা অরিববু তৈয়ুম চিংগোই ইরাকমনা শৈথি শৈহৌজরককে। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা তাংয়ি অহোংবী লোইমোম ফৌওইবী খোংবুরোন য়াম্বী লাইরেম্মা তরা চাককুবী পোইরৈ খুনয়োকপী তম্ফা তাংয়ি চমিংয়াম্বী লোইমোম ফৌমিং হকপিগা লৈনুংফাইবী তেরা কোলাংশিন্নবি হাইনু লৈমা হায়মিংনবি। খোংচোম্বগী মমোম লোইগা। ৱাকচিং হৈগোইবমচনু খোইনৌ নিংঙোল নুরাবিগা। য়াংমোম মহুই লোইনাই পাথি তম্না হৌনাতোন থেক্লা নুংবী ফৈনা ওনমিন্নবী তোইবী কোনমিন্নবী কোলাংনাশিন্নবি। কোলাংনুগা খোইনৌমতা মঙামক্লা ময়ুম থোংনাং পাংগে। থোংনাং ময়াং পাংগে মোইবুং পোংতম্বা লিককোন খাওজাও য়ানবা। মরম খৈনা তৈনাসে হায়না লোইন্নরমলে। হায়বগী অদুনোংগীবু লমলেন লোইচীঙও ৱারোই চীংও তৌনা থোন্নরময়ে। খোইনৌ মতা তরুকমক্লা কোরৌ নুমিৎ মঙানিবু ফাইরমমে হায়বগী অদুনোংগীবু লমলেন ফাইয়েংও কৌনা থোন্নরময়ে। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা খোইনৌ মতা তরুক ৬ মক্লা লমলেন মতাইমা থোংতেক ঙাপুরম লাংলেন কোভয়াং ৱাবু। নাতৈননা লোইবী চীংলমকা হেপপা অথাচীং শমকৎলকপবু তাংখুল লৈহৌ পোক্তা লাইচ মথিনাই ইমু মরাংহৌ নুংবী ফৈনাওন্না লাইজ ঈশিং চাওরম্লবগী। তম্ফা লাইরেম্মনা খোইনৌ মতারোই লেমলৈ ঙারৈমাদি লাইজ ঈগী মচানিনা শাম্বা ঈরোইনা। ইমু খোঙগাউননা ঈঙৌ শেৱাইননা লাইজ ঈরানখিয়ে য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মনা লাইজ নংনা মথিনাই ইমুমরাং হৌরমলবগী খোইনৌ ইতা লেমলৈ ঙারা ঙাওইবিদি শিংঙেন সেৎনরে লৈরাং খাইনরে হায়না।

লাংলেন কোংয়াং মচেশুনা লাইজ ঈপুক খাইনা য়েরমমে। হায়বগী অদু নোংগীবু। লমলেন লুলোই ইয়েও তৌনা থোন্নরময়ে কৌনেয়ে। চকপা কাংবুনা চকপারোন হরাউই। ফাইয়েংনা হরাউরিবা লাইদি কৌব্রু, লোয়া লাকপা লাইনি। লাই অনি অসিগী মশাইগোল ফয়েং কৌবা মফমদা লৈরুবা মরমনা লম অসিবু কোনবা লাইবু চহি কুমজা খুদিংগী কৌব্রু লোয়ারাকপা অনিবু হরাউই অদুবু কৌব্রু লোইয়ারাকপা হরাউবদা লাই অনি অসিদা নত্তনা সোরারেনগী থৌরম নোংপোক নিংথৌগী থৌরক লৈমরেনগী থৌরম তোংঙান তোংঙানবা হৈথা লৈথানচিংবা থৌরম তৌই। শঙ মফমশু তোপই।

লৈমরেনগীনা অবাংথংবদা লাইশং অমা শাই। সোরারেনগীনা লাইবুংগী ময়াইদা লৈপুং ওইনা অমা লৈ। বা অচৌবা অবাংবা অমা ফিনা কোয়রগা মতোন্দা ফি অমা য়াংলগা য়াললগা যুংই। যুংলিবা বা অদুগী মখোংদা হৈথা লৈথা হৈকং লৈকংনচিংবা তৌই লাইশং ওইনদি শাদে। নোংপোক নিংথৌগীগনা লাইবুংগী নোংপোক্তা খুভম ওইনা লৈবা মফম অদুদা হৈথা-লৈথা, হৈকং-লৈকং শরেননাচিংবা কংলগা তৌই। থৌগলমীশু তোংঙাল্লি।

কৌব্রু হরাউবা অসি খুল কয়ামরুমগী মনুংদা অহুমদি চকপারোন্না হরাউই। ফয়েং খুলনা চকপরোন্না লাই হরাউরিবা অসি চকপা কাঙবু অসিগী মরু ওইবা লাইবু নিংশিংবসু কাইদে অসি চকপা পোকপা শোরারেনবু থৌনিবসু কাইদনা থৌনিরি। অসিগুম্না লাই অসিবু চকপারোল অথুপ্পা চকপা অরিবা অবাং অথুপ্পা চকপা পোকপা সোরারেন অচিববু থুপনা থৌনিরিবা অসিবু কাইদনা চহিগী লাইগী মথৌ তৌই। লোইশং কোয়বা হায়বা থৌরম অসিশু চকপা কাঙলুপকী তোকপা অমসুং থাদোকপা য়াদ্রবা চংনবী থৌরমনি অসিবু ঙাকনবা খুলগী খুল্লাকপা লুপলাকপা যুপানবা অসিনচিংবা ফমনাইবা মশিং রাংতনা লৈরিবশিং অসিনা মাগী মাগী মশিল পুদুনা লাই হরাউই। চকপগী লাই হরাউবদা ফম্নাইবা য়াউদবা য়াদে চকপা খুল খুদিংমকশু ফম্নাইবা লৈগদবনি অসুম্না হরাউরিবা অসিদা খেন্নরিবদি লাই লাই অদুগী মতুং ইন্না চংনরোল মান্নদবদগী লাই ইকৌবদগীনা লাইরোই ফাওবদা শক্লিবা শোল্লিবা লাইরোনশিং অসি হৌজিক্তা চংনরিবা ময়াম্না খংনরিবা লোল অসিদদি শক্তে মমাংঙৈগী অরিবা লোন মতমদুগী লাইশিংনা লোল্লম্না চকপা হায়বা লোন অদুনা শকই। জগোইশু কংলৈ মোইরাংনচিংবদা হরাউবগী খুংথেক শাথেক লৈহুন লাইরোল মান্নদে হরাউবদা চংবা নিনখোংনবা

য়েরিবা পুংনচিংবা মান্নদে। পোৎচং খরদি মান্নে অয়াম্বদি মান্নদে খেন্নে। লাগুদে পুংদি কংলৈদদিচংনখিদে চকপগীদি হৌজিক ফাওবা চংনরি য়েরি। পেনা তৌদ্রি অসি ফাওবদা শুনা চংলমম্মি হৌজিক্তি পেনাদনসু হরাউরে অমসুং তৌদ্রি তোক্লরক্লে। অদুগা চুং তা থাং অমসুং তেন অসিদি তগুাই ফদনা লাইগী চংদবা য়াদবদগী চংনরি।

কংলৈনা লাই হরুবগী লাইপুবদা চংবা মী মশিং নিপা ৬ লৈশাবী ৪ মৌ ২ পুন্না মশিং ১২ অসি চংই। চকপগীদি লাইপুবা অমা থাং পাইবা অমা চোং পাইবা অমা তেন পাইব অমা অসিদা য়াওই। হায়রিবা অসি লাইবৌ চোংবদা লাইপুবদা চংবসি লৈশাবী অমতনা পুই। অদুগা লাইইকৌবদি মপা ইবুংঙো কৌব্রুগা মচা শকপা লোয়ারাকপগা তোঙান তোঙান ইকৌখৎপনিনা মী মশিং খরা হেন্না চংই। খৌশাবা হায়বসি লাইগী লাইমাংদ চোংবনি। অদুগা লাইগী শিং চনবা চৎপা থেন কাবা লৌকুম্বা হায়বা থৌরম অসিদি দোলাইনচিংবা য়াওবনিনা লাই পুবা মী মশিং খরা হেন্না য়াওদবা য়াদে।

মী মশিং নিপা নুপিশিংগী মশিং খেন্নে মরম অসিনা লাইরোলদা খেন্নবতা নত্তনা জগোয় খুৎশাসু থৌগলগী মী মশিংসু খেন্নে। মরম অসিনা চকপা হরাউবা হায়বা অসি তোঙানবা মখল অমগী লাই হরাউবনি হায়বা য়াই । অদুমকপু চকপা মশা অমতা ওইরবসু খুরুখুল, সেকমাই, কাউদ্রুক, ফয়েং, তাইরেনপোকপী, লৈস্রাম , থোংজাও, নোংপোক সেকমাই হায়রিবা খুলশিং অসি চকপনি। চকপা ওইরবসু অদ্রোনা মথক্কী খুলশিং অসিদগী খর অমুক তোপ তোপ্পা থৌরম তৌই।

## লাইগী ফিশুবা

লাই হরাউবা ইকৌখৎকদবা নোংমা খাংলিঙেদা লাই ফিশুবা হায়বা থৌরম অমা তৌই। নুমিৎ অসিদা খুলগী ফমনাইবা ফমনাইবী অহলশিং নুপী মখৈনা লাইগী ফিরোল অদু শুদোকই মফমদি লাইবুংদা শুগদবনি। লৈশাবীদি ফিশুবা য়াউদে। লৈশাবিশিংগী মনুংদা লাইথৌগল তৌগদবা লৈশাবী ১৩ না মফি ফিশেং শেৎকনি । অখাংবা ফি শেৎপা য়াদে। অখাংবা ফি হায়বদি ফনেক অরোনবা মমল য়াম্বা ইন্না ফিনচিংবা শেৎপা ইনবা য়াদে। ফি অঙৌবগুাক্তা শেৎকনি অমসুং ইনগনি শমসু মমাংঙেগী লৈশা শমককনি অদু নত্রবদি য়াদে।

## লাইগী মু শুংবগী থৌরম

লৈশাবীশিংগা মৌনাহাশিংগা উমি তিংগনি হায়বদি যুশুংনবা য়ামশুগনি।

উমিতিংবা হায়বদি ফৌ নুমিৎ ২ নি ৩ নি তিংলগা লৌখৎলগা পোলাং অনি মপা ইবুংঙো কৌব্রুগী পোলাং অমা মচাইবুংঙো লোয়ালাকপগী পোলাং অমা তোঙান তোংঙান্না ওমলগা পোলাং অদুদা লা থারগা য়েৎ ওই কাইবা য়াদে। ফৌ তিংবসু খরুং অনিদা য়েৎ ওই কাইদনা তিংই। উমি হায়বদি ফৌ ওমলিবা অদুনা মতোন খর খর থোকপা অদুবু উমি কৌই। নুংশাদা ফৌদোক্লগা শুগনি। শুবা মতমদা ফিসু অসেংবা সেৎকনি মাইবীনা শরিক খিংগনি। পেনা খোংবনা পেনাসু খোংগনি পুং য়ৈবনা লাংতেং পুং য়ৈগনি সেন য়ৈবনা সেন য়ৈগনি। পুংগী মরোনদি চোং তাং চোং তাং তাং অসুম হায়না সুক শুবগী মখোলগা পুংলোনগা তান চান্নবা য়ৈরগা য়াম সুগনি। য়াম অদু শুবা লোইবগা খরুংদা হাপলগা ওৎখায়গনি। মসিবু যুঙৌ কৌই। মতম অসিদা অতোপ্পা মী অমত্তা চংদুনা য়েংবা য়াদে। মৈফা চিংলগা মৈ লৌগনি অদুদগী মৈ অদুনা লাই হরাউবা লোইদ্রিফাওবা মৈ অদু মুৎপা য়াদে। অদুদগী মৈনা লাইগী থৌরম খুদিংদা চৎনৈ অশুম তৌনা যু শুংই। কনাগুম্বা মীনা মফম অদুদগী মৈ লৌরুরবদি মৈখাক অদু মৈফম অদুদা অমুক হাপচিনবা য়াদ্রে। মৈখাক অদু হুনদোকখিগদবনি। হায়রিবা নুমিৎ অসিদগী লাইগী থৌরম হৌরে। নোংঙাল্লগা লাইগী ফি শেৎলি অদুগা নুংথিল্দা লাই ঈকৌই। ইকৌবা চৎলমদাইদা লাই পুবা মী মশিং অমতা ব্রাৎপা য়াদে। য়োৎকী চৈশু পাইবা অমা থাঙ পায়বা অমা চোং পায়বা অমা তা অমসুং চুং পায়বা অমা ইহায়ফু পুবা অমা ঈশাইফু পুবা অমা তুরেল হৈরুক পুবা অমা চাবোন পুবা অমা। চাবোন হায়বদি মাইগৈ মরিদা থাদোক্লদবা হৈ লৈশিং যাম হৈকল লাকন কবোক অসিনচিংবা পোৎলম পুন্না চাবোন্দা হাপই। অদুগা পুই লাইমাংদা পরেং শানা লেংলগা খৌশাদুনা থৌগল্লি অমসুং মাইবীনা জগোইসু কৎলি মপা ইবুংঙোগীনা খুল্লাকপনা লাই পুই ইকৌবসু পুকপ্রিদগী লাই ইকৌই। মপা ইবুংঙো কৌব্রুগীনা মাইবনা তৌই পোৎ পুবসু নিপানা পুই। মমাক ইবুংঙো মপারি শকপা লোয়ারাকপগীসু য়োৎকী চৈশু অমা চোং অমা থাং অমা তা অমা চুং অমা লৈশাবী অমনা কাওশেন অমা হুমাই অমা পুই অদুগা লৈশাবী অমনা ইরাং পুল অমা পুই তুরেল হৈরুক খুনেৎ খুদা শেন য়াওই। মপাগীসু খুনেৎ খুদা শেন য়াওই। মচা ইবুংঙোগী লাইপুবদি লুপলাকপানা পুই। লাই ইকৌবনা তুরেন্দগী কৌখৎলি মাইবীনা তৌই খৈয়োম মঙা শাকই লাকলিযা খৈয়োম অদু মাইগৈ মরি থক খা পুন্না মঙা শুই।

অহানবা কোনয়াই কৎকনি মথং হৈসোই য়ুপান থাগনি মথংদা খৈয়োম থাগনি। ইকৌখৎপা চৎপদা মপাগা মচাগা অকোন অহান নাইবা য়াদে চপমান্ননা খোং থাংদুনা চৎলগা পয়েং পয়েং খাইদোক্লে অদুগা চৎনি। লোইরগা কারকপসু ঙাইনরগা চপ মান্ননা চংমিন্নদবা য়াদে অমনা হাল্লবসু ঙাইদুনা লৈ । মচাগী ইকৌবগীদি লৈশাবীশিংনা লাই ঈশৈ শকই। ইকৌরিবা মফম অদুদগীনা লাইশং য়ৌবা ফাওবা লেপ্তুনা পুং শেন য়ৈ, খুবাক খুদুনা ঈশৈ শকই-

**ঈকৌবগী ঈশৈ**

হা লাইয়িংথৌ ঈশাপি
নোংয়াই চীংখোং লালহা
রুপো হে শামু খুৎনিংথৌদুনা
হাহা লমহৌরেদে। হা
লাইরেম্মা ইখৈরেন নামুংবী
মালেম সনা লৈমরোন্দগী
কারকও দে।

অশুম হায়না শকই। ঈকৌবগী লাই ঈশৈ থৌদোক্কী মতুং ইন্না লাই ঈশৈ মখল য়াম্মী পুন্না ঈশৈ মখল তরেৎ শুই মদুদি (১) ঈকৌবগী ঈশৈ (২) থেনজাও কাবগী ঈশৈ (৩) লৌ কুম্বা লাই ঈশৈ (৪) কৈথেন কাবগী ঈশৈ ( ৫) লাইশীবগী ঈশৈ (৬) লাইমাংদা শকপা ঈশৈ (৭) লাই কৈথেন কাবগী ঈশৈ অসুম্না কারক্লগা হরাউবুংদা চংলকপদা মপা মচা য়েৎ ওই কাইদনা অমবু অমনা হান্নদনা ঙাইনদুনা লাইবুংদা থুংগনি। খুলগী নিপা অহলশিংনা চকপরোন লাইরোন ঈশৈ শক্তুনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিবু মতিক ময়াই শৈথাগনি -

**লাই ঈশৈ**

হো হোইলে হোইলে
ভুমিকা লামা তা গো
হুমিকা ইশম নোংমো
রে হো লাই ব্রারে

ইবুংঙোগী কোক অসি ভুমপক ভুম্মা য়াম্মা ফজে হায়বনি।

হরামিকা লামা তাকো

হরামিকা ইশম নোংমোরে

মিগা করমসিবনো হো লাইৱারে।

ইবুংঙোগী শম অসি মুনা ৱাই ৱাই লাওনা য়াম্মা ফজে হায়বনি

মিংকী লামা তাগো মিংকো

হৈগোই নোংমোরে মিগা

করমসিবনো হো লাইৱারে।

ইবুংঙোগী মিং অসি কোইরক কোইনা য়ামনা ফজে হায়বনি।

কানদ্রক্কা লামা তাগো

কানদ্রক্কা ওকশম নোমোরে মিগা

করমসিবনো হো লাইৱারে।

ইবুংঙোগী লাইবক অসি ইলং লংনা য়াম্মা ফজে হায়বনি।

লাই সাৱাংগা মপান্দো হো লাইৱারে।

হো হোই হোইনে।

কানক্কা লামা তাগো

কানক্কা পাবা নোংমোরে

মিগ করম সিবনো হো লাইৱারে।

ইবুংঙোগী না অসি পাবানা য়াম্মা ফজে হায়বনি।

সাবাংকো লানা তাগো

সাৱাংগা চেংজা নোংমোরে

মিকা কলম শেম্বানো হো লাইৱারে।

ইবুংঙোগী য়া অসি চেং মচংগুম্মা য়াম্মা ফজে হায়বনি।

কোদোক্কা লামা তাগো

কোদোক্কা শেনকা খুজাই নোংমোরে

মিকা কলম শেম্বানো হো লাইৱারে।

ইবুংঙোগী ওকশম অসি সেনগী খুজাই মাননা য়াম্মা ফজে হায়বনি।

তাকৃক্কা লামা তাগো
তাকৃক্কা হৈ চুন্না নোঙোয়ে
মিকা কলম শিবনো হো লাইবারে।

ইবুংঙোগী সাকল অনি অসি উ অনি লোংবগুম ফজৈ হায়বনি।

থাংক্রক্কা লামা তাগো
মিগা কলসিবনো হো লাইবারে।

ইবুংঙোগী থবাক অসি হা-কুম্না য়াম্না ফজৈ হায়বনি।

কাশাং কা লামা তাগো
কশাংকা অসিখোই
নোংঙোয়ে মিকা মালেম সিবনো
হো লাইবারে।

ইবুংঙোগী শ্বাং অসি উচি খোই মান্না য়াম্না ফজৈ হায়বনি।

দংকে কা লামা তাগো
তংকেকা উসিতা পুং
নংঙোয়ে মীকা কলম
সিবনো হো লাইবারে।

ইবুংঙোগী ফৈগল অসি লফু লেমত্রা মান্না য়াম্না ফজৈ হায়বনি।

তাহোক্কা লামা তাকো
তাহোক্কা তাংঙারো
নংঙোয়ে মীকা কলম
সিবনো হো লাইবারে।

ইবুংঙোগী খুবোম অসি ঙা মরুম চংবা মান্না য়াম্না ফজৈ হায়বনি।

তাহাক লামা তাগো
তাহাক শেনগা খুরুম নংঙোয়ে
মীকা কলম সিবনো
হো লাইবারে।

ইবুংঙো খোং অসি শেনগী খুরুমগুম মান্না ফজৈ হায়বনি।

তাপাক্কা লামা তাকো
তাপাক্কা হৈয়া য়ানিংঙে
নোংঙোরে মীকা কলক সিবনো
হো লাইবারে।

ইবুংঙোগী খুয়া অসি য়াইঙং মচু মান্না য়াম্না ফজে হায়রনি। ঈশৈ অসি লোইশিনবনা লাই সাবাংগা মপান্দো হো লাইবারে। লাইসিদ-মপান্দো হো লাইবারে হায়রিবা অসি ইবুংঙো ইবেম্মা অনিবু শৈথাবা ঈশৈনি।

অশুম হায়না নিপা অহলশিংনা লাইমাংদা লাইকারকপা ঙাইদুনা লৈরগা শকই। কারকলিবা লাই অদুনা লাইশং মনুংগী ফম্বাল অদুদা ফমদেংদ্রিফাওবা শকই। পুংশেনসু য়ৈ লাই ইকারকপনা লাইবুং হেক য়ৌরকপদা মৈ ওক্কনি ফৌদাংঙারি পরেং থুম মপাক অনি খোইজু লৈখাম মৈথাগনি। ঙানু লাবা অমা ফৌদাং থমলিবা অদুগী মনাক্তা পুন্দুনা থমগনি অদুগা লাই পুদুনা চংলকলিবা মী পুম্নমক্না খোঙনা কানগনি অদুগা লাইপুবা অনি মাংদা লাকলিবা অদু নিপা অমনা ইশিং খরনা খোঙ হাম্বীগনি। অদুবু লাইখোঙ হাম্বা কৌই। অদুদগী ফমদেংলিবা লাইগী খোইদৌদা থবাই হাপ্পা হায়দুনা ইহাই চফু অদুনা হো হো রো রো সো সো সো হায়না অহুম অহুমলক শোক্কনি। অসিবু লাইগী থবাই হাপ্পা কৌই। মথংদা চনিংদা লাতোন অহুম লোন্নরগা উপনা থাগনি অউপ্পা লাবু পয়েং লাচা হায়না খৌই। লাগী মথক্তা চেং হৈগনি লফোই লফাং চংথোকপা অমা উপ্পা হাপকনি হৈ মনম নাইবা অমা হাপকনি হৈকল লাকন মশিংশুনা হাপকনি ফাংখোং মরিদসু থাগনি য়েৎথংবা ফাংখোংদনা লা উপ্পা থাগনি চেংসু হৈগনি লফোইসু উপ্পা হাপকনি। ওই থংবা ফাংখোঙদনা লা লোংনা থাগনি চেং হৈগনি লফোই লোংনা হাপকনি লা লোংনা থাববু মৈতৈলাচা হায়না কৌই। লাইমাংদা লা লোংনা মফম অহুম থাগনি চেংপুম অহুম হৈগনি লফোই লোংনা হাপকনি অদুনা চমাং হৈরুক কৌই কেগাম অহুম খিনগনি পুকয়ু হৈগনি। য়েৎ থংবা নাকতা লাইবুংথৌ মাপলগী লা ৯ লাউপ্পা থাগনি হৈকল লাকল লফোই মশিংসুনা হাপকনি ওই থংব লাইরেম্মগী নাকলদা লাইনুরা তরেৎকি লা ৭ লোংনা থাগনি লফোই লফাং লোংনা থাগনি হৈকল লাকল শুনা হাপকনি কেগাম তরেৎ থাগনি য়ু হৈগনি য়ুদি পুকয়ুনি য়েৎ অমসুং ওই অনিমক্তা থারিবা পোৎলমশিং লাইবুংথৌ

মাপল লাইনুরা তরেংকী থাদবা য়াদ্রবা থৌরমনি। যুহৈবা অমসুং হৈথা লৈতাদি খুল্লাকপা লুপলাকপনা তৌগনি লৈহনসু হায়রিবা অনি অসিনা হুনগনি। লৈহনদি লাইগী থরক্তা হুনগনি। লায়িংথৌগীনা লৈতোন ওনখৎকনি। লাইরেম্মগী লৈহুন্না লৈতোন হুম্বনা হুনগনি। অদুবু মতম খরগী মমাংদদি শংলেন লৈহুন নোমাইগী লৈহুন ফুরাগী লৈহুন হায়না খেন্নবা লৈহুন তৌনরম্মী অদুবু হৌজিক্তী থোইদোক্লা থিজিন্নরক্রে অদুবু থিজিনবনা চুম্মী।

লৈশ্রেনগী হৈথা লৈথা লৈহুন লাইশংসু তোপ্পা শাই ফমপাক অমা শাই মথক্তা ঈশিং হাপ্পা পুন অচৌবা অমা খিল্লি। ফনেক শেংলি ইন্নফিগু খ্বাংচেৎ ওইনা শেংলি থাক্কল খল্লগা চনিং চমাং থাই হৈরুক মাপল থাই কেগাম মাপনদা পুকয়ু হৈগনি লাইবুংথৌ মাপলগীসু থাগনি লাই নুরা তরেৎ কিসু থাগনি হৈথা লাথাদি মথক্তা পনখ্রিবা অদুগী হৈথা লৈথাগা মান্নে। অদুসু খুল্লাকপা লুপলাকপনা থাই। সোরারেনগীসু হৈরুক অমা থাগনি ঙানু অমা খুনু অমা খুনুদি অঙৌবা অমোম লফু থরো পুক্লুংথবো। কৎকনি। থোং হাংবগী থাংজিংগী মাংদা লৈহুন অহুম নাক্তা অহুম অহুম হুনগনি চেং পুং অহুম য়েরুম খিনগনি চবান চফু অমা ইব্রান অমা শরেনগীদমক। য়েল, হুই, য়েননা অমোম ওইরগা হুইনা লাবা ওইগনি হুইনা অমোম ওইরগা য়েননা লাবা ওইগনি মসিবু শাবা শারেন কৌই।

নোংপোক নিংথৌগী হৈরুক অমা য়েন অঙৌবা অমা চফু অমা ইব্রাল অমা শিং মৈতৈ থুম মোরোক য়াউদে মোরোক্কী মহুৎতা শিং য়াওই লোইশং অচৌবদা তৌবা থৌরম ফম্বু হায়বদি ফমমেন্দা লৈ লাংথ্রে মপোম অহুম অহুমনা লৈফম অহুম হুনগনি হৈরুক্তী অমত্তা থাই য়ুদি লৈয়ু কালৈ চংই। মাংশোক্তসু লৈপোপ অহুম অহুমগী লৈফম অহুম হুনগনি হৈরুক্তি অমত্তা তাগনি য়ুদি লৈয়ু চংই। মীরেমদা লৈপোপ অহুমগী লৈফম অমা হুনগনি লাইগী চাকলুক অহুম কৎকনি। হোল খোংগী হৈরুক অহুম চললি পুংখোং মরিগী হৈরুক মরি থাই। লোইশং মমাংদা কুশুম কুমজা খাইবা হায়বা থৌরম শারম তরেৎ ঙারম তরেৎ অহলশিংনা চেগাইদা থোংলগা থাদোকই। শরেন কৎকনি অহানবদা সোরারেন্দা ওক অমা মনা তৎতবা, মনা তৎপদি য়াদে। হায়রিবা মতম অসিদসু পুংসেন য়ৈগনি শরিকসু খিংগনি। ওক অদু চৈনা ফুদুনা হাৎপা য়াদে। লফুৎ মথক্তা লোংনা চৈনা নমদুনা হাৎকনি। থোংলগসু কৎকনি। মদুদা সরেন

অচৌবদসু পুংশেন য়েদুনা পেনা খোংলগা ওক অমা শরেন চনগনি লফুৎনা নমদুনা হাৎকনি। থোংলগসু কৎকনি। হরাউবা অসিদা কৎনবা য়ু মখল অহুম শুই লাইমাংদা চাকলুক অহুম থারিবা অদুদা কেগামদা হৈদুনা কৎলিবা য়ু অদুনা পুকয়ু কৌই। ফমমেন্দা লোইশং অচৌবদা মীরেমদা কৎলিবা য়ুনা ব্রাইয়ু লৈয়ু হায়বদুনি লাই ঈকৌবা নুমিৎতদি শরেন কৎতে নোংঙাল্লগা অয়ুক্তা শরেন চনবা হায়দুনা কৎলি। শরেনদি য়েন ১৫ নি অমদি নোংপোক্তা কৎনবা অঙৌবা য়েন ওইগদবনি অয়ুক্তা মাইবীনা লাইমাং ফমদুনা লাইপাও চেল্লি। পেনাসু খোংগনি। পেন্না য়াকৈবা হায়বা অদুদি তৌদে। মাইবীনা লাইমাং ফম্বা হৌরকপদা পেনাসু খোংগনি মাইবীনা লাইগী মপাও হেক চেললকপদা পেনা খোংবা তোক্কনি। লাইগী পাওজেল হেক লোইরবদা মাইবীনা লাইওক জগোয় শাগনি মতম অদুদসু পুং সেন য়েগনি পেনাসু খোংগনি মথংদা অহৈবনা খৌ ওক্কনি খৌ ওকপা হায়বসি তা অমসুং চুং পাইদুনা লৈইদগী অনি শংলেং দগী মথং মথং থোকলগা শাই অব্রাংবী লৈশাবীনসু জগোই শাগনি। অব্রাংবী লৈশাবী হায়বসি লাই হরাউবা হৌবদগী লোইদ্রি ফাওবা শংলেন অচৌবা অমদা নুমিৎ ১০ নি ওইরসু থা মখাই অমা ওইরবসু লৈশাবী২০-৩০ ওইরবসু পাখং নিপা নাহা ২০-৩০ ওইরবসু ময়ুমদা কুম্বা য়াদে হায়রিবা শং অসিদা লেক চাদুনা অদুম লৈ।

**শরেন কৎপগী লাইরোন**

সোরারেন্দা ওক মনা ককতবা অমা হান্না খুরুমদুনা কৎকনি মাইবনা
চীংঙু নোংথৌ সোরারেন অব্রাং ফালৌ য়োইরেনবা
থংবা নোংনিংথৌ কোনখৈ অতাম্বা
ইখু খন ওনবা ইঙৌ চাংখিননবা উনদ্রুক চিরিবা
বৌদ্রুক ঈথাবা কোরৌ খাই থাবা
ব্রাংবল য়েনথাবা কোরৌ নোং পাখং অতেংবও
নখুল খুলপুক অচংববু খুনজাও লৈচাওবা
চাকহোং ঙাহোংববু পিবিয়ু ওকলেন মনা
তৎতবনা শরেন লৈতুজরবনে। অসি হায়না তেংথাগনি।

মথক্তা পনখ্রিবা পোৎলমশিং অসি থারগা মাইবনা অনম অথৌ কোকলগা অহিংবা শরেন কৎকনি। ময়াম লাইমাংদা খুরুখুদক কুন্দুনা লৈনি।

## কৌন্নুগী শয়েনগী লাইশোন

হে ইবুধৌ চীংঙু অৱাং কৌব্রু অসুপ্পা লোইনাই খুন্দা অহানবা চীংঙু লাইয়াম লক্তগী খোইয়ুম খুন্দা হল্লকপা চারিক মপাল থাদ্রিঙৈদা চারিক মপান থারকপা নোংপ্রে মউ লিংদ্রিঙৈদা, নোংপ্রে মউ লিংবীরকপা লাইনিংথৌ লিথিৎ কোনবু কোনমা খাবা। লিয়েন কোনবু কোনমা খাবা চীংশাং নাপোম অমদা মোরসি লাইফৌ থারিবা চীংশাং নাপোম অমদা লোম্বা তেক্তা থারিবা চীংশাং নাপোম অমদা শয়ি থেনজাও পোকলিবা নমু অকেম চাকমোম লাংঙোনফম খুনু মানথিক তেরা মানা পোংবৈফম। হংকোক নারিলনা য়াকাফম নুংবী শিদবদা খোংনেৎনবা। নুংনাং নাদবদা খুদানবা থৌদু নুংগাই মথক্তা ৱায়েল লিবা। থাজ ইমিরেন থক্তা ৱাতেমলিবা। লাইয়িংথৌ । নশানৌ ইবেম্মা কৌনু লাইরেম্মা লাইজ উমি তোনৌশুবী পুকয়ু লৈমাই ওৎপীকা। ইনখৌইরিকুম সোইনাইদা হংকেন পৌরা লিকুম পাংশোই নাইদনা। পানফরিবা। লাইয়িংথৌ। নমাক ইবুংঙো নপারি শক্লা লাংগোললিবা লোয়ারাকপা লানচংথৌবা তিমেন তাদি খুৎতা পাই চুংনেম ঙক্তা হুক্রা চীংশাং নাপোম খুদিংদা খৌশা থোইবা লাইয়িংথৌ । নশানৌ ইবেম্মা থৌদু নুংথেং লৈমা উমি তোনৌ শুবী পুকয়ু লৈমাই ওৎপীকা ইনফোই লিকুম সোইনাইদা হংকেন পৌরা লিকুম কাইনদনা পানফরিবা লাইয়িংথৌ। চীংঙু নখোঙ খাদা নকুম কুমকাউদা থাজ ৱাকাওদনা খুরুমজরিয়ে খুলজাওবা লৈচাওবা পুম্পি নুংশাংবা নমু মীরাই তাদবা কাওরেন শল্লাই তাদবা ওকপি ওকলেন শোক্তবা পুককৈ ময়েং তাদবা লনকূবীরমমো অসুম হায়না সোল্লগা অহিংবা শরেন কৎকনি। অদুদগী অদুক থোংবদি চাক অদু মনিন্দা থোংগনি। চফু অচৌবা অমা মৈ মথক্তা থাংগৎলগা চফু অদুগী মথক্তা চাক থোংগদৌরিবা চফু অদু থাংকৎকনি মখাগী চফু অদুগী মনিন্না শৌরকলগা মথক্তা থাংকৎলিবা চাক অদু মুনবা ফাওবা থোংগনি হায়রিবা চাকথোং অসিবু মনিন্নদা থোংবা চাকনি চাক ঙানবা কৌই। চাক অদু মুল্লনি হায়বা মতমদা লাইমাংদা পুশিল্লগা চাকমাই য়েংলগা অফ ফৎতা য়েংই চনিংনা ৱাংব্রা ফমমেন্না নেমব্রা ময়াইনা নেমব্রা চপ মান্নব্রা হায়বগী খুতম লৈ লৈতে চনিং চমাং অমসুং ফমমেন মান্নরবদি ফরে অদুগীসু মথকতা ময়াইনা খর তোংলবদি খুল অপুম্বা পুকচেন খোইচেন তিন্ননা চাকহোং ঙাহোংনা, ৱাথোক লাথোক য়াওদনা মীশি মীনা তোইনা থোকলরোই

চহি কুমজা অসিদী হায়না খংনৈ। অদুগা চাক অদুনা মমাই অকুৎ অতোং নাইবা ময়াইদা মরম মরম চেখাইবগী মওং লৈরবদি ফংতে হায়না খংনৈ মথংদা চাক অদু থিরগা লাইগী মমাংদা চাকলুক অনি থারগা চাক য়েনশাং মশিং শুনা হাপকনি। য়েৎথংবদা লাইবুংথৌ ৯ গী চাকলুক ৯ থাই ওই থংবরোমদা লাইনুরা ৭ কী চাকলুক ৭ থাগনি অদুসু চাক য়েনশাং মশিং শুনা হাপকনি। লাইগী শুমাং অরাং কৌব্রু পাংবা রোমদা চাকলুক ৪ অমা থাই অদুনা ওকপুরোই তাওহইরোই মাইগৈ মরি ঙাকপা লাই ৪ গীনি। মথংদা চাকলুক অমা তোংঙান্না থাই থরানমিচাক গুরু সিদবগীনি। মথংদা চাকলুক অমা তোংঙান্না থাই থরানমিচাক গুরু সিদবগীনি। মথংদা লা মচেৎ ৫ শেৎলগা কারন লোন্নরগা থাই। থারিবা চাকলুক খুদিংমক চাক য়েনশাং শুনা হাপকনি। মথংদা য়োৎশবী ফাংখোং ৩ গী চাকলুক ৩-৩ থাই মসিনা লা লোংনা থাগনি। মথংদা অমশু থাগনি অসিনা লা উপ্না থাগনি। অদুগা মাইবনা মথক্তা ইরিবা কৌব্রু অমসুং লোইয়ারকপগী লাইরোনদুনা শোল্লগা অমুনবা কৎচরবনি হায়না খুরুমদুনা কৎকনি চাক কৎপা মতম অসিদশু পুংসেন পেনা শরিক য়াওই। অদুগা মপা কৌব্রুগীনা চাক লুক ২দা থাই। মচা ইবুংঙো লোইয়ারাকপগীদি চাকলুক ৩ থাই মরমদি অরোনবা লৈরোং নিংঙোল ফোংদোকপা য়াদবা ১ য়াওই মরম অদুনা চাকলুক ৩ শুদবা য়াদে লোন্না খংনবনি।

## লৈমরেনগী

লৈমরেনগী চাকলুক ৯ থাই মাংদা ২ চনিংদ চাকলুক ১ নাক নাক্তা চাকলুক ৩-৩ থাই অদুগা কৎলি। কৎপগী লাইশোন। অনম অথৌ কোক্কনি মথংদা হে গুরু ইমা লৈমরেল শিদবী নথক কোইরৌ নোংথংলিবী নথানা মালেম লৈরাইরিবী নোংচুদনা শাইচোৎলিবী নুংশা শানদা ফৌকংলিবী ফৌরা মচেক থোমলিবী মাংশোক কাজাও য়ারিবি ফমমেন লুখাই ফমলিবি নশক্লা চাক ওইরিবি নচুনা ফিজেৎ ওইরিবি লৈফুরেনবু নামুংবি নোংফুরেনবু অচিবি গুরুনংগী নমিংদি শংথুপলেং নুংদেবী কৌএ। ঈশিং চাইবা গুরু নোংমতা চাগে থক্কে হায়দনা সনাগী তাংবল মথক্তা লিক্লা শেঙ্গোইনু কৌএ। নমুপোংশেম্বীরকপা তাইবঙমী পোকপীরকপা পন্থৌগী পাওখুমসু ওইরিবা পলেমগী পাওতাকসু ওইরিবা নমু তাইবঙ পুম্বা ফৈরা তমপাক থক্তা নাওকোল্লিবী য়োৎকী চৈবু পায়রিবী সেনগী খুনেৎনরিবি ইমাও নদাইরেম খুলঙ্গ অচৌববু থরাই

হামচৎতবা মিরেন হামফোইদববু পিনবিরমমো থৌনিজরিয়ে। অশুম হায়না শৈথাই। মথংদা নোংপোক নিংথৌ পাম্ভোইবীগীশু চাকলুক ৩ থাই মাশু অরোনবা ফোংন হায়বা য়াদবা নুপী অথুপ্পা অমা লৈ মরম অদুনা ৩ থাবনি। শৈথানা চিংঙু ইবুংঙো নোংপোক রাইরং মারহনবা খোইয়ুম নোংপোক অরিবা অঙৌবা হংকেন লোংনা তাবা পিশুম য়েকপা খোংচি য়ানবা খোইয়ুম লাংঙোন য়াম্বা মাইগৈ ঙাকপা লাংগোই মোইশা অয়াংবা শমদোন অয়াংববু লাংগোই খুরুপ থৌবদা লাংগোই খোংগুল তাদবা কৌব্রু চীংশাং খুদিংগী য়াংদৌ খোংদোইবা লোক খুদিং য়াতাবা লাইয়িংথৌ খোইয়ুম লাইফম খুদিং হরাউ কুম্মৈনবদা য়াংদৌ খোংদোইবা। নমু পোংশেমলকপা নশানৌ ইবেম্মা খোইয়ুম লাইরেম্মা পাম্ভোইবী খোইমোম লাংওন য়ামবী তাইবঙ লাইমিং হকপীগা চিংঙু ইবুংঙো খোইয়ুম ইবেম্মা। অশংবা চামা চারিবী অমুনবা চামা চারিবী ইবুংঙো ইবেম্মো অনিগী নখোঙ খাদা নদাইরেম তৈয়ুম ইরাকমনা চফু রানদোংতম ইরান রানথাক তমনা তরা চাকপু কৎচরি খুনজাও লৈচাওবা পুন্সি নুঙশাং পিবিরমমো। অসি হায়না চাক কৎকনি।

অদুগা কৌব্রু লোইয়ারাকপদা কৎলিবা চাকশিং অদু হারাউরিবা খুনগী মীয়াম্না খুল্লকপনা মকোক ফমলগা চাগনি। অসুমনা অয়ুক্কী থৌরম লোইশিল্লি।

## লাই থেনজাও কাবা

নুংথিলদা লাই থেন কাবা চৎলি দোলাই অনিদা কৌব্রুগী দোলাই অমা লোইয়ারাকপগী দোলাই অমা । দোলাই অনি নুগনি লাইয়িংথৌ শেন পোৎ অমা নুপিনা পুগনি পুং শেন য়ৈবা পেনা খোংবা অনি মাইবীনা শরিক খিংদুনা চৎকনি। চু অমসুং লফোই লফাং য়াওগনি। হৈরুক হৈরা কবোক হৈবোক কংলা শিংপাক হৈমাংগা শিংগা নুংহরাই থোইদিং অঙৌবা মরম শুনা পুগনি। য়াওশোক পুবি অমা শম অমদা য়ু য়াওবা তুম্বা অমসু পুগনি তেন অমসু খুলগী হনুবী অমনা পুগনি। থেন য়ৌরগা দোলাই থারগা খুল্লাকপনা মপা ইবুংঙোগী চাবোন্দগী হৈ লফোইনচিংবা চনিং চমাং ফাংখোং ৪ পামবোম্নাচিংবা থাগনি। লুপলাকপনা মমাক ইবুংঙোগী চাবোনদগী হৈ লফোইনচিংবা লৌথোকলগা চনিং চমাং ফাংখোং ৪ পামবোমনচিংবা থাগনি। চাবোন হায়বদি পোলাং অমমমদা মপা মচাগী তোংঙান তোংঙান্না হাপলগা পুই তিন্নবা য়াদে অদুবু চাবোন কৌই। মথক্তা হায়রিবা থৌরম অসি তৌরিঙৈদা মাইবনা মফম

অদুগী মাইগে ৪ দা খুৎচুম কুচা খাংবা হায়না খাংগনি। হৈশিং-লৈশিং নাইনে। খুল্লাকপা লুপলাকপনা লৈহন্না চিংবা হনগনি। মথংদ লাইসেবা অনিনা খৌশাই অদুদগী চুং তা থমলগা জগোই অমুক শাগনি জগোইদি খুৎতুম তাশিন্দুনা শাগনি। মথংদা লৈশাবী অনি অনিনা জগোই অমুক শাই। মথংদা খুল্লকী পাখঙনা জগোই অমুক শাই মথংদা হোই লাওরগা মাইবীনা লাইচিং জগোই শারগা পেনানা হৌইরৌ লাওরগা লাইপৌ শান্নে। অহানবগী জগোই অসি নিপা নুপি পুন্না জুরা শামিন্নগদবনি। ইকাইনদুনা তোঙান তোঙান শানবনি। লাইগী মমঙদা মাইবীনা লম চিংথোকলগা য়েৎথংবা নাকল লাইয়িংথৌগীরোমদা নিপানা লৈগনি ওইথংবা নাকল লাইরেম্মগীরোমদা নুপী লৈরগা শান্নরমই হৌজিক্তি ইকাইনদুনা তোক্লপ্রে। য়েৎথংবা নাকল মচি অমদা মাইবনা চিংদুনা নিপা কাংবুনা পুং শেন য়াওনা হোই লাওগনি মাইবীনা মতম অদুদা লাইমাংদা লাইচিং জগোই শাগনি মাইবনা লাই চিংথোকপগী জগোই লোইবগা হোই লাওবগা লোইবা চপ মান্নগনি। ময়াম্না নাকল অমদা লাইগী থৌগল তৌনবা ঙাইদুনা লৈগনি।

হোই লাওবগী লাইরোন শৈহৌ
হৌ হো হোই হাহা হেরিল্লো ও হরিল্লা হৈয়ুতে।
হে হৈয়াহে। হে কুলাই তে শিবু থোইনা হারাউবা
লৈবরা আ লৈবনে শয়ানবু সে সে সে সে শয়ানসিদা।
অঙৌবা শগোন তোংবরা নোংথৌরেনগী শগোলনে মমৈ
গে গে লাওবনে য়া। অঙৌবা য়া শগোল তোংবরা।
তুম্বী তুম্বী নাতুম্বী শিংজু শুরমমো নংগী শিংজু য়াইনম্বী
কনানা চাগনি লৈশু নিংথিরে। কোংয়ানসু নিংথিরে
শাবলদা লৈরি লৈখোং সাং কোং য়াং লৈনুংশি।
অৱাং লোমদা কাখিবা থাংজৌবু লেংথোং নাখিবা
কাইরং য়ানগে চৎখিবা কাইরংবুদি লাংঙক্তে পাথৌ
মচন তোশ্বী চুনরে চুনরে। অসুম হায়না হনজিন্না লাওই।

হোই লাউবা লোইবগা। মাইবীনা মকোক চিংদুনা লাইগী থৌগল চোং পাইবা, থাং পাইবনা চিংবা পরেং লেংলগা নিপা নুপি কোইদুনা য়েৎ ওইননা অহুমলক

কোইগনি। য়োংকী চৈশু অদুদি দোলাই অনি অদুগী নাক অনিদা অমমম য়ুংদুনা থমগনি হৈথা লৈথা তমগনি। অদুদগী পেনা খোংবনা খোঙ থাবগী মতম অদুদা মাইবীনা খোং থাংগনি লাইবৌ য়াওরিবা ময়ামসু চপ মান্ননা খোং থাংগনি। মথংদ হকচাং শাবগী জগোই কয়ামরুম শারগা অঙাং পোকলগনি। অঙাং চাওরকপগী চোংগনি তিং তিং চাওরো চাওরে শাংলে, চাওবা লেপতম ফারে শাংবা শরেপ ফারে। অসি হায়না লাওদুনা চোংই। মথংদা মালেম লৈকল তৌদুনা য়ুমফম থোন্দুনা উরেপ উপি য়ুংবগী য়ুম শাবগী জগোই খুৎথেক কয়ামরুম শারগা য়ুম শাদুনা লাইদা কৎলি। মথংদা পাম হাইদুনা মৈ থাই লৈপাক তৌদুনা লশিং হন্দুনা লশিং হৌরে মপান মরা ফারে লশিং পোমলে, শাৎলে। হেকলশি লৈপোন্দা লৈরাং হাপলসি লশিং মল্লশি লশিং তকপা কাপ্পা তরেংদা নাইবা লং শুবা মেৎপা লংলংবা ফিহৌবা ফি শাবগী জগোই । খুৎথেক কয়ামরুম শারগা লাইদা ফি অমুক কৎলি ফি কৎপা লোইরবা মতুংদা মাইবীনা লাইয়িংথৌ মদাইরেম লাইরেম্মগী মদাইরেমশা নবুংঙোদা চরৈ ফি কৎলুবগী খুনজাও লৈচাওনবা পারি ইমোম ফংনবা পুক্সি নুঙশাংনবা জগোই অমুক শারসে হায়না পাম্বোইবী জগোইনচিংবা ঈশৈগা কোন্ননা পেনা খোংদুনা পুং শেন য়ৈদুনা শাই। জগোই অসি ঈশৈগা কোন্ননা শাবা মতমদি য়ুম শারগা লাইদা য়ুম কৎপা লোইরগা শাই।

## পাম্বোইবী জগোই ঈশৈ

আ নুমিদাং ৱাইগীনা মতমদা, চীংগী মৈনা তময়াথেং
তমগী মৈনা খোঙমৈনেম, চীংগী পামেন্না নিংথিবী
তমগীপামেন্না নাপুংবী শাবী মানঞ্জানা পামুবা
আ থংলেন চেংলৌন উবরা মাঞ্জ কাইদোংফমবু তাকপিয়ুদা।
আ হা কেগেগীদি কাশরেন
মোইরাংগী লাংপুমনা অরিবা, আ মোইরাংগী থাংজিংনা
কোইরেল লাই লোক্তো ইশানা মাপানদা চেংলৌ
শকয়েংনবা লাইয়িংথৌ ইশাবী ইনেম মচা পাম্মুবা
নোংপোক মালং হুমমোইবা কাওরেন ষণবোই থিববু
কেগে মাইগৈদবু পাংলকপরা। আ হা খানা চাওবা

ৱাংবুরেন লমলেন শুগুনা ইৱাই তা আ খমনুংনা
শৱানা য়াংদৌরম থোংনাং মোনবী চীংনুংহুৎ লাইজ
ইথোঙনা লোল্লিবা লেমলৈ ঙাথোঙ থিংলিবা ঙাচিক কোনগুম
কোল্লিবা ঙারেন কোনগুম্না কোহুবা পাম্মুগী লমদমবু তাকপীয়ো
নোংপোক মালংনা হুম্মোইবা হাওরৈ নোংপোক
পাংবদগী কাওরেন ষণবোই থিবগুম চরৈ মচু নাইবা শেৎতুনা
কেয়েৎ তোলোক নাইদুনা কাংহুনা লেংদা থোঙদুনা
ময়ুম শেল্লোই তুংওইনা য়াংদৌনবু খোংদোই হুল্লকলে
ইকাইনবু চরৈ লমখুমনৌ।

অশুম হায়না মাইবীনা শকই অদুবু কংলৈগী হরাউবদনা অয়াম্বা শক্লে চকপগীদি শক্তি শকই হায়ববু কয়া তোইনা শক্তে। অশুম তৌনা লাইপৌ শাগনি লোইরগা মাইবীনা থৱাই খোমজিন্দুনা কোনশিনগনি। মসিগী মতুংদা পেনানা লাইরেন মথেক চৎকনি ময়ামসু পরেং লেংদুনা ইনগনি। অহানবদা মাইগৈ ঙাকপা চৎকনি অনিশুবদা ফাংখোঙ কোইবা চৎকনি অহুমশুবদা ৱাকোন নোইবা চৎকনি মরিশুবদা থেকলোং চৎকনি মঙাশুবদা লৈরোঙ চৎকনি তরুকশুবদা নোংলৈ ইলৈ চৎকনি তরেৎশুবদা লাইরেন মথেক চৎকনি নিপানশুবদা কাওথেম্বী শান্নগনি অদুগা নোংচুপ নোংপোক খা অৱাং শান্নগনি। মথংদা লাইরেন মথেক চৎপা লোইশিল্লগা লাইমাং লোমদা অমুক চংশিনগনি মথংদা নুপা নুপি ৱাকোন লাউগনি।

ৱাকোল্লো ৱাকোল্লো ৱাকোল কনোই নোই ৱাইনুও ৱাইনুও
ৱাইনু ইনেমনেম চিংদা ৱাকোলনা পাইরে তমদা ৱাইনুনা পাইরে
ৱাকোল্লো ৱাকোল্লো ৱাকোলনা ফাশে লিফাসে ৱাকোল কনোই নোই।
লিরি থমোই তিংলে লকানা তেংমাই ৱাইরেনে
ৱাকোল্লো ৱাকোল্লো ৱাকোল কনোই নোই।

অসুম হাইনা হন্না হন্না লাওই। ৱাকোন লাওবা লোইরবদা অৱাং ফম্বনা চু লফোইনচিংবা ৱাকোন মচিঞ্জাক চাইথোক্কনি। অদুদগী মথংদা লৌ য়ানগনি লৌ য়ানবনদা লম অমা শাংবা য়াংগেলনা য়োৎকী মহুৎ ওইনা পায়গনি। ময়াম অদু মাইবীনা মকোক চিংগনি। মথংদ য়াওশোক পুবিনা য়াওশোক হায়বদি শমবু হায়বনি।

অদুগী মথংদা য়াংগেন পাইবী নুপীশিংনা মথং মনাও নাইনা মথং মথং কোইনা চংন চংন লৌ য়ানগনি। লৌ য়ানবদি নুপীশিংতনা য়ানগনি লাইপৌদা য়াওবা নুপীশিংতনা লৌ য়ানবা য়াওগনি। অদুবু মশিংদি অককনবা লৈতে। লৌয়াল্লিঙৈ মতম অসিদা তাংখুল শাবনা তেন অমা পাইদুনা লৌ য়াল্লিবা নুপী পরেং অদুগী মপান্দা য়েংলোমদাকোইদুনা চুথেক মরিদা তেন অদুনা কাপ্লগী মওংদা মচিননা (উ ই) লাওদুনা চুথেক খুদিংগী তেন উত্তুনা কোইনা চেন চোংগনি।

লৌ য়াল্লিবা নুপিশিং অদুদা লৌ য়ানগনু য়ানবা য়ারোই হায়দুনা লৌ য়ানবা থিংগনি তাংখুল শাবনা লাও খোংদুনা হায়রকপা মাইবী নুরাবী শারিবনা য়ানগনি ইপাগী ইপুগী লৌনি নথৌ লৈতে হায়গনি। তাংখুলনা নংগী নপা নপুগী লৌ নত্তে ঐগী ইপা ইপুনা থমলম্বা লৌনি য়ানগনু হায় লৌ য়ানগনু য়াদ্রবদি ঐগী খুৎতা পাইরিবা তেন অসিনা কাপকনি তানসু থিনগনি য়ানগনি। নুরাবীনা য়ানগনি হায়দুনা অনি অসি য়াম্না খংনরে অদুদগী তাংখুলনা শাওরদুনা কান্নদ্রে হায়না হে ইচন নংগী চয়োম য়াওরবদি খর চাগে হায়বদা নুরাবিনা ইবুঙ নংনা চানবদি য়াওদে ঐনা চানবা ঐগী নিপাগীদি খর য়াওরি হায়রবদা নংগী নিপাদি ঐনা ওইরবসু য়াই খর চাগে হায়রবদা নুরাবীনা হায়গনু ইবুঙ হায়হৈদে ঐগী নিপা লৈ। নংগী নিপা অদু ঐদুম ওইরমগনি হায়রমলগা চয়োম অদু মুং দুনা চারে নুরাবী য়াম্না শাওরিঙৈগী মথক্তা যু য়াওরবদি খর অমুক থককে হায়রে নুরাবীনা হন্দক্তী পিথকপসু সুকঙম ঙমলোই হায়রে হায়রিঙৈদা খংহৌদনা অমুক যুশু মুন্দুনা থকপ্রে। নুরাবীনা শাওমনখিদুনা ইপা ইপু কনা লৈবগে অমতা লাও হায়না কৌরকলবদা। মখোই অনিবু ঙাইদুনা শিঙ্গা পিগে হায়না লৈরিবা মপানা তারদুনা থোকলকলে। মপা উবদা নুরাবীনা হায়রকই ইপা ঐখোই খুৎলং ইতা ৭ না ইপাগী লৌ য়ানববু তম্বা শকখংদবা অমা লাক্লগা লৌ য়ানগনু তেন্না কাপকনি তানা থিনগনি হায়না য়াম্না তানখাইবীরে চাক চয়োমসু মুন্দুনা চাপ্রে ময়ুসু মুন্দুনা থকপীপ্রে। ইপানা থৌরম চুম্না বায়েনবীয়ু হায়না বাকংলে মথংদা লমবুদা হায়জে। ইমোম ঙাইখো শাওখিনু তম্ব নিপাদু ইপানা চিংগোইনখিগে নহাক ঙাহাকতা ঙাইখো। হা তম্বা নহাক্লা করিগী ইমোমশিংনা লৌ য়ানববু তানলি হায়বদি থৌরম করিগীনো ইপাদা হাইয়ু হংলবদা ঐগী ইপাগী ইপুগী লৌনি হায়রে। অদুদি করি খুদম চাংদম লৈ হায়য়ু হংলবদা তাংখুল শাবনা হায়রকই ঐগী মালেম শেমঙৈদা ইরোই মচি ফুমলম্বগী খুদম লৈরিবসি য়েংবিয়ু হায়রে।

পারি ঙাইখো শাওখিনু ঙহাকতা ঙাইখো ইমোম চিংগোইনখিগে হায়না লমবু শাবনা খামখি। ইমোম নহাক্কী লৌনি হায়বগী খুদম চাংদমদি করি লৈবগে ইপাদা হায়য়ু হায়রবদা নুরাবীনা হায়রকই। ইপা লম্বু ঐগীসু ইপানা উক্রোং হোংঙেদা পুখম শেনজা ইরোইগী মচি ফুমদুনা লৈরিবা অসি য়েংবীয়ু হায়রবদা লম্বুনা য়ায়েল্লে পারি ইমোম নখোই অনি শাউনরগনু খৎনবা তোকলো। নহাল নোংগী য়াবু লৈয়ে ইপানা নখোয় অনিগী লাংওন ঙাইদুনা লৈরকপা য়াম্না মনুংশাং ওইরক্লবনি অদুনা হৌজিক্তি নমু তাইবঙ মীওইবশিংগী লৌতম শিংতমনবা লৌরাং শিংলাং তন্বী হায়বদু ওইহৌরশনু হয়েং পোইরৈ চাদোন্না য়াংঙম শুদোন্না মৈন য়াই তাংনা শম্না কাওদনা নিংশিংনহৌরসনু। লৌ অসি পুন্না য়ানমিন্নদুনা খুঞ্জাও লৈচাওনা পুককৈ লনগে থনবা ওইহৌরসনু নখোয় অনিনা পুকচেল খোইজেল অমত্তা ওইবগুম্না খুঙ্গং অসিবু ইপা ইমা অমত্তগী মচাগুম পালহৌরসনু হায়রবদা য়ানদুনা পাম অমুক পুন্না হাইদুনা লৌ য়ানদুনা ফৌ হুন্দুনা ফৌ লোকলগা লাইদা ফৌ কৎলগা লৌকা ঈশৈ শক্কুনা তাংখুল থৌরম লোইশিনলি। তাংখুল শাবগা নুরাবীগা জগোই পুন্ন শামিন্নে খুৎলং নুপী ময়ামশু জগোই শাই। কংলৈগী হরাওবদি লাইরোই নুমিৎতা তাংখুল নুরাবী য়াওই। ফয়েংগী হরাউবদি নুমিৎ খুদিংগী য়াওই।

অদুদগী মথংদা ময়াম অদুগা লোইনদুনা লাই সেবাগী লৈশাবীশিংনা লাই থেন কাক্লবগী লাই ঈশৈ শক্কুনা হরাউবুংদা লাক্কনি। নুপীশিংনা হয়ি হে হৈয়া হে হয়িহে হৈয়াহে হায়না শক্কনি।

### লৈশাবীশিংনা ইবুংঙোগী থেন কাক্লবগী লাই ঈশৈ

কৌব্রেন মচা অহল লো থোংনাং
লাইজিং ফম্মো হে সনা য়াবিহন্দ
হা হা শান্নশে দে।
অশুম হায়না হনজিল হনজিন্ন শক্কনি।

লাইবুং য়ৌরগা লাইনা দোলাইদগী লেংথব্রিঙেদা মী ৪ না খৌশাদুনা ওক্কনি লাইগী ফাংখোং য়ৌরমদাইদা লাইখোং হামগনি। দোলাই লেংগী মমাংথাবা অনি অদুগী মখোংদা নিপা অমনা ঈশিং খর খর হৈববু লাই খোঙ হান্না কৌই। মথংদা দোলাই থন্নগা খুল্লাকপনা মপা ইবুংঙো কৌব্রু লুপলাকপনা লোয়ালাকপা কোন্দুনা

থাংথগনি ফমদেংলিবা সিংহাশোন্দা লেংখত্তুনা থমগনি। লাইসেবা নিপা অনিনা লাইদা হিদাক হান্দুনা কংকনি। হিদাক অদু হাল্লগা লাইগী হিদাকফু অদুদা তোংজে পাল্লগা হিদাক থকপগী মওংদা থমগনি অশুম তৌনা লাইথেনকাবা নোংমগী থৌরম অমা লোইশিল্লি। লাই লম থোকপা হায়বসি মখল অহুম শুই - ১। মথক্কী থেনজাও কাবা হায়বা। ২। লৌ কুম্বা হায়বা। ৩। কৈথেল কাবা হায়বা। লম থোকপশিং অসিগী মনুংদা অমা অনি অসিদি হৈথা লৈহুল মান্নে অমতনি মফমদি তোংঙান তোংঙানবতনি। থেনজাও কারুবদি লাইগী শিং চনলুবনি। লাইবুংগী কৌব্রু থংবরোমদা তৌই। অদুগা লৌ কুম্বনা লাইবুংগী থাংজিং লোমদা লৌ কুমনি। থেন কাবদা তৌবমখৈ শৈশক শৈদা থৌথোক লোইনা তৌই। লৌকুম্বা হল্লকপদা লৈশাবীশিংনা শকপা লৌকুম্বগী-

**লাই ঈশৈ**

কৌব্রেন মচা লো অহল হে থোংনাং লাইজিং
ফম্মো হে ম্লা ব্রাপি হন্দা হা হা
শান্নশে দে। হা লাইরেম্মা হে লমলেন
অসি ব্রাইদা শান্নাশে দে।
অসুম হায়দা লৈশাবীনা শকই।

লাই কৈথেন কাবা অসিগা অতে লমথোকপগী হৈথা লৈথা লৈহুন মান্নদে। অতৈশিং অদুগী মথক্তা চনিংদা লৈফম তরুক হুনগনি অদুগী মনাক নাকলদা লৈফম মঙা অমসু হুনগনি লাইমাংদা লাইশং ওইনা লারাক অহুম থারগা লৈফম কুনমাথোই হুনগনি লৈপোপ অহুম পাইরগা লৈফম তরেৎ তরেৎ হুনগনি লৈহুনশিং অসিগী মতুং ইনবা লফোই লফাং অমমম হৈরুক থাগনি। হৈরুক লাইরুক কংপা লোইরগা খুল্লক্কী ইমা ইন্দোনশিংনা পুরকপা পোৎ চৈ কবোক অথুম অহাও মনা মশিং পুম্নমক থাদুনা কংকনি। অসুম্না হৈকং লৈকং লোইরবা মতুংদা লাইপৌ শান্নগনি থৌরম অতে চংথগনি অদুগা লাই শান্নবগী থৌরমদি থেন কাবদা শান্নবা থৌরম অদুনা অদুম শান্নে।

লাই কৈথেন কাবা নুমিৎ অসিদা ইবুধৌ পাঙ্গলবগী লাইফমদসু লৈপোপ অহুমগী লৈফম হুন্দুনা তমগনি। লফোই লফাং অমগা হৈ-লৈ মশিং শুনা তমগনি। অসুম্না কৈথেল কাফমদসু লম থোকপগুম্না লাইবৌনচিংবা শানরগা লাইবুংদা লৈশাবীশিংনা লাই কৈথেল কারুবগী লাই ঈশৈ শক্লা শক্লা হল্লকনি।

## লাই কৈথেল কাব্রুবগী ঈশৈ

কৌব্রেন মচা অহললো হে থোংনাং লাইজিং
ফমমো হে সনা রাংশী হন্দ হা হা শান্নসে দে
হা লাইরেম্বা হে লমলেন অসিবাইদা শান্নসে দে।
লাইনিংথৌ কৌব্রু অশুপ্পা হে চীংজাও
নাপোম খুদিংদা খৌশা থোইবা লাইয়িংথৌ।

অসুম হায়না শক্কনি। লাই কৈথেল কাবা হল্লকলগা লাইমাংদা অমুকসু লংলেতো লাই চোংগনি তাংখুল শাবসু থোক্কনি নৈশাবীসু লাই ঈশৈ শক্কনি অসুম্না নুংথিলগী থৌরম লোইশিনগনি। নুমিদাং অথেংবদা লাইবুংদা মাইবা মাইবী লাই সেবাগী মীওই পুম্নমক্না তুম্নশ্রবদা মতম অদুদা লাই ফাগি তৌবা হায়বা থৌরম অমা তৌই। মসি নিপাতনা শান্নবা জগোই মওং অমনি। লাই ফাগি অসি শংলেনগী মনুংদগী য়ামদ্রবদা নিপা কুনমুক্না ফি শেৎতনা পরেং শানা মৈরা পাইবা অনি চুং তা পায়বা অনি পুং সেন য়ৈদুনা মথং মনাও নাইনা লাক্কুনা লাইগী লাইমাংদা মফি অমতা য়াওদনা হুইয়াম শাদুনা ঈশৈ শক্কুনা চোংদুনা জগোই শাদুনা কুম্মৈ তৌগনি। কুম্মৈ তৌরিঙৈদা লাই সেবা নিপা অনিনা চুং-তা পাইদুনা নাক য়েৎ অনিদা ঙাক্কনি। তৌরিবা কুম্মৈ অসি লাইবুংদা লেকলিবা নুপী অমত্তনা য়েংগে হায়বা, য়াওবা, য়েংবা য়াদে। ফি শেত্তবা ময়াম অদুবু হাওয়াম হায়নসু কৌই। লাই ফাগি অসি হরউবা নিনি চনবগী নুমিদাংদগী নুমিৎ খুদিংগী তৌগনি। অসুম্না মরিনি চনবদদি লাই লম থোকলরোই লাইবুংদা অদুম হরাউগনি নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্তা লাইদা শরেন চন্দুনা কৎলি নুমিৎ খুদিংগী য়াওগদবা শরেনদি য়েন তরাতরুককনি মদুগী মনুদা য়েন অঙৌব অমদি নোংপোক্কী য়াওই। শরেন অসি নোংমা নোংমা অদুগী তাবা চাবোন্না পিগদবনি। অহানবা নুমিত্তা খুল্লকপগী চাবোন্না পুগনি। অসুম্না ফমনাইবশিং অদুগী চাবোন্না মাগী মাগী তোকপা নুমিৎতা লাই শরেন থৌরাং তৌগনি। অদুনা ফমনাইবশিং অসিগী চাবোন খাইদোকলগনি।
১। খুল্লাকপা ২। লুপলাপপা ৩। তেল্লোই হঙবা ৪। তেল্লোই হিদং
৫। য়ুপানবা ৬। খুঙ্গাম্বসু লাইরে ৭। হিজা লাকপা ৮। লৌমী শকপা
৯। লৌমী হিদং ১০। পাখং লাকপা। ১১। নহা রাকপা ১২। চাবোন হঙবা
১৩। সেলুংবা হায়রিবা ফমশিং অসিগী চাবোন সেমগনি খুৎশেমদি খুল অদুদা

লৈরিবা মীশিং অদু ফমনাইবশিং অসিগী মতুং ইন্না মীশিং য়েনথোক্লগা ফমশিং অদুগী চাবোন শেমগনি। করিগুম্বা হরাউগদবা নুমিৎকী মশিংনা য়াম্মদদুনা চাবোন মশিংনা হেল্লবদি পুনশিন্দুনা শরেল কৎনবা থৌরাং তৌই ।

নোংপোক নিংথৌদা শরেন চনলিবা য়েন অঙৌবা অদুগী মতুং ইনবা মৈতৈ থুম থুমপাক অম শিং খর মোরোক য়াওবা য়াদে হায়রিবা পোৎলম অসিনা কৎলি। নোংপোক্তা কৎলিবা অসিদি খুনগী অহল নিপা মঙান লাইগী সেবা চংই কৎপা লোইরগা অহল মঙা অদুনা চাই। অতোপ্পা মী নাহানা চাবা য়াদে চারুবদি ঙাওবা হেঙ্গৎলি। অদুগা নুমিৎ খুদিংগী কৎলিবা শরেন য়েন অদু লৌবা মীওই খরনা মপান্দা পুথোক্লগা লৌগনি অদুগা অরৌবা য়েন অদু লাইগী সেবা চংলিবা নিপা অনিনা শরেন থোংফমদা শেম শাদুনা মকোকনা মনিং ওনগনি মশা মফৈ কাইহন্দনা থেংগনি থোংবা মতমদা ইরুজরগা ফি অশেংবা শেৎলগা থোংগনি অসুম্না শরেন অদু থোংলগা অমুক অমুনবা কৎকনি কৎপা মতমদা মকোক্লা মনিং থংগনি মফৈ মশা মাগী মাগী চাকলুক থারিবা অদুদা মফম চানা হাপকনি অদুগা কৎকনি।

লাইদা কৎনবা চাক্লা থৌগল তৌরিবা লৈশাবী অনিনা ইরু মাইথরগা ফি অশুবা ফিশেং শেৎলগা শং অমদা চাক ঙাল্লি। চাক ঙনবগী মওং ঙাংকোক্তা চেং অদু হাপচিল্লগা থাংকৎলি ঙাংঙ্ব অচৌবদুগী মথক্তা মৈ থাই মনিন অদুনা চাক অদু শৌরগা মুনবা অদুবু চাক ঙানবা কৌই। চাকঙানবদা শিজিন্নগদবা মৈ অদুদি লাইগীদমক্তা মৈফা চিংদুনা থমলিবা মৈশেংদগী লৌদুনা শিজিন্নগদবনি।

অদুগা চাক অদু ঙানবদা শিজিন্নগদবা ঈশিং অদু লৈশাবী অনি অদুনা শোক্কদবনি ঈশিং অদু শোকপদা খুতোংননা লেংবাল মপাদা পুগনি থোংগৎপদা খুকউ শোকপা য়াদে কোকতা থোংগত্তুনা পুবা য়াদে। চাক ঙাল্লিঙৈদা অমাং অরাক নুংশিৎ খাইবনচিংবা অমত্তা তৌবা য়াদে। করিগুম্বদা শীঙ অদুসু খোঙনা শোকপা কানবা য়াদে শীঙ অদু ইনশিনবা মতমদা মপাগী মচাগী মনিমক মান্ননা ইনশিনগনি। লৈশাবী অনি অদুনা মপা মচাগী চাক তোঙান তোঙান ঙানগদবনি। করিগুম্বা চফু অদু অমা হেক শৌরক্তবদা অমাং অশোই তৌরমনি হায়দুনা মাইবনা তাইরেন মনা পুংফাইনচিংবনা লাইশোনগা লোইননা হৌনবী তৌদুনা শেংদোক্লগা চফু অদু শৌগনি। অদুগা করিগুম্বদা মৈ মুৎলবসু কান্বা য়াদে হুমাই হুমগনি। চাক ঙাল্লিবা লৈশাবী

অনি অদু খদাংচেৎ লাক্কনি। অদুগা মপাগী মচাগী ঙাল্লিবা চাক অদুগী মখুম অদু লানা খুমগনি। মপাগীনা লারাক লোংনা মচাগীনা লারাক উপনা খুমগনি। চাক ঙানবা লোইরগা থিদোক্তুনা চাক অদু কৎকনি চাকলুক ১৫ ( তরামঙা) থাগনি। অসুম্না থোংলিবা শরেনগী ঙাল্লিবা চাক অদু কৎননবগীদমক মাইবনা লাইশোনগা লোইননা কৎকনি। চাকলুক অদু কৎলিঙৈদসু পুং শেন য়েগনি পেনা খোংগনি। মাইবীনা শরিক খিঙগনি। অসুম্না লোইরগা পুম্নমক অসিগা লোইননা মতৈ মনাও পুন্না জগোই শাগনি। মসিদা ফমনাইবশিং মশিং শুনা মাগী মাগী নুপীশিংগা লোইননা লাইমাংদা জগোই শাই। খুলাকপনা জগোই শাননবা থোকপদা মহাক্কী ফমফমদগী ফমনাইবা ময়ামনা লাইগী লাইমাং ফাওবা পুথোকই। অদুগা খুলাকপগী নুপীসু মাগী ফমফমদগী ফমনাইবশিংগী নুপী ময়ামনা লাইমাং ফাওবা ঈশৈ শক্তুনা খুলাকপা অমসুং খুল্লাকপী অনিবু পুথোকই।

ঈশৈদি

সন্দ্রেনবী থোরকক্রো

নহুম পোনদেম শাবিগে

লাই খুবাক খুবিগে। হায়না হঞ্জিন হঞ্জিন শক্কনি।

অসুম্না লাইমাং য়ৌরগা পুন্না লাইদা জগোই কৎলি। অদুগা লুপলাকপা অমসুং ফমনাইবশিংসু অসুম তৌনা জগোই শাই। জগোই শাবা লোইরগা খুলাকপা অমসুং লুপলাকপানা মাগী মাগী ফমফমদা ফমলে। ঙাইহাক ফমলগা খুলাকপা অমদি লুপলাকপা অনি অদু নুপা অমমমগী মনঙগনদা শগোল তোংবগী মওং ওইনা তোংঙে। অদুগা পুং শেন য়াওনা লোইশং অচৌবদা পুশিল্লে। লোইশং মনুংদা মাগী মাগী ফমফমদা ফমনখ্রে। অদুদগী খুলগী ইমা ইবেল মৌশিংনা খুল্লাকপা অমসুং লুপলাকপগী মমাংদা লোইশং পুংজাও য়ৈদুনা জগোই হৈজবা শারগা নাকা থেম্বা শেল নি। ফমনাইবশিংনা অঙম্বা শেল পি। মথংদা লৈশাবী অমসুং পাখংশিং লাইগী মথৌ তৌরিবা অরাঙবা হায়রগা খঙনরিবশিং অদুনসু লোইশং পুংজাও য়ৈদুনা পুং শেন পেনা য়ৈ খোংদুনা হৈজবা জগোই শাদুনা নাকা থেমদুনা শেল নি। অসি লোইরবা তুংদা লাইবুংদা অমুক থোরক্লগা লাইবুংগী লাইশং মমাংদা খুল্লাকপনা মকোক ফমদুনা

ফমনাইবশিং অদু ফমগী মতুং ইন্না মথং মনাও নাইনা ফমদুনা লাইবুংদা মীয়াম অদুনা লাইগী অকৎপা শৱেন অমদি চাক চাগনি।

হৱাওবা হয়েং লোইগনি হায়বা ৱসি নুংদাংদা মাইবগা মাইবীগা থোক্লগা লাইগী থাং হায়গনি। অসি নত্তুনা কুম্মেগী থাং হাইবগী থৌরম ওইরবসু হৱাওরিঙৈ মনুংদা থাং হাইবা কুম্মে মপান্দগী উৎচগে হায়রবসু য়াদে। অদুগা তাদি খৌশাবা য়াই। থাং হাইবা লোইরবা মতুংদ নুমিৎ অদুগী থৌরম লোইরে। নুমিৎ অদুগী নুংদাংদগী লাই ফাগী হায়বা থৌরম অদু শান্নররোই।

## লাইরোই নুমিৎ

১। লাই শৱেন চনগনি। ২। নুংথিন্দা লমজেন চেনগনি। নুপীনা হান্না চেনগনি। মৌনা থোইরগা পানা লৈশাবীনা থোইরগা মচা ইবুংঙোগী পানানা থোই হায়না খংনগনি। মতুংদা নুপাগী লমজেন চেনগনি। নুপাশিং অদু মাংশোক ফমমেল খাইদোক্কনি। মাংশোক্কী নুপা ৭ না মচাগী পানানি ফম্মেনগী নুপা ৭ না মপাগী পানানি অসুম্না মাংশোক ফম্মেনগী ৭ / ৭ না লমজেন তান্নগনি। অদুগা মুক্না শান্নগনি মুক্নাদসু মাংশোক ফমমেন মী ৭ / ৭থোক্লগা শান্নগনি অদুগা যাত্রা খনগনি।

শুক হুনগনি যাত্রানা হান্না হুনগনি।<br>
মথং নুং অমুক হুনগনি।<br>
খুভৈ চোংগনি<br>
মাংজোং চোংগনি<br>
খংচিঙ চিংনব। পৌ চিংনবা।<br>
খংচিঙ চিংনবদি লাই সেবাগী<br>
মী পানা ২গী মীনা চিংগনি।<br>
হৈগ্রু চাইবা অরাংবা পুরেন্না<br>
তিলোই হঞ্জবনা হৈগ্রু চাইগনি<br>
মী ময়াম্না খুল্লগা চাগনি।<br>
দোলাইদা লাই লেংখৎলগা<br>
য়াথোক শংদ লাইথাংদা<br>
লায়াম শাংনা থাগনি।

কবোক লমতাং শারগা
লাই দোলাইদা হাপচিল্লগা
লাইশংদা লাই পুশিনলগনি।
লাই পুশিল্লবা মতমদা নুপি নিপা
লাই ঈশৈ শক্কনি।
লাইপোৎনচিংবা থৌগল পুম্না য়াওগনি
হায়রিবসি লাইবুংগী ময়াইদা
শোরারেনগী পুং অমা লৈরিবা অদুদা
য়েৎ ওইননা কোইদুনা ময়াম লাই পুবী
পুবনচিংবা পুং সেন পেনা খোংবা
য়াওনা জগোই শাদুনা ৩লক ৪রক
কোয়রগা।

**লাই শীবগী ঈশৈ**

হা লাইয়িংথৌ হে চামলৌদুনো
হে লাকোন থাদুনে হা হা লাথারে।
হা লাইরেম্মা হে সনা মাঙ্গোলনুংদা
হা হা কারশে দে।

অসুম্না শক্কনি। অদুগা নিপাশিংনসু অহানবা ইকৌরুবা ইকারকপদা শকপা ঈশৈ অদুসু শক্কনি। মথংদা লাইনুংদা লাই পুশিল্লগা শিংগাশোন মথক্তা লাই শীথগনি। লাই শীদোকপা লোইরবদা মথংদ খুল্লাকপনা লাইগী শিংগাশোন মথক্তা লা অমা থারগা লা অদুগী মথক্তা ফিদা অমা থারগা মপাগীনা খুল্লাকপনা মচাগীনা লুপলাকপনা খুল অদুগী মীশিং অদুনা মাগী মাগী মীশিংশুনা পিরকপা অমসুং কৎচরকপা লৈপোল লাংপ্রে পুম্নমক অদুনা লৈহুন তমদুনা হুনগনি অসুম্না খুল অদুগী মী মশিংগা মান্নবা লৈ হুনগনি। মথংদা লাই থোঙ থিংবগী থৌরম অমা তৌই। খুলগী অহল ওইবশিংগা মাইবগা অমসুং খুল্লাকপা লুপলাকপা পুম্নমক য়াওনা লাইবুংগী নোংচুপ্তা লাইগী পুত্রি লাই হরাউবা হৌবদা মপা কৌব্রুগী ইকৌফম অদুগী পুত্রি মপান্দা লুকলেন অচৌবা

লারোন অহুম লা লোঙনা থারগা চেংপুম অহুম হৈগনি। চেংপুম অহুম অদুগী মথক্তা য়েরুম অমমম য়েরুম অহুম য়ুংনা খিনগনি অদুগা নাক্তসু চেংপুং অহুমসু হৈগনি লানা লারোল অহুম শাংনা উপ্না থাগনি য়েরুম অহুম য়ুংনা খিল্লগা হাপকনি লাংপ্লে লৈপোপ ৩ / ৩ না লৈফম মাপল হুনগনি। মথংদা মাইবনা তুরেন্দা মমাক ইবুংঙো লোইয়ারাকপগী হরাউবা হৌবদা ইকৌফম অদুদা খৈয়োম অহুম খুলগীদমক্তা লাক্কনি। খৈয়োম অহুম অদুগী মনুংদ খৈয়োম অমদি য়েরুম ফৈনা হুৎতুনা হাপকনি অদুগা চবান চফু ১ উয়ান ১ কস্বী ১ হুই অমুবা ১ য়েল ১ হুইনা লাবা ওইরগা য়েন্না অমোম ওইগনি শরেন চনগনি। শরেন চনবগী শা অদু লফুৎতা লোঙনা নমদুনা হাৎকনি। শরেন চনবা লোইরগা থোংদুনা অহলশিং অদুনা চাগনি অসুম্না ফায়েংগী কৌব্রু অমসুং লোইয়ারাকপা হরাউবা লোইশিল্লি। লাইথোং থিংবগী লাইশোন য়াই মরু পুন্সিবা কৌয়ে অসি হায়রগা লাইগী থোং থিংগনি। মথক্তা হায়রিবা অসিনা লাই হরাউবা লোইরগা লাইথোং থিংবগী থৌরমনি।

চহি ওল্লগা হরাউবগী লাইথোং হাংবগী থৌরম লাই হরউগদবা নোংমা লৈরিঙৈদা তৌগদবা থৌরম লেইজিং নিংথৌ লাৎপা হায়বা অমা তৌই। কৌব্রু হরাওবা নুমিৎকী রা অহানবা মখা ওন্না লারোন অহুম থারগা চেংপুম অহুম হৈগনি চেংগী মতোন্দা য়েরুম অমমম খিনগনি। নোংপোক্তা লারোন অহুম থাগনি চেংপুম অহুম হৈগনি য়েকম অমমম খিনগনি। নোংচুপ্তশু লারোন অহুম থাগনি চেংপুম অহুম হৈগনি য়েকম অমমম খিনগনি। লফোই লফাং অমা হৈ-লৈ মশিংসুনা য়াওগনি। লফুৎ অহুম য়াওগনি তুমনৌগী য়েৎতা মতাং মাপল পুনগনি। ওইদা থাবনা মতাং তরেৎ পুনগনি। মাংদা থাবনা মতাং অহুম পুনগনি । লৈহুন তমগনি ময়াইদা হুনবা লৈহুন্না ৩ / ৩ / ৩ লৈপোপ মাপলনা হুনগনি। লাইপুংথৌ মাপল, লাইনুরা তরেৎকীসু তমগনি। লোইজিং অরিবগী লাইশোন্দি মচুনা অরঙবা মচু মানবা শাজৎনা ওকলেন লাবগী শাজৎ চৎপা নমনা পাখংবগী মনম মানবা নমিংদি হোরি কোরিরেনবা কৌয়ে লোইজিং অরিবগী মিংথৈনে। লাইথোং হাংবগী ইবুধৌগী মমিংদি য়াই মরু নুংশাংবা কৌয়ে অসি হায়না খুরুমলগা লাইথোং হাংগনি। হরাউগদবা নোংমা লৈরিঙৈদা তৌগদবা থৌরমনি।

লাই হরাউবা লোইশ্রবা মতুংদা তৌগদবা থৌরম হিয়াঙ্গৈ থাগী থাংজ অহানবদা পুথিবা ইরাৎপা অমসুং খুরুম্বা হায়বা থৌরম অমা তৌই হায়রিবা থৌরম অসি তৌদনা

ফৌ মুল্লে হায়দুনা লৌ খাওবা অমসুং লোকপা য়াদে।

হৌজিক্তী পৃথিবা ইরাৎপা অমসুং খুরুম্বগী ৱা হায়গে ফিরান মরি য়ুংগনি ফিরানগী মখোংদা য়ামনা পললান্দবী নুং অমদা য়েক্কদবনি। নুং অদুগী মথক্তা ফমফি অমা থারগা মথক্তা লৈফম অহুম লাংপ্লে মপোপ ৩ / ৩ না ওনখৎতুনা হুনলো থাকল খল্লো ফিরানদি থাকলগী মখা থংবদা য়ুঙো। লফুৎ মতাং ৯ পুনবা অমা ৭ পুনবা অমা অহুম পুনবা অমা ৯ পুনবনা লাইগী য়েৎ-শরেন কংলো শরেন কংপা লোইরগা শা অমসুং য়েন অদু লফুৎতা নমদুনা হাৎকনি অদু থোংলগা অমুক কংকনি হৈশোই লাশোইসু থাগনি। পোলাং অমদা হৈশোয় লাশোই লফোই লফাং চু কবোক হাপকনি। অনম অথৌ কোক্কনি।

## লাইশোন

ঙৌবা নং ঙাকও চেংবানং ঙাকও উতুপ্লা থাংচিবা নং ঙাকও খম্বা নং ঙাকও লৈনুং কুরুং হনবা নং ঙাকও নোংদোন কুরু হনবা নং ঙাকও অসি হায়না মাইগৈ মরি থক খা শোল্লো অসুম তৌনা পৃথিবা খুরুম্বগী থৌরম তৌগনি। খুরুম্বদি পৃথিবগী লাইফমদা তৌগনি নুংদা য়েকলিবা অদু উপুনা থমগনি।

## মথংদা সোরারেন খুরুম্বা থৌনিবগী থৌরম

সোরারেন খুরুম্বা হায়বসি খুনগী অমুক্তা থোক্তবা থবক অনা অয়েক তোয়না থোকপা মীসি মীনা তোয়না থোকলবা মতিন মকাং য়াম্না তারবা মরম চাদনা অঙাংশিংদা তিলথুং লায়থুং থোক্লবা মতমদা খুল অপুম্বা তান্নরগা খুরুম্বা অদুগা খুনগী নত্তনা ইমুং অমতদা মথক্তা হায়রিবা থৌদোক অসি য়াম্না তোইনা থোক্লবদা তৌগদবা থৌরমনি।

খুরুম্বগী পোৎলম থৌরম উচি ৱা মঙা মাইগৈ মরি ময়ায়দা অমা য়ুংলগা থাকল অমা খনগনি। থাকলগী মখাদ কাংথক অমা শাগনি, কাংথক অদুগী মখাদা য়ামনা য়েক্কনি। ময়াইদা য়ুংলিবা উচি ৱা অদুগী মখোংদ লফু পুকনুং থরো অমা হাপকনি কাংথক শগাই অদুগী মথক্তা ফায়েং লচা থাগনি। ফায়েং লচা হায়বদি লা উপ্লা থাববু হায়বনে লাগী মথক্তা লৈফম অহুম লৈতোন ওনখৎনা হুল্লো চেংবুম অহুম হৈয়ো চেংগী মথক্তা য়েরুম অমমম খিল্লো লফোইসু লফাং অমমম হাপও কবোক অথুম অহাও চু লৈশংগু হাপও। চিথেক মরিমক্তা হৈচেৎ কবোক অথুম অহাও লফু থরোগী মনাক্তা লফোই লফাং অমা হাপও অদুদসু কবোক অথুম অহাও য়াওগদবনি।

য়েৎ থংবদা পোৎ লানবগী ব্রা হায়গে। ইবুধৌগী পোৎ দালানবদি মৈতৈ লাচাদা লারোন অহুম থাও লারোন অহুমগী মথক্তা লফোই লফাং অমা হাপও মৈতৈ লাচা হায়বদি লা লোংনা থাববু হায়বনে কবোক অথুম অহাও মরম শুনা হাপও। মচা ইবুংঙোগীদি ফায়েং লাচাদা লরোন অহুম থারো লাগী মথক্তা লফোই কবোক অথুম অহাও মরম শুনা হাপও। লৈমরেনগীদি মৈতৈ লাচাদা লারোন অহুম থাও লাগী মথক্তা লফোই কবোক মরম শুনা হাপও নোংপোক্কী মৈতৈ লাচাদা লারোন অহুম থাও মরম শুনা হাপও। মথংদা পাঙ্গলবগী মৈতৈ লাচাদা লারোন অহুম থাও মরম শুনা অথুম অহাও লফোই শুনা হাপও। মথংদা কৈথেল লাইরেম্মগী মৈতৈ লাচাদা লারোন ৩ অথুম অহাও লফোই মরমশুনা হাপও। মথংদা মাইবনা পোৎ লানবগী থৌরম চৎথগনি। পোৎ লানবদি অহানবদা ১। কৌব্রুনা হান্না লাল্লো ২। মমাক ইবুংঙো লোয়ারাকপা লালো ৩। লৈমরেনগী পোৎ লাল্লো ৪। নোংপোক নিংথৌগী পোৎ লাল্লো ৫। পাঙ্গলবগী পোৎ লাল্লো ৬। কৈথেল লাইরেম্মাগী পোৎ লাল্লো ৭। নোংচুপ অরিবগীদি অহন্না ফায়েং লাচাদা লারোন অহুম থাগনি লাগী মথক্তা লফোই লফাং অমা কবোক অথুম অহাও মরম শুনা হাপও অদুগা অহল ওইবশিংনা খুরুমহল্লো। শরেনগী শা ওক মনা কক্তবা অমা য়েন অমোম অমা থুম মপাক অমা শিং মপাক অমা চবান চফু অমা ইব্রান য়াওনা ফুকৎ ব্রাংকৎলো মৈদি মৈফা চিংলগা লৌগদবনি। মাইবনা লাইখুরুম্বদি কৌব্রুনা হাল্লে পোৎ লাল্লো মথংদা সোরারেল খুরুমও ওকতি লফুৎ অনিদা নমদুনা হাৎলো অদুগা চাক থোংলগা চবান অমসুং চাকমাই য়েংলগা লাইদা কৎকনি। লফু থরোদি মৈদা লৌথোকও অদুগা কৎলো সোরারেন খুরুম্বগী ব্রানে।

## খোই কৎপা

মেরাদা লাইদা খোই কৎপা খোইদি লৈনুংদা শাবা খোইঙাং হায়বা অদুনা কৎলি হায়রিবা খোই অসি ফংদ্রবদি ঙারেঙ খোই ফাবো খোই অসি নত্তনা অতৈ খোইনা কৎপা য়াদে চাক হাওগী চেংনা উতোং চাক হৌরগা কৎকনি। খোইশু ফুৎলগা শিংজু শুরগা কৎকনি। য়েনসু শরেন কৎকনি। চাকসু কৎকনি। খোইগী শাগে তরেৎমকপু পোকপা মপা মপুগী ব্রা হায়গে পাম্বী চেংবা তোংলেন কৌই নপাদি ফুলেন চিকৌয়ে নমাদি ব্রেংনু কৌই। নপুদি লৈরি চেং কৌই। নবেঙ্থৌগী মমিংদি

থুলেংচি কৌই। মপু নাককপা নবেন নাককপী অমতা ওইনা তিন্নরে লাইমিংদি হৌরি চেংনো কৌয়ে অসি হায়না খুরমলগা খোই কৎকনি।

## কালেন খুম্বোং লাংপা থৌরম

কালেন থাগী থাংজ অহানবদা খুম্বোং লাংপা হায়বা থৌরম অমা তৌই। হায়রিবা থৌরম অসিদা চঙবা পোৎলম অমসুং লাইশোন কৌব্রু লাইচাওগী য়েকুম মাপলনে। থাংজিংগী য়েকুম তরেৎনে । ৱাংব্রেনগী য়েকুম তরেৎনে মারজিংগী য়েকুম তরেৎনে পুনা য়েকুম ৩০ চংই।

## খুরুম্বগী লাইশোন

কৌব্রুগী শরোই লুচিংবগী মমিংদি কৌলু অচিব কৌয়ে থাংজিংগী শরোই ৬১ মক্কী লুচিংবগী মমিংদি ভৌব কৌয়ে। ৱাংব্রেনগী শরোই ৬১ মক্কী লুচিংবগী মমিংদি লমুনুবী কৌয়ে। মারজিংগী শরোই ৬১ মক্কী লুচিংবগী মমিংদি পসি পুকোক লাল খাব কৌয়ে। থাংজিংগী মমিংদি থাংগোংলেন মৈনাইবা কৌয়ে। য়েনদি অঙাংবনে। ৱাংব্রেনগী মমিংদি খিলুম লেম লৈনাইবা কৌয়ে য়েনদি চেংগোইনে চেংগোই হায়বদি মরিক মরিক লাংববু হায়বনে। মারজিংগী মমিংদি উলেন মৈনাইবা কৌয়ে য়েনদি অঙৌবনে। কৌব্রুগী মমিংদি কুরুমলেন মৈনাইবা কৌয়ে। য়েনদি অমুবনে হায়রিবসি য়েনদি লাবঙাক্তনি। হায়রিবা থৌরম অসি তৌবা মতমদা খুন্দগী হৈ-লৈ অমসুং য়েকুমনা চিংবা খুললোন্নবদগী ইমা ইন্দোনশিংনা হৈ লৈ থিরুরগা য়েকুমসু খুললোন্নবদগী লৈরুরগা তৌনরমই অদুবু হৌজিক্তী কৈথেন্দগী অমসুং খুন্দগী লৈরগা তৌরে। মাইগৈ মরিদা হৈথা লৈথা অসি থারগা উতোংসু ৩০ য়াওই মথক্তা হায়রিবা লাইরোন অসি শোন্দুনা কালেন্দা খুম্বোং লাংপগী থৌরম তৌই। ইংঙা থাদা লম তাইবগী থৌরম—হুই অমুবা ২ নি থাংজিংদা হুই অমা, য়েন অমা। কৌব্রুদা হুই অমা, হুইনা লাবা ওইরগা য়েন্না অমোম ওইগনি। চবান চফু অমা উয়ান অমা হায়রিবসি কৌব্রু অমসুং থাংজিংগী অনিমক্তা অমমম য়াওগবদনি হায়রিবা শরেন অসি হিংনা কৎলগা লফুত্তা নমদুনা হাৎকনি অদুগা অমুক থোংলগা কৎকনি অদুগা হৈথা লৈথা লৈহুন্নচিংবা মথক্তা ইথ্রিবা কৌব্রুগী অমসুং থাংজিংগী হৈথা লৈথা লৈহুন অদু কাইদনা তৌগনি খেন্নরিবা হায়ববু থৌথোক থৌথোক্কী মতুং ইন্না লাইশোন খেন্নে লাইশোন কৌব্রুগী ওকসি কৌব্রু শোৱাং নুংঙু চার তু তু চার চার চার শোংঙদো ময়াং শুরিৎ উরেম

শুরিক চার চার শোংঙদো উরো উরো উরো অশুম হায়না শোল্লগা লম তাইগনি। হায়রিবা অমসুং শোল্লিবা লাইশোন অসিগী ময়োনদি ওকসি হায়বদি ইপু হায়বনি উরেম শুরিং হায়বদি ময়াং শুরিং হায়বদি কুম অসিগী মতিন মকাং উচি উচেক লমগী ওক্লা ফৌদা পানদা মাইরেন্দা কুম অসিগী চানবা থারিবা অসি শোকহনবীগনু হায়না খুরুম্বগী থৌরমনি। অসুম্না চকপগী থৌরম অসি য়াম্না য়ামই অদুগা লমতাগী থাংজ অহানবদা লম খাংবগী থৌরম অসিদি খুনগী ইমা ইন্দোলশিংনা য়ুমথোংগী চেং ঙা থুম অমসুং ইনশাং মনামশিং খায়রগা লাইগী লাইমাংদা সেম শারগা মাইগৈ মরিদা ইমা ইন্দোলশিংনা অদুম খাংতোকই। অসিদি খুন খুন খুদিংগী অদুম তৌনৈ।

থোইদোক্লা খেন্নদে।

## চকপয়োনগী মতাং

হৌজিক হৌজিক মীয়াম্না চকপরোন হায়রগা খংনরিবা অসি চকপা অরিবা শাবাং অথুপ্পা হায়রিবা অসিনদি চকপারোন হায়ববুদি চকপা লোল, চকপনা ঙাংনরম্বা লোল অসিনদি চকপা লোল হায়বসু য়াই।

চকপাগী লোল অরিববু খরদং মখাদা ইজরি-

ইপা, ইমা, ইপু, ইবেন, খুরা ইন্দোন, ইয়াম্বা, ইতৈমা, ইচে , ইবাই, ইচন, ইশেন অসিনচিংবা খরদং ইজরি-

অংঙ হায়বদি ইমা হায়বনি। ঔৱা - হায়বদি ইপা, পাবা হায়বনি। ওকশা ৱাগো- হায়বদি ইপল হায়বনি। অংসাং ঙাগো - হায়বদি ইশ্মান হায়বনি। ওকসি - হায়বদি ইপু হায়বনি। অসি-হায়বদি ইবেন হায়বনি। অৱাং-হায়বদি খুরা হায়বনি। অপাও-হায়বদি তাদা হায়বনি। মীয়োক - হায়বদি ইতৈমা হায়বনি। অপি - হায়বদি ইচে হায়বনি। অনেং - হায়বদি ইবাই হায়বনি। ঙানিং শাই - হায়বদি ইশেন হায়বনি। চান - হায়বদি ইচল হায়বনি। অমাং হায়বদি মাম্মা হায়বনি। পনি- হায়বদি ইনে হায়বনি। অকু-হায়বদি ইকুবোক হায়বনি। অনেম - হায়বদি ইনেমবোক হায়বনি। দ্রতা - হায়বদি ইতাও হায়বনি। হনকা - হায়বদি ইতা হায়বনি। শয়াজি - হায়বদি ওজা হায়বনি। মিয়ৌ শাংজুঙাই - হায়বদি কদাইদা চংকে হায়বনি। কিয়াকচু - হায়বদি কোইরুগে হায়বনি। থোংহাদ ঙাগনো সাংজু - হায়বদি থবক অমা লৈ চংকে তৌরিয়ে হায়বনি। খেহংমে খোংনতু - হায়বদি তুরেন্দা ইরুজগে হায়বনি। মেখোংনুজু

পুথ্রিদা ইরুগে হায়বনি। লিয়ৌ ব্রাকমেতমাংজু - হায়বদি লৌদা ঈশিং য়েংলুগে হায়বনি। লিয়ো ব্রাকমে কিনসি হ্মাংজু - হায়বদি লু থুমলুগে হায়বনি। তাংঙা তংমাংজু হায়বদি লৌদ ঙা থিরুগে হায়বনি। খুৎত মাংজ - থরোই থিরুগে হায়বনি। কান্দ মাংজু - হায়বদি ইনশাং থিরুগে হায়বনি। কেজ মাংজু - হায়বদি ইরোই থিরুগে হায়বনি। শেকতমাংজু - হায়বদি ষন থিরুগে হায়বনি। কেব্রারোং - হায়বদি ইরোই লাবা হায়বনি। শোকব্রারোং - হায়বদি শামুক লাবা হায়বনি। উনুনং - হায়বদি য়েন অমোম হায়বনি। উরারোং - হায়বদি য়েন লাবা হায়বনি। কেনুনং - হায়বদি ইরোই অমোম হায়বনি। সাব্রাং হায়বদি নিংথৌ হায়বনি। উরেম - হায়বদি হাও হায়বনি। কিজি - হায়বদি মৈতৈ হায়বনি। কি - হায়বদি হুই হায়বনি। কেমান- হৌদোং হায়বনি। ব্রাক - হায়বদি ওক হায়বনি। ঙাশারৈ - হায়বদি ইচাশা হায়বনি। ঙন্নারৈ - হায়বদি ইনাওশা হায়বনি। চামিপুকদো - নুমিৎ থোলক্লে হায়বনি। ঙশা ঙাদোংশা - ইচাশা ইশুশা হায়বনি। হারং পাবারে অরোংচু - হায়বদি নোংঙাক্লে হায়বনি। অয়েকতা - হায়বদি হৌগৎলো হায়বনি। খোললারৌ হায়বদি শিং লৌরু হায়বনি। শেংলাহারে - হায়বদি লৌরু হায়বনি। ব্রানংফোরে - মৈ হৌগৎলো হায়বনি। ব্রানফোপদো - হায়বদি মৈ হৌগৎলে হায়বনি। অঙাকোহোংদে ঃ হায়বদি ইমা চাক থোংলো হায়বনি। কোহোংদে - হায়বদি চাক লামলে হায়বনি। হুচৎ লাহারে - চেং পুরকও। কোদাংকদো - হায়বদি চাক থিরে হায়বনি। বিরেৎ শারিরে - হায়বদি চাক চারসি লাকও হায়বনি। মেকান হোংজুঙাই-করি য়েঙ্গাংনো হায়বনি। তাংঙা হোংদে - হায়বদি ঙা থোংলো হায়বনি। তাংঙা হোঙদোং - হায়বদি ঙা থোংলে হায়বনি। মপাও হাপতে - হায়বদি নয়াম্বা কৌ হায়বনি। কোশারজু - হায়বদি চাক চারসে হায়বনি।নংশাদরে - হায়বদি নং চৎলো হায়বনি। হুমনি - হায়বদি শম হায়বনি। কান্দুক - হায়বদি লাইবক হায়বনি। মিৎতে - হায়বদি মিৎ হায়বনি। কনক - হায়বদি নপুবোক হায়বনি। সোব্রা - হায়বদি য়া হায়বনি। কোদোক - হায়বদি থৌরি হায়বনি। থাংতুপ - হায়বদি থবাক হায়বনি। কশং - হায়বদি খ্বাং হায়বনি। দগ্রি - হায়বদি পামবোম হায়বনি। তংকেৎ - হায়বদি ফৈবাক হায়বনি। তহোক - হায়বদি খুবোম হায়বনি। তাহা হায়বদি খোংপাক হায়বনি। তপাক - হায়বদি খুয়া হায়বনি। লিয়ৌ শারজৌ - হায়বদি ঐগী লৌদা চৎকে হায়বনি। তিক্করি

য়াও শরজু হায়বদি - মীগী লৌদ চৎকে হায়বনি। লিঁয়াও চোক পংজু - হায়বদি লৌ লিংগে হায়বনি। অমম পামজু - হায়বদি ফৌ হুনগে হায়বনি। তোংঙোমা - হায়বদি চাওখ্রেদা হায়বনি। নুংহু - হায়বদি হা হায়বনি। নুংগ্রা - হায়বদি মংগ্রা হায়বনি। নেপালসে হায়বদি য়েল হায়বনি। ৱাক অংজু কি চাক লহারে। হায়বদি শা তাল্লুগে হায়বনি। ৱাক লিরে - হায়বদি ওক লাক্নে হায়বনি। চুকদে, চুকদে - হায়বদি তানা থিল্লো হায়বনি। চুকচু - হায়বদি থিলগে হায়বনি। চুক্কদো - হায়বদি থিনখ্রে হায়বনি। উনুংঙো - হায়বদি পানখ্রে হায়বনি। কৎতে, কৎতে - হায়বদি চেনলো হায়বনি। সেনলাংজু - হায়বদি শা লৌরুগে হায়বনি। লাংদো - হায়বদি লৌরুরো হায়বনি। শাককওমা - হায়বদি চানিংঙেদা হায়বনি। কীয়াক - হায়বদি ঙসিবু হায়বনি। তেন্না নাফা - হায়বদি অয়ুকনে হায়বনি। তেনাক নাকতা - হায়বদি ঙসি নুমিদাংনে হায়বনি। নমক - হায়বদি হয়েংনে হায়বনি; য়েনখোং - হায়বদি শুম্বলনে হায়বনি। ও ঙাগো হায়বদি নুংশিদা হায়বনে। আকপ ওমা- হায়বদি কপনিংঙেদা হায়বনি। অপকেনা ঙাগদো - হায়বদি ঐদি কপ্তুনদা লৈ হায়বনি। ঙারেমেগা চাজুঙাই - হায়বদি ঐবু করমতৌসিবনো হায়বনি। লংহো নাহো - হায়বদি নং কনানো হায়বনি। কিয়াকক্র - হায়বদি ঙসিরা হায়বনি। য়াকক্রক - হায়বদি হয়েংলা হায়বনি। ঙা ঐ ইশো ওমা - ঐ খঙদেদা। ওমবেৎ - হায়বদি ঙানু হায়বনি। ঙামে -তমাংজু - হায়বদি ঙা ইথোং ফাংকে হায়বনি। তেন্না - হায়বদি ঐদি হায়বনি। কসি কান্দো ঙাশাংজু - হায়বদি মী শিরে চৎলুগে হায়বনি। ফোন য়েংজু - হায়বদি শিং পীরুগে হায়বনি। অমমম লোক্তে - হায়বদি ফৌ হৈজিল্লো হায়বনি। লেক মাংদে- হায়বদি থোং থিংলো হায়বনি। মেগা - হায়বদি ৱা হায়বনি। ঙামগো তিকতো - হায়বদি কদাইদা লৈবনো হায়বনি। ঙাগা লৈরেনলা কতোককে চনুংঙে - হায়বদি লৈখ্রেন্দা লফোই কৎকে হায়বনি। কৎতোনুংঙো - হায়বদি কৎলুরো হায়বনি। কৎতো কৎতো - হায়বদি কৎলুরে হায়বনি। ওকসি - হায়বদি ইপু হায়বনি। লাসাংৱাং - হায়বদি লাইনিংথৌ হায়বনি। নোকতো শানুংঙো - হায়বদি লাই খুরুমজরিয়ে হায়বনি। খোলগা না মাগা সিরোংগা লমাগা ইরেং ঙাগেনা নোকতো শানুংঙো- হায়বদি ঈশৈ অফবা খোল অফবা পিনবিয়ু হায়বনি। দোয়ুপানলোকনুংঙো উরিরে শারিরে লোকনুংঙো - হায়বদি য়ুপান হৈবনে। হুচৎ অচিক হাপতোক কেনা - হায়বদি লাংথ্রে মপোপ হাপকে হায়বনি। নুংঙো

কৎনা কোন্নাক নচাইয়া হায়বদি অনা অয়েক তৌবিগনু হায়বনি। ইরু মমা সুকদোংঙাকে হায়বদি য়েমপাকপু হায়বনি। কিং - হায়বদি নোংশা হায়বনি। কোংবু হায়বদি শামু হায়বনি। শুরুক - হায়বদি শগোল হায়বনি। কি - হায়বদি হুই হায়বনি। কেমান - হায়বদি কৈ হৌদোংবু হায়বনি। মেচা- হায়বদি শজি হায়বনি। কেমেক - হায়বদি হমেং হায়বনি। কেচোক - হায়বদি শাজনবু হায়বনে। কোন কদো - থবানমিচাকপু হায়বনে। ক্বাতেংলাং - হায়বদি বা ঙাংনববু হায়বনি। ফোল - হায়বদি উবু হায়বনি। হোননো হোননো- কনা কনানো হায়বনি। হোনো শানো - হায়বদি কনাগী মচানো হায়বনি। শোরোং তোংগদো - হায়বদি ফমমো হায়বনি। কিতিক তানদেনা - পুংয়েদনা হায়বনি। কতাংবাংনদু পানগেনা - হায়বদি মৈবুল হায়বনি অমসুং থাং পাইদুনা হায়বনি। ফিরাক ঙারাক শাইঙামগা কিচাক পানগেনা - হায়বদি তা পাইদুনা চৎপবু হায়বনি।

চকপা শরা লাইগী ঈশৈ লাইরোই নুমিত্তা মাইবনা শকপা লাইরোলনে সেকমাই কৌদ্রককনা শকই।

ও হোয়ি হোয়িহে ও হোয়ি হোয়িহে।

ওকসি অংদো অংকেং কোইয়ে ওকসি অংদো অংকেংকোইয়ে কাকানুংক হল্লনোয়ে কাকা নুংক হল্ললো। কাকা নুংক কীক কা চংহোয়ে কাকানুংক চীককাচং। কেকয়াং কেকয়াং ফেকেংঙে হোয়ে। কেকয়াং কেকয়াং ফেকেংঙে। নেফাচাদে নংঙাল লোহোয়ে নেফাচাদে নংঙালো। হেয়ো পুংঙো নাকেংঙে হোয়ে হেয়ো পুংঙো নকেংঙে ও হোয়ি হোয়িহে হোহোয়ি হোয়িহে। ওকসি য়ংদো অংকেংকোহোয়ে ওকসিয়ংদো অংকেংকো। হালংকা নুংক হললরো হোয়ে হলংকা নুংকা হললরে। হালককা সাকা পোৎয়াংঙে হোয়ে হালক্কা সাকাপোৎ য়াংঙে । পোৎয়াং পোৎয়াং ফেকেং হোয়ে পোৎয়াং পোৎয়াং ফেকেংঙে। হালংকা তোংকোং ঙারা হোয়ে হালংকা তোংকোংঙারাহো। হো হোয়ি হেয়িহে হো হোয়ি। ওকসি অংদো অংকেংকো হোয়ে ওকসি অংদো অংকেংকো। কাকা নুংতে মীংচা হোয়ে কাকা নুংতে মীংচা কো। হররা য়ু সেন সেন কৌচাহোয়ে হরলা য়ুসেন সেংকৌচা। নংহাককাসাক ফানতেং হহোয়ে নাহাককা সাক ফানতেংহু। লেপয়ো লেপয়ো ফেকেং ঙেহোয়ে লেপয়ো লেপয়ো ফেংকেংঙে। নেফাচাতে নংঙাললোহোয়ে নেফা চাদে নংঙাললো। কাকা

নুংতে লুৱাচাহোয়ে কাকা নুংতে লুৱাচা। ফোনদোম তোরসি তোকৱারোহোয়ে ফোনতেমিসি কোকৱারো। হেয়ো পুংঙো ফেকেংঙেহোয়ে হেয়োপুংঙো ফেকেংঙে। কাকা নুংকে ফোকাচাহোয়ে কাকা নুংবেফোকাচো। ও হোয়ি হোয়িহে হো হোয়ি হোয়িহে। শমক্কানুংকে হললরো হোয়ে শমকা নুংকে হোললরো। হরকা য়ুসেন সেননলহোয়ে হরকা য়ুসেন সেননারো। তেননাকা শাগো তেননা ৱাহোয়ে তেন নাকা শাগো তেন্না ৱা লেপয়ো লেপয়ো হোকেংঙে ভেহোয়ে লেপয়ো হো কেংঙে। হরকায়ুসেন সেননাহহোয়ে হরকা য়ুসেন সেন নালো। হেয়ু হোৎনুফে কেংঙে হোয়ে হেয়ু নুফে কেংঙে হোৎনুফে কেংঙে। শমকা নুংকে থোককা চাহোয়ে শমকা নুংকে থোককাচা। ও হোয়ি হোয়িহে কাকানুংতে মীংচা কোহোয়ে কাকা নুংতে মীংচাকো। হরলা য়ুসেন সেন কৌচাহোয়ে হরল য়ুসেন সেনকৌচা। নাহাকাসাকো ফানতেংহুয়ে নাহাকা সাকো ফানতেংহু। লেপয়ো লেপয়ো ফেংকেংঙেহোয়ে লেপয়ো লেপয়ো ফেংকেংঙে। নেফাচাদে নংঙালো হোয়ে নেফাচাদে নংঙালো কাকানুংতে লুৱাচোহোয়ে কাকানুংতে লুৱাচো। ফোনদোম তোমসি তোকৱা লোহোয়ে ফোনদোম তোমসি তোকৱা। হেয়োপুং ঙো ফেংকেংঙেহোয়ে হেয়ো পুংঙো ফেংকেংঙে। কাকানুংকে ফোককা চোহোয়ে কাকানুংকে ফোককাচো ওহোয়ি হোয়িহে ওহোয়িহোয়ি। সামককা নুংকে হল্ললোহোয়ে সামককানুংকে হল্ললো। হরকা য়ুশেন শেননান হোহোয়ে হরকা য়ুশেন শেননালো। তেননাকাসাক তেননা ৱাহোয়ে তেননকা সাকো তেননরৱা। লেপয়ো লেপয়ো হোংকেংঙে হোয়ে লেপয়ো ফেংকেংঙে। হোরকায়ুসে সেননা লোহোয়ে হোরকা য়ুসে সেননালো। হেয়ু হোৎনু ফেকেংঙে হোয়ে হেয়ু হোৎনুফেকেংঙে। শমককানুংকে থোককাচোহোয়ে শামককা নুংকে থোককাচো। ও হোয়ি হোয়িহে ও হোয়ি হোয়ি কাকা নুংকে মীংচাকোহোয়ে কাকা নুংকে মীংচাকা। ফোনতোম তোরসি য়েল দোমমা হোয়ে ফোনতোম তোমসি য়েনদোরা। হেয়ুপুংঙো চুকেংঙে হোয়ে হেয়ুপুংঙো চুকেংঙে। শাম মককা নুংকা চামচারোহোয়ে শামকা নুংকাচানচারো। কাকা নুংকা মিলকা চোহোয়ে কাকানুং মিলকাচোহো। হেয়ো পুংঙো নাকেংঙেহোয়ে হেয়ো পুংঙো নাকেংঙে। হেরে তুরুং থাচালে হোয়ে হেরেতুরুং থাচালে। তাবরাসি কাথানা য়ে হোয়ে তাবারাসি থানায়ে। মলাম তেকতা চানকা চোহেয়ে মলামতেকতা চাগাচো হারংকা মালং কাচোহোয়ে হারংকা মালংকাচোহো।

মারাম তেককা করচোহোয়ে মারাম তেককা করচো। মারাম তেককা পুংগচোহোয়ে মারাম তেককা পুংকাচো। ৱানালাকা তাংতাং হেননহোয়ে ৱানা লাকা তাংতাং হেননা। সাৱাক তুরুং পুংকেংঙে হোয়ে সাৱাক তুরুং পুংকেংঙে। মলাম তেক্ক পুংকেংঙে হোয়ে মলাম তেক্ক পুংকেংঙে। সুৎচা ৱালক তারাহোয়ে সুৎচা ৱালক তারালাৱা। ৱানয়া ৱানয়া য়াকেংঙেহোয়ে ৱানয়া য়াকেংঙে। মরাম তেককো মীনকা চোহোয়ে মরাম তেককো মীলকাচো। কালংকুহি বোংকেংঙে হোয়ে কালংকুহি বোংকেংঙে। মালাম তেকত চেকচা কোহোয়ে মালাম তেকতা তেকচাকো। হেয়োপুংঙো নাকেংঙেহোয়ে হেয়োপুঙোনা কেংঙে। ওহোয়ি হোয়িহে ওহোয়ি হোয়ি। মালাম পুককো আসাংচাকো হোয়ে মলাম পুককো আসাংচাকো। উশিংতা কোনতে তামচাকোহোয়ে উশিংতা কোনতে তামচাকো। হেয়ুলা য়ুসেন সেননা কোহোয়ে হেয়ুলা য়ুসেন সেনকে শহন জিক্কশাকা হনজেংঙে হোয়ে হনজিক্কশাকা হনচেংঙে। লেপয়ো লেপয়ো হোকেংঙে হোয়ে লেপয়ো লেপয়ো হোকেংঙে। ককোল তোংতে লুৱাচোহোয়ে ককোলতোংতে লুৱাচো। মীংমাতা চাচা রেহোয়ে মীংমাতা চাচালে। সুচা ৱাকতা রাহোয়ে সুচাৱাকতা রাৱা। ৱানয়া ৱানয়া য়াকেংঙেহোয়ে। ৱানয়া ৱানয়া ৱাকেংঙে। ককোনতোংতে লীয়াচোহোয়ে। ককোন তোংতে লীয়াচো সুকচা কিকো সানা ঙাহোয়ে সুকচা কিকো সানঙা হোয়ে সুকও ৱানকেংঙেহোয়ে হেয়ো সুকও ৱানকেংঙে। উতালো হোয়ে ফাংঙা রৈহোয়ে তালে হোয়ে ফংঙালৈ। ককোলতোংতে লীয়াচোহোয়ে ককোল তোংতে লীয়াচো। সাসি নাসিকো রেপমাহোয়ে সাসিনাসিকা রেপমা। ফুংকাম তিরীক চানকেংঙে হোয়েফুংকাম তিরীক চানকেংঙে। চি মালামা চিচিকেংঙে হোয়ে চিমালামা চিচিকেংঙে। হেয়ো তুননা কাককেংঙেহোয়ে হেয়ো তুননা কাককেংঙে। লেপয়ো লেপয়ো হোকেংঙে লেপয়ো লেপয়ো হোকেংঙে। ককোন তোংতে লুৱা চোয়ে ককোন তোংতে লুৱাচো। উতা লৈয়ো ফংঙা লোহোয়ে উতালৈয়ো ফংঙালো। ননুংতেকোক হংনংঙালো হোয়ে ননুংতেকোক হংনংঙালো। মিংকশা ঙননং ঙা লোহোয়ে মিংকশা ঙল নংঙালো। শুৱা রে উংকানংঙা তোহোয়ে শুৱারে উংকা নংঙালো। মীংকলেসা তোনংঙালোহোয়ে মীংকলেসা তেনংঙালো। ৱানাকা তাংমু হোয়ে ৱানাকা তাং তাংমুৱা। হেয়ো তুলনো ফেকেংঙো হেয়ে হেয়ো তুলনো ফেকেংঙে। ককোলতোংতে থোককাচো হেয়ে ককোল তোংতে থোককাচো।

ওহোয়ি হোয়ি হে ওহোয়ি হোয়ি। ওকসি অংতো অংকেং কোহোয়ে ওকসি অংতো অংকেংকো। মীংমাতা চাচা লেহেয়ে মীংমাতা চাচালে। ককোল তোংতে চুরাচোহোয়ে ককোলতোংতে চুরাচো। ককোল তোংতে মীনকা চোয়ে ককোলতোংতে মীনকাচো। হেয়ো পুংঙো নাকেংঙে হোয়ে হোয়ে পুংঙো নাকেংঙে। হেয়োপুংঙো রানকেংঙেহোয়ে হেয়োপুংঙো রানকেংঙে। মালাম পুকরা সাংকা চোহোয়ে মালাম পুকরা সংকাচো। রানয়া রানয়া য়াকেংঙে হোয়ে রানয়া রানয়া য়াকেংঙে। ককোল তোংতে মিনগচো হোয়ে ককোল তোংতে মীন কাচো। হেয়োপুংঙো লকুকেহোয়ে হেয়ো পুংঙো লকুকে। হেয়ো পুংঙো মংকেংঙে হোয়ে হেয়োপুংঙো মংকেংঙে। হেয়ো হেকয়ো সাংকেংঙে হোয়ে হেকয়ো সাংকেংঙে। সারলাসাত স্রাকাচোয়ো স্রালাত সাকাচো। ওহোয়ি হোয়িহে ওহোয়ি হোয়ি অংতো অংকংকোয়ে ওকসি অংতো অংকেংকো। তংঙাকোনতে তমচা কোহোয়ে তংঙা কোনতে তমচাকো। হেয়ুলা য়ুসেন সেনাকোহোয়ে হেয়ুলা য়ুসেন সেনাকো। মিৎসিম তোমসিন কলামা হোয়ে মিৎসিম তোসিন কলামা। লেকয়ো লেকয়ো হোকেংঙে হোয়ে লেকয়ো লেকয়ো হোকেংঙে। ফেকগা হুলে লিয়াচো হোয়ে ফেকগা হুলে লিয়াচো। রাতা লৈয়ো ফমঙা লৈ হেয়ে রাতালৈয়ো ফমঙালৈ। মীসেম তোমসেম তালারাহোয়ে মীসেম তোমসেম তালারা। হেয়ো পুংঙো কব্রাককে হেয়ো হেয়োপুংঙো কব্রাককে। ফেকগা পাহুলে লে লেৎকাচোহোয়ে ফেকগা পাহুলে লেৎকাচো। হেয়োপুংঙো ফেকেংঙে হেয়ে হেয়ো পুংঙো ফেকেংঙে। ফেকপা হুরে থোকো চোহোয়ে ফেকপা হুরে থোককাচো। রানা লাকা তাংতাং মুরা হেয়ে রানা লাকা তাংতাং মুরা। হেয়োপুংনে কেংঙে হেয়ে হেয়োপুংনে কেংঙে। মারাম পুক রাসান কাচোহেয়ে মারাম পুক রাসান কাচো। রানয়া রানয়া য়াকেংঙে হেয়ে রানয়া রানয়া য়াকেংঙে। ফেকপা হুলে হোংকাচোহোয়ে ফেকপা হুলে হোংকাচো। হেয়োপুংঙো লোক কুকে হেয়ে হেয়োপুংঙো লেককুকে। হেয়োপুংঙো মাকেংঙে হেয়োপুংঙো মাকেংঙে। হেয়োপুংঙো মাকেংঙে। হেয়ো হেকয়ো সাংকেংঙে হেয়ো হেকয়ো সাংকেংঙে স্রলা সাতা তসাংকাচোহেয়ৈ স্রলা সাতা সাংকাচো। ওহোয়ি হোয়িহে ওহোয়ি হোয়ি। ওকসি অংতো অংকেংকোহোয়ে ওকসি অংতো অংকেংকোয়ে। কীয়াং ওকসি থৌবাংকো কীয়াং ওকসি থৌবাংকো তংঙাহারে রাহারেয়ে তংঙাহারে রাহারে। সুককোন কোংকোন লোকয়া য়ায়ে সুককোন কোংকোন লোকয়ারা।

নালুংনালেং ঙানসিয়ে নালুংনালেং ঙানসিয়ে। সোকয়ু হেয়ু হেমলোয়ে সোকয়ু হেয়ু হেমালো। কেয়ু হেয়ু মালোয়ে কেয়ু হেয়ু হেমালো। ঙানিংতলে কনিংতলে কোনিং তললো। কেলে কোংকোন হেমালো কেলে কোংকোন হেমালো। শোকতেন কোংকোল হেমালো শেকতেন কোংকোল হেমালো। অমু উমকং হেমালো অমু উমকং হেমালো। হুতা পুকবা উতায়ে হুতা পুকবা হুতাতুল। তাথা তাকও সেলবায়ে তাথা তাকও সেললোয়া। কীয়াং ওকসি থৌবাংকো ফমসাংহলাং তোংঙালো ফমসাংহলাং তোংঙালো। তুলেপাংঙে ঙামালো তুলেপাংঙে ঙামালো। হাথুং কোংঙোন কাথুনয়ে হাথং কোংঙোন কাথুনয়ে। হাথুং কোংকোন শিল নময়ে হাথুং কোংকোন শি নময়ে লিশিল সাকা পুক আকোং লিশিল সাকা পুক আকো। লুলাচাদ্রল কেগ তালয়ো নুলা চাদ্রল কেগ তালয়ো। হররাতেব পচোমচাল হররাতেব পচোমচালে। পিমখাসি নিংতোংঙালো পেমখাসি নিংতোংঙালো। তোংঙাতিহ্ং সলোল চোংহে তোংঙাতিহ্ং সলোল চোংহো। য়েগমায়ে গমালোল চোংহো য়েগ মায়ে গমালোল চোংহো। হালেংরেন পুফি মোকসুনো হালেংরেন পুগী মোক চুনো। চুনজু লোলসা ফিমুক চুহো চুনজু লোলসা গীমুকচুহো। থৌবান ঙালসু সানিংঙে থৌবাল ঙালসু সানিংঙে। উতা লৈয়ো ফংঙা লৈয়ো উতালৈয়ো ফংঙালৈ। ফংঙাহোতোং ফংঙালে ফঙা হোতোংগংঙালে। চেলবোং হতোং ফংঙালৈ চেলবোং হতোং ফংঙালৈ। সাকালাসু কালাসু সাকালাসু কালাচু। লাংকা লাচু কুলাচু লাংকালাচু কালাচু। কিয়াংলাচু কালাচু কিয়াংলাচু কালাচু। কিলং মালয়া ফালকা চোহো কিলংমালয়া ফালকাচো। সিংমা তা চা চা লে মিংমাতা চাচালে মিংমাতা চাচালে। বানাকা তোংতোং মুবাহো বানাকা তোংতোং মুবাহো। হেয়োপুংঙো বানকেংঙে হে য়োপুংঙো বানকেংঙে। হে য়েক য়োতুনা পুকেহো হেয়েক য়োতুন পুকে। ওহোয়ি হোয়িহে ওহোয়ি হোয়ি।

শকলিবা লাইরোল শৈশক অসি চকপগী লোলদা শকপা লাইবু শৈথাবা খুঞ্জাও লৈচাওবা হায়বা অদুনি চকপা ওইরবসু ফয়েংগীদি শক্তে। সেকমাই কৌদ্রক্কীদি শকই।

# অল্প্রো হরাউবা

অতিয়া শিদবনা লৈশেম নোংশেম্না লোইরবদা কোরৌ থক্তগী তাইবং শললাই তরেৎ অনি তরামরি মচিন মনাও শাগে অনি লৌথোকলুরে। তরেৎ অমনা হলেঙ কৌএ অতোপ্পা তরেৎ অমনা হঞ্জোক কৌএ। হায়রিবা অসিনা থুংলবদি মৈতেংঙু মালেম লৈচোল কৈথেললেন মাইবা থাংকমপাৎ মচল লৈম শিলহৈদেবী শিনদমপুং মনিং লৈমা ওলহৈদেবী ওন্দমপুং মৈতিংঙু কৈথেল লেন্দা ব্রাইথুংলরে কৈথেলদগী লেমলৈ ঙা থিদুনা ব্রাংখোদা তরা চাক থোংলে ময়াম্বা হলেঙদি ঙাখা থোংদুনা চারে। মনাও হঞ্জোকতি খজিং অতেকপা থোংলে মচু ঙাংলে মুনদরি ঈ চংলি হায়দুনা থোংলিঙৈ তরা চাক চাদ্রিঙৈদা ময়াম্বা হলেঙদি চাক চাবালোইরে মনাওশিংদা শানৌখোয় ঐখোয় হান্ন চৎলমলগে নখোয় তাললকউ ঐখোয়গী খোঙ্গুল লিরকপদি পামেনউদা থাংনা হক্লমগে হায়রমলগা খোংশানখিয়ে। মনাও হঞ্জোক কাংবুদি খজিং লোল্লা লোল্লগা ঙাংলকপ অদুদা ঈচংলে মুনদ্রে চাবায়াররোই নামুংলে হায়দুনা খাঙ্গ্রা মনা তরেৎ হেকলগা য়োমদুনা হৈদোক্লমলে হায়বগী লমলেন অদুবু খাঙ্গ্রাপুং কৌয়ে অদুদগী য়াংগোইরকপবু ময়াম্বগী খোঙ্গুল লিখঙখিদরে। অদু কৈদৌনোংগীনো হায়রবদি মশাবীশিংনা থাংলেন্না হক্লম্বা পামেল উ অদুদি লমমুক ওইবনা য়ানবগা মুশুক মুশিললে অদুদা মশানৌশিংনা থাংখুল অদু অমমনবনি মশাবীশিংনা হকলম্ববু নৎলোইএ হায়না পায়মা পীবুকনুংদা নিংখৎনখিয়ে খোঙ্গুল লিখংখিদ্রে। মশাবী হলেঙদি সংহিনৈ পোইরৈ খুন্দাখিয়ে অব্রালোল লোনখিয়ে। মশানৌ হঞ্জোকতি অব্রালুচোন লাংদুনা তোকলে হলব্রাইরকলে তোরো হলব্রাইরকলে হায়বগী হন্দ্রো কৌএ। পিবা রোনদি খুনুং ময়ুমনে ঐখোয়বু মঙাথোকলে অহানবা হোরি কৌয়ে অল্দ্রোনে। মথংন হেরো কৌয়ে খা সেকমাইনে। মথংনা য়াব্রা কৌয়ে অব্রাং সেকমাইনে। মথংনা কোশং কৌয়ে ফায়েং কৌদ্রুকনে। থৌবালকোংনে। অতোনবনা কামুনে। অসুম্না অতিয়াশিদবনা শেম্লবদা নুমিৎ থা অশাইঙৈগীদো পলেম পছৌ নাইহনকে তাইবং নমু মীরমলেন্দ হরাউ কুম্মৈ পুথোককে হায়না পাইমা পীপুকনুংদা নিংলদুনা চকপা সলাই খুছোক হললে। মীওইবনা লৈরিবমখৈ চংগদবা পোৎলম পুমনমক পুথোকপীরে। লাইগী থৌজালদগী চকপশিংনা য়ুমলিং খুললিংদুনা পাল্লে মতুংদা খুনজাও লৈচাওনবা হরাউ কুম্মৈ তম্বীরগে খন্দুনা অতিয়াশিদবনা য়ারৌ শজি ওইনা শায়োন্দুনা চকপরেনশিংগী মমাংদা চোংথোকপীরে।

মতম অদুদা চকপরেলশিংনা য়ারৌ শক্তি অদুবু ফানবা তান্নরকই শক্তি অদুনা কোরৌ অৱাংবা তমনা চেনখৎখরে চকপরেনশিংনা শক্তি অদুবু অসুম অসুম তান্নরকপদা মমৈথংদা সোরারেন্নচিংবা লাইময়ামনা হরাউরমবা অদুবু উখরে। শক্তি অদুসু খংহৌদবা মাংথোকখরে চকপরেনশিংনা লাইয়ামনা হরাউবা অদু উবদা হায়নিংঙাই লৈতন নুংঙাইরমই শক্তি তানবগী ৱাখল থাদোকতুনা হললক্লে লাইয়ামনা হরাউহৌবা অদুগী মতৌতমদুনা হরাউবা হৌখি। শক্তি অদু মখোয়না লাইগী শায়োননি হায়বা থাজনখি।

চকপশিং অদুনা লাইগী থৌরম তৌবদা লাইগী নোংদমদগী চকপা লৈহৌ মাইবা চকপা লুমলাং মাইবী খোমলেন মংদম চুমবী লাংথ্রে চোম চাও চিনবী অনিগা লোয়ননা লাইয়ামনা হরাউবগী মতৌতমদুনা হরাউখি হায়দুনা লাইহরাউবা কৌখি।

অসুম্না চকপরেনশিঙনা চহি চা কয়াগী মমাংদগী চৎনরকপা লাইহরাউবগী থৌরম অসি মৈনৱায় তাংনশমনা মথং মথং ঙসি ফাওবা কাউদনা হরাউরি। চকপশিঙগী মনশঙদা কাংলুপ কাংলুপ অদুনা লৈরু লৈরুবা মফম লম অদুগী মতুং ইন্না চকপা হরাউবগী খেন্নবশিঙ অসি ওইরকখি। অন্দ্রো, ফায়ং, সেকমাই খুরুখুল, কৌন্দ্রুক, তাইরেনপোকপী, লৈমরাম হায়রিবা চকপা খুলশিঙ অসি তোঙান তোঙাননা খুন্দাখিবদগী চকপশিঙগী লাইহরাউবা অসি খর খর খেন্নরে। হৌজিককী মতমদা মখোয়বু সেদ্যুল কাষ্ট হায়না খংনৈ। মখোয় মশা মশাগী ওইবা চৎনবী তোঙান তোঙাননা লৈজে মরম অসিনা কংলৈ হরাউবা মোইরাং হরাউবা ককচীঙ হরাউবগা মান্নদে। অন্দ্রোনা পানমনিংথৌ পুরৈরোম্বা লাই অনি অসিবু মরু ওইনা হরাউই। হায়রিবা অনি অসিগা থানা লাই তরাহুমদোই হরাউ থৌগল তৌই। লাইশিঙ অদুগী মমিং।১ ।পনমনিংথৌ ২। পুরৈরোমবা ৩। চীংশোমবা ৪। সনা হোংবা ৫। কোরৌহনবা ৬। চংনিংলৈমা ৭। থোঙলেনলাকপা ৮। শঙলেন লাকপা ৯। সোরারেন ১০। বেংখ্রুৎ লাই ১১। মৈরাথানবী ১২। উরান ১৩। পেনাখোংবা অসিনি। অন্দ্রাগী লাই হরাউব অসি মখল অনি থোকনা খাইদোকই য়েলহৌঙৈগী লাইনা হরাউরমবা মতৌ মওং, চারমবা চাকচা শেংলমবা ফিজেৎ অদু কায়দনা হৌজিক ফাওবা উমংলাই ১৩ অসি হরাউরি। লাইহরাউবগী থৌবুবা ফমনাইবশিঙগী মমিং ১। খুললাকপা ২। লুপলাকপা ৩। খুনজাহনবা ৪। খাবমলাকপা ৫। য়ুপানবা ৬। পাখংলাকপা ৭। নাহালাকপা অসিনি। মখোয়শিঙ অসিদি হরাউবগী মরুওইবা ফমনাইবশিঙনি।

আসিগী মথংদা ৮। শুবদা অহনলুপ পানা লুচিংবা ৯। লৌমী লাকপা ১০। লৌমী হিদং ১১। খাবমলাকপা ১২। খাবমহিদং ১৩। নাহালাকপা ১৪। লৌমী রাকপা ১৫। অহললুপ খাবম অসিনি অসুম্না হরাউবগী ফমহাপ্পা অসি ১৫ শুই। হলেঙগী শঙ অমা শারে অহললুপ শঙ হায়না খংনৈ। হঞোক্কী শঙ অমা শারে নহারুপ শঙ হায়না খঙনরে অনিমকনা পুনশিন্দনা শঙলেন অমা শারে হলেঙগি শরুক্তগী শাবী শানৌ অনিনা লৈনবা লোইনদুবা হায়ন কৌবা শঙ অমা শারে মদুগী মমিং অহল্লুপ কোশো কৌয়ে হঞোক্কী শরুক্তগী শাবী শানৌ অনিনা লৈননবা শঙ অমা শারে অদুবু নহারুপ কোশো কৌই। অঙৌবা পুরৈরোম্বগী শঙ অমা শারে চীংশোম্বগী শঙ অমা শারে নুমিৎ তরেৎনিগী শঙ শারে। হলেঙদগী লুচিংবা অমা খল্লে। হলেঙগী লুচিংববু খুল্লাকপা ওইনা হাপ্লে। হঞোককী লুচিংবা অমা খল্লে। লূপলাকপা ওইনা হাপ্লে। শঙলেন পুনবা খুঞ্জাহনবা অমা হাপ্লে। শাবী শানৌ অনীগী লুচিংনবা হলেঙ কাঙবুদগী লুচিংবা অমা খল্লে। অদুবু পাখং লাকপা ওইনবা হাপ্লে। হঞোক্কী কাংবুদগী লুচিংবা অমা খল্লে অদুনা নাহা রাকপা ওইনা হাপলে। পুরৈরোম্বা শঙগী লুচিংবা অমা খল্লে অদুগী মমিংনা লৈপু য়ুপানবা কৌয়ে। চীংশোম্বগী লুচিংবা অমা হাপলে মাগী মাগী শঙ শাজরে তরেৎ অসিনা লৈপাক পুননবা খল্লে। হলেঙগী শঙদা মাগী মাগী চৎনবী মথৌ শিনফম লাংখ্রে ১। লৌমীলাকপা ২। খাবমলাকপা ৩। লৌমীহিদং ৪। খাবমহিদং ৫। মিৎয়েং মরি ৬। য়ুজংলোই ৭। শৌগ্রাকপা মরি। হঞোক্কী শঙদসু মাগী মাগী চৎনবী মথৌ শিঙ্খা লাংখ্রে লৌমী লাকপা খাবম লাকপা লৌমীহিদং খাবমহিদং মিৎয়েং মরি য়ুজংলোই মরি শৌগ্রাকপা মরি অসিনচিংব অসুম্না ফমনাইবা মশিঙব্রাৎতনা হাপই।

অহানবা হরাউবনা পনমনিংথৌ হরাউবা হায়বা থৌরম অমা তৌই। অনীশুবা অরাওবনা পুরৈরোম্বা হরাউবা হায়বা অমা তৌই। অনি অসিগী মনুঙদা পনম নিংথৌ হরাউবা অসি অনিথোকনা খায়দোকলি। অহানবা হরাউবনা শঙকাবা কৌই অনিশুবা হরাউবনা চাউরেনহরাউবা হায়না কৌই। লাইনিংথৌ ইবুংঙো পনমনিংথৌ হরাউবদি লমতা থাদা হরাউই অহানবা হরাউবা শঙকাবা হায়বা অসিদি কৌরৌ নুমিৎ মঙানি চুপনা হরাউই অদুগা অনিশুবগী চাউরেল হরাউবা হায়বা অসিনা কোরৌ নুমিৎ মাপননি হরাউই। ইবশঙঙো মাগী হরাউবা অসি লমতা থাগী নোংমাইচিং নুমিৎতা হৌদবয়াদে অতে নুমিৎতা হৌবয়াদে। পনমনিংথৌ হরাউরিঙৈদা অতে মীতোপ লমদগী

লাকপা মী চংবা য়েংবা য়াওবা য়াদে অদুগা ইবুংঙোগী হরাউবগী অকুপ্পা ৱারি ৱাতাইসু মীতোপশিংদা হায়দোকপা য়াদে লিথোকলুরবদি কুমথি কুমগাংই ওকলেন মায়াই তাই কাইরে য়েললাই তাই কাওরেন শললাই তাই।

অদুগা পুরেরোম্বা হরাউবদি খুল অতৈদগী মী লাকতুনা য়েংবায়াই লাইরোই নুমিৎসু অককনবা নুমিৎ থোইনা লৈতে লাইচা অফবা য়েংলগা লোইশিললি। নুমিৎ খুদিংগী লাইহরাউবা হৌদোকপসু লাইগী মাইবী তরা হুমদোইনা জগোইশারগা হরাউবা হৌদোকই। পনমনিংথৌ হরাউবগী থৌরম লৈপুবা য়ুপানবগী অৱাং থংবা থোংদা হলেঙ কাংবুগী তরেৎ অমা থোকই হঙোক্কী কাংবু তরেৎ অমনা মখাথংবা থোংদা থোকই হায়রিবা অসিদা লাইবুথৌ মপনসু থোক্কনি। তরেৎ অনি তরামরি কাংবু অনি অসি লাইনিংথৌ পুনমনিংথৌগী লাইমাংদা উনররে লাইবুংথৌ মাপননা মনিং অৱাংগী কাচুমদা লৈগনি। চকপা চা পাখংনা লাইগী থৌগল চংবদা শেৎপা ফিসেৎতি ফৈজোম লৈমচু অঙাংবা সেৎকনি ফুরিৎনা খেমজি ফুরিৎ লিংকনি খেমজি ফুরিৎ হায়বদি পুময়াৎপুনি। হেমজেং চনুরাশিংগী ফিসেৎনা কুমলং ফনেক সেৎকনি ফিমু নাহোং খাওন্না ইনগনি। লাইবুংথৌ মাপনগী ফিসেৎতি নিংখম শমজিন সেৎকনি লুমাং শমজিন কিগনি লেশোন ফুরিৎ লিংকনি।

হলেঙ কাংবুদগী তরেৎ অমা থোকলে হঙোক কাংবুদগী তরেৎ অমা থোকতুনা তরেৎ অনি তরামরি লাইনিংথৌগী থৌগল্দা খোংশুবা চংই চংবা মতমদা হলেঙ কাংবুনা অৱাং থংবা থোংদা চংই। হঙোক্কী কাংবুনা মখাথংবা থোংদ চংই অদুদা সেৎপা ফিসেৎতি ফি অঙৌবা সেৎকনি খাওন ওনগনি লুমাং শমজিন কিদুনা থৌগল তৌগনি। হালঙ কাংবুগী পুংজাও য়ৈবা অমা হঙোক কাংবুগী ইশৈ হনবা অমা ফিসেৎতি মথক্তা হায়রিবা ফিসেৎ অদুগা মাপ্পেয়ে হলেঙ কাংবুদগী লাংতে পুংয়ৈবা অনি। হঙোক্কী কাংবুদগী পুংয়ৈবা অনি। অনি অনি থোক্তুনা লাইনিংথৌগী লাইমাংদা থৌগন লৈ। অদুগা হলেঙ কাংবুদগী চকপা পাখং মকোক অমা হঙোক কাংবুদগী চকপচা পাখং অমা অনি অসিনা শেলয়েদুনা থৌগল তৌই। মথক্কী ৱা অদু অমুক হায়গে হলেঙগী তরেৎ অমনা হুমাই থোকশাংসুনা ঙমদম লমলে। হঙোক্কী তরেৎ অমনা হুমাই খোকশাংসুনা ঙমদমলে হলেঙগী তরেৎকী মমাংদ থাং পায়বা অমা উতোং পায়বা অমা হঙোক্কী তরেৎকী মমাংদ থাং পায়বা অমা উতোং পায়বা অমা

অসিনা থৌগল তৌই। লাইবুংথৌ মাপন্না মিংথৈ শকলে লাই নুরা তরেৎনা হুমাই চোংদুনা শংলেন অসিবু মণ্ডান্নক হন্ন কোয়রে। লাইনুরা তরামরি অসিনা শং কোয়বা মতমদা পুংজাওসু য়েরে খোংসু শুরে শেলসু য়েরে থাংসু চোংলে উতোংসু চোংলে। উতোংচোংবনা তুংহন্না চোংই। থাং চোংবনা মাং ওইননা চোংই।

## লাইনিংথৌগী খোংশুবদা শকপা ঈশৈ

হংপিয়ো এ শংলেনয়াইগী লাইনিদা হলেঙ চাদি খাবমনা হঞ্জোক চাদি লাইফমনা লাইনিংথৌ খোংবু শুবদি খুঞ্জাওনবা শুবনি খুলহোংনবা শুবনি লৈপাক মরা তানবা নিংথৌ মফম চেৎনবা লাইনিংথৌ খোংবু শুবনি হৈ হৈ হৈ।

হাংপিয়ো এয় শংলেন য়াইগী য়াইসিদা লাইনিংথৌ খোংবু শুবদি তেকপী ওককোন থন্নবা কাইরৈ য়েনকোন থন্নবা কাওরেন শঙ্গোল থন্নবা কোরৌ ফান্নবাৎলগা নমুমীনা থোইনবা লাইনিংথৌ খোংবু শুবনি হৈ হৈ হৈ। হুমনি চনবা নুমিৎতসু ওকলেন লাবা মমৈ মনা ককতবা অমনা শরেন কৎলি। খালৈ অয়াকপা ব্রাংলৈ য়ু অথুম্ববু য়াওনা লাইনিংথৌগী শরেন কৎলি। শরেন অসি থোংনবা ঈশিংদি শাগৈগী নিপা খুদিংমকনা শোকই অনিরক হন্ন শোকই। ঈশিং শোকলবা মতুংদা হায়রিবা নিপাশিং অসিনা লাইনিংথৌগীদমক্তা লৈ হেকলুরগা লৈকৎলি।

মরিনি চনবা মণ্ডানিচনবা তরুকনি চনবা তরেৎনি চনবগী থৌরমদি মথক্তা তৌখিবশিং অদুগা চপ মান্নে। তরেৎনি চনবগী নুমিৎদাংদদি লাইবুংথৌ মাপননা লাইনিংথৌগী মিংথৈ লোইননবা শোল্লি শকই। শোনবমতমদা চকপচা পাখং অমদি হেমজেংও চনুরাশিংনা খুবাক খুদুনা পাও শোল্লে লাইনিংথৌগী মিংথৈবু শোনবা মতমদা মমাংদা লমলালহৈদে শোনবমতমদা অশোই অঙাম য়াওরবদি ফত্তেয়ে হায়রিবসি শোল্লিগৈদা কনাগুম্বনা লমলানবা তারবদি মশা অদু লাইথুং পাল্লে, মচা মশুদা অশোয়বা য়াওএ অদুগা লাইনিংথৌগী মিংথৈসু পংশক শকহৈদে হরাউবা মতমদসু অতোপ্পা মীসু য়েংহৈদে।

নিপাননি চনবগী অয়ুক নুমিৎনা উখোং লোল্লকপা মতমদা খ্বাইনুংজেং পিবানা তাওরোইনাই অহনববু পাপথণ্ডেগী শকতম লৌদুনা হলেঙ হঞ্জোক্তা মদুগী শকতম লৌদুনা উকায় শারগা নুমিৎ অনি য়েক্তুনা পাদম লৌথিয়ে অহানবা কাপ্পদি লাইনিংথৌগী মমাংদা য়ুংলগা অশৈবম পিবানা অহানবা মক্তদা পানদমমি। অনিশুবা হলেঙগী লুচিংবা

ফমতরেৎমকনা মথং মথং পানদমনখিয়ে। মথংদা লাইবুংথৌ মপাননা অমুক মথং মথং থোকতুনা পানদমমি। মথং অমদি হলেঙ হঞোক কাংবু অনিগী মীয়ামনা মথং মথং ওইনা পানদমখিয়ে অসিগী মতুংদা হায়রিবা উকায় অসিগী মমিং কাও হায়না অমুক মিংথোল্লে নোংপোকপাংনা থাল্লে থাজ ওইনা হল্লকও হায়না শিল্লাখিয়ে। অদুদগী মথংনা হমজেং চনুরা তরেৎ অনি তরামন্নিনা লমথা লমজেল চেলগনি লমজেলগী মকোক মথং অমসুং খ্বাইদগী মমৈ মতোন মখোয় অহুম অসিবু চরৈফি থোনবিখিয়ে। মাপন্নি চনবা হরাউবগী থৌরম —

অযুক অঙনবদা হলেঙ হঞোক কাংবু অনিদগী অঙম অথৌ কয়ানা লমজেলবুংদগী লমথাখিয়ে হায়রিবা পানা অনি অসিনা লাইনিংথৌগী ফিরানবু হান্না পায়বা তাননখিয়ে মথক্তা হায়বা অদুগুম্মা লমজেলগী মকোক মথং মমৈ থংবা অহুম অদুবু চরৈফি থোনখিয়ে। মথংদ চাবা থকপা লোইরবা মতুংদা চকপচা সব্রাংচা অনিনা অশৈবম পিবাগী মোংবা মরানয়ায়দা পুং পেনা তৌদ্রি খোংদুনা লাইপোৎপুবি মশিংগুনা হমজেংচনুরা চকপচা পাখংগা খোংলোয়ননা যুমদা থিনখিয়ে। অসুমনা হরাউরিঙৈদা লাই ঈশৈ শকপা হুমহা খোংগুবা পাউশেনবা নিপা জগোই শাগনি মৈহৌবীরোলগী জগোই অসি মৈহৌবীগী লমথোকখ্রবা হনজিল্লকপদা চাক চারগা কারকপদা শাগে। পনম হরাউবগীতা নৎতনা পুরৈরোম্বা হরাউবদসু জগোই মওং অসি শাব য়াই। হরাউবা অসি মরুওইনা পাখং লৈশাবীশিংগী ওইনা তৌই। নুপীশিংনা নিঙোল অহনগী ময়ুমদ খুলগী লৈশাবী পুমনমককী চানথকনবা থোং থাক্তুনা লৈ। অসুমনা পনমনিংথৌ হরাউবগী থৌরম পাংথোকই।

## পুরৈরেম্বা হরাউবগী থৌরম

পুরৈরোম্বা হরাউবা অসি চেংপাক হোংবগী ওল্লকপা কালেন থাদা হরাউই। কালেনথাগী পানখৎলকপদা লাইহৌ লাইচন অফবা থাবাল য়েংদুনা হরাউবা হৌই। মতং অসিদা পনজনিংবনা হলেঙ হঞোক অনিসিগী মরমদা ময়াম্বা অহল অদুদি কোপো লৈপাক য়ৌথ্রে অদুবু অদ্রোগী হরাউবা মতমদা য়াওরিবা অসি চিংনবীবা য়াই অদুবু নাহারুপ পানা অহললুপ পানা হায়দুনা অনিখোকনা থায়তোকলি মরম অসিনা হলেঙবু অহললুপ হঞোকপুনা নাহারুপ হায়বনি।

## লাই তরাহুমদোইগী মমিং

শরুংবমগী পুরৈরোম্বা শরুংবমগী চীংশোম্বা অশৈবমগী পনমনিংথৌ ফানজৌবমগী সনাহোংবা থোকচোমগী কোরৌহনবা য়ুমখায়বমগী চংনিংলৈমা চীংঙাখমগী থোংলেন লাকপা লৈক্রূজমগী সোরারেন শগোলশেমগী বেংকুৎলাই নিংথৌজমগী মৈরাথানবী মুথেমগী উরানলাকপা ললামগী পেনাখোংবা। মথক্তা পঞ্জরিবা মাইকৈ ঙাকপা লাই তরা, গুরু অহুমনে অসি লৌখৎপা মতমদা মাগী মাগী শাগৈগী মীশিংগা লোইননা পুরৈরোম্বগী মশাইগোন্দা কারকই অদুগা পুরৈরোম্বা হরাউবদা পুন্না য়াওই। চকপচা পাখং লৈশাবীশিংনা পুংয়ৈবা, তৌদ্রি খোংব পেনা খোংবা , শেনয়ৈবাগা লোয়ননা হায়রিবা লাই তরা অসি মথং মনাও নাইনা লৌখৎলুই। মাইকৈ ঙাকপা লাইতরা অসি মাগী মাগী ফমফম লাংদা মফম চানা থমলে অদুগা মতুংদা মাইবী তরাহুমদোইগা পেনা খোংবা অনি পুংয়ৈব মরি অসিগী নিংঙোল লাকপনা লৈরাং লৈহুন তমলে অদুগী মথংদা মাইবী তরাহুমদোইনা লৈশেম জগোই শাদুনা লাইতরাহুমদোইবু থৌগল্লি। মথংদা হাওরম পাখংগা চনুরাগা পাম য়ানগনি পাময়ানবগী ইশৈ শক্কনি।

ইশৈদি হে য়াল্লো হে য়াল্লো হে য়াল্লো
ইপালৌনিনেয়াল্লো ইপুলৌনে য়াল্লো
পাংখোক পামফোই লৌনে য়াল্লো
শিংপাক শিংদম লৌনে য়ালো হে য়াল্লো
হে য়াল্লো হে য়াল্লে হায়না শক্কনি।

খালৈ অয়াকপা হাংলৈ অথুম্ববু থক্কুনা পামেল উখোংখাদা পোৎথাই অসি লোইরবা মতুংদা চকপচা পাখংনা লাইগী থাং পায় চুংসু পায়গনি মাইবীনা লাইপোৎ পুদুনা হেমজেং চনুরাংশিংনা কোললিক পায়দুনা চকপচা সরাংচা মখৈনা হোইলাওদুনা লাইবৌ কোয়গনি। লাইবৌগী জগোইদি লশিং মনবা লশিংতকপা কাপ্পা মোইথাপ নাইবা লং লংবা ফি হৌবা শাবা ককপা ফিথুপ্পা হায়রিবা থৌরম অসি জগোইগী খুৎথেক্তা শুনা শাই মতম অদুদা চকপচা পাখংশিংনা হোই লাওই।

হহা হোই হোই হাহাহা হেরিল্লা
হায়ুহো খুংলৈসে মচুম ফানা ফৈদা
ফৈদা ফৈদা

অসিগী মতুংদা মরিনি চুপ্পা হরাউ থৌগল তৌই। মণ্ডানি চনবা নুমিৎতা মপাম ওঙওয়েংবা হায়বা থৌরম অমা তৌই হলেঙ হঞ্জোক অহললুপ নহারুপ পানা অনিগী মোংব মরালয়াইদা শঙ গুমলে মাইবী তরাহুমদোইনা লফুৎ অনিদা ফমলগা চকপচা পাখংনা শিঙেল লৈরাং লৈহুন তমগনি মাইবীনা হঙেল হঞ্জোক পানা অনিগী মমাংদা লৈশেম জগোই শাগনি। তরুকনি চনবা নুমিৎতসু লৈশেম জগোই লাইবৌ শাদুনা হরাউই। তরেৎনি চনবা নুমিৎতা লাইগী লমথোকই লমথোকপা অসিদা লাইগী শরেন কৎলি ওকলেন লাব মমৈ মনা ককতবা অমা চংই। মাইবী তরাহুমদোইনা চাকহাও চেংপুখৎলি লমথোকপা মফমদি লমলেন সনাচিং উরালচীং নোংমাইচীংগী মখোংদা থোকএ লমথোকপদা চংবা পোৎলম লফুৎ অনি পুংশেন পেনা তৌদ্রি মশিংশুনা য়াওগনি লৈশেম জগোই শাই লোইরগা মতুংদা লাইগী শারৌ চাই। লমলেল সনাচীংদা লাংবনা থমলা থম্বালচংই উরালচীংদা লাংবনা কবোকচংই নোংমাইচীংগী মখোংদা লাংবনা লশিংনা লাংই মসিগী মমিং লৈলাংবা কৌএ। হরাউবদা শাবাজগোই হুমাই চোংবা থাং উতোংচোংবা চুঙ্গোইচোংবা লৈশেমজগোই মাইবী জগোই নুমিৎকী থেমতোকপা জগোই নারাকপী চোংবা। লৈরাং হৈহুল তম্বা হায়রিবা জগোই অসি মাইবী তরা হুমদোইনা শাগনি লৈলাংবা লোইরগা মাইকৈ ঙাকপা লাইতরা গুরু অহুম পুন্নমকপু মাগী মাগী মরাল য়াইদা হন্নখিএ। মতৌ অসুম তৌনা চহি কুমজা খুদিংগী লাইহরাউই। মসিগী মতুংদা নুমিৎ হুমনি কোনথবগী নুমিদাংদা চকপচা পাখংশিংনা উচাল মৈরা থানদুনা পুংথিন্দুনা মাইকৈ শুংদাই মরিদা তিনজা লাইচা ফৎতবা তিনমু লাইমু লৈরক্তা খোংবান্দ লৈবা পুন্নমকপু হাওরৈ খা পাংনা হোইথখি। অদুগী মতুংদা অন্দ্রোমাং মৈবু নুমিৎখুদিংগী নিপা অনি অনিনা থৌগল তৌই থাশি খুদিংগী য়েন অনি য়ু খরুং অনি শিংজু চমফুৎ ঙারৌ য়েরুমগী চল য়েরুম অফুৎপা য়াওনা নিপান নিপান্ন থাংজখুদিংগী লাইগী থৌগললি। অদুদা খুল্লাকপনচিংবা ফমনাইব তরেৎ য়াওনা মৈবু থৌগল তৌই।

## লমতা থাগী থৌরম

লমতা থাগী থাংজ অহানবা মাইকৈ শুংদাই মরিদা কাইরৈ য়েলফাং চন তেকপী ওকলেন য়াওনা লাংকোম শাইবীতিংখং চফু অমগী মনুংদা হাপ্তুনা লৈখুল তৌদুনা লৈতাইবা হায়বা থৌরমসু কায়দনা তৌই।

লাংবন থাগী অহানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা লাইগী লম হাইবা অসিদা চংবা পোৎচংদি খাল্লি অয়াকপা ৱাংলে। অথুম্বা শিংজু য়াওনা চকপচা সৱাং চা পানা অনিগী কাংবুনা পুংশেন য়ৈ তৌদ্রি পেনা খোংদুনা লাইগী লমবু হাইএ হৌরকফমদি শণ্ডলেন য়ায়দগীনি।

মেরা থাগী অহানবা ইরাই নুমিৎতা শাবল লম তাইএ লাংবল উক্রোং হোংএ মাইবীনা ইরংদা কুমদুনা চকপনা য়ুপান থাব তৌএ অসিদা পাম্রা লুম্রা অনিনা য়েল অমসুং য়েরুম পুথোকই নোংচুপ উরালদা চাখিএ মসিবু কুরাক লমতাইবা কৌএ।

## ইঙা থাগী থৌরম

ইঙা থাগী অহানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা লমলেন সরোক চীংদা তেকপী ওকলেন অনি য়াওনা খাল্লি অয়াকপা ৱাংলে অথুম্বা য়ু খরুং অমা য়াওনা লাইখুরুম্মী অসিদা শাগেগী মী খুদিংমক য়াওই শাগেগী পিবানা য়ুমথোং খুদিং চংদুনা লাইগী শারৌ য়েল্লি। নোংঙাল্লগা শণ্ডলেন্দা ফমনাইবা তরেৎনা ৱাংলে য়ু খরুং অমা য়াওনা য়ু য়েপ্লা হায়না তৌই। নোংঙাল্লগা লমলেন নোংমাই হাগবরা হাদচীং শেল্লোই নীকতবচিং চরিক্লা মপালথাবা নোংপ্রে মউ লীংবাচীং তেনৌ য়োম্লী হুইথা চীংগী চীংখোংদা ওকলেন অমা ৱাংলে য়ু খরুং অমা য়াওনা লাইবু খুরুম্মী। নোংঙাল্লগা চফু উল্লীদা ওকলেন অমা চুঙৌ তাংকক কাশুংদাই ৱাংলে য়ু খরুং অমা য়াওনা লাইনিংথৌবু খুরুম্মী। খুরুম্বদি য়ুবানবনা খুরুম্মী হায়রিবা থৌরম অসি খুল্লাকপনচিংবা ফমনাইবা তরেৎনা শিল্লি অসুম তৌনা চকপা অন্দ্রোগী লাইনিংথৌ হরাওবা অমসুং ইরাৎ থৌনি অসি খুঙ্গাও লৈচাওনবা পুনশি নুংশাংব চাকহোং ঙাহোংনবা চহি কুমজাগী কায়দনা ঙসি ফাওবা তৌরি অমসুং থৌনিরি।

# সেকমাই হরাউবা

সেকমাই ঐখোয়গী লাইদি চকপ সন্নাংনে ইবেনগী মমিংদি ইরেম তোইবী লৈমনে ইবুধৌদি ফিঙাংসেৎলে শেনগী কাংচুপ থকএ চকপনে অদুগী মতুংদা মহারাপমগী ইপুনা য়ারৈতা য়াওংইললে অদুদগী মথং মথং লাকতুনা অন্নাং লমদা খুন্দাইয়ে অন্নাং সেকমাই কৌয়ে। অদুবু লাই হরুবা মতমদদি কৌব্রুনা মরুওইনা হরাউই। লাইদি তরানিথোইনি লাইশং অমতদা হৈথা লৈথা লৈহুন্নচিংবা তমলগা পুল্লপ হরাউ থৌগল তৌই।

## লাইশিংগী মমিং

১। কৌব্রু ২। লৈমরেন ৩। চীংজানুংনাং ৪। লোইয়ালাকপা ৫। নুংথেল লৈমা ৬। নোংপোক নিংথৌ ৭। পান্থোইবী ৮। সোরারেন ৯। ইরেম তুবীলৈম ১০। তমফা লাইরেমবী ১১। ইকোপনিংথৌ ১২। লাইসনা অসিনি।

থৌগলগী মীশিং চহি ২৫ ফাওবগী মনুংদা লৈবা নিপাশিংবু লারোই , চহি ২৬ তগী ৩১ ফাওবগী নিপানা শংলেন, চহি ৩২ গী মথকমখৈনা খুমাং হায়না কৌদুনা মীওই কাংলুপ মখল অহুমথোকনা খাইদোকই। ফমথৌ ফমনাইবশিংদি খুল্লাকপা লুপলাকপা তেলোইহঞ্জবা খুঞ্জানবা অসিনচিংবা অসিনি। লাই হরাউবা হৌবনা ফাইরেন থাগী পানখৎলকপদা লাইচা অফবা য়েংলগা ইরাই নত্রগা নিংথৌকাবদা হৌদবা য়াদে। অহানবদা খুললাকপা লুপলাকপনচিংবা মাইবা খুলগী মী পুম্নমকনা থাবাল অফবদা লাইগী থেন ফানগনি মতম অদুদা লাইগী পুংজাওয়ৈগনি মথংদা লাইগী পুকয়ু শুগনি লাইফিশুগনি মথংদা খুললাকপা লুপলাকপা মাইবনচিংবা লাইগী ফি শেৎকনি মতম অদুদসু লোইশং পুংজাও য়ৈগনি। নুংথিন্দনা লাই ঈকৌবা চৎকনি খুললাকপা লুপলাকপনা লাই কোনগনি থাং পায়বা নিপা অনি ক্লাশেন পায়বা লৈশাবী অনি ফিদা পুবী লৈশাবী অনি চোং পে পাইবা নিপা অনি হায়রিবা থৌগলগী মী মশিংশুনা য়াওরগা নিপা নুপী পুন্না চৎকনি পুংশেন য়ৈবা য়াওগনি মাইবা পেনা খোংবা মাইবীগা লোননা চৎকনি লাই ঈকৌফম য়ৌরগা মাইবা মাইবীনা হৈশোই য়ুপান অমসুং লৈরাই য়ুখাংগনি মথংদা মাইবনা কোনয়াই থাগনি।

কোনয়াই থাবগী মরোল : হৌলো ঈমুতোমবু ইমহললো ইমুরোন ৬ ইঙৌরোন

৫ মক ঈখাবী ইখা ইনম তাইরবনে। চীংঙু ইবুংঙো লাইয়িংথৌ খোইয়ুম ইবেম্মা অনিমক্কী হরাউ পুংগোই থৌদোক কুম্মেরগে হায়বগীদমক নদাইরেম নখুন খুনপুকলেন অচংবনা লাইজ ঈরোম্নুংদগী সনা কোনগা থা লুপা কোনগা থারকলে। লাইজ ইরোম্নুংদগী সনা শংগাই নুংঙাইবদা হিরি তোংদম ফান্না চীংঙু নকা ফবীরো। খোইয়ুমনা কাবীরকলো হায়বগী কোরৌ নোং লুপা অঙৌবনা কোরৌ নোংবু তাইরকলে। মালেম লৈন্না অঙাংবনা মালেম লৈতাইনা চল্লবনে হৌ ঈ ফৌ লুক।

মাইবনা কোনথারোন অসি শেনদুনা কোনথাবা লোইবগা খয়োম অমুক লাক্কনি। লাইগী খোংনেৎ শেল অনি অনি থাগনি। মাইবীনা হিরি ফাল্লগা লাইগী থবাই ঈকৌগনি। পুং শেল য়ৈগনি। পেনাসু খোংগনি। নুপী খরনা লাইরোল শক্কনি।

ঈশৈ : হা লমপু হনবা লাইয়িংথৌও লাইজ ইরোন্নুংদগী কারকলোনে। শরিকনা চোমজাও খিংলমখো লৈশংগী খয়োম লাকনদি কারগেদে। কৌব্রুগী মচা অহল ও লাইজ ঈরোন্নুংদগী কারকওদে। শরিকনা চোমজাও খিংলমমো। লৈশংগী খয়োম লাকনদি কারগেদে। নৌশেকপান কৌবী নিংথেম পোকপী চীংমাইদা নেম নেম লেদে। সনা চীংথংখোমবা সনাগী দোলাই মথক্তা লোইলেমলে দে। নৌবী সেকনৌবী থৌরুগে। ময়াং সেকপী য়ামলে। নৌবী নৌলুসে। হিদাক শুংফম নিঙোলও করি লানা য়োমবগী নৌবনোদে। হিদাক শুংফমগী খুনয়াইদা চংবী লাপান হৌরমলে। চংবী লাতোন থৎতুনা চংবী লানা য়োমবগী নৌবনে দে। ইশৈ অসি মাইবীনা ঈকৌখৎলিঙেদা নুপী শিংনা শকই। ঈকৌবা লোইরবদা লাইনা মমাই লৈথোরক্লবদা মাইবীনা লাইওক খুৎথেক লৌগনি। অহুমলক জগোই লৌগনি। লাইশুমাং য়ৌরকপদসু লৌগনি, লাইশং য়ৌবসু লৌগনি। ঈকৌবগী লাই মমাই লৈথোরকপা মতাংদগী হৌনা নুপীশিংনা লাইনা খোংশাল্লকপদা লাইশুমাং য়ৌরকপা ফাওবদা ইশৈ শকনা শকনা লাইগা কামিন্নরমক্কনি। ইশৈ: হা লাইয়িংথৌ লাইয়িংথৌ নপা নচা লাইরেমবী ননিন নমৌন শুমাং হাথেনফমদা সনা তরেৎ কোন্দা শান্নসে দে। চামলৌ লাবু থারে কবোককী লমলোইন্নাদি শান্নসে দে। হা লমবু হনবা লাইয়িংথৌ সুমাং হাথেনফমদা সনা তরেৎ কোন্দা শান্নসে দে। কৌব্রু মচা অহলও সুমাং হাথেনফমদা সনা তরেৎ কোনদুদা শান্নসিদে। চামলৌ লাবু থারে কবোককী লমলোইন্নাদি শান্নসিদে। ইশৈ অসি শুমাং য়ৌবা খোইজু লমওকফম ফাওবা শক্কনি। মফম অদু য়ৌশিল্লকপদা খোইজু লৈখাম

ওককনি। খোংকান য়েন অদু কানগনি। শংবাই অমদা কৌদাং হাপকনি। লাইখোং শেংগনি। লাইগী ফি অদুনা তৈথোক্কনি। লাই অদু লাইশং মনুংদা পুশিনগনি। লাইনা লাইশং তমনা কারকপদা নুপীশিংনা ঈশৈ মখা শমথগনি। ঈশৈ : হা লাইয়িংথৌ নপা নচা লাইরেমবী ননিনা নমৌ সনা ফমবাললাংদা কায়সেদে চামলৌ লাবু থারে কবোক্কী লমলোইননাদি কায়সেদে। লাইনা ফমবাল য়ৌরবদা ইশৈ লোইশিন্নগনি। লাইনা ফমবাল্দা ফমদেংলবদা মাইবনা কোনয়াই হুনগনি। লৈয়োম অহুমগী লৈ অদুনা লৈহুনগনি পেনা য়াকৈগনি।

## অমুক্কী য়াকৈরোন

হৈয়াহে হেং লিকলাই ও নহান নোং হৈয়ীঙৈগী লৈনুং অশেবা লৈনুং খাবা লাংথাংচা চাউরোই পুংলেনগী অশৈ পলমাবা ঙাংনা লোনচা তৌশুবা খানিং লোনচা পুংতোইবা লৈরক অশৈ তেরানবা লুখুম ফমশকচা পুংবু লেংলেথেং পুংচৈ ফৈনা হাইনা য়াইথোংনা নমলকপা, পলেম নমা খোংলৈমা মমা খোংলৈমা লিকশিনু পাইমা লিনকোইগী নয়ু লেমথোং লৈশং নিংথৌহনবা মাকালিখোন মরাক মাংনা য়ামপা য়োইলেনথোং লাংলেন চানা য়ুথং নৌকুমপনা পলেমপীবী মীংমাংলকপু পলেম পীহাকলকপা, পনথৌ মীংমাংলপপু লোইয়ুম রাংঙম শায়োল লৈনা শানা পন্থৌ শকলকপা, রাশকশিনসু মরিন তৎলবসু তৌরানা খোম শিলোন কাকনা পোইদু খোংলবদা লৈরক চেননা তাননা খোংখংলকএ। চীংয়া থেরাথেন মীংমাংলবদা সাফুবী চানা চিরোলচল লাংহে নয়াথংলোল্লবদা চীংয়া চেন্না খোংখংলকএ। লময়াই পুমিংমাংলববু য়ারৌ শা তোকপা তোকমু মৈশাংবা লাংবন লৈপুং কোই চাউবনা য়াকারবদা লময়াই চেন্না খোংখৎলবা রাকয়ি মথকপু তেংথানরকএ। তুবী নোংদা লাইরেন পাখংবা নদাইরেম লৈনুং থয়ো অশেবনা মোইঙাই থাবু লিরিন্না থাবনা ঙাংখোম্নবা ঈনা চীংখোং য়াহৌরে। নোংথোন তেংমাই য়িরানগী য়ু তোংতৌবা পৌতেংশেমব, মৈবুন হাইচৌ থান চোংলেন ইলচমখাল হুমাই লেংহৌনা ইনুংম য়াকৈরকলে। খোইয়ুম লাইয়িংথৌনা লম লমমাবা লমবু শেনবা তুশেনবা, লমবু ঙাকপা তুঙাকপা, থোংলৈ মথোং নিংথৌ লমলৈমা লমনিংথৌ অহানবদা ইমুং ইমুং শিংখোং য়াকৈরমলে। খোইয়ুম লাইয়িংথৌ অরাং কৌব্রু অশুপ্লা লৈমনাই খুন্দা অহানবা চরিক মপাল থাবা নোংপ্রে মউ লিংবা লিথি কোনসু কোনমা লিংবা ঙানু

কোনস্ু কোননা থাবা থুনু কোনস্ু কোন মরোইবা কুম ৬ ইথাবা ওাস্তৌতাক ইল্লবা ইঙা কুমতমবা ইঙেন কুমথাইবা লাইয়িংথৌও নশানৌ কৌবরেন লৈমা তাইপোংগুমবী উগী উরেন পোকপী লাংগোই শনয়াম পোকপী নুংওক পাইবং, খালোই যুপেন পোকপী লৈমরেন নতে ননাউবু ইনুং চিংখোং য়াকৈরকলে চীংঙু নপারী লোইয়ারাকপা লালচিনথৌবা হাও মরককী অকনবা ফাব, লমমী লাকপা, লালশোংপামবা, লোইজীং নিনদুম নিনবা, থাঙ অঙৌবা মাংওইনব, অশিংবনা তুংওইনবা, খুবোম য়াইশিলোনবা খুদাং য়াইজাউ শি, ফিঙাং ফৈজোম শেংপা লাইশম চুমবুল খাওন্নবা চুংলেন ঙকতা হুকপা, তিমেন খাংতপ পাইবা, ঈরোক অসুকপদা শাথৌবা,চীংশাং অৱাংবদা শা শালৌবা, লোইয়া পনশাং ঙাকপা লাইয়িংথৌও নশানৌ ইবেম্মা থৌদু নুংথেল লৈমা নুংনাং নাদববু খুনেৎনবা, চেংচা তুকুম্ববু খুতানবা, ফিমু খাংচেৎনবী লিকোল খাওননবী, ননম হৌনমবী নখোং হৌখোংদবী চোমগাং তোইশিবী, হাওশম তুংথাংনবী চীংঙু নগাই নানৌপুংসু ইনুং শিংখোং য়াকৈরকলে।

মথককী য়াকৈরোন অসিনা থৌগনবা লোইরগা লৈয়োমদগী লৈহৃনগনি। মাইবনা অনম অথৌ কোক্কনি। শরেনগীদমক ওক অমা শাবাং য়েন অমা চফু উয়ান মনামশিং শুনা লাংদুনা শরেন কৎনি।

শরেন তুবগী লাইশোন : হা উংহৈ উংহৈ উংহৈ নহাননোং অদুঙৈদা কোরৌ মপু নোং লৈরকত্রিঙৈ নোংলৈরকপবু উতং কাপকা হুইগা থা য়াংথৌ উরোংখিনবা লিকলাং শংথা উকংখৈগা থোকপা য়ানঙৈদা ঙসি কোরৌ নুমিৎতা ফুদোকলমগে উংহৈ। অসি শোল্লগা হৈরুক কৎকনি। চেংবুম হৈগনি। চেংগী মথকতা য়েরুম খিনগনি। পোৎলমশিং অসিগা লোইননা সরেন কৎকনি। সরেন তুবগী লাইসোল। লাইয়িংথৌ অৱাং কৌবু মপু নিংথৌ ও লৈমনাই খুনতাবও, তুরেন লুকখাই চরিক মপান থাবা, নোংপ্রে মউ লিংবা, লিথিৎ কোনবা খাইবা, লিরেন কোনকা তাইবা, নমু পোং শেমবা, তাইবং মীপোকপা, থৱাই পানবা পুম্নমকপু নানৌ পুদুনা নমু মীয়াম পোকপা, মালেম লৈশেমলকপা, কৌবা চীংসাং নাপোম অমদা তাংজ লিল্লা পাখংববু পোকপও সদু ঙাই, সয়ু লৈরাং য়োংসেন, খুবিং খুবাই, তিনসিৎ নাউসং পুম্নমক পোকলিবা চীংঙু ইবুংঙো লাইয়িংথৌ খোইয়ুম ইবেম্মা নকোয় পুম্নমক্তা নদাইরেমশিংনা তেকপী ওকচা অমনা শরেন তুজরিএ অসুম হাইনা শোন্দুনা লাইদা অহিংবা শরেন

কৎকনি। অমুক থোংলগা চবান চফু অদুগা লোইননা চবান চাকমাই ফবা ফৎতবা য়েংলগা পুন্না কৎকনি। শরেল অথোংবগা চাককা কৎপদা য়ু হাল্লগা য়াওগনি। ময়াম খুরুমদুনা কৎকনি। কৎপগী মতমদি অয়ুকনি।

## নুংথিল থৌরম

নুংথিলগী থৌরম হৌবা ওইনা মাইবীনা জগোই শাগনি। ময়ামনা হোই লাউগনি।

হোই মরোল - হোই হোই হা হা হা হেরিলে হো হে। হেরিলা হৈয়ু থে হো কুলেসে। অসিবু থোইনা হরাউবা হৈয়ানবু হোই হয়াসে। হোই অসি লাউরগা লাইবৌ হৌগনি। লাইবৌ চোংগনি। অসুমনা নুমিৎ ১০নি চোংলগা ইবুধৌ অরাং কৌব্রু লম থোকই।

## লম থোকপা

লাই লম থোকপা চৎপকী অয়ুকতা লাইশুমাংদা উচীরা মরী য়ুংলগা ফিমুনা চোমজাও য়ানকনি। ময়াইদা চেংগা য়েরুমগা ফিনা য়োমলগা খয়োম য়ানগনি। তাইরেন মনা পরেং লেংলগা উচিরা অদু কোনগনি। মদু লাইশংগী উখোং অনি য়ৌনা তিংলগা পুনগনি। লাই মপা মচা মরিমকপু দোলাইদা হাপলগা চোং পে খান্দুনা পুগনি। পুং শেল য়ৈগনি। চৎপা মতমদা নুপী খরনা ইশৈ শক্কনি।

ঈশৈ - হা লমবু হনবা লাইয়িংথৌও সনা চোংলেন খান্দুনা দোলাই লেংজাও তোংবদি লাইয়িংথৌ কৈদৌরুগে হায়বনো দে। শাবন লমথোকলুগে পোইয়ৈ লময়েংলুগে হংগনো দে। অসুম হায়না শকতুনা চৎকনি।

লাই লমথোকফম য়ৌরগা হৈরুক হৈ লৈ কৎনবা থারগা মাইবন অনম অথৌ কোক্কনি। মাইবী পেনাখোংবা জগোই খুৎথেক কৎলগা লাইবৌ হৌয়ে পুংশেল য়ৈরে। য়া য়া লাউবা মতমদা লোইশংদা তাংখুল থেককনি। তাংখুলনা মাইকৈ মরীদা তেন কাপকনি। তাংখুলনা মথী ফাইগনি। পাম হাইগনি, খোই লোক্কনি। লাইবৌ লোইরগা মাইকৈ মরীদা লৌ য়ানগনি। লৌ য়াললমদাইদা মাইবনা হো লাইয়িংথৌ মতাইলেম মদাইরেম খুনদি অচংবা ইবুধৌ কংলে শুমাংদা খুনজওনবা লৈচাউনবা পাননাউ শিংনাউ তানবা খালি লৌয়ানসেকো অসি হায়না লাউগনি। নুপানা পরেং অমা নুপিনা পরেং অমা লেংগনি। তাংখুলনা ময়াইদা লৌ য়ানগনি। তাংখুলগা ময়াম

হৌ হৌ হায়না লাউদুনা লৌ য়াললিঙৈদা নুরাবীনা শম অমা য়াল্লগা য়ুখোম পুদুনা লাক্কনি। নুরাবীনা য়ানগনো হায়না লাউগনি তাংখুলনা নুরাবীগী য়ুখোম মুন্দুনা থুগাইগনি। মথংদা লৌ লিংগনি। অদুগা লাই অদু লাইবুংদা হল্লক্কনি। পুং শেল য়ৈগনি খৌশাগনি। লাইপুংগী থোংগাল য়ৌরগা মৈ ওক্কনি। লাইমাং য়ৌনা পুশিল্লক্কি। ফমবালদা লাই ফমদেংগনি। লাইনা ফমদেংখ্রবা মতমদা লম থোকলুবা হনজিল্লকপগী লাইবৌ চোংগনি।

## লাইরোই লাইতোনগী থৌরম

লাইতোন নুমিৎকী অয়ুক্তা পেনা য়াকৈগনি। মাইবনা লৈ হুনগনি । হৈরুক ফুক্কনি। হৈরুক অনৌবা অমুক কৎকনি। লোইশং লেননা খৌশাগনি। মাইবীনা লাইমাং ফমগনি। অদুগা অয়ুককী থৌরম লোইশিনগনি।

নুংথিলগী লাইবৌ হৌদ্রিঙৈদা খুলগী নিপা নুপী মতৈ মনাউ অমনা জগোই শাগনি। খুল্লাকপা লুপলাকপা অনিসু থোরক তুনা জগোই শাগনি। মখোয় অনিবু জগোই শানবা কৌথোকপদি খুলগী লারোই শিংলোই কাংবু অনিনা খুবাক খুদুনা পুং শেল য়ৈদুনা ''সনরেমবী থোরকলো, নহুম পোনদেন শাবীগে, লাই খুবাক খুবীগে থোরকলো'' অসি হায়না শকতুনা কৌথোক্কনি। খুল্লাকপা লুপলাকপা থোরকতুনা জগোই শাবা অদুগা লোইননা মতৈ মনাউ অদুসু জগোই শাগনি। মসিগী তুংদা হোই লাউগনি। লাইবৌ চোংবা থোক্কনি। মাইবীনা লাইবৌগী লা থাগনি। মাইবী অমসুং পেনা অনিনা লাই পুথোক্কনি। থাং পাইবা নিপা অনিনা মাংদা চৎকনি। লৈশাবী অনিনা কাশেল, হুমাই পায়রগা থাং পায়বগী তুংদা চৎকনি। মখোয়গী তুংদা লৈশাবী অনিনা লেংবান্দা ফিদা য়াল্লগা চৎকনি। নিপা অনিনা ফিদা পুবীগী তুংদা চোং পে খা- দুনা চৎকনি। নাক য়েৎতা মাইবীনা লাই শেন্নদুনা চৎকনি। মাইবীগী তুংদা মৌশিং ইনগনি। মতুংদা লৈশাবীশিংনা ইনগনি। তুংদা নিপাশিং ইনগনি। লাইশুমাংদা ময়াম অদু কোইনা পরেং কাইদনা চৎকনি। মতাংচানা মাইবনা হোইরৌ লাউগনি । হোইরৌ হুয়া লাউরিঙৈদা তুমিন্না ময়াম লোংদনা লৈগনি। মথংদা মাইবীনা হকচাং শাবগী জগোই খুৎথেক শাগনি। লোইরগা মাইবীনা লাইবৌ চোংগনি। লাইবৌ চোংবা হৌবদা তাংখুল থোরক্কনি। মাইকৈ মরীদা তেন কাপকনি। লৈথক লৈখা কাপ্পা লোইরগা মপা লম্বু থিগনি। পাম হাইগনি কোই লোক্কনি। তাংখুলগা মাইবীগা লাইবৌ চোংগনি।

অদুগা জগোই শাগনি। অহূমলক কোইগনি। অহূমলক শুবদা খুৎ অনি শমনগনি। অমুক তাংখুলগা নুরাবীগা খুৎ শমনগনি। মখোয় অনি জগোই অশাংবা শামিন্নগনি। জগোই মতাং অহূমলক শামিন্নরবদা মখোয় অনিসু অমুক লাইবৌ চোংগনি। মখোয় অনী লাইবৌ অহূমলক চোংমিন্নরগা লাইবৌ চোংবা লোইশিনগনি। অদুগা মাইবীনা লাইবৌ লা লোকলগা নুংথিলগী হরাউবা থৌরম লোইরে।

## নুমিদাং গী থৌরম

লাইবুংগী শুমাংদা চোং পে মরী যুংদুনা মাইবীনা ফিবুল চোংগনি। লাইরেন মথেক চৎকনি। চোংখোং লিৎকনি। লাইরেন মথেক চৎপা মতুংদা লাইয়িংথৌগী পরেং অমা লাইরেম্বীগী পরেং অমা পরেং অনি থোকনা মাই মাই ওনশিন্নদুনা লেপকনি। মাইবনা হো লাইয়িংথৌ মনাই লাইরেম্মা মনাই মদাইরেম নখুন খুনবীবু খুনজাওনবা লৈচাওনবা ইবুধৌগী কংলৈ শুমাংদা য়ায়া লাউসে হায়রগা হো য়া য়া য়া হায়না লাউগনি। ময়াম খুমগনি। মসি অহূমলক লাউগনি। অহূমলক য়া য়া লাউরগা ময়াম অমুক লিৎথোকনগনি। য়া য়া লাউবা অসি মাইকৈ মরীমকতা তৌগনি। মথংদা নুপী পরেং অমা নিপা পরেং অমা লেপলগা নিপামখৈনা লাংকচৈ অমমম পাইগনি। মাইবনা মকোক থংনা লেপ্লগা "হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম মনাই নদাইরেম নখুন খুনদি অচংবগী ফৎত হৌদি পুম্নমকপু তুরৈ লমশাং মতুং ইন্ন লমলেন শুগুগী চীংনুংহুৎতা চীংগু ইবুংঙো নোংপোক অপানবনা হোইথবীরমলে। মদাইরেম খুলগী খুলহোং লৈহোংববু চরৈ ফিগাউ শানা য়ারসেকো" অসি হায়না লাউগনি। অদুগা লৌ য়ানগনি। "ইপা লৌনি য়াললে, ইপু লৌনি য়াললো , পান মনাউ তানবা, শিং মনাউ তানবা য়ানলো" হায়না লাউদুনা ময়াম লৌ য়ানগনি। মতম অসিদা তাংখুল থোরকতুনা লৌ য়ানবা হৌগনি। নুরাবীনা ছম য়ানদুনা পুকয়ু য়ুখোম পুদুনা চংশিল্লকই। য়ানকনু য়ানকনু হায়নদুনা মখোয় অনি খৎনৈ। মখোয় অনি খৎনবা লোইরবা মতুংদা লৌ লিংগনি। অসিগী মতুংদা ব্রাকোন পাইগনি। মাংশোক ফমমেনদা লফোই চু কপোকনচিংবা থমলগা মাইবনা "ব্রাকোললো ব্রাকোললো চীংদা পাইবা ব্রাকোম্না তমদা পাইবা ব্রাকোন ব্রাকোন লিকাপসে হায়না লাউগনি। মথংদা মাইবীনা থাং হাইগনি। মথংদা নুপা পরেং নুপী পরেং খুৎশম্নরগা শরিৎ লিৎকনি। শরিৎ লিৎলিঙৈদা মাইবনা শারিৎ লিৎসে হায়না লাউগনি। ময়ামনা মরীৎসে হায়না খুমগনি। লিৎপা

লোইরগা অমুক শারিং হনসে হায়না মাইবনা লাউগনি ময়ামনা মহনসে হায়না খুমগনি। অমুক লা মচেৎ শেৎলগা হুইথি য়েপসে য়েনথি য়েপসে হায়না মাইবনা য়েনগনি। ময়ামনা ময়েপসে হায়না খুমগনি। লা মচেৎ য়েনবা অদু লোইরগা অমুক লোক্কনি। হুইথী লোকসে য়েনথী লোকসে হায়না মাইবনা লাউগনি। ময়ামনা মরোকশে হায়না খুমগনি। মথংদা মী অনি অনি খুৎশম্নরগা শরি লোক্কনি। মাইবনা হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম মদাইরেমশা নহালনোং অদুঙৈদা ৱাখোংদা উখোংদা, লৈরকতা কোনশাংদ, শুমাংদা য়েনখাদা শাইকংদা ৱাশক্লখিবা অদু ওসিদি ইবুধৌ কৌব্রুগী কংলৈ শুমাংদা শরি নামুং হনদোক্লরসিকো শরি কোক্লসিকো হায়না লাউগনি ময়ামনা থাবল চোংগনি, ময়াইদা কৈয়েল শান্নগনি। কৈ শাবা নিপা অমনা য়েন শাবা নিপা অমবু ফাগদবগী তান্নগনি। য়েননা ফাবা ওমদনবা কোইনা চেনগনি। মতম অসিদা "কে ক্রে কে মোক মোক য়াংগেন শমবা সো সো লাইগী য়েননী চাফদে তোকপগা য়েনগা কৈগা শাগা য়াংগেন শমবা শিয়ৌ শিয়ৌ (শ্যাউ শ্যাউ) মোকসি নারেং নুরাথেমদা খহিমোক খিকলোই খুচি মানদদি মাললিবা, মাননা ফৈরোই নিংথিরে, কোংয়াংসু লৈনুংশি, শাবন লৈরি লৈসনা লৈরিসু নিংথীরে। কোংয়াংসু লৈনুংসি মক্রোকপা মক্রোকপা হৌ হৌ চীংয়া পামেল অমু তেক্তা অমুলহে, চীংদা য়েংঙে উয়ুং হৌ, তমদা য়েংঙে কৌনা হৌ, হা মী মী লোহৌ, থাংখুম থারোন লোন, মপু নাইদে লাংথোক তরেৎ মশা নাইদে। থোইদিংশু মকেরে, শং শাংদ্রো শংদ্রোবীনে শংদ্রোবা হাই" অসি হায়না মাইবনা শক্কনি। মথংদা থাবল চোংগনি। থাবল চোংবদা নিপা ১গা নুপী ১গা খুৎশম্ন রগা শরিক য়ানবা অমা য়াওগনি। খুৎশমনরিবা ময়াম অদু থাবল চোংগনি। খুৎশমনবা অদু তৎপা তৌহৈদে। থাবল চোংবা অদু য়েৎলোমদা অহুমলক কোয়গনি ওইরোমদা অহুমলক অমুক হন্দোককনি। অহুমলক শুরগা অমুক য়েৎলোমদা কোইনা চোংবদা লোইশিনগনি।

লাইরোইগী শৱাংগী ইশৈদি মথক্তা লামায় ২৩২ দা ইজখরে।

## মোইরাং থাংজিং হরাউবা

কেগে লৈপাক নোংথৌ অনিনা কাগুপননা লৈরিঙৈগী কেগে লৈপাক্কী মমিংদি ফা কৌয়ে। ইবুধৌ থাংজিং লাইনা কোরৌ অহাংবদগী মালেম লৈদা শুনগুমলকলে শারেং চীংগী চীংমৈদা ইহান হান্না খুভম ওইরম্লদগী থাংজিং লাইনা কেগে মোইরাং খুনয়াইদা থাংজিংগী খুভম অমা থম্লগে পাইমা পীবুকনুংদা খল্লদুনা লোইদাম শজিবু থাগী কোরৌ নোংমাইজিং নুমত্তা পালবা কৈ অঙৌব কৈয়াংথক্তা তোংলগা ইবুংঙোনা পুথোকপা কয়াবা লাংখোংজাম্না খোয়োল লাইমৈতাবনচিংবা মনাই মশল কয়াগ লোইনদুনা ঙাংখা খুনয়াই খায়না মদোম খুনগুমলকলে। খুনয়াই য়ৌরে মনাই মশলকয়ানা য়োংলৈ খুত্তা পায়দুনা হাক চোমাই ফুক্তুনা ইবুংঙোগী খুভম শেমদুনা মোংবয়ুম শাদুনা লৈরে। মাইকৈ কয়াগী লাইগী নিংথৌ ওইনা পাল্লবগী মতুংদা লাইনিংথৌ থাংজিংকৌনা তাইবঙ শেম্লগী থৌরাংহৌখ্রে কুমশিংথিঙমদনা মোইরাং লৈপাক্তা পাল্লে মসিগী মতুংদা মৈনা ৱাই তাংনা শমহৌবদি —

১। খোইয়ুম ঙাংনিংশিং অতেংবা ২। পুরিংলাই হামচা থাবা ৩। ফাং ফাং পোংলিকলাই ৪। খোইয়ম য়োইবা ৫। খোইয়ম নারোং ৬। খোইয়ম পুরিংলাই ময়াম্না ৭। খোইয়ম শুনুচা হায়রিবা লাইয়ামশিং তরেৎ অসিনা কুমশিংথিঙমদনা নিংথৌ ওইদুনা মথং মথং পাল্লকপা খোয়ম লাইগী মতমদসু হরাউরকই লাইশিং অসিনা পাল্লিঙৈগী মতমদদি লোয়দাম শজিবু থাদা হরাউরমই।

### লাইগা মীগা শমনবা

অসুম্না তরেৎ খোংফাং নামুংনবীনা শায়োনখিবা লৈমরেন কাওনুৱাংববু শাত্তিনা মিংথোলবা ইৱাং পুরিংলাই শুনুচারিক অতেংবদি মহাকথক্তা খোইম লিকলাই ময়োলচোংনা মালেম লৈদা নমুপোংবু শিংখিয়ে অদুনুংগীবু মীবু পোং কৌয়ে। ইৱাং পুরিংলাই ফাং ফাং পোংলেন হনবনা খোইয়ম লাইগী মমৈ নমুপোংগী মকোক্তা কেগে মোইরাং লৈপাক্তা ইহান হান্না তাইবঙ নিংথৌওইরে। নিংথৌ মহকথক্তা খোইয়োল লাইমৈতা মংজংবনা অহিং অথেংবদা মংফাওরম্না পুম্নমক লোইনা পুরিংলাই পোংলেন হনবদা মংতমলে। মোইরাং লৈবাক্তা মোইরাং কংলা নুংজেংপাৎ পুম্রি থাংগম পাৎ অমাইচাম্মা পোংবৈশং অশৈ চাম্মা য়াগশং তানয়ৈশং কুচু থৌদাফম মোইরাং ৱারোইফম শৌশৌ পৌবীগী নুংখোং হাংঙম্মী মৈফা চীংদুনা মৈলৌই নুংগা নুংগা থেংনরগা মৈলৌই চেসু লৈরমদে পুয়ানচিংবা উকুন্দা ইনরমই। অসুম তৌনা লাইফম তিনফম পুম্নমকপু খোইয়ম লাইতরেংনা খোয়োল লাইমৈতাদা ময়ুম

কেগেবু শিন্নরমমে, তিনথিয়ো লাইথিয়ো হয়েং পোইরে চাতুংবু খোইয়ুম লাই ঐখোইবু লাইথানররোই লাইনিংথৌ থাংজিংনা ইপানি থাংজিং লৈমনা ইমানি। অসিনা অরেপ্পনি অসুম্না লাইমৈবদা শিন্নরম্মি। কেগে মচেং অমনা নুমিৎ খোঙজু লাংলো মোইরাং মচেং অমনা খোইয়ম তেবী তেশা লাংলো ভাঙোই মচেং অমনা কুরেক লাইখোং তেংঙো লৈচিল নোংফাই লাংলো ভাঙোই মচেং অমনা হিবুংয়াইবুং লাংলো কেগে মচেং অমনা লৌগুম লৌগা লাংলো কেগে মচেং অমনা লম্মুতুবু লাংলো ভাঙোই মচেং অমনা হিগা ফললৌ লাংলো মোইরাং মচেং অমনা উতম উফাংলাংলো কেগে পুম্না শাবল লমথোকও কোংবা লময়েং ও থাঙফমদেংঙো করাং থেলগাওও কুরাক লমদাইয়ো। ময়ুম মোইরাংনা মীয়াম তিনববুদি থাংজেং পোংবৈবা কৌই। চৈকক্না বায়েললে হায়বগী চৈকক পুং কৌয়ে কেগে চৈকক পুন্দা নমু মীয়াম তিনফম অদুদা লাইবুংথৌ উমংলাই ৯ লাইনুরা ৭ য়ামখমলোই ৭ শরোই ৬১ অসি ফমদেংফমনে খোইয়োল লাইমৈবদা চিংভু খোইয়ম লাই পুম্নমকনা পাওজেন পিরম্না অরেপ্পনি।

## থাংজিং হরাউবগী হৌরকফম

ইবুধৌ থাংজিং লাইনা চীংঙু মকুম্বু কুমহৌরকপা খোইয়ম মথাবু থাহৌরকপা খোয়ম লাইমৈতাবদা মংফাওরে। কেগে ফাং ফাং পোংলেল হনবদা খোইয়ম লাইগী পাওজেন মংতমলে ইবুধৌ থাংজিং লাইবু হরাউপুংগোই লেপও থৌদোক কুম্মৈ থোক্না হরাওরবদি লৈপাক মরাতপনা পালহলগে নিংথৌ পুনসি শাংহনগে খুনজাও লৈচাও হনগনি হায়না পাওজেন ফংবদগী হরাউমথোই কানা কেগে মোইরাং নিংথৌ ফাং ফাং পোংলেল হনবনা তানয়েশং বাংলেন পুংদিং হনবনা তিংবা পুংনি পুং অদুগী মনুংদা কাক নিংথৌনা পুরকপা হিয়াই অদু হাপখিবনা কংলা য়াইবুং কৌখিবনি নিংথৌ স্না য়াথং পুংদিং হনবদা মোইরাং লৈকাই ৮ গী মী পুম্নমক কৌখংনবা পুংগী মরোলপিদুনা কংলা য়াইবুং য়েরো তাকলে। থিন থিনতাং পুংয়ে অহমলক য়েবদা পুংখোল খংনবনা চংনবী মতুং ইন্না মোইরাং কংলা উত্রামাংদা থুংলরে ময়াম পুম্নমক্তা মংজংবগী পাওজেন তমলবদা কেগে মোইরাং পুম্নমক্না ইবুধৌগী হরাউবদা পুকচেন অমতা ওইনা হরাউ মথোই কারসি লেপনরে।

ইবুধৌ থাংজিং লাইগী খুবম অমসুং ময়ুমদি হাওরে নোংচুপ পাংনওল্লি কেগে ভাঙোই মোইরাংগী লৈকাই খোইয়ুম লাইয়াম পুম্নমক্না ইবুধৌ থাংজিংগী মোংবা মরান য়াইদা মাগী মাগী দোলাইদা কারতুনা থুংলরে লাইপুংথৌ ৯না মমাই মখা ওন্না ফমলে লাইনুরা ৭না মমাই অবাং ওন্না ফমলে মতুংদা থাংজিংগী শমুমাংদা তম্না নিপা অনিনা চরেফিডৌ শেৎ ফি

অত্তৌবা ইনদুনা লাইয়িংথৌ লাইরেমা অনিগী মাংদা খুনেৎ শেল মরি থারগা শেল অদুদা নেৎলগা লেপ্লে হায়রিবা নিপা অনী অসি তুমৌ চাম্মৌ ফবনা লাই পুনেয়ে। ঈহায়চম্ফুগী মনুংদা লৈহুননচিংবা হাপলগা চফু অদু খুদেনা য়োমলগা নিপা অনি অদুগী ওকশমদা অমমম য়ানশিললে য়াললিবা ফি অদুবু পাওজফিসু কৌই। লাইয়িংথৌগী থৌগলদ চংগদবা ফিরান পায়বা থাং পায়বা ফিদা পুবা ক্লাশেন পুবা চুং-তা পুবনচিংবা থৌগল মশিংসুনা পরেং লেংলগা অশেব পেনা খোংব ফিত্তৌ শেৎপী অমাইবী অনিনা শরিক খিংলগা পুং শেন য়েদুনা ফমদৌ মঙাইরোয় লৈমনিংঙোল কয়াগ লোয়নদুনা চৎলি। ফিরাননা খ্বাইগী মাংদ চৎলি মথংদ থাংতা লাইপুবা চোংখনবা ক্লাশেন ফিদা পুবনচিংব চৎকনি। মাইবহনবা অশেবহনবা য়োয়রেনহনবা অহুমনা শমু মাংদ মিংখেরোন শকললগা লাই ঈকৌবা খোঙলেংই।

মথক্তা হায়খিবা কেগে ঙাংঙোই মোইরাংগী লৈকাই ৮ দা লৈরিবা খোইয়ম লাইপুংথৌ ৯ নি লাইশিংগী মমিং অমসুং লৈকাইগী মমিংগা কোন্না মখাদা ইজরি-

১। লাইশংবম লৈকায়গী লাইনা নোংশাবনি
২। কুমাবম লৈকায়গী লাইনা মহারাবনি
৩। কোঞ্জেংবম লৈকায়গী লাইনা সন্নারেননি
৪। লাইখ্রাকপম লৈকায়গী লাইনা খানচাওবনি
৫। ফিলেম লৈকায়গী লাইনা খোরিফাবনি
৬। মাইরেনবম লৈকায়গী লাইনা লৈকোয়নি
৭। থোংঙাম লৈকায়গী লাইনা থোংনাংনিংথৌনি
৮। অহনথেম লৈকায়গী লাইনা স্নামহিনি
৯। কিয়াম লৈকায়গী লাইনা উইথোংনাংনি

অহন্থেম লৈকাইগী লাই স্নামহিদি অপামফমনি মমৈদা লৈগনি। কুমাবমগী মহারাবদি মকোক্তা লৈগনি। মসিন লৈকায় লৈকায়না পুবা লাইগী মমিংশিংনি লাইনুরা ৭কি মমিং মখাদা ইজরি।

১। খোইয়াংবম লৈকাইগী লাইনা অয়াংলৈমা কবোকচাইবীনি।
২। মোইরাংথেম লৈকাইগী লাইনা অয়াং লৈমা কবোকচাইবী অতোম্বীনি
৩,৪। খোইরম মোইরাংথেম লৈকাইগী লাইনা পীথ্রাইবী খোদ্রাইবীনি অনি পুল্লে।
৫। ফাইরেম্বম লৈকায়গী লাইনা লোকলাউ লৈমনি
৬। থিঙুজম লৈকায়গী লাইনা বাইখু লৈমনি
৭। অহোংবম লৈকায়গী লাইনা খুনদিনবীনি।

লাইগী থৌগল পুবা লৈকোয় তরা তরুকনি মাগী মাগী লৈকায়গী লাই খুদিংমক চোংফিরান থাংতা শেনপোং লাইপোং পুংশেন য়ৈদুনা দোলাইগী মাংথাদুনা নিল খোংদুনা ঈবুধৌ তাংজিংগী মোংবয়াইদা লোইনা কাররকই। লাই ইকৌথংপা চংপদি হাওরে অবাং পাংনখোং লেংলকপনা কেগে ঙাংঙোই মোইরাংগী নানবী তুরেন অসিদা ইকৌদবয়াদে অতোপ্পা তুরেন্দ কৌবয়াদে। হায়রিবা মফম অসি য়ৌরবদালাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী খুনেৎ শেন মরি থারগা লাইয়িংথৌ পুবনা য়েংতংনা লাইরেম্ম পুরিবনা ওইদলেপলে অমাইবহনবগা মাইবীগনা লৈরাই য়ুথাংলে কোরৌ থক্তা লৈরিবা খোইয়ম লাইয়াম পুন্নমক অমদি মালেম লৈখারেন্দ লৈরিবা খোইয়ম লাইয়াম মাইকৈ শুংদাই ৮ মক্তা লৈরিবা লাইপুন্নমক ইবুধৌ থাংজিংগী হরু মথোইকাবা থৌতোক কুম্মৈশান্নবা অসিদা য়াওবিররোলাল হায়না শরিক খিংলদুনা লাই পোৎলাললে পোৎলমদি হৈ লৈ য়াম লফোই কবোক অতুম অহাও শিংজু মরম অমতা য়াৎতনা লাইয়াম খাংবা হায়না চাকথারি। মথংদা মাইবহনবনা ঈশিংদা খুৎন ৩লক হাইদোকলগা খুকাপ্পী ৩লক কাপথোকলগা খুত্তা স্না লুপা হাপলগার কোচ্ছারোন শোন্দুনা কোচ্ছারে।

## লাইশোন

হৌ কেগে ঙাঙোইবু লমহললো লমললেনবু
অনিথোকও তুনেমবু অহুম থোকও লৈহৌরোন
মঙামক লৈমুরোন তরুকমক অপোক চনু থোংঙাই
য়াইঙাইবী চীংঙু ইবুংঙো খোইয়ম ইবেম্ম অনিগী
মকুমকুমবু কুমকাওদা থাজবু থাকাওদনা মকুম
কুমহৌরে মথা থাহৌরে হায়বগী মদাইরেম খুঙ্গং
অচংবনা খুঞ্জাও লৈচাওবা পুনসি নুংসাংব লৈপাক
মরাচেংন চাকহোং ঙাহোংনবা হরাউ থৌগল তৌরগে
হায়দুনা কোরৌনোং লুপা অঙৌবনা কোরৌনোংবু
তাইরে মালেম লৈম্না অঙাংবনা মালেম লৈগ
তাইরবনে হৌলো ফরো।

অসুম হায়না মাইবহনবনা স্না লুপা কোচ্ছাগনি মথংদ মায়কৈ নিপানগী খয়োম ৮ লাক্কনি। খয়োম হায়বা অসি য়ামন মরু ওইবা থৌরমনি। তাইবং পানবা অসি

কমদৌনা শেমলকপা লাই অমসুং মীবু কমদৌনা সেমলকপা তাইবঙগী থবায় ওইখিবা হায়বনাচিংবা য়োমলিবা লা হৈরিব চেং চেংগী ময়াইদা ঙানু মরুম অমা মতোন্দা হুৎলগা লাংপ্রে মতোন অমা য়ুংলিবা খয়োমবু পুল্লিবা পয়া অসিনা তাকলিবদি তাইবঙপানবু শেমলকপগী খুদমনি হায়বা তাকলি।

মাইবীনা পাওজফিনা য়োমলিবা চফু অদু লৌথোকলগা লাইয়িংথৌগীনা খুৎয়েৎন পায় লাইরেম্মগীন খুৎ ওইনা পায়রগা ঈশিংদ অহুমলক চেপনা লয়রগা কংফান্দ ইহায় জগোই থাংজিংদগী হৌরগা মারজিং ব্বাংব্রেন কৌব্রুদা লোইবা মাইগে মরি হাইরগা লাইপুরিবা নিপা অনি অদুদা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা কায়দনা পাওজফি অদুদা অমুক হাপকনি মাইবীনা হিরি লং তিংদুনা শরিক খিংলগা লাইগী মপাও চেন্দুনা ঈকৌরে। লোইরগা লাইয়িংথৌবু লৈমনিংঙোল ৭না হীরি পায়দুনা চিংলে। লাইরেম্মগীসু লৈমনিংঙোল ৭না হীরি পায়দুনা চীংলগা মাইবা অহুমনা হিরাউদুনা কারকলে। মাইবীনা থেংকাং অহুমলক জগোই শাদুনা জগোই ওকলে। থাংজিংগী লাইমাং য়ৌরমদাইদা মৈ ওকলে লাইশং য়ৌরে হীরি হনজিনলে ইহাই চফু অনি অদু ফমদেংলিবা লাইগী নাকনদ য়েৎ-ওই কায়দনা থমলে। শেনপোৎ লাইপোৎ চুং তা ফিরান্নচিংবা মফম চানা থমলে চনিং চমাং ফাংখোং মরি লাইবুংথৌ মাপল লাইনুরা তরেৎকী হৈথা লৈথা চেংনচিংবা হৈরগা অনম অহা কোকলে হৈকৎ লৈকৎ লোইরগা লাই পুরিবা হীরি পায়রুবা মীয়াম্মা জগোই কৎলে। মথংদা থাকল লৈনা হাইথরে অশৈব পেনা খোংবনা নাউশুমলে।

চীঙু ইবুংঙো হা খোইয়ম লাইয়িংথৌ থাংজিং নশানৌ ইবেম্ম য়োয়বু
খোইমোম লাইরেম্ম থাংজিং লয়মগা কোইয়ম লাইবুংথৌ ৯ মগা
লাইনুরা ৭ মক চীঙু পুম্নমক ঙসি কোরৌ
নুমিৎ অসিদি চীঙু লাইয়াম য়াওনা নমুতাইবঙ মীয়াম
হৌনা হরাউ থৌথোক কুম্মৈ হৌবগী অব্বাবা পুম্নমক
কোক্রুবা পোম্বীচেকলা কয়াসু তল্লা উমং তমনা
পাইশিল্লক্রুনা য়াইরেকফম থিখরে
য়ুমগী পোম্বী চেক্রোসু কাইরৈ য়েনগোলনুংদা চংখরে
ননাই অশৈব পেনা খোংবনা লৈনুং থরো

পেনা থাদ কোন চৈজিং য়েংনা পায় শমৈ অনি
কারন লাক চৈজিংনা পস্তোংগী শকতম লাক
থাদ পমলিবা পেনানা পলেমগী শকতম ওইনা চীংগু
থৌগলজরে ঙসিদি থকল লৈনা হায়থজরগে
ইয়োং শঙদিং তেনজরগে রিরিয়াগ লোইজরে হয়ি
হয়ি হয়ি হৈয়ান নাওশুমজরগে খোমলেল পাম্বা
তুমখুল তাবীরো চীংগু ইবুংঙো খোইয়ম ইবেম্ম
অনিমক হৈয়ুম হৈয়ুম হৈয়ুম ।।
অসুম তৌন লাই ঈকৌরুবগী নোংমগী থৌরম লোইশিল্লি।

নোংঙাল্লগা অয়ুক পেনানা য়াকৈরোন লাইরোন শকই হয়ি হয়ুম হয়া উম আ হয়াহে আ হয়া শুম উম কেগে থাংজিং কোইরেল নিংথৌ চাউবসু কোইরেল নিংথৌবা শংবসু কোইরেল ৱাংবসু কোইরেল নিংথৌবা কোইরেল অহুম থক্ত লৈমাবা ময়ুম কেগে মোইরাংন মেলৈবু লৈন্না কৌএ মেলৈ লৈন্না নুংজুমপান পামেন শয়ি থেনজাউ উথৈথক্ত মুবখুমু ঙাংদম হল্লকপদা খোইয়ম উনবী পুকনিং লয়ন নিংপাম্বা কৈ অঙৌবা কৈয়াংথক্তা তোং লৈশং লৈঙৌ থৌওন্নবা কাংহে মিতম মরেংহৌ হমাই কাগুপ মরাংহৌনা মোংবা ঙাংখ ময়াই থাইনা হামদোম শুনগুমলকপা হে খোইয়ম লাইয়িংথৌ নশানৌ তম্ফা লৈমা হাওরৈ থাথংবদা ৱাঙম্বী ইরিক কোংবাল চনু তুরেল লাইজ ইরাই খনবী তোংজেং লৈমাই হনবী ঙাংখ মমিং চুমবী ফান্দ্রা মৈমাং ফম্বী চীঙু ইবুংঙো খোইয়ুম ইবেম্ম অনিমক সনাগী ফম্বাললাংদা ফম্বীরো চীঙু খোইয়ুম সনা নখোঙ থাদ ননাইনা ইনুংশিংগোং য়াকৈজরককে। ঙসি কোরৌ নুমিৎসে অহিংগী পুংলুপ লোইশ্রে অয়ুকী পুংজা হৌগে হায়রকলেদো। হইথৌ লাবা চিফোংলে লাইরেনলাবা য়াওনলে চেকলা উথুম কোয়ৌবীচা কেগে লোক্তাক্কী ফুম্বীশরেন মথকতা মখৌ ইপোং পোংনা পোম্বী মঙক চোয়ন হুপনৌ ফৈনচিক্তুনা চেকলা তুমতুম য়াকৈরকলে। মপাম য়েনদি ফৈজাওবা মরিংয়েনদি তোপ ঙাংব অঙাংবা য়েনদি কশায়েন অঙৌবা য়েনদি নুমৎস্রা পুংলুপয়েন অরাঙয়েনদি লৈথক লৈখা তাইবয়েন মরিংয়েনঙ্গোলনুংদগী চেক্লান শগন অনিফু পোমবীতুফাং য়ৈদুনা চেক্লাঙকচাউ থেক্লা খোল্পাং নাইনা কেক্রেকে ইনুংমা শিগোং কৈরকলে। চেক্লা চোজ্রেবী চানা অহিং পুংজাদি লোইরকলে হায়দুনা চেক্লা

পেদো পেদো লোললকলে। থিংবাইনিংথৌ পাউহনচেক চেক্লো কাকতি অমুবনা মপল ফিবৌখোক্তা তোংলগা মমাই নোংচুপ ওন্দুনা পলেম পস্থৌ হৌরো চিনফু মাইতারো শুগদবা নথৌশুরো ইনুংঙাল্লে হায়না চেক্লে অরাক অরাক্লা কাক কাক খোংদুনা ইনুংশিংগোং য়াগকৈরকলে। চিংনুং চাদি তুনানবী লোইবী হেনবা অমুবী চরোয় তেতু খোংলকলে য়োয়মযাই অঙানবা ময়ুম থোংনান পাংগে হায়দুনা অঙান খিংখিং খিংগাররক্লে। থবিনা নেৎলগা থবাবনা কাল্লগা মীনস্মী থানস্মীহায় ইবুংঙো ইবেস্মা অনিনা মিনম থানমলবদি তাইবঙ নচা ননাইগী পুন্সি ময়েং তাগনি থবীমানা কাব্রিঙে থবা মানা বাংব্রিঙেদ ননাই " লয়নুংথরো অশৈবনা পেনা থাদ কোন চৈজিংয়েৎনপায় শমৈ অনি কারলনা শমলাং অনি লিরৌনা লিরীলুক য়াগকৈজরক্লে থাকল চোমলাংলৈনা হাইগৎচরগে"। ইবুংঙো ইবেস্ম অনিমক লাইপুংথৌ ৯ লাইনুরা ৭ মকসু চিংঙু য়াহৌবীরো খোইয়ুম হৌ হৌ হৌরো। মতম অসিদ মাইবীনা শরিক খিংলগ খুবাক অহুমলক খুদুনা লাইগী থাকল ফিনচিংবা হাইদোক্কনি পেনাগী য়াকৈবা থৌগল লোইরে।

মাইবীনা লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম লাইপুংথৌ ৯ লাইনুরা ৭ কী লৈহুন তমগনি। মথংদ মাইবনা অনম অহা কোক্কনি তাইরেন পোংফাই পায়রগা লায়শোন্নচিংবা শোনগনি।

উংহে উংহে উংহে নাহানোং কোরৌ মচিঙ্গ কশালাননংঙ্গ খাকপা পুরৈরোম্বঙ্গ পুরাংনগব খোম্মারোক্কী ওন্দেবা খোমারোক্কী হলবাইবা থোমনাং নানিংলোংবা ফেংগ্রইঙ্গ অবাং কৌব্রু অসুপ্পা য়ারক্তগী শিনথঙ্গ লয়তুম নুংতুমঙ্গ নুংমুংনুংঙোই তুরেন লাইজ মরুই কোরৌ অসাংবম ঙ্গদি বায়কেমই লাইয়িংথৌ সোরারেন মরিকপী মরিকপা কশা অশেম অশাহেবী পিপ্পায়বি খোংব্রাইবী শেমবীয়ো শাবিয়ো হাউং হায়েং।

উংহে ৩ কেয়োইগ মেগয়াইগ থৌরি থৌয়াল লাংগ থৌরি থৌদিল লাংগ থৌরিথবা পোংথৌতমলি থবামাবু লালনংদে নুমিৎ পোংথৌ তমলি নুমিৎমাবু লাশংদে য়াবাকোনখাংশাগী পোংথৌ মথং শিজগে কুমজা পালো থৌগে নোংজা পালো ঙান্নরে তেনরে হাউং হায়ং।

নাহাননোং মোংবাতুদেং খোংদেংনোং তুদৌখোংদৌইনোংগীবু থৌরিথৌ য়ানলাংবু থৌরিথৌদিললাংবু থৌরিথবা পোংথৌ তমলি নুমিৎমাবু লালনংদে থবা মাবু লালনংদে য়াবাকুংখাংশাগী পোংথৌমথংশিজগে কুমজা পালো থৌগে নোংজা পালোথৌগে ঙান্নরে তেনরে হাউং হায়েং নাহাননোং তেকপি মওকচা কাওরেন মশলচা কাইরৈমযেলচা তাওবম হুইচা পোংখুৎকাই শকাইবনা নমলম্বা লাকলম্বা

ফিজিফিনাতোন্না হূমলম্ববু থৌরি থবা পোংথৌতমলি য়াব্রাকুংখাংশাগী পোংথৌ মথংপিজগে কুমজা পালো থৌগে নোংজা পালোথৌগে ঙান্নরে তেনরে হাউং হায়েং।

নাহাননোং থৌবীতেং লোইবীতেং চকলৈঙন তাংলৈঙন উঙান্নঙে রাঙান্নঙে শিনশুঙে শানশুঙে চরোইনা খোংদমঙে য়াদ্রীনা খেকতমঙে হুইথৌনা চিফোংঙে কৈরেন্ন য়াথোকঙে লাইরেন্ন য়াওলঙে লাংমাইনা মৈহলঙে লাংমাই হিজি হিয়াথৌনা থিনগাইলৈ লাখাইঙে পুরৈরোম্বা অঙক অঙাওহৌ শীংকুপ শীংগায় হৌরববু মমাইবা তমপাক লৈহৌ মাইব লাংমাই লৈহৌ মাইবীনা তাইরেন মরোংম লোংবনা লাইজ খিকফেন চাইরবদা পুরৈরোম্বা মরোল থোকলে মরিথোকলে খুল থন্নলানথন্না নোংপোক নোংচুপ কোইনরে পাননরে শেংনরে চীঙু তিলকোকনরে খোইয়ুম লাইকোকনরে। পুরৈরোম্বসু তিলকোক লাইকোনরবদা ইবুংঙো ইবেম্ম অনিসু তিলনম্বা লাইনম্বা মিনম্বা থনম্ববু কোকলবসিদ নদাইরেম খুল পুক অচংবগী নমুয়ুমথোংদা তিলয়েংলম্বা লাইয়েংলম্বা পুম্নমক কোকচরগে হাউং হায়েং।

নাহাননোং খুনুংনা লৈনুংন পোকপীন পামবীন খুনুনা ঙানুনা নাহানা নুবিনা য়াহৌঙে ফুতোংঙে রানথোংঙে ফৌচুম ফৌরাথোক পুললাং লুরোইথোং লাইজ ইপাললাং ইমু ময়োলশং লয়রাই হুইচোলকা মচন মনিনতাও মোইথাপ মোইরেং মতাওঙে হৈকোই মশিংসু লাকয়েলফিফম ফাঙেগী শরোই লালোয় মতিননঙে পান্নরে শেংনরে তিললৈরগনো লাইরৈরগনো হাউং হায়েং।

অসুমতৌন মাইবহনবনা অনম অহাকোকই হায়রিবা লাইশোল অসি য়ামন শাংনলৈপ্রে লোইন ইজদ্রে অদুবু কংলে চকপা মোইরাং ককচিং হায়রিবা হরাউবা মখল মান্নদ্রবসু অনম অহাকোকপগী লাইশোনদি য়াম্না খেন্নবদি নত্তে রাহে রাতা থরদমক খেন্নবনি।

লোইরগা মীয়াম্না হে লৈনচিংবা পুরকলিবা পুম্নমক লাইদা মাইবীনা শরিক খিংদুনা কংলে। চীঙু ইবুংঙো লাইয়িংথৌ খোইয়ুম ইবেম্ম অনিগী নখোং খাদ নদাইরেমশিংনা চহি কুমজা অসি হৈকেং লৈকেংচরিবা অসি হৈরাং লৈরাং মপুং ফাদে হায়দুনা পায়মননুংহৌবীগনু তিললাং নখোয় শাওবীগনো পারি ইমোম শেংন খাইনহনবীগনো পুন্সি নুংশাংববু নমু য়ুমথোং খুদিং য়েলবীরমমো লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম অনিদ থৌনিজরিয়ে।

অসুম হায়না কংলগা মাইবীন লাইমাং ফমলগা লাইগী মপাও চেললে লোইরগা লাইমাংদা লা লতোন অমা থান্নগা শরেং অমা মম্নাদ কাবাক খল্লগা কাথোকহন্দুনা

থমলে চবান চফু অমা চেংহাপলগা থমলে ইন্নাল অমগা য়েনশাং মনা মশিং শুন থমলগা মাইবীনা শরিক খিংলে মাইবনা লাইয়েল শোন্দুনা শন্নেন কংলে।

চীংঙু ইবুংঙো হা খোইয়ুম লাইয়িংথৌ নখুল খুলপুকলেন অচৎবনা চীংঙুসনা নখোংখাদা শন্নেনহিংন কংচবসে চীঙু নমিং সনানা য়েংবীদুনা নাকোংসনা নিংথিবনা তবীদুনা খুংগী খুনাওতোন শোক্ল চনিং য়াফম তপ্পা লৌশিনবিয়ু হায়না কংলি। মৈথাং লৌন্নগা মৈহৌগনি চাকথোংলে খাবৈন ওৎপয়াদে য়েনশাং মথেলশুন থোংলে লোইন্নগা লাইমাংদ চফু অদু পুশিল্লগা মখুম হাংদোকলগা চাকমাইয়েংলে চনিং মচাং অনেম অৱাং লৈব লৈতবা অফ ফংত ময়ায় অমসুং চনিং ফমমেন্ন ৱাংবদি য়ামনা ফৈয়ে হায়না খংনৈ। চাক ময়ায়দা লয়িয় চংপগী খুদম লৈরবদি খুল অদু ৱাথোক লাছোক য়াম্মে হায়বা খঙনৈ।

চাক অদু থিদোকলগা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী চাকলুক অনি অনি থারে লাইবুংথৌ ৯গীসু লাইনুরা ৭কীসু চাকলুক থারে চাক য়েলশাং হাপলগা মাইবীন শরিক অমুক খিংগনি মাইবহনবনা লাইগী তেংথারোন শোনগনি -

চীঙু ইবুংঙো খোইয়ুম ইবেম্ম হা খোইয়ুম
লাইয়িংথৌ নুংবীশিদবখোংনেৎন নুংনাং নাদবা
খুদানবা শছোং মপুনিংথৌবা শান্নম কালবা
মহান্নাবা চাউবসু কোয়ন্নেন শাংবসু কোয়ন্নেন
নিংথৌবা ৱাংবসু কোয়ন্নেন নিংথৌবা কোয়ন্নেন
অহুম থক্ত ফম ফমলকপা লাইয়িংথৌ।
লোইদাম শজিবু থা কোন্নৌ নোংমাইজিং নুমিৎতা
খেলেন পুংঙোয়থোংবু লেপ্পা পানফরকপা হে
খোয়ুম লাইয়িংথৌ নদাইন্নেম নখুঙ্গও অচৌব
নমু তাইবঙ পুম্নমক্কা চীংঙু নখোঙখাদ লুকলেন
পামনা কংচবসে মিৎস্না নিংথিবনা য়েংবীদুনা নকোংসনা
নিংথিবনা তাবীদুনা লৌবীয়ু। লাইবুংথৌ ৯
লাই নুন্না ৭ মকসু লুকলেন পাম্নকংচবসে লৌবীয়ু
নদাইন্নেমশিংবু চেংফু মরিল তংতবা ইন্নান মরিল
কংদবা ফৌগৈ থনবা কাওন্নেন শঙ্গোল থনবা নমু
নাইকোন থন্নপানববু পীনবীন্নমমো লাইয়িংথৌ

হায়না তেংথারগা ময়াম খুরুমলে লোইরগা মাইবনা খুপাক অহুমলক খুরগা থকল লৈনা হাইদোকলে লাইদা কৎলিবা চাক অদু লৌথোকলগ চারে অয়ুক্কী থৌরম লোইরে।

নুংথিন্দ লাইহরাউবা হৌনব থৌরাংতৌরে অহানবা মাইবীনা লাইমাংদা জগোই ওকপা হায়দুন হান্নশারে মথংদ ফমনাইবনা শারে ফমনাইব ময়াম্না জগোই শারিঙৈদ মাইবনা হোই লাউগনি।

## হোই লাউবগী লাইরোল

হা হা হোই হোই য়াহা হা হোইয়াহা হা হয়ুতে
হে হয়াহে ইবুংঙোদি নিংথিরেদা। আ ইবেম্মনি
চুনৈদা আ চুনৈদা হেরাংসে শুনারাং পেম্মনিংথিবী
খিঙ খিঙ লৌজসে পায়ন খুৎতাপ পিনসে নুরা তাউজিং
হয়রানসে হে নাহাবা লৈগু মরুম খোইচোপ্পা লয়রাই
মরুম খোইহাইবা লৈতুম হন্ন পাউশবা ইপুন পুল্লাং
কায়রেদো শিংবিয়ো শিংবিয়ো শিংবিরোইবু হায়বরা
শিংবিয়ো শিংবিয়ো। পেম্মনংবু হনদেদা লৈপাক
শংদলৈবীদো লৈতুম হন্না পাউশাইয়ে নপনগী পুল্লাং
কায়বদি কুমসি মপাল শারগা নোংমৈ মহৈয়াল্লগা
শিংবিগে শিংবিগে। হাওগীন য়াংগেন লৌমনলাং
লৌমন্না পাম্মন চুমনলাং চুমন্না
লাংদা থুগনি হঞ্জরো পাম্মুব হল্লরোইনে
নুংশিবি ঈশিংবু শাইনা য়োৎপরা নুংশিৎপু লাংদথুবরা
লিনবুশৌনা য়ুবরা কৌজেংবু তেন্ন পানবরা তুমিৎপু লম্বুনা
থিনবরা ঐনা ঙমলবদি চীংখঙলৈ হৌব কাচিন্দ হৈবীবোক্কী
তুথুপ্ত নমদুনা লৌথোককে। নমলগা মথোই কাবনি
চুপলগা মহাও চম্বনি য়ারৌদগী শঙাইনা মচিকেক্রু থোকতরি
কোংবদগী ঙাখানা পোলাংকানক লাক্তরিয়ে ললহান
পুংগী কাকফেনা মনাহুমাইশাদ্রিদো তোকপমগী ঙমুনা খোইজু
তোলোং চীনদ্রিদো অসুম হায়না খুবাক খুদুনা
হো য়া য়া য়া হায়না হোই লাওই।

হোইলাওবা লোইরগা অমুক লৈমনিংঙোল ময়াম থোকতুনা লাইগী থৌগল লৈম জগোই লৈতায় নোংদাই জগোইশারে পেনাসু খোংলে পুংশেন্নচিংবা য়েরে। মথংদ কনাগুম্বা মীনা মরন্নাই জগোই হৈজবকয়ামরুম শারে লোইরগা মাইবীন লাংথ্রে মতোন অহুম অহুম খুৎয়েৎ ওয়গী খুরক্তা য়েপলগা লাইচিং জগোই লাইপৌশান্নবা হৌরে। মাইবনা লাইমাংদা লেপলে অশৈবন পেনা পায়দুনা খোংলে লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম য়েৎ-ওয় কায়দনা পরেং অনী লেংলে লাইয়িংথৌ থৌগল মশিং ব্রাৎতনা মাইবীন মকোক থংন লেপলে অদুগা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা মাইবনা হোইরৌ লাওরিঙৈদা নখোং নখুৎ লেংগনু হায়না লাওরগা লাইবুংগী অব্রাংলোমদা লেপ্তুনা লৈরে। মাইবহনবনা হোইরৌ লাওরে অশৈবনা পেনা খোংলে।

## হোইরৌগী লাইরোল

আ আ হোইরৌয়েন আ হোইরৌন হোইরৌএ হোইরৌহে নগেদা হোইরৌনে লাইয়িংথৌ আ আ ই ই য়া হোইরৌনে হয়ুম। আ আ হয়ায়েন হায়না হয়ায়ে হয়াহে নগেদ হয়ানেয়ে লাইরেম্ম য়োয়বুবি আ আ ই ই য়া হয়ানে হয়ুম আ হয়িঙৈদা নোইবদি মৈনব্রায়না নোয়য়ে তাংনশম্না নোয়য়ে লমলেল মদায়মদ নোয়য়ে। মাইবনা হয়া লাউরকপদা মাইবীন মখুৎ য়োমদুনা নোয়গনি খোঙথাংদুনা চৎলে। লাইপুরিবা থৌগলগী মীসু চৎলে অমুক কোয়বা থুংলে অব্রাংপাংনা লাকপনা মারজিংগী ঙমখৈদগী মাইবীনা হকচাং শানবা লাউবা হৌরে। হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা লয়শিজগোই শারসে ময়াম্না শারসে খুম্মে জগোইশানা শান লাকপনা শম্ভোংদগী উপলয় লয়গনি অমুক মাইবীনা লাউরকলে লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা খোয়দৌ যমি.য়াৎসে পায়রে। ময়াম্না পায়রে খুমলে অসুম্না লাকপনা লব্রাই শারসে হায়রে লাইমাং হেক মৌরকপদ লাইখুরুম্বগী মওংদা ঙকনোনগনি মথংদ কোক্কীচিরা শাগনি লাইপক পায়রগা শাগনি জগোইগা কোন্ননা লেপ্তুনা শাগনি। পীশুম শাগনি মিৎচি শাগনি নাখাং নাতোন নাকচি খজাই নাতোন শুমাং চিনবান মথক মখা নাকোংচক্রা লুখম শাগনি। মথংদা খৌরি লেংজুম লেংদোন লেংপাক পামবোম খুনিং খুৎপোম খুজেং খুৎনম খুপাক খুজেং খুবী খুৎনাউ খুজিন খুপাকময়ি হাপ্লা খুদোনগী ময়ি হাপ্লা খুৎচা তরাশুনাগনি। মথংদা য়াং থবাক ঙানফম থজিনলকা চং খ্বাং নিংজোন লয়নুংথোংলোন তাইবঙ মীপোক লম্বী শাগনি। মথংদা কময়া ফৈগল ফৈরু ফৈবোম খুকউ খুরায় খুবোম খোঙচেং খোঙপাক

খুমিৎ খোঙনিং খুয়া খোঙবী খোঙশাতরা খুজিন তরা হাপ্প শাগনি। মথংদ হকচাং লাংপুম্বা অতিয়া শিদবদা থবায়নিবা তাইবঙ থবায় হাপ্পা। মথংদা মাইবীন অমুক হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম মনাইশা হৌজিক্তি থবায় মিহুন তম্বা লোইরে তাইবঙপাল থোককে হায়রকলে কুমশিং থাংশিং লোইদাম থাতরা শুরকলে হায়রকলে।

হকচাং শাবগী থৌরম অসি য়াম্না কুপ্নলৈ তাইবঙ হকচাংদ লৈরিবা খুৎচা তরাগী তাং তাং পাললিবা খোঙচা তরাগী তাং তাং পাললিবা অসিগী ময়ি অসি জগোইগা কোন্নলা শারবদি খুথেক চহুম হুমফুমরি শুই। য়ামনা কুপনা ইজদ্রে খরদমক ইজরে। ব্রাঙ্গোল শংশারো শারে হায়না খুম্মে অদুদি ব্রাঙ্গোল শংদা চংলশি চাওল নাউওললে সনালিফক লিফম পুশিললে লাইজ্ব তরংহৌরে ঈশিং য়াব্রা তারে মাইবীন লুনাউ ওল্লে লুথোংলে অঙাং তাগদৌরে পোকলে ব্রাকথৌ পায়দুনা খোয়রি ককলো হায়রে ককলে খুমমে খোয়রি নাউফম ফুমমে অঙাং ইরুজরো মচুম তৈথোকলো ফিনাকোনশিললু পঙৌ মপানা অঙাংগী নাকোংদ মিংলেন পীহললে খোমলাং পীথকলসে য়েংকী খোমলাং হান্ন পীথকউ ময়ামনা পীথকলে খুমলে নোংম নোংমহৌখিবনা অঙাং চাওরকলে অঙাং চোংলসে সোরারেনগী মপারি থবিনা কারিঙে কাহৌরো নুমিৎনা ব্রাংলিঙেদা ব্রাংহৌরো তিং তিং চাউরো মপাগী পারেপ ফংহৌরো মপুগী পুরেপ ফংহৌরো তিং তিং চাউরো চাউরো শাংলো। অসুম হায়না অঙাং চোংবগী মতৌ তমই মাইবীন লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম মনাইশা অঙাং চাউরে পারেপ পুরেপ ফারে চাউরে ব্রাংলে হায়না লাউরে।

***মতাং অসিদা অহানবা মাইবনা শকখিবা অনোইরোল অদু ইজরি-***

লমলেন মহৈচীংদ মহৌনফাইবোকচীংদা কোন্দে খুচুম মাইবা ফোয়দিং ঙা তাঙ্গাল চনু তাঙ্গালনুবী ফোয়দিংঙা আ হয়িঙেদা নোয়ববু মৈনব্রায়না তাংনা মনা নোয়য়ে লমলেল মদাইমদা নোয়য়ে খোঙথাংবা চীঙু কংলৈ মসুমাংদা কেগে পুংদা নোয়ববু কেগে থৌগা নোয়ববু খুনফমথৌগা নোয়য়ে ফমদৌ মঙাই রোইগা নিংথৌমহি শাংগা ঙাইরোইননা নোয়য়ে। মশানৌগা নোয়য়ে কেগে লৈমা অঙনবী য়োয়বু শংগল অশেশ্বী য়োইনাউলৈমা ব্রাইরৌলি থাংজিং য়ুমলেন লৈমা চংলম ফানশাং হেন্ন তেননৌ শঙ্গায়রোল মথংপুলাং থাতেকপী খোংউপ মব্রায়থোইবী নোয়বী কোয়রেন ওকশাংতু ওকশাং শায়াং তেককুম্বী শীংঙেন লৈশেম তনৌবী ক্রুশুং তাইপলচুম্বী পানালাগী তনৌবী য়োয়বু চরনতমবী ঙাঙোই থাঙ্গা নিংঙোনবি হে পুমনমক্তুনা ঙাইলোইননা নোয়য়ে। মালেম পাকনবা নোয়য়ে।

কেগে থাংজিং কোয়রেললাই পালোই তানবা লাইয়িংথৌ কেগে থাংজিং নকাইফম খোইয়মনংগী নহিশাং চীংগু নংগী নঙাইরোই হে পুম্নমকপু চীঙু নতেফমদ খোইয়ম নকাইফমদা মোংবয়ুমলেন কাদি য়ুমনিং কান্না কৌববু মোংব য়ুমজাউরেন্দ য়ুমজাউ কা মাপলদ কামরেন্না তেংথাগে য়ুমমাং কানতাদবা য়োয়বু কোইমোম লাইরেম্ম ফুলেল লৈমলুচাওবী নাকথা লৈমা পাউদোইবি মোংব শারোংকাদ শারোংলপলেনকাদ শারোংলপলেন কাদ মপারি অমাশাংলে ঙাঙোই অমপোমলে পোকলে। ঙাঙোই খুনিংথৌদুনা ময়ুম কুমবু কমশারে থাংজিং কুমবু কুমশারে মশানৌগা নোয়য়ে ঙাঙোইবীগা নোয়য়ে লৈমাবীগা নোঁয়বদি ঙাঙোই হয়না চাউবা হে খুনফমথৌগা হে পুম্নমক্কা পাক্ল তাইনা নোয়য়ে। কেগে খুনিংথৌদুবু থব্রায় চাউনবা নোয়য়ে মিরেন ফানবা নোয়য়ে মীরেন হামচংতববু মোইরাং পুম্নমকসু মোংবা য়ুমলেলনুংদা শারো লপলেনকাদ হোংনেম লৈপুনশিবু চারোন মঙা তানফংলৈ শুরোন তরুক লোনশিন্নে হেলৈব্রায়না হৌরে। তয়ুম ইব্রাক লৈশু ইমায়নোংলেনপাংনা নোংলেন লয়ন পাংন হোয়ি হায়না তেংথাগে হয়া হায়না পোংথাগে ঈমা লয়মরেন শিদবি পিয়াইনুগী শমলৌ মৈ পিশুম শমলৌমৈ হোইরৌনে হয়ুম। মতাং অসিদ অনোইরোন লোইরে।

মাইবীন হকচাং শাগংপলোইবগা মাইবনা অনোয়রোন শকপসু লোইলিকপগা লোইননা লোইশিললবদা মাইবীনা লাইনুংদা চংদুনা অহানবা লাইপৌ শান্নবা হৌরমদাইদা লাংগ্রে মতোন খুরক অনিদা য়েপখিবা অদু লাই অনিগী তমপাক্তা থমলে। মাইবসু অনোসরোন শকপা লোইবগী লাইদ হন্‌জিনলে।



· মথংদা মাইবগী তিনলু লাইরু লাইরেন মথেক চৎকনি। অহানবা লাইপৌ শান্নবদা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী পরেং অনি অদুদি তোকপা য়াদ্রি মাইবনা অমা মকোকচীংলগা অৱাং পাংন লাকপনা নোংচুপ য়ৌরে নোংচুপ্তগী লাইমাং তমন লাকপনা নোংপোক লাইমাং য়ৌরে অদুদগী লাইয়িংথৌগী পরেংনা য়েৎলোমদ লয়দুনা চৎখ্রগা নোংপোক ঙমখৈ য়ৌরগা মায় অৱাং পাংনা লেপলে। লাইরেম্মগী পরেং অদুনা ওয়রোমদ লয়দুনা চৎখরগা নোংচুপ ঙমখৈ য়ৌরে। নোংচুপ্তগী য়েৎলোমদা লয়দুনা চৎখ্রগা নোংপোক ঙমখৈ য়ৌদুনা মায় মখা ওন্দুনা লেপলে। লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী পরেং অনি য়েৎ ওয়কায়দনা লৈরিবা অনিগী ময়াইদ মাইবনা লেপলগা লাওরকলে হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা লৈপাক মরা তপ্লবা খুলচাও লৈচাওনবা চাহোং ঙাহেংনবা কাওরেন শললাইতাদনবা নমু মীরাই তাদনবা পুন্সি নুংশাংনবা লাইয়িংথৌ খুপাক লাইরেম্মনা জগোস শারগা মপা মপা য়া য়া লাছোক্লসে হায়রগা লাছোক্লরে লাছোক্লবগা লোয়ননা হো য়া য়া লাউদুনা অমুক মপা মপা য়েৎ ওই লাছোকনরে মাইবন অমুক হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম মনাইশা লাইয়িংথৌন খুপাক খুরগা অৱাংপাংন চংশিললে। লাইরেম্মগী পরেংনা জগোই শান শানা চংশিললকপনা লাইমাংয়ৌরে পরেং অনি অদু মাইয়োকননা লেপলে লাইয়িংথৌগী পরেংন খুপাক খুরগা তাললে লাইরেম্মগী পরেংনা জগোই শানা শানা তুংলোমদা হনতোকলে। লাইয়িংথৌন অমুক জগোই শানা শানা হনতোকলে লাইরেম্মন খুপাক খুরগ অমুক চংশিললি অশুমতৌনা তানথোক তানশিল অহুম মরিরক তৌই। হায়রিব মতম অসিদা হো য়া য়া হো য়া য়া হায়বসি লেপ্তনা লাউগনি লোইরগা অমুক পরেং অনি অদু কায়দনা অৱাং পাংন লয়দুনা লাকপনা মখাগী ঙমখৈ য়ৌরে। য়েৎওই কায়দনা অৱাং পাংনা অমুক লাকলে অৱাংদগী য়েৎলোমদা লয়দুনা চৎখ্রগা মখাগী ঙমখৈয়ৌরে অমুক লয়রকপনা অৱাং য়ৌরে মাইনোংচুপ ওললে অদুদগী অমুক লয়রকপনা অৱাংয়ৌরে মাই নোংপোক ওন্নলেপলে। মাইবনা অমুক লাউরকলে হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা ময়ামন হাউ হায়ন খুমলে কাককৈ ফৌকৈ থন্ন পান্নবা চাকহোঙ ঙাহোঙনবা পারি ইমোম ফংনবা পুসি নুংশাংননবা লাইয়িংথৌ খুপাক লাইরেম্ম জগোই শানা শানা মপা মপা লাইল লাইল চোঙগ চোঙগ থাংগ থাংগ চুঙ্ চুঙগ ফিরালগ ফিরালগ তাগ তাগ হুমাইগ হুমাইগ কাওশেল শেনপোৎ লাইপোৎ মপা মপা য়া য়া লাউরগা লাছোকনসে ময়াম্না

হোয় লাহোকনসে হায়ন খুমলগা লাহোকনরে অমুকসু য়া য়া লাউরগা তুংগ তুংগ হনতোকনরে লাইয়িংথৌগী পরেংন খুপাক খুনা খুনা চংশিললকপনা লাইমাংয়ৌরে লাইরেম্মগী পরেংসু জগোই শান শান চংশিললকপনা লাইমাং য়ৌরে লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম অনি মাইয়োক্লরে লাইয়িংথৌনা খুপাক খুন খুন তাল্লে লাইরেম্মনা জগোই শানা শানা তুংহনথন চৎলে অদুদগী লাইরেম্বন অমুক তাল্লে লাইয়িংথৌন অমুক হনতোকলে লাইয়িংথৌনা খুপাক খুরগ য়া য়া লাউনা তাল্লে লাইরেম্মন হনতোকসে। অদুদগী পরেংকায়দনা অমুক লাকপনা শহোংয়ৌরে শহোংদগী অমুক লাকপনা চীংখেয়ৌরে লাইয়িংথৌ ওইরোমদা নৈশিল্লক্লে লাইরেম্মনা য়েৎলোমদা নৈশিল্লগা লাকপনা শহোংয়ৌরে। অমুক লয়রকপনা চীঙ্খে য়ৌরে অমুক লয়রকপনা শহোং য়ৌরে অমুক লয়রকপনা চীংখেয়ৌরে লাইয়িংথৌনা লয়বগুমনা লাইরেম্মসু লয়গনি অসিনা চীংখয়গা শহোংগা চৎপনি চীংখয়দগী লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম অনিমক য়েৎওই কায়দনা লয়রকপনা কৌব্রু য়ৌরে অমুক লয়রকপনা ৱাংব্রেন য়ৌরে অমুক ময়রকপনা কৌব্রুয়ৌরে অমুক লয়রকপনা ৱাংব্রেন য়ৌরে ৱাংব্রেনগী ঙমখয়দগী মপানলোমদা অমুক লয়খিবনা কৌব্রু য়ৌরে অমুক লয়রকপনা ৱাংব্রেনগী ঙমখৈ য়ৌবে অমুক লয়রকপনা কৌব্রু ঙমখেয়ৌরে লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম অনি কায়দনা লয়বকপনা শহোং য়ৌরগা লেপলে। মাইবনা অমুক হো লাইয়িংথৌ লাইবেম্মগী মনাইশা চাকহোং ঙাহোংনবা খুঞ্জাও নৈচাওনবা লাইগা লাইগা চোংগ চোংগ থাংগ থাংগা কাওশেনগা কাওশেনগা ক্লাকোক্ল ক্লাকোক্ল খুদৈশেনগা খুদৈশেনগা খর খর কেক কেক থেংনরগা লালথোকনরসে হনতোকনরসে লানথোকনরগে হায়না লালথোক্ল রে অমুক লয়নরসে হায়না লয়নরে ঙকনোল্লমলে। অদুদগী অমুক লাকপনা ৱাংব্রেন ঙমখৈ লাইবুংগী চিথেক মৈরম থংবা অদু য়ৌরকপদা মাইবনা অমুক লাওরে হো লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম মনাইশা চীংঙু ইবুংঙো খানচাওবা ৱাংবুরেন খমনুং শৱায়াংথৌরম থোংনাং মোম্বী চীংনুংহুৎ লাইজ ঈথোঙ লোল্লীবা লেমলৈ ঙাথোঙথিংলিবা হুপলেল তালোয় মাপলমক্কা থৌদুনুংপাক মথক্তা খোইয়ম লাংঙোল ফরকপা পীগুময়েকপা খোংজিয়ানবা শরেংতাংখম য়াদচিকলিবা চীঙু ইবুংঙোগী মরমখৈদা ওল্লগা মদাইরেম খুঙ্গং অসিগী খুঞ্জাউ লয়চাওনবা চাকহোং ঙাহোংনবা পুন্সি নুংশাংনবা লাইগা লাইগা চোংগ চোংগ থাংগ থাংগ খুদৈশেন কাওশেন ক্লাকোকা

কেক কেক থেংনরগা লাছোক্লুরসে হায়রগা লাছোক্লুরে অমুক লৈরক্লে ঙক নোললমলে লাকপনা চীঙখৈ রোমগী চিথেক য়ৌরে অমুক লেপলে মাইবনা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা মীয়াম্না হাও হায়না খুমলে চীঙু ইবুংঙো নোংপোক ব্বাইরংমার থাংমাই হনবা মরমখৈ অসিদা খুঞ্জাওনবা লৈচাওনবা মথক্তা হায়রিবা অদুগুম্না থাং চোং কাওশেন ক্বাকোক কেক কেক লাছোকনরশে লাছোকনরে অমুক হন্তোকনরে। অমুক লয়রকলে ঙক নোললে অমুক লাকপনা কৌব্রু পাংবা চিথেকয়ৌরে লেপলে মাইবনা লাইয়িংথৌ লাইরেম্ম মনাইশা চীঙু ইবুংঙো অব্বাং কৌব্র অশুপ্প মরমখৈদা অমুক খুঞ্জাও লৈচাওনবা থৌথোক চাকথোক হেন্নবা মহয় মরোং চুমনবা মথক্তা পনখিবা অদু হায়রগা কেক কেক লাছোকনরশে লাছোকনরে। অদুদগী অমুক লয়দুনা লাকপনা লাইমাং য়ৌরে অদুদগী লাইরেম্মগী পরেংনা চিংখৎলগা মাংথারে লাইয়িংথৌগী পরেংনা তুংথংলগা লাকপনা শছোং য়ৌরে শাবল থোনবগী তুথুপচৎলে মথংদা নোংলৈ ইরৈ লয়শিনবগী তুথুপ চৎলে অমুক লনথোক্নি অমুক লাকপনা ব্বাংব্রেনগী চিথেক য়ৌরে শাবলথোনবগী তুথুপচৎলে নোংলৈ ইরৈ চৎলে হায়রিবা তুথুপ অসি চিথেক মরিমক চৎকনি মথংদা কৈথেন অচৌ কাবগী তুথুপ চৎকনি মথংদা তিল্লু লাইরুশাবগী তুথুপ চৎকনি মথংদা চোংখোংয়েৎপগী তুথুপ চৎকনি মথংদ কোয়দুনা লাকপনা লাইমাং য়ৌরে। ঙশাইমখৈ চৎলিবা মীয়াম অদু য়েৎ ওই কায়দনা কোয়দুনা লাকপনা নোংচুপ থংবা চিথেক য়ৌরে অদুদগী খুবাক খুরগা জগোই শানা শানা পরেং কায়দনা লাকপনা লাইমাংয়ৌরে লাইয়িংথৌগী পরেংনা মাই অব্বাং ওন্দুনা লেপলে লাইরেম্মগী পরেংনা মায় মখা ওন্দুনা লেপলে ময়ায়দ' চোংমরি পুশিন্দুনা য়ুংলে ফি খললে নিপা মরিনা ফিজিমরি পায়রে মাইবীনা চোংখোঙলিৎলে হায়রিবসি মাইবী অমনা লাইয়িংথৌগী ফিবুল পায়রগা য়েৎথংব থোংখোংলিৎকনি অমনা ওই থংব লাইরেম্মগী চোংখোঙ লিৎকনি লোইরগা চোংখোঙ মরিদা মাইবীনা ফিবুল অমমম পায়দুনা ফিবুল চুনগনি চুনরিবা অদু লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী শকতমনি শান্নবা মতমদা শছোং পাংবা চোংদগী হান্নহৌরগা শান্নগনি মথংদ চীংখৈপাংবা চোংখোংদা চুনগনি। মথংদা মৈরম থংবা চোংখোংদা চুনগনি মথংদা কৌব্রুথংবা চোংখোংদা চুনগনি। চুনবা মতম অসিদা মাইবী অমনা নিপাগী শকতম শাগনি অমনা নুপীগী শকতম শারগা ইশৈ কয়া মরুম শক্তুনা জগোইগা কোন্ননা চোংফনদুনা শকই।

## ঈশৈ

থং থং থংনরো রোশো থংনরো থাংজব লৈকাই
খুরায় লৈম রোশো থংনরো নোংমাইজিংদ
উয়াললে খোঙদা য়ুহারহারেদা নুংশিকপোইলে।
নুরাবীগী পামমন্দ লৈরাংনা ঙাংনা
শাৎপদি ঙাংনফজরে। হল্লহৌরোদা হাওপাখং
হলহৌরোদা হাওপাখং ও হলহৌরো
ও হলহৌরোদ। হল্লরোইদা ইবেম্ম
নংনা পাম্মী হায়বগী ঐনা লৌগে হায়বনি
নংনা পামদে মতোকচৌ ও হল্লরোই
ও হল্লরোই হল্লরোইদা।

অসুম হায়না ইশৈ কয়ামরুম শকলগা চোংখোং লিৎপা শান্নবা ফিবুল চুনবা লোই। মথংদা খল্লীবা ফি অদু লৌথোকলগা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী ফিবুল অনি অদু য়োমশিল্লগা মাইবীনা নংগলদ পোরে অদুগা জগোই শান শানা লাইরোমদা অহুমলক চংশিল্লগনি অহুম লক হনতোক্কনি অনিরক অহুমলক চংথোক চংশিলতৌরগা লাইকারে লাইয়িংথৌগী ফিবুলনা লাইয়িংথৌগী তমপাক্তা থমগনি লাইরেম্মগী ফিবুলনা লাইরেম্মগী তমপাক্তা থমগনি অদুগা কল চোল্লাং হাইথরে নোংমগী লাইশান্নবা লোইরে পেনানা নাউশুমলে।

মথক্তা হায়রিবশিং অসি তরানি কুননি থা অমা হারুরবসু থৌরমশিং অসি কায়দনা তৌই। অদুগা লাইরোই নুমিৎকীদি লাইশান্নবা লোইরগা অহানবদা ঙা হিংনা শরেন কৎলগা লাই পুমলোয় লোইরগা ঙমুগা শিংগা কুপনা শুগাইরগা থুমহাপলগা লাইয়াম পুম্নমক্তা কৎলে মতম অসিদা মাইবনা লাই বাফোংবা হায়না লাইরোল শকলে।

চীঙভু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ য়োইবু খোইমোম লাইরেম্ম নকুমগীদি কুমগাওদ নথাগীদি থাগাওদনা কোংবী কোংয়াংপান কোক্লেল লুশিপান মেলৈ শেরাং পান লৈশোক থোংগমপান লৈরি থম্বালপান চীংহাও লৈশংপান লাংনা লাংতোনপান ককলৈ চোমলৈ পানগীবু নদাইরেম খুনজা পুম্নহৌ নাইজপাক্লা তাইনা খোইয়ম সনা নখোঙখাদা চরৈমকা ফোং মাললৌ মীমাং তাক্লা লয়রেন নোংলেননোই অহোং অথৌ পুঙ্গি নুংশাংনোই

শুপয়াই খোইয়াই চীংঙু খাদা নোয়জববু খোইয়ুম নথৌচান চীংঙু নরন তুনা কুবিদুনা নতাইরেমশিং পুন্নমকপু হৈনাচংনা করকয়েক্লা মীচিল মীপাও খুজিল নাইজিল শিংজিল শৌজিল ব্বানা ঙৌদোং কানবা শৌনচিংবা পুন্নমক্তি থারে লেমলৈরমদ মালং চৈরোয়ননা লাইজ কোংগোল ইরোয়ননা ফেনদোকপিরমমো চীল লুনবী খোয় খাওনুংদা শেনগী চাদুম নম্বগুম শঙ্গাই খোককুম চাজল চেংনা চনবগুম্লা চানবিবমমো।

অসুম্লা লাইরোল শকশোনদুনা খুরুমলগা লাই লোইশিল্লো। নোংগাবা লাই নত্তবনিনা নোংগারোনদি শক্তে মথংদা মাইবা অহুমনা শিংনাং পায়রগা হিজললে লোইরগা লাইদা থোললিবা ফি হায়বদি শেৎলিবা অদু লৌথোকলে অদুগা কোন চুন য়াইচল্লে অসুম্লা লাই হরাউবা লোইশিল্লি।

থাংজিং হরাউবা অমসুং হৌবা লোইবা চহিগী লাইগী থৌরম তৌবদা থাংজিংগী মীংখৈরোন অসি শকশোনদবা য়াদে। তেংথারোন হয়িচা হয়াহে খোইয়ুম লাংবুম অরিবা চীঙুনতিক নথান হা মালেম লৈশেম লৈহৌবা নোংথৌরোন অখেবা মালেম লৈথক লয়খাতুবা লৈশেম চৈহৌবা তাইবঙ অঙান পালগী য়াইবীরেন হৌরকফমসু মাওইবা অচং অশি থোকপু চৈথাপিরিবা পছুং পলোইফম অশুপ্পা চীঙু নতিক নঙান অহকপবু পথাং য়াওরৈ মেননা শাইয়োনবদি তৈয়ুম ইব্রাকমনা তেংথাঙমলোইয়ে লাইয়িংথৌ। হয়িচা হয়াহে হোইরৌ হয়া হাহুংনা শৈহৌবা কেগে খোইরা ঙাংঙোই লৈশেম চৈহৌববু খোইয়ম শায়োল য়াম্বা য়াহিপ পোকলেল অরুবা কেগেদি ময়ন্দাইরেন্দ মোংবা ময়াই মরাংয়াইদা থৌদুনুংগুম্লা হান্নখিলহৌবা চেংজা অদুগুম্ববু হা মালেম থৌরৈঙম্বা লাইয়িংথৌ। কেগে খোইরা য়েলহৌঙৈগী য়াইবি পোকলেল অরুবা ঙাঙোই লাইজিং চৈহৌঙৈগী চীংঙু কোরৌ নোংমতোন হনবা তখেল লাইজিং ফম্বা ময়াং শগোলতোংবা পাঙল তমপাক কোইবা চীঙু মহুইনিংথৌ মহুইতোম্বা শরেনচীংগী চীংমৈদা সনাগী ফম্বাললাংদা ফম ফমলিবা লাইয়িংথৌ তলাপামেল উথম্বাল নমঙানবা নুংবীশিদবা খোঙনেৎনবা নুংনাংনাদবা খুদানবা য়োৎপাক পলপাকলোইবা য়োৎলোল পললোলখাবা ইশালমশা তোকপা য়ারৌ শাত্রুক কাংত্রুক শরোইবু কোম্মা তৈনা কোনথাবা শছোং তাছোংমপুনিংথৌবা শারম কাম্বা মহারাবা য়াইবি পলোইতানবা খোইয়ুম লিথিকোনথি কোমা তৈবা কোলখাবা ককলেল মরাকোনশিবা ঙানু খুনু কোল্লোইবা লোইদাম শঙ্গিবু থা কোরৌ নোংমাইজিং নুমিৎতা খেল্লেনং পুঙ্গোই থোংবু লেপ্পা পানফ-কপা

লাইয়িংথৌ ময়ুম কেগে মোইরাংনা মেললৈবু লৈম্না কৌয়ে মেললৈ লৈম্না নুংজুমপাল কদাম্বদি লৈনুংশি পামেল শয়িথেনজাও উফৈথক্তা মুবা খুমুঙাংদম হল্লকলবদা খোইয়ম উনদি পুক্লিংলৈনা নিংপাম্বাকে অঙৌবা কৈয়াংথক্তা তোং মোইগাইয়েৎ ধজনদি ম্নাচোংলেন খান্ন চুপফাং য়ারৌফাং লৈশংলৈঙৌ খৌওন্ননা কাংহৈমিদম মরেংহৌ হুমাই কাণ্ডপ মরাংহৌন মোংবঙাংখ ময়াই খায়না হা মদোম খুণ্ডমলকপা লাইয়িংথৌ। মশানৌ ইবেম্ম তুম্ফালাইরেম্মা হাওরৈ খা থংবদা ব্রাওনবী ইরিক কোংবালনিংথৌ চনু তুবেন লাইজ ইরাই খনবী খোঙজং লৈমাই খনবী ঙাংখ লমমিৎচুম্বী পোইদিং নুরাহাবু কোলোইনবা য়াব্রা লমগাইহৌরকপি মালেম শেকনিং লৈখৈগী লৈপাক খোং শাবী হাওশম শেক্লিংমাল লৈপাক হিংগাইনম্বা তিংগোং লাইশ্রবিগুম মতম য়াহিপপি লুপাগী কিয়াংলৈ হুই ময়ুবন ঙাইথোংনবিগা খুগা চংবিলৈতানপোক অরেংকাইবা লেংনকাইবা উৎমৈরোম লৈদোংবমনা শনজিংফম খুগাবনা লৈহৌরমদগী লমগা হৌরকপী নুংবাল লৈয়া লৈমা লমশন থানবী কাঙ্গু লৈহাও পোকপীদা থাংমৈ মাপল থাললিবি ফান্দ্রা মৈমাং ফম্বী পশেৎলমলোই তালবি চীংশানৌ নতৈননাউ অহুমমকসু মুংনুং শুনা থাংজল লংগুম্না শিংজিন্না থৌথাবা পামেন কেক্রু মরুগুম থাংঙোলবা পাঙহল থারুক মেন্দংলৈবু তানা খনবা হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌও নদাইরেম পুম্নমক চাহোং ঙাহোংবা পুন্সি নুংশাংবা ব্রাথোক লানথোক্তবা শাপাও লানপাও লাক্তবা মহৈ মরোং চুম্বা নমুমীরাইদবা কাওরেন শল্লাইতাদববু ললকুবীরমমো।

অসুম হায়না থাংজিংগী হরাউবদা তেংথারোন অসি শক শোললি অদুগা মুক্না লমজেলদি লাইলোইগনবা নোংমব্রাৎলিঙৈদা তৌই লমজেলনা হান্নচেম্লি চেনবা লোইরগা মুক্না শানৈ হায়রিবা অসিগী মমিংনা লোকখুবা লোকলেনবা হায়না কৌয়ে।

মোইরাংগী থাংজিং হরাউবা অসি মখল অহুম শুই কুম অমনা খোংচিংবা, কুম অমনা লমথোকপা, কুম অমনা য়ুম ফম্বা হায়না তৌই। খোংচিংবদা তৌগদবা থৌরম দোলাই তরাতরেৎ অসি পরেংলেংলগা থৌরি অশাংবা অমা তিংলগা থৌরি অদুগা দোলাই মখোঙ অদুগা পয়য়ানা পুনগনি দোলাই খুদিংগী মাংদা লয়কাই লয়কাইগী মীশিংনা চোং ফিরান থাং অমসুং তা কাওশেন ফিদানচিংবা দোলাই খুদিংগী মাংদ চৎলি অদুগা লাইশং মনুংদা ফমদেংলিবা লাইপুম্নমক দোলাইদা লেংখৎতুনা হাপই মতম অদুদা মাইবশিংনা শিংনাং পায়রগা ঔগ্রি লাইরোন শকই।

ঔগ্রিও কোললোএ মালেম হৌঙেগী কোললো
লৈগ হৌঙেগী কোললো কোরৌহৌঙেগী কোললো
লৈমাই তেমঙেগী কোললো পোংলৌ
তোন্না কোললো লৌথিবনা কোললো চাখাবীগা
কোললো খোঙজোমবীগা কোললো
কেগে থাংজিং কংলৈ মশুমাংদা কোললো।
ময়াম্না হেংগেল কোললো হায়না খুমগনি
অসুম হায়না মোইরাংগী থাবয়াব মখে থারগা শকই।

শকলিবা লাইরোল অসি লাইমাংদগী হৌরগা দোলাই ময়াম অদুনা লাইবুং অদু অহূমলক নত্রগা মঙারক কোয়বা ফাওবা শক্ত শক্লা চৎকনি। মথং শৈশক অমনা - খেনচোরে খেনচোরে খেনচোলাংমৈ খেনচোরে। অথিংকোরে থিংকোরে থিংকোলাংমৈ থিংকোরে লাইরেন কোকপা থিংকোরে। পুরুমমা-পুরুমা লিখাও খাও ককয়েল খুজিল চু চু অচিচিরো চিচিরো হমেংখেনচো মখেনচো খেনচো লাংমৈ খেনচোরে ইবুরোই চনিংলোই নকা ইকা খোংয়িল্লোই খোইনিংও তুথরো নাৱা ঐনা খুনজগে থোইদিংও মকেরে কবোক ও মকারাম হংগাম মুবালিয়ো লিয়ো লিয়ো মনিং মমাং হাইরৌনা খুপাক হাইরৌনা হংগেনকোরো খিং খিং লৌজসে পায়না লৌজসে য়ারৌদগী শঙাইনা মচিকেক্রু থোকতরি কোংবদগী ঙাখানা পোলাংকানপ লাক্তরি তোংবমগী ঙমুনা খোইজু তোলোংচিন্দরি শুক্রা মপানশাদরি য়াংকোকনা মহে য়ানদরি ইতাখোয় চৌরাখোই শগোলচেনসে লানজেনসে উরানচীংদোন লোমলুসে লাইথরোই চাকখাংসে খাঙলাপোৎপু পুরুসে খেনচোরে খেনচোরে।

অসুম হায়না খোংচিংবা চৎপা অমসুং হললকপা ফাওবা লেপ্তনা শকই অদুগা লমথোকপা চৎপদদি মথক্তা হায়রিবা শৈশক অসি শকনদে দোলাইদি য়াওই থৌরিদি পুনদে লাইশান্নবা হৈথা লৈথা থৌরমনচিংবদি মান্নে খোংচিংবা মফম য়ৌরগা দোলাই থাগদৌরিবা মফম অদুদা মাইবহনবনা সনানুপা কোনয়ায় থাগনি অদুগা দোলাইথাগনি। মথংদা লাইগী চনিং চমাং কাংখোং মরি লাইবুংথৌ লাইনুবানচিংবা হৈথা লৈথা থারগা মাইবহনবনা অনম অথৌ কোক্কনি শরেন্নচিংবা কৎকনি হিংন কৎলিবা অদু থোংলগা অমুক চাক ওইনা কৎকনি। মথংদা লাইবুংদা শান্নরিবা অদুগুম্না ফমনাইবা ফমনাইবী থোক্তুনা জগোই শাবা য়াবা মখে শারগনি মতাং অদুদা মাইবহনবনা হোইসু লাউগনি

মথংদা মাইবীনা লাইশান্নবগী থৌরম তৌই লোইরগা লাইবুংদা হললকলগা লাই লাই অদুগী ফমবালদা লাই লেংখৎতুনা থমই হৌনবী তৌরগা থকল লৈনা হায়থরগা লোইরে। লাইরোইগী থৌরমদি মথক্তা হায়জখরে।

থাংজিং হরাউবগী মখল অহুমশুবগী মরম চহি
অমনা খোংচিংবা চহি অমনা লমথোকপা
চহি অমনা লাইবুংদদা হরাউরগা লোইশিললি
খোংচিংবা চৎপদা দোলাই ময়াম অদু থৌরিনা
পুল্লি ঔগ্রি লাইরোন শকই। লমথোকপদদি
থৌরি পুন্দে ঔগ্রি শক্তে। য়ুমফম্না হায়বা
অসিনা করি অমতা তৌদে থৌরম মান্নদবা খেন্নবা
অসিবু হরাউবা মখল অহুম শুই হায়বনি।

## হরাউবা নত্তবা থৌরম অমা

রাকচিং থাদা লৌতাদবয়াদে নুমিৎ থাবাল লাইচা তিনচা অফবা য়েংলগা নোংমাইজিং নুমিৎতা অয়ুক্তা থাংজিংগী লাইমাংদা শরেন্নচিংবা কৎলগা স্নামহিগী লাইফমদগী লাইলৌরুবা হায়দুনা শগোল অমগী মথক্তা ফিদানচিংবা থারগা লাইগী ফিজেৎ লৈতেংনচিংবা তৌরগা চোং-পে ফিরান থাং-তা থৌগল মশিংশুনা য়াওরগা মীয়ামগা লোয়নদুনা লৈমা নিংঙোল য়াওনা ঙাংখ খুনগী লাইগী লৌতাফম তান্না চৎলি মফম য়ৌরগা হৈথো লৈথানচিংবা কৎলি মাইবা হনবনা তাইরেন পোংফাই নাহায় চফুপায়দুনা লাইশোন শোন্দুনা চাইথোকই লোইরগা নিপা অহুম নুপী অহুমনা য়োৎপায়দুনা লৌয়াললে লৌয়াললমদাইদা থাংজিংগী মীংখৈরোন শকই। তেংথারোনদি মথক্তা হরাউবগীদা ইজপ্রে। মথংদা লৌয়ললোন-

ময়ুম কেগে মোইরাং থাংজিংগী খালৈ মরৌ চানো
য়াল্লো হো য়ালশে। মহৈ মরোং চুমনবনে য়াললো
হো য়ালসে ফৌরেন ফৌবাল চাওনবা য়াললো হো য়ালসে
মুরশি লাইফৌলৌনি য়াললো হো য়ানসে চয়িন চনাই লৌনে
য়াললো হো য়ালসে পেরুক পেদাই লোম্বতেক্তা লৌনে য়াললো
হো য়ালসে ফদিগোম পাখোল তিলহৌ চনম লৌনে য়াললো

**দোলাইদা তোংগদবা লাইশিংগী মথিং**

অমসুং মাং থাদুনা চৎকদবা তুংদা চৎকদবা

তুংদা চৎকদবা। সনামহিদি দোলাইগী মহুত্তা শগোলনা ওই।



হো য়ালসে শিংখা শিংদম লৌনে য়াললো হো য়ালসে।

কেগে মোইরাংগী পুককৈল্লনকৈ থননবা পারি ইমোম পুন্সি

নুঙশাংনবা লৌনে য়াললো হো য়ালসে হো য়াললো হো য়ালসে।

অসুম তৌনা থাবয়াবা ফৌগী মমিং হায়রগা লৌয়াললি লোইরগা মরু তারগা লোইশিলনি। হললকলগা থাংজিংগী লাইমাংদা পাওতমদুনা থৌনিজৈ স্নামহিগীসু খুফমদা হনজিন্দুনা থৌনিরগা লৌতাবগী থৌরম লোইরে।

## চৈরাউবা নুমিৎকী থৌরম

পাখংবা ফমবাল থোকপা হায়বা থৌরম অমা মাংলমচৎতগী হৌজিক ফাওবা কায়দনা তৌরি শজিফু চৈরাউবা নুমীৎতা মোইরাং কংলাগী লাইফমদা হৈ লৈ হৈকৎ লৈকৎ তমলগা মীয়াম থোকতুনা ফমবাল থোকপা হায়দুনা লাইরোন ইশৈ শকই-হোইরৌ হোইবৌ হোইরৌ হে হে হোইরৌনগে হোইরৌ হেনসে হয়া হয়া নগে হয়ানসেদা।গুরুনা থৌজান মাইয়োকনসে থমোই লাইদকৎনদি খুরুমগেসে অখংব লেংনদি তিললকলে পুকনিং শেংনা নিংদুনা তুবীলাইরোন লৈদুবু শকলসে তুবীপাফল নুংদগী লাইরেন তাওরোইনাই অদুবু থোক থোকলকলেসে চিরেন লাংলেন তরেৎমক মৈরা তান্দুম ওইনদি ঙাললকলেসে সনা থম্বাললৈয়োক্সা চেংলৌমিৎপু লংববুদি করিনোসে। উনহী চাফমদা সনাগী থম্বাল লৈখোক্তা লাকয়েল তরেৎমক অদুনা থৌগললেসে থম্বাললৈয়োম মপালনুংদগী নিংথৌশিদয়াই অদুবু য়েংলুনেসে নিংথৌ সনা চোংলেন খাননবু খুনবী শললাই মচানা য়েংনবসে নুংঙোল নুংশি খংনা য়াইদুবু কোরৌ নোংদোনথক্তগী থাদরকলেসে। মালেম লৈমচাদুনা শমুখুৎপু থুপনদি য়াবিরেসে লৈনুংয়াবীলোক্তগী চাঙানু লোনথি য়াম্বীবু তানফংলেসে কংলৈ পুংমায়োনদুদি তুবি লাংঙোল অহুমলক ওইখিয়েসে খোয়না ঙমদম হৌবিশা মালেম লৈপাক লৈখারোনবু খুরুমসে লৈপাক লৈমাইনা থৌজানবিদুনা খোইমোম লাইরৈপাক কুপনদি নুংঙাইরেসে কুমহিদেন্দ লাইজ ইরাই ঙাললকপা করিনোসে। অতিয়া খোঙহৌ অহানবা লাকয়েন তরেৎ অদুনেসে হংগনোসে তুবীয়োইনোংদা অদুবু চংনদি খোয়নরেসে নিংথৌ শনব মহিথেন অরোক শংলাং মায়দুবু কারকলেসে নিংথৌ সনা অরাংবা অদুবু লাংশং শংলাং তানদুদা ব্রাইথুংলরেসে লাঙ্গোয় শগোল ফারেদা থেলেন অহুম থক্তবু তুবি খুঙমশৈদুবু অসিনেসে। গুরু য়াথং অরেপ্পা থমোই উপান ওইনবা শক৺সে মালেম

নোংদম মথৌজান ব্রাকয়েহিবু ওইনদি লাললগেসে ইরিক কোঙগোল নুংদগী অতিয়া তেনথোক তেনশিন্না য়াইবী খুৎতা থুপ্লবু খাওগনুসে চৈতংঙু ব্রাংঙম শুমাংদা লিকলাংনা মপানশারেদো য়েংলোনেসে শিংদনে মক্রুসু লৈনিদা থাংলেন হক্তথানদি য়েংহৈদেসে নুপী য়াইবী শিললোললৈ নমু লাংঙোল তরেৎমক শকলকলেসে থবিপুমলেন নুংদগী লাংঙোল শিললোললৈ মীবু ওইনা পোকপনা অসিনেসে মোমনু থাজমাইয়োকলৈ নুমিৎশিংসু লৈনিদা হংগনুসে হকচাং হুমলেন য়াইবী থব্রায় ওইবদি গুরুনেসে চায়োনলৈবু চিললকলে গুরুনা সনা মখোঙখানা ঙাকপিয়োসে মালেম চিথেকমরিমক মাইগৈনিপানমক চংলকপ নুংঙোললেসে লিকলাংপরেং লেংলকলেসে শুংদাই তরা তরুকসু চংলকলেসে থাজতুংইন্ননা চৎখিবনা শীংগাই হুমফুমাথোইমকপু তাকপিয়োসে। য়াওরুখলফম হৌবগী নমুয়াইবি লৈনি হংগনুসে নুমিৎশিংবুম ওইখিবা থবীহান্নথোকলকপা নমুপোংবু ওইনদি পোকলকলেসে নমুপোংবু ওইনা থব্রায় য়াইবী মপাদি অসিনেসে।

অসুম হায়না শকশোললি। হায়রিবা থৌরম অসি চহিকুমজাগী কায়দনা মোইরাংনা তৌই। মোইরাংগীদ ফনবা তৌবরা হায়বদি নত্তে মৈতৈলৈপাক অসিগী য়াইফনবা চাকহোঙ ঙাহোংনবা শা লাল থোকতনবা মতিন মকাং তিলথুং লাইথুং ফমথৌ নিংথৌ ময়েংতাদনবা লৈপাক মরা চেৎন পানবা পাখংবা ফন্নাল থোকপা হায়বসি লৈপাক্কী থৌনিবগা লোয়ননা হৌজিকফাওবা তৌরি।

# ককচীঙ হয়াউবা
## (ককচীঙ থোনখিবা)

ককচীঙনা থৌগল তৌরিবা উমাংলাই খন্নাংবগী এলহৌঙৈগী শমলপ্পা খরদং ইজগে। লাইনিংথৌ খন্নাংবা অসি অতিংকোক গুরু শিদবগী য়াদগী শাফোঙলকপনি। মতিক মগুণ চাওবা লাই অসিনা মথং মথং লাংওন্দুনা লায়নুংমোরি য়োংশুংবা খুনুং তেকতেক থাঙজবা হায়না লাংওনলি। মতৌ অসুম্না মথং মথং শাই ওল্লকতুন মরুপ্নী খোইমোম লাইরেম্ম সঙ্গ্রেঙ হুইমু লৈমা মঙাং নিংথৌ চনু পান্নদুনা মচা ইবুংঙো অমুদন্নচিংবা পোক্তুনা পান্নরম্বদগী লাই অসিনা ৱায়রা শাথিবা হুয়েন লানথিবা, তেংনৌ য়োংথিবা ওইনা থোংনাং ময়াংলৈবাক্তা চৎখিদুনা তখেল মীরৈপুঙ ময়াং মীতমপান হুয়েন নাগা চীঙতোমপোক্তা খুলফাওরুরে। মরুপ্নী খোয়মোম লাইরেম্বা কালিকা লমওক্লদুনা তালোয় লুমদিন্নরে। মতম খর তখেল খুনসেম লৈশেমলমলগা খন্নাংবনা কালিকা লাইরেম্বী অমসুং মরোয় মনাইশিং লোয়নদুনা মৈতৈ লৈপাক্তা থোকলক্তুনা উরিপোক্তা খুনতারে কাঙলুপ অসিনা শুবা থবক্তি য়োংসুং য়োৎ শাবনি। লাই অসি কংলৈ হাওবম মরক্তসু লৈরম্মী। থাঙঙা কম্বোং, অৱাং ঙারীয়ানবমদসু য়ৌরম্বগী খুদম লৈ । মৈদিংঙঙু থংবী লাম্বুবনা পানবদগী মৈদিঙঙু খাগেম্বনা পানবা ফাওবা অসিগী মনুংদা নোংচুপ অমসুং নোংপোক হারমদগী লাকপা কাঙলুপ কয়া অমসু উরিপোক তাবা কাঙলুপ অসিদা তিনখি। হান্না লৈরম্বা মৈতৈ নিংথৌচাগী কাংলুপ্তগী শিনসু শিন্দাংব অমদি চনু নিংঙোল চারৌ মৌরৌনবদগীসু কয়া অমা তিনখি। পুম্নমক পুনসিন্নরগা ঙসি ককচীঙ হায়না খ্বায়না খঙনরিবা অসিনি। উরিপোক্তা লৈরিঙৈ মতমদা ককচীং কৌদে। লাংসাই কৌই। চৈ নত্রগা য়োৎ মচিন তুম্বা খুলাই পায়দুনা লৈপাক্তা থিন্দুনা থিন্দুনা য়োৎ থিবদা পায়বা খুৎলাই অদু লাংশোই কৌই। লাংসোইদগী লাংশাই খুল হায়না কৌনরমই। মতৌ অসুম্না লাইয়িংথৌ খন্নাংবনা উরিপোক্তগী কাঙলুপ অসিগা লোইনদুনা থৌবান্দা খুন্দারবা মতমদা থৌবাল ইরুম লাই তুবী কোক্লিঙ লোঙববু ঙানবা তেকচাকপান্বা শোরা লাইহৎ থৌবনা তুবী মঙক ককই হায়বগী মহাকপু ককচীং হায়না কৌই। মাগী মমিং লৌদুনা খুল অপুন্বা ককচীঙ কৌনখি। অসিগীসু মমাংদা লাইরেম্ম ফৌওইবী মতারোই তোইবী কোলাংনুবু,

তুবী অঙনবা লাইরেন অরেম্বনা তাঙজ মশম ককনা খামহৌই হায়বগীসু লমদম অদু ককচীঙ কৌখি। লাইনিংথৌ খম্লাংবগা লোইনরকপা কাওলুপ অসিনা য়োৎ সুং য়োৎ শাদুনা থৌবান্দা মতম খর লৈরম্লগা অমুক লাক্কুনা কেরচীঙদা খুন্দাররে। কেরচীঙদা য়োৎ সুং য়োৎশাদুনা মতম খর লৈরম্লগা অমুক লাক্কুনা ককচীঙ খুলেন ব্রায়রি হায়না লৈরিবা অসিনী। কেরচীঙদগী খুল হোংলকপা মতম অদুদা মীশক খরা খুল খাইখিদুনা ককচীঙ খুনৌ হায়না খঙনরিবা অসিনী। ককচীঙদগী মীশক খরসু অব্রাংলোমদা চৎখিদুনা ককচীঙ কমেং হায়না খুন্দারিব অসিনি। খুলশিং অসিনা লাইনিংথৌ খম্লাংববু খুফম য়াদুনা চহি চহিগী হরাউ কুমজন্দুনা হৌজিক ফাওবা থৌগল চৎলি। হৌজিক ককচীঙনা উমাংলাই ৬-৭ থৌগল চৎলি। খুলেন খম্লাংবা, ব্রাইরি খম্লাংবা অনি অসি খুলগী লাইনি। ঈরুম নিংথৌ, সেকমাই নিংথৌ, ইথৎ নিংথৌ, নাউহল, য়েংখোম পাখংবা লাই মঙা (৫) অসিদী য়ুম্নাক শাগে লাইনি। ককচীংনা থৌগল তৌরিবা লাইনিংথৌ খম্লাংবগী হরাউবগী থৌরম পরেং - লাইনিংথৌ খম্লাংবসি কালেন লাইনি। কুমগী মতম ওইরক্লবদা খুলগী নিংথৌ, সেনাপতিনচিংবা ফম্নাইবা অমসুং খুল অহল লমল, লাইশঙবা মাইবা পেনা মাইবী তিন্নদুনা হরাউ থৌগল তৌসি লেপ্পবা মতুং ইন্না নুমিৎ থাবান লাইচা অফবা য়েংদুনা খুন্দা পাউ চেন্দুনা ঙঙহল্লি, হুমনি মঙানি ব্রাৎলিঙৈদা খুন্না হরাউশঙ খাংপোক্লচিংবা শাই অমসুং খল্লি।

মমাঙঙৈদদি ককচিঙদা শঙলাকপা হঞ্জবা হিদং নাইদুনা হরাউ থৌগল তৌরম্মী। হৌজিক্তি লাইশেলুংবনা শিন্দুনা লাই থৌগল শোয়দনবা হরাউরি। লাই হৌগদবা নোংমা লৈরিঙৈদা লৈরোয় হঞ্জবা হিদংনা চীঙনুংদা লৈরাংবা চৎলি। হান্না মাঙজৌননা পুরুম খনদা পাউ খংহনখি, নুমিৎ অদু লাইগী লৈ লাংবা লাক্কনি হায়দুনা খুলগী মীশিং থবক চৎথোক্লদে। লৈরোয় হঞ্জবনা চৎলমদাইদা মাগী সেবা খোঙলোয় অমগা লোয়নদুনা লাইদা হৈরুক কত্তুনা খুরুমজে। লাইশঙবনা, লৈরাংব চৎপদা চঙগদবা পোৎচঙ হৈ পান্না খ্বা লাইগী সিংপাক ঙারৌনচিংবা অমসুং লম্বাল সেন্নচিংবা পীদুনা লৈরোয় হঞ্জবনা লাই খুরুমজরগা লৈ লাংবা চৎলি। লম্বী লমখাংদা কনাগুম্বা মী মরুপ মপাং শক খঙনৈ হায়দুনা কৌনবা খুম্বা য়াদে। পুরুম খুল য়ৌরগা খুম্লাকপনচিংবা খুনদা হৌনবী হৈ পান্না খ্বা লম্বাল সেন্নচিংবা থাদুনা শকখঙ মায়খঙনৈ নুংঙাইমিন্নে। লাইগী লৈ ফংদ্রিবমখৈ লৈরোই হঞ্জবা ব্রা ঙাঙবা য়াদে। মহাক্কী সেবা চৎলিবা মীশক অদুগা

থবক পুম্বা ভাংনৈ। খুল্লাকপনা লৈ হৌবা মফম খংবা খুলগী মী অমা পীদুনা লমজিংহল্লি। হৈপুং লোক হায়বা চীংগী লোক্লুন্দা চঙদুনা লাইগী লৈ পাবোং জুরা চপ মাল্লনা হৌবা নুঙ্গায়ে থীরকই। লাইগী লৈ ফংগ্রিবা মখে অতে অতোপ্পা লৈ হেক্লুদে। কাপ অমা, খুবোম অমা লাপ্পা থাপ্লবা পাবোং জুরা চপ মাল্লনা হৌবা নুঙ্গায়ে হেক থেংনবদা লাইনা পীবা তাকপা লৈনি হায়দুনা মখোঙ লৈখোঙদু ফান্দোক্লগা তৈথোক্লুনা হঞ্জবনা কোনয়াই হন্দুনা শিংপাক ঙারৌনচিংবা কত্তুনা খুকমজয়গা চেকশিন্না লৈ অনিদু ফুক্লগা লানা য়োমদুনা লৈপোন্দা থমই। লাইগী লৈ হেক্লবদি অতে অতে খোঙজোম লৈ মখল মখল কয়ামরুম হেক্তুনা লৈপোন্দা চেকশিন্না হাপচিন্দুনা পুরক্লগা ঈশিং লৈবা লোক্ত তুরেন্দ ঈরু সান্দেংলগা চাবা থকপা লোইনা য়ায়ে। লাইগী লৈ ফংবদগী লৈরোয় হঞ্জবা রা ভাঙবা য়ারে। মতম্মা থেঙলবদি হাওখুন্দা লেকই। ঙম্লগদি য়ুম য়ৌনবা লাকই। ইমুং চঙদে সঙ্গোয়দা নত্রগা সঙতোপ্তা লৈ। নোংঙাল্লগা হৈরুক অথেমপোংকা, লৈগা শেম শাদুনা থেন্দুনা লাই ঈকৌবা ঈকারকপা ঙাইদুনা লৈ। লাই হৌগদবা নোংমা লৈনা লাইশংবা মাইবা মাইবীশিংনা লাইগী মথৌদা চঙগদবা পোংলম অপুন্না লাঙদুনা থমই। লাই ঈকৌগদবা অয়ুক্তা মাইবা অখণ্ড অহৈনা লাইফিনচিংবা শেত্তুনা মাইবিশিংনা খয়োম লৈপুন্নচিংবা শেম শাদুনা থমই। দোলাইরোইশিংনা দোলাই তৈথোক নাহোক্তুনা য়েক খোত্তুনা লৈ পরেংনচিংবা দোলাই লৈতেংদুনা থমই। পুঙ য়ৈবা হঞ্জ হিদংশিংনা পুঙ সেন্নচিংবা শেমদুনা থমই। লারোই শিংলোয়শিংনা চোঙ,ফিরান পুগদবা থাঙ ফানবা, থাঙ, তা বৌশাগদবা লাই থৌগন্দ চঙ্গদবা পুম্বা মশা মশাদা পুক্রিং চঙনা তাক্তুনা শোয়দনবা শিন্নে। অয়ুক্কী থৌরম লোইদুনা কুম্মগ্রে। নুংথিল মতম চানা লাইবুঙদা নিংথৌ সেনাপতিনচিংবা ফম্লাইবা খুলগী অহল লমন মীয়াম্না কানরক্তুনা ময়াম তিল্লবদা মতম য়েংদুনা মাইবা মাইবীশিংনা লাই শুমাঙদা লাই থৌগন্দ চংগদবা ক্লাসেন কাগোক পুবা, শেনপোং লাইপোং ফিদা পুবা পরেং চানা শিন্দুনা পুঙ য়ৈবা , সেন য়ৈবা থাঙ , তা পায়বা দোলাই পুবা, চোঙ পুবা, ফিরান পায়বা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা পুগদবা অসিনচিংবা থৌগল মশিঙ শুনা থেনবা লোইরবদা, লাইমাঙদা পেনা অমসুং পুঙ সেন য়ৈদুনা মাইবীনা জগোই কংলগা ইকৌফম তুরেন খোঙবান তানা ময়াম ঈকুম্বা চংলি। লৈন্নাই হিদেন খুদোংচাবা য়েংদুনা মাইবা মাইবীশিংনা তৌফম থোকপা মথৌ তৌরে। মতম অসিদা ইমা ইবেলশিংনা খুবাক খুদুনা পুঙ সেন য়ৈদুনা মখাগী ঈশৈ অসি শকই-

লাইজ ঈখৈ নিংথৌবা কোন্দে
নাকথং মাইবনা লাইনিংথৌ দে।
লুপা কোছা য়াইথারে, স্না কোঞ্জেন
য়াইচল্লে লাইনিংথৌ দে।
লাইজ ঈরোন্নুংদবু লৈরাং
খয়োম লাক্লক্লে লাইনিংথৌ দে।
লৈরাই চাংদোন থক্তবু
লফুৎ লৈগা থাদুনা উতোং
লৈগা য়ুংদুনা তরা য়ামগা
হৈরক্লে লাইনিংথৌ দে।
হৈকল লৈকল , থাদুনা
কবোক ফাম্না চাইরক্লে লাইনিংথৌ দে।
লাইফমথৌ ৯ তাইরক্লে, লাইনুরা তরেৎ
তাইরক্লে লাইনিংথৌ দে।
লয়খু য়ুখাওলক্লেদা লৈরাই
য়ুরাংলক্লেদা লাইনিংথৌ দে।
কোন্দে নাকথং মাইবনা লাইজা
ঈমায় থক্তবু চাল্লৌ লাগা থাদুনা লৈরাং লৈহন তমদুনা থাংজিং
মার্জিং লাইনিংথৌ কৌব্রু বাংব্রেন
তাইরক্লে লাইনিংথৌ দে।
অমাই লাইথোঙ কাংবীনা
খাবী লৈরেন হনবীনা চরৈ
ফিঙৌ শেৎতুনা খুরক লৈগ
য়েগুনা লাইনিংথৌ দে।
লৈরাং লৈয়োম পায়দুনা
শরিক লাইহুই লৌদুন
লাইজ ঈরৌন্নুংদবু কুম্লক্লে দে।

লাইজ ঈমায় থক্তবু লৈরাং
লৈয়োম নোয়দুনা শরিক
চোমজাও খিঙদুনা লাইনিংথৌ
লাইরেম্ম পাওথেম্লে দে ।
লয়নুং থারুক অশৈবা পেনা থাদ।
পমদুনা চৈজিং য়েংনা পায়দুনা
লিরি লুরু য়াকৈরে লাইনিংথৌ দে ।
নদাইরেম শাগে নয়েকচা নতু
নপাচানবু চরৈ খাওই শানবু
মালৌ থুপ্‌কিননবু লৈশেন
তরেৎ খুনেৎনা নোংশেন
তরেৎ খুদানা ঙায়খমলে দে ।
নুরাগী থমজেৎ শাবীনা সেনপোৎ
মাঙদা থাদুনা ঙাইখমলে দে ।
দোলাই লেংজাউ থেন্দুনা চোঙলেন
ইনচম খান্দুনা ঙাইখমলে দে ।
তরেৎকী শেনফাং য়ৈদুনা রাংলেন
পুঙদোয় থিন্দুনা ঙাইখমনি দে ।
অমাই লাইথোঙ কাঙবীনা লাইজ
ঈরোম্নুংদবু লুপখরে দে ।
লাইজা ঈরেম্নুংদগী লাইনিংথৌ
লাইরেম্মা অনিনা লৈরাং লৈতোন
তোংদুনা ঈফাওরে দে ।
মাইকৈ মরি ওন্দুনা লাইনিংথৌ
নোংপোক তেশিল্লি থাংজিং
মাজিং তেশিল্লি কৌবু রাংব্রেন
তেশিল্লি লাইনিংথৌ দে ।
থৌরৈ মপু নিংথৌব লাইজ
ঈরোম্নুংদগী কারসে দে ।

মতাং অসিদা কংফান্দা লৈবা মাইবীশিংনা লাইওক জগোয় শাগনি। অদুগা লাইনিংথৌ খমলাংবা নত্তবা লাই অতে পাখংবা ঈকৌবা ওইরদি ঈশৈ শকপী ইমা ইবেনশিংনা মখাগী অসুম্না শক্কনি। মতাং অসিদা মাইবীনা ঈশিংদগী লৌখৎলক্লিবা লাই ইহায়ফু লৈয়োম অদু খাও শাদুনা ঙাইরিবা অদুগী হিখাওফি মনুংদা হাপকনি। অদুগা মাইবীনা খুরক লৈ যেপ্তুনা ঈশিং ইমায়থক্তা অহুমলক তুংলোমদা ইম্থোক্কনি। অদুগা লাই পুরিবা লৈয়োম ইহায়ফু অদুদা ঈশিং অহুমলক চাইখৎকনি।

মতাং অসিদা ঈশৈ শকপী ইমা ইবেনশিংনা মতম অসিদা অসাই মাইবীনা দোলাইদা ঈশিং চাইখৎপ মতম অদুদা মাইবা অমসুং মীয়াম্না হরাউদুনা লাইনিংথৌ ইকাগনি। মতৌ অসুম্ন পুঙ, সেন য়েদুনা জগোই শানা শানা ঈশৈ শক্তুনা লম্বী থেংখাঙ লমলোঙ খুদিং জগোই শাদুনা লাইনিংথৌ ইকারকপা অসিনা কংলৈ স্নথোঙ য়ৌরবদা খাম্বী মৈজ্রাও ওক্লে, ঙানু খোঙগানলক্লে, কংলৈ শুমাঙদা ঙাইহাক চেন চোংদুনা শান্নরগা দোলাই লেংজাও থক্তগী লাইনিংথৌ লাইরেম্মা লেঙথদুনা কংলৈ য়াথোকশঙ ফম্বাল্লাংদা ফমদেংলে। মতম অসিদা থৌগল ঈশৈ শক্লিবা ইমা ইবেনশিংনা কংলৈ য়াথোক শঙদবু সনা ফম্বাল্লাংদবু লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনিনা নুমিৎ অনি থোকপগুম থবা অনি পানবগুম ফমদেংলে দে। মতৌ অসুম্না কংলৈ য়াথোকশঙ সনা ফম্বাল লাংদা ফমদেংদুনা লৈরবদা মাইবীশিংনা লাইগী খ্বাংশেৎ নমখাং লিক কোল সনা খুজি লৈ অসিনচিংবা অফ ফত্তা সেমজিনগনি। লাইমাংদা ফমফি ফিদা থাদুনা কপোক্লা লুক্লেন অহুম হৈদুনা লফোই লফাং চঙ থোকপা অহুম খিনগনি। পানা খ্বা হৈ মনম নাইবা মখল মখল চুপখোঙ ফানখোঙ মরিসু হৈ-লৈ থাগনি। লাইমাঙদা লফুৎ থাদুনা মৈবা চিংগনি। মদুদগী মৈ লৌদুনা মৈবুঙদা মৈ হৌগনি, লাই লোইদ্রিবমখৈ মৈ মুৎপা য়াদে। মাদুগী মৈনা লাইগী থবক্তা চৎনগদবনি। মাইবনা অনম অহা কোক্কনি। মাইবা নত্রগা মাইবীশিংনা চপিৎ চপান শরেন্নচিংবা চাকলেন কৎকনি, অদুগা হৈ লৈ অয়াম্বা কৎকনি। মতাং অসিদা মাইবনা মখাগী থেলোন অসি শক শোন্দুনা হৈকৎ লৈকৎকনি। খুল অহল লমন ফমদৌ নিংথৌনচিংবা মীয়াম্ন খুরু খুদক কুন্দুনা মখুৎ লোন্নদুনা খুরমজগনি। মাইবীশিংনা শরিক খিঙগনি, পেনা খোংগনি।

গুরু লাইনিংথৌ য়োৎনিংথৌ খমলাংবা তখেল মীরৈপুঙ ময়াং মিতমপান,

হুয়েন নাগা চীঙতোমপোক , সনা ইয়াই লোক্তগী নশানৌ ইবেম্মা খোইমোম লাইরেম্মা সীজ কালিকা খুল্লেমা, খুল্লাই কালিকা অথৌবী রাজ নরাইয়নি থোইখোয়বী। রায়রা শামাঙ লেপ্পী, হুয়েল লালমাঙ থাবী তাজিন মৈরী পাইকুপ্পী। খেয়ে নোংথাঙ কুপকুপ্পী। ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমনা চীংঙু নহীসাং খোইয়ুম নঙাইরোয়শিংগা মৈতে সনা লৈবাক্তা য়াংদৌ খোঙদোয় হুল্লকপা উরিপোক খুন্দা হানবা চারিক মপাল থারিবা, নোংপ্রে মউ লিংবীবা লাইনিংথৌ। চীঙঙু অনিমবু নদাইরেম নখুল খুল পুক্লেন অচৌবা অসিনা নকুম কুপ্পী কুমকাউদা নথা থাজ থাকাউদনা নকুম কুমহৌগে নথা থাহৌগে, হরাউ শকশেম তম থৌথোক কুম্মেনগে হায়বগী ঙসি কোরও নুমিৎতা নুমিৎ লুয় থবী সেংই হায়দনা চীঙঙু অনিমবু লাইজ ঈরেনুংদগী লিরি শিঙখোঙ য়াগ কৈবদী সিঙলেন লৈতোন তোং। লৈরাং খরোম নুংদা তেসিন নৌশিন্দুনা লাইনিংথৌ ইকারকপদি,কংলৈ য়াথোংদা খাপ্পী মৈজাও ওক্লে ঙানু খোঙ্গাল্লে। কংলৈ য়াথোক শঙ, সনা ফম্বাল্লাংদা অৱা পোৎথা অনা হিথাংবিরে লাইনিংথৌ । চরৈ নিংথিবা লনহোংলে, লিক্লাং অনৌবা কোলগারে কংলৈ য়াথোকশঙ সনা ফম্বালাংদা পাক্তুহেল শলাই ঙান্না ফমফল্লবা অসিদা, নদাইরেম নখুন খুনপুক অচৌবগী ননাই নচা নশুশিংনা হৈরাঙ পুঙ্গ থোন, লুকলেন পানগা চোন্না হৈকৎ লৈকৎচবদি, হরাও তায়াম্না লৌবিয়ু লাইনিংথৌ। ননাই নচা নশুশিং পুম্নমক্না খুবাং চাংজৌ তারানা মদু কাইনা লিশিংমনা চাংজৌ চেপ্পা খুরুমজবদি লোইদাম কুম অনৌবনা চৈকারকপা অসিদা নদাইরেম নখুল খুনপুক অচৌবা অসিদা ফত্তা হাওথী, তীনজালাইচা তীলমু লাইমু, কলক য়েক্ল লাকপা খৈপিক হাওরৈ খা পাংনা হোইথবিয়ু। ননাই নচা নশুশিং পুম্নমক অসিবু নাদবা য়েক্তবা কোকপানথোংবু চিক্তবা লুপান থোকপু নাদবা। নমু মীরাই তাদবা কাওরেন শলাই তাদবা তরেৎ শেনখাউ চোলবা নোইনু থুমকোক হাঙদবা লৈবাক মরা তপ্পা পানববু চীঙঙু নরনকু খোইয়ুম নথৌচানবু লেপ্পা লনকুবিও হে গুরু। মতম অসিদা ঙরাং লৈ লাংবা চৎখিবা লৈরোয় হঞ্জবসু মাগী খোংলোয়না লৈপোল লৈয়োম পুদুনা হৈরুক অথেমপোৎনা মাঙদা থাদুনা লাইবুংদা কারকই লাইমাঙ হেক য়ৌবদা মাইবীশিংনা তরাম তরাম্না লৈ ওক্কনি অনম অহা চাউরাক্লা কোক্তুনা হৈরুক্কা লোইননা লাইদা কংলি।

## অনম্মা কোকপা

### পোংথৌৱোন

উম হৈ উম হৈ উম হৈ কেং য়োই য়োইগা মেনগা য়াইগা থৌৱী থৌদিল্লাংবু, থৌৱী থবা পোংথৌ তমলি, থবা মাবু লান্নংদে, নুমিৎ পোংথৌ তমলি, নুমিৎ মাবু লানংদে, য়াৱা কোনখাংশাগী, পোংথোং মথং পিজৱক্লে, কুমজা পাল্লো থৌগে নোংজা পাল্লো থৌগে, ঙাল্লৱো তেৱগে হা উং হা য়েং। নহান্নোং মোংবা তুদও খোংদও নোং তুদেং খোংতেং নোংগীবু থৌৱী থওৱা লাংবু, থৌৱী থৌদিল্লাংবু, থৌৱী থবা পোংথৌ তমলি, থবা মাবু লানংদে নুমিৎ পোংথৌ তমলি নুমিৎ মাবু লানংদে, য়াৱা কোনখাং শাগী পোংথোন মথং পিজগে। কুমজা পাল্লো থৌগে, লোংজা পাল্লো থৌগে। ঙাল্লৱে তেৱৱে হা উং।

নহান্নোং তেকপী মওকচা , কাওৱেন মষণচা কাইৱৈ ময়েনচা, য়াংলৈ তাউবা মহুইচানা, পোং খুৎকাই শাকাইবনা, ফিজি ফিনা তোন্না হুমলম্বা লাকলম্ববু। থৌৱী থৌয়া লাং, থৌৱী তৌদিল্লাংবু থৌৱী থবা পোংথৌ তমলি, থবা মাবু লানংদে নুমিৎ পোংথৌ তমলি, নুমিৎ মাবু লানংদে য়াৱা কোনখাং শাগী পোং থৌ মথং পিজগে। কুমজা পালো থৌগে, নোংজা পালো থৌগে ঙাওৱে তেৱৱে হা উং হা য়েং।

### নাহৈৱোন

থৌবীতেং লোইবীতেং। চকলৈঙন তাংলৈঙন। উঙানঙৈ ৱাঙানঙৈ, সিনসুঙৈ, শানশুঙৈ চৱোয়না খোংদমঙৈ য়াম্বীনা খেক্কমঙৈ, হুইথৌনা চীফোঙঙৈ, কৈৱেন্না য়াথোকঙৈ। লংমাইনা মৈহনঙৈ। লংমাই হুইচীল হুইয়াথৌনা, থিনখায় লাউখায়ঙৈ। শিঙকুপা সিঙ্গায় হৌ পুৱৈৱোম্বা অঙক অঙাও হওৱববু । তম্বাক লৈহৌমাই, লংমাই লয়হৌমাই। লয়পাক মাইবহনবা খুৱাই তাঙবা, তাঙনা ৱায়েনবা। নিংথৌ মাইবা হনবা চিৱাই খোম্বা খোম্না থৌদাবা, খাবা লৈৱেন হনবনা, তাইৱেন লোংনা পায়না লাইজ খিকফেন চাইৱবদা কোৱঔ মচী ঈ। ৱাঙবন মনাউ ঈ। শারোই লাল্লোয় ঈ। তাক্ল লৈৱোং ঈ। থয়োং চুম্বা ঈ। চীঙ্গোই নাৱন ঈ। চেংলয় লুৱাং ঈ। কম্বোং নাৱাং ঈ। থৌখুবা খুদম ঈ। থৌহনবা খাইদম ঈ। খাকপা পুলৈৱোম্বা ঈনা লাইজা খিকফেন চাইৱবদা পুলৈৱৱেম্বা মৱোলথোক মৱৈথোক্লে। খুনথন্না লালথন্না খাৱও, লাইৱও কেনা। নোংপোক নোংচুপ কেনা পান্নৱে, সেংনৱে তিল্লৈৱগনু লাইৱৈৱগনু হা উং হা য়েং।

## যুম্হোকলোন

খুনুংনা, লৈনুংনা, খানুংনা, ঙানুনা, নহানা নুবিনা, য়াওরাঙে, ফুদোংঙে, রানথোংঙে, ফৌসুকথোক, ফৌরাথোকঙে। পুলাং লুরেয়থোং লাইজা ঈপালরায়। ঈমু ময়োনশৎ। লৈরাই হুইশোনকা, মচেম মনিম তাউ। মোইথাপ মোইরেং মতৌঙে। হয়গোয় মসিঙসু, লায়েঙ ফিফম ফাঙেগী। শারোই লালোই মতিলঙেগী পান্নরে সেংনরে। তীলৈরগনু লাইরৈরগনু হা উং হা য়েং।

পোইরৈনা, কংলৈনা,উরা লাইজিঙনা, খোইনাইওম্বুনা, চেংলৈয়াঙ থাউদৈসু, হাওজেংয়াঙ নম্বুসু, চেংলয় উনুংদা, হেমজেং খাবৈপুং, লাংজ লৌপুংফে, খোম্বিতোক উঙামপৈ, চরাইবী হাওতল। রাইরি রাইতোন থাঙ্গ য়ুজেংকাইখু কৈরেন লিংবী রাইজলিক লীরাথা। তাংখম লীরাপোক। সোয়বী শোয়াম মতাঙে। শারোই লালোই মতিনঙেগী। পান্নরে সেংনরে তীল্লৈরগনু লাইরৈরগনু হাউং হা য়েং।

হীরোয়না লালোয়না উমতুঙে রাউতুঙে (রাতুঙে) মীনাইঙে ননাইঙে) শোয়গায় খামগায়কৈ। ঙারা ঙাসিঙ য়াংঙে, শল্লম পাইরম মচৎঙে। ঈরক লমলক মকেঙে শারোই লাল্লোই মতিন্নঙেগী পান্নরে সেংনরে। তীল্লৈরগনু লাইরৈরগনু হা উং হা য়েং।

লয়চোল হাওতমপান চানেম য়ুলেমপাল থোঙ্গ্রাই মেন্দংলাকপা। লেংনা কোংবা। চীঙ নোংখু চীঙঙারেন্না। শজিক লোননম। থুম্বী লয়হৌ। রাখা লয়তোংচেং। চীঙ্গোই নাবন। থৌবাল ঈখোঙ্গায়। কারোঙ লাইখোং মতাঙে। চীল্লেন মাইকোয়রেল। লারাক খাঙদৈ থোম। রায়রং খোইজিমেন। কানোক খাঙদোম লাকঙেদা। শারোই লালোই মতিনঙেগী। পান্নরে সেংনরে তীল্লৈরগনো লাইরৈরগনো হা উং হা য়েং।

খুরাই অঙৌবা য়ুমখু য়ুমলেনবা। চকপরম্বু কোনখাং লাইজৌবা। য়াওরঔ কংদাথেন। নারৈঙম ময়য়রনা শনকৎলম। নুংথোং লংলা উবী। ফুরোয়চীঙ। ঙারংয়ান, কৈরাউ পোইরঔ হামলৌ সিখোং লেংখু লেংলেন তাঙেদা। চীল্লেন মায়কোইরেন। লারাক খাংদৈথোম রাইরং খোইনিংমেন কানোক খাংদম লাকঙেদা। শারোই লারোই মতিন্নঙেগী পান্নরে সেংনরে তিল্লৈরগনু, লাইরৈরগনু হা উং হা য়েং।

রাংখৈ অপোকপা , পৌরায়াঙ লাইকোকসু লৌরেম্বম তোংনেম্বমনা পোকপা। পনম য়াংকোকপা শাজেল্লম। কোংবা হী হীপাল খাকোং লাইখোং পারা সিঙথী।

তাক্ল লিনচিক মুৎলঔ ঙাংলঔ চীঙখম চাউপোক। কোইজীঙ কোইমহৌ। কদোং কৱাংচীঙ। তোকপা য়েনফৈ চীঙ। হিদামচীঙ খুনুহাই। হয়ৱেম শেনখোঙ পাৎ। খুজান ঙানু হাই। চেকপা ৱায়া তাঙৈগী। শারোই লালোই মতিন্নঙৈগী। পান্নরে সেংনরে তীল্লৈরগনো, লাইরৈরগনো হা উং হা য়েং।

খাংশু অতাম্বা লানা সিঙনাবা। নরম ফৈরোংবা। চীঙখোঙ সুম্বা কেক্রুপাৎ। কসাল ষনকৎলম। মৈদিংঙু উৱা কৌষ্টৌবা লুথোইচীঙ। চীঙময়ৱোঙ য়াঙমথেন। অশৈ ৱাংবী। চীরিক চীবান। হঙ্গেন পাউবী, ঈরেং ঈখম। সিঙময় উনৈ মখামঙৈ। শারোই লালোই মতিন্নঙৈগী পান্নরে সেংনরে তীল্লৈরগনু লাইরৈরগনু হা উং হা য়েং।

উমু খুবুঙ কায়। থোঙ্গাইবা খুমনচা মাইবা সুম্বা। লম্বাল খোই খোইরোক পাৎ। লয়মোন জগোই পাৎ। খোইচু লৌমো পাৎ পিতিক কোইলান পিচাক । তলা উয়োক কোন। নিংথৌ সোকপাইবা উরিংকোন। সিঙথা লয়খোম । কক্লৈ তাউথোং। লোইজিঙ লোয়য়া তাঙৈদা। শারোই লালোই মতিন্নঙৈগী। পান্নরে সেংনরে তীল্লৈরগনু লাইরৈরগনু হা উং হা য়েং।

লেমলৈ খুমিৎ ঈবা। খুদাং য়াইখুবা। য়াংলঔ নহা মাঙ। উরিপোক খোংশায়ান। তাকয়েন নোংথিল। য়জিঙ লাংজিঙ। পেরে সারে। লাকচম ফিফৌ। নাউবা খোইমোম। য়াংলৌ তৈতু চুম্বা মানথা। শজিরৌ,উৎলৌ, কাংঙমুঙ। চীঙবা ফুবা। খাবী নম্বোন তাঙৈদা। পান্নরে সেংনরে তীল্লৈরগনু লাইরৈরগনু হা উং হা য়েং।

খ্বাই খোংমরী লাইতোন হেমলাই থুমসা লম্বু ৱাইলৈ চীঙঙা পিসুম হয়পোক নারীন তৌরেংবা লময়ায় শরেন য়ঙ্গোই লোক্তাক হাওতাক। তাকবু তাকসেন। থাঙগ করাং খুগা মানতেক মাইতেক। চকপী লয়থোম তাঙৈদা। শারোই লালোই মতীন্নঙৈগী পান্নরে, সেংনরে তীল্লৈরগনু লাইরৈরগনু হা উং হা য়েং।

য়াইস্কুল থোঙলেন য়াইচম্বা। মুদ্বা হৈরাংখোয়। হৈস্নাম মাং হামঞৌবা। ককৱা তিলপাল। লিলোঙ থারোঙ তবুংবা। চেকায়কৈ কৈমায়সাং। শমপাল ঙাহৈ ফিফৌ লৌকু অচনবা। নোংয়ায় লৈকোঙ্গবুঙ। উচিৱা খোইদোংপান। কাক্লেন শোঙ্গ ফৌকাকচাউ পুমলেন হাপচা। ইথায় পুনমচীঙ। শুগু ইৱাতাগী। থৱৈ লেমলৈ মতাঙৈ। শারোই লালোই মতিন্নঙৈগী। পান্নরে সেংনরে তীল্লৈরগনু লাইরৈরগনু হা উং হা য়েং।

## অপোকলোন

অপোকচনু খোঙঙাইরাং ঙাইবী তম্বাক পোকপী। তমপাক লয়সুৎ লয়রোই য়াম্বী। তম্পাক্তা থেবীগা। তিংখৌ হুপ্ল হারা। কোন্দে সেম্বাংগা চানা ইমিগা, তোংলেং লৈশংগা। সিঙগ্রেঙ লাঙ্গচৈগা। য়াংলা খৌবোমগা। শাদঔ য়েংতৌগা। তৌমু তৌহাও চরোৎ ফাইবঙগা, তেৎন নুমোইগা পোকলিবী। নঙবু নেমসিক্কে মনেম মতাইথোক্কে, মতাইমনেমগে। হা উং হা য়েং।

উয়েল খোঙয়েল , চুপয়েন, চায়েল, চেক্লুম, পান্দোম, উচিনা বানসবা, য়েঙখুরৈ তেক তেকপান। সংলৌ বাঙ্গল অকল অকলবা। য়েল থরাপ, থরাপ নাপাকপগা পোক্লিবী নঙবু নেমসিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে মতাই মনেমগে হা উং হা য়েং।

হয়কক , থাংজিং, থরোলিনফু, কৌখা, কক্লা, ঙাচক কুমমোলগা পোকলিবী, নঙবু নেমসিক্কে, মনেম মতাই থোক্কে মদাই মনেমগে হা উং হা য়েং।

হুইচীল, হুইয়া, মেলৈ সেরাং লৈথোল, হাওরৈ ফোলাং, কোলবী কোঙয়াঙ পাঙ্গোং নাউতু। চীঙহাউ লমশাং। কোক্লেন লুসি, ঔরী ঔরাগা পোক্লিবী। নঙবু নেমসিক্কে মনেম মদাইথোক্কে। মদাই মনেমগে হা উং হা য়েং।

উপী, উরেন, তলমু, তলহাউ, হিয়াঙ হিরেন উখোক থাংথোং। ফৈজা, ফৈঙৌ, মিসি থাঙয়াল , শয়ি কুহি, উপল লেংদা, উনিংখৌ তাইরেন, উয়িল খালগা। পোকলিবী নঙবু নেমসিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে মদাই মনেমগে হা উং হা য়েং।

লীথিক, লিরেন, হুমপোপ, শাগল, য়াইরী, থামুং লিরেন য়াই থমপোমলি। ঈরোক অনি পাফল্লী। চীঙসাং অনি লামথরী। পানসা তোংসারী পল্লোই থোংলোইরীগা পোকলিবী নঙবু নেমসিক্কে মনেম মতাই থোক্কে। মতাই মনেমগে হা উং হা য়েং।

সম্বোঙ, হৈমারি, হৈময়াই,হয়রি হয়জাও চীঙহয় লৈনহয়, হয়শুক হয়সোই য়ামবি, খাকোই হৈ থুম্নহয় লিঙ্গাম হয়। হয়বা হৈবোং পীরিল হয় কাংগ্রৌ, হয়িৎ হয়পুংগা পোক্লিবী নঙবু নেমসিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে মতাই মনেমগে হা উং হা য়েং।

বামাং উমাং লীবা লাইবা । খোকবা, লাইবা, উতং উয়েং , উই, উনান, মাউবী পোঙশঙ। নাচে নারিনগা পোকলিবী নঙবু নেমসিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে। মতাই মনেমগে হা উং হা য়েং।

চংবী লামুংলয়ালৈ লৈহৌ মুতাউ থাঙ পাক্লা । কায়রং থুময়োম লাগা

মোইথাপ মোইয়েং লাগা পোকলিবা নঙবু তাইসিক্কে। মতাই মনেমথোক্কে। মনেম মতাইগে হা উং হা য়েং।

তরা তোনুংথী। লীকসি খারোনথী। য়াইসেন য়াইচুকৌ। চাক চাহাউ। পুমান লাংমানবী। চেঙমী ফৌকাক। মোরশী মাক্তং। ফৌরৈমা ফৌনিংথৌ। ইরোইয়া কৈতেকপীগা পোক্লিবী নঙবু তাইসিক্কে,মতাই মনেম থোক্কে। মনেম মতাইগে হা উং হা য়েং।

চীঙফৌ তমফৌ। চয়িন মুন্নাং। চানাল চরিন, হবাই ভৌচা । থোইদিং কবাক। কোপনোং খোমনোং। পালফুক পালফোই। সিংখা সিংথুম শৌক্রী ময়াংবা। তীলহৌ চনমগা পোক্লিবী নঙবু। নেমসিক্কে। মতাই মনেম থোক্কে। মমতাইসে হা উং হা য়েং।

ঙারা ঙাসিং খৌরেন খৌয়াঙ। য়াঙ্গল সুজা শরেং মৈহল ঙারেন কোকপাক। পেঙবা মুক্লাং। ঙারোয় সেরন, মাথী, ঙবা , তেলোং শমফা ঙারিন তোংজেং। ঙখা খজিং, ঙাম্মাই নোংয়েং ঙাতুপ নোংলোয় কুমজেং কোক ফাইগা পোকলিবী নঙবু। নেমসিক্কে। মতাইনেম থোক্কে মনেম মতাইগে হা উং হা য়েং।

মীচক মিখোম, হুইমোম য়েনমোম। শগোল শামু ষণদং, ষন, ইরোই তন্নুবীগা পোকলিবী নঙবু নেমসিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে। মতাই মনেমগে হা উং হা য়েং।

য়ুমশা, লমশা, তোকপা, কাম্বা , শমু লাংহে নৈরাং নুংওক পায়রং খুপিং খুবাই। য়োংমু য়োংসেন খৈরোই উপেংগা পোক্লিবী নংবু নেমশিক্কে। মতাই মনেম থোক্কে। মনেম মতাইগে হা উং হা য়েং।

সেকপী সেমপাং ক্কাক পোইদু। চরোয় য়াম্বী উপোঙ খারা ঙানু খুনু পোক্লিবী নংবু। তাইশিক্কে, মতাই মনেম —থোক্কে।

লয়রুম, নোংলুম, তীলফা, কাকফে, হয়িং খোইয়া। ককচেং, খোয়চেং। কওজেঙ হারৌ তুমিৎ য়ুরান, রাহী মোনু পোকলিবী নংবু নেমসিক্কে। মনেম মতাই থোক্কে। মতাই মনেমগে। হা উং হা য়েং।

লিনশুক লিনতেং। চীঙলাই তন্নাই। খারৌ তাংলে , তুম্বুন নাপুন তুবী লাইরেলগা পোক্লিবী নঙবু তাইসিনগে। মতাই মনেম থোক্কে। মনেম মতাইগে হা উং হা য়েং। অসুম্না শোনবা য়াবমখৈ শোল্লি।

লৈরোয় হঞ্জবনা তাকপা মতুং ইন্না মাইবীশিংনা লাইনিংথৌ লাইরেম্মদা লৈ থোল্লি। লাইদা থোনবা লোইরগা। লৈরোয় হঞ্জবনা মাইবা পেনা, মাইবী

শঙ অহুমদা লৈ য়েল্লি। খুল অহল ফমদৌ নিংথৌনচিংবা শঙ পান্নবা পুম্না লৈ য়েল্লি। মতাং অসিদা লৈরাংবনা লাইদা পুন্সি নিজবা ওইনা জগোই কৎলি (শাই) মতম অসিদা ইমা ইবেনশিংনা মখাগী ঈশৈ অসি শকই। লৈরাংবনা ওন্নবদি অরায় অখুম শকই।

**ঈশৈ -**

হো লৈরাংব পাখং কনানা
লাংবনো লৈথুংদরেদা।
পাখং ঐনা লাংদে লাইনিংথৌ
নোংপোক নহানা লাংবনি।
লাইনিংথৌগী লাংবদি সিঙঙেন
করি লৈনোনে লৈরাংন লৈশক
খঙদিংই দে।
লাইনিংথৌগী লাংবদি
চকপী উচান সনললৈ
থৌদু নুঙ্গাইরেবু লাংবনি।
লাইরেম্মগী লাংবদি সিংঙেলন
করি লৈনোনো লৈরাংগী
লৈশক্তুম খঙদিংই।
লাইরেম্মগী লাংবদি কুশুম
সনা শমজিরৈ চুবা নাপপ
থরাম্লে, লোইবী চোন্নাং
লৈবু লাংবনি।
খোঙয়োম খোঙজোম
লৈদুদী সিঙেন্ন করি
লৈনোনে লৈরাংন লৈশক্তুম
খঙনিংই।
খোঙয়োম খোঙজোম লৈদুদী
খোঙ্গুল মেন্নে এরুমলৈবু
লাংবদি দে।

মতৌ অসুম্না লৈরাংবনা শাজনিংবা জগোই শাদুনা লোইশিল্লি।

লৈরাংবনা জগোয় শাবা লোইরবদা য়াথোক শঙদা ফমদেংলিবা লাই অদু সনা সঙ্গাইরেন অচৌবদা লেঙশিন্নবা থৌরাংই।

মতাং অসিদা কংলৈগা ককচিঙগা মান্নদবা খর লৈ ককচিঙগী লাইদি। লীনা শাবা নত্রগা পয়ানা শাবা মমিং শামু খোঙপাক কৌবা ফম্বাল খুদা অমগী মনুংদা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা পুন্না ফমদেংই। মরম অদুনা লেংথোক লেঙসিন্দা খুদোং চায়।

লাইশংবীনা ফিসেং শেত্তুনা লাইমাঙদা লেপ্তুনা লৈ। মাইবশিংনা লাই লেঙখত্তুনা লাইশংবীগী কোকথক্তা নিংথিনা থাঙ্গৎলি। পুঙ সেন য়ৈদুনা থৌগল মশিঙ শুনা লেঙই। মতম অদুদা ইমা ইবেনশিংনা মখাগী ঈশৈ অসি শকই।

থৌরৈ মপু নিংথৌবা কংলৈ

য়াথোক শঙদগী কংলৈ নসুমাংদদুম

লেঙথোক সে দে:

মাইকৈ মরি ওন্দুনা ময়ুম থৌবাল

**লময়েং লে দে :**

থৌরৈ মপু নিংথৌবা সনা শঙ্গাইনুংদবু লেঙশিনসে দে। সনাগী ফম্বাল লাংদবু সনা কোন্দুম তাগুম্না ফমফমসে দে :

মসিনা লাইনিংথৌ খল্লাংবগী শৈশক্লি। লাই অতে ইরুম নিংথৌ। ঈথৎ নিংথৌগী ওইরবদি লাইনিংথৌ লাইরেন পাখংবা সনা শঙ্গাইনুংদদুম লেঙশিনসে হায়না শকনি।

মসিদসু খুলগী নিংথৌ সেনাপতিনচিংবা ফম্নাইবা, অহল লমন পুম্নমক্লা খুরুখুদক কুন্দুনা মখুৎ লোন্নদুনা খুরমগনি। মাইবা মাইবীশিংনা শরিক থিঙদুনা মখাগী লাইশোন থেলোন অসি শক শোন্দুনা হঙ্গৎকনি।

মাইবনা :-

হে গুরু লাইনিংথৌ খল্লাংবা,

শীজ কালিকা লাইরেম্বী,

চীঙু অনিমবু নদাইরেম নখুল

খুনপুক অচৌবা অসিনা নকুম কুম্বী কুমকাউদা,

নথা থাজা থাজা থাকাউদনা

হরাউ শকসেম তম
থৌতোক ফুম্মেনগে হায়বগী,
ওসি কোসরৌ নুমিত্তা নুমিৎ লুয় থা শেংই
হায়দুনা নকুম কুহৌরে নথা থাহৌরে,
চরৈ নিংথিবা লনহোংলে,
লিক্লাং অনৌবা  কোনকারে পাক্তু
হেন সলাই ওান্না ফমফল্লবা অসিদা
নদাইরেম ননাই নচা নশুশিংনা খুপাং চাংজৌ
তরা মতু কাইনা লিশিংগমনা চাংজৌ চেপ্পা লোম্না খুরুজবদি।
নদাইরেম নখুল খুনফুক অচওবা অসিদা, ফত্তা হাওথী
তীলজা লাইজবা কলক য়েক্ল লাকপা খৈবিক হাওরৈ
খা পাংনা হোইথবিগ্রো।
অফবা নুংঙাইবা পুন্সিববু চীওভু নরনকু খোইয়ুম নখৌচানবু লনকুবিয়ু
হে গুরু।

হায়না খুরুমজরগা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখ্রে। মাইবা মাইবীশিংনা মতুংদা, আসাই হিংনা কৎখিবা শরেন অদু মুন্না থোংলগা চালুক সেমদুনা অমুনবা ওইনা চপৎ-চপান কৎলি। লোইরগা পেনানা নাউসুমদুনা লাই তেসল্লি।

পেনাগী নাউশুমলোন শৈশক -
হয়ি হয়া, হয়ম হায়না হৌরগা
চীওভু ইবুংঙো খোইয়ুম লাইনিংথৌ
খল্লাংবা, য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা
সীজ কালিকা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমবু
নদাইরেম নখুল খুলপুক অচওবা অসিনা।
নকুম কুমহৌরে নথা থাহৌরে
চরৈ নিংথি লনহোংলে। লিক্লাং অনৌবা
কোনকারে, পাক্তু হেল সলাই ওান্না সনা
ফম্বাল্লাংদা সনা কোন্দুম তাগুম্না ফমফল্লবা

অসিদা নুমিদাং তাংলৌ লৈনা থেঙলবা অসিদা
মীচিক মীরাউখোন তাদরে লাইনিংথৌ সনা
ফম্বাললাংদা নশানৌ ইবেম্মা খোইমোম
লাইরেম্মবু শমু ওইরম থাদুনা খোমলেন
পাম্বা তুমগল হুনবিরো লাইনিংথৌ।

অসুম হায়না শক শোন্দুনা লাই নাউসুমলে। লাইহৌ নুমিৎকী থৌরম লোইরে। নোং ঙাল্লগা পেনানা য়াকৈরোন শক সোন্দুনা লাই হৌদোক্কনি। মাইবা মাইবীশিংনা ইরু শান্দেংদুনা, লাইথোঙ হাংদুনা লাইগী লৈহুনগনি। অয়ুক্কী মতম চানা শঙপানবা সিং ফমথৌ নিংথৌনচিংবা লাইবুঙদা কারক্কবদা। সনা সঙ্গাইদগী, হরাউশঙ য়াথোক শঙদা লাই লেঙথোক্কবা থৌরাঙ। লাইশঙবীনা থৌগল ফিশেং শেত্তুনা লাইমাংঙদা ঙাইদুনা লৈ। লাইথৌগল থাং ,তা, পুঙ, শেল, চোঙ, ফিরান থেন্দুনা লৈ, কপোক্লা লমলোয়দুনা মাঙ থাদুনা চাইগনি মাইবীশিংনা শরিখ খিঙদুনা লাই লেংথোক্কুনা ঙাইদুনা লৈরীবা লাইশঙবীগী কোকথক্তা লাই থাঙ্গত্তুনা লেঙই। মতম অদুদসু ঈশৈ শকপী ইমা ইবেনশিংনা খুবাক খুদুনা মখাগী ঈশৈ অসি শকই।

থৌরৈ মপু নিংথৌবা সনা শঙ্গাইনুংদগী লেঙথোকসে দে:। সনাগী শঙ্গাইনুংদগী কংলৈ নশুমাঙদুম লেঙথোকসে। মায়কৈ মরি ওন্দুনা থৌবাল লময়েংলকলেদা লাইনিংথৌ দে:। কংলৈ নশুমাঙদগী কংলৈ য়াথোক শঙদদুম লেঙসিনসে দে:। কংলৈ য়াথোকশঙদবু সনা ফম্বাল লাংবু সনাগী কোন্দুম তাবগুম ফমফমসে। নুমিৎ অনি থোকপগুম থাবা অনি পানবগুম ঙাছোইরে দে।

য়াথোকশঙদা লাইফমদেংলবদা। মাইবা মাইবীশিংনা লাইমাংঙদা ফক ফিদা থাদুনা কবোক্লা লুক্লেন অহুম শেমই। লফোই লফাং চঙ থোকপা অমমম হৈ মনম নাইবা অমমম পান্না খা য়ুবী, অথুম অহাও মখল মখল চনিঙ, ফানখোঙ মরিমক চেং, কবোক, লফোই লফাং অমমম, হৈ-লৈ থাদুনা শেম্মী। চোঙ, ফিরান, পুঙ, সেন্নচিংবা নিংথৌনচীংবা ফমনাইবা খুন অহল লারোই শিঙলোয় দোলাইরেংনচিংবসু লুক অমমম তমই। শেম শাবা লোইরবদা মাইবীশিংনা শরিক খিঙই। অহল লমনসু খুরুমজে। মাইবনা মখাগী থেলোন অসি শক সোন্দুনা লুক কংলি।

হে গুরু লাইনিংথৌ খল্লাংবা য়োং পোকপা, নশানৌ ইবেম্মা খোইমোম লাইরেম্বী

সীজ কালিকা লাইরেম্বী চীঙু অনিমবু নদাইরেম নখুন কুনপুক অচঙবা অসিনা নকুম কুমকাউদনা হরাউ শকশেম তম থৌথোক কুমৈনগে হায়বগী হৈরাং পুঙ্গথোন লুক্রেন পামনা চোন্না হৈকং লৈকংচবদি লুক্রেন পামনা হাবিয়ু। য়াফম চনিঙ ফাবিয়ু, খোয়শাও লিনশাওবীগনু। মাইকৈ মরি শুংদাই নিপানদগী নহে নরোং পান নফৌ নঙ পানববু তৈনা সেম্বীরকও ননাই নচা নশুশিং অপুন্নবু নাদবা য়েক্তবা, কোকপানতোংবু চিক্তবা লুপানতোংবু নাদবা, নমু মীরাই তাদবা কাওরেন শলাই অদবা, লৈবাক মরা তপ্পবা নিংথৌ ফম্বাল চেংনা পানববু চীঙু নরনকুবু কুবিয়ু। খোইয়ুম নথৌচানবু লেপ্পা থৌজানবিয়ু গুরু অসি হায়না খুরুমজগনি। মতম অসিমক্তা মাইবা অমনা চৈ অমা পায়দুনা মখাগী থেলেন অসি শক শোনদুনা লুক লাউগনি।

হো লাইনিংথৌ খমলাংব, সীজ কালিকা লাইরেম্বী চীঙু অনিমবু নকুম কুমহৌরে নথা থাহৌরে হরাউ শকসেম তম, থৌথোক কুম্মৈনগে হায়বগী হৈরাঙ পুঙ্গ থোন লুক্রেন পানগা চোন্না, লুককং - হৈকংচবদি লুক্রেন পাম্না হাবিয়ু হাউরবসু হাউই হায়না হাবিয়ুকো, হাউত্রবসু হাউই হায়না হরাউ তায়াম্না লৌবিয়ুকো, য়াফম চনিঙ ফাবিয়ু খোয়শাও লিনশাওবিগনু লাইনিংথৌ, মায়কৈ মরি শুংদাই নিপানমদগী নহৈ নরোং পানববু নথৌ নঙা পানববু তৈনা সেম্বীরকউ লাইনিংথৌ চীঙু অনিমবু হরাউ শকসেন তম থৌথোক পুংদোয় লেপ্পদি খুঞ্জাওনবা চাকহোঙনবা ঙাহোঙনবা, লন হোঙনবা, থুমহোঙনবা নমু মীরাই তাদবা কাওরেন শল্লাই অদনবা, লৈবাক মরা তপ্পা নিংথৌ ফম্বান চেংনা পানববু চীঙঙু নরনকু চীঙশাং লাংবন খোইহী অথুম্বগুম্ববু শিঙ্খবীবমু হায়বগী হরাউবনে তাও। অসুম্না অহুমলক লাউগনি। মথংদা পেনা ফম্মাঙ থৌগল শকই। মথংদা মাইবীনা লাইমাঙ ফমই লাইপাউ চেল্লি।

অয়ুক্কী থৌরম লোইদুনা ফমদৌ নিংথৌ সঙপানবা পুম্বা ময়ুমদা কুম্লস্রে। মাইবা মাইবীগিংনা লাইগী লুক কত্তুনা লাইথোঙ থিংহৌরে।

নুংথিল মতম চনা খুল অহুল লমন, শঙপানবা ফমদৌ নিংথৌ, ময়াম লাইবুঙদা কারত্তুনা তিল্লরবদা। মাইবা মাইবীশিংনা হান্না লাইমাংঙ জগোই ওকই। মথংদা খুলগী ইমা ইবেনশিং ফম্লইবীনচিংবা জগোয় শাই। মথং মথং প্রজা নুপা নুপী মানা মানা হৈজবা জগোই শাই। অ খৌশাবা অসিনচিংবা কুম্মে মখল মখল কয়া শক শোল্লি। মতম চানা মাইবনা চিংদুনা হোই লাউই মাইবীনশিংনা লাই থৌগল্দা চংগদবা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা পুগদবা, থাঙ ফানগদবা ক্লসেন কাকোক হুমাই ফিদা চেঙনচিংবা পুগদবা থৌগল মশিঙ শুনা শিন্দুনা পরেংচনা লৈ।

**মতাং অসিদা মাইবনা হোই লাউগনি**

হা হা হোই হোই হা হা। হোই হা হা।

হেরিনলে হে হে হেরিল্লা

হায়ুতে হৈ য়াহে হৈয়া হে।

অসিবু থোইনা হৱাউবা লৈবনিদা

হৌ , হৌ হোই হৌ হোই শায়ানসিদা

শায়ানবু সয়াসে শায়াসে সে

হোই শায়ানসিদা। লৌমিরাক্কী

পাউসাদি তো তোশুনা সেই

সে শেনা। হোই শায়া নসিদা

অঙৌবা শগোল তোংবরা।নিংথৌরেনগী

শগোলদি মমৈ গে গে লাউই অঙৌবা

শগোল তোংবরা।

অৱাং লমদা কাখিবা, থাঙজৌ লেংথোঙ

নাখিবা, ৱায়রং লাংগে চংখিবা, কায়রংবুদি

লাংলক্তে পাথৌ মচল থোইবীবু শমু

ওইরম থাদুনা পাচুনরেদা।

চারাখোয় শগোল চেনসে লাঞ্জেনসে, উরান চীঙদোন লোমলুসে খাঙলা পোংতম পুরুসে, লাইথরোই চাকখাঙসে, খুলাকপা মমৌ থিরুসে শিংজু ৱাইরু চারুসে।

হা নহাব অপিসা লৈকু মরুম খোই চোপ্পা লৈরাই মরুম খোইহাইবা লৈতুম হুন্না পাউদোয়বা চেগায় লংনা পাউশাবা ইপুন পুল্লাং কায়রেদা পুল্লাং লুরোই কায়রেদা ইপন্নবু হায়ঙেনে, সিংবিরোইবু হায়বরা, শিংঙমলো শিংঙমলো।

হা পেস্মা নহবী পেস্মা নঙবু হুন্দেদা, লৈবাক শঙদা লৈবিদো গুরু ফান্দা ফম্বীদো, চোম কায়দোয় শিবীদো, মনম নুংশা য়াইবীদো মমিং অঙাং কৌবিবু হুনবনে হুনবনে।

হা নহাবা চীঙয়া চংপা লাইকম মানবা। খুল্লক চংপা খোঙসাংবা। নঙনা খুল্লক কোয়রুবা। অথোইবদি উরক্তে। অহেনবদি খঙলক্তে। নতৈমা ফুঙ্গা ফম্বীদা। মী থী মীনা মরুমনৈ।

হনুবা লাংখোং তৌহৈবা, নওনা লাংখোং তৌদুনা, নুরা ফয়ম , তাশিরে শিংবীয়ু। নওনা শিংবিয়ু হায়রগা কুমসি মপাল শারগা নোংমৈ মহৈ য়ানলগা শিংবীগে শিংবীগে।

হা খোয়দোং শনসেনবা, নওগী শল লাবদো, লোক্লে লোক্তা চওখরে, লৈতুম হুল্লি তাদরে, চেগায় লংই তাদরে। লৈতুম লৈ, লংফদে, চেগায় লৈ লংফদে, হা লাবা রো রো।

ঙাপ্রম্না উ কাবা উতোন লোমইদা। থরোইনা মীচিকপা চিকথোক্তনা চিকপদি শরু ফংইদা।

হোই লাউবগী শৈশক অসি মথং মথং য়ান্না লৈ পুতিন অমসুং লৈথক লৈখা পুয়াদসু অতোপ অতোপ্পা লাইরিকশিংদসু খর খর শৈশক শৈদা মান্নদে। হোই লাউব্রবা মতুং দা মাইবীশিংনা লাইবৌলা থাদুনা লাইমাঙদা পুঙ , সেন পেনা খোংদুনা মাইবীনা লৈসেম জগোই লাইচিং জগোই শাদুনা লাই চিংথোক্কনি। অদুগা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা পুরিবসু পরেং পরেং কায়দনা মাইবীন চিংদুনা লাইবৌলা থারিবদু ওইওইননা কোয়রক্কনি। লাইমাঙ মপা য়ৌরগা লেপকনি। মাইবীনা লাইবৌদা থৌগল য়াওরিবা মীয়ামদা হো লাইনিংথৌ লাইরেম্মা মনাইসা, পেনানা হোইরৌ লাউরিঙৈদা খোঙ, খুৎ লেঙবা, হাই হুম্বা য়াদেকো হায়না লাউরগা তাক্কনি। পেনানা হোইরৌ লাউবা হৌরকপা মতমদা মাইবীশিংনা খোয়দৌ মপাদা খুলোন্নদুনা লৈগনি হায়া লাউবা মতমদা খুৎথাংকৎতুনা লৈগনি পেনানা হয়া লাউবা শকপা লোইরগা হয়িঙৈদা নোয়এ মৈনা বায়না নোয়এ। হে তাংনা শমঙৈগী নোয়এ । হায়বা মতম অসিদা, পেনা অমসুং মাইবীশিং মখোঙ খোঙবী খজিত্তং লেংগনি। পেনা খোংবনা খোঙ ফুকপা খোঙথাং য়েংদুনা মাইবীশিংসু খোঙ ফুক্তুনা থাংগনি। মাইবীশিংগী মখুৎ খুৎয়োম অদু থাবা য়াদে। পেনা অমসুং মাইবীশিং তান চানা খোঙ থাংদুনা লাইবুং অদু ওইওইননা অহুমলক কোয়রক্কনি। লাইমাং মপা য়ৌরকপদা মাইবীশিং লাইরোমদা ওনশিন্দুনা মখুৎকি খুৎয়োম অদু কংকনি।

পেনা খোংবনা অনোয়রোন খর শকলমলগা, ঈশৈ শকপী নুপীমচাশিংদা শিন্নদুনা মখাগী অনোয়রোন অসি শক্তুনা লাইবৌ ঈশৈ চিংই।

অহানবদা নুপী ঈশৈ শকপীশিংনা তান চানা খুবাক থাদুনা চীঙভু খোয়য়ুম

লাইনিংথৌ খর অমনা শয়ানসিদা হায়না খুমগনি। খোয়য়ুম কংলে শুমাংদা শাবী শানৌ ময়াম্না চীঙভু থৌগল তৌজবা, জগোই লেপলৌ শাজবা, অশোয়বা চামা ঙাকপিয়ু অরানবা চামা কনবিয়ু। খুবাং চাংজৌ তরানা ইদু কাইনা নিশিঙনা চাংজৌ চেপ্না পুনেমজৈ।

হায়িঙৈদা নোয়এ, মৈনা রায়না নোয়এ । তাংন শাম্না নোয়এ। লমলেন মদাইমদা নোয়এ। মদাইমদা নোয়ববু তুবী মপাগীদি মচানে। খোইয়ুম থিঙনা তাওবীনা। নথিঙ লাইরেনবদুবু। হে য়ুকৌঙৈদুদা। চীঙভু মঙাইরোয়দুবু। লুক্লেন পাম্না হাদনা খরায় লক্তোম শেমদনা। হো মায়খঙঙৈদুদা লম্লেন মহৌ চীঙদুদা। মহৌ ফাইবোক চীঙদুদা। নোয়বী নোয়দম, চীঙদুদা । কোন্দে খৎচুম মাইবনা। হে লাইকন চীঙদুদা। পুইতিংঙা তংকচনুনা। হে শৈওল চীঙদুদা। য়োয়বু তোইবী কৌবীনা। তোইবীতংকা চনুনা। তংকানুবী পুইতিংরাক। খুয়োন পুইতিং লৌবীনা। খাবী লেংনাউ খোম্বীনা মপল লাইবু য়ুখৌয়ে। লাইরেন লাইবু য়ুকৌয়ে হনবা লুকথুংদরেদা। হনু লুকথেক্তবগী নহা নুপীশিংদুদি। লিনকাম লাইকাম থুংলেদা। পাক্ল তাইনা লায়থুংলে। তোইবী তংকা চনুনা কোরৌ নোংদোংলেংবীনা। খাবী মথি নাইরেদা। অমাই মরাঙ হৌদুন হৈরেন ফুইনিংশিংদগী খুঞ্জান রাননিঙাইশিংদগী। চাপ্লৌ লাপোৎ সুনদি। লাপোৎ মঙা সুনদি শিংপোৎ তরুক য়াওদনা। হে চেনগে চেনচিনখি হে পাংগে পাংশিনখি। মানবী নুঙতেক মদুদা, কোইরৌ নোংতং লেংবীনা লৈগী মরী পায়দনা। নোংগী মরি থিদনা লিকমরক্তা খিকপদি। শায়ায় লৈয়াই খিককংলে। লিকমরক্ত খিকপদি। হনবা হনু অদুগা। হে খিক খিক্তোক্লে। হনব হনু অদুগী পোকমরক্তা পোকপদি। হে পোক ২ অনি পোকইদা মহৌ মহৌ পোকইদা। মহৌ ফাইপোক চীঙদুদা খাবী লেংনাউ খোম্বীনা তোইবী তংকা নুপীনা পোকমরক্তা পোকপদি। হে পোক অহুম পোকইদা। মহৌ মহৌ পোকইদা মহৌ ফাইপোক চীংঙদুদা খাবী লেংনাউ খোম্বীনা তোইবী তংকা নুপীনা। থিঙলৌ মিঙতেকনদী। মপল লাইবু য়ুকৌয়ে। লাইরেন লাইবু য়ুকৌয়ে। হনবা লুকথুংদবসু। হেক লুক্তা লুথুংলেদা। হনু লুকথেক্তবসু। হে লুক্তা থেক্লেদা। নহা নুপীশিংদগী লিনকাম লাইকাম লাইদ শুঙ। পাকনা তাইনা লাইকোক্লে।

তুবী ঙঙয়েক চনুনা। তোইবী তংকা নুবীনা খাবী লেংনাউ মোম্বীনা অমাই মরাঙ হৌদনা। হে শৈওল চীঙদুদা। কোন্দে খুৎচুম মাইবনা। হে লাইকল চীঙদুদা।

নোয়বী নোয়দম চীঙদুদা। য়োংমু শারম চীঙদুদা তংকা নুপী পুইতিংবাক। খুয়োল পুইতিং লাওবীনা তৌরা নোংতেং লেংবীনা মপা লাইগা নোয়য়িদা । লাইরেন লাইগা নোয়য়িনে। তাউরোই নাইগা নোয়য়িদা। খোঙশিং মাপল নোয়য়িনে। নোয় খুথাঙবু নোয়তময়ে। নোয়মল্লাংবু নোয়দমই। নোয়না ঙমদমহৌঙেদা। শাবী লৈরাং মশেননী। নুংওক পায়পং মশেননী। খৈরোয় উপেং মশোন্নে। পংশিৎ নাউশং মশেননে। হুইরিয়া লাইরিয়া লাইকোক চাদুগা। লাইকোক লাইহিং চাদুনা। সিংজং রাখাই য়াওদনা। পীথিৎ পীথাঙ য়াওদনা তোইবী তংকা চনুকা। মপা লাইগা নোয়য়িনে। লাইরেন লাইগা নোয়তময়ে। তুবী খোংমিৎ মরক্তা। চীংলেন পল, লাংদুবু। হে নোয়গে নোয়খিএ। লাইরেন খোঙকাপ মরক্তা মহৌ ফাইপোক চীঙদুবু। হে নোয়গে নোয়খিযে। অরেম্বনা নোয়বদি। নোয়চুনসে নোয়চুসে।

তুবীনা নোয়ববু। অরেম্বনা নোয়ববু। শবীরেন্না নোয়তমই। তাউরোয়নাইগী নোয়দমঙে। মরুম্বীনা ঙাইনোক্রে। শাবী ইপল লেংনাওদা। অনিঙবদি নিঙথিরে। য়ারেন য়ান চাউইদা। হে ঙাইনোক্লখিয়ে। শাবী চীঙদা নোয়বদি নোয়চুনসে নোয়চুসে।

হায়িঙেদা নোয়ববু। মৈনা রায়না নোয়য়িদা। তাংনা শম্না নোয়ববু। কোরৌ থক্তা নোয়য়িদা। নোংমদোন্দা নোয়য়িদা। লাইরৈপাক্তা নোইয়ীদা। নুঙনাং কোন্দা নোয়ইদা। কাউখং কোন্দা নোয়নে। কোইরৌ লয়না রাংনা নোয়য়ে। সোরাবেন্না নোয়য়ে। খাকপা নিংথৌ লাহৈবা। রাংবা নিংথৌ পানচুম্বা। চীঙভু নোংথৌ য়োয়রেনবা। নমু ফম্লম সিনবও। শারুক লৌতম হুনবও। লাইপক খেল ইবও। কোইরৌ নোংখাই ফম্বনি। নুঙনাং য়াইবিরেন শিদবা। য়াইবী মখোয় নেৎপও খাকপা পুলৈরোম্বও চীঙভু পুলাং নাকপ্না। কোকমরোঙবু তেরৌবা খোম মরোঙবু হনবাইবা। চীঙভু নোংথৌ সোরারেন। খোইয়ুম য়াইবী য়েলহৌগী। চীঙভু থংব নোঙনিংথৌ। খোইয়ুম ফাকলং য়োয়রেনবা। চীঙু লাঙ্গোই মখুনেৎ। লাঙ্গোই ঙৌনা । শা মরি পানববু। লাঙ্গোই খুনেৎনবও। কোইরৌ চৈ খাঙবও। রাঙপন তেনহৈ পাঞ্জুম্বা। চীঙু থংবনা নোয়এ। মশানৌগা লোয়এ। সনা লৈমগ নোয়এ। থম্বাল লৈমগা নোয়এ। সোরারেন্না নোয়বদি । মপারিগা নোয়এ । সনাহনগা নোয়এ। হে খোইয়ুম লাইনিংথৌ । চীঙু হৈনা চাউবও। পামেন উচুঙ হকপা। খোইয়ুম কোইরৌহনবা। খোইয়ুম খোয়রিফাবা। নাউরা খোয়শাং শিংপা। চীঙনুং লৈশং খেকরায়বা। লৈরাং খয়োম লৈনৌবা।

লাংকোই তুপ্পায় তোংবা। মপারিকা নোয়এ। ঙাইরোয়ননা নোঈয়ে। চীঙু লাই পাখংদুদী খোইয়ুম লাইনুরাদুগা নোয়এ। সনা লৈমগা নোয়এ। ফম্বা লৈমগা নোয়বদি নোংথৌরেনগা নোয়এ। চরৈ শেংনা নোয়এ। ফিঙৌ শেংন নোয়এ । তরা চমাংদনা নোয়য়ে। বাংলৈ য়ুমাংদনা নোয়এ।চরৈ খন্না নোয়এ। ফিঙৌ খন্না নোয়এ। বাংলেন থিন্না নোয়এ। শেনফাং য়ৈনা নোয়এ। মোইবুঙ খোংন নোয়এ। শরিক খীঙন নোয়এ। সনা খান্না নোয়এ। চোঙলেন খান্না নোয়এ। থাঙলেন হাইনা নোয়এ। য়ৌথৌ ফান্না নোয়এ। মঙান তম্না নোয়এ। মালেম তম্না নোয়এ। কুপতুম কুপ্না নোয়এ। লংতুম লংদা নোয়এ। চীঙভু মঙাইরোয়কা নোয়এ। খোইয়ুম মহীসাংগ নোয়এ। মায়কৈ ঙাকপগা নোয়এ । শুংদাই ঙাকপকা নোয়এ। নোংলিংবদুগা লৈসেম নোংসেম্বদুগা হুম্লেন য়াইবী মসেননী। মরী হান্দোং য়াওদনা । মালেম লৈরী শুবনে। কোইরৌ নোংলি চীংবনা । কাপ্তু হুইকা থাদনা। চীঙভু য়োম্লোয় হাওবনা। নোংলৈ ইরৈ মসেন্নে। অপোকচাদ য়াওদনা। চাদালাইহুই য়াওদনা। অতোং অরেংবদুনে। কোইরৌ তোন্দা নোয়এ। খোইয়ুম তিন্ন নোয়এ। লাইরুপ তিন্না নোয়এ। থংবা নোংনিংথৌদুনা। য়ায়দা লাংনা নোয়এ। নোংমি চাউনবা নোয়এ। মালেম পাক্লবা নোয়এ। মরা পাকনবা নোয়,। ময়ুং কুইনবা নোয়এ। য়োয়রেনবনা নোয়বদি। নোইচুনসে নোয়চুসে ।

হায়ি চকঙৈদা নোয়এ। সরারেননা নোয়ববু। চকপরেন্না উরকএ। চকপা শরাংবদুনা। শারাং মেলোঙবদুনা মেলোঙ হমেঙমিংতুনা। য়াওরঔ তানবদা উরকএ।শজি তানবদা খঙলকএ। য়াওরৌ শজি তানবনা শজি কুরাং তানবনা। য়াওরৌ শজি তেংদুবু। লাবা খুমন পুদনা। য়াংদৌ শারম লীবনা। কোইরৌ থকলম তানখংখি। নোংঙারমদা য়িনখংখি। খোইয়ুমথৌন নোয়ঙমএ। লাইনিংথৌনা নোয়ঙমএ। অহোঙ নোয়বু নোয়ঙমএ। পুঙফানোয়বু নোয়ঙমএ। কোরৌ মথোঙচিলদগী। বাংপল মরাক চিলদগী মোলোংমিংনা উরকএ। কুরাং তানবনা খঙলকএ। চীঙভু থংবনা নোয়এ। লাইনিংথৌগী নোয়বদি। নোয়চুনসে নোয়চুসে।

হায়িঙৈদা নোয়এ। নুঙনাং য়াইকোননুংদা নোয়এ। খোইয়ুম লাইরৈপাক্তা নোয়এ। লাইরুপ তিন্না নোয়এ। লেংতিন্ননা নোয়এ। সরারেয়া নোয়এ। থংবা নোংনিংথৌদুনা য়ায়দা লংনা নোয়এ। খোইয়ুম কুপতুম কুপ্না নোয়এ। চীঙভু ঙানদুম ঙান্না নোয়এ। মালেম পাক্লবা নোয়য়ে। মরা পাক্লবা নোয়এ। নোংলী ফুইনবা নোয়য়ে।

লাইনিংথৌনা নোয়এ। সরারেন্না নোয়বদি নোয়চুনসে নোইচুসে।

হাইয়িচকঙৈদা নোয়এ। মৈনা ৱায়না নোয়এ। তাংন শম্না নোয়য়ে। চকপা শৱাংবদুনা। য়াওরঔ তানবদা উরকএ, য়াই শজিতেং শাদুবু। লাবা খুমল পুদনা। কোরৌ থকলম তানখৎখি। খোইয়ুম থৌনা নোয়ঙামই। লাইনিংথৌনা নোয়ববু। চকপরেন্না নোয়তমই। শাৱাং মেলোংবদুনা। ময়ুম হেমচেং নাঙুদা চকপা মশাই কো-দুদা। ফিশঙ খন্না নোয়এ। ফিঙৌ খন্না নোয়এ। হয়ি হয়া তাঙদুবু হেমচেংচিংনা নোয়এ। শুনাচিংনা নোয়য়ে। চকপা চা পাখংদুনা। হেমচং চানুৱাদুগা। য়োল্লোয় হঔনা নোয়এ। কোরৌ নোয়বু নোয়তমএ। পুঙফা নোয়বু নোয়তময়ী। হায়িঙৈদা নোয়ববু। কোরৌ সেম্না নোয়এ। ৱাঙবন ৱায়না নোয়এ। নোয়না হৌনা নোয়এ। ঙমদম হৌনা নোয়এ। খোইয়ুম থৌগী নোয়তময়ী। লাইনিংথৌগী নোয়বদি। নোয়চুনসে নোয়চুসে।

খোইয়ুম থৌনা নোয়এ। লাইনিংথৌনা নোয়বদি। নারম য়ায়দা নোয়এ। কংলৈ য়ায়দা নোয়এ। পুঙলেন য়ায়দা নোয়য়ে। মপুঙ ফানবা নোয়এ। মালেম পাক্লবা নোয়এ। মরা পাক্লবা নোয়এ। হায়িচকঙৈগী নোয়এ। মালেম হৌঙৈগী নোয়তমই। নোয়খুৎথেকপু নোয়তমই। নোয়মলাংবু নোয়তমই। পামমেন থক্ত নোয়এ। পোম্বীনা নোয়এ। চীল্লোক্লনা নোয়এ। নোয়চুনসে নোয়চুসে।

মপারিগা নোয়এ। সনাহনগা নোয়এ। মালেম থৌকা নোয়এ। লাইনিংথৌনা নোয়এ। সনা নুঙকাং থক্তা নোয়এ। লৈসং লৈঙৌ য়াওনা নোয়এ। লাংকোই তোংনা নোয়এ। তুখায় তোংনা নোয়এ। লাংকোই মোইখায়রেন থাসাবা। সনা খান্না নোয়এ। চোঙলেন খান্না নোয়এ। খোইয়ুম মঙাইরোয়দুগা ঙাইরোয়ননা নোয়এ। য়োয়বু খোইয়ুম লাইরেম্মা। তম্ফা লায়রেন হনবীনা চরৈকিনা নোয়এ। ফিজিকিনা নোয়এ। মাল্লৈননা নোয়এ। লেংতোন হায়না নোয়এ। খুৎপু থেক্লা নোয়এ। শাপু লাম্না নোয়এ। লাইরেম্মনা নোয়বদি। নোয়চুনসে নোয়চুসে।

খোইয়ুম থৌনা নোয়ববু। ফমথৌ মঙাইরোয়দুগা। নিংথৌ মহিসাংদুগা ঙাইরোয়ননা নোয়এ। মশানৌকা নোয়এ। খুমবীগা নোয়এ। লয়মরোয়দি অঙলবী। য়োয়পু সংকন মফেৎ নোয়। য়োয়পরৈমা তোংলেংবা। য়োয়নৌ লয়মা ৱায়রঔলিক। খোইয়ুম য়ীমলেন লয়মা। মনাক তেলনৌ শোচৈ লোল। মখাতা শাৱা তোমথিন চেক

লোইবী কোয়রেং উ শোঙতু। উ শোঙ চেক্লা শায়ামনা। মালেম লয়দা তাবকুম। হে চেকুম্বীশিংও। সিঙলেন নৈশেম তনৌবী। হৈরাঙ নানৌ অতেংবী। কাসুংদাই পাঙুম্বী পান্না লাকি নামিবী। য়োয়পু থাঙঙা নীঙোনবী। হে পুম্নাইদুগা। ঙাইরোয়ননা নোয়এ। চীঙঙু মপাউ শাদুবু। খুবাক খুনা নোয়এ। খুৎপু থিন্না নোয়এ। শাপু লাম্না নোয়এ। ফিগাও সানা নোয়এ। তুংপুন্ননা নোয়এ। চরয় হাইনা নোয়এ। লেংতোন হাইনা নোয়এ। মাল্লেম থুপকিননা নোয়এ। খুৎশম্ননা নোয়এ। মাইকৈ লাকনা নোয়এ। তুবী সানা নোয়এ। লাইরেন সানা নোয়এ। মপুক শানা নোয়এ। লৈরোং শানা নোয়এ। লিনলু সানা নোয়এ। নোয়খুৎথেকপু নোয়তমই। নোয়মল্লাংবু নোয়তমএ। নোংলী কুইনবা নোয়এ। মালেম পাক্লবা নোয়য়ে। মরীসিংনা নোয়এ। মতা নোয়বদি। নোয়চুনসে নোয়চুসে। হয়িচকঙৈদা নোয়ববু। ঙাখা খারংবী চানা। মালেম হোৎনা নোয়এ। ঙাতেন লাঙকম্বী চানা। লয়পু হোৎনা নোয়এ। নোংবু লাউনা নোয়বদি। নোয়চুনসে নোয়চুসে।

হয়িচকঙৈদা নোয়য়ে। লয়কা চেকা নোয়য়ে। ৱানমুবীগা নোয়য়ে। নোংকা চেংকা নোয়য়ে। ৱানঙৌপীকা নোয়এ। লয়কা পাকা নোয়এ। নোংকাপকা নোয়য়ে। মালেম পাকনবা নোয়এ। মরা পাকনবা নোয়য়ে। লয়পু নিন্নবা নোয়এ। নোংবু নিন্নমা নোয়এ। লাইনিংথৌনা নোয়বদি। নোয়চুনসে নোয়চুসে।

নারম মদাই মদুদি । মোংবা ইমজাউ মাঙদুদা। খোয়য়ুম শুমাঙ মথৌ পোম। থৌপোম তাংবা লোয়দুদা। চীঙঙু মকুম তমদুবু। লোইতাম মথা তমদুবু। কুম্বী কুম্না অনিমা। চীঙখোঙ লাক্লেন কিশি তাই। থম্না লাইরা পানদুগী। চীঙঙু মকুম শয়িদা লোইতাম মথা তমইদা। ইবেন খোইয়ুম লাইরেম্মা। ফুরেপ লয়মা লুজাউবী। নাকথ লয়মা পাউদোয়বী। থাঙঙা য়ুম্লাই খল্লিবী। লালোই য়ুমখৈ ঙাকলিবী। মোংবা শারোঙ কাদুদা শারোঙ লপ্লেন কাদুদা। মপারিবু শাৎলেদা। খুনমাববু শাৎলেদা। ময়ু কুম্বু তম্বু। মশানৌকা নোয়এ। খুনমা পীকা নোয়য়ে। খোইয়ুম হায়না ইন্না নোয়এ। লান লোই থাঙঙা নিংঙোনবী। হে পুম্নমদুকা সুপ্নাচিংবা নোয়য়ে। লোইদাম ওইনবা নোয়এ। মনোং ওইনবা নোয়এ। ঈরোয় পাককি নোয়এ। ঈনাউ তানবা নোয়এ। শিঙঙেন হুনবগী নোয়এ। লৈরাং হুন্নবা নোয়এ। খুম্বু হুন্নবা নোয়য়ে। থৱায় চাউনবা নোয়য়ে। মিরেন ফানবা নোয়এ। মপুঙ ফানবা নোয়য়ে। চারি কুইনবা খোঙদোন শাংনবা

নোয়এ। থবায় হাম্বোইবদুবু মিরেন হামচংপদুবু মোংবনুংদা কোল্লমগে। ঈমজাউনুংদা কোল্লমগে। তাইয়ম ফমথৌ মঙাইরোয়। নিংথৌ মহীসাংদুবু। মোমনু থাঙঙা নিঙোনবী। হে পুন্নামদুগী মোংবানুংদা কোল্লমগে। য়ুমজাউনুংদা কোল্লমগে। খুৎশম্না কোল্লমগে। লীয়েৎননা কোল্লমগে। পোনবীননা কোল্লমগে। চীলওক্ননা কোল্লমগে। চীলতিন্ননা কোল্লমগে। মোলাংখাদা কোল্লমগে। নয়ু লৈবু লৈনিনা। হোঙনেম লৈপুনসিদুবু। চারোন মঙা তানফংলে। শুরোন তরুক নেমজিল্লে। হে লৈপু রায়রও।

তাইয়ম ইরাকমদী। রাকয়েবু কোনগে। খোং ঐবু কোনগে। হয়ি হয়ি। মথক্তা ইরিবা অনোয়রোন অসিনা উমং লাই লাইবুং খুদিংমক্ত শরু শোন্নবা য়াই অদুগা লাইনিংথৌ খল্লাংবগীদি মথক্কী অনোয়রোন অসিনসু শক্লে। অদুগা খল্লাংব খুছোক খুন্দারোন্নসু শক্লে। মখাদা ইরি -

চীঙভু খোইয়ুম লাইনিংথৌ । হায়না ঈশৈ চিংলকপদা। লাইথৌগল য়াওরিবা নিপা নুপীশিংনা। শয়ানসিতা হায়না খুপাক খুদুনা খুমগনি। খোইয়ুম লাইনিংথৌ খল্লাংবা। খোইয়ুম য়াইবী য়েলহৌগী। কংলৈ সনা পুঙময়োন। অতিংকোক গুরু সিদবা। গুরুগী য়ারেন্নুংদগী। য়ারেন খোংজিনুংদগী। তাইবঙ মালং পান্দবু। চীঙভু সানফোঙলকপও। খোইয়ুম লাঙওল্লকপও। চিঙভু নতিক চাওবনি। খোইয়ুম নঙনা হকপও। চীঙভু সাইওন য়াম্বাও। কংলৈ সনা পুঙমায়োন্দ লৈনুং মোরি য়োৎসুংবা। খুনুঙ তেক তেক থাঙজবা সাইওন য়াম্বও। খোইয়ুমফমলুপ কারকপা। চীঙভু খোইয়ুম লাইনিংথৌ।

পোইরৈ নরৈপুঙদবু। খম্লুং খুছোকফমদবু য়াংলৌ খনবরমদবু। নরুন্নী খোইমোম লাইরেম্মা। সছোং হুইমু লৈমও। মঙাংনিংথৌ চনুবু তালোয় লুমতিন্নবও। নপারি অমুদোন শাৎমাবা।

খোইয়ুম লাইনিংথৌ খমলাংবা। থোংনাং মীরৈপাক্তবু। য়াংদৌ খোংদোয় হুলকও। থোংনাং মরৈপুঙদবু । হুয়েন মিতম পান্দবু। তখেল হয়াই চীঙতোমপোক। য়োয়মরাইনা শানথুপ্লম। শায়োন লাংহৈপুঙদবু। রায়রা শাথুপফম। নাগ্না সনা চীঙতোনথক্তা। রায়রা শাথিবরা শাথিদা। হুয়েন লালথিবরা লানথিঙমদন। মতোম থোংনাং খুনফাওবও। সীজ কালিকা লাইরেম্মবু। থোংনাংচনুবু ফংবও। চীঙভু খোইয়ুম লাইনিংথৌ। থোংনাং মরয়পুঙদবু। তেংনৌ য়োৎথিরুববু। তেংনৌ য়োৎ ফংদবও

তালোয় তুথিতমবদি। তালোয় তুবু ফংবও। থোংনাং তালোয় লুমদিন্না। তখেল খুনসেমলম্বও। ময়াংন খুম্লিংলমলগা। ফমথৌ নঙাইরোইশিংদুগা খোইয়ুম নহীসাংশিংদুগা। চীঙড়ু ঙাইরোয়নদুনা। পোইরৈ সনা লৈপাক্তা। মনিপুর সনা পুক্তময়োন্দ। য়াংদৌ খোঙদোয় হুল্লকপা। তখেল তুংওইনরম্বা। মরম্মা লমলেন মদাইমা। লমলেন লোইজিঙ চীঙজাওদো। ফিতুপ নাতে শমলক্লে। চীঙড়ু খোইয়ুম লাইনিংথৌ। য়াংন খোঙদোয় হুল্লকপা।

মরম্মা লমলেন মদাইমা। ঙাপ্রুম চিঙজেংনা তুংওইনা। তাইরেন উথা কোন্দুবু। ফায়েঙ নোংফাই ফমদুবু। তাউথোং খুনথিরমদুবু। লাঙ্গোন চীঙমৈ তুংওইনৈ। উরীপোক খোংসায়ান। য়াংলঔ নহা মাঙদুবু। অব্রা পোৎথারবও। অনা হিথাংরবও। উরীপোক খুন্দা হানবও। চরিক মপাল থাবিবা। নোংপ্রে মউ লিংবও। চিংড়ু খোইয়ুম লাইনিংথৌ। খোইয়ুম লাইনিংথৌ খমলাংবা। লমলেন হাওবম খুন্দাবা। লয়তান নুঙখঙলবও। তেৎনৌ য়োৎপু শুংবও। থাঙলেন ময়া তারগা থাঙলেন ময়া তোপপিবা। কতেং য়োৎনীঙ তেক্লগা। কতেং য়োৎনীঙ শম্বিবা। খোয়য়ুম লাইনিংথৌ খমলাংবা। উরিপোক খুনসেমলমলগা। চিঙড়ু নঙাইরোয়শিংদুগা য়াংদৌ খোঙদোয় হুল্লকপা। নশানৌ খোইমোম লাইরেম্মা। সীজ কালিকা খুলয়মমা। খুল্লাই কালিকা অথৌবী। চীঙড়ু নতে ননাউনা। ফমদৌ নঙাঈশিংদুগা। খোইয়ুম নহীসাংশিংদুগা। চীঙড়ু ঙাইরোয়নদুনা। য়াংদৌ খোঙদোয় হুল্লকপা। খর চৎলে হায়রগা। মরম্মা লমলেন মতাইমা। খাবা শনসেন থোং তুংওইনৈ। খরা চৎলে হায়রগা মরমনা লমলেন মদাইমা। ব্রাথ্বে কৈতুপুঙ তুংওইনৈ। খর চৎলে হায়রগা কোংবা ঙাচে থেন সমু তুংওইনৈ। মরম্মা লমলেন মদাইমা। লমলেন মীরেপ পুং লমদমদো। ফিদুপ নাতে শমলক্লে। চীঙড়ু খোইয়ুম লাইনিংথৌ । য়াংদৌ খোঙদোয় হুনলকপা মরম্মা লমলেন মদাইমা। সেলোয় লংমাই চীঙ শামা। ঙারিয়ান চীঙজেং লানলক্লে। খর চৎলে হায়রগা পোইরৌ খোংজিন তুংওইনৈ।

শৌতোন তাউবা পুং। কৈরাউ উরান লম সেলোয় ঙারংয়ানবু। চীঙড়ু খোইয়ুম লাইনিংথৌ। য়াংদৌ খোঙদোয় হুল্লকপা। মরম লমলেন মদাইমা থৌবাল ঈখোঙ কাইবু খুনফংলবগী। অব্রা পোৎথা অনা হিথাংলে। তেৎনৌ য়োৎপু ফংদুনা। য়োশুং য়োৎসা তম্বীবা চহি কুমশিঙ কয়ামুক থৌবাল খুনশেমলগা। (খুনলিংলমলগা) চীংড়ু খোইয়ুম লাইনিংথৌ খোইয়ুম লাইনিংথৌ খল্লাংবা। নশানৌ খোইমোম লাইরেম্মা।

সীজ কালিকা লাইরেম্বী। চীঙু নতে ননাউনা। ফমথৌ নঙাইরোইশিংদুগা। য়াংদৌ খোঙদোয় লহল্লকপা। মরম লমলেন মদাইমা। লমলেন হৈরোক পুংদবু। রাংলেন পুংখায় মরুমদং। অরা পোংথারম্বও। চীঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ। য়াংদৌ খোংদোয় হুল্লকপা মরম লমলেন মদাইমা। লমলেন্না শোরা চীঙ লমদম্বু। মিংয়েং সানথৈরম্বও। চীঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ। য়াংন খোঙদোয় হুনলকপা মরম্না লমলেন মদাইমা। লমলেন কেরচীঙদবু। অরা পোংথারবও। অনা হিথাংলবও। তেংনৌ য়োংপু ফংদুনা। তেংনৌ য়োংপু সুংদুনা চহি কুমশিঙ কয়ামুক। কেরচিঙ খুন্দারম্বও। খোইয়ুম নতে ননাউনা। ফমদৌ নঙাই রোয়শিদুগা লাইরেন নহীশাংশিংদুগা। য়াংদৌ খোঙদোয় হুল্লকপা মরম্না লমলেন মদাইমা। হৌজিক ফাওনা লৈরিবা ককচিঙ কৌবা খুনফমদা। অরা পোং থাবিরিবা। ককচীঙ খুন্দাবিরিবা। তেংনৌ য়োংপু ফংদুনা। খুনলিং খুন্দাবিরিবা। চীঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ। খোইয়ুম য়োংনিংথৌ খমলাংবা সীজ কালিকা লাইরেম্বী। চীঙু নতে ননাউবু। নদাইরেম খুনগঙ অচৌবা। নুংঙাই য়াইফন পানববু। পুন্সি চরৈ পিবিয়ু। খুবাং চাংজৌ তরানা। ইদু কাইনা লিশিংনা চাংজৌ চেপ্পা খুরুমজে। ইরিবা অনোয়রোন অসি। লাইনিংথৌ খমলাংবগী থেলোন শৈশক্লি। লাই অতৈদদি য়াদে।

মতৌ অসুম্না মাইবীশিংনা হকচাং শাবা লাইপৌ খুংথেক ৬৪ (হুমফুমরি) সুনবা শারিঙৈদা ঈশৈ হনবীশিংনা অনোয়রোন ঈশৈ চীংদুনা লাই থৌগল য়াওরিবা নুপা নুপীশিংনা তান চানা খুপাক থাদুনা শায়ান্নসিদা হায়না খুমদুনা লাইপৌ শাই। মাইবীশিংনা হকচাং শাবা লোইদুনা গুরুদগী থরায় নিদুনা অঙাং মীপোক মীহিংদুনা ঈরু শান্দেং মী লৈনবা য়ুম কয় শাদুনা য়ুমজং খোংদোংলক্লবদা লাই থৌগল য়াওরিবা মীয়াম পালা ময়াম্না রাকোন লাউদুনা শান্নে।

ঈশৈ হনবীনা - রাকোল্লো, রাকোল্লো,
রাকোন্না নোয়সে মনোয়সে, রাকোন নোয়চুসে।
ময়াম্না খুই। মখা খর
শক্লগা উচি হোই উচি, উচিরাবা ময়তৎপা
খরুঙ মপান থৌশাবা, শেন্দাং লাকই য়া
হোই য়া। অসুম্না অরায় অখুম শক্লে।

শা কোমগ্রেক চাগনু নতু চোমগনি। নুপানা শকই। নুপীশিংনা নিংথৌ য়েংবী চাগনু খুনিংথৌ কাঙগনে, হায়না খুমদুনা নুপা নুপী ওনশিন্নদুনা অকান্বা ৱাহৈ কয়া শক্র রমই। মমাঙঙৈগী অহল লমন হাকতক্তদী পুন্সিরোন্নি হায়দুনা য়াম্না শক্ররমই। অদুনা লাই হরাউবা হায়বসি অর্থ য়েংলুরবদি। লাইনা পান্বা পেনবা ঈশৈনি। শকপা চুমই। অদুবু হৌজিক্তি মতৈ, মকু, মচীন-মনাউ, মপা-মচা, ইকাইনবদগী অকান্বসি কয়া শক্রখিদ্রে। অদুনা মখা অকান্বা ঈশৈ ইজদ্রে।

য়ুমচঙ খোংদোংদুনা মাইবীশিং খুরক লৈ থাদুনা হকচাং শাবগী থৌরম লোইশিনখ্রে।

## পাম্হোইবী জগোই

নোংপোক্না পাম্হোইবীগা অনি পাউ শানদুনা জগোইগা লোইননা শকপা শাবা জগোয় অদুবু পাম্হোইবী জগোয় কৌই।

পেনা খোংবনা আ ........... নুমিদাং ৱাইগীন মতমদা নুমিংনা চীঙয়া থাংলক্লে। তময়া কোরী চেল্লক্লে। চীঙগী ময়না তময়া থেং। তমগী ময়না খোংমৈ নেম। চিংগী পামেন নিংথিবী। তমগী পামেন নাপুঙবী। ইশাবী মাঞ্জ পামুবা । থংলেনগী চেংলৌ উবরা। মাঞ্জগী কায়দোংফমবু তাকপিয়ু। থাংজিংদা, আ-হা কেগেনিদিনা লাইনিংথৌ ('কসারেন) মোইরাংগী লাংবুমন অরিবা। মোইবাংগী থাংজিং কোয়বেন লাই। লোক্তাক ঈসা মাপল ফাংবদা। চেংলৌ শকয়েংনবা লাইনিংথৌ। ইশাবী মাঞ্জ পাম্মুবা নোংপোক মালং হুমওইবা। ঈশাবী মাঞ্জ পামুবা। মাঞ্জ কায়দোংফম থংলেন লৈফম তাকপিয়ু।

**ৱাংব্রেনগী:-** আ -হা খানা চাউবনা ৱাংবুরেন।

লমলেন শুগু ন ঈৱাইতাম । খমনুং শৱান য়াংদৌরম।

থোংনাং মোংবীন চীঙনুংহুৎ। লাইজ ঈথোঙ থিংলিবা (লোললিবা)

লেপ্লে ঙাথোঙ থিংলিবা (হাংলিবা) ঙাচিক কোনগুম্না কোনলিংবা।

ঙারেন কোনগুমনা কোনখাবা। মাঞ্জ কায়দোংফম্বু।থংলেন

লৈফম্নী তাকপীয়ু।

**নোংপোক্নী :-** আ - হা নোংপোক মালং হুমওইবা নোংনা হৌবা মাইকৈদা। নোংপোক্না ৱায়রংন পাংবদা। নোংপোক নিংথৌন লাইনিংথৌ কুলামচু ফৈজোম শেত্তুনা। কোয়েৎ তোলোক নাইনবু। কাঙহুন লেংদা থোংদুন। ময়ুমন শেলায় তুংওইনা।

পাম্ভোইবীনা লৈবা মাইকৈদা। য়াংদৌ খোঙদোয় হুল্লক্লে। ইকাইনবু চরৈন লমখুমনৌ। অসিনা চিংবা কয়া কয়া শক শোন্দুনা পাউসনরগা মখাদা হৈরাঙ খোইনিদা চানবা হৈনিদা অসিবু থোইনা হাওবা হৈদি চিন্দম্বা হৈনিদা পাউসনরগা পাম্ভোইবী জগোয় লোইশিনখ্রে।

**পাম হাইবা :-** মথংদা মাইবীশিংনা পাম হাইদুনা লৌ য়ান্দুনা লশিং থারগা লশিং লোক্তুনা ফি শারগা শুদোক চামথোক্তুনা লাইদা কত্তুনা, পাম য়ানবগী থৌরম লোইশিনখ্রে। মতাং অসিদা ফিশাবগী জগোই খুৎথেক্তি মথক্তী কংলে হরাউবগী খুৎথেক মান্নে হায়দুনা ইজদ্রে।

**লোং খোনবা :-** মথক্তা মাইবীনা হৌনবী কায়দনা লোং খোন্দুনা লাইদা থব্রায় মি কোন্দুনা লোইশিনখ্রে।

**পাতোন জগোই:-** মথংদা মাইবীশিংনা পাতোন জগোই শাদুনা লাইপৌলা ফুক্তুনা লৈয়োমদু ফিশঙদা পুল্লগা, ফিবুল লোকপী শান্নরগা চোঙ খোঙ য়েৎপী (লিৎপী ) শান্নে। মতাং অসিদা মাইবীশিংনা চোঙ খোঙ লীৎপী শান্নবা লোইরমদাইদা মাইবী অমনা লাই ঈকৌরুবা লৈয়োম ঈহাইফু অদু মাইবী মকোক্তা থোঙ্গত্তুনা জগোয় শানা শানা থাংঙ ফানবা থৌগলগা লোয়নদুনা লাই লেঙথোক্কনি। পুঙ সেন য়ৈগনি। মাইবীনা মকোক্তা পুরিবা লাই অদু তাদনবা চেকশিন্না পুদুনা চোঙ মরিদা য়েৎত্তুনা লিৎত্তুনা মাইবীনা মখুৎনা জগোয় শানা শানা লিৎকনি। মতম অদুদা নোংপোক পাম্ভোইবী অনিনা পাউস ঈশৈগা লোয়ননা থাঙ জগোই শাগনি। থাঙ নোয়দুনা শান্নরিবা মী অনি অদুনা মখাগী ঈশৈ অসি শকপা ঙমদ্রগা। ঈশৈ হনবী, শকপিশিংনা অব্রাই অখুম শকই।

**পাম্ভোইবী:-** নবেম্মা ইপন্না পাল্লি পাম্ভোইবী ইতুনা ব্রাংই ব্রাংথোইবী নবেম্মনি নবেম্মনি রিও রিও রি রি নোয় নোয়।

**নোংপোক :-** নবুংঙো নবুংঙো খোইয়ুম নোংপোক হুম ওইবা। নোংপোক্লা মালং হুমওইবা নবুংঙোনী নবুংঙোনী রিও রিও রী রি নোয় নোয় নোয়।

**পাম্ভোইবী :-** নবেম্মা নবেম্মা। চরৈনা ফিমু শেৎপীনী হাওশম্না তুংয়ান্নবীনি। নবেম্মনী নবেম্মনী রিও রিও রী রি নোয় নোয় নোয়।

**নোংপোক :-** নবুংঙো নবুংঙো খোইয়ুম্না নোংপোক অরিবা। নমুনা

পোংশেন্নকপনি থব্রায়না মী পোকলকপনি। নবুংঙোনি নবুংঙোনি রিও রিও রী রী নোয় নোয় নোয়।

**পাম্বোইবী :-** নবেম্মা নবেম্মা। লিক্কোন খাউচাউ শিবীনি খুদাং য়াইচাউ শিবীনি, খুপোম য়াইসি লেনবীনি নবেম্মনি নবেম্মনি রিও রিও রী রি নোয় নোয়।

নোংপোক:- নবুংঙো নবুংঙো খোইয়ুম নোংপোক অরিবা য়োংমুনা য়োংসেন পোকপনি। খুপিংনা খুপাই পোকপনি। নবুংঙোনী নবুংঙোনী রিও রিও রী রি নোয় নোয় নোয়।

**পাম্বোইবী :-** নবেম্মা নবেম্মা। চীঙদা লৈরে হাওওইবী তমদা লৈরে লাই ওইবী। নবেম্মনি নবেম্মনি রিও রিও রী রি নোয় নোয় নোয়।

**নোংপোক :-** নবুংঙো নবুংঙো। নুংওক্লা পায়পং পোকপনি খৈরেয়ন্ পেং পোকনি নিশিৎ নাউশং পোকনি। নবুংঙোনি নবুংঙোনি রিও রিও রী রী নোয় নোয় নোয়।

**পাম্বোইবী :-** নবেম্মা নবেম্মা, থেনপুঙ থক্তা নোয়বীনি। থেলংন থক্তা শাবীনি। নবেম্মনী নবেম্মনী রিও রিও রী রী নোয় নোয়। মতৌ অসুম্না লাইনিংথৌ লাইরেম্মনা চোঙ খোঙ য়েত্তুনা লিৎতুনা নোয়দুনা ফম্ন্দা লেঙশিল্লি। মতম অদুদা মাইবীশিংনা লৈয়োম পুল্লিবা ফিশঙ অদু লৌথদুনা মাইবী অমগী মনম মখাদা পোদুনা লাইকা ঈশৈ শক্কুনা চপ মান্ননা লেঙসিল্লি।

মথংদা লাইরেন মথেক চৎলগনি ( লিৎলগনি) মাইবনা চিংদুনা। লাইনিংথৌ লাইরেম্মা পুবা লাই থৌগল য়াওরিবা, নুপা নুপী পুম্নমক য়াওনা লিৎকনি। লিৎলিঙৈ মনুং অদুদা ঈশৈ হনবীশিংনা মখাদা ইরিবা ঈশৈ অসি অব্রায় অখুম শক্লা শক্লা লিৎকনি।

**ঈশৈ :-** সারারেনগী লৈবাক্তা, সরারেনগীলৈবাক্তা

সনাগী থম্বৌ তোনিংথৌ লৈ ফাওরে দে।

থম্বৌ তাংদা খুদিংদা ------ ২

সনাগী থম্বাল অঙাঙবা

লৈ শাৎলে দে।

য়ুমজাও লৈমা ইবেম্মা। য়ুমজাও লৈমা ইবেম্ম।

সঙ্গাইনদি মাপল মাপল ফাংবদা ফি রোল্লি দে।

পামজবরা লোইয়ুম্বা। পামজবরা ইবুংঙো পাখংগী

কোয়েৎ তনৌবা, ময়ায়না চাংশ্রুঙ হাপ্লিগে

মতোন্ন পেক্রক সানবু লোনবীগে।

সরায়েনগী লৈবাক্তা সরায়েনগী লৈবাক্তা

নুরা ব্রানাইতবীবু থিরুসি দে। নুরা ব্রানাইতবীদী ------ ২

মালেম কোয়না থিদনসু ফংলরোই দে নুরা ব্রাতাইতবীবু ----- ২

পশ্লৌ কনানা পোকপনো খঙনিংই দে।

নুরা ব্রানাইতবীদি ------ ২

হশ্লৌ পানাইতবীনি

পলেম পীনাইতবীনি, কোলোয়না

মীংনাইতবীনি মালেম কোয়না থিদুনসু

ফংলরোই দে। ঈরিন লাইগী মরুদা ------ ২

পাখং কনাগী লৈমন্নো তাউথরে দে। ঐখোয়

নহাবোন য়ামইনা ------ ২

লোয়নবীগী ওইগনি লোকচেমসে দে।

পাখং খ্বাঙ তনৌবা ------ ২

করি লানা য়োম্বগী নৌবনো দে।

করি লানা য়োমদেদা ------ ২

চংনিং খোম্বী লোক্তগী লৈহৌবানা য়োম্বগী নৌবনি দে।

চীঙয়াদবু শল হোইবা ------ ২

পাছোইবী ইংখোল অনৌবা শোক্কনি দে।

শোকওইদবা নুপানি শোকওইদবা নুপানি,

লাইনিংথৌ নোংপোক নহানা

কাঙহু লেংদা থোংদনা শনখোম্লে দে।

মতৌ অসুম্না শক শোন্দুনা লাইরেন মথেক চংপগী মথৌরম কায়দনা লোইদুনা লাই কারে। নুমিৎ অদুগী লাই শান্নবা লোইদুনা কংলৈ য়াথোক শঙদগী সনা শঙ্গাইরেন্দ লাই লেঙশিন্দুনা ফম্বান্দা লাই ফমদেংলে। লাই লেঙথোক লেঙসিনগী থৌরম মথক্তা ইজম্রে। মাইবশিংনা ব্রাকোন লাউগনি শক্কনি।

ৱাকোল্লো ৱাকোল্লো । ৱাকোন্ন ফাসে লিফাসে ৱাকোন লিফাসে।
চীঙদগী ৱাকোন্না তমদা পাইগে হায়রেদা।
ৱাকোন্ন ফাসে লিফাসে ৱাকোল লিফাসে।
ৱাইনুও, ৱাইনুও ৱাইনুনা ফাসে নিফাসে ৱাইনু নেম নেম নেম।
কাকয়েলও, কাকয়েলও। কাকয়েন্না ফাসে
লিফাসে কাকয়েল লিফাসে।

মতৌ অসুম্না শকপা য়াবা শক্লগা ৱাকোন লোইশিনখ্রে। মতুংদা মাইবা মাইবীনা শরিক খিঙদুনা, পেনা খোংদুনা পুঙ সেন য়ৈদুনা মখাগী থেলোন অসি শক শোন্দুনা অহল লমন প্রজাপুম্বা খুরুমজে।

হে গুরু লাইনিংথৌ য়োৎনিংথৌ খম্লাংবা সীজ কালিকা লাইরেম্বী। চীঙঙু অনিমবু। হরাউ শকশেমতম, থৌথোক কুম্মেনগে হায়বগী নখুল খুলপুক অচৌবা ননাই নচা নশুশিংনা। অয়ুক য়েন্দামাঙ অঙনবদগী। তরা চাকঙন চাদুনা। খোইয়ুম কংলৈনসু মাঙ অসিদা। নোই খুখেক নোইমল্লাং। ৱাইনু কোলগোল লৌনা লৌনা। জগোই লেপলৌ শাজবা চীংঙু লাইপৌ শাবসু। খোইয়ুম লাইপৌ লোইদুনা সনা ফম্বাল্লাংদা অৱা পোৎথাবিরে অনা হিথাংবিরে লাইনিংথৌ । নশু ইবুংঙো লাইরেন মৈদিংঙু তাইবঙ সরারেন নমু পোংহনবগী মদাইরেম। য়াম্বা নিংথৌ ইবুংঙো, সেনাপতি খুল্লাক লুপ্লাকপ। পাখংলাকপা, নহারাকপা লাঞ্জিংবা। য়াম্মা ফমথৌ নঙাইরোয় লাইরেন নিংথৌ নহীসাং পুম্ন মক্লা খুবাং চাংজৌ ১০ মা মতু কাইনা লিশিংমনা চাংজৌ চেপ্লা খুরুমজবদি নখুল খুলপুক অচঙবা অসিগী ননাই নচা নশু পুম্নমক্কি। থৱায় হাম্বোই হনবিগনু মিরেন হামচৎন হনবিগনু। য়োল্লবা কাদা ঙাকপিয়ু। লাল্লবা কাদা কনবিয়ু। অয়ুক মতম চানা কোম্থাবিয়ু। নুমিদাং মতমচানা কোঞ্জনবিয়ু। উরুমচেঙ হোঙবা, চেংজা পোংখিন তম্বা। থৌদু য়ুলেপ্লা চাপোক কাতংসিনবা। নাউতু খোংফাং লেংনা শুক্তা সোইতানা পানববু লনকুবিয়ু লাইনিংথৌ। নখুল খুনপুক অচৌবা অসিদা তিঞ্জা, লাইজা, তীলমু, লাইমু, কলক য়েক্লা লাকপা খৈবীক হাওরৈ খা পাংনা হোইথবীয়ু। অফবা নুংঙাইবা পুন্সি নুঙশাংনা পানববু চীঙঙু নরনকু খোইয়ুম নথৌচানবু লেপ্লা থৌজানবিয়ু।

## লাই লম থোকপা

অসুম্না নুমিৎ ৫ নি ১০ নি হরাওরবসু লোইশনবদি চপ মান্নে। মনুং অসিদা ৭নি চনবা নত্রগা ৯ নি চনবদা লাই লম থোকপগি থৌরম – নুমিৎ অদু মতম চানা ফমদৌ নিংথৌ প্রজা লাইবুংদা কানরক্তুনা লাই থৌগন্দা চংগদবা চোঙ ফিরান পুবা, থাঙ ফানব, সেনপোৎ লাইপোৎ পুবা পুং সেন য়ৈবা থৌগল মশিং শুনা শিন্দুনা মাইবীনা জগোই শাই, দোলাই লেংজাওথক্তা লাই লেঙখক্তুনা মাইবীশিংনা শরিক খিঙদুনা পেনানা থৌগল লমইন খোংদুনা লাই খোঙশাল্লি লাই খোংশল্লবদা য়ৈগদবা পুঙলোন মখাদা ইরি। চোং, চোং, চোং, তেঙ, তেঙ, চোংদেং চোংদেং তেং চোং।

মতম অসিদা ইমা ইবেলশিংনা খুবাক খুদুনা থৌরৈ মপু নিংথৌবা শাবল লমথোক্লুরসি কোংবা লময়েংলুরসি লাইনিংথৌদে। দোলাই লেংজাও থক্তবু সনা কোন্দুম তাবগুম ফমফমলে দে, দোলাই লেংজাও থক্তবু নুমিৎ অনি থোকপগুম থবা অনি পানবগুম ঙাছোইরে দে। ফিরাল নম্মা তোমবনা য়াংথৌ মাঙদা থাদুনা লাইনিংথৌ খোঙশাল্লে দে। নুরাগী থমজেৎ শাবীনা শেনপোৎ মাঙদা থাদুনা লাইনিংথৌ খোঙশাল্লে। তরেৎকি মনিন নাইনবু ব্রাংলেন পুঙদোয় থিন্দুনা লাইনিংথৌ খোঙশাল্লে দে। মতৌ অসুম্না শক শোন্দুনা জগোই শানা শানা লম থোকফম লাইবুঙ য়ৌবা, লম থোক্ফম লাইবুংদু হান্না লাই ফমদেংবা য়ানবা শেম শাদুনা থমগনি। লাই খোংশল্লকপা অদু য়ৌরক্লবদা মাইবনা কোনয়াই হুন্দুনা তাইরেন পুংফাইনা ঈশিং চাইথোক্লগা লাই থাগনি ফমদেংগনি। লাইমাংদা ফক ফিদা থাদুনা মাইবা মাইবীশিংনা কবোক্লা চেঙবুঙ হৈদুনা লফোই লাপাং হৈ লৈ খ্বা অথুম অহাও লুক্লেন শেমদুনা হৈরুক লুকলেন কৎকনি মদুদা মাইবীনা শরিক খিঙদুনা মাইবনা মখাগী লাইশোল থেলোন অসি শক শোন্দুনা অহল প্রজাপুম্না খুরু খুদক কুন্দুনা মখুৎ লোন্নদুনা খুরুমজগনি।

## থেলোন

হে গুরু লাইনিংথৌ খল্লাংবা, নশানৌ ইবেম্মা খোইমোম লাইরেম্মা সিজ কালিকা লাইরেম্বী খুল্লাই কালিকা অথৌবী রাজ নরায়নি থোইখোইবী। ব্রায়রা শামাঙ লেপ্পী হুয়েন লানমাঙ থাবি, তাজিন মৈরি পাইকুম্বী খেরে নোংথাংকুপকুম্বী। চীঙভু ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমবু হরাউ শকসেম তম, খেলা নথোই তোংলে হায়বগী ঙসি কোইরৌ নুমিৎতা সাবল লমথেক্লক্লে কোংবা লম য়েংলক্লে। চীঙভু ইবুংঙো খোইয়ুম

ইবেম্মা অনিমা পাক্তুহেল শল্লাই ঙান্না ফমফল্লে হায়বগী। ননাই নচা নশু পুম্নমক্কা হৈরাঙ পুঙ্গ থোন, লুক্লেন পানগ চোন্না হৈকৎ লৈকৎচবদি। হৈরাংসু তৈংবীয়ু। লৈরাংসু লৈচিনবিয়ু লাইনিংথৌ । চীঙু ইবুংঙো খোইয়ুম ইবেম্মা ইবেম্মগী হৈয়া লৈয়ারিবা ননাইশিংসু হৈরাঙ সেৎথাবিয়ু লৈরাং খাইথবিয়ুকো লাইনিংথৌ। নদাইরেম নখুল খুলপুক অচঙবা অসিবু থব্রায় হাম্বোইদা মিরেন হামচত্তা, কোকপাম্বোংবু চিক্ত লুাম্বোংবু নদ নমু মীরাই তাদবা কাওরেন শল্লাই তাদবা লৈপাক মরা তপ্প। নিংথৌ ফম্বাল চেৎনা পানববু লনকুবিয়ু হে গুরু। অসি হায়না খুরমজগনি।

মথংদা মাইবী জগোই ওক্কনি। খুনগী নুপা নুপী জগোই শানিং শানিংবা কৎকনি। থাঙ তা মানা মানা হৈজবা কৎকনি। পেনানা হোইরৌ হয়া লাউদুনা লাইবৌ জগোই হকচাং শাবনচিংবা নোংমগী শান্নীংবা থৌরম পরেংদু কায়দনা শান্নগনি। নুমিৎ অদুগী লাই শান্নবা লোইদুনা শরোই ঙারেয় খাঙদুনালাই হঞ্জিন্নবা থৌরাঙ মাইবীশিংনা শরিক খীঙগনি। পেনানা থৌগল পুঙ সেন য়ৈদুনা মাইবনা মখাগী থেলোন অসি শক শো- দুনা লাই খুরুমজগনি মীয়াম পুম্নমক।

## থেলোন লাইশোন

হে গুরু লাইনিংথৌ খম্লাংবা সীজ কালিকা লাইরেম্বী চীঙঙু অনিমা শাবল লমথোক্লকপা কোংবা লময়েংলে। হরাউ শকশেমতম থৌথোক কুম্মে শান্নসু নোয় খুথেক নোয়ম্লাং বাইনু কোল কোল লৌনা। জগোই লেপলৌ খোইয়ুম লাইবৌ শাবসু খোইয়ুম লাইবৌ লোইরে লাইনিংথৌ। সনা সঙ্গাইরে- দ য়াংদৌ খোঙদোয় হুল্লসি লাইনিংথৌ । নদাইরেম খুনপুক অচঙবা অসিদা তীলঞ্জা লাইজা তীলমু লাইমু ফত্তবা লৈবা খিবিক হাওরৈ খা পাংনা হোইথবীয়ু লাইনিংথৌ । অফবা নুংঙাইবা নাদা য়েক্তবা, তরেৎ সেনগাও চোনবা, নোইনু থুমকোক হাঙদবা কৈখু কৈরেন থনবা চরৈ তাবু থনবা কাওরেন ষণকোনবা তয়ুম নাইকোন থনবা অব্রাৎ অপা লৈতনা পানববু চীঙঙু নরনকু খোইয়ুম নথৌচান চীঙশাং লাংবন খোইরেন খোইহি কুম্বা অথুম্বদু লেপ্ন শিন্থবিয়ু হে গুরু । মথংদা দোলাই লেংজাওথক্তা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা ফমদেংদুনা চোঙ পে, থৌগল লাঙ্গল মশিং সুনা লাইনিংথৌ খোঙশাল্লক্লে। মসিদা পাখংবা

লমথোকপা ওইরবদি হিজিং হিরাউগনি। খম্নাংবগীদি মাঙলমচৎতা অহল লমম্না হিজিং হিরাউ শক্লমদবনা ইজদ্রে। ইমা ইবেলশিংনা খুবাক খুদুনা থৌরে মপু নিংথৌবা শাবল লমথোকলুবা কোংবা লময়েংলুবদি সনা সঙ্গাইরেন্দবু হলব্রাইসে। হায়বনচিংবা মখল মখল শক্তুনা লাই খোঙশালকলে। মতৌ অসুম্নালাইনা খোঙশালকপদা লম্বী লমখাঙদা লাইনা চেন চোংদুনা শান্নখিবনা হঞ্জনবা য়াদবা য়াওরকলবদি অখণ্ড অহৈ মাইবা পেনা অমনা মখাগী থেলোন শৈশক অসি শক শোন্দুনা লাই কৌশিল্লি।

## থেলোন

হো লাইনিংথৌ খমলাংবা সীজ কালিকা লাইরেম্বী। চীঙঙু নতৈ ননাউবু। নদাইরেম মখুল খুনপুক অচৌবসিনা নকুম কুম্বী কুমকাউদা নথা থাজ থাকাউদনা হরাও শকসেম তম থৌথোক কুম্মৈনবদি। লৈচাওনবা, খুঞ্জাউনবা, চাকহোংনবা ঙাহোঙনবা, লনহোংনবা থুমহোঙনবা মপারি শাৎতববু মপারি শাৎনবা। মমোম কুইদববু মমোম কুইনবা, নমু মীরাই তাদনবা, কাওরেন শল্লাই তাদনবা লৈবাক মরা তপ্পবা নিংথৌ ফম্বাল চেৎনবা হরাওবনে তাও। মসি হায়না লাওবদা মীয়াম্না য়া হায়না লাউনা খুমগনি। মদু তাবদা য়ারমদবা লাই অদু চেনশিল্লক্কনি। থেনখাং থেনখাং লাউগনি। লাইবুঙ য়ৌরকপদা মৈ ওক্কনি। ঙানু খোঙ্গানগনি। লাই শুমাঙদা ঙাইহাক চেন চোংদুনা শান্নরগা য়াথোকশং ফম্বান্দা দোলাইদগী লাই অদু লেংথদুনা ফমদেংগনি। মাইবনা অনম অহা কোক্কনি। শরেন কৎকনি। লোইরগা শঙ্গাইরেন্দা লাই লেঙশিনগনি। মাইবনা ব্রাকোন শক্কনি। লোইরগা মাইবনা মখাগী থেলোন অসি শক্তুনা লাই খুরুমগনি।

হে গুরু লাইনিংথৌ খম্লাংবা সীজ কালিকা লাইরেম্বী চীঙঙু অনিনা সাবল লমথোকপা কোংবা লময়েংলুবদি নোয়নু খুথেক নোয়মল্লাং ব্রাইনু কোল কোল লওনা জগোই লেপলৌ শা। খোইয়ুম লাইবৌ শানা হরাউ মথোই তোং থৌথোক কুম্মৈ শান্নরুবসু খোইয়ুম লাইবৌ লোইদুনা য়াংদৌ খোঙদোয় হল্লকপদি সনা সঙ্গাই ফম্বাল্লাংদা অব্রা পোৎথা অনা হিথাংবিরে লাইনিংথৌ নশু ইবুংঙো লাইরেন মৈদিংঙু তাইবঙ সরারেন খোইয়ুম লাইগী মমৈ, নমু তাইবঙ মীগী মকোক নমু পোংহনবগী মদাইরেম। নখুল খুলপুক অচঙবগী নিংথৌ ইবুংঙো, সেনাপতি

ইয়াম্বা খুলাক লুপ্লাকপা পাখংলাকপা নহালাকপা লানচিংবা। য়াম্মী ফমথৌ অয়াম্বা ফমদৌ নঙাইরোয় লাইরেন নিংথৌ নহিসাং পুম্নমক্লা খুবাং চাংজৌ তরা নতু কাইন লিশিংমনা চাংজৌ চেপ্লা খুরুমজবদি। নখুল খুনপুক অচংবা অসিবু থবায় হান্বোই হনগনু। মিরেন হামচৎনহনবিগনু। য়োল্লবা কাদা ঙাকপিয়ু। লাল্লাবা কাদা কানবিয়ু। তীলজা লাইজা তীলমু লাইমু কলক য়েক্ল লাকপসু হাওরে খা পাংনা হোইথবীয়ু। অফবা নুংঙাইবা পুন্সিবা লৈবাক নিংথৌ খুল লৈকায় ইংনা পানববু লনকুবীয়ু। অসি হায়না খুরুমজরগা মীয়াম হন্নখ্রে।

## লাইরোই নুমিৎকী থৌরম

অয়ুক্কী তৌফম থোকপা লাইগী মথৌ লোইদুনা অহল লমন কুম্নখ্রে। নুংথিল মতম চানা লাইবুংদা কানরকপদা ফমথৌ নিংথৌ সেনাপতিনচিংবা ফম্নাইবশিং কারকপদা কনা অমনা শামু তোংলকই, কনা অমনা শগোল তোংদুনা কারকই, কনা অমনা দোলাই তোংদুনা পে খান্দুনা কারকই। ফম্নাইবা কারকই হায়বা তারবা উরবদা পুঙ য়ৈবশিংনা মখাগী পুঙলোন অসি য়ৈগনি। থাইনা মমাঙঙৈদগী হৌনা লাই হরাওবদা লাংদে পুঙ ঙাক্তা হরাউরমই। হৌজিক্তি ধুলোক অমসুং বেন্দ মাইকনা শিনখ্রে।

**লাংদে পুঙলোন্দি :-**

তেঙ চোং, তেঙ চোং, তেঙ চোং,
তেঙ চোং, তেঙ চোং , তেঙ তেঙ,
চোং দেঙ চোং

মথক্কী পুলোল অসি নুমিৎ খুদিংগী ফমনাইবশিং কারকপদা য়ৈনরকই। নুংথিল মতম চানা মীয়াম তিল্লবদা মাইবীশিংনা হান্না জগোই কৎলে। মথং কনা কনাগুম্বনা জগোই শাই মানা হৈজবা থাঙ তা কুম্মে মখল মখল কৎলি। কনা কনাগুম্বশিংনা ফুঙ্গারেন জগোই শাই। ফমথৌ নিংথৌনচিংবা ফম্নাইবা অহল লমন সনরেম্বী কৌথোক্লুনা ময়াম অপুনবা জগোই শাই মাদুদা পুং, সেন, পেনানা থৌগল্লি। ঈশৈ শকপীশিংনা মখাগী ঈশৈ অসি শকই।

ঈশৈ

সোরারেনগী লৈবাক্ত
সোরারেনগী লৈবাক্ত
সনাগী থম্মৌ তোনিংথৌ
লৈ ফাওরে দে।
থম্মৌ তাংদা খুদিংদা
থম্মৌ তাংদা খুদিংদা।
সনাগী থম্বাল অঙাঙবা।
লৈ শাংলে দে।

মথংদা মাইবনা হোই লাউরগনি। মাইবীনা লাইচিং জগোই শারগা লাই চিংথোক্কনি। পেনানা হোইরৌ হয়া লাউদুনা লাইবৌ খুৎথেক ৬৪ কায়দনা শাগনি। মথং মথং লাইগী থৌরম লোইবা ফাওবা শান্নগনি।

মতাং অসিদা পেনা খোংবনা হোইরৌ হঞ্জিনবা হায়বা থৌথোক অমা পুথোকলি। হোইরৌ হঞ্জিনবা হায়বসি মিকোন থাকোনবনি সনাগী কাগোকনুংদা লাই চেপশিনখ্রে। অদুগা মতুংদা লাই শান্নবদি লোইদ্রিবনিনা মতুংদা মখা চৎথনা লাই শান্নরি। মসি খনফম থোকই। কংলৈ হরাউবদদি চৎনরকই ককচিংগী হরাউবদদি পেনানা হোইবৌ হঞ্জিনবসি মমাংঙৈদগী তৌনরক্তে মদুগী মহুৎতা মাইবনা মিকোন থাকোল্লি। অনম অহা কোকই, অতৈ লাইসোন্দা ঙাপ্রুম তানবা হাবসু মিকোন থাকোনবনি। মথং মাইবীনা থাঙ কৎতুনা হাইদুনা তীলমু লাইমু তাম্বোকপ লোইরবদা লৌ য়ানবা তাংখুন শাবগি থৌরম চৎথগনি। লাই নুরাবী লাইপাখং তরেৎমক্কী পানাশিং লৌয়ানচৈ অমমম পায়দুনা লৈগনি। মাইবা নত্রগা মাইবীনা ওইরবসু মখাদ ইরিবা লৌয়ান ঈশৈ অসি শক্কনি। হয়ি চকঙৈগীবু হেয়িও।

চীঙঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ মালেম লৈশেম্লকপা কোইরৌ নোংহৌরকপা নঙগা নশানৌ ইবেম্মা য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা মালেম লৈহৌবী, কোইরৌ নোংহৌবীগা খোইয়ুম নতৈ ননাউনা । মালেম হৌঙৈগী লৈগা হৌঙৈগীবু হেয়িও।

শারেন নোংশা খ্বাঙনৌবনা তরেৎ ফাই। পামবা কৈনা তি তি ফাইএ,

হেয়িও। খারৌনা পোৎপু ওইএ। লিন্দুনা কাণ্ডজে ওইএ। নারিন্না লুমলী ওই। লিনখাক্লা ৱাইখুমীৎ ওই। তিনবুন নাপুন্না য়োংথাংলি ওইএ। তাংলৈনা য়েংচৈ ওইএ। ঙৌনাইবনা য়োংথোন ওইএ। থেঙ্গুনা লোংখুম ওই। লিনহানা চৈবুল ওইএ। হেয়িও। তরৎ হাগ সোন তিতি ঙমগা চিংনা খালে লৌখোই হৌঙেগীবু হেয়িও। চীঙঙু নকুম কুমকাউদা নথা থাকাউদনা হেয়িও। খোইয়ুম লাই ফঙথৌ লেঙ্গফাং। য়োয়বু খোয়মোম লাইরেম্মা লেঙ্গ তিন্না। লাংলেন কোঙয়াঙ ৱারুকোল থৌরৈ নিঙদুম্বা তেংনৌ য়াফাকপবু য়োংলৈ লোংগা ফাননা খালে লৌতা হৌঙেগীবু থাজ ৱাকাউদনা হেয়িও। খোইয়ুম নতে ননাউনা চীঙঙু নকুম তম্বু ফংলক্লবগী। খোইয়ুম নঙগী লোইদাম কুমদম লৌ, খালে নরৌকোন অসিদা । চীংঙু নঙাইরোয়বু লেঙ্গা ফাং। খোইয়ুম নহিসাংবু লেঙ্গা তিন্না চীঙঙু নরম্বু খোইয়ুম নমাইবা অশে লৌদা য়োইরেন লৌদা অনিমনা হাওসি ঙমগা চিংনা নমু, মীপুম মঙা খালে য়োংসু মঙানা, খাবী লেঙ্গা তীন অমাই লোকলঔসিন্না অশে খোংফাং লেংনা পোইরৈ খুঞ্জা হুপ তাইয়ুম নাইজা লেংন তিন্না। য়োংলৈ নোংথাঙ কুপ। মালেম লৈঙাং মপাল কোই থৌরৈ লৈশং তোই। তেংপাক লালুশা, হারু নোংগ ফৌ পোরোম মতাং শম। কাইথেৎ মরুতুপ। য়ুপা খনমন তান। য়াংদৌ মমৈ শম। ৱাহি কোক্তাই তুপ লৌরী শুংদাই য়ান, পীরেন মচি খোম্না খালে ঙমখুংলে। চীংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা চীঙঙু নতে ননাউগী খালে নরৌরেন লংমাই চাইজি লৌরেন পাকপা লোইদাম ময়াইকা চীঙঙু নকুম তম্বু ফংলক্লবগী। কেগে মোইরাং চাদি শিদফৌ, নোংয়ায় খুমনচাদি নাদফৌ লোইমোম ফৌরম ৭ মক্লা মালেম লৌপাক মনমসিন্না থাঙয়ি চোইনা লং। য়াংজেং লৈকুপ সীবা সিদা হেয়িও । চিঙঙু নরনকু পোইরৈ মী পুম্মবু সেন্দা ৱাংঙম তেৎনৌ চিদাই নাইদা থাঙয়ি মপাল ফাবা লোইমোম মহৈ চুম্ববু লনকুবিরমও।

## লৌকা ঈশে

চীঙঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌও। হেয়িও চীঙখোং ইপুং ওকুবা লিক্লু থম্বাল লাংজেমসে। ইপারি ইমোম ওকনবা কৌথা মনাই কাওথুম তানজেমসে। হেয়িও। চীংঙু নরম্বু খোইয়ুম নমাইবনা চীঙঙু নতীক অচৌবা তেংথা মদে হায়বগী চীংঙু অথি থিবিগনু খোইয়ুম অরাই লাংবিগনু। কাওরেন শঙ্গৌ য়াংবা মিৎয়েংনবিগনু। পোংথৌ লাবা মিৎয়েংনবিগনু।

অথিদী অথিনং থেম্বিও। অরায়দী অরায নং লাংবিগনু। হে খোইয়ুম লাইনিংথৌও। ইয়ু নুংবাল হোঙনেম লৈপুনশিবু তাংজ লুদা থোংনা কোনশিলমগে হেয়িও।

মাইবনা চয়োম য়ুখোম কৎপা আ সোরারেন, সেরারেন, সোরারেন ব্রাংব, ব্রাং ব্রাংদুরোন। পাখংনা খিঙই খিংমাইবৌ, নুরানা খিঙই খিংমাইরৌ। সেরারেন ফুন ফুন সোরারেন ফুন ফুন। মাই ত্রি মাইত্রি। হোই লোহোই লো হোইলে হো। অসি শক্লা শক্লা লাইদা চয়োম য়ুখোম কৎক্লনি। অদুগা লৌমী খুলংশিংদসু শো: শো: হায়না উৎকনি। অদুগা মাইবীনা য়োৎ থাঙ্গৎতুনা অ: লংমাই পাখং মৌ ইপা লৌদুম য়ানসে ইপু লৌদুম য়ানসে হায়না খুলঙ চিংথোক্তুনা মখাগী লৌয়াল ঈশৈ অসি চিংদুনা লৌয়াল্লি।

**খুম্বা**

হে য়াল্লো । হে যানসে
ইপা লৌদুম য়াল্লো । খুলংনা হে য়ানসে খুমগনি
ইপু লৌদুম য়াল্লো। খুলংনা হে য়ানসে খুমগনি
লৈচাওনবা খুঞ্জাওনবা য়াল্লো । খুলংনা হে য়ানসে খুমগনি
লৈবাক মবা তপ্পবা লৌনি য়াল্লো। খুলংনা হে য়ানসে খুমগনি
নিংথৌ মফম চেৎনবা য়াল্লো। খুলংনা হে য়ানসে খুমগনি
পুন্সি নুংশানবা য়াল্লো। খুলংনা হে য়ানসে খুমগনি
পালফুক পালফোই লৌনি য়াল্লো। খুলংনা হে য়ানসে খুমগনি
শিংখা শিংথুম লৌনি য়াল্লো। খুলংনা হে য়ানসে খুমগনি
চুচাক চাহাও লৌনি য়াল্লো। খুলংনা হে য়ানসে খুমগনি
চজিন মুন্নাং লৌনি য়াল্লো। খুলংনা হে য়ানসে খুমগনি।
ফৌরেন ফৌজাও লৌনি য়াল্লো। খুলংনা হে য়ানসে খুমগনি।

মতৌ অসুম্না নুরাবীনা চীংদুনা লৌ য়াল্লিঙৈদা নোংপোক্লা তাংখুন শরম পাখং ওইনা শাইওন্দুনা তরা চাকওন চাদুনা মখুৎতা তপাক পাই মনমদা তেনদোং পোদুনা খাল্লে মরৌরেন্দা লৌ য়ানবা লাকই। তাংখুন্না থাপলপ্না য়েংলকপদা উই। হাই ঐগী লৌকোন্দা নুপা নুপী খুলং ময়াম্না লৌ য়াল্লিবসি কনানো খঙগনি লৈরম্মু হায়না য়াম্না অশাউবগা লোইননা লাউ খোংদুনা চংৎশল্লক্তুনা লৌ য়াল্লিবদু চাইখায়রে। অদুদা নুরাবীনা হা ইবুং তাংখুল পাখং অঙাওবা নঙনা করিগী ঐগী ইপা ইপু লৌ

য়াঞ্জবা থিংলিবা নথৌ লৈতে চৎলো হায়দুনা অমুক হন্না নুরাবীনা লৌ য়াল্লি। মদুদা তাংখুল পাখংনা থোইনা হেন্না শাওদুনা মখুত্তা থাঙ তা পায়দুনা মীপুম খুদিংদা তানা থিনগে তৌদুনা লৌ য়ানবা য়াদে হায়দুনা তাহোক্লে। তাংখুন্না য়াম্না শাউবদু উবদা নুরাবীনা মাগী খুৎলঙশিংদা ইতারোই নখোয় পুন্নমক ঙাইখো তাংখুল শরম পাখং অঙাওবসি ঐ ফাখিগে হায়না নুরা খ্বাংচেৎ মচি নাই ফৈজা পোপথেক লৈ হাওশম তুংয়ান্ননা তরা চয়োম য়ুখোম খুত্তা পায়দুনা হা ইবুং তাংখুল শরম পাখং অঙাওবা করিগীদমক নবুক অদুক য়াম্না শাওব্রা। খালৈ লৌ য়ানবগী ৱাদি কোন্না ঙাংনসি। তরা চয়োম চাবিখো, ৱাংলৈ য়ুখোম থকপিখো। পাখং খোয়শাউ লিনশাওবদি তপথবীয়ু হায়না পাওথেম্নবু। তাংখুল পাখংনা হে পেম্মা লৌ হুরানবী নংগী তরা চয়োম ৱাংলৈ য়ুদি ঐগীসু য়াওরি নপোৎ চানিঙদে হায়না খাম্না য়াদ্রবদা নুরাবীনা উচেক্তা প্রমান তৌদুনা ঈশৈ ওইনা শক্লকই।

**ঈশৈ** - হা চেক্লা চান্নরবী ইতা চীংশোং খুনু লমলৈমা লমগী খুনু থারিকপী নঙনা শায়বা লীকাং থক্তা তোংলগা চেক্লানা কুক ক্রু ক্রু হায়না হঞ্জিন হঞ্জিন খোংবদি নহানমুক্কী মপোক লাংওন্দা শাবী ইবুংঙো থংলেন মাঞ্জ পাম্মুবা খোইয়ুম নোংপোক মালং হুমওইবগা নুরাগী মোমনু লাইবক চাউবীগা হয়েংমুক্কী মপোক লাংওন্দা পীঙম্নসী ৱাশক পাংঙম্নসী তেমশিংন, অপাম কাদা য়ৌনশি নুংশি কাদা থুংনসি হায়না শারী নামুং সোন্না মপোক লাংওন তানখিববু লোইদাম থাশিং য়াম লাংহে কুমশিং থীঙমদনা নুরানা ঙাইজববু পামুবা মায়থোং লাকঙমদরে, নুংশিবা মপাও ওইরবদি চেক্লা নপাউ শেংনা তমুগবা ইতারোয়। নুরাবীগী মপাও তাবদা তাংখুল শরম পাখংসু মবুক্তা খঙনিং নিংশিংলক্লুনা হি চুমইনা অসিদি অতোপ্পা নুপী নত্তেনা ঐগী তালোয়নিনা খঙলদুনা নুংশিবগা, ইকাইবগা লোইননা মপাও হংলকই হে হে লংমাই নুরাবী নংগী নপাউ তারগা ঐনা য়াম্না শাউরম্বদু খর খর ফবগুম তৌরে। নুরাবী নং কনানো পলেম কনানা, পছৌ কনানা পোকপনো। নুরাবীনা ঐদি পলেম পীনাইদবী পছৌ পন্নাইদবীনি, হে ইপুং তাংখুল শরম পাখং অঙাওবা নহাক অসে নুরাবী ঐনা থোং থাকপা চয়োম য়ুখোম চাদ থক্তবা চহি কুমশিঙ য়াম্লে। ঙসিদি তরা চয়োম চা ৱাংলৈ য়ুখোম থকপীখো হায়না থেম্না য়ারদুনা তরা চয়োম চা ৱাংলৈ য়ুখোম থকমিন্ন নুংশি অৱাপোৎথানদুনা মপলগী পাম্লৌ য়ানমিন্নদুনা

যৌৱেন যৌকং হন্দুনা মহৈ মৱোং চুন্নবা খুঙ্গাও লৈচাওনবা চাকহোঙ ঙাহোংনবা নমু মীরাই তাদনবা কাওৱেন শলাই তাদনব, লৈপাক মন্না তপ্পবা নিংথৌ ফম্বাল চেৎনবা। তাংখুল শরম পাখংগা লাংমাই নুরাবীগা লাইদা জগোই কৎতুনা তাংখুন শাবগী থৌরম লোইশিল্লি।

## ঙাপ্রুম তানলমদাইদা খুরুম্বা

ঙাপ্রুম তানবদা চঙগদবা য়াওগদবা থৌরম । ১ লিরুং তেল পায়বা মীশক অমা। থবায় মী পীবা তাকপা মীশক অমা। থবায়শিং অদুবু ফাদুনা হাপচিনবা মীশক অমা। খাউ অদু পায়বা মীশক অনি। ফি লম-অমমুক শাংবা পায়বা মীশক অনি, থবায় মি শরুবা চৈকক তরেৎ। পুঙ য়ৈবা পেনা খোংবা ব্বাকোন ফাজিনবগী ঈশৈ শক্কদবা নুপা নুপী মীশক খরা। অসি পুম্নমক লাইমাঙদা মাইবনচিংদুনা মখাগী লাইশোন থেলোন অসি শক শোন্দুনা খুরুমজগনি। থবায় মি ওইগদদৌরিবা চৈশিঙ তরেৎ অদুসু কৎকনি।

হে গুরু লাইনিংথৌ খমলাংবা য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা, চীংঙু অনিমবু কুমসি কুমজাগী হরাউ থৌগল তৌজবা অসি ঙসি কোরৌ নুমিৎ শীংবুম মাপলনি শুরবা অসিদা চীঙঙু লাইতোল লোম খোইয়ুম লাইরোই তানগে হায়রক্লে লাইনিংথৌ নখুন খুনপুক অচঙবা অসিগী ননাই নচা নশুশিংগী থবায় মঙা মিগা থানা তরুকমক হন্দক হরাউবা অসিদা থবায় হাম্বোইখিবা মিরেন হামচৎনখিববু মাইকৈ মরী শুংদাই নিপাল পোইরৈ সিঙগায় হম্ফুমাথোইদগী থবায় মঙা মিগা পোঙ্গ থান তরেৎপু থবায় অমা তেক্তুনা মিরেন অমা কায়দনা ফাজিন কোনশিঞ্জবা লনকুবিয়ু লাইনিংথৌ অসি হায়না খুরুমজরগা লাই শুমাঙদা পুঙ সেন য়ৈদুনা ঙাপ্রুম তানবা হৌগনি। মদুদা য়ৈগদবা পুঙলোন্দি -

তেঙ, তেঙ, তেঙ, চোং দেঙ চোং চোং অসি হঞ্জিন হঞ্জিন য়ৈগনি। ঈশৈ শকপীশিংনা ব্বাকোন ফাবগী ঈশৈ শক্কনি।

লী, তেন পায়বনচিংবা মী খুদিংমক পুঙলোনগী মতুং ইন্না চোংগনি। ঈশৈদি ব্বাকোল্লো ব্বাকোল্লো ব্বাকোন্ন ফাসে লিফাসে ব্বাকোন লিফাসে ব্বাইনুও ব্বাইনুও , ব্বাইনুনা ফাসে লিফাসে ব্বাইনু লিফাসে। কাকয়েল্লো কাকয়েন্না ফাসে লিফাসে কাকয়েন লিফাসে। হঞ্জিন হঞ্জিন শক্তুনা ব্বাকোন লোইগনি। মতৌ অসুম্না পুঙলোনগী মতুং

ইন্না ময়াম্না চোং কন্দুনা জগোই শানা শানা ঙাপ্রুম তাচক্লবদা, অশাইগী থবায় শক্লবা চৈ অদু পীরিবা মীশক অদুনা মাগী খোয়দৌদগী শংপা শানা শংলগা লৈপাক্তা থমগনি। লিরুং তেন পায়রিবা মীশক অদুনা চৈ অদু হেক উবদা, মাগী তেন্না চৈদু কক শোক্লমগা লী তেন অদু কোয়ৌ নোংথক মালেম থক খা মাইকৈ মরিদা ওন্না ওন্না পাউতাকপগুম্না জগোয় শাগনি।

মতৌ অসুম্না মথং মথং থবায় শক্লবা চৈতেক তরেৎ অদু ফাজিন কোনশিন্দুনা খাউদা হাপচিনবা লোইরবদা ময়ামদু চঙলক্তুনা লাইদা থবায় মি কোনশিল্লক্লিবা অদু কৎতুনা খুরুমজগনি। লাইশোন্দি হে গুরু চীঙভু ইবুংঙো খোইয়ুম ইবেম্মা। ননাই নচা নঙশিং অপুম্বগী থবায় মঙামা, মি, পোং থানা তরেৎমা। চীঙভু নখৌ চান্দগী থবায় মীপুম অমা তেক্তুনা মীকোন থাকোঙ্গরক্তে থবায় মফম লেন্দা ফমহনবীয়ু. মীরেন মকাইফমদা তোংহনবীরো পুন্সি লৈরাং শেৎৎ খাইথবীয়ু লাইনিংথৌ। অসি হায়দুনা ফাক্লরিবা ঙাপ্রুমশিং অদু লাইদা কৎতুনা খুরুমজগনি। মিকোন থাকোনবা লোইরবদা হয়াওশংদা ফমদেংলিবা লাই অদু সনা শক্লাইরেন্দা লেঙশিনগনি। লাইশঙবীনা কিশেং শেত্তুনা লাই পুগদবগী ঙাইদুনা লৈগনি। চোঙ ফিরান থাঙ তা পুঙ সেন থৌগল মশিঙ শুনা চংগনি। মাইবশিংনা লাইনিংথৌ লাইরেম্না লেঙখত্তুনা শরিক খিঙদুনা লেঙখৎলগা লাইশংবীগী কোকথক্তা থাজংকনি। পুঙ সেন য়েদুনা খুবাক খুদুনা ইমা ইবেনশিংনা মাথাগী ঈশৈ অসি শক্তুনা লেঙগনি।

ঈশৈ - থৌরৈ মপু নিংথৌবা কংলৈ য়াথোকশঙদগী কংলৈ নঙমাঙদবু লেঙথোকসে। মাইকৈ মরি লময়েংলে মথুমগী থৌবান লমনুংশি থৌবাল লময়েংলক্লেদা লাইনিংথৌ দে। কংলৈ নঙমাংদগী সনা সক্লাইনুংদবু লেঙসিনসে দে। মাগী ফমবাল্লাংদবু সনা কোন্দুম তাবগুম্না ফমফমসে দে।

হে গুরু লাইনিংথৌ খল্লাংবা। নশানৌ ইবেম্মা য়োইবু খোইমোম লাইরেম্বী, সীজ কালিকা লাইরেম্মা খুলাই কালিকা অথৌবী, রাজা নয়ায়নীখোইখোরবী, রায়রা শামাঙ লেম্নী, হয়েন লালমাঙ খাবী তাজিল মৈরি পাইকুম্বী, খেরে নোংথাং কুপকুম্বী। চীঙভু অনিমবু নদাইরেম নখুল খুলপুক অচৌবা অসিনা নকুম কুম্বী কুমকাউদা, নথা থাজ থাকাউদনা, হয়াউ শকসেম তম থৌথোক খুম্মেনবদী অয়ুক

য়েন্দা মাণ্ড অঙনবদগী তয়া চাকঙন চাদুনা খোইয়ুম কংলে শুমাঙদা শাবী শানৌ ময়াম্না নোয় খুথেক নোয়মল্লাং, মাইনু কোল কোল লৌনা জগোয় লেপলৌ সা খোইয়ুম লাইবৌ শাববু ঙসি কোইরৌ নুমিৎ শিঙবুম মাপন্নি শুমক্লবা অসিদা চীঙঙু লাইতোন লোম, খোইয়ুম লাইরোই তান, ইয়োং শঙদিঙ ককক হায়রক্লে। চীঙঙু ইবুংঙোগী নদাইরেম লৈনুং থারুক অশেবনা অয়ুক য়েন্দামাঙ অঙনবদা লকুৎ ফমজিংলাংবু ফম, পেনা থাদা পম, চৈজিং য়েংনা পারদুনা হয়ুম হয়া হায়না লিরি লুরু খোংদুনা গুরু হৌরো। লাইনিংথৌ হৌরো হৌরো হায়না, কোরৌ নিতি নুমিৎ খুদিংগী লিরি চিঙখোঙ য়াকৈবসু ঙসি কোয়ৌ নুমিৎ মাপলনি শুমক্লবা অসিদা য়াকমা শঙদিঙ ককক হায়রক্লে। চীঙঙুগী নমাইবী, লৈনুং লিরি লিকোঙবী থাবী লৈরেন হনবী অমাই শিঙকোক ফম্বীনা অয়ুক য়েন্দামাঙ অঙনবদা, চরৈ ফিঙৌ শেৎ চংবী লারাক ফম্না লৈমাং হৈহন তম শরিক চোমজাও থীঙনা চীঙঙু লাইবাও চেন, খোইয়ুম লাইবা হায়বসু ঙসি মঙায়রে। নদাইরেম নখুল খুলপুক অচঙবগী ইমা ইবেন মাইবীশিংনা মৈদিংঙু লৈচোন কৈথেল কাদুনা। মচেম লৈমা ওলহৈতবী ওন্দমবুঙ। মনিম লৈমা তিক হৈতবী তিক্তম পুঙদা হৈজ অওই তান। নোইনু মরন খল্লদনা হৈরাঙ অসংয়েং, তাউজিঙ অমুল খল্লদনা কোরৌ নিতি নুমিৎ খুদিংগী চীঙঙু লাইকোম্নুংদা হৈয়াং পুঙ্গথোন লুক্লেন পানাগা চোন্না হৈকং লৈকংচবসু হৈমাঙ হৈতোল্লম তাউজিঙ হৈতোন লোম চরৈ ফিরোই তান লৈমাং লৈতোন লোম ইয়োং শঙদিঙ ককে হায়রক্লে লাইনিংথৌ। নঙ ইবুংঙো লাইরেন মৈদিংঙু তাইবঙ সন্নারেন খোইয়ুম লাইগী মমৈ নমু তাইবঙ মীগী মকোক নমু পোংহনবগী মদাইরেম। নখুল খুনপুক অচঙবগী ইঙো নিংথৌ সেনাপতি য়াম্না খুলাক লুপ্লাকপা পাখংলাকপা নহারাকপা লাঞ্জিংবা য়াম্মী ফমদৌ অয়াম্না ফমথৌ নঙারোই লাইরেন নিংথৌ নহিসাং পুয়মক্লা খুবাং চাংজৌ তমামা মতু কাইনা লিশিংমনা চাংজৌ চেপ্না খুরুমজরি। লোইদাম কুমজা অনৌবনা চৈকারকপা অসিদা নদাইরেম নখুল খুলপুক অচঙবা অসিদা ফত্ত হাওথী তীঞ্জা লাইজা তীলমু লাইমু শাপাউ লালপাউ কল্লক য়েক্লা লাকপা অপুম্না হাওরৈ খা পাংনা থরৈ লৈম্রেদা হোইথবিয়ু। ননাই নচা নঙ পুম্নগী থবায় হাম্বোইহনবিগনু মিরেন হায়চংহনবিগনু য়োল্লবা কাদা ঙাকপিয়ু লাল্লবা কাদা কনবিয়ু। অয়ুক মতম চানা কোনথাবিয়ু।

নুমিদাং মতম চানা কোনশিনবিয়ু লাইনিংথৌ। ননাই নচা নগুশিং মপারি শাত্তবসু মপারি শাংহনবিয়ু, মমোম ফুইদবসু মমোম ফুইহনবিয়ুকো লাইনিংথৌ। উরুম চেঙ হোঙবা চেঙজা পোংখিনতম থৌদু য়ুম্লেপপা চাপোক কাদংশিন, নাউতু খোঙফাং লেংনা শুক্তা সোইদনা পানববু লনকুবিয়ু নদাইরেম নখুল খুনপুক অচঙবা অসিবু। কোকপাম্বোংবু চিক্তবা লুপাম্বোংবু নাদবা নমু মীরাই তাদবা কাওরেন শল্লাই তাদবা লৈবাক মরা তপন নিংথৌ ফম্বান চেংনা পানববু চীঙঙু নরনকু খোয়ুম নথৌ চানবু লেপ্না থৌজানবিয়ুকো লাইনিংথৌ। চীঙঙু ইবুংঙো খোইয়ুম ইবেম্মা অনিমবু হরাউ শকশেম তম থৌথোক কুম্মৈনবদি। চীংঙু লাইতোনলোম ইয়োং শঙদিঙ করে। চীঙঙু ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমদি সনা ফম্বাল্লাংদা অবা পোংথাবিরসি।

## নোংপোককী লাইশোন

হে গুরু লাইনিংথৌ নোংপোক গুরু শিদবা নমু পোংসেম্বা, থবায় মীপোকপা, তরেৎ নমথৌচীঙ মাক্লং থমলাপোক। নিংথি ঈয়া চাউবু ঙম্লোন নাতেননা পানফরিবা, কোরৌ নোংমগী নুমিত্তা মাইকৈ মরি শুংদাই নিপান পোইরৈ সিঙ্গায় হুম্ফুমাথোই মবু তরেৎলক হন্না কোয়বদা অবা হুইরাং সোন্দবা লাইনিংথৌ। নশানৌ ইবেম্মা খোইমোম লাইরেম্মা তম্ফা বাংঙমলোল পাম্বোইবী। চীংঙু অনিমা লাইনিংথৌ খমলাংববু হরাউ শকসেম তম থৌথোক কুম্মৈনবা অসিদা, থৌরৈ তেঙবাংবিরম্বদু চীংঙু লাইতোলোম ইয়োং শঙদিঙ করে। চীংঙু নতেফমদা তেবিরো, খোইয়ুম নহনফমদা হনবিখ্রো। চীংঙু ইবুংঙোগী শরোয় য়াকং লোয়সু চীংঙু নতেরমদা তেবিম্রো। নহনফমদা হনবিম্রো। নখুল খুলপুক অচঙব অসিদা লৈরক শাথৌবিরমগনু খোংবাল লাংয়ানবিগনু। নহে্ নরোং পান নফৌ নঙা পানববু তৈনা শেম্বিরকউ।

## থাংজিংগী লাইশোন

হে গুরু লাইনিংথৌ থাংজিং কোয়রেন লাই চীঙলেন নাপোম অতেংবদা ফমফল্লিবা লাইনিংথৌ ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমা। লাইনিংথৌ খমলাংবা হরাউ শকসেম তম থৌথোক কুম্মৈনবদা থৌরৈ তেংবাংবিরবদু চীংঙু লাইতোম লোম খোইয়ুম ইয়োং শঙদিঙ করে। চীংঙু নতেফমদা তেবিরো, খোইয়ুম নহনফমদা হনবিরো। চীংঙু ইবুংঙোগী শরোয় য়াকংলোই পুন্নসু চীংঙু লাইতোন লোম্লে, নতেফমদা তেবিম্রো নহনফমদা হনবিম্রো।

নখুল খুনপুক অচঙবা অসিদা লৈরক শাথৌবিরমগনু খোংবান লাংয়ানবিরমগনু। নহে নরোং চুম্বা নফৌ নঙা পানববু লনকুবিরম্মু হে গুরু।

## মার্জিংগী

গুরু থাওব্রায় মারনিংথৌ চীংঙু ওংজা চীংমাবা ওকলেন্না য়াকানবা, লাইরেম্না পোংপেনবা লৈবাক মাইবা হনবা ব্রাঙনবা নিংথৌ মাইবা হনবা রাতেম্বা চীংঙু ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমা। লাইনিংথৌ খমলাংবা হরাউ শকসেম তম থৌথোক কুম্মেনবদা থৌরৈ তেঙবাংবিরম্বা। চীংঙু লাইতোন লোম ইয়োং শঙদিঙ করে। চীংঙু নতেরম তেবিরো, খোইয়ুম নহনফমদা হনবিরো। চিংঙু অনিমগী শরোয় যাকংলোয়সু চীংঙু লাইতোন লোমলে ইয়োং শঙজিং করে চীংঙু নতেফমদা তেবীরো। খোইয়ুম নহনফমদা হনবিরো, লৈরক শাথৌবিরমগনু, খোংবান লাংয়ানবিরমগনু। মাইকৈ মরি সুংদাই নিপানমদগী নহে নরোং পান, নফৌ নঙা পানববু তৈনা শেম্বীরকও লাইম্নিংথৌ।

## কৌব্রুগী

হে গুরু অব্রাং কৌব্রু অশুপ্পর লাইয়াম খুন্দা হানবা চারিক মপাল থাবিবা নোংপ্রে মউ লিংবা লীথীৎ কোলবু কোল খাবা লিরেন কোনবু কোন্দেবা, চীংলেন থোন তরেৎ থোলাংমৈদা নতোম ব্রাংলবা লাইনিংথৌ। ইবুংঙো ইবেম্মা লাইনিংথৌ খমলাংবা হরু াকসেম তম, থৌথোক খুম্মেনবদা থৌরৈ তোংবাংবিরম্বদু চীংঙু লাইতোন লোম ঈয়োং শঙজিং করে। চীংঙু নতেফমদা তেবিরো। খোইয়ুম নহনফমদা হনবিরো। চীংঙু ইবুংঙোগী শরোয য়াংকং লোয়সু অতেফমদা তেবিখ্রো নহনফমদা হনবিখ্রো লৈরক শাথৌবিরমগনু খোংবাল লাংয়ানবিরমগনু। মায়কৈ মরি সুংদাই নিপাললমদগী নহে নরোং পান নফৌ নঙা পানবু লনকুবিরমউ লাইনিংথৌ।

## ব্রাংব্রেনগী

হে গুরু ব্রাংব্রেন খানা চাউবা লাইজা ঈমৈ খৈবা। ইমু হংচে শুবা। ইঙৌ হংথোঙ লোনবা। লেমলৈ ঙাথোঙ থিংবা। নমু পোংথোঙ শোনবা। থব্রায় অপকমা পুন্নমবু থরৈ কুমহলোই, লেমলৈ তাহলোই হায়বগী লাইজ ঈথোঙ শীন্না থৌখান্না। তালোয় তুশা মাপল লুন্নবা লাইনিংথৌ চিংঙু ইবুংঙো খোইয়ুম ইবেম্মা অপুন্না লাইনিংথৌ খমলাংবা হরাও শকসেমতম থৌথোক কুম্মেনবদা, থৌরৈ

তেঙবাংবিরম্বদু চীংঙু লাইতোন লোম ঈয়োং শঙজিং করে। চীংঙু ইবুংঙো খোইয়ুম ইবেম্মা অপুন্বা চীংঙু নতেকমদা তেবিরো খোইয়ুম নহনকমদা হনবিরো চীংঙু ইবুংঙোগী শরোয় য়াকং লোয় পুম্নমকসু নতেকমদা তেবিগ্রো নহনকমদা হনবিগ্রো। নখুন খুনপুক অচৌবা অসিদা লৈরক শাথৌবিরমগনু খোংবাল লাংয়ানবিরমগনু। নহৈ নরোং চুম্বা নফৌ নঙা পানববু লনকুবিয়ুকো লাইনিংথৌ। চীংঙু ইবুংঙো খোইয়ুম ইবেম্মা অনিমা। সনা ফম্বাল লাংদা সনরিক কাংখম্নুং ক্যার মোনতেক থক্তা সিম্লৌ লশিং তীলকুম্না লৈরাং লৈনম নুংশিবগা লাইরেন কোনগোল য়াতাবিরো হে গুরু। ননাই নচা নশু পুম্নমকসু ময়ুম মোংবা মরানয়ায়দা অবা পোৎথাবা লনকুবীয়ু হে গুরু।

মথক্কী লাইশোন খেলোন অসিনা শক শোন্দুনা লাই তেসিন্দুনা লোইশিল্লি। কংলৈগীনা মাইবীনা লাই নোঙ্গাদুনা লোইশিল্লি অমসুং লাইরোই মান্নদে খরা খেন্নে।

## ঙাপ্রুম তানবা

উমংলাই হরাউবা হায়বসি অপোকপা থৌনিবনি। মীপোক মীহিং, পুন্সিরোন, এললওবনি। শাবী শানৌশিং অমসুং অহল ওইরবা অহল ওইরবী ইমা ইবেনশিংনা মফি মরোন নান্না শেং সনা লিক কোল শিজিন্দুনা মশম মনা তরু তহেন থাউ মনম নুংশিবা তৈ শন্বান্দোংদা লৈ ফজবা থেৎতুনা য়াম্না কেনা নৌনা লাইবুন্দা কাদুনা ময়াম তিন্নদুনা অমগা অমগা য়েংনদুনা নোকনা খেনদুনা, জগোই শামিন্নবা ঈশৈ শকমিন্নবা অমসুং নুপাগা নুপীগা ওনসিন্নদুনা লাইগী ঈশৈ অকাম অপেৎ পাউশানদুনা হরাউ নুংঙাইবগী ইপাক্তা তাউনন্নবদা থবায় হাম্বোইখিবা মিরেন হামচৎখিবসিং অদুবু লাইরোই নুমিৎতা ফাজিন কোনশিনবা মিকোন থ্যাকোনববু ঙাপ্রুম তানবা হায়বনি। অসুম্না খমলাংবা হরাউবা লোইশিল্লি।

## লাইনিংথৌ ইথৎ নিংথৌ হরাউবগী মথল

ককচীঙ নাউরেম শাগেনা হরাউ থৌগল তৌরিবা উমংলাই ইথৎ নিংথৌগী হৌরকপা হরাউবগী শৈশক শৈদা -

ককচীঙনা থৌবান্দা খুদারিঙৈদা নাউরেম শাগৈগী চনুরা নিংঙোলগী নিপাশিংগা পিবারোমগী মবাই মশেনশিংগা কাংলুপ অনিথোক্লা খায়দোকলগা কাংলুপ অমদগী তরেৎ অমদগী তরেৎ থোকললগা শাবল লমপাক অমদা কাংজৈ

কাংহ্ হায়বা অদু পায়রগা কাংজৈ শানৈ। শান্নরোইশিংগী অশোই অঙাম কাংক্রম খুননবা কাংলকচেনবা নিপা অনি অমসু য়াওই মীয়ামসু থোক্তুনা য়েংই শান্নবা অদুদা পিবারোমগী নিপাশিংনা কাংক্রম অদু পাঞ্জনফম য়ৌনা হেকয়েবদা পিবাগী নুপীশিংনা থাগৎপা ব্রাহৈনা থাউ থাউ হায়না লাউজৈ। অদুদগী নিংগোলশিংগী নিপাশিংনা অমুক য়ৈরকপদা পাঞ্জনফম হেক য়ৌরকপদা নিংগোলশিংনা থাগৎপা ব্রাহৈনা থাজৌ থাজৌ হায়না লাউনৈ। অসুমনা য়ামনা নুংঙাইনা শাননবা অদু থৌবাল তুরেন ইথৎপুঙদা কোইদুনা লৈরিবা লাইনিংথৌ অসিনা তারদুনা মিৎয়েং সানগৈরকপদা নুংঙাইবা অদু উবদা পেল্লদুনা ঐসু মখোয়গী শাগে মরক্তা য়াওরগে হায়দুনা কোরৌ নোংদোল থকতগী খাম্বী মৈরা পাইবগুম ঙো লাউনা ইরংলংনা পাইথরক্তুনা শান্নরোইশিংনা নোংথক্তা থোমকৎপা কাংক্রম অদুবু লাইনিংথৌনা কোনশিন্দুনা মালেম লৈমাইদা তারকলে শান্নরোইশিংনা কাংক্রম য়ৈগে চংলুবদা লিন ওনদুনা মকোক থাঙ্গৎতুনা জগোই শাবগী মওংগুম্মা লৈরম্বদু উবদা কিরদুনা চংবঙমদ্রে শাগে অহলনচিংবা মীয়াম চঙদুনা য়েংবদা মসিদি লাইগী খুদমনি হায়দুনা মাইবা মাইবী কৌরগা লাইগী লাইপাও তাবদা - ঐদি লম অসিবু কোইদুনা লৈবা ইথৎ নিংথৌ পাখংবা হায়বা অদুনি। নখোয় শাগেনা শান্নরিবা কাংজৈ অসি ঐনা য়েংবদা য়াম্মা পামলে ঐসু শাগেরক্তা তিল্লগে চহিকুমজা খুদিংগী শান্নসি ঐনা শাগে অসিবু নুংঙাই য়াইফবা পীগনি ঐগী খুফম য়াজৌ হায়না ফাওরবদা শাগেনা লাইশং অমা শারগা অমাইবা অমাইবীনা ফমবাল লাই ফমদেংদুনা হৈকৎ লৈকৎচদুনা খুফম অসি য়াজখিবদগী ঙসিফাওবা শাগে অসিনা হরাউ থৌগল কায়দনা তৌরি।

হায়রিবা লাইনিংথৌ অসিগী হরাউবগী শৈশক শৈদা থৌরম লাই-ঈকৌবা চৎপদা চংবা থৌগলগী মী মশিং মাইবা মাইবী পেনাখোংবা লাইপুবা দোলাইপুবা ফিরান থাং-পায়বা চোং পে ক্লাসেন ফিদা হুমাই ইরাংপুন হিরোয় অসিনচিংবা থৌগলগী মী মশিংসুনা চৎলগা তুরেলন্দা লাই ঈকৌই। অদুগা ককচীংদা লৈরিবা লাই ৬/৭ অসিগী খেন্নবা হায়বসি ঈকৌবগী থৌরম মান্নরবসু খল্লাংবগীদি হিরাউরোন অসি শক্তে হৈকৎ লৈকৎ শরেন্নচিংবা কৎপদা শোনবা লাইশোনসু লাই লাই অদুগী থেলোন হৌরকপগী অদুনা শেশন্দবা য়াদে। হিরোয় হায়বদি নৌ

ওইরবসু চৈ ওইরবসু নিপাশিংনা অমমম পায়রগা লেংবান্দা থাঙ্গৎলগা পানা পরেং অনি থোক্লা থায়দোক্লগা চৎলি। ঈকৌবা হেক লোইরকপদা মাইবীনা দোলাইদা ঈশিং হিয়োয়শিংগী লেংবান্দগী নৌ অদু হিহোনবগী মওংগুম্না পায়রগা মাইবনা হিয়াউয়োন শকনি হিয়োয়শিংনা খুমগনি।

## হিয়াউয়োন শৈশক

হো ও ও ও হো হোই
হো ও ও ও হো হোই হোলে হোল
হিয়োয়শিংনা - হায় হায় হায়না খুমগনি
লাইনিংথৌ ইথংনিংথৌ হায় হায়
ভুবী য়েকসু য়েকসোইদবা হাঁয় হায়
লাইরেন য়েকসু য়েকমাংদবা হায় হায়
য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা হায় হায়
চীংগু অনিমবু হায় হায়
নকুম কুম্বী কুমকাউদা হায় হায়।
নথা থাজ থাকাউদনা হায় হায়।
থম্না পাল লাইমপাল হায় হায়।
চম্নুচম্ভৌ পানগী হায় হায়।
তোংলেন লৈশং পালগী হায় হায়।
লয়জাওনবা খুজাওনবা হায় হায়।
চাকহোং ভাহোংনবা হায় .হায়।
নমু মীরায় ভাদনবা হায় হায়।
কাওয়েন শল্লাই ভাদনবা হায় হায়
লয়পাক মরা ভপ্নবা হায় হায়।
নিংথৌ কম্বাল চেংনবা হায় হায়।
হরাউ শকসেম তম থৌথোক কুম্মেনগে হায়বগী হায় হায়।
শাগৈ নয়েকচা নভু নপাচা হায় হায়।
পিবাহৌ চনুহৌ মাকচহৌশিংনা হায় হায়।

খাবী মরাওহৌ অমাই মখিনাইনা লেংশতিন্না
লাইজ ঈরোন নুংদগী তুবী নংবু পাওখেম্লদি হায় হায়।
তুবী নম্লেকলাং লাইরেন নথেক লৈরোং শানা হ্রাকয়ে নখুনেংনা হায় হায়
তোংজেং খুদাননা লাইজা ঈকায়কপদি
লাইনিংথৌ লাইরেম্ম মনাইশা হিপুক
সেনবা হিনাউ কাওদোন ফম্না
হিক্ল তেংমাই লেপ্পা লম্লকু খমথেং
ফরোই লম্লরাই শীংয়ে ফরোই
হি হায়য়ু হি হায় হায়য়ু হায়
হি হায়য়ু হি। হায় হায়য়ু হায়
হি হি হি হায় হায় হায় উ :

মতৌ অসুম্না পুং শেন য়ৈদুনা হিয়াউরোন অসি মাইবনা শকলগা হিরোয়শিংনা খুমলগা জগোই শানা লাকপনা লাইবুংগী সনথোং য়ৌরকপদা খাম্বী মৈ খোইজু লৈখাম ওক্কনি ওানু খোজ্জান্‌গনি লাইমাং য়ৌরগা লোলাই থারগনি মাইবা মাইবীনা লাইংথৌ লাইরেম্ম অনি য়াথোকশং ফবাব্দা লাই লেংশিন্দুনা ফমদেংগনি। মতাং অসিদা ঈশৈ শকপী নুপীশিংনা পুং শেন য়ৈদুনা খুপাক খুদুনা লাইনিংথৌ লাইরেম্ম লেংশিনবগী ঈশৈ শক্কনি। লাইনিংথৌ ইথং নিংথৌও য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্ম সনা ফম্বাম্লাংদবু ফমফমসে দে নুমিৎ অনি খোকপকুম থবা অনি পানবা কুম ওাহোইয়ে দে। লাই ফমদেংল্লবদা হিরোয়শিং অদুনা পাম্লরিবা নৌ অদুনা লাইমাংলোমদা লোইয়গা মাইবনা লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা লাইগী খুনেংহি অসি হিজগাংদা থমলসিকো হায়রগা নৌ অদু লাইরোমদগী হি হি হি হায়না খজিক খজিক অহমলক ইম্নোককনি। হিজগাংদা থমলেকো হায়গনি ময়ামনা হোই থমলে থমলে হায়গনি।

মথংদা মাইবীনা লাইগী ফি খাংচেং নম্লখাংনচিংবা সেমশারগা চনিং চমাং শেনখোও ফানখোও শরেনগী পোংলম শুনা থারগা মাইবনা অনম অথৌ কোক্কনি হৈ লৈ চপং চপান কংকনি মৈফা চিংদুনা মৈলৌরগা মৈকুপ্পা মৈহৌগনি অদুগী মৈ অদুনা লাই লোইহিত্রি কাওবা চংনগনি। মতাং অসিদা লৈরাংবনা লৈকায়কলগা লাইদা কংয়গা খোনগনি শও অহমদা লৈ য়েনগনি। লাইরোই শীওলোয়নচিংবা অহল লমন মীয়াম পুন্নমক খুনবা লৈ য়েনগনি।

## হৈ-লৈ শন্নেনচিংবা কংপগী লাইশোন খেলোন

গুরু ইপথংনিংথৌ লম্মাবা তুবী য়েকশোরদা লাইয়েন য়েকসু য়েকমাঙদবা হৈ কোয় মশিংশু লাইয়েক ফিফম ফাবা তুবী চীয়েন পাংমনা সনাগী লোঙখুম পাঞ্জন হকপা চীয়েন পাংমনা লুপাগী পাঞ্জন হকপা নয়া য়ায়েন খোংজি খুদিংদা সনা হাজং য়ৈরিবা তুবীচীনা হেলবা লাইয়েন লুনবাংবা লাইনিংথৌ। কোয়ৌ নোংমদোন থঙ্গগী খাম্বী মৈয়া পাইবগুম্না মালেম লৈতারকপা কাঙহ্ লেংথোং নারকপা হুমতং পাইরকপা ইথংনিংথৌ গুরু ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমবু নকুম কুম্বী কুমকাউদা নথা থাজ থাকাউদনা নদাইয়েম শাগে নয়েকচা নতু নশাচাশিংনা পিবাহৌ চনুহৌ য়াকচহৌ খেজুহৌনা হরাউ শকসেমতম থৌথোক কুম্মেনগে হায়বগী লাইজ ঈয়েননুংদগী খোইয়ুম নঙবু পাওথেমলুবদি শিঙলেন লৈতোন তোং লৈরাং লৈয়োমনুংদা তেসিন নৌসিনবিরকলে। য়াংদৌ লমদাং শিললকলে কংলৈ য়াথোক শঙদা সনাকম্বাল্লাংদা অরা পোংথারে অনাহিথাংলে লাইনিংথৌ ইথংনিংথৌ চয়েনিংথিববু লনহোংলে লিক্লাং অনৌববু কোনগারে পাজুহেন শলাইঙান্না কম কমলবা অসিদা ননাই নচা নশুশিংনা হৈরাং পুঙখোন লুকলেন পানগা চোয়া হৈয়াঙ হৈকংচবা লৈরাং লৈকংচবদি হৈয়াঙ হৈতংবীয়ু লৈরাংসু লৈচিনবীয়ু লাইনিংথৌ শাগে নয়েকচাশিং অসিবু চাকহোংবা ঙাহোংবা খুঞ্জাওবা লৈচাওবা পুন্সিবা নুংশাংবা কোক শাঙ্গোংবু চিক্তবা লুপানথোংবু নাদবা নমুমীয়াইতাদবা কাওয়েন শলাইতাদবা তয়েং শেনথাও চোনবা নোইনু থুমকোক হাঙদবা লৈপাক ময়া তপ্না নিংথৌ কম্বাল চেংনা পানববু লনকুবীয়ু হে গুরু। লাইনিংথৌ ইথং নিংথৌগী হরাউবা অসি মখল অনি থোকই অয়ুক্তা লাই ঈকৌয়গা চপং চপান শয়েয়চিংবা কংলগা নুংখিন্দা লাইলম খোজুনা কাঙজৈনচিংবা শায়কমগা তৌফম খোকপা থৌয়ম শিং তৌয়গা হঞ্জিনলকলগা লাইলোইশিল্লি মসিনা নোংমহয়াউবা কৌই।

হয়াউবা অমনা নুংখিন্দা লাই ঈকৌয়সু অয়ুক্তা কৌয়গসু লাইলোইশিন্দে ঈকানকপগী হিয়াউয়েয়চিংবা মখক্তা শনজম্রিবা থৌয়মশিং অসি কায়দনা শকশোয়গা শলাইয়েন্দা লাই লেংশিনগা শেনানা নাউশুমই নোংঙাঙ্গা য়াকৈমগা য়াথোকশংদা শেনা যাইবা যাইবী পুংশেন য়ৈদুনা নুপীশিংনা লাইনিংগী খেলোন শজুনা লাইশংবীগী কোক্তা লাইপুয়গা শজায়য়েন্দগী য়াথোকশংদা লাইলেংথোকলগা হয়াউই লৈয়াংবনা

লৈকারকলগা জগোইনচিংবা শারগা লাইদা লৈথোনলি ৫ -১০ নি হরাউরগদি লাইবৌ শাবগী জগোই খুৎথেক হোই লাউবা হোইরৌলাউবা অনোইরোন শকপা হকচাংশাবা যূম শাবা ফি শাবগী থৌরক য়াংতনা শান্নে। নুংথিনগী হরাউবা লোইরগা শঙ্গাইরেন্দ লাই লেংশিল্লি। অয়ুক্তা অমুক য়াথোকশংদা লাই লেংথোকই অদগা হরাউই।

**লাই লেংথোক লিংশিনগী ঈশে**

লাইনিংথৌ ইথৎনিংথৌ কংলৈ য়াথোক শংদগী
কংলৈ নশুমাঙদবু লেংথোকসে দে মাইকৈ মরি
লময়েংলে শুংধাই নিপাল লময়েংলে ময়ুমগী থৌবাল
লমনুংশি থৌবাল লময়েংলকলেদা লাইনিংথৌ
কংলৈ নশুমাঙদগী সনা শঙ্গাইনুংদবু লেংশিনসে
সনাগী ফম্বাল লাংদবু নুমিৎ অনি থোকপকুম
থবা অনি পানবকুম ফম ফমসে দে।

অসুমনা নুপী ঈমা ইবেনশিংনা মথক্কী শৈশকশিং অসি শকলগা লাইলেংশিল্লি অদুগা পেনানা নাউশুমই। লেংথোকপসু মথক্কী শৈশক অসিনা লেংথোকসে হায়না শকই।

**লাই লম থোকপা**

দোলাইদা লাইনিংথৌ লাইরেম্ম অনি লেংখৎলে থৌগলগী মী মশিংসুনা লাইগী মাঙদা পরেং শানা অনি থোকনা লেপলে দোলাইপুবা নিপা মরিনা দোলাইগী মনাক্তা লৈরে মাইবীনা জগোই শারে পুংশেন পেনা য়াওনা লমথোকফম তান্না চৎলে ইশৈশকপী নুপীশিংনা লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী থেলোন শকতুনা পুং শেন্নচিংবা য়ৈদুনা চৎলে। লম থোক্ফম য়ৌরগা মাইবনা কোনয়াই থারে দোলাইশু থারে মাইবীনা চনিং চমাঙ লুকলেন শেনখোঙ ফানখোঙচিংবা থারগা মাইবনা অনম অথৌ কোক্লগা হৈকৎলে লোইরগা জগোইনচিংবা শারগা লাইগী তৌফমথোকপা মশি য়াত্তনা শান্নে। মথংদা পিবারোমদগী নিপা তরেৎ নীংঙোলশিংগী পিবারোলদগী তরেৎ থোক্কুনা কাংজে শান্নরে, পাঞ্জন চন্নরে কাংজে লোইরে। শগোল তোংবী শান্নে। নিংঙোলগী নিপাশিংনা শগোল সারগা পিবারোমগী মবাই মশেনশিংনা তোংলগা ফিবুল হুনবী ওকপী শান্নে ফিববুল অদু ওকপা ঙমহৌদদুনা লৈপাক্তা

হেক তারবদি শগোল তোংলিবা মবাই মশেনশিং অদুনা চোংথরগা পানজনফমতান্না চেল্লি মদুদা পানজনফম য়ৌস্রিঁঙেদা শগোল শারমবা মবাই মশেনশিং অদুনা ফিবুল অদু খুল্লগা চেললিবা অদুদা পাননবা থাবা ঙমলবদি নিংঙোলশিংগী নিপানা পানজল লৌস্রে মবাই মশেনশিংনা শগোল অমুক ওইরগা নিংঙোলশিংগী নিপানা অমুক তোংলগনি। থাবা ঙমদ্রবদি পিবারোমনা পানজন লৌস্রে। মথংদা য়ামথোই শান্নে। উরাওবী তাকথবী য়ুবীরাকপী শগোল খোঙপাক শামু খোঙপাক থাঙ তা খৌশাবনচিংবা মশিংশুনা শান্নে লমজেন মুক্লা শান্নরগা লোইশিল্লি। মথংদা মাইবনা থেলোন শক্কনি।

## থেলোন

গুরু লাইনিংথৌ ইথৎনিংথৌ লম্মাবা তুবী মৈনা পুং লাইরেন লুনব্বাং তুবী য়েকশোয়দা লাইরেন য়েকসু য়েকমাঙদবা হৈগোয় মশিঙসু লাইয়েক ফিফমফাবা লাইনিংথৌ ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী হৱাউ শকশেমতম থৌথোক কুম্মৈশান্নবদি শাপন লমথোক্লে কোংবা লময়েংলে নদাইরেম শাগে নয়েকচা নতু নপাচাশিংনা পিবাহোই চনুহোই মাকচহোই থেঙ্গুহোইনা কাঙহু লেংথোংন হুমতং পসিননা অচেন খোঙলৈ য়াংনা কাঙজে শান্নবসু খোইয়ুম মিংয়েং তাবিরে। শান্নবা মশিং শুনা হৱাউ মথোই তোংবসু থৌথোক কুম্মৈ শান্না মতোন লোমলে সনা সঙ্গাইরেনদা য়াংদৌ খোঙদোয় হুল্লসি লাইনিংথৌ শাগে নয়েকচা নতু নপাচাশিংগীসু নদাইরেম খুনপুক অচৌবা অ সিগীসু ফৎতবা হাওথিবা তীঞ্জা লাইচা তীলমু লাইমু কলক য়েক্রু লাক্রুবসু লৈরক শাথৌহনবিগনু খোংবান লাংয়ানহনবিগনু হাওরৈ খা পাংনা হোইথবীয়ু অফব নুংঙাইবা পুক্নিবা কোকপান থোংবু চিক্তবা লুপাহোংবু নাদবা নমু মীরাই তাদবা কাওরেন শল্লাই তাদবা নিংথৌ ফম্বাল চেৎনা পানববু চীংঙু শিঙ্খা ললকুবিরমমো হে গুরু।

অসুম্না শক শোন্দুনা মীয়াম পুম্না খুরুমজগনি। মথংদা লাইনিংথৌ খোঙশাল্লকলে হঞ্জিল্লক্লে লাইবুং য়ৌরকপদা মৈ খোইজু লৈখাম ওকলে ঙানু খোঙ্গাল্লে য়াথোক শংদা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা লেংশিল্লে। মতাং অসিদ ঈশৈ শকপী নুপীশিংনা পুংশেন য়াওনা লাইনিংথৌ ইথৎনিংথৌনা শাবল লমথোকপা কোংবা লময়েংদুনা হৱাউ নথোই কারুবদি কংলৈ য়াথোকশং সনা ফমবাল্লাংদা অব্রা পোৎথারে অনা হিথাংলে হায়না শক্কনি। মথক্তসু পঞ্জপ্রে লাইনিংথৌ অসিগীদি ঈকৌরুবা কারকপা লমথোকপ চৎপা

হঞ্জিনিলকপদা হিরাউরোন অসি শক্তবয়াদে। য়াথোকশঙদা লাই ফমদেংশ্রবদা হিরাউরিবশিং অদুসু হিজিগাংদা হিহোজিদুনা থমলগনি লোইরগা শঙ্গায়রেন্দ লাই অমুক লোংশিনগনি লেংথোক লেংশিনগী শৈশক্তি মথক্তা হায়ব্রিবা শৈশক অদুনা শক্তনি মণ্ডানি তরানি হরাউকগী থৌরম লাইবৌ শাকগী জগোই খুৎথেকচিংবদি মথকী খল্লাংবগী খুৎথেকশিং অদুগা মান্নে। লাইরোইগী মতাংদসু ভাগ্রুম তানবগী থৌরমসু খেন্নদে খেন্নরিবা হায়ববু লাই লাই অদুগী থেলোন লাইশোন অদুনা শকশোল্লগা লোইশিল্লি।

---



